# শ্রীশ্রীকৃষ্ণ রাসলীলা

( নুংগী রস )

ইস্তবা :-

শ্রীঅয়াম কমল সিংহ

স্বত্ব পুম্না অইনগী নি

মমল : লুপা ১৩·০০ (কাচা)
" ১৫·০০ (পাকা)

নম্ফম - ডি মণিপুর গীতা প্রেস, শিংজমৈ বাজার ইম্ফাল।

ফোংদ্রবা—

ব্রাংখেম বীরচন্দ্র সিংহ

কৈশামথোং মোইরাং লিংথৌ লৈকাই,

ইম্ফাল।




কোপী — ১০০০

অহানবা নম্বা — ১৯৫৮ ই৹

# ৱাহৌদোক

ইশাগী চহি ১১/১২ শুরকপ। মতমগী শামান-লেংমাম্নবশিংদি শুটি, তেলঙ্গা পাইবা, কাণ্ডৈজে শাম্নবনা মশাগী শাজেল ওইরম্মী, ঐদি শাজেন অদু তোয়না ফংলক্তে, মরমদি সংসারগী অরুম্বনা হায়বদি চাকথোং ফৌশু, কোললিক ৱাইরম শেংবনা ঐবু পুন্দুনা লেল্লকই। অদুগ নংখ্রবা মতমদা ঐবু পোকপী ইমা ৺স্বর্গীয়া পুর্ণিমাসী দেবী লাইনিংবী অমা ওইবনা কুমজা কুমজাগী থোরকপা দেব কর্ম্ম কাঙ্গৈদনা শ্রীকৃষ্ণদা ঙমজবা কৎলকই। অদুনা হৌরক-ফম ওইদুনা শ্রীকৃষ্ণবু ঐনস্ম মুংশিজরকই, কৃষ্ণগী নাম তাবা শোনবা পামজরকই। মীগী দেব কর্ম্ম য়াম্না চচ্চনিংলকই। চহি ২১ লাম্লকলগা গীতা পাবদগী দেবী দেবা অতৈগী পূজা তৌরম্বা তোকখ্রে, শ্রীকৃষ্ণতবু নীংখ্রে। অঙাং ওইরিবৈঙ চহি ১৫ শুরকপদগী একাদশী ব্রতনচিংবা কৎলকই। অদুবু লাইবক ফবা কনাগুম্বনা দেবী দেবা পূজা কৎপদা য়াওরুদবা, তারুদবা য়েংলুদবদি নত্তে। ইশাগী চহি ২৮/২৯ শুরকপদা ৺স্বর্গীয় স্যার চূড়াচান্দ সিংহজী K. C. S. I., C. B. E. মণিপুরেশ্বর মহারাজ ঐগীদি শ্রীগুরুদেবনা নবদ্বীপ ধামদা সোনার মন্দির শারুনবগীদমক ঐবু থাবিবদা ঈশ্বরদা থাজবা অদু থরা চেৎখি মরমদি নহালমখে লাইরিক্তদা থেংনবা গঙ্গা ইমিংনা উজরে, শ্রীগৌরাঙ্গগী লীলাগী মফম পুম্বা পরিক্রমা ফংজরে, শাজিন্নবা নত্তে শোয়দনা থোক-খিবা লীলা ঙাক্ত ওইরে হায়বা ইতোমতা লেপচরে। ভক্তিগী মনম ফাওবা ইশাদা পকখিব্রবা ঐনা কৃষ্ণবু মুংশিজে, শ্রীকৃষ্ণগী

ব্বারী তাবা পামজরে। নুংশিবা পামজবা তাম্বর্দি মতিক চাবা চাদবগী ব্বা লৈরোইদোমাল্লে, কৃষ্ণগী মরী ইনিংলজুনা অশা-অশংবা মতমদা মতেক-মতেক ওইনা ব্বারেং কয়া লেংদুনা মতম লেল্লকই। থবক কাবুনা য়াদডুনা পূন্সিগী অয়াম্বা মতম হৌখ্রবদা মীওইবা মপোক্কী ফীভম ও হৌখ্রপা মরিশুবগী হৌগৎলকপদা কন্না নারুবদগী অশিবগা পাথক ওইরুরে; শ্রীকৃষ্ণগী থৌজাল্লদগী অমুক জ্ঞান তারক্লুনা শ্রীকৃষ্ণ রাস লীলা অসি মুন্না খঙফ দ্রবস্থ মঙণ লৈরবা টীকাকারশিংনা ইরম্বা পারুবদগী খঙফব খরদং ইথোকচগে হায়দুনা ইবুঙো মহোৎদা খঙজরবদগী নোংম নোংমগী খর খর ফগৎলক্লে। নীংবু নালবদি মাগী কৃপাদ অদুম মরাকই। মতিক চাবা ইচিল-ইনাও কয়া থেংনদুনা ধর্ম্মতত্ব, ঈশ্বরতত্বগী মরমদা ব্বারী মুমিং খুদিংগী অম্রম শানবদগী লাইরিক অসি ইবা হৌরখি। তত্বগী ব্বারী শানবা অদুনা মতমগী শিংলবা কৃষ্ণবিরুদ্ধ ওইরম্বা মী কয়াস্থ কৃষ্ণ ভক্ত ওনখী; মাদুমক্না ইপুক্লিং থৌগৎপা অমা ওইদুনা রাসলীলা অসিগী মুংগী ব্বস অসি ইবা হৌজখি। যরবস্থ যত্রবস্থ, ইভারিবা অসি এনা পামজবনি।

এনা ছাপা তৌবী খরচ পীবা ডমজদবনা ইচা ইমাকশিংদা লাইরিক অসি ফোঙবগী অমস্তং ছাপা তৌবগী থবক পুম্নমক শিন্নজরে। ইতি—

শ্রী অয়াম কমল সিংহ

# ইপুন্সিগী শন্নপ্পা ৱারী

লাইশ্রুকুন্ডম্ন, খুণ্ডাইরম্নবস্ত ঐগী পুন্সিগী অহৌবদদি ৱারকই। ইশাগী চহি থা ৩ (অহুম) শুবদা পাবুং লৈখিদে হায়। লুপ্তাবী ইমানা ইয়াম্বা অমা, ইচেম ৩ অমস্তুং ঐগা ঐখোয় মন্ডাবু য়োক-পীরকই; ঐনা খ্বাইদগী অতোনবনি। ইং কুমজা ১৯০৫ জুলাই থাদা পোকপনি, য়াইস্কুল মোইরাংখোম, মাইবা লৈকাইদা পোকপনি। ইশাগী চহি ৭ চঙলকপদা লাইরিক তম্বা হৌই; মতম অদুদদি নিম্নপ্রাইমারী লাম্বোকপদা চহি মঙা চঙলম্মী। চহি ৮ শুবা মতমদা লৌরী য়ুম্ফম লৈতদুনা মীগীদা তাংদুনা চহি অনিরোম লৈরকই। চহি ১০ চঙলকপদা য়ুম্নাম লৈকাইদা ইখোল অমা হৈদুনা চহি ১১ লৈরম্মী। চহি ১৭ শুবা ক্লাস VIII (আইট্‌থ) তমলিদুনা নৈতেলোন রিকোগনাইজ ওই। কুম অসিদা মাওগী ছাত্র অদুন, নৈতৈ ছাত্র অমা লাইরিক তম্বী-তম্বীনা ইশাস্ত লাইরিক তমলকই। ইং ১৯২৩গী ওক্টোবর থাগী নৌকাখেলা মতুং নোংমা কোনব একাদশী নুমিত্তগী ইমানা নুমিৎ খুদিংগী পাই অমমম পীদুনা ইফি ইরোন, লাইরিক-লাইশু লৈবগী মতেং ওইরকই। নুমিৎ অসিবু নিংশিংদুনা লৈবগী মরমদি—ঐ অসি লাইরিক তম্বা তোকপা তারবনি, লৈতবনা উপায় লৈরক্তবদা ফিজোম ফীজিতা ইন্দুনা অঙাওব চুবগুম নৌকাখেলা য়েংবা চৎলি; কুইম্মে লোইরগা নোংয়াই মতুংদা লৈচিন নোংফাই মরক্তা থাবম্না মুশি মুশি ঙানবা অদুদা য়ুমদা হল্লকপগী লম্বীদা লাইরিক তম্বা তোকপা তারেকো খল্লুবগী ৱাখল্না পুদুনা নম্বুল তুরেলগী লম্বীদা

মখা পাংনা চথবদা চৌংঙা কাক্লরে। অয়ুকী মুংথিলগী শাজেন ওইনা তোয়না চৌংঙা কাবনিনা অহিং অথেঙবা ওইরবস্থ অকিবা লৈতে : অদুবু চৌংখাং হেনগৎলকপদা চৌংদোন্দা মৈ মতুম মচা অমা উরে। ভাইহাক লুতোন কায়; অদুবু ফীভম অদু য়োরবদা হিংবা শিবা চপ মান্নবা রাখল খল্লক্তুনা ভগবানগী থোজাম্না করিনো খঙলগে হায়দুনা অকিবা লৈতনা কাখৎপদা যোগী অমা লৈরমলে; মানা হিঁদাক থকপগী মৈ ওইরমলে। পুং অনিরোম রারী শাদুনা যোগ ধর্ম্মগী শিক্ষা খরদং ফংদুনা যোগী অদুগী মতুং ইল্লগে শিষা ওইরগে হায়জবদা. ঐগী য়ুম্বান য়েংগনি, নোংঙাল্লগা অয়ুক্তা ভিক্ষারী ওইনা লাকনি, মতুংগী অহিংদা অমুক উনসি হায়দুনা ঐবু থেমদুনা য়ুমদা হলহল্লকই। মাঙ্গোলদা থাবা য়োংখম অমগী ফিজাফান্দা উপ্রাক্লা হিপ্তুনা তুম্বা থেমলিঙৈদা মঙ্গলার্তি তোরক্লে। অদুদগী ইমাবু হোদোক্তুনা রারী পুম্বা শাদুনা কপমিন্নরে. অদুম নোংঙাল্লে। নোংঙাল্লগা পাই পীবা হোরে, স্কুলদা চৎলগা মথক্তা হায়ব্রিবা ছাত্র ৪ অসি ছুটি থারবা মতুংদা তম্বীবা হোরে। ১৯২৪ ইংদা "শিনফম" কৌবা লাইরিক অমা লেংঙি; মতম অদুগী টেক্স বুক কমিটিনা Class VI কী ( পাঠ্য ) তম্মনবা লাইরিক ওইনা লৌশিনবীখি। কুম অসিগী লোইশিল্লকপদা মতম অদুগী পোলিটিকেল এজেন্টনা তোরকপা নোটিশকী মতুং ইন্না দরখাস্থ থানবদা, ভেটিনারী ডাক্তর তম্নবগীদমক ময়ামগী মরক্তা ঐবু খনবীখি; অদুবু মতম অদুগী ব্রহ্মসভানা মৈতৈমচানা শা-ষণগী ডাক্তর ওইবা য়ারোই হায়না ট্রেনিং থাখিদে। ফরক্তী কুম্পোক্তা পোক্লবা ইরাইবক লৈতবনি;

হৌজিক্তি মৈতৈ মচা কয়া শা মগী ডাক্তর ওইরে, ব্রহ্মসভাস্থ ভাব তারমাপে বা অমত্তা ৬াঙখিদরে – মতমগী ইয়াং ইং ১৯২৫ দা ক্লাস টেন তম্মী শৈরেং কয়া লেংখি; কুম অদুদা হৌদোকপা স্কাউতনা ঐনা লেংজবা ঈশৈ অদু শকখী। Essay competition তৌবদা "অয়ুক্কী" রচনা ইনবদা নং ১০০ গী মমুঙদা ১০০ ফংজৈ, ওবা পুম্বনা পুম্না খন্নরগা পীবা নম্বরনি। ১৯২৬ তা মেত্রিক পাশ তৌজরে; মখা তমথবগী উপায় লৈজদ্রে। ১৯২৭ কী জুলাই ১ দা তারিখতা U. P. স্কুল অমগী হেড পণ্ডিত খনবিরে মতম অদুগী P. M. S. D. না দরখাস্থকারী মী ২৭ কী মমুঙদগী, অদুবু শ্রীগোবিন্দগী কৃপাদগী ইং ১৯২৭ ইশাগী চহি ২২ শুবা মতমদা ষ্টেট মিলিটরী পুলিসকী হেড ক্লার্ক হাপ্পিরে। ১৯২৮ দা ইয়াম্বা অহল মহালয়া মুমিত্তা নোঙ্গাখ্রে, ইয়াম্বনা থনম্বা ইচা অনিস্থ, ১৯২৯, ১৯৩০ দা মথং মথং, অদুদগী ঐনা ফংজফম থোক্লবা সেবা কয়া কুমকাংদনা থোকখ্রে। Misfortunes come in Battalion হায়বদু ঐঙোন্দা তশেংনা থোকখি। ১৯৩৩ ইংদা নবদ্বীপকী সোনার মন্দির শাবা লোইশিল্লরুই। ১৯৩৪ ইংদা স্বর্গ নীংথাইরক্লুনা ইকোক্তা ননবা কেশ অরুবা থোকখি। ইশানা লাজ্জদবদু উবিদুনা জীবগী থমুংখিংনা খঙবিরবা শ্রীগোবিন্দনা কনবীখি। কেশ অসিদা চহি অনি হেন্না চঙখি। ইং ১৯৩৬, ৩৭, ৩৮, ৩৯ দা মথং মথং ইচা মুপী ও ঐগী মুপী, লৈখিদে; সেবা পুম্নমক অসিগা লোয়ননা Turning Point কয়া থোকখি। ইং ১৯৪২ মে, তাং ১০ দা

লাল চেল্লে; অচৌবা ইচাগা লৈতা, ইশাগী অবস্থাদি ফত্ত, মীনদি ফীভম ফবগী মনুঙদা শীংথাবী—কয়া রানা মতম লেনখ্রে। বোম তাবা তুংদগী নুমিৎ অদুমক্তদা E. F. P. C. গী মণ ৪০০ গী মনুঙদা চাদদুনা মণ ৬ শিরম্বা উরুবদগী লোইনমক শিবা তারে খন্দুনা ইখুৎমল্লা, পুল্লিবা থোঁরী ককথক্তুনা মণ ৩৯৪ শজিক পীজে। ঙাইহাক্কী মনুঙদা মণশিং অদু লিপক-লিপক্লন ২/৩ পুন্না পুন্না পুনখিদুনা লোইখ্রে। মসিগীদমক মণ ডাক্তর বাবুপাড়াদা মঙ্গোল নক্লা লৈবা অদুনা তৌবা রিপোর্ট মতুং ইন্না Comdt. সাহেবনা ঐবু নোংমৈনা কাপকনি হায়বদগী অদুম অফিস কাবা তোক্লে। মণ বৈষ্ণবশিং অদুবু কনবগী ফলনা নুমিৎ ১৯ নিগী মতুংদা হায়বদ মেগী তাং ৩০ দা থবক তৌরখো হায়না কৌখৎলৈ অদুবু তোক্লিঙৈদা তোকপনা ফরগদ্রা হায়না অদুম resign তৌথোক্লে।

লাল চেল্লিঙৈদা ইবোক অমা, ঐগী মুপী অমা, ইচা নুপী অনি অমসুং ইমা লৈখিদে—ইং ১৯৪২, ৪৩, ৪৪ অমসুং ৪৫ মথং শিৎননি। ১৯৪৫ গী লোইশিল্লকপদা লাল হজিল্লকই। অদুদগী সাবন কারখানা, বেঙ্গল মণিপুর ট্রেডিং কোম্পাণী অদুদগী প্রিন্টিং অমসুং দায়িং ফেক্টোরীগী থবক হোৎনৈ। হোৎনবা খুদিংদা পরুদবনরা, হৈত্তবনরা শেল মাঙখি। মমৈথংদা ঙসি চারগা হয়েংগী চানবা ঙসিনা উবা ফংখিদে।

মীওইনা পোকপগী অরা-অনংগী অয়েৌবী ফিভম য়েৌরক্লে করি উপায় লৈরক্লে। অসুম খম্বরুবদা, কনাদা চঙজরগা

উপায় ওইগদগে খল্লুবদা আশাগী মিহুন অমত্তং তপ্না তপ্না হল্লকই—ঐনস্থ শেম্বিরকপা, মরী মতা নক্লবা, ইচা ইমাকস্থ খোকপা, মরলস্থ লুপা লাখ কয়া পায়রিবা অমদা ইচিননকাওবা হায়জবা ঙমদদুনা ইশা চৎনা চৎনা চিঠি ইদুনা লুপা ৫০ (য়াথৈ) দং থঙু হায়রুববু মায় ঙাকপিরক্তদুনা ইকায় ইকায় হল্লকই। ঐনা চিঠি ইদুনা হায়জবগী মরমদি চিঠি অদুনা দলিন ওইগনি অদুগা শোয়দনা শেল থংলক্কনি অসিনি। ইকায়বা ঙাইহাক থাঙলবস্থ য়ায়া কান্নবা মহৈ ফংলে; মহাক অদুবু পুন্সি চুপ্পগী থাগৎলি; মরমদি মহার্‌ শেল থংবিরক্তবা অদুদগী লায় রবনী উপায় লৈতে হায়বসি মুন্না খঙখি। মসি ইং ১৯০৯ দনি। অদুদগী লূ মকোকপদা লেন তারে—ইনেমসিজ শিরে দুকান য়োন্থোকলে, সেবা লোইরে, তীর্থ ফংলুরে। য়ুম ইখোল য়োনগে হোৎনরুরে. অরৈবা মী অমত্তা লাকপিদে। অস্থুম অরৈবা মী থিরকপা অসিগী মুমিৎ ২১ নি হেক শুবদা মায় লুকথনা থবক অমা চৎলুবদগী অস্থুম হল্লকপদা পুং ১০ ৩০ রোম তাবা মতমদা, সোরোক্তা ব্রজনাথ (কারামগী লাইশঙ কী মাণ্ডপ মপাদা, কুচু মুই, রাশি লৈ, ইং ১৯৪৯ দা চহি ২৩/২৪ রোমগী অবয়বনি, ময়া ইরং লংঙি; হৌজিকস্থ রাখলগী মিৎ-য়েংনা শংশং উরি; অঙোবা ফুরিং কৈজোম ইনফিনা লৈতেঙিঙ. মহাক্লা ঐবু কোরগা হায়—কোরিবা মীকো অদু খৎলি-খৎলি কোই, মানদি ঐবু মুন্না খঙবা মকোনি—খুরা ইবুঙো! য়ুম ইখোল য়োল্লি হায়বা চুমত্রা? ঐনা চুম্মী হায়না খুম্মী। শিৎলোয়

শিৎলোয় . খুড়া ইবুঙোগী সম্পত্তিদি লুপা লিশিং ৫০/৬০ গী মথক্তি, মীশক নাইবতনা লৈরগদবনি; অদুম্বা মীশক নাইবশিং অদুদি চান্নবা খঙনবা ঙাক্তি, খুড়া ইবুঙোগী অবস্থা ফত্রে হায়দুনা লৈরগে হায়না হংলগদবা কনানো ! দুকান্দা য়োনবা পোৎকুম মমল হুন্নবা য়াবা পোৎশু নত্তবদা ! শিৎলোয় য়োল্লুমু হায়রম্লগা চৎখ্রে। ঐদি মাবু মশক মমিং খঙদে, হান্নস্থ উখিদ্রিমাল্লে খল্লি; মুমিং অতুদগী ঙসি ফাওবস্থ অমুক্তা উনরবদি খনববু শুপউ উনখিদ্রে। ঐদি জ্ঞান তাদনা অদুম লাকপ:দুদা থোঙ্গাল য়োবদা মানা হায়রম্বদু জ্ঞান তারক্লে। একাগাড়ী তো'দুনা পাখং অদুবু ভান্নবদা অদুম ফংখিদ্রে, ঙসি ফাওবা থিবা ফংদ্রে। মাবু অমুক্তং উনরবদি চাকৌগে, ফিরোই হোংগে, দক্ষিনা য়াওনা দণ্ডবৎ কৎকে হায়না অসুম নীংনা-নীংনা ঐগী পুন্সি লেল্লি। মহাক অদো ঐগী ইবুঙো শ্রীকৃষ্ণনা শাইওনবিরক্নুনা ঐঙোন্দা জ্ঞান পীবিরবা ওইবা তাই।

অরা-অনংবনা পুন্সিগী চাং য়েংনৈ। রামল্লে নংমল্লে হায়দুনা হম্বা ( পুক্লিং থোগত্তবা ) লম্বী চৎপ্রগনা অদুম মাঙলে; হঙ্গৎপা রাখন্দা চৎলগনা অয়াম্বনা ফরকই। মসি শোয়দবনি। মীওইবনা অরা-অনা ফংলগতা ঈশ্বরগী নাম শোল্লি; সুংঙাই য়াইফরিবশিংগী মরক্তা খরতনা নাম শোল্লি, অরা-অনা থোক্তবা সুংঙাই য়াইফবা মীনা ঈশ্বর নীংবদি করি অমুক হায়রুগনি— সনাগী মথক্তা ভস্মা থিনবা হায়বদুনি। অমরোমদা হায়রগা ঈশ্বরদা থরায় লুপ্পবা জীবগী মফমদা অরা-অনা চঙদে।

অরাবা লোইরক্রমায়েং-কুইক্রে, ১৯৫০ গী চৈরাওবা অনি থোকখি—নোংমাইজিংগা নিংথৌকাবা লুমিৎকা। নোংমাইজিং লুমিৎ অসিদা লুমিৎ হেক ভাবা মতমদা ঐনা চীঙা কারুবদা মী তরামুক চীংথক্তা লৈরম্মী—ঐবু খঙবিবা ছাক্তনি। ঐগী ফিভম কায়বগী মতৌ উবদা ময়াম অদুনা চানবিদুনা ধর্ম্মগী মরমদা রাহং কয়ামক্রম হংদিবদা ঐনা খঙজবা অমসুং খঙবা মতিক চাবা চাবা পাউখুম পীজৈ। ময়ামদুগী মসুংদা ঐনদি খঙদ্রিবা ঐবুদি খঙবিবা শ্রীওইনাম মঙ্গি সিংহ কৌবা পাখং অমনা ঐবু সুংশিদুনা ঐগী ফিভম কায়বগী রা হংলগা লুপা কয়া লৈরগা হায়গী ফিভম অদু শেমগৎপা য়াগদগে হংবী। ঐনা লুপা ৪০ মুক লৈরু বদি য়াগনি খুম্বদা ময়ামদুনা নোকই, মরমদি লুপা ৪০, হায়বসি মতম অদুগী লুপা অমগী নাইমেশেলমকসু য়ৌদবননি। শ্রীমঙ্গি সিংহনা মতুংগী অয়ুক নিংথৌকাবা লুমিত্তা লুপা ৪০, অদু পীরে। ঐনা ময়ুমদা চত্তুনা লুমিৎ খরদং ইংরেজী নৈনরুই অমসুং লাইরিক অমা পীরম্লগা লমন কোরুবী। শ্রীমঙ্গি সিংহ অসিবু পুম্নিচুপ্পা অসি ইচামক্রি হায়না খহৎনা লমনশিংবা ওইগদবা মঙায়রে। অদুদগী ইকাই ইকাইনা থাগী ভলব খজিক্তং ফংদুনা এম: দি: ইউ: দা থবক মচা অমা ভৌজৈ; থবক চঙবা হৌবা অদুদা রাহৈত্তনা ঐগী ইভেং পাংখিবা শ্রীসিনাম ডিগেন সিংবু কাউজরোই। অদুদগী থা অমগী মতুংদা ওঃ সিঃ ওইনা ভলবসু খরা চাউনা ডিমাপুরদা থাবিরে। থা অহুম লৈজরুই, ছরণ পোষন খরা ঙমজরক্রে; থা অহুমগী মতুংদা ফম অমুক হাপকৎপিদুনা

ইন্ফালদা কৌথোকপিরে। মতম অসিদা খোংবান্তাম শ্রীইবোচৌবা সিংহ কৌবা ঐগী নক্লখুবা ইনাও অমনা দরখাস্ত ইবা ওইহন্দুম পক্লগনি হায়খী। অদুদগী দরখাস্ত থাবদা ঐবু খঙ্গিরকুনা ১৯৫১ ইংদগী দরখাস্ত ইবা ওইজদুনা হিংজরী। মীবু রাও, নংঙো হায়না ঈশ্বরনা থক শীল্লকপা নত্তে: পুন্সিগী শিন্থা খঙদদুনা মীনা নংবনি হায়বা ভাব তাজখী। মরম অসিদগী ইনাও শ্রীযুক্ত খোংবান্তাবম ইবোচৌবা সিংহবু পুন্সি অসিগী কাউজরোই।

অসিদগী কৃষ্ণগী কুপা মথং মথং ফংজদুনা হিংলকপা ১৯৭২ ইংদগী ন বনা ডিব্রুগড়দা লাইয়েংবা চচ্চরুরে। কুমজা অসিগী থরান থাগী নিন্দুং তরেৎনি শুবদা অশিবগা পাঙ্খক ওইরুরে। ষল, বৈষ্ণব ৩৯৮ কল্লকপগী কৃষ্ণনা পেন্দ্রিদুনা শাইওন ওইনা মী অহাংবা মতাংদা পাউতাক পীবিদুনা যুম ইঙ্খোলশু কায়খৌদ্রে। অদুদগী রারুরবা জীব ঐবু বিষয়গী মনুংদা ভরণ্পোষণ ঙম-হনবিরিবা অসি ইবুংঙো মাগী থোঞ্জালনি খল্লুবদা মাগী লীলা অসি ইনৌংলক্রে। পণ্ডিত টীকাকার কয়ানস্তু ইনরম্নগনি, ব্রাহ্মণ, বৈষ্ণব কয়ানস্তু ইবুংঙো মাগী লীলাতবু নৈনদুনা লৈরক্রি। অদুবু ঐসু খক্তিকুং নৈনজরগা মাগী লীলারসকী মরিক অমতং ফংগবরা হায়না ইরিলদি য়াওদনা থোনা ফবা শারুরে। খনবু খল্লুরবদি কুপাদি অদুম পীনবিবোইরে হায়বসি খঙজরে - ১৯৭৫ ইংগী ফাইরেল থাদা মুমিদাংরাইদা লারুবা হৌগৎলকপগী হকচাং শাজেন ওইনা, অস্তুম চথোকলুবদা নাথৈরাকপম শ্রীইবোবী সিংহ-গী দুকান মমাং লম্পাক মচা সোরোকী ময়া নোংচুপ থংবদা

চহি ৩০ দগীনা চহি ৬০ গী মনুং চনবা মী খরা রারী রাভাই অয়াম্বা শরুক্তা ঈশ্বরগী তত্ত্বকথাদা মতম লৌরবা থেংনরুরে। সুমিৎ খুদিংগী অদুন্না কপ্মি হায়বা তারবদা ঐসু কপ্তু য়াওশিল্লে। ঐনা ময়াম অদুদগী খজিক চহি হন্বনা ঐবু লুনা তৌবীরে। অসুম রারী শানবদগী অমনসু অমনসু ধর্মগী হত্ত্বদা ঐঙোন্দা রা হংজিল্লক্লে। মাদুবু খুদা হন্নবা ঐসু লাইরিক পাবা হাক্লে। ঈশ্বরগী তত্ত্ব অসিদি মাইকৈ ১০ তরামক্তা, লাইরিক খুদিংদা, মীগী থম্মোই খুদিংদা অদুম ইরৈ লৈরবনি, লাইনিং থেন্নবতগী রা য়াম্নবনি। সভাসিদা ফমলরিবা মী খুদিংমক লম্বী অমত্তগী থোংবু ওইরম্লে। হংজিল্লকলিবা রাহ গী পাউখুমদি গীতা, রাস-লীলা, চৈতন্যচরিতামৃত অহুমদগী থোকপা নত্তুনা অতৈ কংখিদ্রে। অদুদগীদি ইচাশিং ইনাওশিং ময়াম অসিগী মরক্তা ১। ইবোবী সিংহ, ২। হাওবম নকুল সিংহ, ৩। শৌগ্রাকপম ইবোচৌবা সিংহ. ৪। খাইদেম ইবুঙোহল সিংহ অসিনচিংবনা পুক্লিং থোগৎপীদুনা রাসলীলা অসিবু ইমারোন্দা হন্দোকচৈ।

অরোইবদা লাইরিক অসি পাবিরগা, তাবিরগা কৃষ্ণভক্ত খঙনবগী মতেং খজিক্তং ওইরদুনা সুঙাইবা পোকপিরবদি হয় হন্না পাবি-তাবিরগা মতাং অসিদা অসি হাপচিল্লপা ফগনি. অসি লৌখোক্লগা ফগনি, রাহৈ অসিগী মহুত্তা অসি হায়রগা ফজগনি হায়বদু তাকপিরকপদা য়াম্না নুংঙাইজগনি অমম্তং মথংগী ছাপা অমুক নম্বদা চুমথোকচগনি।

ভক্ত বৈষ্ণবশিংগী মনাইগী মনাই অতোম্বা
শ্রীশ্যাম কমল সিংহ
সাং য়াইস্কুল লৌকলাওবুং, ইম্ফাল।

## চঙজরী।

হে রাধে ! শ্রীকৃষ্ণগী হকচাং তথাই ওইবী ! জগৎকী মমা ওইবী শ্রীচরন্দা চঙজরি। নহাক্তি শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমগী গুরুনি হায়নৈ। প্রেমগী মশক, ভক্তিগী মশক, সাধনগী লম্বী, কন্নি অমত্তসু থঙজদ্রিবা ননাইনা ইবেম্মা নংগী নীংথিরবা নঙাগী মশেক থজিক্তুং নিজরি। মরমদি ননাইগী থম্মোই অসি মল্লি, অমম্বা থম্মোইসুং অসিদা নবুংঙো শ্রীকৃষ্ণবু থিবা ননাইনা কন্নমা থঙগনি। নবুঙোগী কুচুসু মুই; অমম্বা থম্মোই অসিদা অমুবা নবুঙোবু করম হাগনা উসিগে। হে বৃন্দাবনেশ্বরী ! নহাক্কী অমকপা লৈরবা অঙ্গকান্তি অদুগী পিক্রবা মশেক অমনা নবুঙো লৈবা মাইকৈদা নঙাল অমুক্তং পীনবিদুনা পঙলবা ননাইগী লম্বী অমত্তুংগী ইঙ্গিত পীনবীয়ু ;! মাদুনতা ওইরবসু নবুঙোগী চরণ অদু অমুক্তা ফংজরুগে হে বৃষভানুনা পোক্রবী পান্দম্লিঙাই লৈতনা ফজরবী হে রাধে।

শ্রীঅয়াম কমল সিংহ

১২ । ৪ । ৭৬

## শ্রীশ্রীকৃষ্ণ রাসলীলাগী নুংগী রস কোওবগী মরম।

ঐনা লাইরিক-লাইশু তম্লিঙৈদা ইমাগা পোকখিম্লবা মাইবুঙো অসিনা মযুমদা থম্বিদুনা ঐবু শেম্বিরকখি। নহা ওইরিঙৈদগী খঙজরকই চহি খুদিংগী হোৎলবা গুরুজনশিংগী দিন ভাব-ভাবদা ভগবতকী সেবা তত্তুনা তৌরকই; মাদুগী মতুং ইম্না ঐসু ভগবানবু থাজবা মী অমা ওইজরকুনা অদুগুম্বা মুমিং মুমিত্তা ভগবানগী সেবা কাম্বজাত্র। ফনা কুইরে মামোনা শ্রীকৃষ্ণ রাস-লীলাগী মচি ওইবা রস ইথোক্লীংবগী বাখলদা ঐঙোন্দা শাবি-থিবা রারী-চাউরাক্লা ইং কুমজা ১৯৬৮-৬৯ অদুরাইদনি। ইং ১৯৭২ দা নাবদগী নোংমদি থবানগী নিন্দূং ৭ নি পানবগী মযুক পুং ৯-৩০ গী মপুঙদা মামো অসি শিবগা পাথক ওইরুরে। রাসলীলাগী মুংগী রস ইরমদনা চৎলগত্রা হায়না কপ্নবদগী শ্রীকৃষ্ণগী থোঙান্দগী স্বর অমূক হোলহনবিরক্লে; অদুদগী থরা থরা করকুনা ইং ১৯৭৫ গী ফেব্রুয়ারী থাগী মপুঙদা ইবা হোৎলেগ হায়বসি খঙজৈ। ঈশ্বর নৈ হায়বসি মদুদগী অমুকা হেম্রা চেৎ-শিননা খঙ্গরে। ১৯৭৬ ইংদা ইবা লোইরহুনা নোংমা অইবদুগী মতেক থরা তাজবদগী ঐনা ফংজবা মুংঙাইবহু উবিহুনা লাইরিক অসি কোওজবগী ভার অদু ঐঙোন্দা পীনবিখি। অচুম-মরান, ফত্ত ফজদবগী বাদি খঙজদে, ভক্ত বৈষ্ণবশিংগী সাধনগী লম্বীদা মতেং খজিক ওইগনি ওইরোইসু খঙজদে; ঐগী গুরুজন ওইবা

অমনা ইরবা লাইরিক অসিবু পুথোকচনীংদুনা ইথৌনা উচ্চরু-বতনি; সম্ব পুন্নমক্তি ইরিবা মামো অসিদা কখোকচরি। মসি-মক্তা ঐবু শেম্বিরকপগী তৌবিরকমন খঙবা হায়বদুগী মচেৎ খজিক্তং উচ্চরি।

ফোঙজরিবা :-

সহি -

শ্রীবাংখেম বীরচন্দ্র সিংহ

তাং ২। ৫। ৭৬ ইং সাং কৈশামথোং মোইরাংথৌ লৈরক।

রাসলীলাগী মুংগী রস ইরমদনা চৎলগদ্রা? রাহৈ অসি হায়দুনা ঐনা কপচবনি। রাহৈ অসিনা হিদাক ওইদুনা শ্রীকৃষ্ণগী কৃপাদগী অমুক হিঙ্গৎলকখি। অদুগী তৌবিমল খঙবা ওইনা ঐবুসু সহকারী সম্পাদক ওইযু হায়না তাকপিবা মতুং ইন্না সম্পাদকী মমুং চঙবা অসিনা ঐগী পেঙবা ওইরে।

অয়াম ওংবী শ্রীমতি রাঃ কুঃ তম্ফাম্না দেবী

তাং ২। ৫। ৭৬ ইং

## ৱা-থোং-খরা

ঐদি কৃষ্ণ ভক্তি লৈবা মীশু নত্তে, ভক্তি খঙবা মীশু নত্তে, পণ্ডিতশু নত্তে, ৱাখল লৌশিং লৈজবা মীশু নচ্চদে; থোগল্লোন কায়দনবনি হায়দুনা ইচিন্তুনা অত্তোনবা উৎপগী ৱাখল নচ্চদে, থাঙ্গৈশেংনমক শ্রীকৃষ্ণ রাসলীলাগী মরমদা ইরুরিবা অসি ইতিক চাদবনি। অদুমদি ওইরবদা মতম খরদং ওইরবশু শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা খল্লুরবদি থম্মোয় অসি শেংগত্রা হায়বসি ঐনা থাজজবনি। ঐনা থাজজবা অসিবু কনানা অমত্তদা পোৎ থিব-গুম্বনি হায়বিবা য়াই, হায়সনু অচুম্বনি; ঐনা অসুম অমম্বদা থিরকপা পোৎ অদু মতা চাদুনা থেংনরুবা মতমদা ইবুঙো মাগী থৌজাল হায়বদু ওইগনি অসুম্না খল্লে। ঐনা থিরিবা অমম্বগী পোথী অসিগী মথুঙদা শ্রীকৃষ্ণবু সুংশিজৈ, মাগী নাম শোনবা পামজৈ। মাগী লীলাবু তাজনিঙিঙ। সুংশিরিবা মহাক অদুগী ৱারী ৱাতাই অসিদি শক শোন্দুনতা লৈনীংবসি মহৌশানি। ভক্তি লৈত্রবশু, জ্ঞান লৈত্রবশু, ৱাহৈগী লৈতেং হাপ্পা ঙমজত্রবশু মীওইবা মপোক্কী লমচৎনা পুনশিদুনা সুংশিজবা ইবুঙো মাগী লীলাবু খজিক নৈনজবতনি। রস পুম্নমক্কী অয়োবা, হায়রুবদা লোইবশু ঙম্নরোইদবা মাগী লীলাবু ইতিক করি লৈদুনা খবক অসিবু পায়রুরিবনো ঙকই। ইবুঙো মাগী থৌইনশিন্দগী ঙাকনি।

পুন্নমক অসি। পাবিরিবা তাবীরিবা পুম্বনা লাল্লি-চুম্মি, ফজৈ-ফজদে হাম্নবগী থোইদোকপা পুক্লিং শোক্লা ঐগী রাগদবা, হয়াও-জগদবা লৈতে; কলম পায়দুনা চেদা ইরকপা মতমদা ইবুঙো মানা অসুম্না ইঙৌ হাম্নবদুতা ইজবনি। নংনা-রানা হৌরকপগা, ইশানগা নারি শারি তৌদুনা লৈবগা, চহিনগা য়ামাশল্লক, বুদ্ধি লৌশিং পুন্নমক ইফক-ফকচিল্লক্লবা মতম অসিদা, চান্নবা মুংশিনবা, তোয়্যনা উনবীংবা মরূপ-মপাং পুন্নমক্কা থানদনবা চেগা কলম-গগী মতেং লৌদুনা ইবুঙো মাগী লম্বী মী খুদিংমক্কা অরোইবা মতমদা শোয়দনা চৎলরগদবা থোংজাও অসিদা পেংনবা ঙাই-জবতনি, পাবরিবা তাবিরিবা পুন্নমক্কা খুবাং চাংজৌ চেপনা খুরুমজরি— ময়ামগী অফবা রাখলতনা, ঐগী অয়োন-অরান তাকপীবগী মথক্কা সাংন ৎগী রাখল পুবিদুনা শ্রীকৃষ্ণ রাস লীলা অসিবু মপুং ফাবা রস চুপ্পীদুনা পুন্সিগী মহৈ য়ানহনবিবা ওইসনু।

শ্রীঅয়াম কমল সিংহ
সাং য়াইস্কুল লোকলাইবুং
ইম্ফাল।

শ্রীযুক্ত অয়াম কমলসিংহনা শ্রীভগবানগী লীলানা মপূং ফারবা শ্রীশ্রীরাস পঞ্চধ্যায়বু মপুং ফানা বাখ্যা তৌরিবা অসি ঐনা পারে; য়েংবদস্থ উক্ত কমলসিংহনা ভগবানগী কৃপানা মরম ওইদুনা ভগবানগী রসদা রতি ভক্তি লৈজবা অসি উবদা ঐনা থাগদবা ওমদে, হন্না হন্না ধন্যবাদ তৌরি। রতি ভক্তি লৈজবা অসিমক্না মরম ওইদুনা শ্রীগোবিন্দনা কৃপা তৌবিদুনা মথং মথং প্রেমভক্তি রতিস্থ হেনগৎলকপা ওইরক্কনি। বৈষ্ণব পাঠকশিংনা ভগবানগী লীলা রস চূপ্পদা লাইরিক অসিনা মতেং য়াম্না ওইনরগনি হায়না আশা তৌই।

শ্রীগোকুলানন্দ শর্ম্মা
ব্যবস্থাকারী।
তাং ১৮। ১১। ৭৫ ইং
সাং ললাংবুং, ইম্ফাল।

শ্রীযুক্ত অয়াম কমলসিংহ ৺সার চুড়াচান্দসিংহ মহারাজগী সেবক, সাং য়াইস্কুল লোকলাওবুংদা লৈবনা শ্রীভগবানগী রাস লীলাবু অধ্যায় মঙামক মপুংফানা অরায়বা লোন্দা বাখ্যা তৌরকপা অসি পাবদা ওন্থোকনা নুংঙাইখ্রে। ভক্তিগী লম্বীদা চঙদুনা কৃষ্ণপ্রেম ফংনীংবা বৈষ্ণবশিংগী য়াম্না কান্নরবা লাইরিক অমা ওইরে নিঙিঙ। অদুগা হৌরক্লিবা নহারোম্না পৃরিং চঙনা হন্না হন্না পাদুনা কৃষ্ণ ভক্তি শোয়দনা ফংদুনা নুংঙাইবা পৃন্সি ফংগনি হায়নস্থ আশা তৌরি।

শ্রীগুরুময়ুম গোষাই শর্ম্মা
সাং, শিংজুবুং।
তাং ১৮। ১২। ৭৫ ইং।

শ্রীযুক্ত থয়াম কমল সিংহ, খুড়াইঙ্গানা ইবিবা "শ্রীকৃষ্ণ রাস লীলা" হায়বা লাইরিক অসি পাজবদা বেদ, শাস্ত্র কয়াগী টীকাকার কয়াগী যুক্তিগা লোয়নননা অধুনিকী চৎনবী প্রমাণ কয়াগস্ত লোয়নননা ইবিবা অসিদা পূরিংদা। মুংঙাইবা অমস্ত ফাওইজে। অসিগুম্বা বৈষ্ণবশিংগী রাংনা থাঙ্গৎলবা "রাসলীলা" বু মহারোলশিংগী রথদা, বীরমঙ্গলগী নি হায়না খল্লস্বা রাখলদগীসু চিংথোকপা ঙমগনি থাজৈজে। মরায়বা লোন্দা খুল্লবা রস অাসবু পুখোকপা মরুপা অসিদা ভক্তি মালদা চঙবিনীংবশিংনী নাম্না কান্নবা ওইগদ্রা হায়না নৌংজৈ। বৈষ্ণবশিংগী রাংলদা থাক অসিবু লাইনা চঙশিনবা য়াননবা হোৎনবিরকলিবা লেখকপুস্ত থাগচ্চরি। মতুংদস্ত খুল্লবা ধর্ম্ম গ্রন্থ কয়াবুস্ত ইবিরক্লবা ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌজরি।

শ্রীবড়ঠাকুর শর্ম্মা
ব্যাকরণ শাস্ত্রী
য়ুম্নাম লৈকাই।
তাং ২৯।৪।৭৬ ইং।

# ৱাহৈ খরদং

শ্রীযুক্ত অয়াম কমলনা সম্পাদন তৌদুনা ফোঙগদৌরিবা "শ্রীরাস পঞ্চধ্যায়" কৌবা লাইরিক অসি চাউরাক্লা পাজরে—হঙ্গিন-হঙ্গিন পাজনিংলি। মুলগ্রন্থদি পংচাও চাওদে। অদুবু সম্পাদক্লা মীতৈরোনগী লাইরিক ওইনা পুথোরকপা মতমদা জন সাধারনদা খঙহন্দুনা ভক্তিরসবু অপাবা অমসুং অতাবা মীশিংগী থম্মোয়দা য়োৎহন্নবা হোৎনবদা মুল তত্ত্বগী ব্যাখ্যা নীংথিজনা পীরি। সাহিত্যিক ওইবা ৱাহৈ-ৱাতানা থন্না য়াওরি। হৌজিক্কী মতমগী চরাংনরবা হীরম কয়ামরুমদগী পুক্নিংগী লৈতাফম খঙদ্রবা মতম অসিদা লাইরিক অসি অমুক্তং নৈনদুনা য়েংবিরবদি থম্মোয়গী পোত্থাফম শোয়দনা ফংবিগনি। চেনা থরদংদা নৈনদুনা য়েংবিরবসু ৱাখলগী চাওখৎপা শেন্দোং নত্তনা অমাঙবদি লৈররোই। ধর্ম্মদগী মায় লৈথোরক্লবা, অখন্নবা নাহারোনশিংনা অশেংবা অচুম্ব। ধর্ম্ম করিনো হায়বদু থিজিল্লকপদা শোয়দনমক লাইরিক অসিনা অচৌবা মতেং অমা ওইগনি। তশেংনমক "শ্রীরাস পঞ্চধ্যায়" হায়বা লাইরিক অসি ধর্ম্মগী লমজিং ওইবত্তা নত্তনা মণিপুরী সাহিত্যগী পুক্কীদা অচৌবা দান অমা ওইরগনি হায়বসি ঐগী অচেৎপা থাজবনি।

ক্ষেত্রি কালা সিংহ, এম, এ, বি, এড
লেকচরর, মণিপুর কলেজ।

# রাস-লীলা পাজরুবক

শ্রীযুক্ত অয়াম কমল সিংহগী শ্রীশ্রীকৃষ্ণ রাস-লীলা পাজরে। লাইরিক অসি শ্রীকৃষ্ণগী দিব্য কৃপাদগী ইবনি খঙৈ। লাইরিক অসি ইবদ শ্রীকমল সিংহদ লাইতোংবগুম্বা মতৌ অমা য়াওবরা হায়ন খঙৈ। অদুন শ্রীশ্রীকৃষ্ণগী রাস-লীলা অসি মণিপুরীদ লীলা-অবতার তৌবদ শ্রীকমল সিংহন মদুগী মরম ( শরুক ) অমা ওই হায়জনিংই।

শ্রীকমল সিংহদ পূকচেল শেংবগী তাণ্ডলব মগুণ অমা লৈ হায়বসি ঐগী অচেৎপা থাজজবনি। গুণ অসিমক্ক রাস-লীলাগী কৃপা-পাত্র হায়বদু ওইরি।

লাইরিক অসি মণিপুরী বৈষ্ণব অনুগত সমাজন তরাম্না ওকক্ষম থোকপা, শ্রীকমল সিংহন সমাজ অসিদা তৌবা অচৌবা দান অমনি হায়জনীংই।

তাং ১৬।৫।৭৬ ইং

আরঃ কেঃ এসঃ সিংহ
দিউলা লেন্দ, ইম্ফাল।

# CORRIGENDUM

| লামায় | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ৫ | ১৩ | মূঞ্চহত্যাশা | মূঞ্চত্যাশা |
| ৭ | ৬ | স্তামসাশ | স্তামসাশ্চ |
| ৩১ | ১৮ | চেপ্লি | চেল্লি |
| ৩৯ | ৫ | কাউদ্রবনি | কাউদ্রবদি |
| ৪৫ | ৫ | খায়দোক্কনি | খায়দোক্লি |
| ৫২ | ৪ | ফংলবা | ফংলগা |
| ৫৬ | ১৩ | প্রিরা | প্রিয়া |
| ৬৩ | ৮ | খন্মি | ঙন্মি |
| ৭০ | ৩ | ভদঘাত | ভদযাত |
| ৮৬ | ১১ | থম্মোয়গী | থম্মোয়দগী |
| ৮৯ | ২০ | পেনববীতনা | পেনবীবতনা |
| ৯০ | ২ | স্ত্রীপাম | স্ত্রীনাম |
| ৯০ | ২ | হাতবৎ | হাতব্য |
| ৯০ | ১৭ | আনন্দধন | আনন্দঘন |
| ৯৫ | ২২ | লো | নো |
| ১০১ | ১৬ | মরা | মরী |
| ১০৩ | ১১ | শিয়ৈ | শ্রিয়ৈ |
| ১১১ | ১৪ | পীরমান | গীরমান |
| ১১১ | ১৬ | গোপীভিহিম | গোপীভির্হিম |
| ১২১ | ১০ | উচ্চর | উচ্চৈর |
| ১২১ | ১৪ | ক্যুরুস্মত্ত | ক্যুরুন্মত্ত |
| ১২৬ | ১১ | উরগা | উরবা |
| ১২৬ | ১২ | পন্থ্য | পন্থ্যু |

| লামায় | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ১৩০ | ৬ | অস্নুম্বা | অস্নুম্বা |
| ১৩১ | ২২ | মাঙবদি | লাঙবদি |
| ১৩৩ | ২ | চক্র | চক্রু |
| ১৩৪ | ২ | কাপ্যঙ্খ | কাপ্যাঙ্খী |
| ১৩৪ | ৪ | ব্যসায়ন্তীং | বৎসায়ন্তীং |
| ১৩৫ | ১৩ | স্নুম | খুৎ |
| ১৩৫ | ১৬ | স্বরম | স্বরম |
| ১৩৫ | ১৭ | পদাক্রম্য | পদক্রম্য |
| ১৩৬ | ৪ | শশ্য | পশ্য |
| ১৩৬ | ৫ | বোবিধ্যযে | বোবিধাস্যে |
| ১৩৮ | ১১ | উথিদ্রবদা | উখিদ্রবদা |
| ১৩৯ | ১৯ | ঘবাদিভিঃ | যবাদিভিঃ |
| ১৪০ | ২০ | চৈত্যনি | চৈত্তানি |
| ১৪৩ | ২০ | কস্যা | কন্যাঃ |
| ১৪৩ | ২০ | নন্দসনুনা | নন্দসূনুনা |
| ১৪৪ | ১ | অনিসি | অসিন |
| ১৭৭ | ৮ | নীলকুন্তলে | নীলকুন্তলে |
| ১৮০ | ২৩ | স্ৃদনম্ | সূদনম্ |
| ১৮৩ | ৩ | ষশসাং | যশসাং |
| ১৯১ | ১৩ | | মন্মথ |
| ২১৫ | ১ | অনি | মরি |
| ২১৮ | ১১ | মুঙাইতবগী | মুঙাইবতগী |
| ২২০ | ১৮ | করুনা | করুণা |
| ২২১ | ১৮ | প্রকৃত | প্রাকৃত |
| ২২৪ | ৩ | হায়বসি | হায়বদি |

| মামায় | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ২৩২ | ৬ | স্নুংলাংলবা | স্নুংলাংলম্বা |
| ২৩৩ | ২ | রন্যোহন্যা। | রন্যোঽন্যা |
| ২৪২ | ৮ | স্তুং | সত্ত্ব |
| ২৪৯ | ২ | জীবত্মা | জীবাত্মা |
| ২৫৩ | ৩ | অনি | অসি |
| ২৫৭ | ১২ | ভ্র | ভ্রূ |
| ২৫৮ | ১৪ | নৃ | নৃ |
| ২৬৩ | ৮ | মল্লকা | মল্লিকা |
| ২৬৩ | ১৪ | পাশ্ব | পার্শ্ব |
| ২৭২ | ১৫ | স্তৃং | স্তুং |
| ২৭৪. | ৪ | পারাস | শ্রীরাস |
| ২৭৯ | ১ | বাৎসল | বৎসল |
| ২৮৫ | ১৭ | চিংনিঙাই | চিংননিঙাই |
| ২৮৭ | ১৯ | দগীনা | দগীনো |
| ২৯২ | ২১ | সন্ন্যাগী | সন্ন্যাসী |
| ২৯৪ | ১৭ | নিরহঙ্কারিনাং | নিরঙ্কারিণাং |
| ৩০২ | ১২ | য়েদুনা | য়েংদুনা |
| ৩০৪ | ২০ | শৃদম | শৃদাম |
| ৩১৪ | ১৫ | ভুমখিদবা | ভুমখিগদবা |
| ৩১৫ | ১৪ | রসকৃষ্ট | রসাকৃষ্ট |

## অরানবা চুমথোকপা ( শ্লোক্তগী )

| লামাই | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ১ | ১২ | বর্ত্ততে | বর্ত্তন্তে |
| ১ | ১২ | মনুষ্যা | মনুষ্যাঃ |
| ২৩ | ৭ | মারুপম | মারূপম |
| ৩০ | ১৫ | বপ্নোন্ম | বন্তোনা |
| ৩৭ | ১৬ | মনদ্বাস্থা | মনুদ্বাস্থা |
| ৩৮ | ১৪ | ভরনা | ভরণাঃ |
| ৪২ | ১১ | পঙ্কতাত্মনো | পঙ্কতাত্মানে. |
| ৫০ | ১২ | প্রক্ষীন | প্রক্ষীণ |
| ৬০ | ১ | নৃনাং | নৃণাং |
| ৬২ | ৪ | যৌহৃদ | সৌহৃদ |
| ৬৬ | ১৫ | কারনম্ | কারণম্ |
| ৭৭ | ১২ | অম্রৈরূপাও | অম্রৈরূপাঙ্গ |
| ৭৭ | ১৪ | ভরা | ভরাঃ |
| ৯৫ | ২০ | পূরকেন | পূরকেণ |
| ৯৫ | ২৩ | পাদয়ো | পদয়োঃ |
| ১০০ | ১৮ | অব্ধাপি | লব্ধাপি |
| ১১২ | ৮ | হাসি | হসি |
| ১২৩ | ৬ | বিভ্রদৃষ্ট | বিভ্রদ্দৃষ্ট |

| লামাই | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ১৩৪ | ২ | কর্ষাত | কর্ষতি |
| ১৩৫ | ৬ | কলন্তীং | কৃণন্তীং |
| ১৩৫ | ১৬ | ইত্যুক্তে | ইত্যুক্তে |
| ১৩৫ | ১৭ | শিবস্থা | শিরস্থা |
| ১৪২ | ১ | চ্ছন্তো | চ্ছত্যোঃ |
| ১৫৪ | ৮ | বিহারান্ত্যাং | বিহায়ান্ত্যাং |
| ১৫৫ | ৮ | বরিষ্টং | বরিষ্ঠং |
| ১৬৫ | ১৮ | তদাসমণ | তদাগমণ |
| ১৬৯ | ৫ | দিক্ষ্ | দিক্ষুঃ |
| ১৬৯ | ৬ | স্তাং | স্তুাং |
| ১৭১ | ১১ | রাত্মাদৃক্ | রাত্মদৃক্ |
| ১৭৪ | ২০ | কবিভিরীতম | কবিভিরীড়িতম্ |
| ১৭৯ | ১ | যস্তাবানহ্নি | যস্তুবানহ্নি |
| ১৯৬ | ১ | কাশ্চিৎ | কাচিৎ |
| ১৯৮ | ২ | বৈক্ষ্য | বৈক্ষৎ |
| ২০৯ | ১৮ | কৃতঃ | বৃতঃ |
| ২২৪ | ১৭ | মদথো | মদর্থো |
| ২৩২ | ১ | গোপ্য, বাচং | গোপ্যঃ, বাচঃ |
| ২৭৬ | ১৭ | ভাবস্ত | তাবন্ত |
| ২৯৪ | ১৬ | মিহো | মিহ |
| ৩১৯ | ১১ | — | স্বান্ |
| ৩১৯ | ১১ | কম | কংসং |

# শ্রীকৃষ্ণ রাস লীলা

## অহানবা অধ্যায়

শ্রীবাদরায়নিনা হায়রি।

ভগবানপি তা রাত্রীঃ শারদোৎফুল্লমল্লিকাঃ
বীক্ষ্যরন্তুং মনশ্চক্রে যোগমায়ামুপাশ্রিতঃ ॥১॥

অর্থ ঃ— শ্রীকৃষ্ণ মশামক ঐশ্বর্য্য (তৌবঙম্বা মতিক মগুণ) অপূম্বনা ত্নিন্দুনা লৈবা ওইদুনস্তু হায়বদি মথন্তনা পেন্দুনা লৈবা ঙম্বা ওইদুনস্তু শরৎ ঋতুগী ফুগায়না শাৎলবা মাল্লিকা কৌবী লৈরাংনা নিঙথিজরবা মতমদা মমাংঙৈদা রাশকপ্পবা শাংলবা অহিং অদো লাকলে উবদা (মতম চারে খল্লুবদা) মশাদগী পুথোকপা, রাথলনা লাম্বা ফংলরোইদবা পাঙ্গল লৈবী (তৌবা ঙম্বী) যোগমায়া কৌবীবু শিজিন্নদুনা শান্নরগে হায়না নিঙলক্লে।

নুংগী রস ঃ— "যে যথা মাং প্রপদ্যন্তে তাং স্তথৈব ভজাম্যহম্।
মম বর্ত্মানুবর্ত্ততে মনুষ্যা পার্থ সর্ব্বশঃ।" (গীতা)।

মাসি ভগবান শ্রীকৃষ্ণমক্কা হায়বিখিবা রানি। হে পার্থ! মী পুম্নমক অসি মথল মখা অয়াম্বা মওংদা ঐতবু পুজা তৌনবনি, মী মী অদুনা নিজবদুদা পামজবা অদুতবু ঐনা মাখোয়দা পীবিবনি। অওইবমক সংসার অসিদা মানা মানা পাম্লিবা অদুমক ইবুংঙো মহাক্কা পীনবিরিবনি। কনানা লন-থুম, কনানা তৌবা ঙম্বগী মিংচৎ, কনানা অরান-খুভম, য়াম্না পামশিন্না নিজরবদি, ভগবান্না নিজরিবা অদুমক

পীবিগনি অমস্থং পীবিরি। অয়াম্বা মীনা অরাবগা য়াম্নবা সংসারগী নুংঙাইবতবু পাম্নে, মী খরতনা স্বর্গগী (লাইরৈবাক্কী) নুংঙাইববু খৌরাংনৈ, মুক্তিগী অপাম্বা লৈনৈ; অসিগুম্বা মীদি য়াম্না ভাঙই। (মশীং য়ামদে)। পাম্নগতা নত্রগা নিঙশগতা করিস্ত ওইবা য়ারোই, পাম্লিবা পোৎ অদুবু ফংননবা চেকশিনগদৌবনি অমস্থং হোৎনগদবনি। রাহৈনা নিদ্রবস্থ মাগী মাগী হোৎনবা (সাধনা) মতুং ইন্না- ফল ফংগদবনি। ভগবান্দি জীবগী থম্মোই খঙবীবনি কনানা থম্মোই য়াওনা নিরী, করিগীদমক হোৎনরী হায়বা পূম্নমক খঙবিদবা লৈতে। অয়াম্বা মীনা থম্মোইনুংদা অরেপ্পা লৈতবা সংসারগী নুঙাইবা নিরগা, মচিন্তুদা ভগবানগী সেবা, মুক্তি নত্রগা স্বর্গ ফংনিংবগী রা ভাঙবনি। পূম্নমক খঙবিবা ভগবান্না মাদু খঙি, মরম অদুনা মখোয়দা মাদুমক পীবিবনি। অপঙবা, অতোনবা জাতি, মহৈ হৈবা ওইয়ু হৈতবা ওইয়ু, নাস্তিক (ঈশ্বর লৈতে খনব) ওইয়ু, মখোয়না ভগবানবু পূজা তৌদ্রবস্থ ঈশ্বরগী থবক্তি অদুম মতৌই। মরমদি জগৎ অসি মহাক্কীনি; অঙকপা অসি য়াওরমদ্রবদি জগৎ অসি করম্না চংকনি। য়াম্না কৃপথনা খনবদা হেক্কা খঙগনি — ইচম চম্বা তূমিৎ, কাঙ, ককচেংনচিংবদগীনা তাইবং মী ফাওবগী মনুংদা লৈরিবা জীব পূম্নমক ইবুঙো মগী থৌশিল মতুং ইন্না চৎলক্লি, চত্তুনা অস্থম লৈখিগদৌরিবনি। মরম অসিনা "মম বর্ত্তানুবর্ত্তন্তে মনুষ্যাঃ পার্থ সর্ব্বশঃ" হায়রিবনি। অতোনবা জীবগী সাধন তৌননবা লৌশিং লৈতে, মরম অসিনা সাধন তম্নবগী মরমদা মীওইবতবু হায়রি।

লৈবাক অমা পানবদা ফম্নাইবা অচৌবা, অপিকপা কয়া-মরূম লৈ। অপিকপা ফম্নাইবনা অচৌবা ফম ফংননবা হোৎনদনা মানা ফংলিবা অৱেপ্পা তলব অদুদা অদুম পেন্দুনা লৈথোক্লবদি কৈদৌঙৈদস্তু অচৌবা ফমথোক্ন কাবা ফংলোই; হোৎনবা মীতনা ফম অদু কাগদবনি। সংসার অপূম্বগী মপু নিংথৌৱেনগী জগৎ সংসারদস্তু নিয়ম অমত্তুনি। খেন্নবদি সংসারগী কর্ম্মচারীশিংনা ফমথোন কানিঙলবদি মশানা নোম্লগা থোকই; অদুগা ভগবদ কর্ম্মচারীশিংগীদি মশানা অৱাবা থাঙবগা লোয়ননা থম্মোইগী পামশিনবা অমস্তং খোৱাংবা উৎলগা অৱাংবদগী হেন্না ৱাংবদা কাবা ঙমগনি। লৈবাক পানবগী ৱাজ সংসারদদি অচৌবা থুভম ফংননবগীদমক পূক্লিংদা অপাম্বা ৱাঙাঙ হৈশিংবা অসিনা অচম্বা পাম্বৈনি। ইশামক্না নোমজবা অসিনা মপুং ফাবা পাম্বৈনি। ভগবানগী সংসারদা অৱাংবা থাক কাবগীদি চকচাং অমস্তুং ৱাহৈনা হোৎনবদি অচম্বা পাম্বৈনি, থম্মোইতনা য়াম্না পামশিনবা অমস্তং অনি লোঙদনা পাম্লিবা অদুতগীদমক খোৱাংবা অসিনা অৱাবা পাম্বৈনি। মৱমদি পৃথিবীগী নিংথৌদি মিৎয়েং পৌই অমস্তুং মশাগী ওইজবা তাল্লি, মৱম অসিনা কর্ম্মচারী অদুগী ৱাহৈ অমস্তুং থবক থোওং, মহৈগী মতুং ইন্না ফম হাপকৎপা তাবনি তৌ্ই গুম্বস্তুং ভগবান্দি মীগী থম্মোই থীৎনা উবিবনি (অন্তর্য্যামীনি)। মশাগী ওইজবা কান্নগদবা করি অমতা য়াওদনা নীংজৱিবা মী অদুগী থম্মোইগী ঙাইঙমদনা পামজবা অদু য়েংবিরগা অৱাংবদগী হেন্না ৱাংবা থাক্তা পুখৎপিবনি। ব্রজবালাশিংনা ফংনিংবা অদু ফংননবা

হোৎনরকপদা রাখিবা অদু কর্ম্মী, জ্ঞানী, যোগীনসু ফংলম্লোই। পরিং চূম্না চচ্চবী নুপীমচাশিং অদুনা ভগবানবু মবুঙো ওইনা ফংনিংখি অমসুং মাদুগীদমক করম্না খৌরাংখি হায়বা অদু বস্ত্রহরণ লীলাগী মতাংদা অদুম খঙনরবা রাক্ষমনি। ভক্তগী কল্পতরু ওইবা (অনিঙবা অপাম্বা মখৈ হেকপদা হেক ফংবা পামেল) ভগবান্না থম্মোই শেংলবী গোপবালাশিংগী অনি লোঙদবা থম্মোইগী রাখল উবিদুনা ঙসিদি মখোয়দা মখোয়না নিঙজবদু পীবিরগে হায়না খৌরাংবীরি।

শ্রীভগবানবু মপুরোইবা ওইনিঙবগী রাখল হায়খিবা অসিদা জ্ঞানী যোগীশিংনা ফংঙমদ্রবা থবক্তি, মাসিদা নুভাইত্তবা তৌবিগনু। কনানা ব্রহ্মদা তিনবনা অথোইবনি হায়, কনানা পরমাত্মাদা তিনবনা অদুগা কনা অমনা জীবগী মশক ওইনা ভগবদ সেবা তৌবতনা অথোইবনি হায়। মানা মানা পাম্বা হায়বদুনি, মঙং অদুম অসিগী মনুংদা অসিনা হেল্লি, অসিনা রাংলি হায়জবা ঙমজরোই। ঐখোয়গী ইচম চম্বা রাখলদা শাস্ত্রনা হায়রিবা অসিনা নাতৈ চাই হায়বদুতা হায়জবনি। জীব হায়বা অসিনা মতম কুইনা হিংবা পাম্মী, মশাগী ফংজফম থোকপা অদু মাঙ-হনবগী কনাগীসু ইচ্ছা লৈতে। ইচম চম্না হায়রবদা ঐসে মতম কুইনা পুন্সিবা অমসুং নিঙখাঈবা লৈতবমখৈ নুঙাইনা পানবা অসিতনি জীবগী থম্মোইনুংগী অপাম্বা। হকচাংগী নত্রগা পুক্নিংগী তমথিবা অরাবা ফংলকপা মতমদা কনা কনাগুম্বনসু শিরগে নিঙলকই—থৌরী য়ানবনচিংবা আত্মাঘাট (মতোমতা

শিজব') থোক্লিবা অসিনি। অসুম্না মীশি অসিদি য়াম্না পংথুবা অমসুং মহাপাপকী থবক্নি। ব্রহ্ম'মক্নসু খম্নবা মীওইবগী মপোকপু ইশানা হাংচনবা তৌবা ঙমগনি ? ব্রহ্মানা খম্নম্নগী মরমদি মীওইবগী পুন্সি অসি য়াম্না তেক্লি, অদুনা শলোনবা য়াই ; পূর্ব্ব সংস্কার (হৌখিবা মপোক্তা তৌরক-তৌরকপা থবক) গী ফল মাঙদে ; ঐনা হন্দকী মপোকসিদা য়ারিবা অসি হৌখ্রবা মপোক্কী কর্ম্ম ফরক্তুনা তৌরিবনি ; অদুনদি হন্দক্কী মপোক অসিদা অঙম্না অফবা কর্ম্ম তৌরম্লগা মথংগী মপোক্তা খরা ফগৎকনি ; অসুম্না খনবা অসিন ব্রহ্মানা ললোনবা য়াই খন্দুনা খম্নল্লিবসি অসিননি। গুরুজনশিংনা মচা-মশু য়ারকপদা "অকাবা ভাগ্য" হায়রল্লিবা। শিনিংবা, য়ানিংবা মী লৈবা হৌনদে। "অঙ্গং গলিতং পলিতং মুণ্ডম্দন্ত বিহীনং জাতং তুণ্ডম্ করধৃত কম্পিত শোভিত দণ্ডম, তদপি ন মুঞ্চত্যাশা ভাণ্ডম্।" (উন খুইজিল্লক্লে, কোক্তা পোকঙাক্তা হৌরক্লে, য়া য়াওরক্লে, খুত্তা পায়বা চৈশু থক থক নিক্লক্লে, অদুমক্তদা আশাদি কোকপা লৈতে হায়না শাস্ত্রনা হায়রম্মী)। অদুদি শিদবদি য়ারোই করম তৌগনি ? তাইবংপান্দা শোম্নফম ওইবা থবক তৌরমদুনা অয়ান-খুভম ফংদুনা শিননবা তৌগদবনি। "কীর্ত্তিযস্য স জীবতি" (মিংচৎ লৈরিবা মী অদু শিদ্রিবনি) হায়না শাস্ত্রনা হায়।

অয়ান-খুভম ফংগে নিঙবগীসু অদু মঙাই। জীবনা মহৌ-শানা মনাৎ ওইনা পায়িবা অদু মহাক্কী অয়োবা অরোইবদা ফংনিংঙাইনি। মুমিৎ অমসুং মুমিৎকী মঙালগুম ভগবান্দগী

তোপ্পা নত্রগা তোপ্তনা থরাইনা লৈরিবঁদা মতম কুইনা ভগবানগী পেন্নবতা তোদুনা নুমিৎ চুপ্পা নুঙাইবগী রস চাদুনা লৈবতনা জীবগী পান্দমনি। গোপীশিংনা মাসিতবু ফংননবা লাঙতক্নরম্মী। মনাই ভক্তবু চানবিবা ভগবান্নস্থ মাদুতা পীগে খনবিরম্মী। মুল শ্লোক্তা "রন্তুং মনশ্চক্রে" হায়বদি ভগবান্না "রমন" পীগে নিঙখ্রে। মাসিদা অয়াম্বা মীনা ভগবানগী "রমন" হায়বদি করিনো অদুগা ইচ্ছা হায়বনা করিনো হায়নগনি। মাসিদা খুমনিংই ভগ-বানগী রমনস্থ লৈ ইচ্ছাস্থ লৈ। "রম" ধাতুগী অর্থদি - নুঙাইবা ফংবা হায়বনি ; নুঙাইবগী মশক্তা ওইবা অথোইবা মনুংঙাগী তিন্নজবদি জীবগী মশক ওইবা মহৌশা কোবা লাইরেম্বাগী নুঙাইবা ফংজবনি হায়বদি "রমন" নি। অদুগা চঙজরক্লবা জীবগী নিঙজবা থুংহনবতনা ভগবানগী নুঙাইবনি অমস্তুং "রমন" নি। মীরমলেনগী "রমন" গুম্বা গোপী, কৃষ্ণগী "রমন" লৈতে। গোপী কৃষ্ণগী রমনদি অপনবা লৈতনা য়াম্না নুঙাইবা অসিতনি। ভগবানগী "রমণ" হায়বদি নুঙাইবা রস অসিদি লেঙদ্রবা ধামদা, মতম পুম্বা ওইদুনতা লৈরি, লৈরকলি অমস্তুং লৈখিগনি। আত্মা-রাম (মশা মথন্তা নুঙাইবা ঙম্বা) ওইবা ভগবানগী নুঙাইনবগীদমক মুপী, সনা, লুপা করিমতা চঙদে, গোপীশিংস্থ মসিদগী অত্তোপ্পা নত্তে নুঙাইনবগীদমক অনিশুবা পোৎলম অমা চঙদে, মাসি মখাদা হায়রকখিগনি। জীবগী অরাৎপা মেনশিন্নবা পোৎচং লৈবগুম্না মত্তোমতা নুঙাইজবা ঙম্বা ভগবানগীদি অনিঙবা অমতা লৈতে, মনিঙ তম্বনি। সত্ত, রজ, তম গুণ চেনবা জগৎকী মী মখল পুম্নমক

ভগবানগী ইচ্ছাদগী থবক পুম্নমক তৌরী অমসুং ইবুঙো মাগী ইচ্ছাদগী মখল মখলগী মহৈ অদু ফংহল্লি।

যে চৈব সাত্ত্বিকা ভাবা রাজসা স্তামসাশ যে।
মত্ত এবেতি তান্ বিদ্ধি নত্বহং তেষু তে ময়ি॥

(সত্ত, রজ, তমগী ভাব পুম্নমক ঐহোন্দগী থোকখিবনি, ভাব পুম্নমক অসি ঐহোন্দা লৈ অদুবু ঐদি মখোয়গী মনুংদা লৈতে)। জীব হায়বসি ভগবান্দগী তোঙাম্না উরবস্ত তোঙানবা নত্তে; মরুম অসিনা জীবগী আশাগী থোম্থাং য়েংরকপদা ভগবানগী নিত্য ইচ্ছাদা পাল্লি অমসুং পানবা অদুগী মতুংইন্না মাদুগুম্বা মহৈ (ফল) অদু ইবুঙো মাহোন্দগী অদুম ফংই।

মূল শ্লোকা "যোগ মায়া মুপাশ্রিতঃ" শ্রীকৃষ্ণনা যোগমায়াদা তোংতনা নত্রগা মতেং লৌদুনা রমনগী ইচ্ছা তৌখ্রে (মুংঙাইগে নিংখ্রে)। গোপী, কৃষ্ণগী শাম্নবদা রতি ক্রিয়াগী ভাব লৈতে, মাসি মথক্রুম হায়খ্রে। অদুদি রমনগী ইচ্ছা তৌখ্রে হায়রিবা অসিদি করিগীনো অপ্রাকৃত (খুৎশেম নত্তবা সংসারদা লৈতবা) ওইবা মুঙাইবা ফংনিংবা লৈ। মুঙাইবগী রসতনা কুংশিল্লকুনা ওইখ্রবা শ্রীমূর্ত্তি অদুদা কোক্সবা নত্রগা তিঙ্গবতদা মুঙাইবগী রাখল পুম্নমক পুমপেন পেল্লবদা অমুক শাম্নবগী মরম লৈখিগদ্রা। শাম্নরগা ফংগদবা অদুমক মশাগী থম্মোইদা থল্লবদা অমুক শাম্নবগী কাম্নবা করি লৈখিগদগে? অদু ওইরবদি লাইরিক্তা রতিক্রিয়া হায়না ইরিবা অসিদি করিগীনো? মাসিমক্তি যোগমায়াগী থবক, হায়রিবা অসি পাঙথোকপা ঙমগনি নিঙদ্রবা থবকপু পাঙথোক্লিবা

ভগবানগী শক্তিগী মমিংবু যোগমায়া কৌই। যোগমায়া হায়বা অসিদি ওইদববু অওইবা ওইনা উৎপা ৎম্মী। মায়াগী মপু ওইবা ভগবান্না যোগমায়া অসিগী মতেংনা রতি ক্রিয়াগী মতৌশুম উৎপতনি, উৎপা অসিগী কান্নবসু লৈরম্মী—মাদুদি পরীক্ষিৎকী রাহং মতুং ইন্না মফম অচা-অচাবদা হায়রকখিগনি। ভগবান মশামন্না হায়বিখি—"নাহং প্রকাশঃ সর্ব্বস্য যোগমায়া সমাবৃতাঃ।" (ঐ অসি যোগমায়ানা কুপ্পুনা লৈ, মরম অসিনা কনানসু ঐবু চপচানা উবা ফংলোই। মফম অদিদসু বহির্মুখ (ঈশ্বরদগী মায় লৈথোকপা লাই লৈতে হায়বা) ওইবা মীশিংগী খঙনবগীদমক ভগবান্না যোগমায়াদা তোংদুনা অসুম্না উৎপিরম্মী। অকাম্বনি খন্দুনা রাসলীলাবু থওইদবা অমসুং পাউথোকপা মীশিং তদুনা থোইদোকপা অমা ওইনা খনগদবা, য়েংশিনগদবদি রাসলীলা শান্নবা মতম অদুদা ভগবানগী চহিদি ৮ (নিপান) তা মঙায়রী। ব্রহ্ম হায়বসিনু ভুক্রিঙাইনি, ব্রহ্মাগী মরীদা তারিবসু, ঙাঙলিবসু, খঙলিবসু ঙক্রিঙাই ঙাক্রি। মাসিবু খঙবদি য়াম্না তাঙবা (মশীং য়ামদবা) পোৎনি। অসিগুম্বা য়াম্না ঙক্রিঙাই ওইবা পরব্রহ্ম অসিনা ভক্তনা পামজবা,অদুবু থুংহনবিগে হায়দুনা মশক পাম্না শ্রীবৃন্দাবন লীলাগী নায়ক ওইবিরবনি; মরম অসিনা মীওই-বনা য়েংবদা মগী লীলা অসি ঙরিঙাইনি অমসুং ওইথোক্তবনি হায়না খনবফাও য়াই।

শ্রীধর স্বামীনা রাসলীলা ব্যাখ্যা তৌবগী থৌরাং হৌগৎলক-পদা ভগবানবু নিঙশিংজে "ব্রহ্মাদি জয় সংরূঢ় দর্প কন্দর্প দর্পহা

জয়তি শ্রীপতির্গোপী রাস মণ্ডল-মণ্ডিতঃ। (কন্দর্পনা ব্রহ্মানচিংবা লাই খিবিকপু মাইথিবা পীডুনা মতম কুইনা নাপল তৌদুনা লৈ। লক্ষ্মীগী মবুংঙো ভগবান্না কন্দর্পগী অদুগুম্বা ফত্তবা নাপল অদুবু ঙমদুনা গোপীশিংনা ইকোয় কোয়না লেপ্লিবা রাস মণ্ডল অদুদা ঙান্নোইরি। রস খণ্ডলবা টিকাকার অশিংবা অসিনা মঙ্গলাচরণ হৌবগী মওংদা ফোঙদোক্লিবা অসি ভগবানগী রাস লীলাদা কামগী মরম শুপলৈ লৈতে হায়রি। মতাং অসিদা কাম (অপাম্বা) অমস্তুং প্রেম (নুংশিবা) অনি অসিগী খেন্নবা অদু হেক য়াবা মখৈ শন্না খরা নৈনফম থোক্লে।

কাম অমস্তুং প্রেম অনি অসি মীওইবগী থম্মোয়গী লিচৎ অমমম্লি হায়না খল্লি, মসি নত্তে। অদুম্নদি ওইরবদা কাম হায়বা অসিনা পুক্লিংগী লিচৎ অপাম্বা হায়বা অদুনি; অদুগা প্রেম হায়বা অসিনা পুক্লিংগী লিচৎ অপাম্বদু নত্তে। কাম হায়বা অসিনা পোৎ অমদগী অমদা অমুক লাম্মী; প্রেম হায়বা অসিনা অমদা অদুম লেপত্রে। কাম অমস্তুং প্রেম অনিমক অসি নুংঙাইবা পাম্বগী মপাঙ্গলনি; অদুবু কামগী পাঙ্গলদি পোৎকী মতেংনা তশেংবা নুংঙাইবা পাম্বনি, প্রেমদি করিগুম্বা পোৎকী মতেং য়াওদনা, য়ানশিন্দবা নুংঙাইবগী রস পাম্বনি। প্রেম নত্রগা নুংঙাইবা পাম্বা হায়বসি জীবগী মহৌশাগী ওইবা ধর্ম্মনি। সংসারগী লীলা শান্নফম অসিদা সওদাগর (হিদা ললোনপোৎ পুদুনা ললোনবা চৎপা) শাবনা মীগী নুপী, অব্রাবদস্তু তাক্লিবী সতী সাধ্বী চিন্তা মহারাণীবু মাগী ওইনিংদুনা ফারগা পুখি,

সূর্য্যদেবগী থোজান্দগী সতীনা হায়জবা মতুং ইন্না অনাবা শক-থিবী লাইথুং থুংবী অমা থদক্তা ওন্দুনা মপুরোইবতবু নীংদুনা মতম কয়া হিংদুনা হিন্নুংদতা কপ্পুনা লেনখি। সতী মিৎয়া থম্বালদগী নান্তরকপা পিনা তারুবা :ফমদে' তুম্না মাঙখি। "সতীর চক্ষের জল যেথায় পড়ে সেই স্থল উড়ে পুরে যায় সেই ক্ষণে।" সতী সীতাদেবীগী পি তাখিবা মফম লঙ্কাস্থ তুম্না মাঙখিবদাইদো। কয়া কুইনা সওদাগরনা নুংঙাইনা লৈবা ঙমগনি। শনি ঠাকুরগী কৃপাদগী অরাবা তারিবা শ্রীবৎস নিংথৌনা ভুরেল মপান্দা শাত্রনা পৈজবা, লক্ষ্মীগী থৌজালনা মনুংদা সনা ফুম্বা চেক মথৈস্থ সওদাগর অদুনা হুদুনা পুখ্রবনি। কামগী থৌইনশিন কয়াদা কনগ্রবা! ভক্ত শ্রীবৎসগী মতম লাক্লে; ভদ্রা স্বয়ম্বরগী পাউ তাবদা লক্ষ্মীগী চাবনিবগুম স্বয়ম্বরগী মাণ্ডপ মপান্দা উখোঙ অমদা লাপ্পা মথক্তা ফমদুনা স্বয়ম্বর য়েংলুই। চাউর-চাউরবা ফীজেৎ লৈতেংনা লৈথিরবা মনাই-মশল খোঙলোইনা চোন্না ফল্লবা নিংথৌপুম্বা হুঞ্জেক-লমদুনা মফুরিৎ ফাওবা য়াওদ্রবা, মীরক্তস্থ ফমদ্রবা তোল্লবা শ্রীবৎসদা লৈ হুক্লরে। ময়াম পুম্বনা লোক্লবদা নত্তনা ভদ্রা-পোকপা মপা নিংথৌনা শাউমনখিদুনা অওং-অউন করিমতা তমদনা, লাক্লিবা নিংথৌ পুম্নমক্তা হনগ্রবদা কোনুংগী চিদায় অমদা ফৎখিত্রবা শঙ অমদা লৈহনখি। শ্রীবৎসগী পরিচয় (পারি-পুর, হৌরকফম, লৈফমগী রা) হংখিদে, লৈফম লৈত্রবা নংবনা নঙ্গল পায়দুনা থাঙলবা চাকনিবনি হায়নতা মখল্লি। অদুবু জগৎকী

মমা ওইবী লক্ষ্মীনা শেন্নরিবা নিংথৌনিনা ভদ্রাপোকপী মমাগী থম্মোইন্নুংদা লক্ষ্মীনা লেঙশিন্দুনা ইনশিল্লুরমালে—মচা-ময়াগী হিগ-চানবা লোম্না থারকখী। ঈগী মরীনিনা মপা নিংথৌস্থ নুংশিরকমাল্লে, নিনি হুমনি লৈরগা বিধাতানা তম্ববু ঐনা শাড়রুরিবা করিগনো হায়না নিংথৌনা মতিক চাবা রাখল খল্লকুনা মচাগুপী ভদ্রাবু কৌই। ভদ্রানা মপুরোইবগী বিদায় লৌবা মতমদা. রাখল লৈবা শ্রীবৎসনা হায়খি—ইবেম্মা ; নপা ইবুঙো মহারাজনা চানবীদুনা ঐবু করি পাম্বগে হায়না করিগুম্বা হংবিররুবদি তুরেলগী হিদেল ময়াদা শঙ অমা শাদুনা ললোনবা চৎপা হি চোক (য়েংশিনবগী থবক) তৌজরগা লৈবাক্কী কান্ননবা মাশুল লৌবগী থবক পুজগে হঙ্গংলু। হায়বগুম্নদুনা ভদ্রাপোকপা নিংথৌ ফরবস্থ ফত্রবস্থ মক্কাক ওইরবনিনা চাবামখৈদি কোন্ননবা থবক মচা অমা তৌহনগে নিঙলদুনা, ভদ্রানা হেক খুরুম্বদা হংখি – ইবেম্মা নহাক্কী নুপা অদু করি থবক পাম্মী হায় ? ভদ্রানা মাশুলদার ওইনিংমাল্লে হায়না হঙ্গংপদা উম উম, মতৌক চায় হায়না খুমখি। অদুদগী শ্রীবৎস তুরেল মপান্দা মাশুলদার ওইনা লৈখ্রে। নিংথৌগী আয়স্থ য়াম্না কারে। "চক্রবৎ পরিবর্ত্তন্তে দুঃখানিচ সুখানিচ।" (অরাবা নুঙাইবা চক্রগুম লৈবনি) অরাবা লোইরদুনা নুঙাইবা লাক্লে; চিস্থা মহারাণী য়াওখিবা সওদাগরগী হি লাক্লে। মাঙখিবা চেকস্থ হিনুংদা উরে। হি অদু ক্কারে—সওদাগরবু নিংথৌ সনামাঙদা পুরকলে। করিগী ক্কারকপনো হংবদা শ্রীবৎসনা ললোনবা নুপা অসিগী হিদা

হূরানবা পোৎনা অয়াম্বা ওইরে খুমখি। নিংথৌনা হায়রকই মী ময়াম অসিনে. লল্লোনবা অসিগা লোয়নরকপা মীশিংনে পূম্নমক অসি পুডুনা নঙনা হূরানপোংনি হায়না চিংনবা পোৎ পূম্নমক অসিদা পুহল্লকউ। শ্রীবৎস ধম্ম কায়দবনি—চেকশিং অদুগা অনাবা ওইনা লৈরিবী চিন্তা দেবীগা অসিতবু ফিনা কুপ্পুনা পুরকই। নিংথৌনা সওদাগরদা হংঙি নঙগী চেক অসি কদায়দগী লৈবনো, করি তৌনবা পুরিবনো! নঙগী নপোৎনি হায়বগী খূদম করি লৈ! লৈরুবা ওইরগম্ব শেল থীরম্বগী রসিদ পুথোকউ। অসি হায়বদা খুমনিঙাই লৈত্রডুনা মানা শাজবনি হায়রে। অদুদি নঙগী মার্কা থাদরিবা করিগীনো হংবদা তুমিন লৈখ্রে। শ্রীবৎসদা ওনশিন্দুনা ইম্মাক চেকশিং অসিবু হূরানপোৎনি হায়না নঙনা চিংনবগী মরম পীয়ু। মহারাজ চেকশিং অসি ঐনা শাজবনি, চেক খূদিংগী মপুংদা সনা ফুমলিবনি; মিৎয়েং তাবিয়ু। মনাই অমদা য়াথং পীডুনা চেক অমা থুগাইহল্লি; মপুংদা সনা ঙাক্তা ঙাইরম্বা অদুদা অউবা মী পুম্নমক ঙক্লখি। ফিনা কুপ্পুনা অনাবগুম্বা অমা পুরকলিবা অসিনা করিনো? সওদাগর অদুনা মাগী নুপীনি খুমখি লাইথুং থুংবগী অনাবা ওইবনা নিংথৌ সনামাঙদা পুথোক্তবনি হায়খি। শ্রীবৎসনা প্রেমগী ঈহৌ য়াওনা—মহারাজ অমূক্তং মিৎয়েং তাবিয়ু, ঐগী মহারাণীনি। পাউখুম অসি হেক তাবদা ভদ্রা পোকপা নিংথৌ মতু থ্যাও চুংই—করি, মহারাণী! ইম্মাকপু নিংথৌরা? চিন্তা মতোমতা ফীরুক হাংদোকচরক্লে, নুমিৎ কৌবা লাইগী

খোজাল—মবুংচোগী খোঙ্গেল হেক তাবদা চায়গী ফজবী শক্তো লৌগ্নিন্নে প্রেমগী ইচে য়াওনা মপুরোইবা খুরুমখি। সওদাগর অমসুং ম'গী লোয়নরকপা মী পুম্নমক ঙক্লখি অমসুং কিবনা থক-থক লৌরুখি। ভদ্রা পোকপা নিংথৌনা চিন্তা দেবীদগী হৌখিবা রারৌ পুম্নমক তারদুনা পেনখি; মচা নুপী ভদ্রাদা মচেম ইবেম্মা খুরুমজো হায়না তাকপিখি। ভদ্রানা খুরুমজবদা চিন্তানা কোনবিদুনা সুংচাইরেদা ইবেম্মা! নঙনা ঐগী ইবুংঙোগী সেবা কায়দনা পুরম্বা ইচেম পেল্লে, তাকপীখি। শ্রীবৎসনি হায়রবা খঙলক্লবদা ভদ্রা পোকপা নিংথৌ সুংঙাইবগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে। ফরে তৌজিক্তি সওদাগর হূরানবা অসি কৈশুমশঙদা থমগ্রে, মাগী মী পুম্নমক থাদোকগ্রো হায়না হুকুম তৌরকপদা, শ্রীবৎস মঙক্তা মফি য়েন্তুনা ইকু নিংথৌ! ঐগী দশাহনা অসুম থোকউ হায়দুনা থোকঙবনি, ননাই অসিবু কঞ্জবগী ভিক্ষা নিজরী হায়না খুরুমখি। ভদ্রা পোকপা নিংথৌ—সুংঙাইদা ইবুংঙো, নঙদি ঐঙোন্দগী হেন্না চাউবা নিংথৌনি, নঙগী ননিং তৌবা য়াগনি। অসুম হায়না সওদাগরবু থাদোক্তুনা বিদায় হেক পীবদা শনিপ্রভূ লেঙথোরক্লে—শ্রীবৎস! ঙসিগী খুদক অসিদগী হৌনা ঐ নঙবু ঙৎলরোই; মতুংদম্ম কনাগুম্বনা শ্রীবৎস, চিন্তা, ভদ্রা হায়বা মিংশেন অমুম অসিবু সঙ্কা৷ অহুমদা শোঞ্জরবা মফম অদুদা ঐ চঙলরোই হায়রম্লগা মাঙথোকগ্রে। অউবা মী পুম্বা ঙক্লখি। চিন্তা, ভদ্রা পুদুনা মপুরোইবগা লোয়ননা ভদ্রা পোকপা নিংথৌ অমসুং মহারাণী খুরুম্লগা ময়াম পুম্নমকপী বিদায় লৌদুনা মরৈবাক্তা

হনখিদুনা নুংঙাইনা পানখি। সওদাগরনা কামগী লমচৎনি, শ্রীবৎস চিন্তানা "প্রেম" গী লমচৎনি লীলাগী মফম ওইবা সংসারদা অসিগুম্বা খূদমগী অরাৎপা লৈতে।

জগৎকী জীব অপূম্বা তাইবংপানগী লীলা অসি য়াওরিবা ঙাক্কনি। অদুবু হয়ুম মপূং চল্লক্লবদা, উনশা পূম্বা থুইজিল্লক্লবদা ইপোকথোক ইয়া লাংলক্লবদা, খূন্তা পায়বা চৈশূনা থক-থক নীক্লক্লবদা. সংসারগী শান্নরিবা লীলা অসিবু অদুম তুক্কচ্চরক্কনি. মতম অদুদা মাগী মাগী মফমদা হজিন্দুনা, মাগী ওইবা মীশিংগা উনবা পায়রক্কনি। অদুদগীদি সোলানা তূবা লীলাগী পোষাক লীলা শান্নফমদা হুঞ্জেকলমদুনাময়ুমদা মতম কুইনা পোগাবা কংলুগনি। অসুম্না কাম অমসুং প্রেমগী মরমদা এখোয়না খজিক্কুং খঙবা ঙমলে।

সচ্চিদানন্দ ওইবা ভগবানগী হলাদিনী শক্তি কৌবী মাগী প্রেমগী শরুক অদুনা মতম পূম্বদা মশাগী নুংঙাইবা রস চাদুনা লৈরি। অদুম্বা প্রেমগী শরুক অদুবু "শুদ্ধজীব" অশেংবা থরায় কৌই। শুদ্ধজীব হায়রিবা অসি ভগবান্দগী তোঙানবা অমসুং তোঙান্দবা ভাবতা, শরুক চাম-চামা থোকপগী শরুক অমমমতং ভগবানগী আনন্দ রসবু চাজরিবা অসি মশীং লাকঙমদে। আনন্দতনা (হরাও নুংঙাইবা অসিতনা) জীবগী হিংনিংঙাইনি। অচুম্বতা তৌনিংলিব, ভগবানগী কোকপা হোংবা য়াদ্রবা ইচ্ছাদা তোংদুনা জীব পূম্বা অসি প্রকৃতিনা পাবা ফীজেৎ লৈতেং তোদুনা মীদগীনা য়োং কাওবা শাদুনা জগৎ কৌবা লীলা

শান্নফম অসিদা লীলাগী থৌরাংতনি তৌনরিবা, মানা মানা হৈনজবা পামজবা হিন্নমদা অদুম লূপ্তুনা অশিংবা, অপঙবা, অঙাওবনাচংবা শাদুনা লৈনরি। মখোয়না ভূতপু পেলহন্নবগীদমক পূজা তৌই, ভূতপু পেলহন্নবগীদমক ভূতপু হাত্তোকই। ভূতপু পেলহনবঙনা ভূত ওইবা হকচাংগী পান্দমফম ওইনৈ; অদুম্নদি ওইরবদা মখোয়গী থন্নুংদা মথেক্তি লাদবা নিত্যানন্দরস (মতম চুপ্পা নুংঙাইনিংবগী রস) ফংনিংবগী রাখলদি লৈতবা নত্তে।

ঐখোয়গী হকচাং মন্নুং অসিদা কাম অমস্তুং প্রেম অনিমক মতম [illegible] হংগিন্নতুনা লৈ। পুক্নিংদা তোংদুনা ভূতনা হকচাংদা মানা মানা পামজবা ভূতকী মশক ওইবা পোৎকীদমক মথরায় য়াওনা তোৎনরি অমস্তুং তোৎনহল্লি। পোৎ অমদগী পোৎ অমদস্তু লামলি, অদুবু শুপপেন পেন্দে। মরমদি মখোয়গী মশানা পাস্নহু ফংদ্রি। মখোয়গী নিত্যদেহনা পাম্লিবদি (আনন্দ) নুংঙাইবা; অদুবু কামাতুর (কামগীদমক্তা রারিবা) ওইবা থম্মোয়না মপানগী পোৎকীদমক্তা পুক্নিং লাঙডি। খৌরাংলিবা মীনা ঈশিং নিবদা, কৈ অমা হেক পীশিল্লগা খৌরাংবা কোক্লোই। কামান্ধ (অপাস্বনা মিং তাঙলবা) ওইবা পুক্নিংদা তোঙাল-তোঙানবা পোৎ ফংননবা হোৎনৈদি হায়রবু থম্মোয়নুংদদি নুংঙাইনিংবগী রাখলদি অদুম লৈরিবনি। নুংঙাইনিংবগী লেঙদ্রবা রাখল অদুতনা মখোয়গী হিংননবা মরম ওইরিবনি। মতম কুইরবদগী নুংঙাইনিংবা রাখল লৈবা অদুদি কাউবা ঙমদে। আনন্দ হায়বা অসিমক ব্রহ্মনি, অদুগুম্বা আনন্দ ব্রহ্ম অদুদগী জীব থোরকপনি। মরম

অসিনা জীবগী মহৌশানা পাঃমজবা অসি নুংঙাইবতবুনি। সনাগী চফুদা অহোবা ( য়ুফম ) লৈরবদা লৈপাক্লা মেনবনা চৎনবা য়াদবগুম, নুংঙাইবতা পাম্বা দেহ চফুগী অহোবা (অরাৎপা) হায়বদি রাৎলিবা নুংঙাইবা অদুবু জগত্তা, স্বর্গদা লৈবা পোৎ অমত্তনস্ত ফূলহনবা ঙমগদবা লৈতে। জীবনা প্রেমগা লোয়ননা পরমানন্দগী মশক ওইবা থোইদোকপা পোৎ অদুবু ফংননবা থনূংদা খল্লি অদুবু কামগী ফত্রবা পাউতাকনা মখল মখা অয়াম্বা মপানগী পোৎপু থিরী ; মরম অসিনা অপেনবা করিমতা ওইরোই। ভানিঙববু নুংঙাইবা থেংনরগা কোক্তে, শম্ননিংববু ফজবা উরগা পেনবা নত্তে, উনিংববু থক্লগা পেনবা য়ারোই, থকনিঙ চানিঙববু মনম নুংশিবা ফংলগা পেল্লোই ; অসিগুম্নদুনা নুংঙাইবা পাম্ববু করিগুম্বা পোৎ অমনা পেলহনবা ঙম্মোই। কনানা ময়ুম পাননিংই, কনা অমনা মচা পাম্মি, অদুগা কনা অমনা মরল পাম্মী ; মীওং অহুম অসিগী কামনা মান্নদে। অদুম্নদি ওইরবদা মখোয় অহুম অসিগী খোরাংনরিবদি নুংঙাইবা অসিমতবুনি। মী অমত্তনা নুপী পাম্মী, মচা পাম্মী, মরল পাম্মী। মহাক্না পাম্লিবা ( কাম ) পোৎ অদুদি হোংলি, অদুবু প্রেম অদুদি হোংদে ; প্রেমথী থবক্তি নুংঙাইবনি। অদুম্বা নুংঙাইবগী খোরাংবা অদুদি নুপী পাম্বা, মচা পাম্বা, মরল পাম্বা অসিগী হৌরকফমদা মতম পুম্নমক্তা চপ্‌ মান্ননা অহুম লৈ। তোঙান তোঙানবা ওন্থোরুক-লিবা পোৎ পাম্বা অদু "কাম" কৌই অদুগা ওন্থোক্তবা থুগায়বা রাদ্রবা নুংঙাইবা পাম্বা অদুবুনা "প্রেম" কৌই। মরম অসিনা

কাম অমসুং প্রেম হায়বসি জীবগী থপ্লোয়দা মতম অমদদা পুম্না অদুম চৎমিন্নৈ। পাক-চাউরবা জগৎকী লীলা শান্নকম অসিদা অশেংবা "ঐ" অসি অশাবা "ঐদা" তিন্দুনা অসুক কুইনা অসুম চৎনরক্লবনি। ঐগী অশেংবা "ঐবু" কনানো, অশাবা "ঐবু" না কনানো অমসুং অশেংবা "ঐগী" হায়বনা কনানো, অশাবা "ঐগী" হায়বনা করিনো হায়বা অসি খণ্ডনা অসুম পুন্সি লোম্নরি। মরম অসিনা কাম অমসুং প্রেমবু অমত্তনি হায়না কোক লৌনরি। লৌনরিদি হায়ববু ভুক্তচফম ওইরবা লীলা অসিদগী ঙাইহাক্তং মতম কাইথোক্লুনা খল্লবদি, খেন্নবা অসি খঙবদা করিমত্তা রাৎলোই—মশানা পোপ তাগনি।

হৌজিক্তি প্রেমনা নিত্য (মতম পুম্বদা লেঙদবা), কামনা মতম মতমদা হেক-হেক লাকপা অনিত্তনি হায়বা খঙলে: প্রেমনা অপ্রাকৃতনি অমসুং সুংঙাইনবগী মরমনি অদুগা কামনা প্রাকৃতনি অমসুং পোৎকী মরম্নি। প্রাকৃত ওইবা পোত্তা অশেংবা সুংঙাইবা লৈতে, ময়াই কাবা পোৎ য়োনফম ভুকান্দা পোৎ লৈবা চৎপগুম্বনি। জীবনা পঙভুনা মচা মরন্দগী সুংঙাইবা পাম্মী, অদুনা থবক পাঙথোকপা ঙমদ্রিবনি। অাইবক ফত্তুনা সংসারগী নেশা (ময়ায় কাবা) অদু চৎখিবা মতমদা (লোইরবদা) মশানা মশাবু অদুম খঙজরক্কনি—"ঐ" সে কনানো অদুগা ঐগী হায়বনা করিনো হায়বদু, মতম অদুদা খঙবা ঙমগনি— "ঐ" অসে শরু শদোংগী হকচাং নত্তে, "ঐ" অসে চিদানন্দগী মরিক অমনি, চিদানন্দ ভগবানগী ঈপাক্তা তিঙবা ঙম্নবদি অরেপ্পা ওইরে—

তোংজরে—শান্তি ওইরে। অদুগুম্বা নুংঙাইবগী ঈপাক্তা ত্রিভুবন-বগীদমক জীবনা মতম পুম্বদা থম্মোয়নুংদা খোরাংডুনতা লৈরিবা অদু প্রেম হায়বা অদুনি। মীওইবা মপোক্তা কামগী মনম কাওবা য়াওদবা শেংলবা প্রেম উৎননবগীদমক্তা প্রেমগী মশক ওইবী গোপীশিংবু পান্দম লৌডুনা আনন্দ মূর্তি ওইবা মদন-মোহন শ্রীকৃষ্ণগী রাস লীলা শান্নরিবনি। মাসিদা অশেংবা মিৎনা উবা পোৎকী মতেং লৌডুনা কামগী নুংঙাইবা শকক্তা মনম কাওবা য়াওবা নত্তে। ॥ ॥

তদোড়ুরাজ ককুভঃ করৈর্মুখং
প্রাচ্যা বিলিম্পন্নরুণেণ শন্তমৈঃ।
স চর্ষণীনামুদগাচ্ছুচো মৃজন্
প্রিয়ঃ প্রিয়ায়া ইব দীর্ঘদর্শনঃ ॥২॥

**অর্থ :—** মতম কুইনা লংফে চৎলুরবা তুংদা মযূমদা হল্লক্রবা নুপানা মাগী নুংশিরবী নুপীদা মখুৎমক্তা কুঙ্কুম চন্দোন তৈবিবগুম মপুং ফারবা থানা মাগী ঈংলবা মখুৎনা নোংপোক মায়কৈ মায়শুম্বদা ঙাংঙ্ানবা থাবল মঙাল্লা লৈতেংবিবদা থবায় পানবা পুম্নমক্কী নুংথিলগী মৈশা কোকহন্দুনা থোক্লকপা হোরে।

**নুংগী রস :—** শ্লোক অসিদা তত্ত্বগী রাকম থোইদোকপা লৈত্তে। অদুমকপু খরদং নৈননিংঙাই ওইবদি - অঙাং নাবদা অকনবা অখাবা হীদাক থাবা তারবদি অথুম্বা চিনিগুম্বা খরা রানবা তাই। পরমানন্দ ওইবা ভগবান্দা ভক্তনা কচ্চবা আলিঙ্গন্দি খঙবদা রাবা অমত্তুং অরুবা রাকমনি। অথোইবা খুভম কংনবগী

কন্নীদি থোৌরবা ক্ষুরগী মন্নাগুম্বনি; সদগুরুগী নাক্তা জ্ঞান ফংলুদনদি পাক ওইবা য়ারোই। মাঙখিগদবা, হোংদোক হোংজিন নাইরিবা জগৎকী মনুঙদগী মমল য়াম্লবা পোৎপু ফংগে হায়রবদি মপান নাইদ্রবা থোৌনা শীজিন্নগদবনি; কোন্গ্রে্রংগী মনুংদা লৈবা মুক্তা ফংগে হায়রবদি থরায়বু নুংশিবা থাদোক্কনা লুরবা সমদ্রু ঈচাওদা লুপকদবনি। খনিদগী থোকপা হীরানচিংবা ফংগে হায়রবদি গুরা মন্নবা খনি মনুঙদা চঙবা তাবনি। ঈশিং লৈত্রবা মরুভূমি (নুংশা তরংগী লম) শা কৈনা থল্লবা উমং, লান্থোকপদা রাগদবা রাংলবা লোইবী চাংঙাউ লান্দনা, দেশ অমদগী দেশ অমদা চত্তুনদি লৈরিবা লন চাওখংলোই। লৈপাক্কুম্না মাঙখিগদবা জগৎকী পোৎকী লম্নীমক্তা অস্তকী মংক চৎঙমদনা শাথিরবদা, লেঙলরোইদবা, অচুম্বা, ইন্দ্রিগী রাংমদা লৈত্রবা আনন্দ তৃপ্তি অদু ফংননবগী লম্বী অসিদি কয়ামূক শাথি-গদগে, খল্লুবদা অকিবা পোকই। মহাকপু ফংগে হায়রবদি কাম্নচিংবগী তথক্করবা ঈথৎ মপান নাইদ্রবা জগৎকী ঈপাক লানবা তাই; হরাও-তয়াম্বগী মশক ওইবা ঈশিং লৈতবা তমথিরবা সাধনগী লম্বী লান্থোকপা তাই; থাদোকপদা রারবা মিহৌবা, কল্লকপা, শিংচা-য়াইতম্বা মতৌ লান্থোকপা তাই। অসিগুম্বা শাথিনা লানঙমদ্রবা সাধনগী লম্বী উদুনা, কে-মৌবা পাম্বা মীওইবনা কিদুনা লম্বী অসিদা চৎনিঙদে অমসুং পাক চঙশিনবা ঙম্নদে। মখোয়না চঙশিন্দ্রবসু থোজাল হৈবা ভগবান্নদি মখোয়বু থাদোকপিদে; ইবুংঙো মানা জীববু সংসারগী লায়নাদগী

কোকহনবিদুনা মাগী মফমদা চিংশিনবিগেতা খনবিবনি; ঐখোয়না পুক্নিং অনি লোঙদনা মঙোন্দা চঙজবা রাংপদগী তৌবনি। মরম অসিনা মশাগী স্বরূপ শক্তিগা লোয়ননা রসরাজ ওইনা শাইওনবিরক্লুনা নীংথিরবা রসনা থল্লবা, ফজরবা মিত্তাফম ওইরবা লীলা শান্নবিররিবা অসিনি। মহর্ষি বেদব্যাসনস্থ জীববু চানবিদুনা কাব্যগী রসতা, কাব্যগী লোন্দা অমসুং ভাবতা, শাগৎপদা পাক ওইবা ঙমফদ্রবা লীলা অসিবু সনাগী মুকনা ইদুনা থম্বিরম্বনা লানঙমদ্রবা লম্বী অসিবু লায়না লানবা ঙমহনবীরে।

বেদাঃ পুরানং কাব্যঞ্চ প্রভূমিত্রং প্রিয়েবচ।
বোধয়ন্তিতি হি প্রাহু স্ত্রিবৃদ্ ভাগবত পুণঃ॥

( বেদ হায়বসি প্রভূগী মশক্নি, পুরান্না মরূপ্নি, কাব্যনা চান্নবীগী মশক্নি হায়না মহাজনশিংনা হায়নৈ। শ্রীমদ্ভাগবত হায়বা অসিদা প্রভূ, মিত্র অমসুং চান্নবা-চান্নবী মরম অহুম অসিবু পূন্না পাউতাক পীবিরী )। মহর্ষিনা থাঙ্গৈশেংনা থোকগিবা থবক অসিবু কাব্যগী ভাবতা লেংথোক্লুনা শ্লোক অসিদা কাব্যরস ফোঙদোক্নি। রস পুন্নমক্কী (১) বিভাব ( লেঙদ্রবা রাখল ), (২) অনুভাব ( খল্লিবা অদুগী তুংইনবা ) অমসুং (৩) সঞ্চারিভাব ( রাখল মথং মথং পোকপা ) মখল অহুম অসি লৈ। বিভাব মখল অনি শুরি—(১) আলম্বন বিভাব - পোৎ অমগী মতেংনা রস অমা থোকহনবা, অদুগা (২) উদ্দীপন বিভাব—যেশা পোৎ ময়াম্না রস থোকহনবা। রাস লীলা অসি য়াম্না ফজবা রসনা

থল্লবা লীলানি। মধুর রসকী লেঙদবা ভাবতি রতি, আলম্বন বিভাবতি—নায়ক-নায়িকানি অদুগা উদ্দীপন বিভাবনা মপুং ফারবা থাজ, মীচিক্লবা নৈরাংগী লৈকোল, ঈংলবা মালংবা, কোকিলগী মুংশিররবা খোঞ্জেলনি। শ্লোক অসিদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণ মশামক অমসুং গোপীশিং আলম্বন বিভাব অমসুং থাবল, মাল্লিকা কুগায়না শাংলিবা উদ্দীপন বিভাবনি। উদ্দীপন বিভাব অসিনা নায়ক-নায়িকাগী রস পোকহল্লি। শৃঙ্গার রসকী হেক উৰগুম্বা ৰ'রেং নত্রগা তাবদা ওইদ-ওইরবোই খল্হনবা ব্রারেং অসিনা পারিবা অমসুং তারিবা পুম্নমকপু থম্মোয় চৃশিন্না রস পোকহল্লি। মরম অসিনা পূকচেল চাউরবা বেদব্যাসনা তুংদা পারকদোৌরিবা, তারকদোৌরিবা পুম্বনা মায় ওশিল্লক্লবগীদমক মুক্তি পীনবিবা ওম্বা রাস লীলাবু হায়নিঙাই লৈতনা নুংঙাইবা পোকহনবা কাব্যরস ওইনা ইবিরম্রে। নিংশিংবা থোক্লরোইদবা মতমদগী হৌনা পাক-চাউরবা ব্রহ্মাণ্ড অসিদা মিৎনা উবা লীলাগী মকোক ওইনা লৈবিরিবা অমসুং কোঙ্গোন্দগী পোকপা, নাউয়োমদগী পোকপা, মরুমদগী পোকপা, লৈপাক্তগী পোকপা জীব পুম্নমকপু মাগী নিয়ম মতুংইন্না থবক তৌহন্দুনা ভাবকী লীলা শান্নবীরিবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মাগী শক্তি পুম্ববু পুথোক্লুনা ওইথোক্লবা ( অপ্রাকৃত ) লীলাবু থাঙ্গেশেংবা ( প্রাকৃত ) লীলা ওইনা শান্নবিরি।

চতুর্বর্গ ফলপ্রাপ্তিঃ মুখাদল্পধিয়ামপি।
কাব্যাদেব যতস্তেন তৎ স্বরূপং নিরূপ্যতে॥

( কাব্যদগী পূকচেল থোৎলবা মীওইবনা ধর্ম্ম, অর্থ, কাম অমসুং মোক্ষ মথল মরি অসি ফংবা ঙম্মী। ) হৌজিক্কী মতমগী

অহৈবশিংনা রামায়ণ, রঘুবংশ, মাঘনচিংবা কাবারত্নশিং আস পারগা লোন্দা, লৈতেংনচিংবতদা নৈনদুনা লৈ। কনানা অইবা মীবু খাগৎলি, কনানা নিন্দা তৌই। কাবা ইরিবা অদুগী লমচৎকী মরমদদি মী শরতনা মখনবি। কাব্যদা হায়রিবা লমচৎকী মরমদা খল্লুরবদি ধর্ম্ম, অর্থ, কাম অমসুং মোক্ষ ফংনিঙাই ওই হায়রবা অসিদা চিংননিঙাই লৈতবনি। লৌকিক কাব্য (মীচম্না ইবা কাব্য) নৈনবদা মুক্তি ফাওবা ফংলবদি, লাইগী শাইওন ওইবা মহর্ষি বেদব্যাসনা ইরম্বা শাস্ত্র পুম্নগী মকোক ওইবা শ্রীমদ্ভাগবতকী মনুং চনবা কাব্যরসনা থল্লবা শ্রীকৃষ্ণগী রাস লীলা পারগা নত্রগা তারগা মুক্তি ফংগনি হায়বদা করি ঙকনিঙাই লৈখিগদগে? তত্ত্ব খঙলবা পণ্ডিতশিংনা হায়রম্লে—রাস লীলাগী শৃঙ্গারগী রাফম অসি নমথাক্লি অওইবমক্তি মসি অরান খুভম পীনবিবা রসনি। রাস লীলা তাজবা অমসুং শোঙবগী ফলদি মুক্তিনি হায়না ব্যাসদেবনা হায়রম্লে। ভক্তযোগী শুকদেবনা পরীক্ষিৎ মহারাজগী মফমদা রা অসি ফোঙদোকপিরে, টীকাকার পুম্নগী মকোক ওইবা শ্রীধরনসু মসিবু অহোইনদুম শোগৎলে। রাসলীলা অসি হেক ফোঙবদগী হৌনা ধর্ম্মদা মায় ওনশিল্লিবা ভারত মচা কয়ানা যুমপোং খুদিংদা লীলা অসিবু তানরী, মসিমক্তু মোক্ষ পীনৈ হায়বগী প্রমাণ ওই। থবক লৈতবা মীগী মতম লেম্নবা, কেথোকমৌথোকপা মীগী ভাইহাক মুংভাইনবগী লাইরিক নত্তে—রাস লীলা অসে। থম্মাল হেক্কে নিঙলগা তিম্বং কিদুনা তোক্লবদি নত্রগা মণি উরগা মণি শঙলিবা লিনশিংবু কিদুনা তোক্লবদি করিমত্তা

কান্নরোই। রাস লীলাগী মপানগী কুয়োম ওইবা শৃঙ্গার রসতা যন্দুনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী ভক্ত অমসুং ভক্তবু চানবিবা অদুগা গোপীশিংগী মশক অমসুং ভগবান্দা লৈবা প্রেম অদু খম্নদুনা ধর্ম্মদা থৌরাং-বিরিবা মশাগী চাওখৎপা পাম্লিবা সংসারগী ঈপাক লাম্নিংলিবা মী পূম্নমক সাধনগী অয়েবী রাস লীলাবু লুনা তৌবা চুম্মি হায়জনিংই।

দৃষ্টা কুমুদ্বন্তমখণ্ড মণ্ডলং
রমাননাভং নবকুঙ্কুমারুণম্।
বনঞ্চ তৎ কোমল গোভি রঞ্জিতং
জগৌ কলং বামদৃশাং মনোহরম্ ॥৩॥

অর্থ :— রাস শান্ননিংলিবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা লক্ষ্মীগী মায়থোং খপালগুম নীংথিরবা, ভাঙ্‌নবা মচু পুদুনা থরো কৌবী লৈরাংবু শাকায়হল্লিবা থাবুম শাবা মতৌ অদু য়েংদুনা অমসুং ঈংলবা থাবল মঙাম্না শ্রীবৃন্দাবন অদুবু ভালহন্নকপা অদুদা শক্তি মিরা মানবী ব্রজগী ইবেম্মশিংগী পূক্নিং চুনবগী মশক ওইরবা খুংশিরবা খোন্থাংনা মুরলিদা ঈশৈ শক্লে।

নুংগী রস :—মথক্কী শ্লোকতা উদ্দীপন বিভাবকী বা হায়রে। বস পোকহনবা মপূং ফারবা থাজগী মায়থোং উবদা ভগবান্না লক্ষ্মীগী মায়থোং নীংশিংলক্লে; মরম অসিনা রাস শান্ননীংবগী অপাম্বা ঈহৌ অমা কন্না হৌরক্লে। পাবিরিবশিংনা য়েংশিন-বিগদবদি—কজবগী শীংখানবকপদা কবিশিংনা থাগী মায়থোংবু পৈম্নে; অদুবু মকম অসিদদি মহাষিনা মাচু হায়দদুনা "লক্ষ্মীগী মায়থোংগুম্বা থা" হায়রম্নে। থাগী মায়থোংগুম্বা হায়রবদি থাগী

ফজবা মায়থোংগী শরুক খজিক্তুংদা ওইরবস্থ য়াওবা তাবনি, মশা পূম্বদি মান্নবা নত্তে। মফম অসিদা লক্ষ্মীগী মায়থোংগুম্বা থা হায়রবনিনা লক্ষ্মীগী ফজবা মায়থোংগী শরুক খরদি থাদা লৈরে। পান্দমনিঙাই লৈতনা ফজরবী লক্ষ্মীগী হায়নিঙাই লৈতনা নীংথি-জরবা অদু উৎপনা মহর্ষিগী পান্দমফম ওইরে। ফজবা হায়বা পোৎ অদুগী শরুক খরা ফংবনা থাবু ফজে হায়না লৌনৈ। অদুগুম্বা ফজবগী তুংনফম ওইবা শকলোন অদুদি লক্ষ্মী মশামক্তি। ফজবগী শরুক খরদা য়াওবদা ফজরবদি ফজবা মশা অদুদি কয়া ফজ-রমগদগে হায়বদু রাহৈনা ফোংদোক্লিংঙাই লৈতে। অতোপ্পা পোৎচঙ অমা য়ানশিন্দনা ফজবা অদুতনা নুপীগী মূর্ত্তি অমা শেম্বা তারবদা, অদুগুম্বা য়ানশিন্দবা মূর্ত্তি অদু লক্ষ্মীনি। মরম অদুনা লক্ষ্মীগী ফজবা অদু ফোংদোকপা ঙম্বগী রাংমদা লৈখ্রদুনা মুনিনা ওন্ন-তৈনবা মশক মান্নবদা লৌশিং তৌদুনা অম্নম্না হায়রম্নবনি।

ঐশ্বর্য্যগা প্রেমগা মরী থাংনরবদি অশেংবা রসকী মশক থীহল্লি। বৃন্দাবন্দা শান্নরিবা বংশীধারী রসরাজ শ্রীকৃষ্ণনা প্রেমগী মশক ওইবী গোপীশিংগা শান্নগে নীংলক্লে; অদুবু লক্ষ্মীগী মায়থোং নীংশিংলুবদা গোপীশিংগা লোয়ননা শান্ননিংবগী রাখল পোক্লবদি রস অসি মশক অমা ওনখ্রে (থীখ্রে) হায়বদি গোপী-শিংদগী লক্ষ্মীনা হেনবা ওইনা থোক্লে। অসিগুম্বা চিংনবা অসি লৈবদগী পুকচেল চাউরবা বৈষ্ণব টীকাকারশিংনা শ্লোক্তা য়াওরিবা "রমা" শব্দ (রাহৈ) গী অর্থ অসি রাধানি হায়না হল্লি। ওম্হোক্লা

ফজবা ভাব মপুনি। অদুগী "রমা" শব্দগী অশেংবা অর্থদি লক্ষ্মীমকনি। লক্ষ্মীনি হায়না লৌরগন্থ রস কায়দবরা হায়বা অমুক্তং য়েংথোকপা ফগদ্রা?

মপূং ফারবা থাজগী মায়থোং উবদা লক্ষ্মীবু নীংশিংলক্তুনা ভগবান কৃষ্ণনা মুরলী খোংদুনা গোপীশিংবু কৌরক্লে; চাংদমনিংডাই লৈত্তনা ফজবী ঐশ্বর্য্যনা তিন্দুনা লৈবী লক্ষ্মীগী ফজবা নীংশিংলুবদগী প্রেমগী মশক ওইবী গোপীশিংগী কেবা মৌজবা লৈত্তনা ফজবা অদু ভগবানগী পূক্লিংদা খল্লক্লে। মাসিদা গোপীশিংগী ভগবত প্রেম হেনগৎপা অমস্তুং ভগবানগী ভক্তবু চানবিবা অয়েবা ভাব ফোঙদোক্লে হায়বা অসিদা করিস্ত চিংনানিংঙাই লৈত্রে। লক্ষ্মীদি ঐশ্বর্য্য (ঐ মঙায়রে হায়বা নাপল) অমস্তুং ফজবী হায়বগী শেম্বীবা লাইরেম্বীনি। অদুগা গোপীশিংদি লৈত্তেং য়াওদবী ইচম চম্বী বন্দা লৈবীনি। লক্ষ্মীদি স্বর্গগী লৈত্তেংনবা পোৎনা লৈত্তেংলবীনি, অদুগা গোপীদি কেজ-মৌজ লৈতবীনি; লক্ষ্মীনা মশাগী ঐশ্বর্য্য উত্তুনা ভগবানবু খুদুম চল্লি অদুগা গোপীশিংনা মশানা থরায় কৎপনা অমস্তুং থম্মোই কৎপনা ভগবানবু পেলহনবা পাম্মী। লক্ষ্মীগী ফজবনা পানদনি, গোপীগী ফজবনা নুংদনি; লক্ষ্মীগী ফজবনা তথক্লবনি, গোপীগী ফজবনা লেঙদবা অরেপ্পনি। শঙ্খ, চক্র, গদা, পদ্ম পায়বা ঈশ্বরগী শক্লোন উদ্রগদি লক্ষ্মীনা ভগবান্দা ভক্তি পোক্তে, গোপীদি ভগবানগী শক্লেলনহাগী ফীজেত্তুদক্তাও হেক্তা থম্মোয় পেৎলি। (থাজগী মায়থোংদা অহোংবা নাইবা মপানগী ফজবা লৈ, নুংগী ফজবা লৈত্তে;)

মরম অসিনা প্রেমগী পুমলং লংলবা গোপীশিংগী ফজবদু থাজদা লৈতে। রাধাগী মায়থোংগুম্বা থাগী মণ্ডাল হায়রগদি মদন-মোহন মোহিনী (মদনমকপু শুম্বাংপা ঙম্বা কৃষ্ণবু শুম্বাংপা ঙম্বী) রাধাগী ময়েং তাবনি। মরম অসিনা শ্লোক্তা য়াওরিবা "রমা" শব্দগী অর্থ অসি লক্ষ্মীনি হায়না মহর্ষিনা খল্লম্বা তাই। মপুম ফাবা থাজগী মায়থোংদা লক্ষ্মীগী মায়থোংগা মান্নবা উদুনা ভগবান্না শান্নবীংবা রাধল পোকপদনি; প্রেমময়ী গোপীশিংগা নত্তনা বৃন্দাবন বিহারীগী শান্নবীংবদা পেনবা লৈতে। ইবুংঙো মহাক্তি প্রেমতগী মথা পোনবনি, ঐশ্বর্য্যগীদি করি অমত্তম্থ ওইদে। মরম অসিনা ঐশ্বর্য্যগী মশক ওইবী লক্ষ্মীবু থওইদদুনা প্রেমগী মশক ওইবী গোপীবু কৌরিবনি।

লমজিংবিবা অমগী তুং ইল্লগা পরমাত্মা অসিবু হেক ফংগদবা নত্তে, ইচঙ থৌবনস্থ ফংগদবা নত্তে নত্রগা শাস্ত্র য়াম্না পারগা, হৈরগা হেক ফংবস্থ নত্তে; পরমাত্মা অসিনা পাম্বিরিবা মহাক অদুতনা মাবু ফংবনি। মশক পাননা চোংথোরক্লবা পরমাত্মানা বাঁশী খোংদুনা গোপীশিংবু কৌবীরক্লে। থম্মোয় থোৎলবী গোপী-শিংনা মাগী মাগী মশারোমদা য়েংখিদনা, থা চুপ্পা অকনবা নিয়ম তৌদুনা কাত্যায়ণী পূজা তৌদুনস্থ ভগবানবু ফংবা ঙমখিদে. ফংদুনস্থ ফংখিদে। হৌজিক্তি গোপীশিংনা য়ুমদা ক্ষমদুনা মাবুতা নীংদুনা লৈরবদা ভগবান্না মথোয়বু ফংননবগীদমক লাওতক্লরক্লে। পুম্নমকপু চানবিবা ভগবান্না গোপীশিংদা পানশিন্দুনা মীওইবা পুম্নদা ইজিত পীবিরি—"গুরুগী পাউতাক লিশীং লিশীং ওইদুনস্থ

ইচঙ লক্ষা অমা থৌদুনস্ত বেদ কোটি পাদুনস্থ, থম্মোয়গী অমোৎপা খজিক্কুং লৈরবদি ঐবু ফংবা ঙম্মোই, লিশীং লক্ষারক কৌদুনস্ত ঐগী পাউখুম ফংবা ঙম্লোই, নহাক্না ঐবু ফংবগী মতিক হেক চারকপদা গোপী ভাব হেক ফংলকপদা, ঐ ইশানা নঙবু কৌরকনি।" লীলা রস অসিবু চপ্পরিবা মীশিংনা মসিদা পেন-বিরগনি, অদুগা ধর্ম্মদা মায় ওনশিনবীরিবশিংনা জীবচৈতন্য অমস্তং থম্মোয় গুরুগা লোয়ননা লীলা অসিদা তিনশিনবীদুনা য়েংবীরো, খঙবদা ৱারবা ধর্ম্মগী তত্ত্বদা খল্লুদুনা মুংঙাইরবা লীলা অসিবু রস ময়েং তাননবা থোক্লগনি।

বাঁশী করিনো ? পরব্রহ্মনা স্বর হোন্দোক-হোঞ্জিন তৌবদগী বেদ পুরাণ, ইতিহাস পুম্নমক থোরকপনি। মুংশিৎনা য়াম্নুংদা নাতোন্দা চঙদুনা বাঁশীদা থোরক্লগা বাঁশীগী ঈশৈ ওইরে। বেদ পুরান্দা কর্ম্ম, জ্ঞান, যোগ, ভক্তিনচিংবা ঈশ্বরগী নাক্তা নক-শিন্নবগী ৱা লৈগে মখৈ লৈজসনু, মরূদি পুম্নমক থাদোক্নুনা পরমানন্দ ওইবা পরব্রহ্মদা তিল্লু। ভগবান্না বাঁশীগী ঈশৈদা হায়রি— পুম্নমক থাদোক্নুনা ইনাক্তা লাকউ, ঐগা পুল্লো, ঐগা কোম্নসি। গীতাদস্থ ভগবান্না চান্নরবা মরূপ অর্জ্জুন্দা কর্ম্ম, জ্ঞান, যোগ, ভক্তিনচিংবা পুম্নমক তাকপিরবা তুংদা বেদ, পুরান্দগী মচি ওইবা বাঁশীগী ঈশৈবু তাকপিখি—

সর্ব্ব ধর্ম্মান্ পরিত্যজ্য মামেকং শরণং ব্রজ।
অহং ত্বাং সর্ব্বপাপেভ্যো মোক্ষয়িষ্যামি মা শুচঃ॥

( ধর্ম্ম পুম্নমক থাদোক্নুনা ঐঙোন্দতা চঙজো, ঐনা নঙবু পাপ পুম্নমক্তগী লাম্থোকপিগনি, ৱাগনু। )

বেদগী মচি অমস্থং গীতাগী তত্ত্ববু কনানা চপ চাবা খণ্ডগদগে। মী পূম্বনা রা পূম্বস্থ চপ মান্নবা পাম্বা নত্তেদো। মরম অসিনা বেদ, পুরাণ, গীতা পারগা অখণ্ডবা কয়াগী তোঙান তোঙানবা মত থোরকই। ভগবানগী বাঁশী ঈশৈস্থ পূম্নমক্কা চপ মান্নবা তাখিদে—যশোদানা ইমা ইমা, শ্রীদামনচিংবা ব্রজগী নহারোম্না শ্রীদাম; সুবল, মন্নীশিংনা—শ্যামলী, ধবলী, গোপীশিংনা রাধা-রাধা অস্তুম হায়না কৌবা মহৈ মহৈ তানৈ। মরম অসি লৈবনা মহর্ষি বেদব্যাসনা "কলং জগৌ" হায়বনি। "কল"গী অর্থদি ময়েক লাদবা নুংশিবা খোন্থোক হায়বনি; ভগবানগী বাঁশীগী ঈশৈদি নুংশিবা পূম্নমক্কগী হেন্না নুংশিবনি, অদুম্না্দ ওইরবদা ময়েক শেংদে। বেদ, পুরাণ, গীতানচিংবা ধর্ম্ম শাস্ত্রস্থ খণ্ডবদা লুই; ইবুংঙো মাগী মচৎ অরুবা অদুগুম শাস্ত্রস্থ অদুম লূইল্লি। গীতানা মাসিগী খুদম্নি—গীতাদি যোগনা অথোইবনি হায়, যোগ পাম্বা মীনা, জ্ঞান পাম্বা মীনা গীতাদি জ্ঞান্না অথোইবনি হায় অদুগা ভক্তনা গীতাদি ভক্তিনা অথোইবনি হায়। মানা মানা পাম্বা মওংদা গীতানা মাবু কৌরী হায়। বেদগী মরু ওইবা কৃষ্ণগী বাঁশীস্থ অদু মঙাই। ভগবান্না অর্জ্জুন্দা হায়বিখি :—

বেদৈশ্চ সর্ব্বৈরহমেব বেদ্যো
বেদান্তকৃদ্ বেদবিদেব চাহম্॥

(ঐতনা বেদ অপূম্বগী হৌকম্নি, ঐতনা বেদগী মপুনি অমস্থং ঐতনা বেদ খণ্ডবনি।)

ভগবান্না উদ্ধবতস্ হায়বিখি :—

কিং বিধত্তে কিমাচষ্টে কিমনূদ্য বিকল্পয়েৎ
ইত্যস্যা হৃদয়ং লোকে নান্যো মদ্‌বেদ কশ্চন ॥

(বেদদা কর হায়রি, কার নিয়ম পীরি. মাসি অসিনি হায়না লেখা য়াম্না লুই) ঐ নত্তনা বেদগী মমুংদা লৈবা বাকম কনানসু খঙলোই।)

(বেদগী অর্থ খঙদ্রবা মতমদা ভগবান মশামক্তা হয়াও ভয়াম্বগী মায়খোং পুডুনা লেঙবিরক্লগা, বেদগী মচি ওইবা বাঁশী পায়ডুনা শাস্ত্র পুম্নমক্কী মরু ওইবা অর্থবু নুংশিরবা খোঞ্জেলনা খঙহনবি লাউ, ঐগী ইনাক্তা চঙলকউ পুম্নমক থাদোক্লুনা ইনাক্তা লাউ. অরা নুঙাইতবা পুম্বা কোকনি, ঐঙোন্দা কোকরো অরোইবা লৈতবা নুংঙাইবা ফংগনি।"

পরমানন্দ (থোইদোক্তা নুংঙাইবা) মত্তনা অতৈ করিসু লৈতবা পোৎ অদু "কৃষ্ণ" কৌই। তত্ত্ববিচারদা নুংঙাইবা ঙাক্তা লৈবা শরুক অদুমক্তা কুংশিন্নক্লুনা শকলোন পান্নকপা অমসুং বেদদা ব্রহ্ম হায়রিবা অদুমক্তা লীলাদা শ্রীকৃষ্ণ ওইরিবনি। অদুম ওইবা শ্রীকৃষ্ণ অদুনা গোপীশিংগী খম্মোয় অদু চিংননবগীদমক্তা বাঁশী খোংলি। জগত্তা লৈবা মীবু পামহন্নবা পোৎ পুম্বা অসিগী মমুংদা "নুংঙাইবা' হায়বা অসিগা মায়বা পামহন্নবা পোৎ অমা লৈতে, লৈরোই। জগৎ অসিদা জীবনা পামরিবা পোৎ পুম্নমক অসি "নুংঙাইবা" হায়বদুতনা চিংশিন্দুনা ভৌরিবনি। অসিগুম্বা নুংঙাইবগী লিচিং অসি অরেম্বা লৈত্তনা মতম পুম্বদা জীব পুম্বগী

থম্মোয়মুংদা অদুম চেন্দুনা লৈরি। কনানা চিংলি, কনাগীদমক অসুপ লাঙতক্লরি—মসিবু তশেংনা খঙদতুনা, মথল মথা অয়াম্বা মুংঙাইবা য়াওত্রবা পোত্তা মুংঙাইবা থিনরি। অসিগুম্বা মু'ঙাই-বতনা কুংশিন্নক্তুনা ওইবা মূর্ত্তি অদু শ্রীকৃষ্ণনি অমস্তুং শ্রীকৃষ্ণগী কুংশিন্নরবা চিংশিন্নবগী পাঙ্গলনা বাঁশীনি। বাঁশী অসিনা মপান নাইত্রবা সংসারগী জীব পুম্বা শুক্কংলি হায়দুনা মাগী মমিং "মোহনবাঁশী" কৌরী। মরম অসিনা লীলাগী তত্ব খঙলবা নিংথিবা রসবু লৌরিবা টিকাকারশিংনা বাঁশীবু ভগবানগী যোগমায়া শক্তিনি হায়রি। যোগমায়া হায়বা অসি মীগী পুক্লিং শুক্কংপা ঙম্লিবনি, বাঁশীনসু শুক্কংপা ঙম্মি। অদুনা শ্রীকৃষ্ণগী বাঁশী অসি ভোথোরকপা থবক মায়বদা যোগমায়া হায়না কৌবদা অকায়বা লৈতে। ॥৩॥

নিশম্য গীতং তদনঙ্গবৰ্দ্ধনং
ব্রজস্ত্রীয়ঃ কৃষ্ণ গৃহীত মানসাঃ।
আজগ্মু বন্যোন্য মলক্ষিতোদ্যমাঃ
স যত্র কান্তো জবলোল কুণ্ডলাঃ ॥৪॥

অর্থ:—কাম পোকহনবা ঈশৈ অদু হেক তাবদা গোপী-শিংগী থম্মোয় অদু শ্রীকৃষ্ণতদা অদুম চিংথরে। মাথোয়না চাই-ঙমদনা কৃষ্ণনা লৈরিবা মফম অদু তাম্না লাক্লরে। মথোয়গী মরক্তা কনানসু কনাগী চৎপগী থৌরাং অদু অমনা অমবু খঙবা, হৌনবা লৈনদে অমস্তুং য়াম্না থুনা য়াঙনা চৎপদুদা মথোয়গী নাদা য়ান্নিবা কুণ্ডল অদু কম্না হাইখি।

নুংগী রস :— ফজবগী, খোঞেল মুংশিবগী, অহাওবগী, মনম মুংশিবগী অমসুং চান্নবগী চিংশিন্নবা পাঙ্গল লৈ ; অদুম্বা পাঙ্গল অদুতনা মীওইবা পূম্বগী পুক্নিং লুপ্পরি। কনানা শক ফজবদা, কনানা খোঞেল মুংশিবদা, কনানা ফজবা রসতা, কনানা মনম মুংশিবদা, কনানা ভিন্নবা মুঙাইবদা, মাত্রা (চাং) হেল্লা পান্নরি। মরম অসিনা গুণ খুদিংমকী চিংশিন্নবা পাঙ্গল অমমমদি অদুম মরৈ। কুপ্পা খল্লুববদি গুণশিং অসিগী চিংশিন্নবা পাঙ্গল লৈত-বনি ; চিংশিন্নবগী পাঙ্গল লৈরিবদি "মুংঙাইবা" অসিত্তননি। ঙগৎ অসিদা ফজবা কদাইবু কৌবগে, খোম্থোক মুংশিবা কদাইবু কৌবগে, অহাওবা কদাইবু কৌবগে হায়বা অরেম্না করিমত্তা লৈতবনি। চাউবনা ফজৈ নিংবদু তোম্বদদি ফজদে, য়াইমনা হাউই হায়বদু কানাদদি পক্লদে, নৌংথিরবী মপুরোইববু নিংজবী মুপীবু হন্জোক্লনা ওজবী মুপীবু পাম্বা মুপা কয়াম্ উনরিবা অসিনি। মচা মশক থী হায়দুনসু কয়ম্বা মমা মপানা মুংশি-দবা লৈবগে ? মরম অসিনা ফজবা, অহাওবা, মনম মুংশিবা অসিনচিংবগী মশক নাইবা পোৎ অমত্তা লৈতে। মানা মানা মুংঙাইবা ফংলিবা পোৎ অদুতনা ফজবনি, খোম্থোক মুংশিবনি, হাউবনি, মনম মুংশিবনি, মাদুতগা ভিন্ননিংবান, মাদুতদা পুক্নিং লুপ্পনি। মরম অসিনা চিংশিন্নবা পাঙ্গল লৈরিবা অসি "মুংঙাইবা" হায়বা অসিত্তননি। অতৈ অতোপ্পা পোৎনা নত্তে। য়াথল লৈবা মীগী য়াদ থমু থমখো, ভীল-কাং, উচেক-য়ায়া, শাঙ্গ পূম্নমকসু মুংঙাইবা পাম্বগীদমক্তা মতম পূবা চেন্দুনা, পাইদুনা

তান্নরিবা অসিনি। অদুগুম্বা নুংঙাইবগী মওে অসি ব্রহ্মগী মশকনি; শ্রীকৃষ্ণনা অদুগুম্বা ব্রহ্মগী হায়বদি নুংঙাইবা অদুগী কুংশিল্লক্লগা ওনখিবা মুওনি। মরম অাসনা শ্রীকৃষ্ণগী চিংশিন্নবগী পাঙ্গলগী মশক ওইবা বাশিনা নিংশিংবা থোক্লবা মতমদগী হৌনা হৌজিক ফাওবদসু, মতুংদসু অরেপ্পা লৈহনা খোংলি, খোংখিগদৌরি। ভক্তি শাস্ত্রদা হায়রি:

কৈরপি প্রেম বৈবশ্যভাগ্যাভর্ভাগবতোত্তমৈঃ।
অদ্যাপি দৃশ্যতে কৃষ্ণঃ ক্রীড়ন্ বৃন্দাবনান্তরে॥

(শ্রীকৃষ্ণনা হৌজিক ফাওবসু শ্রীবৃন্দাবনদা শান্নরি; কনা কনাগুম্বা প্রেমা ঙাওরবা লাইবক ফবা মীনা মাদু উনরি।) বেদগী রাহৈনা হায়রিবা নুংঙাইবগী চিংশিন্নবা পাঙ্গল লৈ হায়বসি, শ্রীকৃষ্ণনা লীলা ওইনা পুথোক্লনা ময়েক লাররা প্রমাণ উৎপীরি।

থরাই পানবশিংনা নুংঙাইবগী লিচিং অদুতনা নুংঙাইবা থিদুনা মতম পূম্বা থৌ চিন্নরি। অদুম্নদি ওইরবদা অহোনবা জীবগী রাদি থমখো মায়ানা শুঙ্কৎলবা মী ফাওবা মশানা মাদু খঙজবা ঙমদে। প্রেম মশক খঙলবা থম্মোই শেংলবা জীবনা মাঙখিগদবা হকচাং অমসুং ইন্দ্রিগা লোয়ননা তোরোৎনাখৎনা, ইন্দ্রিনা পুরিবা হকচাং অসিতবু "ঐ" হায়না খল্লি; মরম অসিনা ঐগী মশক ওইবা হকচাং পুবা ইন্দ্রিনা নুংঙাইবা পীবা ঙম্বা জগৎকী পোত্তবু নুংঙাইনবনি খন্দুনা থিবা কোয়না চৎনরি। শেম্বদা থোকদবা অশেংবা জীব অদুবু হকচাং ইন্দ্রিনা কুপশিন্দুনা

লৈবগুম, জীবগী মহৌশানা লোইনরক্লবা মুংঙাইবা পাম্বা অতম্ব জগতুগী থোকপা পোংকী মরুমদা খজিন্দুনা লৈনরি। লেঙদবা মুংঙাইবা পাম্বগী রাখল মম্নুংদা ওস্লোক-ওনশিন (হোংবা) য়াবা পোংকী মকম তারবস্তু, থুগাইবা য়ারয়োইদবা মুংঙাইবা পাম্বগী ভাব অদুদি অদুম মরৈ। য়োংচাবীনা য়োংপু চিংশিন্নবগী পাঙ্গল লৈ; অদুবু য়োং অদুদা লৈখোম তৈরবাদ য়োং অদুনা য়োংচাবীরোমদা খক চঙশিন্দে। অসিগুম্রদুনা আনন্দময় ওইবা ভগবানগী বাঁশীগী চিংশনবা ঙম্বা পাঙ্গল অদুনা জীববু মতম পুম্বদা চিংশিল্লি: অদুবু জীবদা লৈখোম তৈরবাদ হায়বদি ভূতনা কুপ্লবদি ভগবানগী চিংশন্নবগী পাঙ্গলদো জীবতুগী মফমদা য়োরয়োই। অদুগুম্বা জীবনা ভগবানগী নাক্তা চংনিংদে অমম্তং চংপম্ব ঙম্মোই। জীবগী মশাদা তৈরিবা লৈখোম অদু হায়বদি ভূতকী কুয়োম অদু হেক লোথোকপদা হায়বাদ দেহগী নাপল হেক থাদোক্লুনা শুদ্ধ জীব হেক ওনবদা আনন্দময় ভগবানগী চিংশিন্নবা পাঙ্গলনা নমদুনা হেক্তা চিংখগনি; মতম অদুদা দিব্যকর্ণ (লাইগুম্বা পুম্নমক তাবা) ফংগনি, বাঁশীগী ঈশৈ তাগনি, অদুদগী ভূতকী মপৈ থাদোক্লুনা লেঙদ্রবা মরূপকা লেঙদ্রবা মুংঙাইবতু ফংননবা চেনশিনগনি। গোপীশিংদি ভূতকা মরী লৈবা থাদোক্লে, প্রেমগী মশক লৌখ্রে; অদুনা আনন্দময় ওইবা কৃষ্ণগী চিংশিন্নবা পাঙ্গলনা মখোয়বু শোক্লে—বাঁশীগী ঈশৈ তারে মখোয়দি ঈচেল কল্লবী তুরেলগুম্বা আনন্দ সাগরদা (মুংঙাইবগী ঈপাক্তা) চেল্লক্লে। মুংঙাইবতনা শাবা মূর্তি অসিনা লেঙদবনি, অতৈদি কায়দবনি হায়বসি খঙলে।

সুংঙাইবতগী মূর্ত্তি ওইবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা চপ মান্নবা মতম পুন্নমক্তা কৌবিরী; অদুবু জীবনা তাবদি ফংডি হায়ববু তাডুনস্থ তাদে, খঙডুনস্থ খঙদে, বাঁশীগী ঈশৈনা মখোয়গী নাদা শেংনা খোঙ্খাং য়েদে। মখোয়গী মনাদা সংসারগী য়াক্রবা খৎনচৈনবগী মখোম্তনা সুংশিরবা বাঁশীগী খোঞ্জেলবু নক্কংলি। কৃষ্ণনা অখোইবনি খনবা অকবা ভক্তশিংতনা ভক্তিনা শেংদোক্লবা মখোয়গী মনাদা বংশীগী ময়েক লাবরা খোঞ্জেলদু চঙই, অদুনা মীওইবনা শ্রীকৃষ্ণবু মীচং মীখাই নাই হায়না চিংনৈ, ইবুংঙো মাদি পুন্নমক্তা মফমদা চপ মান্নবনি। মৈগী মৈশা লৈ; মৈকু তিকপা মতমদা নক্লা তিকপা মীদা মৈশা ফাওই অরাপ্পদা লৈবা মীনা মৈশা ফংলোই। শ্রীকৃষ্ণদি মীচং-মীখাই নাইবা নত্তে, জীবনা চঙজরকপনা থোজাল পীবনি। ব্রজগোপীশিংদি সন্তক্তগী খ্বাইদগী রাংলবা খুদম ফীদম্নফম্নি। মখোয়তনা বাঁশী খোঞ্জেল তাই, অতোপ্পা অমা তাদে। অদুগা ব্রজগোপীশিংগী মরক্তা শ্রীমতি রাধিকানা অখোইবীনি; মরম অসিনা ইবেম্মগী নাকোংদা মতম পুম্বা বাঁশীগী খোঞ্জেল তায়। অদুনা রাধা হায়না কৌননবগীভা ওইবা বাঁশী ভাগ্রে।

বাঁশীগী খোঞ্জেল অসিবু সুংশি (মধুর চেপ্পি) হায়বগী মরমদা খরদং—মচাবু সুংশিফম থোকপা মমানা সুংশিনা কৌবদা অফবা মচাগী নাকোংদা অমৃত খিকপগুম তাবা, রাঙাঙ ফজবী মপুরোইবা নিংবী সুপীনা প্রেমগা লোয়ননা কৌজবদা মাগী সুপীদুবু নীংবা অফবা মপুরোইবনা অমৃতগী ঈচেলগুম খনবা

ময়া হৌত্রিবা, ময়োল শেংদ্রিবা অঙাংগী থোৎলবা মচীঙগী নৌনা থোরকপা পা, মা হায়বনচিংবা হেক কৌরকপদা মমা মপা ওইবগী নাকোংদা অমৃতদগী হেন্না মুংশিবা পোকই। মমা, মতু অমমুং মচানা কৌবদা অসুক মুংশিরিবা করিগীনো ? শরু শদোংদগী থোরকপা মীকৌ ভারগা পুম্নমক্কী মুংঙাইনরি ; মুংঙাইনৈ হায়দুনা কৌরিবা মীকৌ অদু মুংশিবা পোকই। খজিক মুংঙাইবা পোকপগীদমক মাঙখি ভাখিগদবা মীওইবগী হকচাং পানবনা কৌবতদসু মুংঙাইবা, মুংশিবা ফংলিবদা, মুংঙাইবা পুম্নমক্কী হৌরকক্ষম ওইবা পরমানন্দগী মূর্ত্তি ভগবান মশামক্না কৌবদদি কয়ামুক মুংশিরমগদগে, কয়ামুক থুম্নমগদগে হায়বা অদু করি রাংহনা ফোঙদোকসিগে।

শ্লোক অসিদা - "নিশম্যগীতং তদনঙ্গবর্দ্ধনম" হায়রি "অনঙ্গ" হায়বা ৱাহৈ অসিগী অর্থদি কন্দর্প অমদি কাম হায়বনি। ভগবানগী শেংলবা রাসলীলাদদি কামগী মনম ফাওবা য়াওদে হায়বসি হায়ত্রে। মহর্ষিনদি ভগবানগী বাঁশীগী ঈশৈ অসিদি কাম হেনগৎলি হায়রি ; মসি নাতৈ চাদে হায়না খনবিবা য়াই। নাতৈ চাদবা করিসু লৈতে - মাগী লৈতবা পোৎ নত্রগা মাগী নত্তবা পোৎ ফংনিংববু "কাম" হায়বনি। মহাক্কী লৈতবা পোৎ, পোৎ অদু মতম পুম্বা মহাক্কগী ওইক্ষম থোকপা, লাইবক থীবদগী মাঙত্রদুনা মাদুবু অমুক হন্না ফংনিংবা রাখল অদু কামনাগী মতৌগুম উরবসু মাদু কামনা নত্তে—কাম নত্তে—ফত্তবদা পাম্মুবা নত্তে। মুঙাইবতগী মূর্ত্তি ওইবা ভগবান্দা ভিজনিংবা

হায়বসি জীবগী থানবা য়াদ্রবা মরীনি ; ভগবানগী মফমদা জীবগী মত্থ (ফংফম থোকপা) ওইনা লৈরবনি ভগবাননা জীবগী পরায়নি। ভগবানবু নিংজবা হায়বসি মায়ানা শুঙ্কাৎলবা জীব পুংওবা থম্মোয়নুংদা খাইদোকপা (থানব) য়ান্বা ভুবদি ফংদবা মচেল ওইনা অসুম লৈরিবনি। হায়দোকফম থোক্কবা লাইবক ফবা অমদগী ভগবদ্ভক্তি পোক্লক্লগদা জীবগী দুখনা লৈরম্ব কামনাগী মচেল অদু মপান থোরকপতনি। মতম অসিদা মতম "অনঙ্গজনন" (কাম পোক্লবা) হায়দুনা "অনঙ্গবর্দ্ধন" (কাম হেনগৎহনবা) হায়রক্লবনি। মশা (হকচাং) লৈতবা অদুবু "অনঙ্গ" কৌই, অদুনা কামসু অনঙ্গনি—প্রেমসু অনঙ্গনি। মফম অসিগী "অনঙ্গ' হায়বা ৱাহৈগী অর্থদি তথক্লবা লমচৎকী কাম নত্তে, মাঙথ্রবা স্বত্ত অদু হজিন্নবগী অপাম্বা অদুবুনি বস্ত্রহরণ লীলাদ ভগবান্না গোপিশিংদা হায়খি।

ন ময্যাবেশিতধিয়াং কামঃ কামায় কল্পতে।
ভর্জ্জিতাঃ ক্বথিতা ধানাঃ প্রায়ো বীজায় নেশতে॥

(ঐগোন্দা থম্মোয় লুপথ্রবা মপোয়শিং অদুগী কামদি কাম নত্তে। মরমদি ভোরবা অমসুং থোংলবা ফৌনচিংবগী মচোল থোকপা হৌনদে অদুগুম্বদুনা ঐগোন্দা থম্মোয় হাপথ্রবশি অদুম্বা থম্মোয় অদুদা করিগুম্বা কাম অমতা থোরকলোই।)

প্রমান অমনা-প্রেমৈব গোপরামানাং কাম ইত্যগমৎ প্রথাম্।
ইত্যুদ্ধ বাদয়োহপ্যেতং বাঞ্ছন্তি ভগবৎপ্রিয়াঃ॥

( গোপীশিংগী হৌনশা ওইবা ভগবান্দা লৈবা প্রেম অদো সংসারগী অপোবা মিংহ্বয়েংনা কাম ওইনা খঙৈ। মরম অসিনা ভগবানগী থোইনা খুংশিন্নবা মনাই উদ্ধবনাচিংবা ভক্তশিংনা অসিগুম্বা গোপীশিংনা কংলিবা কাম অদু কংজনিংবগী রাখল হৌই )।

গোপীশিংনা ভগবানবু মপুরেংইবা ওইনা ফংনিংদুনা পুম্না কাত্যায়নী পূজা তৌমিয়ে। অদুবু ডংস লাকপা মতমদদি কেকু লোইপগুম অমনা অমবু হৌনদ্রে—"আজগ্মা বল্যোন্যমনর্ক্ষতোন্মাঃ" মতম অদুদদি অমগা অমগ চান্নবী ওইবগা হৌজিক্তি ফগবা ভাব ওইনা উৎপগী মরম করিনো? পাউখুমদি—"কৃষ্ণগৃহীত মানসাঃ" কৃষ্ণনা মখোয়গী থম্মোয় লৌখ্রে। জগৎনা ভক্তবা বাশীগী ঈশৈ তাবদা মখোয় শুদ্দংখ্রে। থম্মোয় হায়বসি নীং-শিংননবা যন্ত্র (খুংলাই) অমনি. কৃষ্ণনা মখোয়গী থম্মোয় লৌখিদুনা অমনা অমবু নীংশিংনখিদ্রে। মসিবু "কৃষ্ণ প্রেম" কৌই। ৪

দুহন্ত্যোঽভিযযুঃ কাশ্চিদ্দোহং হিত্বা সমুৎসুকাঃ।
পয়োঽধিশ্রিত্য সংযাব মনদ্বাস্যা পরা যযুঃ॥
পরিবেশয়ন্ত্য স্তদ্ধিত্বা পায়য়ন্ত্যঃ শিশূন্ পয়ঃ।
শুশ্রূষন্ত্যঃ পতীন্ কাশ্চিদশ্নত্যোঽপাস্য ভোজনম্ ॥৫॥

**অর্থ**:– মতম অদুদা কনাগুম্বী গোপীনা যঙ্গোম শুম্মশি, শ্রীকৃষ্ণগী বেনুগী ঈশৈ তাবদা যঙ্গোম শুম্বা লোইদনা থাদোকলমে. কনানা যঙ্গোম ভৌরম্মী, কনানা ভল হৌরম্মী; বেনুগীত হেক তাবদা ভৌরিবা যঙ্গোম, হৌরিবা ভল লৈরংদগী থাংখবা

নওদে—চেনপ্রে ; কনাগুম্বীনা ইমুংগী চান থক্লবা শীল্লম্মী, কনানা মচা মখোম পীথকলম্মী, কনানা মপুরোইবগী সেবা তৌরম্মী, কনাগুম্বী গোপীনা মশামক চাগদবগী কমথরম্মী; হৌগৎলুরবা থবক পুম্নমক থাদোক্লুনা কৃষ্ণ তম্না চেনপ্রে।

নুংগী রস : ভক্তগী থম্মোয়না ভগবানগী মফমদা চোইদনা লেপপ্রবদি, অদুগুম্বা লেপলবা ভক্তগী ভক্তিগী ৱাথলদা থল্লবা থম্মোয়দা সংসারগী হীরম অমতা খল্লক্তে, চঙলক্তে। সংসারগী কংনিংঙাই ওইবা হীরমগী ৱাদি থম্বু থমখো, শাস্ত্রনা হায়রিবা অসিনা তৌবা য়াবনি অসিনা য়াদবনি হায়বা ধর্ম্ম অধর্ম্ম ফাওবা কাউরিবনি। প্রেম পোল্লবা অসিগুম্বা ভক্তগী অৱেপ্পা পুকচেল উৎননবগীদমক মহর্ষি বেদব্যাসনা শ্লোক অসিগা মখাগী শ্লোক অসিগদা উৎলম্লে।

লিম্পন্ত্যঃ প্রমৃজন্ত্যোহন্যা অঞ্জন্ত্যঃ কাশ্চলোচনে।
ব্যত্যস্তবস্ত্রাভরনাঃ কাশ্চিৎ কৃষ্ণান্তিকং যযুঃ ॥৬॥

অর্থ :—কনানা মশাদা মনম নুংশিবা থাউ, কনানা মিত্তা কাজল, কনানা করি তৌদুনা কেরিঙৈদা, ভগবানগী বাঁশী ঈশৈ তাবদা তৌরম্লিবা থবক অদু মপুং ফাদনা কৃষ্ণরোমদা চেনপ্রে। অদুগা কনা কনাগুম্বী গোপীশিংনা মফী শেৎলিঙৈ, মরিক মকোন শিরিঙৈদা বাঁশী খোঞ্জেল তাবদগী ঙাইঙমদনা পুক্লিং ইচোই চোইখিদুনা শেৎনবা ফীনা খাওন, খাওনগী ফীনা শেৎ, কনানা ঙক্তী লিকপু খাংদা, খাংজেৎনা ঙক্তা কিশিন্দুনা মুংশা শর ফুইনা ফুইনা হোন্দুনা চেম্নরকলি।

**নুংগী রস :**— শ্লোক ৫, ৬, ৭ শুবা অহুম অসিদা গোপী-শিংগী লৌনম লৈতবা ভগবানবু পামজবগী ( অনুরাগগী ) মতৌ উৎলি। থম্মোয় হায়বসি মতম অমত্তুদা পোৎ অনিগী রাখল তৌবা য়াদে হায়বসি মশানা তারবা অচুম্বনি। নিংশিংনিংঙাই ওইবা পোৎপু কাউদ্রবনি, অতোপ্পা পোৎপু নিংশীংদে। সংসারগী রাখল পুক্লিংদা লৈরিঙৈদা ভগবানবু থম্মোয়দা থম্বা ঙমদে, মসি অরেপ্পা রানি। ভগবান্না থম্মোয়দা লৈরবস্থ, সংসার অসি পুক্লিংদা থন্দে। শাস্ত্র, সমাজ, লমচৎ অমস্থং পামজবা মতুংইন্না সুমিৎ খুদিং সন্ধ্যা অহুমদা ভগবানবু নিংশিবা অমস্থং নিংবগী অভ্যাস ( শিল্লাং ) ওইরিবা মীনা মসি খঙদবা লৈরোই। ঐখোয়না পোকপদগী শৌনা সংসারগী অভ্যাসতমক তৌবা হৈনরকলে কয়া কন্না হৈনরকপগে হায়রবু সংসারগী জীভম পুম্বা ঐখোয়গী থম্মোয়দা মমি তাগ্রে ; মরম অসিনা ইহোৎ হোৎনদনা সংসারবু হেক্তা নীংশিংনিঙঙি। সংসারগী মীওইবনা সন্ধ্যা অহুমদা ভগবানবু নীংশিংনবা হোৎনরগা, হোৎনবগী ফল ( মহৈ ) মতুং ইন্না ঙাইহাক্তং নোংথাং কুপ্লগুম থম্মোয়দা কাওরম্লগা হেক মাঙখি ; মাঙখিবগী তুংদা সংসারগী কৈথেলদা অমুক হেক্তা হল্লকই। মসি করিগীনো অভ্যাস ওইখিবননি। ভগবানগী মরমদদি অচুগুম্বা অভ্যাস অদু ঐখোয়না তৌদে ; হোৎনদনদি নীংশিংলকপগী রা লাপ্পা থমগ্রো, হোৎনরবা কাওবদা অনিশুবা মিকুপ্তা নীংশিংবা ঙমদ্রিবনি। ঐখোয়না সংসারগী মরমদা তৌরিবা অভ্যাস অদু ভগবানগী মরীদা ওইরম্লবদি সংসারগী

ৱাখল তৌবা মতমদা ইহোৎ হোৎনদনা ভগবান্‌বু হেক্তা নীং-শিংলক্কদবনি ; মসিদা চিংনানংঙাই করিস্ত লৈরোই। মতম কুইনা মীরোন তারকপদগী অভাস তৌরকলবা সংসারগী মতৌগুম ভগবদ্ভাবনা ঐখোয়গী থম্মোয়দা য়েকশ্রবদি ভগবদকী খল্লুনবগীদমক ঐখোয়ন, হোৎনরম্মোইন্দ্রা। গোপীশিংনা অঙাং ওইরিঙৈদগী মথায় য়াওনা ভগবান নংবগী অভাস আস তৌরকলে ; মরম অসিনা জাতিগী ধর্ম্ম—মঙ্গোমশম্বা সংসারগী ধর্ম্ম – মপুরোইবগী সেবা তৌবা অমস্তুং চাবনাচংবা ওকচাংগা থবক হৌগৎলুরবস্তু, মাদুদা পুক্নিং লুপ্তে ; ইহোৎ হোৎনদনা ভগবানগী আনন্দ মুর্ত্তি অদু থম্মোয়দা হেক ফাওরকপদ, মখোয়না জাতিগী লমচৎ, সংসারগী ধর্ম্ম, ইশাগী থবক পুম্বা থাদোক্লুনা চৎলে। ভক্তি তত্ত্ব খঙলবা মহাজনশিংনা হায়রৈ।

মনাগেব প্ররূঢ়ায়াং হৃদয়ে ভগবদ্রতৌ
পুরুষার্থাশ্চ চত্বার স্তৃনায়ন্তে সমন্ততঃ॥

( মীওইবগী থম্মোয়দা ভগবদ অনুরাগগী মঙাল খজিক হেক ফাওরকপদা ধর্ম্ম, অর্থ, কাম অমস্তুং মোক্ষ মখল মরীমক অসি নাপীগা চপ মান্নদা খল্লকই।)

অহানবা শ্লোক্তা ( ৫ শুবদা ) মরল থাদোকপা, অনিশুবদা ( ৬ শুবদা ) ধর্ম্ম থাদোকপা, অহুম শুবদা ( ৭ শুবা শ্লোক্ত ) গোপীশিংগী কাম থাদোকপা উৎলি, মীওইবগী থম্মোয় অসি ভগবান্না লেঙশিন্নবা অরেপ্পা ফীদা ( আসন ) নি ; মকম অসিদা কনানা ফম্নবগী মতিক লৈতে ; থম্মোয় অসিবু "হৃদি পদ্মাসন"

কৌনরিবা মরম অসিননি। ভগবানস্থ য়াম্না থৌজাল হৈবীবনি। সংসারদা পূক্লিং লূপ্লিবা মীওইবনা থৌ ইশা শাদনা কৌরবস্থ খুদক অদুদা ইবুংঙোদি অদুম লেঙবিরকপনি ; অদুবু মহাক্কী আসন অসিদা মহাক্কী ফমফম লৈত্তবদু উবদা অদুম হনখিবতনি। মহাক্না উবিখি - মহাক্কী আসনমক্তদা মীওইবগী পূক্লিংদগী থোকপা মতু মচা, মাগীনি হায়না লৈবা মীশিংনা ফমদুনা লৈপ্রে, মহাক-মক্কী আসন্দা পূক্লিংনা শাগৎপা মরল-মথুম, শা-উচেক, মনাই-মশলনা ফমপ্রে— ভগবান্না উবিখি— মহাক্কী আসন্দা অপাম্বা, অশাউবা, মীপোৎপাম্বা, শুঙ্কৎপা, ময়াইকাবা অমস্তং মিহৌবা, মাগী মহৌশানা য়েক্লবা ওইরিবশিংনা ঙাম্মোইদুনা লৈপ্রে। মরম অসিনা হেক নীংজবতদা ভগবান্না মরূপ ওইনা লেঙবিরক্লনস্থ ফম্বনবা ফিদা লৈত্তদুনা অরেম্বদা তারে হায়না হনবীপ্রে। অতোপ্পা বাখল খনবা মীনা মাসিবু উবা ঙমদে—অস্তুপ থুনা হনখি, মখোয়না উদুনস্থ উবা ফংহৌদে ; উরম্লবদি পুম্নমক থাদোক্লুনা ইন্নরমগদবনি। গোপীশিংগী থম্মোয়দি সংসার য়াওদে, তশেং তশেংই, লূই হেল্লি ; মরম অ সনা ভগবান্না মফম অদুদা লেঙদবা ফমফম ফংদুনা চিন্ন-চিন্ন অদুম লেঙশিনপ্রে। গোপীশিংদো ভগ-বানগী নাক্তা চৎপ্রে। হে সংসারবু সাধন তৌরিবা ( নীংলিবা ) ! য়ুম্বানবগী থবক থনাগী মরুমদা অচিকপা মফমদা ফমদুনা, থম্মোই লুনা অমস্তং লুক্না বাখল অমুক্তং খন্থৌ—ভগবান্দা থম্মোই আসন কৎপা নত্রগা ভগবানগী নাক্তা চৎপা, বাফম অমত্তনি। গোপীশিংনা কামগী হিরম থাদোক্লুনা, প্রেমগী পোত্তা চঙপ্রে।

ভক্তি শাস্ত্রদা হায়রি –

"বিষয়াবিষ্ট চিত্তানাং কৃষ্ণাবেশঃ সুদুরতঃ।
বারুনীদৃগ্ গতং বস্ত্র ব্রজনৈন্দ্রীং কিমাপ্নুয়াৎ।"

বিষয়দা পূক্লিং লূপ্পা অমসুং কৃষ্ণানুরাগ অনিসিদি নো·পোক নোংচুপকুম ওন্ন তৈনবনি। নোংপোক পাংনা চৎলগা নোংচুপ্পা লৈবা পোৎ ফংবা হৌনদবগুম্বনি। অদুগুম্দুনা বিষয়দা চঙবগী মনম খজিক লৈবা ফাওবদা কৃষ্ণানুরাগ তৌবা য়ারোই। গোপী-শিংনা ভোগ বাসনা (ফংনিংবা অপাম্বা; পূম্বা থাদোক্লুনা কৃষ্ণানুরাগ উৎখি।

তা বার্য্যমাণাঃ পতিভিঃ পিতৃভর্ভ্রাতৃবন্ধুভিঃ।
গোবিন্দাপহৃতাত্মনো ন ন্যবর্ত্তন্ত মোহিতাঃ॥৭॥

**অর্থ:**– ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা গোপীশিংগী থম্মোয় অদু মঙোন্দা কপ্পোকহল্লবা অদুদা, অসিনা তৌগদবনি অসিনা তৌরোইদবনি খায়বা (বাহ্যজ্ঞান) লৌশিং পুম্বা মাঙখ্রে। মরম অসিনা মখোয়না চখোরকপা মতমদা মপুরোইবনা, মপানা, মবুং-মৌপানা অমসুং মরূপ মপাংনা থাম্বা থিংবা পুম্নমক য়াখিদ্রে।

**নুংগী রস:**—হিন্দু ধর্ম্ম চৎপী কনাগুম্বীদা কুমশিবু রথদর্শন চৎকদ্রা হংবদা—জগন্নাথনা চিংশিনবীরবদি চৎকনি খুদৈন্নে। হিন্দুশিংনা য়াম্না থাজনরিবদি জগবন্ধুনা চিংশিনবীরবদি কনানসু থিংবা ঙম্মোই মাগী কৃপাসু অদুম পীনবিরকনি ওসিনি। ঙসি জগন্নাথনা গোপীশিংবু চিংবনা মপা, মবা, মবুং·মৌপানচিংবনা থিংবদা কনাবুসু ঙমদ্রে। কৃষ্ণদা থবায় কৎপ্রবী গোপীশিংনা

করিস্ থোওইদনা অদুম চৎখ্রে। আহ্মা অসিনা পান্নিবা মহাক অদুতনা আহ্মাবু ফংই। ঙসিদি মশক পান্না চোংথোরক্লবা আহ্মানা গোপীশিংবু পান্নি, মরম অদুনা গোপীশিংনা কৃষ্ণদর্শন ফংলিবনি।

ভগবান্না চিংশিনবীবা হায়রিবা অসি মাবু নীংজবা মীগী সাধন (লাইনিং) গী মতুং ইনবনি; মথক্তা য়োৎ অমসুং য়োৎ-চাবিগী প্রমাণ হায়খ্রে। অমুক মখল অমা ওইনা পৃথিবীগী মধ্যাকর্ষনগী পাঙ্গলনা খুদম ওইনা হায়জগে—মসি মী পুম্বনসু খঙবিরবনি—করিগুম্বা পোং অমা আকাশতা লংখৎপদা লৈপাক্তা তেক্তা অমুক তারক্লিবা অসি পৃথিবীগী মধ্যাকর্ষণ শক্তিনা চিংথবনি। অদুপকী মতিক রাংবা ঙম্বা মখৈ কন্না থক্তা হুন-গৎলবসু শোয়দনা পৃথ্বিদা তারক্কনি। অদুগুম্লদুমা মায়ানা শেম্বা সংসারগী মধ্যাকর্ষন শক্তি অমা লৈ। মীওইবনা সাধনগী পাঙ্গলনা অদুপকী মতীক রাংনা কদাইফাওবা—"তৎ বিষ্ণোঃ পরমং পদম্" শ্রীবিষ্ণুগী অথোইবা চরণ ফাওবা লংখৎনিংদুনা লংখৎলুরবসু, সংসারগী চিংশিন্নবা পাঙ্গন্না চিংথদুনা সংসারদা অদুম তাগনি। মসি অহানবা সাধকশিংগী মিৎনা উরবা রাফম্নি। পৃথিবীগী মধ্যাকযন শক্তিগী ঙমখৈ অমদি লৈ; মপান নাইদ্রবা অরাংবগী লমদা পৃথিবীগী মধ্যাকর্ষণ য়োদে; মসি অচুম্বনি। অদুনদি সংসারগী মধ্যাকর্ষণ শক্তিগীসু ঙমখৈ লৈ; মায়াগী মপান্দা লৈরিবা অরাংবদা মানা য়োবা ঙমদে, মসিসু অচুম্বনি করিগুম্বা লৌশিং অমনা করিগুম্বা পোৎ অমবু পৃথিবীগী

মধ্যাকর্ষণ শক্তিনা য়েৌবা ঙমদবা অরাংবদা লংখৎপা ঙমগ্রবদি পৃথিবীরোমদা তারক্তুনা অতোপ্পা গ্রহ অমনা চিংখিদুনা মফম অদুদা চৎখিগনি হায়বসি ঐখোয়না খনবদা লেপ্পা ঙম্রবা রাফমনি। বিজ্ঞানগী পাঙ্গলনা হৌজিক অসিদা থাদা কারেক-কা হায়রিবা অসিনি। অসিগুম্লদুনা মীওইবস্তু করিগুম্বদা মাগী থম্মোয় অদু সাধনগী ফগনা সংসারগী মধ্যাকর্ষনগী রাংমদা লংখৎখিবা ঙম্রবদি শ্রীবিষ্ণুগী অথোইবা চরম্না চিংশিনবী'খগনি, অদুম বিষ্ণুলোক্তা লৈখিগনি, সংসারগী খুৎচিং লিশিং লিশিংনা চিংথবা ঙম্মরোই। মাসি রাখল লৈরব সাধকশিংনা হেন্নদুম খঙবিরগনি। প্রেমগী মশক ওইবী ব্রজগী ইবেম্মশিং অদো থম্মোই শেংনা সংসারগী চিংশিন্নবা শক্তি লাম্হোক্তুনা কাখৎখ্রে, অদুনা মায়াগী রাংমদা লৈবা কৃষ্ণগী মশক ওইবা বিষ্ণু শক্তিনা নমদুনা চিংখিবনা কৃষ্ণগী নাক্তা থুংখ্রে। সংসারগী মশক ওইবা মচা মরা পূম্নমক্না লিশিং লিশিংলক হোৎনদুনস্তু খাম্বা ঙমখিদ্রে। মহা কবি কলিদাসনা হায়খি :—

"ক ঈপ্সিতার্থ স্থিরনিশ্চয়ং মনঃ
পয়শ্চ নিম্নাভিমুখং প্রতীপয়েৎ॥

(চপ য়ুংনা নিঙথ্রবা পোৎ অদু ফংননবা অচেৎপা রাশক তৌথ্রবা থম্মোয় অমস্তুং অনেম্বদা চেন্থরিবা ঈশিং ঈচেল কনানস্তু থিংবা নত্রগা হঙ্গৎনা চেলহনবা ঙম্মোই)। গোপীশিংগী কৃষ্ণদা কৎথ্রবা থম্মোয় করিগুম্বা অমা তৌদুনস্তু হন্দ্রে।

**অন্তর্গৃহগতাঃ কাশ্চিদ্গোপ্যাঽলব্ধ বিনির্গমাঃ**
**কৃষ্ণং তদ্ভাবনাযুক্ত দধ্যুর্মীলিত লোচনাঃ ॥৮॥**

**অর্থ :** — কনা কনাগুম্বী গোপীনা মাগী মাগী মচা মরানচিংবনা থিংবা অদুদা কৃষ্ণগী নাক্তা চৎপা ঙমদ্রবুনা। য়ুম মনুংদা লৈন লৈনা ভগবানবু খঙ্গদুনা মমিৎ উইশিন্দুনা ইবুংঙো মাবু ধ্যান তৌখি।

**নুংগী রস :** —উজ্জল নীলমনি কৌবা বৈষ্ণবকী লাইরিক্তা প্রেমগী মওং মতুং ইন্না গোপীশিংগী কাংলুপ অসি খায়দোক্কনি ; খায়দোক্লিবা কাংলুপ অদুগী মনুংদা, মফম অসিদা মখল অনিগী রা হায়রি নিত্যসিদ্ধা অমসুং সাধনসিদ্ধা। মতম কুইনদগী হৌনা মতম পুম্বদা ভগবান্তদা তিন্দুনা লৈবী. সাধনগী মহৈনা গোপী ওইবা নত্তবা মখোয় অদু নিত্যসিদ্ধা কৌই ; মদুদি শ্রীমতি রাধিকানচিংবী অসিনি। প্রেম হায়না খঙনবা রাখল অমা মতম পুম্নমক্তা শোয়দনা লৈ অমসুং নুংঙাইবা ( হরাওবা ) কৌবা থোইদোকপা মতৌ অমসু লেঙদনা লৈ; অদুগা প্রেম লৈবা মফমদা নুংঙাইবা হায়বসি শোয়দনা লৈ হায়বা অসিসু অরেপ্পনি। অদুগুম্বা প্রেমগী মূর্ত্তি ( শকলোন ) অদু রাধিকা অমসুং রাধাগী তুংইনবী গোপীশিংনি। অদুগা আনন্দগী মূর্ত্তিনা শ্রীকৃষ্ণনি। মরম অসিনা রাধিকা অমসুং রাধাগী তুংইনবী গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণগা মতম পুম্নমক্তা পুন্না লৈ; অদুনা মখোয় অসি "নিত্যসিদ্ধা" গোপীনি।

সাধনসিদ্ধা গোপীগী মরমদা:

পুরা মহর্ষয়ঃ সর্ব্বে দণ্ডকারন্যবাসিনঃ
দৃষ্টা রামংহরিং তত্র ভোক্তুমৈশ্ছন্ সুবিগ্রহম্।
তে সর্ব্বে স্ত্রীত্বমাপন্নাঃ সমুদ্ভুতাশ্চ গোকুলে।
হরিং সম্প্রাপ্য কামেন ততো মুক্তা ভবার্ণবাৎ।

(ত্রেতা যুগতা ভগবান শ্রীরামচন্দ্রনা সীতাগা লোয়ননা দণ্ডক কৌবা উমংদা লৈবা মতমদা গোপালবু নীংবা ঋষি কয়া মকম অচুদা লৈরম্মী; মখোয়না সীতানা সেবা তৌরিবা রামচন্দ্রবু উবদা সীতাগুম্না মুপীগী মশক ওইনা গোপালগী সেবা ফংজনিংলম্মী। মখোয়না গোপীগী মশক ওইনা কামগী রাখলদা শ্রীভগবানবু গোকুলদা ফংজদুনা সংসারগী ঈপাক লানখি) মখোয়না ভজন সাধনগী ফলনা গোপী দেহ ওইবা ফংখি। মরম অসিনা অগুম্বী গোপীশিং অসিবু "সাধনসিদ্ধা" গোপী কৌই। সাধনসিদ্ধা ওইবী গোপীশিং অসি মখল অনি শুরি—কাংলুপ অমনা মচুম পানবী অচুমদি ওইরগা মচা মশু লৈতবী মখোয় অসিদি নিত্যসিদ্ধা গোপীশিংগা চহি মান্নবনা অয়াম্বনি। মরম অসিনা কাণ্ডবু অনি অসি য়াম্না চান্নে কাণ্ডবু অমনা মচুম পানবী মচা মরা লৈবীনি অমসুং নিত্যসিদ্ধা গোপীশিংদগী য়াম্না হেন্না চহি য়াম্নবীনি। নিত্যসিদ্ধাশিংগা চান্নবী মমান্নবীশিংদি সঙ্গ ফদুনা ভগবান্দা তরু-তরুবা প্রেম কৎপা ঙম্মি: মরম অসিনা নিত্যসিদ্ধাশিংগী মতৌগুম মপুরোইবনচিংবা মাগী মীশিংগী মফমদা মমতা (ঐগীনি হায়বা) মুংশিবা করিমত্তা লৈরমদে; মখোয় অসি মাগী মাগী মীনা খাম্বদা থোওইদদুনা কৃষ্ণগী নাক্তা য়ৌখি। নিত্যসিদ্ধাশিংগী য়ৈখায়বা অপনবা লৈতে। চহী খরা য়াম্বী মচা মশু লৈবীশিংদো, নিত্যসিদ্ধাশিংগা ভিন্ন তোৎনদবনা মখোয়দা অরুবা প্রেম পোক্তে অমসুং মখোয়গী ওইবা মীশিংবুসু মমতা খরা লৈরম্মী। মখোয় অসিনা রাস

শায়কমদা চৎপা ভমদনুনা যুম মমুংদতা মিং উইশিন্দুনা কৃষ্ণগী শকপু ধ্যান তৌজখি।

হৌজিক্তি য়েংলসি কৃষ্ণগী নাক্তা চৎকে তৌবদা থিংলিবা অসি করিগীনো ? মচা মরাগী মফমদা মমতাগী মঙাল খজিক লৈবদগীনি ; অদুম্বা মমতা খজিক অদুনা মখোয়বু তশেংনা থিংলিবনি। অদুনদি কৃষ্ণ প্রেম হায়বসি হোঙনা যংবা পোৎ অমা নত্তে। শাস্ত্রনা হায়রি :—

"অনন্যমমতা বিষ্ণৌ মমতা প্রেম সংগতা।
ভক্তিরিত্যুচ্যতে ভীষ্ম প্রহ্লাদ উদ্ধব-নারদৈঃ॥

( ভীষ্ম, প্রহ্লাদ উদ্ধব-নারদনা প্রেমগী লক্ষণ ( মতৌ ) অসি অসুম্না হায়রম্মী মিৎনা উরিবা করিগুম্বা পোৎ নত্রগা মীগী মফমদা "ঐগী" হায়বা রাখল অসি থম্লোইদবনি, ভগবান বিষ্ণুতগী মফমদা "ঐগী" হায়বা অসি মরা চেৎনা থাজনা থম্বা অসিতনা "ভগবৎ প্রেম" হায়বদু ওইগনি।) অসুম্বা গোপীশিংগী কৃষ্ণদা অনুরাগ লৈদি হায়ববু মখোয়গী অশেংবা প্রেম পোক্কে মচা মরাদা মমতাগী মনম খরা লৈ ; মরম অসিনা মখোয়না কৃষ্ণগী নাক্তা য়োবা ভমদ্রিবনি। অসুম্বা মমতা অদুমক্তা মচা মরা ওই-দুনা মখোয়না চৎকে তৌবদা থিংলিবনি।

সংসারদা অহিং মুংথিল নাইদনা ইতত্তনা থোক্লিবা রাকম অসিবু ভগবান্না লীলা ওইনা উৎপীরম্লে। মী পুম্বগী থম্মোয় খঙবিবা মহর্ষিনা মাদুবু লাইরিক ওইনা লেংথোক-পিরম্লে। সংসারগী মীওইবগী ভাব অসি নৈনরুরগসু মসি

খঙবা ঙমগনি। কনাগুম্বা মী নুপা ওইয়ু, নুপী ওইয়ু, অমনা শ্রীবৃন্দাবনগুম্বা লাপ্পবা তীর্থদা চৎকে নীংলে অমসুং নুমিৎ লেপ্লে। মখোনা চৎকদবা (যাত্রা তৌগদবা) নুমিৎকী মমাং নোংমা নিনিদগী হৌনা মখুৎমক্তা মানা পুগদবা পোৎচৈ য়োম্লে। পোৎ য়োম্না-য়োম্না তীর্থদা শ্রীগোবিন্দ দর্শন তৌনিংবগী আশাগী মরক্তা মাগী মচা মশূ নুমিৎ খরদং কায়নবগী ফজবা রাখল অদুসু লাক্লে। য়ুমদগী চংলগে হায়না খোঙ থাংদোরকপদসু রাখল অদু কোক্লে। মচা মশূ অদুদা পয়শা অমুক য়েন্নম্বা শারি। জ্ঞান তারবা মাগী ওইবা মীশিংদা বিদায় পীনবদা নাদ য়েক্লনা খুনা হেক থোরকপা লাই খুরুম্নরম্মুকো হায়নরি। চক্রিরৈঙনা হল্লক-পগী রাখল তৌরি। হাওরা, রেলগাড়ীনচিংবা তোংদুনা নোংম-নোংমা অস্থম অস্থম লাপথোরক্লগা য়ুমদা লৈহৌরিবা মচা মশূন-চিংবা নুংশিবদু অহোইননা হেনগৎলক্লনা মাগী য়েক্লবা, কৃষ্ণ-প্রেমগীসু অথিংবা অদু অদুম লোয়নরি। শ্রীধামদা থুংলবসু মশা নাম্থোকপা ঙমদ্রে, অনিংবদুগা অদুম লোয়নরে। শ্রীগোবিন্দগী মন্দির য়েৌরবদসু অদুম মরোইনরে। মহাক্কী শরু শদোংগী হকচাং অদুদি শ্রীবৃন্দাবন্দা লৈরে হায়রবু মহাক্কী থম্মোয় অদুদি ময়ুমদা চিংখরয়ে—সংসারদা লৈরি। মচিন্দদি হে গোপাল দেব! হে সদানন্দ! নঙোন্দা খুরুমজরি হায়না খুরুম্বা মতমদা, ময়ুমদা লৈহৌবা মচা "শ্রীগোপাল মশূ "সদানন্দ"বু নীংশিংলক্লনা কপ্লে। অদুনদি মাহাক অসি বৃন্দাবন্দা চৎপা ওইরিব্রা? থম্মোয়সুংগী মমতাগী বিষয়দা ময়ুমদা পুন্দুনা লৈরে; ময়ুমগী মতু মচাগা

লোয়নননা পোং-চৈ থারিবা ইখোল, ভা য়োক্লিবা পুখ্রি য়েংদুনা হাংচিক লাংদুনা অদুম লৈরি। মসি নত্তবা অমা—কনাগুম্বনা তীর্থ চৎপগী মুমিং লেপলে. থোরাং পূম্নমক লোইরে। মতম অদুদা চান্নবা মী-অমা লাক্কুনা তীর্থ চৎপদু তোকপা তারে হায়ররে নত্রগা ইখণ্ড খণ্ডেৌদনা অফবা ওইরবসু ফত্তবা ওই-রবসু থোদোক অমা থোক্লুনা তীর্থ চত্তবা তারে। অসুম্না খিংলরিবা চান্নবা মী নত্রগ থোদোক অদু অতৈ করিসু নত্তে, মান্না পুংশিরুবা মমতা অদুনা এনবা ভূতকী মূর্তিনি। করিননো হায়ববু—কনাগী মফমদা মাগী মমতা অদু লৈরমদ্রবদি, মু শিনবা মীদুনসু নত্রগা খণ্ডেৌদনা থোকপা থোদোক অদুনসু মাবু খিংবা ঙম্মোইদবনি। অসিদগী খঙলে—মহাক্কী তশেংবা ভগবৎ প্রেম পোক্তি, সংসারগী মমতা কোক্তি, অদুনা য়েংখাইবা অসি থোক্লিবনি। য়ুমদা পন্দুনা লৈরিবা গোপীশিংগী মসিমক থোক্রবনি; মচা মশূগী মফমদা মমতা খজিক লৈবদগী রাসমণ্ডল য়ৌবা ঙমদ্রিবনি। মখোয়সু হায়খ্রিবা গোপী অতৈগুম্না অতোপ্পদা মমতা লৈরমদ্রবদি কনানসু থিংলোই. থিংবা ঙম্মোই. পান্সনা নমথেক্কুনা থিংলবদি মখোয় হিংলম্মোই শিরমগদবনি।

অসুম্না নিত্যসিদ্ধা ওইবী গোপীশিংদি থম্মোয়দা অখিংবা লৈখিদে, মপান্দসু কনানা থিংখিদে; মখোয়দি য়েংখাই থিনগাইবা লৈতনা চৎখ্রে। সাধনসিদ্ধা ওইবী খরদি নিত্যসিদ্ধাশিংগা ভিন্নজবনা মমতা লৈতদুনা কৃষ্ণপ্রেম ফংখ্রে। মখোয়গী থম্মোয়-সুংদা য়েংখাইবা থোকখিদে, মপান্দা মরূপ ওইবা খরনা থিংদুনসু

মাদুদা করিস্থ থোশারুদনা অদুম চংখ্রে। মখোয় অসি নত্তবা সাধনসিদ্ধা ওইবীশিংগী থনুংদা মমতাগী মশক ওইবা বাধাবিঘ্ন (য়েৎখাইবা) খজিক লৈরম্মী। অদুগা মপান্দস্থ মখে য়গী মীনা থিংলম্মী। মমতাগী লাং অদুনা ফাখিদুনা. মখোয়গী মীনা থিংবদু ইন্দবা ঙমখিদ্রে। অদুনা ময়ূম ময়ূমদা লৈদুনা কৃষ্ণগী ৱাখল তৌদুনা লেনখিবনি।

দুঃসহপ্রেষ্ট বিরহতীব্রতাপধুতা শুভাঃ
ধ্যান প্রাপ্তাচ্যুতাশ্লেষনির্বৃত্যা ক্ষীণমঙ্গলাঃ॥৯॥
তমেব পরমাত্মানং জারবুদ্ধ্যাপি সঙ্গতাঃ
জহুর্গুণময়ং দেহং সদ্যঃ প্রক্ষীন বন্ধনাঃ॥১০॥

**অর্থ :**— খ্বাইদগী হেন্না নুংশিজরবা শ্রীকৃষ্ণ কায়নবগী খাঙবদা ৱারবা তমথিরবা অরাবা ফংবা অমস্তং থম্মোয়মুংদা ধ্যান্না শ্রীকৃষ্ণগী মূর্ত্তি আলিঙ্গন তৌবদা থোইদোক্না নুংঙাইদুনা গোপী-শিং অদুগী পাপ পুন্য মতম অমত্তদা পুন্না মাংখ্রে।

মরম অসিনা অতোপ্পগী নুপানি হন্দুনস্থ পরমাত্মাগী মশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণবু পামলুবনা খুদক অদুদা সংসারগী অফা-অপুন্দগী নাম্থোক্তুনা গুণনা থল্লবা মায়াগী হকচাং থাদোক্লে।

**নুংগী রস :**— "নাভূক্তং ক্ষীয়তে কর্ম্মকোটি শতৈরপি" হায়বদি অফবা কর্ম্ম নত্রগা ফত্তবা কর্ম্ম ওইসনু, তৌরবা কর্ম্ম অদুগী ফল কংদনদি কল্প কোটি চামদস্থ কর্ম্ম অদু মাঙবা লৈতে। মাসি শাস্ত্রগী ৱানি। মী মী অদুনা অফবা ফত্তবা তৌরিবা কর্ম্মগী চাং মতুংইন্না নুংঙাইবা ত্তৱাবা অদুম ফংগনি। শাসন-নিয়ম মতুংইন্না

কনাগুম্বু ঈকাইবা পীরগা শেলগী দগি, মীগী মপোৎ হুরুরগনা ফাদোক দগি মীবু হাৎলুরগনা প্রাণ দগি ফংঙি; য়ু থকলুরগনা ঙাওই, পুন্সি ময়েং তাই, মীনা থীনা ঙাঙনৈ, থাংউথক্লা মথৱাই মাঙঙি, ঙাওশিন্নরুনা মপোৎ-মচৈ ম্যাঙহল্লি, চৈ চাবা ফংঙি, মমা-মপানচিংবা মাগী নি হায়না লৈবা পুম্বদা লমচৎ (ব্যবহার) কায়বনা য়ু থকলুবগী ঙাওবা ফৱবদস্তু কনানা মাবু নুংশিদে। গঞ্জা থকলুরগা মকোক (মাঠা) ঙাওই, থৱক শিৎলি, মীওই লালুপ চাদে, মীনা উশিৎপিদে। জ্বার শাম্নরগা মীনা থাজবা-ৱাংলি, মরল মগুম মাঙই, অপঙবনি হায়না মীনা থীনা ঙাঙনৈ; ফত্তবা থবক পুম্বসি মীরমলেন্দস্তু, লাইরমলেন্দস্তু অদুম মফক্রে, মপোক অমদস্তু অদুম ফত্তনা পোক্লে। নিংথৌনা নত্রগা মথক থোংবনা হায়বা থবক নীংথিনা খোয়জঙনা তৌরগনা মনা ফংঙি — অদুগুম্বা মনা অদুম্ব থবক থবক্কী মওং মতুংইন্না লৈ; লাইরম-লেনগী ৱাদস্তু অদু মঙাই। ফত্তবা থবক্কী দগি ফংলগা, অফবা থবক্কীনা মনা ফংলগা, তৌরুরবা থবক লোইশিনবা কৌরে। ঈশ্বরগী লৈবাক্তস্তু নিয়ম অসি অক্মানি; কর্ম্মগী মতুংইন্না অৱা নুংঙাইবা ফংদুনা পাপ পুন্য অদু অদুম লোইশিল্লি। পাপ মচিৎ অমত্তং লৈরিবমখৈ মুক্তি ওইবা য়ারোই, অদুগা পুণ্য থঙ্কিক লৈরিঙৈদস্তু মুক্তি য়াদে। পাপস্তু পুণ্যস্তু মখাক লৈতবমখৈ লোইশিন্দ্রবদি মুক্তি ওইবা ইয়া য়াদে। অদুবু শ্লোক অসিদা শুকদেবনা গোপীশিংবু স্বর অমুক্তং হোনবদা মুক্তি পীব্রে; মাসিগী তুকা থিবা তারি।

শুকদেবনা হায়রি—"চান্নথোইবা কায়নবগী খাঙবদা রারবা অরাবা ফংবতনা গোপীশিংগী পাপ পূম্নমক কোক্লে।" অসুম হায়রবদি নাতৈ অমা চাই। তৌরুবা পাপকী চাংদম ওইবা অরাবা ফংলবা পাপ অদু কোকই। গোপীশিংগীদি পাপকী চাংদগী অরাবগী চাংনা শরুক চামা হেনগৎখ্রবনি। কৃষ্ণদর্শনগীদমক চৎপা ঙমদবা অদুদা মাখোয়না রাখিবা অদুদি মশাদা পাল্লবা মীতনা খঙগদবা মঙাই, কনানা খঙগদবা নত্তে, খঙহনবা ঙমগদবসু নত্তে। মাসিগী হাইফেৎ খঙগদবদি—'চৈতন্যচরিতামৃতদা কৃষ্ণদাস কবিরাজনা ইরিবা চৈতন্যদেব কায়নবগী তেংথারোল (বিরহ-বিলাপ) পারগা খঙ্জিক খঙগবরা অসি মঙাই। অসুম্বা খাঙবা রারবা অরাবা ফংলগা মপান নাইদ্রবা পাপ মপৈসু ময়েং তাই, মাসিদা করি চিংননিঙাই লৈগদগে? অদুগা ঙাইহাক্তংদা ওইর-বসু জগৎ পুম্নমক কাউথোক্লুনা অরেপ্পা অমত্তা ঙাইবা ধ্যান্না (লাইনিংনা) থম্মোইম্নুংদা নুংঙাইবগী শ্রীমূর্ত্তিবু কোঞ্জবদা কয়া নুংঙাইবা! মাগী মরাইবক্তা করিগুম্বদা অসুম্না থোকপ্রবা মী অদুতনা মাসি খঙগনি—অতোপ্পনদি খঙলরোই। মতম খরদং শিংথাদুনা ঙম্মরোইদবা জগত্তা পঙনা ওইদ্রবা, নুংঙাইবা ফংবা অদুদদি পুণ্যসু মাঙলগনি—মাদুদা চিংননিঙাই লৈতে। হায়বদি গোপীশিংগী পুণ্যসু পাপসু লৈতে। ভগবানবু ফংবগী ফংঙমদবা (তাঙনা ফংবা) মতৌতবু উৎনবা অসিগুম্বা লীলানি।

অসিগী মথংদা শুকদেবনা হায়রি—"জার" হায়বদি "মরুম্বী" নি খন্দুনসু ভগবান্দা পামশিনখিবনা গোপীশিংনা গুণময় ওইবা

হকচাং থাদোকখ্রে, হিংনা হিংনা মুক্তি ফংখ্রে। মরুস্মীনি খন্দুনা পাম্লুবগা করম্না মুক্তি ফংলিবনো হায়বসি খন্ননিঙাই ওই। অতোপ্পা নুপা অমবু পাম্লুবদি নুপী ওইবী মপোক্কীদি ব্যভিচারিণী ( লমচৎ কায়রবী ) ওই, অহোইনদুম পাপ ফংবনি। যুমদা লৈরিবী গোপীশিংদো থাঙ্গৈশেংবা ব্যভিচারিণী ওইরে। মরমদি মখোয়না নুপা অনিগী মফমদা মপুরোইবা ওইনা খল্লে। জগৎকী মবুঙোদা মখোয়না হেক্সিন্না পামলবস্থ; মীরমলেনগী মপুরোইবদস্থ খজিক্কুং ওইরবস্থ মপুরোইবগী ব্রাখলদি মরৈরে। অদুনা ব্যভিচারিণী ওইরে। অতোপ্পা নুপাদা পামশিনবা পোক্লবদি জগৎকী নুপীগী মীরমলেনগী মপুরোইবগী প্রেমদা অকায়বা পাপ চঙলে; মাবু ব্যভিচারিণী হায়নরে অমস্থং মপোক অমদা মপুরোইবা ফংলরোই। অদুগুম্নদুনা জগৎকী করিগুম্বা পোৎ অমদা নত্রগা মী অমদা মমতা খজিক লৈবদা, ভক্তগী মীনা ফংনদ্রবা ভগবৎ প্রেমদা অকায়বা লৈরে; প্রেম তত্ত্ব খঙবশিংনা মসিবু "প্রেমব্যভিচার" হায়না খঙৈ; অস্থম্বা প্রেমব্যভিচারনা ভগবান ফংবা ঙমদে। ভগবানবু ফংগে হায়রবদি মায়কৈ অনি থোক্লা প্রেম থম্বা য়াদে। শ্রীচাউববু পামশিরা, শ্রীতোম্ববু পামশিরা খনবা য়াদে। ইবুংঙো মাবু ফংগে, আনন্দ মূর্ত্তি অদুবু কোঞ্জগে হায়রবদি আসনা ফগদ্রা অদুনা ফগদ্রা অমুক খল্লরোইদবনি; অরেপ্পা অমদা অদুম লেপকদবনি। যুমদা লৈরিবী গোপীশিংনা ভগবৎ প্রেমদা খজিক ব্যভিচার ওইবনা জগৎকী মবুংঙোদস্থ "জার" হায়বা ব্রাহৈ শীজিন্নবনি, অমস্থং মরম অসি লৈবনা অস্থম্বী গোপীশিংনা ভগবানবু

তশেংনা কোঞবা ফংদবনি। শ্রীমূর্ত্তিবু হকথেংননা কোঞবা ফংদ্র-বস্থ ভগবানবু নীংজবগী মহৈদি কদায়দা চৎখিগনি? ঈশ্বরবু নিংজমন শোয়দনা ফংগনি। পূক্নিং লিচিং অমত্তা ওইনা শ্রীকৃষ্ণগী রূপ ধ্যান তৌজদুনা গুণময় ওইবা তকচাং অমস্তুং হকচাংগী ব্রাখল পুম্নমক কাউথোকখিদুনা পরমাত্মাগী মশক ওইবা পরম পুরুষ ভগবান্দা থম্মোয় লূপখ্রবা মখোয় অদুদি যোগীগুম্না চিংনা হিংনা মুক্ত (অরান খুভম) ফংলবনি। কৃষ্ণগী নাক্তা য়ৌখ্রবা মখোয় অদু শেংলবা ভগবৎ প্রেমদা ব্যভিচার ওইদে। সংসারদা মখোয়গী মমতাগী মনম ফাওবা য়াওখিদ্রে—মখোয়না মাগী মাগী সংসারগী মপুরোইববু, মপুরোইবনি নিংখিদ্রে; মরম অসিনা মখোয়না জগৎকী মপুবু মপুরোইবা ওইনা ফংদ্রে।

শ্রীপরীক্ষিতনা হায়খি :—

কৃষ্ণং বিদুঃ পরং কান্তং ন তু ব্রহ্মতয়া মুনে।
গুণপ্রবাহো পরমস্তাসাঃ গুণধিয়াং কথম্ ॥১১॥

**অর্থ :**— হে মুনে! গোপী পুম্বা অসিনা শ্রীকৃষ্ণবু ব্রহ্মনি হায়না খঙদে; থোইদোক্লা ফজরবা মুপা অমনি হায়নতা খঙই। অদু ওইরবদি মখোয়গী গুণময় ওইবা সংসার অদু করম্না কোক-খ্রিবনো?

**নুংগী রস :**—শুকদেবনা মথক্কী শ্লোক্তা গোপীশিংনা ফংখিবা মুক্তিগী মরম উৎখ্রবমক্তদা পরীক্ষিতনা অমুক মুক্তিগী মরম হংলিবা অসি করিগীনো? মহাকপু খঙবা ঙম্লগা জীবগী মুক্তি

ওইবা মহাক অদুবু খঙবা হায়বদি "ব্রহ্মজ্ঞান" নত্তুনদি মুক্তিগী অতোপ্পা উপায় লৈতে হায়না শ্রুতি শাস্ত্রদা হায়রি। শ্রুতিগী রা অসি নীংশিংদুনা পরীক্ষতনা অস্তম্না হংখিবনি। ভগবান শ্রীকৃষ্ণ অসে পূর্ণব্রহ্ম ওইদুনস্তু গোপীশিংনদি মীওইবগী মওংদা ফজরবা সুপা অমগুম উরম্মী; মহাক্কী সচ্চিদানন্দগী মশক পর-ব্রহ্মগী রাখল অদু গোপীশিংদা লৈরমদে। শ্রুতিনা হায়রি—পুম্নমক অসি ব্রহ্ম ভাক্তনি, ব্রহ্ম নত্তবা পোৎ লৈতে, মখল মখা অয়াম্বা উৎরিবা পোৎ পুম্বা অসি শিরবা মতুংদা অমুক শি। শ্রুতিগী মতুংইন্না পুম্নমক ব্রহ্ম ওইরবদি মহাক্কী সেবা তৌরিবস্তু মহাকপু উরিবস্তু, তারিবস্তু, মহাও খঙলিবস্তু ব্রহ্ম ভাক্তা ওইকম থোক্লে, অদুবু কনাগীস্তু মুক্তি ফংদ্রিবা করিগীনো? মীওইবনা ব্রহ্ম চারি, ব্রহ্ম পারি, ব্রহ্ম তৈরি—মুক্তিদি ওইদে—করিগীনো? মীওইবনা ব্রহ্মগী সেবা তৌরি, ব্রহ্মবু চারি, উরি, তৈরি—অদুবু ব্রহ্মনি হায়বা খঙনা কনানস্তু উদে অদুনা মুক্তি ফংদবনি। পোৎ পুম্নবু ব্রহ্মনি হায়বা খঙলবদি অফবা-ফত্তবা, য়েক্নবা-মরূপ, এগী মীগী অসিনচিংবা খেন্নবা রাখল অসি লৈতবা, পুম্নমক মওং অমত্তদা ওইরমগদবনি; মিংচৎ ফবা, থিনা ভাংনকম থোকপা কন্নকপা সুংশিবা, ঐগী মীগী নাইবা ভাব তোঙান তোঙানবা পুম্নমক লৈরম্লোইদবনি অমসুং মুক্তি ফংলমগদবনি। মরম অসিনা পুম্নমক অসি ব্রহ্ম ওইরবস্তু, ব্রহ্মনি হায়বা খঙদ্রবদি মুক্তি ওইরোই। শ্রীকৃষ্ণনা ব্রহ্ম ওইরবস্তু, ব্রহ্মনি হায়বা খঙদনা ফজরবা সুপা অমনি খন্দুনতা মাবু পান্নগা নত্রগা ধ্যান তৌরগা কন্নম্না মুক্তি

ওইগনি ? চিংনবা অসি লৈদুনা পরীক্ষিতনা হংবনি। থাঙ্গৎশেংবদি শ্রীকৃষ্ণ লীলাগী মরমদা পরীক্ষিতনা খজিক ফাওবা করিমতা চিংনদবনি। কৃষ্ণলীলা তান-তানা অদুম শিজরগদি মুক্তি ওইগনি খন্দুনা য়াম্না থাজনা তারিবা পরীক্ষিতনা কৃষ্ণগী মরমদা চিংননিঙাই ওইবা করিসু য়াওদে। জগৎকী মীওইবগী চিংনবা লৈরবসু কোক্লনবা হায়দুনা লীলাপাম্বা শ্রীকৃষ্ণগী থৌইঙ্গিসুনা অপঙবা মানবা অসুম্বা রাহং অসি পরীক্ষিতনা হংবতনি। মতাং মতাং কয়ামরুমদা অসিগুম্বা রাহং অসি য়াওরকখিগনি ; পুম্নমক অদুদসু অসিগুম্বা জগৎকী জীবগীদমক চিংনবা কোক্লনবা হংবনি হায়না পাবিরিবা তাবিরিবশিংনা অদুম লৌবিয়ু।

শ্রীশুকনা হায়।

উক্তং পুরস্তাদেতত্তে চৈদ্যঃ সিদ্ধিং যথা গতঃ।
দ্বিষন্নপি হৃষীকেশং কিমুতাধোক্ষজপ্রিয়াঃ ॥১২॥

**অর্থ :—** মহারাজ ! মথক্তা ৭ শুবা স্বন্ধদা মরম অসি ঐনা মহারাজদা হায়খ্রে। চেদি নিংথৌ শিশুপালনা হৃষীকেশ (কৃষ্ণ) গী মফমদা য়েক্নবা ওইনা খন্দুনসু সিদ্ধি ফংখি হায়বদি নরদেহদগী মুক্ত ওইদুনা বৈকুণ্ঠদা য়ৌখি, অদু ওইরবদি ভগবানবু নুংশিবা, নুংশিনা নীংজরিবা মখোয় অদুগী মুক্তিগী মরমদা অমুক করি হায়নিংঙাই লৈরিবগে ?

**নুংগী রস :—** শ্রীকৃষ্ণগী তৌবা ঙম্বা গুণগী মরমদা পরীক্ষিতনা করিসু চিংনবা লৈরোই হায়বদি শুকদেবনা খঙলম্মী;

অদুবু অসুপ নাটৈ চাদবা রাহং হংলিবসি মশাগীদমক নত্তে, থাইগীদমক্তি। মরম অসিনা লোক সাধারন্না খঙনবা কায়দনা শুকদেবনা খজিক শাউভিন্নদুনা পরীক্ষিত্তা নমথাক ভোদুনা চৈরি— অমুক তাগ্রবা রাকম অদো পুক্লিংদ থম্না ভমদ্রবদি কত্তগী রা অসি তাদবনা ফগনি। রা অমত্তদা হক্তিন-হক্তিন ভাঙলবদি, ভাঙলিবা মীদি শিরেদনা; অদুগা ফনা কুইনা তাদুনম্ন সিদ্ধান্ত (অসি ওইরবোইরে) লেপ্পা কৈদগী ভমগদগে ব্যাকরন খঙগে হায়রবদি সংজ্ঞা, সুত্র নীংশিংগদবনি, জিওমিত্রি পাবা হায়রবদি ডিফিনিসন খঙদবা য়ারোই। অসিগুম্নদুনা তত্ত্বকথা খঙগে হায়রবদি কান্না কায়থ্রবা রা নীংশিংগদবনি।

মসিদা পরীক্ষিৎকী রাহংগী পাউথুম পীবা লোইত্রে। শুকদেবনা খল্লুরগা— মহারাজ! ব্রহ্মাণ্ডগী পোৎ পুম্নমক ব্রহ্মনি; করিগুম্বা পোৎ অমবু ফত্তৈ হায়না ধ্যান তৌরগা মুক্তি ওইবা নত্তে. শ্রীকৃষ্ণবু ফজবা মুপা অমনি হায়না খল্লগা করম্না মুক্তি ওইগদগে : অসি নত্রদো মহারাজনা খল্লিবা। চিংনরিবা রাকমদো অতৈদদি ওইবা য়াই, মহারাজমক্তা অসুম্না চিংনবদি ফজবা রাৎলি। য়েংউ, পুম্নমক অসি ব্রহ্ম ভাক্তি, অদুবু কুয়োম লৈবা ব্রহ্মনি। সৎ-চিৎ-আনন্দগী মশক ওইবা ব্রহ্মগী গুণ অহুমনা কুয়োম ওইদুনা ব্রহ্মাণ্ড ওইরিবনি; মরম অসিনা রাখলনা কুয়োমগীদমক নীংবা কায়দনা অদুপকী মতিক নীংলো নত্রগা সেবা তৌরো, তৌরিবা অদু কুয়োমতগী ধ্যান অমসুং সেবা তৌবা থোকই. ব্রহ্মগী থক ওইরোই; অদুনা ধ্যান সেবা অদুনা

মুক্তি ওইদবনি। শ্রীকৃষ্ণদি কুয়োম য়াওদবা ব্রহ্মনি হায়বদি সংসারগী গুণ অঙম্বা ওনবা পোৎকী কুয়োম য়াওদে। মহাক্কী শ্রীবিগ্রহ (শকওং) অদুদি সচ্চিদানন্দনি; মরম অসিনা মহাকপু ব্রহ্মনি খনগে খল্লু. খল্লোই তোকউ. করিগুম্বা ভাবপু অমদা পূক্লিং চঙনা মাঙোন্দত্তা লেপ্পবদি মুক্তি কৈদগী শোয়গনি।

মহারাজনা হায়রিবা অদু খঙবা রারগনা। পুদম অমা পীগে, তাও–পঙলিবা অঙাং অমনা কজবা লৈনি হায়দুনা মৈরিদা মখুৎনা পায়রুরবদি মখুৎ পোক্কনি, কনানা অথুম্বনি খল্লুদুনা হু খক্লুরবদি মথরায় মাঙগনি। অদুগা মৈরিনি খন্দুনা লৈহাও পায়রুরবদি মখুত্তা মনম পক্কনি; মতোমত্তা শিজয়গে খনা অমৃতবু হূনি খন্দুনা খকলুরবদি শিবদি থমখো অমরদুম ওই-খোকপ্রগনি। "নহি বস্তুশক্তির্বুদ্ধিমপেক্ষতে"—পোৎকী শক্তি (মগুণ) দি জ্ঞানবু ভাইবা লৈতে। মৈগী পাঙ্গলদি চাকথেকপনি, চাকথেকপগী পাঙ্গল অসি খঙদদুনা মৈদা মখুৎ থিংজল্লরবদি মৈনা মথো অদুম তৌখিগনি। খঙনা নত্রগা খঙদনা তৌরিবনি হায়বা মৈনা করিস্তু য়েংবিরোই। অমৃতগী মগুন খঙদনা অনুত খকলুরগসু অদু মঙাই। খঙনা থক্লিবনি খঙদনা থক্লিবনি করিস্তু য়েংবিরোই, অমৃতগী মথো অদুম তৌখিগনি। অসিগুম্নদুনা জগৎকী মায়াগী পুন্নবা পাঙ্গল লৈ; জগত্তা ফোঙদোক্কনা লৈরিবা পরমাত্মাবু রাখল তৌদদুনা তৌনিংবা সেবা মওংদা সেবা কৎলু, মায়ানা অদুম পুনগনি। অদুবু সচ্চিদানন্দ ভগবান্দি মুক্তি পীনবিবা শক্তি লৈবনি, মাবুত্তা খন্দুনা পূক্লিং চোইগন্নু,

শোয়দনা মুক্তি ফংগনি। পোৎকী শক্তি কদায়দা চৎখিগদগে ? মহারাজ! অহৈংবা হৈশিং থম্না লাম্লবা পাত্র অমগী মপান্দ' সেক্লগা নম্লগা চূপলগা হৈশিং খোরাংবা কোক্কদবা নত্তে। তক্কনা থম্লবা জগৎকী মপান্দগী লেকপনা মীওইবনা খোরাংবা কোক্কিবনি হায়বদি মপানগী ওইবা ইন্দ্র · মিৎ, না, নাতোন লৈ অমস্তং উনশান্দা নক্কগী কুয়োমগা থেংনরে ; অসিনদি খোরাংবা কোকপা, মুক্তি কদায়দগী ওইগনি। ভগবানগী শ্রীমূর্তিদি অকবতনা কুং-শিল্লক্কুনা, থম্মোয় ফজবতনা কুংশিল্লক্কুনা অমস্তং মুংঙাইবগী শরক্কুনা কুংশিল্লক্কুনা ওইবনি ; ঙগী কুয়োম য়াওদবনি, অমুম্না সচ্চিদানন্দ মূর্তি অদো থম্মোয়দা থুম্না হেক শন্নবদ, মুক্তি ফংলে মসিদা চিংনবিডাই করিম্ত লৈতে।

পুক্রিং হায়বসি পানগী বিষয়দগী হেক লেপলগা থম্মোয়-মুংদা হেক য়েংখিনা থমুংদা লৈবা মুংঙাইবগী মশক্তা ওইবা আত্মানা মাডুদা মমি তাগনি। মমি অদু মরা চেৎহনবতনা মুক্তিনি। মওং নাইদবা আত্মাগী হরাওবনা থম্মোয়দা মমি তারগা মুক্তি ওই। অদু ওইরবদি আত্মানন্দনা শেমগৎলবা মশক নাইবা আনন্দ অদুনা থম্মোয়দা লেঙদনা মাম তাবি-রবদা ওইগদবা মুক্তিগী মরমদা করি অমুক চিংনখিংসগে ? মতম পুম্নমক্তা আনন্দ মূর্তি দর্শন তৌবদা অমস্তং অপাম্বগা লোয়ননা মতম পুম্বদা ধ্যান তৌদুনা মাগী থম্মোয়দা আনন্দগী মশক অদুবু য়েকল্লবা অদুঙুম্বা মীশিং অদুদি মায়ানা থম্লবা জগৎ অসি কাডবা ঙম্মি ; মরম অসিনা মখোয়দি মুক্তি ওইরে।

নৃনাং নিঃশ্রেয়সার্থায় ব্যক্তির্ভগবতো নৃপ।
অব্যয়স্যা প্রমেয়স্য নির্গুণস্য গুণাত্মনঃ ॥১৩॥

অর্থ :— মহারাজ ! মীওইবগী থোইদোকনা মঙ্গল ওইননবা মরেং তাবা নাইদ্রবা, অসিনি হায়নস্থ লেপ্পা ঙমদ্রবা, মশা মতোমতনা মগুণ অদু লৈবা, সত্ত্বরজতম গুণ অহুম্ন পম্বুবা ভগবান্না ভূমণ্ডল অসিদা মূর্ত্তি পান্না লেঙথোকপিরকপনি হায়বসি খঙগদবনি।

নুংগী রস :— ব্রহ্ম ঙাক্না ডায়বা জগৎকী সেবাবু ব্রহ্ম সেবা ওইদ্রবদা শ্রীকৃষ্ণবু ফজবা সুপা অমনি হায়নতা খল্লগা মূক্তি ওইগদবা করিনো হায়না মহারাজ পরীক্ষিতকী চিংনবা লৈরম্মী। শুকদেবনা ১২ শুবা শ্লোক্তা শ্রীকৃষ্ণবু কুয়োম য়াওদবা ব্রহ্মনি হায়দুনা পাউখুম পীব্রে। মাদুদস্থ শ্রীকৃষ্ণদি মশক নাইদি, করম ভৌনা কুয়োম য়াওদবা ওইগদৌরিবনো হায়না পরীক্ষিতনা হংবা তারবদি খল্লদুনা শুকদেবনা ১৩ শুবা শ্লোক অসিদা অমুকস্থ শেংদোক্লি—মহারাজ ! মীওইবগী য়াইফনবগীদমক ( মূক্তিগীদমক ) মশক নাইনা ভগবান্না ফোঙদোকপিরকপনি। ভৌবঙস্বা, অকনবা, মিংচৎ ফজবা, অফবা, জ্ঞান অমস্থং বৈরাগ্য তরুক অসিগী মিং "ভগ" কৌই ; তরুক অসিনা মপুং ফানা লৈরিবা অদুবু ভগবান কৌই। মহাক্না পাঙথোকপা ঙমদবা থবক অমত্তা লৈতে অদুগা মাগা মান্না থৌজাল পীনহৈবা অমস্থ লৈত্রে। কলিগী জীব অসিদি রাখল য়াম্না থেল্লি অমস্থং রজঃ, তমঃ গুণনা মপুং ওই ; মখোয়না ভগবানগী মপান নাইদ্রবা সুংঙাইবগী মূর্ত্তি অদু

লৌশিনবা ঙমদে। অমরোমদদি, ভগবানবু বাখলনা লৌশিনবচু নত্রবদি লাম্নিংঙাই লৈতে; মরম অসিনা থৌজালগী ঈপাক ওইবা ভগবান্না থৌজানবিদুনা, থম্মোইশুংদা ফোংদনা লৈবিরবস্তু, মপান্দা অশেং অশেংবা সচ্চিদানন্দগী মশক ওইনা মীওইবগী মওঙদা সংসার অসিদা লেঙথোকপিরকপনি। মস্নেং ভাবা লৈত্রবস্তু মাঙথিবা য়াবগী মতৌগুম, মওঙ করিনো হায়বা পুথোকপা ঙংদ্রবস্তু অশেং অশেংবা মূর্ত্তি পানবগুম, জগত্তা লৈরিবা গুণনা মঙোন্দা চঙদ্রবস্তু, গুণ চেনবগী মতৌগুম উহন খঙহনবীরি।

শ্রুতিনা হায়রি:--ব্রহ্ম হায়বসি অচৌবস্তু নত্তে, কুপ্ত-কুপ্লবা অপিকপস্তু নত্তে, মতম অমতদা খাইদগী চাউবস্তু খাইদগী কুপ্লস্তু অনিমক অদুম ওই। অদুনা মহারাজ! মহাকপু মিৎনা উরিবা জগৎকী হকচাং পানবা অমনি হায়না চম্না থনগদ্রু; মহারাজগুম্বা সংসার থাদোক্লবা কপ্তনত্তা লৈরবা মুক্তি পাম্বা মীবু থৌজানবিগে হায়না ইবুঙো মানা অহম্না শাইওনবীরক্রবনি। অস্তুম্বা আত্মা হায়বদি ভগবান্না নীংজ-নিজবা মতুংইন্না পীনবিবা মূর্ত্তি অসি পাউতাক্লস্তু, লিংজেন ফবনস্তু, পাবা ঔরাইবনস্তু ফংবা য়াবা নত্তে; আত্মা অসিনা পেনবীরবা হায়বদি চানবীরবা মহাক অত্রগী মফমতদা মশাগী শকফম অদু পীনবীবনি। মশাগী শকফম (নিজতম্ভু) হায়বদি শেংলবা বাখলদগী থোকপা শকলোন হায়বনি "চিন্ময়স্য-দ্বিতীয়স্য নিষ্কলস্যা শরীরিনঃ। উপাসকানাং কার্য্যার্থং ব্রহ্মনো রূপ কল্পনা।" নীংজবা মীগী থবক কান্নবগীদমক পরব্রহ্মনা মশাগী মশক অদু ফোঙদোকপী। মরম অসিনা অরেম্বা অমদা

লেম্নবা তক্কবু চানবিদুনা পরব্রহ্মনা মশাগী অশেংবা চিন্ময়বিগ্রহ (মানা মানা পাম্বা শক্লোন) অদু লৌরী হায়বসি শ্রুতি, স্মৃতি, পুরাণা য়ানরবা য়াকমনি।

কামং ক্রোধং ভয়ং স্নেহমৈক্যং সৌহৃদমেবচ।
নিত্যং হরৌ বিদধতো যান্তি তন্ময়তাং হি তে ॥১৪॥

অর্থ :— মরম অসিনা মহারাজ ! কামদবু ওইরবসু, শাউ-দুনবু ওইরবসু, কিদুনবু ওইরবসু, নুংশিদুনবু ওইরবসু, ভক্তিনবু ওইরবসু যেসা পুগে হায়বা ভাব অমা পুদুনা মতম পুম্নমক্তা শ্রীকৃষ্ণদা পুক্নিং থম্বা ভুম্নবতদা মীওইবনা মঙোন্দা অদুম তিনবা ঙমগনি।

নুংগী রস :—বা অসি তারগা অয়াম্বনা হায়গনি—লৌকিক কাল অসিদদি শ্রীকৃষ্ণবু তাথিবদি অরাংপা লৈরে, অদুনদি মখোয় পুম্নমক অদুসু মুক্ত ওইরগদ্রা ? নত্তে ওইরোই। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা কুয়োম য়াওদবা সচ্চিদানন্দ মূর্ত্তি ওইনা মর্ত্তালোক অসিদা লেঙবীরকখিবা মতম অদুগী রাবু শুকদেবনা হায়রবনি মতম অদুদদি পুম্নমক্তা অশেংবা শ্রীমূর্ত্তি অদু মমিৎমক্তা উবা ফংনৈ। থম্মোয়গী রাখল মপু অদু মাংদবনা তোঙাল তোঙালবা শক ওইনা দর্শণ ফংলবসু সচ্চিদানন্দগী মশক অদু মিৎকী থোংদা চঙলকুনা থম্মোয়দা মমি তাবনি ; মরম অসিনা হন্থনা নরগা হন্থৎনা চেনবা ঈচেলগী ভাবনা উরবসু পোৎকী পাঙলদি মাঙবা য়াদবনিনা পুম্নমক মুক্তি ওইরম্মী। লৌকিক হন্থৎনা চেনবা ভাবকী ঈচেলদি থবু থমখো, তুং-ইমনা হন্থনা চেনবা

ভাবকী ঈচেলস্থ মুক্তি ফংবা অরায়বা নত্রে। মরমদি মুক্তি পীনবিবা মুংভাইবতনা থল্লবা পোৎনা কনাগীস্থ থম্মোয়দা শোক-পিত্রে; অদুনা মুক্তিস্থ ওইদে। কনাগুম্বতনা মপোক কয়া নিংজহুনা ইবুংঙো মাগী থোঙাল্দগী সচ্চিদানন্দ মূর্ত্তি অদুনা থম্মোয়দা ভাবনিবরক্রবতদা মুক্তি ওইগদবা মঙাইরে। অদুবু গোপীশিংগুম্না নত্রগা কংস, শিশুপালগুম্না থম্মোয় লিচিং অমতা ওইনা রাথল তৌরবদি মপোক অমহুদা, অমুক করি থুনক অদুদা মুক্তি ওইগনি। পুরান পাবদা থঙবা থম্মি—কংসনা কবদগী, শিশুপালনা য়েক্রবা ওইবদগী মতম পুম্নমক্তা কৃষ্ণচিন্তা তৌদুনতা লৈরম্মী; মখোয়গী অতোপ্পা রাথল অমা লৈরমদে; চুম্বা, চাবা, ফম্বা, চৎপা, সংসারগী থবক পুম্নমক্তা কৃষ্ণতবু থল্লম্মী। ঐখোয়নদি কংস, শিশুপালগী মরমচং ভাবগা কৃষ্ণ-বিরোধী (কৃষ্ণগা য়ানদবা) নি হায়না নিন্দা তৌই: বিরুদ্ধ ওইনা অতৎপা অকাংবা লৈতনা ভগবৎ চিন্তা তৌবসিস্থ মপোক কয়াদা তানশিল্লক্রবা কম্ম ফলনি। অদুম ওইবা মিংচৎনা তান-শিল্লকুনা অরেপ্পা লৈতনা কৃষ্ণচিন্তা মতম পুম্বদা তৌবদগী তন্ময় (নীংশিবা পোক্তাতিনবা) ওইত্রে। পরমানন্দদা তন্ময় ওইবা অসিবু মুক্তি হায়না কৌরে।

ন চৈবং বিস্ময়ঃ কার্য্যো ভবতা ভগবত্যজে।

যোগেশ্বরেশ্বরে কৃষ্ণে যত এতদ্বিমুচ্যতে ॥১৫॥

অর্থ :— মরম অসিনা মহারাজ! যোগেশ্বরশিংগীস্থ লাই ওইবা, পোকপা শিবা লৈতবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা বহাক্লা

অসুম্বা ঙকনুবসি মতিক চাদে ; গোপীগী বা লাপ্না থমখো ; অদুগা মাবুতা নীংজবা মীচমগী বাস্থ লাপ্না থমজ্রো, শ্রীকৃষ্ণগা মরী খজিক্কং লৈনজবা ফংবতদা জগৎ অপুম্বা মুক্ত ওইবা য়াই।

নুংগী রস :— অষ্টাঙ্গ ( হকচাং কায়াৎ নিপাল ) যোগ মপুং ফানা সমাধি য়োবফাও সাধন তৌরগা মীওইবগী মুক্তি ওই হায়বসি মী পুম্বনা খঙনরবা বানি। যোগীশিংনা যোগাসন্দা কমদুনা মহাকপু ধ্যান তৌই, ধ্যান অসুম অসুম তৌশিল্লকপনা মাগী মতৌদা তিম্থোকপ্রে, অদুদগী মাগী মওঙ অদু ওইদুনা মুক্তি ফংগ্রে ; অদুম ওইবা মহাক অদু শ্রীকৃষ্ণনি। মহাক্না পরমাত্মাগী মশক ওইনা যোগীগী নীংনফন্নি, মহাক অসিনি সচ্চিদানন্দগী মুর্ত্তি ওইনা শাইওনবিরকপা। পরমাত্মাগী মশক ওইনা মহাকপু ধ্যান তৌরগা মুক্তি ওইরবদা মশামকপু ধ্যান তৌবদা মুক্তি ওইগনি হায়বা অসিদা করি ঙকনিংঙাই লৈতে। মহাকপু হানবা লৈত্রবস্থ ইবুঙো মাদি মনীং তম্না শাইওনবনি। মঙোন্দগী হানবা লৈতবা অমস্থং মনীং তম্বা শাইওন ওইবা মহাক অদু পরব্রহ্মনি ; পরব্রহ্মবু ধ্যান তৌবদা মুক্তি ওইগনি হায়বা অসিদা ৮-ইথোক্কবা করিস্থ লৈতে।

শ্রীকৃষ্ণতত্ত্ব খঙলবা শ্রীধরস্বামীনা হায়রি—"যত শ্রীকৃষ্ণাৎ এতৎ স্থাবরাদিকমপি বিমুচ্যতে।" হায়বদি শ্রীকৃষ্ণগী উরি-বারি অচৎ-চত্ত জীব পুম্নমকস্থ মুক্তি ফংই। বা অসি ভাবদা অয়াম্বনা হায়নবা য়াই শ্রীধর অসি বায়াম ঙাঙই হায়না। থাজগন্দবা, এনা মহেল্লে খম্না চৎপা, ভক্তিগী লম্বী ওইবা থাদোক্কনা চিংনবা মরমতা ওইদুনা নাপন্না লুতোন কারবশিংনা বিচারগী লম্বীদা

চখরগদি, রায়াম ওইবা য়াই হায়ববু শ্রীকৃষ্ণবু ভগবানি হায়না থাজরবদি, মসি চাম্না লায়বা রাফম্নি। এখেৎনা শ্রীকৃষ্ণবু ঈশ্বরমক্তি খন্দুনা মদুগী মতিক চাবা ভাক্ত কৎপা ঙমদ্রি ; শাস্ত্রগী মতুং ইন্না ভগবান্নি হায়নত্তা মরোরি। মরম অসিনা শ্রীধরগী লেপ্লিবা রাফম অসিদ ঐখোয়গী য়েংনিংঙাই লৈতে। বেদান্তনচিংবা শাস্ত্রনা তত্ত্ব হংননবগীদমক্তি, অদুগা শ্রীমদ্ভাগবতনচিংবা ভক্তি শাস্ত্রশিংনা লাই নিঙননবগীদমক্তি লাইনঙ পুজাগী য়ুম্ফমদি থাজবা অসিনি ; শ্রীকৃষ্ণগা হিন্নজবদা ডরি-রারী চৎপা ঙমদবা পাম্বী ফাওবা মুক্ত ওই, ওইদে হায়বগী বিচার তৌদনা, মরাইবক ফবা কনাগুম্বা মীনা মসিদা থাজবা ঙম্লবদি শোয়দনা মহাক অদো মুক্তি ওইগনি হায়বদা চিংনিংঙাই কর্রিস্ত লৈতে।

খল্লুবদা লাম্বা ফংলরোইদবা পাঙ্গল লৈবা ভগবান্দা ওইথোক্তবা নত্রগা মাগী মরমদা হেক্তিন্না হায়বগী রা অসি মীওইবনা হায়বা হেক্তিন্নি নত্রগা ওইথোক্তবনি খনবা কর্রিস্ত য়ারোই। ভগবানগী পাঙ্গল, গুণ, তৌবা ঙম্বা লৈরিবা অসি মীগী চিন্না শীংথাবদা, খনবদা লোইবা ঙম্বা অমত্তং ঙমগদবা নত্তে। শিব, অনন্ত, ব্রহ্মা, নারদমকত্ত ঙমখিদ্রবা রাফমনি অদু ওইরবদি শ্রীধরনা হেনগৎনা হায়বা রাফম কর্রিগী ওইগনি ? ভগবানগী রাখলনা লাম্বা ফংদ্রবা ( অচিন্ত্যাশক্তি ) পাঙ্গলগী খুদমদি অদুপকী মতিক হায়গেমখৈ হায়বু অচম্বা মীনদি রাম্নামনি হায়বা য়াই ; ভশেংবদি ভগবৎ শক্তিগী য়াম্না য়ামদ্রবা শরুক মচেৎ অমত্তনি। মরম অসিনা শ্রীধরস্বামীনা ইরম্লিবা অসি হেনগৎপা, রাশাং

ওইবা করিস্নু য়াওদে ; অচিন্ত্য ভগবৎ শক্তিগী ইচম চম্বা শরুক মচেৎ অমকনি ।

তা দৃষ্ট্বান্তিক মায়াতা ভগবান ব্রজ যোষিতঃ ।
অব্রবদ্ বদতাং শ্রেষ্ঠোবাচঃ পেশৈর্বিমোহয়ন্ ॥১৬॥

অর্থ :— য়াগাং কৈরবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা গোপী পুম্নমক মমাক্তা লাকপা অদু উরদুনা নুংঙাইবা মওংদা লরুবগুম্বা য়াহৈনা মখোয়বু শুক্তকে নীংদুনা অমম্বা হায়রকখি ।

নুংগী রস :— ভগবানগী চরণ ফংগে হায়রবদি ব্রজ কম্ম-চারিশিংগুম, সাধকশিংগীসু পরীক্ষা মথং মথং লৌবা তাই । বস্ত্রহরণ লীলাদা গোপীশিংদো পরীক্ষা থাক্লে, অদুবু পাশ ওই-খিক্লে । মরম অসিনা ভগবানবু কোঙ্গবা ফংখিক্লে । অদুগা মখোয়বু পরীক্ষা লৌবা অমুক হৌরক্লি ।

শ্রীভগবান্না হায়রক্লি ।

স্বাগতং বো মহাভাগাঃ প্রিয়ং কিং করবাণি বঃ ।
ব্রজস্যানাময়ং কচ্চিদ্ ব্রূতাগমনকারণম্ ॥১৭॥

অর্থ :— হে লাইবক ফবীশা ! নখোয় মঙ্গল ওইনা লাক্লিব্রা ! নখোয়গী নুঙাইনবা করম্বা থবক অমা ঐবু তৌ হায়বগে ? ব্রজগী মঙ্গল ওইরিব্রা ? নখোয়না লাকপা মরম করিনো হায়বু ।

নুংগী রস :— ইবুঙো মহাক্না কৌদুনা লাকলে, অদুগা অমুক মশামক্তা গোপীশিংনা লাকপগী মরম করিনো হংলে ।

মসিনিসে রসনা মপুম ওইবা কাবা, মথক্তা হায়খ্রিবা নুংঙাইবগী করেম্বা হাঙাং ওয়বদো।

রজস্যেষা ঘোররূপা ঘোর-সত্ত্ব-নিষেবিতা।
প্রতিযাত ব্রজং নেহ স্থেয়ং স্ত্রীভিঃ সুমধ্যমাঃ।।১৮।।

অর্থ :— হৌজিকসে অহিংনি, হাম্না কিনিঙাই ওইবা মতমনি, শাহিং চাবা শা কয়ানা মায়কৈ মরিমক্তা চৎলি। হে ফজবীশা! মতম অসিদা নুপী ওইবীন মকম অসিদা লৈবা হৌনদে; ব্রজদা হল্লো।

নুংগী রস:— ভগবৎ প্রেমগী পরীক্ষা ভৌবা হৌগৎলক্লে। কনাগুম্বনু কারগুম্বা অমদগী ভোকহনগে হায়রবদি অকিবা উৎপা ঙাই। অকিবা অথোইবা অসি মথক অহুম ওই— থরায়গী-দমক কিবা, মীনা করি হায়'থগদগে হায়বগী কিবা, ধর্ম্মগীদমক কিবা। ভগবান্না গোপীশিংগী লেপ্লবা প্রেম পরীক্ষা ভৌনবগী-দমক অহানবদা প্রাণভয় ( থরায়গীদমক কিবা ) উৎলি। হৌজিক অহিংনি, বন অসি শত্তর-কৈনাচংবনা কোয়চৎ চংলি। নখোয় নুপীনি—পাজল শোনবী নুপী নখোয়না মতম অসিদা মকম অসিগুম্বদা লৈখোকপা হৌনদে। অসিদা লৈরবদি নথবাই মাঙ-বসু য়াই; অদুনা নয়ুম নয়ুমদা হল্লো।

জীব হায়বা অসিনা ভগবানবু ফংনবগীদমক মথবাই কাওবা পাম্মুরক্কবা, থাহোয়ুগে নীংলক্লবা মতমদা মহাকপু ফংবনি। ভগবান্না চাং য়েংলি—গোপীশিংনা ঐগীদমক্তা মশাগী থরায় কাওবসু করিসু লৈতবা থনবা ভমলক্লা, মখোয়গী "প্রাণ"না

চাউবরা, ঐনা চাউব্রা। জগৎকী প্রনয়িণীশিংনা নায়কশিংগা উনবা মতমদা নায়কশিংনা প্রণয়িনীশিংদা, প্রণয়িণীশিংনা নায়কশিংদা পুক্লিংগী অরেপ্পা খণ্ডননবা অসিগুম্বা অকিবা অসি উত্‌না করেম্নে। ঙসিদি ভগবান মশামক্লা নায়ক শাদুনা চান্নরবী গোপীশিংদা নমথাক তৌদুনা করেম্নরি। করেম্নবা অসিগী মনুংদা ভক্তগী প্রেম পরীক্ষা তৌরি। তৌরিবা পরীক্ষা অসি গোপী-শিংগীতা নত্তে, নঙগীসু, ঐগীসুনি—পরীক্ষা অসি ভক্ত অপুম্বগীনি—পরীক্ষা অসি জগৎ থুংনা. মশীং লাকঙমদ্রবা জীবগীনি; বাফম অসি সাধক পাঠকশিংনা নীংশিংগদবনি।

মাতরঃ পিতরঃ পুত্রা ভ্রাতরঃ পতয়শ্চ বঃ।
বিচিন্বন্তি হ্যপশ্যন্তো মা কৃঢ্বং বন্ধুসাধ্বসম্ ॥১৯॥

অর্থ:— নখোয়গী নমা-নপা, নবুং-নৌপা, নচা-নরাশিংনা শোয়দনমক নখোয়বু থিনরিরিনি, নখোয়বু উদবদা, নঙগী-নঙগী ৎইবা মীশিংদা অকিবা পোকহনগনু।

নুংগী রসঃ— নঙগী ওইবা মীবু পেলহনবা হায়বসি পুন্নমক্কী তৌগদবা থবক্নি—মুপীগী জাৎনা মসি অমুক্ক হেন্না তৌফম থোকপনি। ভগবান্না গোপীশিংগী লমচৎকী তৌফম থোকপা থুগায়বগী অকিবা উৎলি। গোপীশিংগী মফমদা চৎন-বীনা চাউবরা, ঐনা চাউবরা হায়বগী ভগবান্না পরীক্ষা লৌরি।

দৃষ্টং বনং কুসুমিতং রাকেশকররঞ্জিতম্।
যমুনানিল লীলৈজত্তরু পল্লব শোভিতম্ ॥২০॥

অর্থ:— যমুনাগী ঈশিংনা শোক্লবা ভপ্পা-ভপ্পা হুম্বা মাপংবনা মৈদুনা ভনিক-ভনিক্লবা পামেল মনা অনৌবশিংনা হাই হুমদুনা

নীংথিরবা অদুগীসু মথক্তা মপুম ফারবা থাজগী মঙাম্না য়েদুনা ফুগায়না শাৎকায়রবা লৈরাংগী বন য়েংলে, উরে; অসিদা করি অমুক রাংলি, হুজিক্তি য়ুম য়ুমদা হল্লো, চৎলো।

নুংগী রস :— গোপীশিংদি শ্রীকৃষ্ণবু কোম্বা ফংগনি হায়বগী রাখলদা নুংঙাইবা ময়াম কানা লাকচবনি। ভগবান্না থরায়গী অকিবা উত্তুনা ভক্তদা হল্লো হায়রকপা মতমদা বক্রুনা থাবগুম ভক্তুনা লৈক্রে পরীক্ষা লৌরিবা পরমেশ্বরনা অমুক্তা ভৌফম থোকপা মথৌ কায়বগী অকিবা উত্তুনা য়ুমদা হল্লো হায়বীরে। গোপীশিংনদি ইবুঙো মাগী থম্মোয়গী রাখলদি খঙদদুনা নীংবা কায়না মায়কৈ পুম্নদা কোয়েং য়েংলক্লে— নুংশিথোইবা মবুংোগী মায় য়েংবা ঙমজদ্রে—পুক্নিং খোয়রাং খোয়শাউরে। রসরাজ শ্রীকৃষ্ণনা মদু উদুনা রস খঙবগী অয়োবা মতৌ উংপিরে। মসি পরীক্ষা নত্তে, থম্মোয়নুংদা ফুম্লবা নুংশিনবগী ঙমখৈ লৈতবা নায়ক নায়কাগী উনবদা অসুম্না ঙাংনবা অসি মহৌশানি। মসি শ্রীমদ্ভাগবতকী কাব্যগী শরুক অমনি। জ্ঞানীশিংনা রস লৌদুনা জগৎকী পোৎকী মনুংদা ব্রহ্মগী ওইনিংবা ভাব অদু লৌবা ঙম্লিবা অদুগুম্না ভক্তনা পামজবা কাব্যরসকী মতেংনা জগত্তা লৈত্রবা প্রেমরস অদু চুপ্পা ঙমগনি। মরম অসিনা মসি কাব্যরসকী রা ওইরবসু ভক্তগী প্রেম হেনগৎনবা রানি রসকী মপুং ফাইরিবা শ্রীকৃষ্ণনা গোপীশিংবু থম্মোয় কায়রে হায়বা উবিদুনা নুংশিবগী করেম্নবা অদুগী মনুংদা থুপ্লবা পুক্নিং ফানবা রাখলসু পীবিরি। গোপীশিংনা মাদুবু খঙদবদি নত্তে, অদুবু অওইবা

যানা ফাগী ভোবা অসিদি লৈনদে, অদুনা থম্মোয় কায়বনি। মাসমু প্রেম য়োশিনখিবগী মহোশাগী ওইবা থম্মনি।

উদঘাত মা চিরং ঘোষং শুশ্রূষধ্বং পতান্ সতাঃ
ক্রন্দন্তি বৎসা বালাশ্চ তান্ পায়য়ত দুহ্যত ॥২১॥

অর্থ :— মরম অসিনা হে পুক শেংলবীশা! নখোয় য়াম্না থুনা হল্লো। নঙগী নঙগী নপুরোহৈবগী সেবা তৌরু। মমাও অমমুং অঙাংশিং কপ্লরিনি, নয়ুমদা চৎলগা মঙ্গোম শম্মু অদুগা অঙাংশিংদা পীথকলু।

লুংগী রস :—মসিমু করেম্নবা অমমুং লুংশা থীবা কোক্লনবা পুকথেম রাহৈনি। মসিগী মন্নুংদা পরীক্ষা ভোবগী মওংমু য়াওরি, মসিদা অঙাং মঙ্গোম পীকথলু হায়রিবা অসি অরাম খোয়াংবা মীবু হায়বনি অপোকপা মচাগী য়া নত্তে। ভগবাম্না কৌবদা লাক্লিবী গোপীশিংগী মচা লৈত্তে অদুগা লৈবগী য়ামু নত্তে। মরমদি মপুরোহৈবগা লৈমিন্নবা নরনদি মচা পোক্তে। অস্তম্না গোপীশিংগী মপুরোহৈবশিংদি মরক মরক্তা অহেকপা নংই। মখোয়না মাগী মাগী মুপীবু কৃষ্ণগী নাক্তা লৈবা উরদুনা য়াম্না শাউবনা লুত্তোন কায়। থুদক অদুমক্তদা মযুমদা য়েং-লুবদমু যুমগী থবক-থনা কায়দনা অদুম শূরম্মী; অদুনা ঙক-খিবনি। মরম অসিনা বৃন্দাবনদা লৈবী গোপবালাশিং অসি য়াম্না গোপী অমমুং মতম পুবদা কৃষ্ণদা থম্মোয় লুপ্পী ( চিন্ময়ী ) মথল অনিখোক্লা লৈ হায়বসি থওনগদবনি। কাওবু অনিমক অসি মরম পুরমক্তা চপ মাম্নৈ, মরম অসিনা গোপশিংনা ঙক্লিবনি। চিন্ময়ী

ওইবী গোপীশিংদি কৃষ্ণতগা মতম পুম্বদা লৈমিন্নৈ। মথাদা মসিগী মরম তশেংনা উৎলকখিগনি। মহারাজ পরীক্ষিতনা রাসলীলা লোইনা তারগা মসিগী চিংনবা, নীংবা কায়বা পুম্নমক হংবগী পাউথুম শুকদেবনা পীদুনা মাবু পেনসহনবা মতাং মতাং অদুদা ঐখোয়গী থুদোং চাবা লৈদুনা শুকগী বাডাও তুংইন্না শব্দোক্তা হেক তম্বা মখৈ নৈননবা হোৎনবা ভাই। হিরম অসিনদি থাম্না অকবা অমা ওইবনা সজ্জনশিংগী পেলকনবা উন্মোইদ্রা হায়না চিংনৈতে। অদুবু তবগী বাকম অসি থওবিগে হায়বগী মরুদ "থাজনা" হায়বা অসিনি।

অথবা মদভিস্নেহাদ্ ভবত্যো যন্ত্রিতাশয়াঃ।
আগতা হ্যুপপন্নং তৎ প্রীয়ন্তে ময় জন্তবঃ ॥২২॥

অর্থ :- অত্র নত্রগা ঐঙোন্দা লৈবা অপাম্বনা চিংলক্লুনা লাকপা ওইরবস্তু করে, চিংননিঙাই লৈতে; করিনা জীবশিংনা ঐবু অদুম নুংশি।

লৈংগী রস :- মপাম্বোংদা গোপীশিংগী পুক্সিং হন্দনবা বাঙাওনি। অদুমক্তদ ওইরবদা জীবগী লমচৎকী থুদমদা গোপীশিংনা লাকপা অদুবু চুম্মী হায়না শৌগত্রুনা মখোয়গী নাপলগী নৈ অহ নৈথু নৈরী কাহল্লি।

ভর্তুঃ শুশ্রূষণং স্ত্রীনাং পরোধর্মো হ্যমায়য়া।
তদ্বন্ধুনাঞ্চ কল্যাণ্যঃ প্রজানাঞ্চানুপোষণম্।
দুঃশীল দুর্ভগো বৃদ্ধো জড়ো রোগ্যধনোঽপি বা।
পতিঃ স্ত্রীভির্ন হাতব্যো লোকেপ্সুভির পাতকী ॥২৩॥

অর্থ :— হে লাইবক ফবীশা ! পুকচেল চুম্না নঙগী নঙগা নপুরোইবা অমসুং নপুরোইবগী মরূপ মপাংশিংগী সেবা অমসুং নচা-নশূ য়োকপদনা সুপী ওইবী নখোয়গী অথোইবা ধর্ম্মনি।

অদুগুম্বী সুপী নখোয়না মপোক অসিগী অমসুং হয়েংমুক্কী মপোক্কী সুংঙাইবা পাম্নবদি, নপুরোইবনা মরমচৎ ফত্রবসু, ময়াইবক থীরবসু, অহল ওইরবসু, করিমতা ঙমদ্রবসু, শুনাবা নত্রগা লায়রবা ওইরবসু, পাপকী থবক তৌরুবা নত্রবদি করিগুম্বা মঙং অমা ওইদুনসু থাদোকফদে।

নুংগী রস :— ধর্ম্মদা মায় ওনশিনবা ভারতকী আর্য্যনারী খিবিক্কী থরায়দগীসু হেন্না চেকশিঙ্গবা—থকসি-খাসি নাইবা, নোল্লুকপা, ঈকাইথীবা, য়ুম্বানলোনগী থবক্তা পামশিনবা মতৌ অসি ইহোৎ হোৎনরুদনা মহৌশাগী ওইনা অদুম লাকচরবা স্বর্গদগী লোয়নরক্লবা লৈতেংনি। প্রেম পরীক্ষা লৌরিবা ভগবান্না স্তুবি—গোপীশিংনা মহাক্কীদমক থরায় থাদোকপা ফাওবা নীংহন্নরোই অদুগা নুপী ওইবীগা লৈতেং ঈকাইবা থাদোকপসু ঙম্লগনি ; মরম অসিনা হৌজিক্কি ধর্ম্ম মাঙবগী অমসুং অফবা লমচৎ কায়বগী অকীবা উত্তুনা পরীক্ষা তৌরক্লি। মপুরোইবা হিংলিঙৈদা নুপী ওইবীনা করিগুম্বা ধর্ম্ম অমা চংপগী কান্নবা লৈতে ; মপুরোইবগী সেবাতনা মখোয়গী ধর্ম্ম পুন্নমক ওই ; হায়বদি মপুরোইববু থোওইদনা তৌবগা ধর্ম্ম লিশিং তৌদুনসু অরেম্বনি। অমুম্বা শাস্ত্রগী বা অসি উত্তুনা ভগবান্না গোপীশিংবু হনখিনবা তৌরি। গোপীশিংনা হল্লোই হায়বসি ভগবান্না খঙই। রাসলীলা তাবিরিবা

শোনবিরিবশিংনা খনবিগদবদি ভগবান্না গোপীশিংবু হন্নবা হোং-নবা নত্তে হায়বা অসিতনি। ভক্তগী থম্মোয়মুংদা ভগবৎ ফংগদ-বগী হেক থংনবা খুদক অদুরাইদা জীবগা পরব্রহ্ম নত্রগা পর-মাত্মাগা মখোন থোক্তবা নৈনবা (আন্দোলন) অমা লৈ, ভগবান্না মদুবু লীলা ওইনা উৎপিরী। অদুম্না ভক্তগী থম্মোয়দা অন্তর্য্যামী ওইবা ভগবানগা রাহং পাউখুম কয়া তৌনদুনা য়েং-নরি; মসিদি সাধকশিংতনা নিংখিনা খঙবিগদবা মঙাইরে। ঐখোয়না খঙজবা নত্রগা খঙহল্লবগী ঈতিক লৈতত্রে।

অস্বর্গ্যময়শস্যঞ্চ ফল্গু কৃচ্ছ্রং ভয়াবহম্।
জুগুপ্সিতঞ্চ সর্ব্বত্র হ্যোপপত্যং কুলস্ত্রিয়াঃ॥
শ্রবণাদ্দর্শনাদ্ধ্যান্ময়ি ভবোঽনুকীর্ত্তনাৎ
ন তথা সন্নিকর্ষেন প্রতিযাত ততো গৃহান্॥২৪॥

অর্থ :— নুপীনা মরূপ্বী থম্বা অসিদি য়াম্না তোনগ্রবগী ৱানি, থাঙবদা ৱাবনি, অকিবগী মশক্তি; মরূপ্বী থম্বনা নুপীগী মিংচৎ পুথা মাঙই, মফম খুদিংদা মীনা থীনা ঙাঙনিঙাই ওই অমসুং মপোক অমদসু স্বর্গ ফংবা ঙমদে।

তাবদা, উবদা, খল্লুবদা অমসুং শোল্লুবদা ঐগী ইকমদা পোকপা অনুরাগ অদো, ঐগী ইনাক্তা লৈরবদি মাদু পোক্লরোই, অদুনা নয়ুম নয়ুমদা হল্লো।

নুংগী রস :— শ্লোক অসি মপোকসিগী অমসুং তুংগী মপোক্তী মখল পুন্নমক্তী অকিবা উৎপা মরু ওইবা খোমজিল্লকপগী ৱানি। মসি প্রাকৃত শৃঙ্গার রস অমসুং অপ্রাকৃত মধুর রস

অনিমক্কী রাকমনি। প্রাকৃত নায়িকানা অহানবদা নায়ক্কী শকগুণ তারগা য়াম্না পামশিনবগা লোয়নদা থিজরগা উজবা ফংই; অদুবু হকথেংননা উনবা ফংদ্রিবা মখৈ ভক্তনা মাবুন্তা খন্দুনা লৈ অমত্তং মাগী মরমদগী রারী-রাগাই শানিংই, মসিবু পূর্ব্বরাগ কৌই।

ভস্বা থোক্রুবা (অপ্রাকৃত) মধুর রসকীগ ভক্তগী অসিগুম্বা অনুরাগ ওই। অহানবদা গুরুগী য়াথংদগী ভগবানগী শক, গুণগী রা তারগা, অদুগী তুংদা তারবা রা অদুগী মতুং ইন্না শংত্রোন অদু পূক্রিংদা ফাওরক্রে, অদুদগী পূক্রিং লিচিং খনক, চৈনা অরেপ্পা লৈতনা থান ভোরে অমত্তুং ভগবতকী মরমদগী রা ডাংদুনা মতম লেপ্লে। ভক্তশিংতনা ভগবানগী অসিগুম্বা অনুরাগ অসিদা চেং শিল্লি; ভস্তম্বা অনুরাগসি লেংদে অমত্তুং লেংদ্রবা অনুরাগ অদুমক্তগী পাখৈনা ভগবত দর্শন ফংই। ভগবান্না অচম্বা ভক্তগী ভাব উত্তুনা গোপীশিংবু হনাখিনবা হোৎনৈ। ভগবান্না লৌশিং ভৌদুনা গোপীশিংগী মফমদা মশাগী পরিচয় (ফনানো হায়বা থডনবা) পীরি হায়বসি শ্লোক অসিদগী খল্লি ভগবান্না হায় — নখোয় ঐবু ভগবান্নি হায়না খন্দুনা নশা কল্লোকপা (আত্ম সমর্পন) পায়রবদি নয়ুমদা চৎলগা ঐবু উদবগীদমক্তা খরায় রানা মতম চুপ্পদা কপলুচো, ঐগা তিয়রবদগী মদুনা হেন্না নুংঙাইবা ফংগনি।

ঐখোয়দি ভগবানগা সঙ্গম ভোদে অমত্তুং মাগা কায়নবগীদমক খঙ্গোয় তিংনা কপ্পম্ভু ভৌত্রি; মরম অসিনা ভগবান সঙ্গ

ভৌবনা কদায়ফাও মুংঙাইবা. ভগবান কায়নবনা করি পুংঙাইবা করি রাবা করিস্ব থংদ্রি। করা করাগুম্বা ভক্তদগী তাবদি ভগবানগীদমক্তা কপ্লদি য়াম্নঃ পুংঙাই হায়। মসিনা চুম্লবদি ভগবান্না হায়রিবা অসি অচুম্বনি, অদুমদি ওইরবদা মসিংমক্তা আনন্দবিগ্রহ ( পুংঙাইবগী শকফম ) উরবা মখোয়গী মরমদদি নত্তবা তাই।

রসরাজ শ্রীকৃষ্ণনা গোপীশিংবু মনাক্তা লাক্লবা মতমদা পরীক্ষাগীদমক্তা হায়রিবা রা ময়াম অসি, মহর্ষি কৃষ্ণদ্বৈপায়ন্না শ্লোক ২০দা শুপ্না লেংশিল্লি। অনৌবা টিকাকার বৈষ্ণব কয়ানা শ্লোক তরা অসিগী শ্লোক খুদিংবু বাখ্যা তৌবগা হৈশিংবা উত্ত্বনা খাম্না অমস্তুং শোগৎপগী মওং অদুমক্তা তৌরিবা বাখ্যা অসি য়াম্নস্ব ফক্তে, নাইতম্ব চাই. অদুবু মহর্ষিমক্তী মোত্তদি মসি ওই-রমগনি নীংদে। বৈষ্ণব টিকাকারশিংদ রস লৌবা হৈবশিংগী মরক্তা মকোক্লি অমস্তুং খনবা হৈবশিংগীস্ব মকোক্ল; অদুনা খনবদা য়েৌররোইদবা ভগবানগী অনিঙবা রাখল ফাওব পুখোক লিবনি। ভগবান্না গোপশিংবু মখল মখা অয়াম্না লৌশিংনা খামলবদস্ব ইবুংঙো মাগী থম্মোয়দা গোপীশিংনা লাকপা অডুবু লাকপা চুম্মি হায়না শোগৎলি হায়বা অসি রসিক ওইবা অমস্তুং রাখল নৈবা মীতনা নাইতে চায়-চাদে খনাবগদবা মঙাই। মহর্ষিনা শ্লোক তরা অসিদা কাব্যরসতা ফোঙদোকুনা সাধকী অরুবা ভাবপু সাধন পরীক্ষা ওইনা ভৌবিরম্লে; সাধক ওইবা পাবিরিব-শিংনা মসি খঙজিনবিয়ু। সংসার অসিদস্ব নায়কশিংনা মুংশিবগী

পরীক্ষা অসি নায়িকাশিংদা মতৌনৈ ; মাদুগুম্না ভগবান্না ভৌরিবা প্রেম পরীক্ষা অসি খঙজিনবীয়ু। তম্বিবা পুম্নমক্তা অহানবদা মান্নবা পোত্তা (নকন্দা) হৌরগা অচুম্বদা তারকপনি। নকল পুম্নমকপু অচুম্বনি লৌরবদি পুম্মাং মাঙলে। মরম অসিনা, হে রাসলীলা পাবিরিবা ! নায়ক নায়কাগী অতোপ অতোপ্পা শরুক পুম্নমক থাদোকপিদুনা, প্রণয় (মুংশিব) গী শরুক অদুদা লৌবিরগদি রাসলীলাগী মহাও অদু ফংবিগনি, তুংদা থোইদোক্লা মুংঙাইবগী মপু ওইবিগনি। পুম্নমকী য়াইফনবতা খনবিবা মহর্ষিনা, খঙবদা রারগদবা হিরম অসি, মুংঙাইনা খঙনবগীদমক, চৎপদা রারগদবা লম্বীবু চৎপা মুংঙাইনবগীদমক—শান্তি লৈত্রবা সংসারগী চাক্লবা রাখল পুবিরিবশিংদা চিরশান্তি (লেঙহৌরোইদবা মুংঙাইবা) পীনবগীদমক, ভগবানগী ইচ্ছাদগী তম্বা থোক্লবা রাসলীলাগী অহৌবা শরুক অসি, জগত্তা চৎনরিবা কাবারসতা শন্দোকপিরম্লে। ভগবানগী অনুরাগ খঙগে হায়রবদি জগংকী রাখল উরগা খঙবিবা তাই। মরম অসিনা থোইদোক্লা থৌজাল হৈরবা ভগবান্না মশামক সচ্চিদানন্দ ওইদুনস্ত জগংকী ভাব তুং ইম্না মশাগী ভক্তিবু তম্নীর। ঐখোয়দি লাইবক থীবনি, অকবা মওংগী অকবা থোওংবুস্ত ফংবা রাখলদা হেক হেক চিংশিল্লি। ভগবানগী ভাবতি মান্না শেংবা তরু তরুবনি অমসুং মঙ্গল পীনবনি ঐখোয়গী থম্মোয়তনা নরক ওইবনি।

শ্রীশুকনা হায়

ইতি বিপ্রিয়মাকর্ণ্য গোপ্যো গোবিন্দভাষিতম্
বিষণ্ণা ভগ্নসঙ্কল্পাশ্চিন্তামাপুর্দুরত্যয়াম্ ॥২৫॥

অর্থ :— শ্রীগোবিন্দগী য়াথংদা মুংশিদবগী রাঙাং ভাবদা গোপীশিং পুম্নমক থম্মোয় কায়খি অমসুং মায়থোং মকশিনখি; অদুদগী মখোয়গী রাখলগী চাংজৌ লাম্বা কংখিদে।

মুংগী রস :— মুংশিজবা নায়কনী মকমদা খোইরাংঙম্বা পুক্নিং ঊংগবরা হায়রগা মহাক্কী মচিন্দগী থম্মোয় কায়বা ওন্নবা রাঙাং ভাবদা, মুংশিবনা পুক্নিবী নায়িকানা খনবা অদুগুম্না থরায়দগী হেন্না মুংশিরবা পরমাত্মাগী য়াথংদা মুংশি খঙদবা রাঙাং ভাবদা গোপীশিংসু মাদুমক ওইরে। মসি প্রেমিক পাঠকশিংনা সাধনগী লম্বীগা অদুম চাননা লৌশিনবিগদবা ওই।

কৃত্বা মুখান্যব শুচঃ শ্বসনেন শুষ্যদ্
বিম্বাধরাণি চরণেন ভুবঃ লিখন্ত্যঃ
অস্ত্রৈরুপাত্তমসিভিঃ কুচকুঙ্কুমানি
তস্থুর্মৃজন্ত্য উরুদুঃখভরাঃ স্ম তুষ্ণীম্ ॥২৬॥

অর্থ :— পুক্নিং রাবনা চাথেক্লবা স্বর মহোন হোন্না অরাবনা থনরদুনা গোপীশিংগী চিনবান থ্রক থ্রক কংখ্রে, অঞ্জন তৈবা মিৎকী পিনা থবাক চোৎখ্রে। তুমিন্না মায় লুকথদুনা খোঙবীগী খুজিন্না লৈপাক খোংপা হোৎরে।

মুংগী রস :— শ্লোক অসিদা অরাবগী মৈচাক্না চাংজৌ খঙজদ্রবী অবলাশিংগী মতমগী মতিক চাবা মশক য়েক্লি। মহর্ষিনা সংস্কৃত লোন্দা গোপী মশক য়েক্লিবা অসি অতৈ লোন্দা হন্দোকপদা মঙাল থজিকফাও য়োগনি নীংদে। অদুগা ভগবান্না হেমোইনরমদ্রবদি গোপীশিংনা মতম অদুগী থম্মোয়গী ভাব ফোঙদোকপদু

ওইথোক্লম্মোই। অসুম্বা ফিভম তারগন্তা ভগবানগী প্রেম অচু মুল্লি (মপুং ফাই)। ভগবান ফংনবগী ওন্ন-তৈনবা র্রা তারগা, ভক্তি লমদা খোঙ থাংজিনজরক্লবা মীশিংগী অসুম্বা ফিভম আস থোকই। মীওইবনা মরল পাম্বা, অহাওবা চাগনবনা অথুম্বা পাম্বা অচুগী ফংননবা হোৎনবগী রাবদগী ইন্দ্রি মনিং তম্বা মুপীনা অতোপ্পা মুপাবু পাম্বা অচুগুম, আরুঢ়ভক্ত (ভক্তিগী লম্বীদা চঙলবা) না ভগবানগা সঙ্গ পামজবনা অমুক হেন্না রারিবনি। সংসারগী রাখলদা লৈরিবা মী, কামুক ওইবা মুশীনচিংবনা মানা মানা নীংবগী ওন্ন তৈনবা রা তারগা ওইবা ফিভম অচুদগী, ভগবান ফংননবগী ওন্নবা রা তাবনা ভক্তশিংগী হেন্না ফিভম কায়। ভাব অসি থম্মোয়দা থন্ন-থন্না রাস লীলা তাবী শোনবিবা ফে। ঐখোয়দি সংসারগী রাখলদা লৈদুনা শেল তানবগী অপনবা থোকপদা থম্মোয় শোকপা রাখল লাকপদো, গোপীশিংনা ভগবানগী হেম্মোইনবগী অথিংবা রা অসিনা রাহনবা অদুনা হেল্লমগনি নীংই।

প্রেষ্ঠং প্রিয়েতরমিব প্রতিভাষমাণং
কৃষ্ণং তদর্থবিনিবর্ত্তিত সর্ব্বকামাঃ।
নেত্রে বিমৃজ্য রুদিতোপহতে স্ম কিঞ্চিৎ
সংরম্ভগদ্গদগিরোহব্রুবতানুরক্তাঃ ॥২৭॥

**অর্থঃ**— কৃষ্ণদা পুক্লিং লুপ্লবী গোপীশিংদো পিনা ঈরা চেল্লবা মিৎস্না থম্বাল মানবদো নোইখি অমসুং মাগীদমক্তা পুম্নমক থাদোকুনা লাক্লগা, মুংশিথোইবা মহাকী মচিন্দগী তমথিরবা

নুংশিদবগী রাঙাংগুম ভাবদা শাউবগী ফিভমদা মখোল ভনিক ভনিক্না হায়রকই।

নুংগী রস :- ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা গোপীশিংবু প্রেম পরীক্ষা-গীদমক্তা খামভিন্নদুনা ভাংথ্রিবা রাঙাং অসি ভাইহাক্তীদি য়াম্না ভমথিনা নুংশিদবগী মভা মাল্লবস্তু, নোংনা কুপখিবা থানুম ফারবা থাজগী মতৌগুম শেংফাত্তবা মঙাল ওইনা থম্মোয়নুংদা থোজাল অমদি পীবগী মঙাল ফংভি (ফাওই)। গোপীশিংনা মাদুবু খজিক খংভি হায়বসি শুকদেবগী রাঙাং অসিনা তাক্লি। শুকদেবনা হায়রি 'প্রিয়েতরমিব প্রতিভাষমানম্' হায়র্বাদি নুংশিদবগুম ভাং-লিবা রাঙাং অদুদা শ্রীকৃষ্ণবু উদুনা। মসিদনি কৃষ্ণগী রাঙাংদা মখোয়বু হল্লো হায়বা অসিনা থাঙ্গৈশেংনা নুংশিদবগী রাখল লৈতে হায়বসি। "কিঞ্চিৎ সংরম্ভ গদ্ গদ্‌গিরঃ" শ্রীকৃষ্ণগী রাঙাং ভাবদা খজিক শাউরংনৈ-কা হেন্নদি শাউদে। কৃষ্ণগী থম্মোয়নুংগী নুংশিবা লোৎলগা করেম্নবা রাহৈ অদু খঙলমদ্রবদি, মখোয়না কৃষ্ণগী রাঙাং অদু থাঙ্গৈশেংনা নুংশিবীদ্রবনি খল্লম্নবদি, য়াম্না শাউমনাখদুনা শোয়দনা-হল্লমগদবনি।

সংসার অসিদা অমগা অমগা মরী লৈনবা ভাক্লি। অহাঙবা মালংনা থল্লবা মফমদা চেকপল খাজিল্লগা মনুং অদু য়ুম কৌরে; অদুমদি ওইরবদা য়ুমদুগী মনুংদা লৈবা অহাঙবা অদু জগৎকী মালংগা অদুম ভিমৈ। সড়ক্তা গাড়ী চৎলে, মী লাঙলে, অদুগী মখোল অদু সড়ক নকপা ইমুংদা অদুম মভাই। জগৎ শীম্না খুংনা লৈবা ঈশ্বর অদু, চেকপলগী মশক ওইবা হকচাং মনুংদসু

অদুম লৈ. হকচাং মমুংদা লৈরগা জীব কৌগ্রে। দেহ অমগী মমুংদা লৈবা জীবগা অতোপ্পা দেহ অমগী জীবগা, তোথোরকপা থবক মান্নবস্থ. লেঙদ্রবা পোৎশক ওইনদি মরী অদুম লৈনৈ ; মরম অসিননি মী অমনা কপ্লে, অমনস্থ উরগা কপনীংলিবা ; অমনা নোকপা উরগা নোক্লীংলিবা, অমনা রাবা উরগা রারিবা। কনা কনাগুম্বনা মীগী অরাবদা রাদবা, মুংঙাইবদা মুংঙাইতবস্থ য়াওই ; মসিমস্থ চুম্মি। শাগী মতৌগুম্না মপাঙ্গল কনবগী নাপলনা য়োমদুনা লৈপ্রবা মথোয়গীদি থম্মোয়গা থম্মোয়গা চূশিন্নবা রাংলি চাংজো নাইদ্রবা আকাশকী শরুক থরদং অপাবা ফিনা খজিনবদা আকাশ থুংনা উই অমস্তুং মশীং নাইদ্রবা য়ুমগী আকাশস্থ শম্নবা উই ; অদুবু অহোবা লৈতনা শাগ্রবা চেক্কী লৈপলনা কোয়শিনগ্রবদি মমুংগী আকাশকা মপানগী আকাশকা শম্নখিদ্রে ; হায়বদি উদি উদবা অমগা অমগা মুংদা শম্নবদি লৈ অদুবু শম্নবগী থবক্তি থোক্তে। অসিগুম্নদুনা জীব পুম্বগী থম্মোয়গী শরুক অদু অমগা অমগা শম্নরবস্থ, দেহগী নাপল চাং মতু ইম্না পূক্লিংদা পানবা পান্দবা লৈ। তাইবংপানদা অয়াম্বা চৎনরিবা অসি—মুংশিনবা মফম, ইকায় খুম্নবা মফমদা অমগা অমগা অরা মুংঙাইগী ভাব হেম্না ফাওনৈ। মপা মমাদা মচাগী, মপুরোইবা নীংবী মুপীনা মরাগী, অফবা সেবোক্লা গুরুগী, থম্মোয় খঙবা ঙম্মী। মরমদি, মথোয় অমগা অমগগী মরক্তা তোঙাম্নবা ভাবকী কুয়োম লৈনদে ; মরম অসিনা থম্মোয়গা থম্মোয়গা অদুম চৃনৈ। অস্থুম্না থম্মোয় য়াওনা মুংশিরিবা মী অদুনা মী অমত্তুগী থম্মোয়স্থ অদুম মথঙই

মসি অরেপ্পনি। মুংশিবা মীনা মুংশি চাংয়েংবদা করেম্নবা অয়াকপা য়াহৈ শীভিম্নরবস্থ, মাদুগী মমুং চনবা অথুপ্পা য়াকম অদু অদুম ফোংদোকই। শ্রীকৃষ্ণদা থরায় কৎপ্রবী গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী থম্মোয়গা মখোয়গী থম্মোয়গা অদুম তিনশিন্নপ্রে ; মরম অদুনা মুংশিথোইবগী মুংগী করেম্নবা অদু মখোয়না খংদবা নত্তে ; মরম অসিনা শাউদুনা ময়ুমদা হন্দনা মতিক চাবা পাউথুম পীগে নীংপ্রে। মখোয়না শ্রীকৃষ্ণগী থম্মোয়মুংগী য়াখল খংদুনস্থ অয়াকপা য়াংচাং অদু খাংবা ফোংনা ঙমনদুনা কপলম্মী।

মহর্ষি বেদব্যাসনা হায়রমলে—"লোকবত্তু লীলা কৈবলম্" (পরব্রহ্মনা ব্রহ্মাণ্ড শেমলিবা অসি মহাক্না মীগী মতৌগুম লীলা শান্নবতনি।) শাস্ত্রগী তুংইন্না সৃষ্টিগী থবক অসি মাগী শান্নবা ওইরবদি, য়াখল লৈবা পাবিরিবশিংনা খংবিয়ু জগৎ সংসারগী অরাবা, অকিবা করিগুম্বা মথলগী অমঙ্গল থোক্লবদা মদুম্ব লীলাময় ভগবানগী করেম্নবা পরীক্ষা নত্রগা শান্নবা ঙাক্তনি। মহাক্না মতম পুম্বদা মুংঙাইবগী চিংশিন্নবগী মশক ওইবা বাঁশীগী ঈশৈনা থরায়পানবা পুম্ববু মনাক্তা কৌবীরি—অদুগা মখল মথা অয়াম্বা মপানগী অকিবা উত্তুনা অমুক থিংবিরি—অদুগা নোকপিরি। তমথিরবা অকিবগী মমুংদস্থ মাগী মপাল নাইদ্রবা থোজাল, মঙ্গল পীনবিবা পুকথেম, মুংশিরবা করেম্নবগী থুপ্পবা ভাবস্থ য়াওরি। অদুম ওইবা মী অদুনা মহাক্না উৎপীরিবা অশেম্বা মপানগী অকিবা অদু উদুনা খোংথাং তুংওইনদ্রবা অমস্থং মাগী মমুংদা ফুমদুনা লৈরিবা থোজাল, পুকথেম অমস্থং

করেম্নবা ভাব পুম্বা খঙদুনা মহাকপু ফংননবগীদমক্তা গোপীগা মতৌশুম খোঙফম চেংনা লেপলিবা মহাক অদুতনা মুংঙাইবগ শ্রীমূর্ত্তিবু কোঙবা ফংগনি। হৌজিক্তি তশেংনা খঙসে, করেম্ন পরীক্ষা অসি নীংশিংবা থোক্কবা মতমদগী চাংজো নাইদ্রা সংসারদা ইত্তকত্তনা থোকলি।

গোপীশিংনা হায়রকই।

মৈবং বিভোহর্হতি ভবান গদিতুং নৃশংসং
সন্ত্যজ্য সর্ব্ববিষয়াংস্তব পাদমূলম্।
ভক্তা ভজস্ব দুরবগ্রহ মা ত্যজাস্মান্
দেবোযথাদি পুরুষো ভজতে মুমুক্ষুন্ ॥২৮॥

**অর্থ:**— হে ইবুংঙো! ঐখোয়বু অসুক নুংশি নৈত্তবা রাইহনা তাকপিবা মতিক চাদে; হে ননিং ওম্বা ইবুঙো! ঐখোয়দি মপোক অসিগী অমসুং মপোক কয়াগী অপাম্বা ফং-নীংবা পুম্বা থাদোক্তুনা নঙগী চরন্দা চঙজরক্লবীনি। ইহং-হানবা লাই—নারায়ন্না অরান খুভম পামজবা মীদা মশা লান-থোকপগুম ঐখোয়বু মৌশিনবীয়ু, থাদোকপিগনু।

**নুংগী রস:**— গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণদা "বিভো" হায়-কৌরিবা অসি ঈশ্বরনি হায়বগী রাগলনি। মুপা পাম্বা মুপীনা নুংশিনবা মুপাদা অশুম্না কৌবা ওইথোক্তবনি। মরম নৈত্তনা পামজবা থবক তৌহন্দ্রবী মপুরোইবা নীংবী মুপীগী মুপাদা খজিক্ত-দদি শিজিন্নবা য়াই। গোপীশিং অসিদি শ্রীকৃষ্ণদা নুহোংলবী

পুপী নত্তে। মখোয়দি অতোপ্পগী নুপীনি। এস সাত্ত্বিগী মতুংইন্না নাশিবা নুপাগী মফমদা নুংশিরবী নুপীনা অন্থম হায়বসি রস পোকই হায়বা অসি নাত্তে চাদে। মরম অসিনা গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু তশেংবা ঈশ্বরনি হায়রতুনা মঙোন্দা চঙজবনি। মরম অসিনা ভগবান্না উৎখিবা কিনবা রাফম পুম্নমক শুপশোক শোক্তুনা, চরণদা চঙজবগী রা হায়জরক্লিননি। করিমত্তা মরী লোনদনা, রাংখল অমদা সংসারগী নৈরিবা পোৎ পুম্বসি মীনম্বা শক্তুনি খন্দোকপা অমস্তুং ইন্দ্রিগী নুংঙাইগদবা পুম্ববু করিস্ত কত্তবনি খন্দোকপা নত্তুনদি ত্রক্ষাবু খঙবা ঙম্মোই হায়বসি শ্রুতি অমস্তুং বেদান্তগী অয়েপ্পা রানি। গোপীশিংনা মশক নাইবা পক্ষ কংলিংঙি অতুনা হায়রি — "ঐখোয়না বিষয় পুম্নমক থাদোক-তুনা নংগী চরন্দা চঙজরি।" জগৎকী নায়কী মফমদা জগৎকী নুংশিরিবী নায়িকানা অম্মুন্না মশাগী রাঙাঙ শীজিন্নবসি চৎনদে, থইথোক্কবনি; করিনা হায়ববু ইন্দ্রি পেন্নবগীদমক নায়ক্ত চঙজবা মতমদা করম্না কনানা বিষয় পুম্বা থাদোক্কবগে? মরম অসিনা গোপীশিংগী রাহৈ অসি য়াম্না রাংলবা অনুরাগগী রাফমি। পুদম অমস্ত পারি "আদিদেব নারায়ন্না অরান-খুভম পাম্বা মীদা মশা পীথোকপগুম; নহাক্না ঐখোয়বু লৌশিনবীয়ু।" অতোপ্পা নুপাগী মফমদা লমচৎ কায়রবী নুপীনা রতিগী হায়জবা রাঙাঙবু মসিনা ওইবা য়াব্রা? অদুগা শ্রীকৃষ্ণনা নাগর অমা ওইনা গোপী-শিংবু হনথিনবগীদমক লৌশিং তৌদুনা থিরপ্পা রাহৈনা রসদি রাওনা তাকপীখিবা অদুম্ন ভগবান্দা থম্মোয় কৎত্রবী গোপীশিংনা

মদোমদস্থ খনখিব্রে ; মখোয়গী পান্দম অদুতদা লেঙদনা লৈব্রে। মসিগী মনুংদা জগৎকী নায়ক নায়িকাগী মরী ওইবা অথৌবা রাক্ষমগী চিংনিঙাই মরম অমতা লৈতে। মসি ওশ্লোক ওর্নশিন য়াদ্রবা, তেক কায়ররোইদবা ঈশ্বরগী অনুরাগ নত্তনা অতৈ কবি অমতা ওইবা য়ারোই।

যৎ পত্য পত্য সুহৃদা মনুবৃত্তিরঙ্গ
স্ত্রীনাং স্বধর্ম্ম ইাত ধর্ম্মবিদাত্বয়োক্তম্।
অস্তেবমেতদুপদেশ পদে ত্বয়ীশে
প্রেষ্টো ভবাংস্তনুভৃতাং কিল বন্ধুরাত্মা ॥৭॥

অর্থ:— হে কৃষ্ণ! খঙজরে, ধর্ম্ম শাস্ত্রদা নহাক অসি শরূপ পুবা শামুগুম হৈশিংলবা পণ্ডিতনি ; মপুরোইবা, মচা, চান্নবা মরূপকী সেবা তৌবা হায়বসি মুশী ওইবী ঐখোয়গী ধর্ম্মনি হায়বিরিবা অদো অচুম্বমক্রি। ঐখোয় মদু য়াজরে ; অদুবু নহাক্তি ঈশ্বরনি, মরম অসিনা নহাক্তা নহাক্কী পাউতাক মতুং ইন্না নহাক্কী সেবাতনা ঐখোয়গী সেবা পুম্নমক ওইহনবিয়ু। মরমদি—নহাক অসি চাংজো নাইদ্রবা হকচাং পানবা পুম্নমক্কী আত্মানি, খ্বাইদগী হেন্না নুংশিজবনি অমসুং মরূপনি।

নুংগী রস :— মসিগী মপ্লক্তা খরা হেন্না রাংখৎপা সাধনগী রা, খরা হেনগৎপা সাধকী রা অমসুং খরা হেনগৎপা ভগবত প্রেমগী রা অমুক করি লৈখিগদগে ? জীবনা মশাবু প্রকৃতিগী শরুকনি হায়বা খঙদুনা নুংশিনা পরমপুরুষকী সেবা তৌবা ওয়বতদা মহাক্কী অয়োবী খোঙচৎ অমসুং অরান-খুভম ফংলবনি।

শান্ত, দাস্য, সখ্য, বাৎসল্য অমসুং মধুর কৌবা ভাব মখল মঙা অসিনা ভগবানবু ভক্তি তৌবগী মিংবু মধুর ভাব কৌই। ঈশ্বরনি খন্দুনত্তা তৌবা ভক্তিবু শান্ত, ঐগী ইবুঙোনি খন্দুনত্তা য়াথং ঙাকপবু দাস্য, মরূপনি খন্দুনত্তা মুংশিববু সখ্য. মচানি খন্দুনত্তা মুংশিববু বাৎসল্য অমসুং মপুরোইবনি খন্দুনা ভাব পুম্নমকসিগা লোয়ননা আত্মাসমর্পন ( থরায় কথোকপা ) তৌববু মধুর ভাব কৌই। সংসারদা লৈরিবা মীওইবনা অমগা অমগা হায়রিবা ভাব মঙা অসিগী মনুংদা ভাব অমা ওইনা সেবা তৌনরি অমসুং অতোপ্পগী মফমদা থরাই য়াওনরি অদুগা মুং-ঙাইবা ফংনরি। ভাব মঙা অসিত্তনা সংসারদা পুল্লিবনি, ভাব মঙা অসি লৈবনা সংসার লৈরিবনি। ভগবৎ প্রেম হায়বসি অতৈ করিসু নত্তে, ভাব মঙা অসিগী মরক্তা অপাম্বা অমা সংসারদগী ফুক্তোক্লগা ভগবান্দা হুকচিনবা – মদুনা ভগবৎ প্রেমগী ওমথৈ অরোইবনি নত্রগা মাধুর্য্য প্রেমনি। ঈশ্বরত্তনা ঐগী ইবুঙোনি, ঈশ্বরত্তনা ঐগী মরূপনি, ঈশ্বরনা ঐগী ইচানি, অমসুং ঈশ্বরত্তনা ইপুরোইবনি ; সংসারদা কনাগসু ঐহাক্তা মরী লৈনদে ; ভাব অসি মরা চেৎহল্লবদি জীবগী পরমানন্দ হায়বদু ফংলে।

পরমানন্দ ফংলবদা মুংঙাইবগীদমক তোঙানবা পোৎ নত্রগা মীগী মতেংককা অমুক চঙত্রে। মতম অদুদদি জীবনা মুংঙাইবা পুম্বগী হৌরকফম ওইবা শ্রুতিদা হাররিবা পরমানন্দ অদু ফংদুনা মফম অমদা মুংঙাইবা পুম্বা চাদুনা লৈবা ঙম্লে। জীব পুম্নমক অসি ব্রহ্মানন্দ অদুগী মহাও খজিক্তুং ফংদুনা হিংনরিবনি। মরম

অসিনা নুংঙাইবা অদুগী শরুক খরতনা জীবগী হিংনিঙাই ওইবদা, নুংঙাইবগী হৌরকফম মরু অদু কংলগা অতোপ্পা নুং-ঙাইবা অমগী কান্নবা লৈতে। নুংঙাইবা পূম্নগী অপাম্বা অদু ঙম্বদা অদুম পেল্লে। অসি নত্তবা নুংঙাই হায়না খনবা থবক পূম্নমক মায়াগী নুংঙাইবনি। ভক্ত চূড়ামণি প্রহ্লাদনা হায়জখি—

"যা প্রীতিরবিবেকানাং বিষেয়েস্বন পায়িনী।

ত্বামনু স্মরতঃ সা মে হৃদয়ান্মাপসর্পতু।"

(বিষয়দা লূপ্লিবা ব্রাখল লৈতব মীওইবশিংগী থোঙাল তোঙানবা বিষয় কংনিংবগী পেনবা নাইত্রবা অপাম্বা অদুগুম, ইবুঙো নংবু অমুক্ত নীংশিংজবদা অদুগুম্ব পেনবা নাইত্রবোইদবা প্রীতি অদু ঐগী থম্মোয়গী নাম্ভোকখিদনবা থোজাল পীনবিয়ু।)

গোপীশিংনা হায়রি— নহাক্কি ঈশ্বরনি, নংগী সেবা তৌজ-বতনা ঐগী ইপুরোইবা, ইচা, মরূপ খিবিক্কী সেবা তৌবদু ওইসমু, হায়বদি সংসারদা লৈরিবী মুপীনা মপুরোইবা, মচা, মরুপ মপাংগী সেবা তৌবদা কংজবা নুংঙাইবদো ইবুঙো নংগী সেবাদা অদুগুম্বা নুংঙাইবদো অদুম কংজগে। ঈশ্বরনি খনবদা শান্ত, মরুপনি খনবদা সখ্য, ইচানি খনবদা বাৎসল্য অমসুং ইপুরোইবনি খনবদা মাধুর্য্য ভাব কংগ্রে; অদুনদি সেবাগী রাকমদা দাস্য ভাব অদুম ওইজরে। গোপীশিংনা সংসারগী কনাগম্বু মরী থমদনা ভাব মঙা অসিগুন ভগবান্দা চঙজবা পামজৈ। ভগবানগী সেবাতনা পূম্নমক সিদ্ধ ওই হায়ব উৎলি। ইবুঙো মহাক্কি চাংজো নাইত্রবা দেহ পানবা পূম্নমকী আত্মানি; উবিবা

মুমিৎকী মৈশা ওইনা জগৎকী পোৎ পুম্নমক্কী মমুংদা লৈবীরি, অদুগুম্না ঐখোয়গী ইমাংদা লৈরিবা মূর্তিপানবা নহাক্তনা জীবগী হকচাং খুদিংদা আত্মাগী মশক ওইনা লৈবীরি। মরম অসিনা ইপুরোইবদসু নহাক, ইচাদসু নহাক, মরূপসু নহাক লৈবনিনা, মুমিত্তা পূজা তৌরগা পোৎ পুম্নমক্তা লৈবা মৈশাদা পূজা তৌবগা অক্মা ওইবগুম, মরূ ওইবা ইপুরোইবা, ইচা, মরূপ নত্তোন্দা পূজা তৌজবনা পুম্নমক শরৈ।

শ্রীভগবান্না মখোয়গী মরম পুর্বনং খল্লরবী গোপীশিংনা নীংজবদি ভগবান্না পুম্নমক্কী মরূনি—অশেংবা মপুরোইবনি, মচানি, মরূপনি অদুগা সংসারগী মপুরোইবনা মরূপীনি, মচানা চারোম্নবনি। মরূপ্না মরূপ মথাংনি হায়না খল্লি। তত্ব উবিরবা পাঠকশিংনা মসিদা নোকপিগনু—গোপীশিংনা মীরমলেনগী চৎনবী ধর্ম্ম শাস্ত্রগী য়া হায়বা নত্তে; মীরমলেনগী য়াংমদা লৈরবা অয়েৌবী তত্বগী য়াঙাংনি। মসি গোপীশিংগী য়াদা নত্তে, কুপশিন্নবা শাস্ত্রগী অর্থনি, ভক্তশিংনা লেপ্পবা য়াফম্নি। ভক্তনা লৌরিবা অর্থদি থম্মোয় অশেংবা মীরমলেনগী নত্তবা য়াথঙগী শেংলবা মফম অদু ইবুংঙো মাগী মতম চুপ্পগী লৈফম্নি। ভগবানগী ইচ্ছাদগী মানা মানা তৌবা কর্ম্মগী মতুং ইন্না মীরমলেনগী হকচাং লৌদুনা মতম খরতগী কায়দোংফম ওইবনি অমসুং ভূতময় ( লৈপাক, ঈশিং, মৈশা, নুংশিৎ, অহাঙবনা শাবা ) দেহগা মতম খরা মরী থমদুনা লৈবগনি। মসি শাস্ত্রগী অয়েক্পা য়াফমতা নত্তে, য়ারল লৈবা মীওইবনা ইতত্তুনা শংশংনা উন-

খঙনরিবা অসিনি অচুনদি মফম অসিগী ( মীরমলেনগী ) য়ুম অসি অতাঙবা য়ুমনি; লৈরিবা ইচা চারোম্নবনি, লৈরিবা মরূপ মরূপ মথাংনি, লৈরিবা ইপুরোইবা মরূপ্নীনি ; শম্না হায়রবদা অসিদা লৈরিবা পোৎ পুম্নমক, মখী পুম্নমক অরোন্বা মখী ঙাক্তনি। মফম অসিগী উনাগী খাংপোক্তগী হৌনা নিংথৌগী ডলাল ফাওবা অতাংবা য়ুমনি ; ভাড়াদা লৈবগুম্বনি অমম্বং মখী লৈনদবা মী, পোৎচৈশিংগা মখী শন্দোকপত্তনি। জগৎকী মবুংঙোনা নীংলক-নীংলকপদা অমবু অমদগী কায়নহল্লি, খাই-দোক্লি। পুম্নমক্না মসি উচুনস্থ উদ্রে, খঙচুনস্থ খঙদ্রে ; শ্রীবৃন্দাবনগী গোপীশিংদি মসি খঙলম্মী, মরম অচুনা উপপুত্র ( চারোম্নবা ), উপগৃহ ( য়ুমদাংবা ), উপমিত্র ( মরূপ মথাং ), উপপতি ( মরূপ্মী ) গা লোয়ননা লৈনরিবা মীনম্বা মখী খাদোক-তুনা, মতম চুপ্পা লেঙদনা লৈগদবা তুংফমদা চৎননবগীদমক নিত্যপুত্র, নিত্যমিত্র, নিত্যপতিগী মফমদা চঙজরিবনি।

কনবিবা ঙাকপিবা ঙম্বা অদুবু পতি ( মপু ) কৌই। নহাকপু মশামক্না কনবিবা ঙমদ্রবা মহাক অদুদি অতোপ্পগী মপুনি ; মহাক্না করম তৌনা কনবিগনি। পুঙ কৌবা নরোক্তগী কনবিবা অদু "পুত্র" কৌই : নংবু কনবা ঙমদ্রবদি মহাক অদো অতোপ্পগী মচানি ; মহাক্না নরোক্তগী করম্না কনবিবা ঙমগনি। মশাগী কান্নবা য়াওদনা অতোপ্পগী ফনবা তৌরিবা মী অদু সুহৃদ (খম্নোর-ফবা ) অমম্বং চান্নবা মরূপ) কৌই ; মতম পুম্নমক্তা মশাগী কান্ন নবত্তা খিবদা মিৎ তাংঙলবা মী অচুনা অতোপ্পগী করবা সুহৃৎ

হায়বদি মশাগী কান্নবা য়াওদবা মরূপ ওইগদগে ? মরম অসিনা জগৎপু য়োকপিরিবা পাপ পুণ্যবু মাঙহনবিরিবা পুন্নমক পুমনুং থুংবা পরমেশ্বরতনা অশেংবা মপুনি, অশেংবা মচানি অমসুং অশেংবা মরূপনি। মচা মবা হায়না থোক্লিরিবা সংসারগী দেহগা কনাগুম্বা করিগুম্বা মরী লৈতে; দেহ অদুগী মমুংদা লৈবা পরমাত্মাগতা পুন্নমক্কী থানবা য়াম্রবা মরী লৈনবনি। অদুম ওইবা পরমাত্মা অদুমক্তা মপান্দা গোপীশিংগী মাংদা মূর্তি পুদুনা লেপ্লিরিবাস শ্রীকৃষ্ণনি। গোপীশিংনা মহাকপু খঙদি, অদুনা পুন্নমক থাদোক্তুনা মতোম্দা চঙজরিবা অসিনি।

গোপীশিংনা ভগবানবু থাইদগী হেন্না নুংশিবা হায়রি। পুন্নমক্না মশাবু অমসুং মশাগী পোৎপু নুংশিনৈ, জীবাত্মাবু খরা হেন্না অমুক নুংশি অদুদগী পরমাত্মাবুনা ইহেন হেন্না নুংশি। পরমাত্মাবু য়েংদুনা জীবাত্মাবু, জীবাত্মাবু য়েংদুনা দেহবু, দেহগী মরী লৈবা পোৎপু নুংশিরিবনি। অদুনা পরমাত্মানা থাইদগী হেন্না নুংশি। শ্রুতিনা হায়রি—মপু ওইনবগীদমক্তা মপুরোইববু, মচা ওইনবগীদমক্তা মচাবু কনাগীদমক কনানা নুংশিবা নত্তে; আত্মাতগী পেন্নবা মী অদুবু নত্রগা পোৎ অমত্তা অতোপ্পা অমগী নুংশিফম ওইবনি। অদুম ওইবা আত্মা অদুগী আত্মা পরমাত্মা অদুমক শ্রীকৃষ্ণনি। মরম অসিনা শ্রীকৃষ্ণতনা থাইদগী হেন্না নুংশিবা ওইরিবনি অমসুং মহাক্না পেনববীতনা জগৎনা নুংঙাইবনি— "তস্মিন্ তুষ্টে জগত্তুষ্টম্।" মরম অসিনা গোপীশিংনা চপ চানা হায়জরি— "ইবুঙো নংগী সেবাতনা ইচা ইবা পুন্নমক্কী সেবা তৌবা শক্লসনু।"

মতাং অসিদা হায়রিঙাই অমা লৈরে—"পতিরেব গুরুঃ স্ত্রীণাম" পতি স্ত্রীভির্ন হাতবৎ।" অসিনচিংবা শাস্ত্রগী বিধান (হৌনবী) লৈবসিদি! মাদুদি মুপী ওইবীগী শরু শউলগী ককচাংতনা মপুরোইবা খঙনিংবনি অমসুং ইন্দ্রি মুংঙাইনবগী খনবা, মচা মশূ পাম্বগী রাখল তৌবা মখোয় অদুগী দমক শাস্ত্রগী হায়থ্রিবা শ্লোক অসি চন্নবনি। মখোয়না মচা মরাগী সেবা তৌদ্রবদি অধর্ম্ম ওই—ধর্ম্ম কায়, অদুগা জগৎকী মপুবু মপুরোইবনি খন্দুনা থম্মোয় রাখল অমত্তা ওইনা "ত্বয়া হৃষীকেশ হৃদিস্থিতেন যথা নিযুক্তোঽস্মী তথা করোমি।" (হে ইবুংঙো! নঙনা থম্মোয়দুংদা লৈবিদুনা নঙনা অসি অসি তৌঙো হায়বা অদুদা ঐবু তৌহনবীয়্) হায়না হায়জবা ঙম্লবা অমসুং "ঈশ্বরঃ সর্ব্বভূতানাং হৃদ্দেশেঽর্জ্জুন তিষ্টতি, ভ্রাময়ন্ সর্ব্বভূতানি যন্ত্রারূঢ়ানি মায়য়া" (ঈশ্বরদি হে অর্জ্জুন! জীব পুম্নমক্কী থম্মোয়দা লৈবনি মহাক্কী মায়া শক্তি অদুতনা খুৎলাই ওইদুনা জীব পুম্নবু কোয়লৈ লৈহল্লিবনি।) অসিগী অর্থ খঙলবদি মী ওইনা পোকপগা তৌকম থোকপা থবক তৌবদা পুণ্যসু লৈত্রে, পাপসু লৈত্রে। আনন্দধন মদনমোহন (মুংঙাইবতনা কুপ্পিনক্লুনা ওইখিবা. কামদেববু তম্থৎপা ঙম্বা) শকক্ষমদা শুক্লহন্না, জগৎকী ভোগ সুখ (কংনিংঙাই ওইবা মুংঙাইবা) পুম্নবু মুরাপুম হুম্ভেক্লুনা, ইবুংঙো মঙোন্দত্তা চৎজরবা জীব অদুগী জগৎকী ধর্ম্মাধর্ম্ম মঙোন্দা চৎত্রে। অসুম্না ভগবান্না মখোয়গী লৈজবা পুম্নমক অদুনি খনগ্রবী গোপীশিংগীসু ধর্ম্মাধর্ম্ম লৈত্রে। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা

চৎনবী ধর্ম্মশাস্ত্র মতুং ইন্না গোপীশিংবু নচা নব্বাগী সেবা তৌরু কায়খি, মরম অদুনা গোপীশিংনা কুপলবা ধর্ম্মতত্ত্ববু মবুংঙো কৃষ্ণদা হঙ্গৎখি অমসুং "ধর্ম্মবিৎ" ( ধর্ম্ম খঙবা ) ধর্ম্ম শাস্ত্রদা য়াম্না হৈশিংবা পণ্ডিত কায়না করেম্নরি।

শুকদেবনা কায়রিবা শ্লোক অসিদা গোপীশিংনা ঙাঙলিবা ৱাঙ'ঙ অসি উপনিষদকী মকওইবা শরুক ঙাক্লনি, বেদান্তগী অয়োবী বাক্ষ্ম্রি অমসুং সাধকশিংগী ভগবান হেক কংলমদাইগী খংনবা সাধননি।

কুর্ব্বন্তি হি ত্বয়ি রতিং কুশলাঃ স্ব আত্ম—
নিত্যপ্রিয়ে পতি সুতাদিভিরার্ত্তিদৈঃ কিম।
তন্নঃ প্রসীদ বরদেশ্বর মাস্ম ছিন্দ্যা
আশাং ধৃতাঃ ত্বয়ি চিরাদরবিন্দনেত্র ॥৩০॥

অর্থ :- নহাক্তি পুম্নমক্কী খৱায়নি ; মতম পুম্বদা নুংশিনিঙাইনি ; মরম অসিনা শাস্ত্র খঙবা মীশিংনা নঙোন্দা ৱহি খৈ। ইচা ইবা হায়বসি ৱাননবগী হৌরকফম্রি, মখোয় অসি কায়দে। অদুনা কে বর পীনহৈবা ! খম্বাল মিত্তা তাবা। ঐখোয়বু চানবীয়ু। মতম কুইনদগী নংগী ৱাখলতদা লৈজরক্রবীনি, ঐখোয়না নীংজরকপা অসি ককথৎপিগনু।

নুংগী রস :- করি গুম্বা থৌদোক অমগীদমক প্রমাণ পীনবা ঙাররদি মহৌশাগী লমচৎ অসিন্থ থোইদোকপা প্রমাণ অমনি। গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু ঈশ্বর ওইবগী ররমদা প্রমাণগী মশক ওইনা মহৌশাগী হৈনববা লমচৎ অদু উৎলি— য়েংবিয়ু হে কৃষ্ণ !

ঐখোয় অসিবু নুপী ব্যভিচারিনী (মপুরোইবা অনি শুরবী) ওইবীগুম খনবীরি। খন্দুনা য়েংবীয়ু, শাস্ত্রগী অথুপ্পা খণ্ডলবা মীশিং অদুনা নুপী ওইয়ু নুপা ওইয়ু, ঐখোয়শুম্না নঙোন্দতা থরায় থমদুনা লৈবা ঙম্নদে।

অওইবমক শাস্ত্রনা হায়রিবা কৃষ্ণতত্ত্ব খণ্ডলবদি, মদুবু পামদনা লৈনবগী মরম করিস্ন লৈতে। পীরুবা তীলদগীনা মী ক্কাওবদা লৈরিবা জীব পুম্নমক্না কৃষ্ণভদা মতম পূম্না থরায় কৎলি কৃষ্ণতদা চঙজফম ওইদুনা হিংলি. মতম পুম্না কৃষ্ণতবু থিরি। মরম অমতা ঙাইদনা (লৈতনা) পোকপগা লোয়ননা অদুম ওইবা পোৎ অদুগী মফমদা নুংশিবা অমা মশানা হেক লৈরকপা অদু আত্মা (থরায়) নি। মরম অসিনা আত্মা হায়বসি মরম লৈতনা নুংশিনবগী মরম অমনি। অদুম ওইবা থরায়গী মশক ওইবা পুম্নমক্কী থম্মোয় উবা আত্মা অদুতনা মপান্দা মশক নাইবা শ্রীকৃষ্ণ ওইরি আত্মাগী মফমদা লৈবা প্রেম অসিনা জীবগী মহৌশা ওইরবদি, মশক পানবা আত্মা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদস্থ প্রেম কৎপা অসি মহৌশানি। ভগবানগী শ্রীমুখমক্না - "অহমাত্মা গুড়াকেশ সর্ব্বভূতাশয়স্থিতঃ" হায়বদি হে অর্জ্জুন! ঐ অসি জীব অপুম্বগী থম্মোয়দা আত্মাগী মশক ওইনা লৈ হায়না তাকপীখি। অদুগা শ্রীমদ্ভাগবত অসিদস্থ শুকদেবনা শ্রীকৃষ্ণ হায়বা অসি আত্মাগী আত্মানি (থরায়গী থরায়নি) হায়বদি পরমাত্মানি হায়রি। "কৃষ্ণমেনম বেহি ত্বমাত্মানমখিলাত্মনাম্।" হায়বদি কৃষ্ণবু মশীং লাকওমত্রবা আত্মাগী আত্মানি হায়বদি পরমাত্মানি হায়না খঙু।

শ্রুতিনা হায়রি—"আত্মা অসিনা থৌজানবিরবা মহাক অদুগী মফমদা মহাক্তী মশা অদু ফোঙদোকপি।" অদুনদি আত্মা অসি মহৌশানা মু·শিফম থোক্লে অদু ওইরবদি পরমাত্মাবুস্থু হেন্না অমুক মুংশিফম থোক্লে। অদুস্বা পরমাত্মা অদুনা মশক পানবা শ্রীকৃষ্ণ ওইরবদা খ্বাইদগী হেন্না মুংশিফম থোক্লে। মসি রাখল লৈবা মীনা অদুম উন-খঙনরবা রাফম্নি। ময়াং কংলবা শোল্লবা অনাবা মীনস্থু শিবা পামদে. মদুগী মরমস্থু আত্মা প্রেমননি।

শ্রীকৃষ্ণ হায়বসি মতম পুম্বদা মুংশিফম ওই হায়বসি খঙনরে। অদুবু মায়ানা শুক্সংলবা মীওইবনা মদু খঙদে; থম্মোয় মমুংদা মুংশিদুনা লৈরিবা মহাকপু খঙবা ঙমদে। থম্মোয়মুংদা অস্থক নক্লনা লৈ, মদুদি করিগুম্বা অঙকপা, অখংবা, অরাবা অমা হেক থোকপদা ইখঙ খঙহৌদনা "হরে কৃষ্ণ" হায়বসি হেক্তা থোরকই; কৃষ্ণ ভক্তশিংনা অস্থুম্না হায়দোরকপগুম লাই অতৈগী ভক্ত-শিংনস্থু মাগী মাগী নীংজরিবা লাইবু পল্লকপা শোয়দবনি। শাস্ত্রতত্ত্ব খঙবা মীশিংনা ভগবানগী থৌজালদগী করিগুম্বা অমগী থৌইনশিন নক্তনা, কৃষ্ণতদা মুংশিবা হায়বসি লৈরবোইরে হায়-বসি খঙবিগনি।

গোপীশিংনা ভগবানবু 'নিত্যপ্রিয়' – মতম পুম্নমক্তা মুংশিবা কৌরম্মী। মথক্তা হায়গ্রবা কৃষ্ণতত্ব নীংশিংলগ খঙবীগনি— শ্রীকৃষ্ণ হায়বসি "নিত্যপ্রিয়"নি মথক্তা প্রমাণ তৌগ্রে— মুংঙাইবগী মূর্ত্তিভনা শ্রীকৃষ্ণ ওই। মুংঙাইবা নক্তনা জীবগী নিত্যপ্রিয় ওইবা করিমত্তা লৈতে। খন্দুনা ম্নেংবিয়, সংসারগী চান-শেংনবা খ্বাইদগী

হাউরবা করবা পোৎসু মতম কুইনা অসুম শিজিন্নরবদি হাউরক্কে, অতোপ্পা পোৎ মথল অমা অমুক পামলকই; মরম অসিনা সংসারদা লৈরিবা পোৎ অমতা নিত্যপ্রিয় নত্তে; নিত্যপ্রিয় ওই· বদি "আনন্দ" নুংঙাইবা অসিতনি। নুংঙাইবদা কনাগী হৈনিং· দবা, পামদবা য়াওবা হৌনদে। অদুগুম্বা নুংঙাইবগী মূর্ত্তি অদু শ্রীকৃষ্ণনি, অদুনা শ্রীকৃষ্ণ হায়রবসি নিত্যপ্রিয়নি। হৌজিক্ত পাবীরিবশিং অমসুং সাধকশিংনা উবীরগনি— গোপীশিংনা কৃষ্ণ-ভক্তিগী অয়েৌবী লম্বীদা চৎলি হায়বসি।

চিত্তং সুখেন ভবতাপহৃতং গৃহেষু
যন্নির্বিশত্যুত করাবপি গৃহকৃত্যে।
পাদৌ পদং ন চলতস্তব পাদ মূলাদ্
যামঃ কথং ব্রজমথো করবাম কিংবা ॥৩১॥

**অর্থ :—** হান্নদি ঐখোয়গী পুক্নিং অসি নুংঙাইবগা লোয়ননা য়ুমগী থবক তৌজরম্মী, নহাক্না ঐখোয়গী পুক্নিংবু হূবীখ্রে অদুগা ঐখোয়গী য়ুমগী থবক শূজরম্বা খুৎশু নংনা হূবীখ্রে; মরমদি খুৎ খোঙনচিংবা ইন্দ্রি পুন্নমক অসি থম্মোয়গী মথা পোনবনি। ঐখোয়গী খোঙ অসি ইবুঙো নংগী চরণ নাক্তগী খোঙথাং অমত্তসু থাংদোকপা পামদ্রে; ঐখোয়না করম তৌনা ব্রজদা হনগনি অদুগা হল্লুরগনা করি তৌরুগনি।

**নুংগী রস :—** করিগুম্বা থবক অমা তৌবা তারবদা থবক অদো পুক্নিংদা হান্না ফাওরকই; অদুগী তুংদা মপানগী ইন্দ্রি-শিংগী হোৎনবনা থবক অদু পাঙথোকই। সংসারগী থবক

অমদা পূক্লিং লূপ্তুনা লৈরগা অতোপ্পা থবক অমা পাঙথোকপা ঙমদে। লৌশিংগী ইন্দ্রিশিং, থবক্কী ইন্দ্রিশিং, পুম্নমক পূক্লিংগা তিন্নহ্রবদি করিগুম্বা থবক অমত্তা তৌবা ঙমদে। তশেংবা সাধক্কী থম্মোয়দি নাম শোনবা, ধ্যান তৌবা মতমদা ভগবান্দা থম্মী; মতম অদুদা মহাক্কী সংসার অদু মপূক্লিংদা লৈতে; মতম অদুদা মহাক্না করিগুম্বা থবক অমত্তা ঙমদে। গোপীশিংগী থম্মোয় অদু মাঙদা শংশংনা উরিবা ভগবান্দা হাপ্লি, মরম অদুনা মখোয়গী মখোঙ মথুৎ অদো করিগুম্বা থবক অমত্তা তৌদে। ভগবান্দা পূক্লিং চঙবা হায়বসি করম তৌই হায়বসিমক, মহাক্কী নীংলবা অপাম্বা পাউত্তাক অমা ওইরে। মুংঙাইবা মঙাল অমগীদমক জীবনা মশাগী থৱায় ফাওবা কাউনৈ অদুনদি মুংঙাইবগী শক্তম অদু উরবদা কনানা লেঙ ওৎপা ঙমগদগে? "ন কর্ম্মানি ত্যজেদ্ যোগী কর্ম্মভিস্ত্যজ্যতে হ্যসৌ" হায়বদি যোগীশিংনা হোৎনদুনা কর্ম্ম থাদোকপা নত্তে, কর্ম্মনা যোগীশিংবু থাদোকপনি। জ্ঞান যোগী ওইয়ু, অষ্টাঙ্গযোগী ওইয়ু, ভক্তিযোগী ওইয়ু, পরমানন্দগী মহাউ ফংলবদা মখোয়গী থম্মোয় অদু অদুদা অদুম তিনহ্রবনি। অস্তন্না পূক্লিংগী মথা পোনবা ইন্দ্রিপুম্বা থবক তৌবা ঙমদে; কর্ম্মনা মতোমত্তা অদুম থাদোকচখিবনি। গোপীনা মাদুমক মী-ওইবগী মফমদা তম্বীরি।

সিঞ্চাঙ্গ নস্ত্বদধরামৃত পুরকেন
হাসাবলোক কলগীতজ হৃচ্ছয়াগ্নিম্।
লো চেদ্বয়ং বিরহজাগ্ন্যপযুক্তদেহা
ধ্যানেন যাম পাদয়োঃ পদবীং সখে তে ।৩২।

**অর্থ :**—হে কৃষ্ণ ! নহাক্না মে'মোন নোক্তুনা য়েং'বিরকপা উজবদা অমস্তুং পুংশিরবা মুরলীগী ঈশৈ তাবদা ঐখোয়গী কামানল ( পামজবগী মৈচাক ) হেনগৎলক্লে, অদুনা নহাক্কী অধরামৃতনা মসি মুত্থৎপিয়ু। মসু ত্তৌবিদ্রবদি, কামানলনা চাকথেক্লিবা অসিগী মথক্তা অমুক নহাক্কা কায়নবগী মৈচাকনা হেনগৎলক্তুনা নঙবুতা খন্দুনা নখোঙ নাক্তা অস্তুম চঙশিল্লকদোরি।

**নুংগী রস :**— শ্লোক অসিদা ভক্তভাব অমস্তুং কামিণীভাব অনি লৈ। মথক্তা হায়খিবা রাশিং অসি ভক্তগী ভাব উাক্তনি। রাফম পূম্বদা শ্রীকৃষ্ণবু আত্মানি, পরমাত্মানি, ঈশ্বরনি অমস্তুং অন্তর্য্যামীনি হায়না হায়রক্লি ; হৌজিক্তি সখে ( চ'ম্নবা মরূপ ) হায়না কৌদুনা অধরামৃতনা কামানল মুত্থৎপিয়ু হায়জরক্লি। অসিগী মনুংদা অমুকস্তু ধ্যান্তনা নঙগী চরণ নাক্তা চঙশিল্লকদোরি হায়রি। ভগবান্না গোপীশিংদা হল্লো হায়না তাকপিবদা, গোপী-শিংনা রাখিদুনস্তু শ্রীকৃষ্ণগী করেম্নবা ( হেমোইনবা ) রাফম খঙজক মনুংদা উদুনা খাঙখি হায়বসি মরমগা লোয়নননা মথক্তা হায়রে। মরম অসিনা গোপীশিংগী থম্মোয় অদু তনিক তনিক্লে। ভক্তগী ভগবৎ প্রেম অসিদি করিগুম্বদস্তু ঘৌগুম্না ফমজিল্লি, করিগুম্বদস্তু ঈশিংগুম্না মহী লাঙথোকই। ঘৌনচিংবা অহাওবা অচাপোৎ অসি অঈংবদা ফমজিনবা অশাবদা লাঙথোকপা মহৌশানি। অচাঙবা অঈংবা পাত্র অমদা ঘী হাপ্লবদি ঘী অদু ফমজিল্লি অমস্তুং ঘী হাপ্লিবা পাত্র অদুগী অচাঙবা মনিং অদু উদে—ঘৌগা মচু অচুম মায়ব্রে। পাত্র অদুমক শাঙ্লবদি ঘী অদু

মহী লাওথোরকনি অমসুং পাত্র অদুগী মনিংগী অহাংবা অদু উরকনি। ভগবানগা তিন্নবদা ভক্তগী থম্মোয় অদু থোইদোক্না নুংঙাইখিদুনা শান্তি ওইরে অমসুং ঈংরে, মতম অদুদা থম্মোয়দা লৈরিবা সখ্য, বাৎসল্য, মাধুর্য্যপ্রেম অদু অস্রকী মতিক কুংশিনরে, থম্মোয়সুংদা লৈরিবা ভগবানবু ভগবান ওইনা উখিদ্রে; ঐশ্বর্য্য তরুক্না তিন্নবা জগৎ থুংনা লৈরিবা ইদ্রুংঙো মাস্ত কুংলবা প্রেম্না কুপশিনখিদুনা ভক্তগা অদুম মাম্নরে। অদুদগী ভগবান কায়নবগী মৈশানা ভক্তগী থম্মোয় অদু শাগৎলকপা মতমদা প্রেম অদু মতী লাওথোরক্লুনা থম্মোয়সুংদা লৈবা ভগবানগী ঈশ্বরগী মতৌ অদু থঙলকই। গোপীশিংসু ভগবানগী অথিংবা য়াইহৈ নীংশংলুবদা কায়নরগদ্রা খল্লুদুনা থম্মোয় চাকৎম্মী; মতম অদুদা শ্রীকৃষ্ণবু ঈশ্বরমক্নি থন্দুনা হায়জ-চক্ক তৌরম্মী, অদুগা শ্রীকৃষ্ণগী থম্মোয়সুংগী হেমোইনবদু নীংশিংলুরগা থর ফরক্লুনা থোনাগা লোয়ননা "সখে" হায়না কৌদুনা কামানল মুথৎনবগী য়াবু হায়জরক্নি। প্রেমগী মওং হায়বসিমক্তবু অসুম তৌই। প্রেম্না মরা তাঞ্রবদি ভগবানবু মাগী মরী মতা ওইনা খল্লি; খল্লিবা অসি থনবা ঙম-দ্রিবফাওবা পরমানন্দ ওইদে। গোপীশিংনা ওইরি ওইরিবা মশা অদুদা কৃষ্ণ ফংদ্রবদি, শিবফাও ফংননবা হোৎনগনি খল্লি তশেংবা প্রেমগী মতৌদি অসিনি।

যর্হ্যম্বুজাক্ষ তব পাদতলং রমায়া
দত্তক্ষণং ক্বচিদরণ্যজনপ্রিয়স্য।
অস্প্রাক্ষ্ম তৎপ্রভৃতি নান্যসমক্ষমঙ্গ:
স্থাতুং ত্বয়াভিরমিতা বত পারয়ামঃ ॥৩৬॥

অর্থ :— হে মিৎস্না থম্বাল মানবা ! বন্দা লৈবশিংতবু নহাক্না য়াম্না চানবী, এখোয়স্ত বন্দা লৈবীনি। লম্নীগী সুং-ঙাইবা পীনবা নংগী চরম্না করিগুম্বদা শোকপিদুনা সুংঙাইবা ফংজরে ; অম্রাবগী রাফমদি করি হক্লৎকনি, মতম অদুদগী তৌনা অৎইবমক কনাগী নাক্তা লৈজবা তৌজজ্রি অমসুং পামজজ্রি।

নুংগী রস :— শ্লোক অসিদা ভগবানগী মহৌশাগী কায়দবা লমচৎ অমসুং গোপী মশাগী ফিভম হায়্র। লনগী মপু অমসুং ফজবা পুম্বনা ত্থিল্লবী লক্ষ্মীনা নশাক্কী চরন্দা সুংঙাইবা ফংজরি; অদুবু বন্দা লৈবীশিংতবু নহাক্না সুংশিবী। লক্ষ্মীনা নশাকপু খাইদগী হেম্না সুংশিজৈ, নহাকপুদা ফংননবা হায়জৈ, অদুবু নহাক্নদি করিম্ভ কাম্ভ্রবী বন্দা লৈবীশিংতদা আগাদান (নশা পীথোকপা) তৌবী। সুংঙাইবা পাম্বগীদমক্তা মীওইবনা মরল ত্তানশিল্লি, অদুবু মখোয়না পাল্লিগা অদুগী ওন্না হৈনবা মহৈত্তা মফংই—হায়্রবদি লন অদুক্কী মত্তিক ত্তানশিল্লিবা মী অদুনা অদুক্কী মত্তিক অশান্তি ফংই, মসি রাখল লৈবা অশিংবা মীত্তনা খঙগনি। পৃথ্বিবীগী মপু ওইদুনা অহিং সুংথিল খায়দনা অশান্তি ফংলিবা মহাক্তা মসি খঙগনি। মপান্দত্তা উবা, লায়রবা মীনা নিংথৌ ওইবসি সুংঙাইরিনি খল্লি, অদুবু নিংথৌগী থম্মোয়দা সুংঙাইবদু নিংথৌত্তনা খঙই। মহাক্তনশিংনা হায়নৈ—"অর্থা-নামর্জ্জনে দুঃখমর্জ্জিতানঞ্চ রক্ষণে। নাশে দুঃখং ব্যয়ে দুঃখং ধিগর্থং দুঃখ ভাজনম্।" লন ত্তানবসি অরাবনি, ত্তানশিল্লিবা লন অদু ত্তাকপসু অরাবনি, লন অদু মাঙখিবসু অরাবনি,

খরচ তৌথোকখিবস্তু অরাবনি; মরম অদিনা রানবী; মশক্তা ওইরবা লন! ওস্থোকপনি নংগীদমক্তা রাইদা! মরম অসিনা লনগীদমক হায়জবা, অরাবগীদমক হায়জবা রাকম অমতুনি অদুগা লন তানশিনবা অরাবা লেপশিনবস্তু চপ মাল্লে। গোপীশিংনা হায়রি - নংগী নগো দা লক্সীনা সুংডাইরি লক্সীনা নংগীদমক্তা ভাণ্ডারী ওইনা কল্লি অদুদু সুংডাইবগী মশক ওইবা ইবুংঙো নংগী বন্দা লৈবীতবু সুংশিবী। লক্সা লৈবা মকম হায়বদি ভগৎকী মরল মথুম লৈবা মফমদদি নংনা লৈবীরু য়াদে, অদুদা সুংডাইবা লৈতে, লক্সীগা মরী লৈনবা মফমদতা নহাক্না লৈবী, সুংডাইবগী মূর্ত্তি শ্রীকৃষ্ণ!

অসুম্বা চিনি নত্তনা অহাওবা অতৈ চাল্লিবা—উল্লিবা মী অদুদা, ওইনম্বা অহাওবা পোংকী মরমদা ভাংলুদুনস্তু চিনি থাদোকপা ঙম্মোই, অহাইনদুম নোক্নরক্নি; অদুগা ওইনম্বা অহাওবা পোৎ চাকুরবা মী অদুনদ চিনিবু থোইনা পাল্লোই। ঐখোয়না মতম কুইনা মীয়োল তারকপনগী—পোকপদগী হংয়-রবস্তু সংসারগী মচি লৈত্রবা সুংডাইবা অসি মপোক কয়াদগী হৈনদুনা লাক্লে, মসিতবু ঐখোয়না সুংডাইবনি খল্লি; ভগবানগী চরণ কমল অদু মহাও থংদ্রি। অদুনা রস থংলবা ঋষিশিংনা হায়বা ভগবদকী রা তাবগা থাজদে; ঋষিগী য়াথংনি খন্দুনা লৌরবস্তু থাঙ্গেশেংনা থাজবা হায়বা অদুদি ওইদে। মদু চংনবা বিশ্বাস (থাজবা) ওইদে, চিংনবা লৈন-লৈনা নমথাক্তা থাজবনি। চিনহায়তনা থাজবনি। মরম অদিনা মতম কুইনদগী শিল্লাং

ওইরক্লবা, মতম কুইনা মহাও খুডলক্লবা কাম্নক্রবা সংসারগী মুংঙাইবদু খাদোকপা ঙমদে। প্রেমগী মশক ওইবী গোপীশিংনা পরমানন্দ শ্রীভগবানগী মশক উরে অমসুং শোকচবা ফংলে, মরম অসিনা মখোয়গী সংসারগী চানিংঙাই ফংনিংঙাই ওইবা পোৎ পুম্নমক করিস্থ থওইদ্রে। অদুনা "নংগী চরণ ফংজবা মুমিৎ অদুদগী কনাগী মনাক্তা লৈজনিংদ্রে" হায়না গোপীশিংনা হায়রি বনি। সাধকনা ফিভম অসি য়োবনি ; মসিদা মুপা মুপী খায়দে ; ঙশেংবা সাধকগী রানি সংসারদা ঐগীনি হায়না লৈরিবা মরুপ মপাংশিংগা শান্নখিগে নীংলবদি, কেলিঘাটকী চঙকমদা লৈরিবা মোমোন নোকপা মিৎয়া থম্বাল মানবা, রাখোং চুড়ানা লৈতেংলবা, চিনবান্দা বংশী খোনবা শ্রীগোবিন্দগী ফজবা শক্তো য়েংলুগনু. শক অদুম উকররবদি সংসাররা অমুক চঙবা ঙম্নরোই। শ্রুতিনা হায়রি—পরমপুরুষ অদুগবু উনরবদি থবক পুম্নমক মাঙজি, চিংনবা পুম্বা কোকই খশ্মোয়রু কিদুনা ( ফাজিন্দুনা ) লৈরিবা মায়াগী কিশি পুম্ব ঙন্দোকই। গোপীশিংনা বেদনা হায়রবা অয়োবী রাদমক মহায়রি।

শ্রীর্যৎ পদাম্বুজ রজশ্চকমে তুলস্যা
লব্ধাপি বক্ষসি পদং কিল ভৃত্যজুষ্টম্
যস্যাঃ স্ববীক্ষণ উতান্য সুরপ্রয়াস
স্তদ্বদ্বয়ঞ্চ তব পাদরজঃ প্রপন্নাঃ ॥৩৪॥

অর্থঃ—ব্রহ্মানচিংবা লাই কয়ানা মাগী থৌজাল মিৎয়েং ফংননবগী মতম পুম্নমক্তা হোৎনদুনতা লৈরিবী লক্ষ্মীনা মহাক্তী

থবাক্ত লৈফম কহুনস্থ তুংলমীগ' লোয়ননা ভক্তনা সেবা চংলিবা শ্রীচরণগী উক্ষুল অদুগীদমক্তা প্রার্থনা তৌরে। অদুগুম্বহুনা ঐখোয়স্ত নকাক্তী পত্রক্ত: অদুগীদমক্তা হায়জরিবনি।

মধুর রস : বৈকুণ্ঠগী মবেম্মা ওইবী লক্ষ্মীনা শ্রীবৃন্দাবন্দা লৈবা গোপীশিংগী মধুর ভাবত্তা তৌরিবা কৃষ্ণ সেবা উহুনা মাহুৎক ফংজনিংহুনা বৃন্দাবন্দা লৈবা বিল্ব (বৈ থাংগোক) বন্দা লাইনিংলে। নিংলিবা লাইনিং অসিগী মরম ভগবান্না হংবদা মানা পামজবা অড় কঙ্গৈচ্ছে। মাদু ভাবগা ভগবান্না থুমখ—ঐশ্বর্য্যগা মরী থক্তকুং থাংনবদা গোপীনা তৌরিবা সেবা অসিগুম্বা কনানস্থ ফংবা য়াব্রোই। নহাক্তি মপান নাইদ্রবা ঐশ্বর্য্যগা লৈদোকপা অশেম্বীনি গোপীগী ভাবতা ঐবু ফংবা য়াব্রোই। এহাক্তি করিমত্তা থম্রবা ঐবুতা নিংজবা জীবগী ফংনিংডাইহেনি। ঐগী শকলোন অতৈ অতৈদি অয়াম্বনা ফংনবস্থ য়াই, অহুবু নন্দগী মচা ওইবা শক অসিবু ফংবদি থরাইবা নত্তে। লক্ষ্মীগা নত্রগা ঐশ্বর্য্যগা মরী থাংলিবশিংনা কদোইডদস্থ ঐবু ফংলোই। গোপীশিংনা মরুপ-মথুম মা মাগী মীগা থাংনবা মরী থাদোকপা মরম্না ঐবু ফংলিবনি; নহাক্তি লনগী মপুনি; ঐবু ফংননবগী নতিক অহু য়াওদে অহুম ওইহুনস্থ নচনা নিংজবগী মহৈদি লেপ্পা মাত্ত হল্লোই - নডদি সনাগী লৈথি ওইনা ঐগী থবাক্তা লৈরে। অহুদগী হৌনা লক্ষ্মীনা শ্রীকৃষ্ণগী থবাক্তা লৈরে। গোপীশিংনা লোক অসিদা বাপিং অহুবু হাৱরি। গোপীশিংগী বাচাত অসিদা দাস ভাব কোঁচদোকাল।

তন্নঃ প্রসীদ বৃজিনার্দ্দন তেঽঙ্ঘ্রি মূলং
প্রাপ্তা বিসৃজ্য বসতীস্ত্বদুপাসনাশাঃ।
ত্বংসুন্দরস্মিতনিরীক্ষণ তীব্রকাম
তপ্তাত্মনাং পুরুষ ভূষন দেহি দাস্যম ॥৩৮॥

**অর্থ :—** মরম অসিনা হে অরাবা কোকহনবা ঙস্না! ঐখোয়বু চানবীয়ু ঐখোয়না নংবু পুজা তৌজনিংদুনা নংগী চরণ নাক্তা লাকচরবনি। হে নুপা অথোইবা! নহাক্কী মীনোক, মিৎয়েং মুংশিবা অদুনা ঐখোয়গী থম্মোয়দা অপাম্বগী ভমথিরবা মৈহৌ লাক্রে, ঐখোয়বু ননাই শীংদা লৌশিনবীয়ু।

নুংগী রস :— দাসাভাবকী মগাস মথক্কী শ্লোক্তা ফাওব্রে, শ্লোক অসিদনা দাসাভাবতা ঙশেংনা হায়জররে। গোপীশিংনা দাসাভাবতা হায়জরিবা অসিগী মনুংদা শান্ত অমসুং মধুর ভাবসু য়াওরি। মখোয়না কৃষ্ণবু "বৃজিনার্দ্দন" (অরাবা কোকহনবা ঙস্না) হায়না কৌরি, মসি ঈশ্বরনি খঙবা শান্তভাবনি। নহাক্কী মুংশিবা মীনোক মিৎয়েংনা থম্মোয়গী অপাম্বা মৈচাক হেনগংলে হায়বসি মধুর ভাবনি। মাধুর্য্য ভাবতা ভাব অপূম্বা লৈ। কায়নরবদি নত্রগা কায়নগদ্রা হায়না চিংনরবদি মথং মথং ভাব অসুম পোক্লকই। মাসি নায়ক নায়িকাগী ভাব ওইনা উই; ভক্ত শীংদা চল্লক্রবশিংনা ভগবানবু উজবদা নত্রগা উররোইদ্রা হায়না চিংনরবদা অসুম্না ওই। মথক্তা হায়ব্রে—রস অমা পুথোক্তুনা প্রমাণ পীবা নত্তনদি রসকী মরূ অদু মপুং ফাদে। অছিনবা, অথুম্বা, থক্লনবা পোৎসে ওম্ন-ওম্না মহাও লৌব্রবদি,

অরৌবা রস অমত্তা অদুম লৌরগদি হাওরকপা ৌোনদে। কাব্য রসকী মওংস্তু অসি মঙাই। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা কাব্যগী লীলা পুথোকুনা ভক্তগী ভাব উৎপিরী; মরম অদুনা প্রেমগী মশক ওইবা গোপীশিংনা ভাবদা সুংডাইবা পোকপা কাব্যগী ভাব অমসুং থোইদোক্না সুংডাইবা পীনরগদবা ভক্তিগী ভাব অনিমক মচিনমক্না ফোঙদোক্লি। ইবুংঙো মাগী থোঙাল অসিদি মপাল নাইদে; ঐখোয়তনা থোঙ্গাল অদুবু পৌবা হৈক্তদবনি।

বীক্ষ্যালকাবৃত মুখং তব কুণ্ডলশ্রি
গণ্ডস্থলাধর সুধং হসিতাবলোকম্।
দত্তাভয়ঞ্চ ভূজ দণ্ডযুগং বিলোক্য
বক্ষঃ শ্রিয়ৈকরমণঞ্চ ভবাম দাস্যঃ॥৩৬॥

**অর্থ :—** নহাক্কী কুণ্ডলনা ফজহল্লবা চুবা, অমৃত চেল্লবা চীনবান, মোমে'ন নোকপা মিৎয়েং, খোইখোইবা শগ্লাংনা লৈতেংলবা মায়থোং য়েংজদুনা, নহাক্কী কিদবা পীনবিঙবা শাংলবা পাম্বোম অমসুং নহাক্কী লক্ষ্মীবু নুংঙাইহল্লিবা থবাক মত্তা ফবদু ঐখোয়না উজদুনা ননাই ওইগে হায়না লাকচরবনি।

**নুংগী রস :—** মসিদসু মাধুর্য্যনা মরু ওইবা দাস্য ভাবনি। ভগবান্দা গোপীশিংনা চৎলিবা দাস্য ভাবকী রাঙাও খুদিংদা মাধুর্য্যগা লোয়নবা দাস্য ভাবনি হায়না লৌগদবনি। দাস্য ভাব হায়বা অসিদা মীনাই নুপিগী রাকম নত্তে। মেমশিংগীদি অসিগুম্বসি চৎনদে অদুগা হৌজিক্তি ভারতকী লাইরিক হৈরবী নীংথিজরবী, লমচৎ রাহৈ ফজরবী ইবেম্মশিংসু ঈকাইবদগীরা

করিনো অসিগুম্বসি চৎনরক্রে। নোল্লকপনা লৈতেং ওইগী, ধর্ম্মদা মায় ওনশিনবী, মপুরোইববু লাইমক্কি নীংবী; লাইরিক হৈতবী অমস্তুং লমচৎ খঙদবীশিংগী মনুং চল্লবী আর্যাগী নুপী-শিংনা ঙসি ফাওবদা মপুরোইবদা চিঠি ইবা তারবদা "নহাক্কী চরনগী ননাইনুপী" হায়না ইরগা সহি তৌনৈ। ঈশ্বরদা থরায় কৎলবী গোপীশিংনা তদুগুম্বা নাইওই তদুবু পাম্মী। অসিগুম্বা মফমদা শৃঙ্গার রসকা দাসাভাবকা হোৎনরে হায়বগী চিংনিঙাই লৈতে। অশেংবা শেংদবা সংসারদা চৎনরিবা (প্রাকৃত), সংসারগী রাংমদা চৎনরিবা (অপ্রাকৃত) অনি অসি ওয় তৈনবা অর্থনি। অওইবা নত্তবা পোৎ অসি অওইবদগী য়াম্না খেন্নে। অশেংবা জগৎ অসিদদি মপু ওইবতনা নুংঙাইবনি; মরম অসিনা মী পুম্বনা মপু ওইবত্তা মপাম্মী— মনাই ওইবদি কনানম্ভু পাম্নদে। অসি হায় হায়দুনা নুপী ওইবীনা মপুরোইবগী মপু ওইরগা মখোয়গী করি লেমজগদৌরি। মীরমলেন্দা নুপীনা ওম্বা নুপাবু "জম্মরী" হায়না হৌজিকস্তু তাথিবা রাহৈ ওইনা লীজিন্নরিবা অসিনি। অপ্রাকৃত ধাম (জগৎকী রাংমদা লৈপ্লবা মফম) দদি অপ্রাকৃত আনন্দময় ওইবা (ফংবা ঙম্ম্রবা নুংঙাইববু ওইরিবা) ইবুংঙো মাগী মনাই ওইবদি, সমুদ্র ঈপাক য়োনা শনগ্রবা পৃথিগী নিংথৌ মনাই লিশিং লিশিংনা সেবা তৌবদগীসু হেন্না নুংঙাই-বনি। অতাবা অপাবা মীনা নোকখিগত্রা করিনো- ঈশ্বরগী ভক্তশিংদি মুক্তি মথল মঙা- ঈশ্বরগী তৌবা ওম্বা পাজল পীবা, ঈশ্বরগা হেক তাইননা লৈবা ওম্বা; ঈশ্বরনা পুম্নমক খঙবগুম

থম্বা ওয়া, ঈশ্বরনা মফম পুম্নমক্তা লৈবগুম লৈবা ওয়া অমসুং ঈশ্বরগা শক চপ মান্নবনচিংবা অসিদগী অমা পীরবকাওবদা পামদে, মখোয়না ঈশ্বরগী সেবাতমক পাম্মী।

কা স্ত্র্যঙ্গ তে কলপদামৃত বেনুগীত

সম্মোহিতার্য্যা চরিতান্ন চলেৎত্রিলোক্যাম্।

ত্রৈলোক্য সৌভগমিদঞ্চ নিরীক্ষ্য রূপং

যদ্গোদ্বিজ দ্রুমমৃগাঃ পুলকান্যবিভ্রন্ ॥৩৭॥

অর্থ:— হে কৃষ্ণ! চ'ম্নবা মুপাগী মফমদা চঙজবা অসি মুপী ওইবীগী মরমদা য়াম্না চোপনিংঙাইনি হায়না নংনাদ হায়বীরি; অদুবু নহাক্কী খোন্থাং নাইবা অমৃত চেনবা বেনুগী শৈশক তাবদা অ:তুং মরোল অহুম্মক্তা লৈত্রবা নংগী ফজবা শক উবদা করম্না মুপীনা মাগী স্বধর্ম্ম কায়রোইদবগে? নংগী ঈশৈ তাবদা অমসুং নশক অংহেনবদু উবদা যম্বী-যম্নাও, শজী-উচেক অমূক করি হায়গনি উ-রা ফাওবা তুজুংলিবনি।

নুংগী রস:—শ্রীকৃষ্ণগী ফজবা, শক্তোরকপা ঈশৈগী মরম মথক্রুস্থ হায়গ্রে। অদুগুম্বা ফজবা শক, মুংশিবা ঈশৈ তাবদা অচৎচত্ত পুম্নমক তুজুংলিবনি হায়বসি ওইথোক্তবা ওইরোই। পুম্নমক মুংঙাইবগী শকফম অদুনা শুম্নৎলি অমসুং মুংঙাইবগী খুৎচিং অদুনা চিংশিল্লি। মরম অসিনা গোপীশিংগী রাহৈ অসি ঋ গা য়াম্নবা তত্ত্বগী রাকমনি। অদুগা অপাম্বনা ময়াই কারবী মুপী.যা অতোপ্পা মুপাবু পান্নবদা ধর্ম্মাধর্ম্ম লৈরক্তে; লৈরবদি থংহ্ন পাঙথোকপা ঙমদে। অদুগুম্নদুনা মীওইবস্থ ভগবৎ প্রেমদা

মরাই কাপ্রবদি শাস্ত্রগী ধর্ম্মাধর্ম্ম য়েংলক্লে, য়েংলবাদ নিংবস্ন খুংলরোই। মসিদা খনবিগদবদি হেনগৎপা ছানবগী ময়াঙদা মসি ওইবনি, হন্নবগী মরমদা ধর্ম্ম থাদোকপদি পাপ্নি। মরম অসিননি—শাথোবা ভগবান কৃষ্ণনা মুংশিরবা সখা অর্জ্জুনদা স্বধর্ম্ম থাদোকপবু হয় হয় থিংদুনা ক্ষত্রিগী মতিক চাবা লাল তৌ হায়না হঞ্জিনখিবা। ভসি রসিক নাগর ওইরবা অসিনি রথকী সারথি ওইগ্নিবা অদো। য়ৈখাই থিনগাইবা অংনবা নৈংরোইদবা কন্নীদা রথ থোবা হায়র্বসি সারথিগী মথৌন। অদুনা শ্রীকৃষ্ণনা অস্নুন্না বাঙাঙ লিচৎ তৌগ্নিবনি।

ব্যক্তং ভব ন ব্রজভয়ার্ত্তিহরোঽভিজাতো
দেবো যথাদি পুরুষঃ সুরলোকগোপ্তা
তন্নো নিধেহি করপঙ্কজমার্ত্তবন্ধো
তপ্ত স্তনেষুচ শিরঃসুচ কিঙ্করীণাম্ ।৩৮।

অর্থ:—ভপেংনমক লাইরৈবাক ঙাকপা অহানবা লাই নারায়নগী মতৌগুম নহাক্না ব্রজদা লৈবশিংগী হকচাং অমসুং থম্মোয়গী অরাবা কোকহনবিগে হায়না শাইওন্নক্লবনি। হে অতোবগী মবুংঙো! ব্রজবাসী ওইবী ননাইমুবীশিংগী চাক্লবা থবাক্তা অমসুং কোক্তা নহাকী নখুৎ থম্বাল অদু থম্বীয়ু।

নুংশী রস:—গোপীশিংনা মশাবু মীনাইমুবীনি হায়না হায়জরি, থবাক্তা খুৎ থম্বিয়ুস্নু হায়জরি অমসুং কোক্তা খুৎ হাপ্নীয়ু হায়জরি। মরম অসিনা শ্লোক অসিদা শান্ত, দাস্য অমসুং মাধুর্য্যগী রা ভপেংনমক য়াওর। গোপীশিংনা ঙাঙবগী অসিনা

অয়োটবা শ্লোকনি ; মরোটবা শ্লোক অসিদা মখোয়না নীংতবগী অয়োটবা অদু কোঙলোকচরি। থবাক্তা খুৎ হাপ্লীয়ু হায়বা অসি ঃাপ্পা অথৌবা অমা ওইনা থোক্লে। অসিগী মতুংদা রাসলীলা তৌরগা অমুক হেন্না অথৌবা রাক্ষস ওইনা তাগনি ; অথৌবগী রাক্ষস কবিমতা লৈতে — মতাং মতাং অদুদা শন্দোক্লা নৈনবা হায়বদু'নি।

গোপীশিং অসি অনি থোকই — কাঙবু অমনা অতোপ্পা মুপা পাম্বী কা হেন্দোকপী (ব্যভিচারিনী), অমনা পূম্নমক থাদোক্লবী ভগবান্দা পরাধ লূপ্লবী পরমানন্দগীদমক্তা হায়তরবী ; প্রেমগী মশক্তা ওইবী মতৌনি। কামগী মৈ মুৎনবগী রানা কাম পাম্বশিংগী ; পরমার্থগী মরমদা ভাঙলিবশিংনা প্রেমময় ওইবা লমচৎ চৎপী কাঙবুনি। অদুননি ভগবাম্না ভাঙলকপগী পাউখুমদা থরনা অধরামৃতনা কামগী মৈ মুত্থং পয়ুনচিংবা হায়রিবা অদুগা থরা অমনা রাভাঙ খুদিংদা মমুং হৗজনবা ভক্তিগী রস হায়রিবা। গোপীশিংদি কামপ্রবৃত্তি (কামগী লমচৎ) অসি পুমকোক কোকপা পামজবনি অদুনা আনন্দ মুক্তিগী মফমদা অদুত্তবু নিজবনি। অস্পম্না কনানা মুপা পাম্বা কামিনীগী মৈচাকপু কোক্লবা হঙ্গংলি, কনানা কৃষ্ণতবু থজবা অরান-খুভমগীদমক্তা হঙ্গংলি। প্রেমমার্গগী ভগবৎ সাধন ওইরবদি শোয়দনা দশা অসি ওইগনি— অদুননি রাধা ভাবতা শ্রীগৌরাঙ্গনা ওইখিবা গোরাঙ্গনা রাধা ওইদুনা কৃষ্ণগীদমক্তা ভাওখি, রাধিকা ওইত্রবদি অদুম্না ভাওবা য়ারোই। হায়নবা লৈ— নোংমদি মিরাবাইনা বৃন্দাবন্দা লৈবা ফিদম্নফম ওইরবা ভক্ত সনাতনগা উনবা লাকখি। মুপীনি হায়দুন মেরাবী

ভক্ত সনাতন গোস্বামীনা উনবত্রু পাল্লমদে। মতুদা মিরাবাইনা মহাকপু তুক্ষচন্তুনা হায়খি—"সনাতন্না হৌজিক কাঞ্চবস্তু মুপ ওইনা লৈবা অসিনা ঐ মাগা উননীংদ্রে।" লাইরিক অমদন মিরাবাইনা পাউ হনখি—"সংসার অসিদা মুপা হায়বা অদুদি ভগবান্তনি, মতোমতা শায়বা মুংঙাইত্রদুনা ভগবান্না সনাতন কৌব মুপা অমস্থ শেমগন্তুনা ব্রজদা থম্মবোইরে" পাউখুম অসি তাবদা সনাতন ভাব তাখি; মাগী অরানবা বাখলপীদমক ঙ যুঙবগা লোয়ননা মিরাগা উনখি। ভক্তি শাস্ত্রগী মতুংইন্না ঈশ্বরতনি মুপা, অতৈ পুন্নমক্তি প্রকৃতিনি—মুপীগী মশক্তি। মরম অসনা প্রকৃতি ওইবা মী পুন্নমক্তা ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু নীংগদবা ওই। ঐ মুপানি খন্দুনা নাপল লৈরিবা মীনা কৃষ্ণসেবা ফংবা য়াদে। মসিগী অশেংবা মরুদি খঙদনা বৈষ্ণবনি হায়না মশাতনা খঙবা মী কয়ানা মুপী শাদুনা কৃষ্ণ নীংনবগ্ন য়াওরি। মুপী শারগা হেক্তা চৎনগদবা নত্তে। মীওইনা পোকপা মপোক্তী মুপীগা, প্রকৃতিগা অনিসে পুমখেন খেন্নৈ; মরম অসিনা প্রকৃতি ওইগদবনি - মী মুপী ওইনা য়ারোই। ইতিক নত্তনা মসিগা মরমদা থাজক্তং ইক্তরুরিবসি থীকনেম্বনা থা অরাংবা লাম্বগুম্বনি; পাবিরিবশিং অমস্তুং সাধক ভক্তশিংনা খোজানবিদুনা মসিগী অথুম্না (তাৎপর্য্য) অদু অদুম খঙবারো হায়না খুরুমজরি।

ইতি বিক্লবিতং তাসাং শ্রুত্বা যোগেশ্বরেশ্বরঃ

প্রহস্য সদয়ং গোপীরাত্মা রামোহপ্যরীরমৎ ॥৩৯॥

**অর্থ :**— যোগেশ্বর (মহাদেব) গীস্থ ঈশ্বর ওইবা শ্রীকৃষ্ণমশামকনা আত্মারাম ওইদুনস্থ গোপীশিংগী অসিঙবা অরাবগী

য়াঙাও ভাবনা থৌগানবিরকুনা যোমোন যোমোন নোঙ্কুনা মখোয়বু পুডাইরম্মে।

নুংশী রস : - শ্রীকৃষ্ণদা থবায় কৎপবা গোপীশিংদো ভগবান্ন' লৌবা পরীক্ষা ওমসে। মনাই ভক্তবু চানবিবা ভগবানসু মখোয়গী নীংঙবা থুংহল্লে। মহাকবি কালিদাসকী কুমারসম্ভব পাবিরবশিংনা থঙবিগনি, লাইগী লাই ওইবা মহাদেবনসু, আম্মাদা পুক্নিং লুপচরবা পার্ব্বতীবু অসুম্না পরীক্ষা তৌখি, মাতুদা ওমখিতুনা আম্মা সেবাদা মনিং তমহনখি। মতুসু পর-মার্থ তত্বগী য়ানি। ঈশ্বর হায়বা অসিদি থৌজালগী ঈপাক্নি। অদুবু মাগী থৌজাল অদু কনানা পাম্নি? পাম্নিবনা করিগীনো? জীব পুম্বগী পুক্নমক পামদুনা অদুম নৈ। ঈশ্বরগী থৌজালনা কাম্নবা করিনো? ঈশ্বরা থৌজাল পাম্বশিংনা মচিন্তুদা পাম্মী, থম্মোয়দি য়াওদে। মখোয়না থল্লি - "ঐখোয়গী ইরল নৈ মী য়াত্তে, ইশানা ইপাঙ্গলসু য়াত্তে।" ভগবান্দি মীগী থম্মোয় খিৎনা উবী, মহাক্না মখোয়না থল্লিবা অদু থওই; অদুনা থৌজাল পীদে, থৌজালগী ঈপাক্না মওং নাইখিদে। কনাগুম্বনা কনাগী মকমদা ভিক্ষা তৌবদা ঐদি থা-থাদা লুপা লিশিং লিশিং লাকপা লম নৈদ্রে, ইচা মুপা পাখং মরি নৈদ্রে, মপাঙ্গলসু য়াম্না কল্লি, ঐগী ইশা ইউন্ত য়াম্না ফরি, মুম-কৈশু নিংথিনা শাতুনা লৈরি, ভিক্ষা থরদং হাপ্লিবু।" অসুম হায়রুবদা ভিক্ষা হাপকদোরিবা মীনা থৌজানবিরকত্রা? কদৌঙৈদসু হাপলক্লোই। ভগবানসু অদু মওাই; মাগী করিগুম্বা, কনাগুম্বা লৈরিবা মীতুদা মাগী

থৌজাল পীদে। ভগবানবু হংনিংলবদি ব্রজগোপীশী মতৌশুম পুন্নমক থাদোকদবনি; জগৎকী মরী থক্তিকুং থাংনবদা মহাকী থৌজাল পীদে অমসুং হংদে। ব্রজবালাশিংগীদি কারিস্ত লৈজদ্রে, কংনাস্ত লৈজদ্রে; মথোংগী লেপকম লৈতে মমুং মপাল অনিমক পুমকোক কোরে। মথোয়না অন্তর্যামী ওইবা মবুংহোদা থম্মোয়-সুংগী বা হঙ্গত্নুনা থরায় শোক্না কপ্পে; অন্তর্যামীনা মাদু খঙ-বীরে। চক্ষুক্ষম লৈত্রবী গোপীশিংবু মহোন্দা আশ্রয় (চক্ষুক্ষম) পীনবিরে।

শ্রুতিনা হায়রি—মহাক্তি লাপস্ত লৈ, নকস্ত লৈ শাদস্ত লৈ, অসিদস্ত লৈ; হায়বদি ভগবানবু হংবদি য়াম্না নুংই অদু-শুম্না য়াম্নস্ত লায়। থম্মোয়দা নংথাক্কী মনম খঙক লৈবদা মহাক্তি য়াম্না লাপত্রে অদুগা ব্রজগোপীশুম্না পুকচেল শেংনা মিৎকী পি কৎপা শুম্নবদি য়াম্না নক্না লৈ। মী অদুবু থরায়মক য়াওনা মুংশিরবা অমসুং মহাকপু থরায়মক য়াওনা হংনিংলবদি মহাক্না বা ভাঙনবা হংদ্রবা অমসুং মাগী মশা শোকপা হং-দ্রবদা, মথুৎ অনি থাদুনা মমিৎ নাইরগা মপি ভাকন্দুনা কান্নবা পোৎ নত্তে, ঈশোৎ হোৎনদনা, ঊনিং নিংদনা, ইথক খঙহৌদনা পিদা মতো তা শিল্পুকরকনি থরায় য়াওনা ভগবানবু পান্নিবা মী অদু ভগবান উনিংবনা নকপা উবদা মপি তাদবা থক য়ারোই। অদুম ওইবা হোৎনদনা, নিংলুদনা অমসুং খঙহৌদনা লাকপা পি অদুতনা আনন্দময় অন্তর্যামী ভগবানগী থৌজালগী খুদমনি। অচুম্বা পি মরিক অমতং কক্তবা ওইদা ইবুংঙো

মানা আস্বাদান হেক্তা পীনবিবনি। মহাক্না ভক্তশিংবু অসিগ শুদ্ধা পি মতা অসি তম্বীগে হায়দুনা, মঙোন্দগী তোপত্রবী রাধিকানচিংবী হ্লাদিনী শক্তি পুৰীশিংবু তোঙান তোঙানবা মশক ওইহন্দুনা মাঙথোকশিন্নবগা মতম চুপ্পা কপহল্লি। ব্রহ্মানচিংবা লাইশিংনা ফংঙমদ্রবা পোংকী মমল তাং — নমথাক য়াওদ্রবা পি মরিক অসিদগী হেন্না নকপা, লাইবা, হোঙনা ফংবা করি অমূক লৈখিগনি ? লৈ শিংবা মরাইবক ফবা সাধকীদি ভগবানগী থোক্তাল হোঙনা ফংই.—লাইবক থীবা ইজরিবা ঐগীদি চে, মূক কলমতা মহোংন্তি, হে কৃষ্ণ!

তাভিঃ সমেতাভিরুদারচেষ্টিতঃ
প্রিয়েক্ষণোৎফুল্লমুখীভিরচ্যুতঃ।
উদারহাসদ্বিজকুন্দদীধিতি —
র্ব্যরোচতৈণাঙ্কইবোডুভির্বৃত॥
উপগীয়মান উদ্গায়ন্ বনিতাশত যূথপঃ
মালাং বিভ্রদ্ বৈজয়ন্তীং ব্যচরন্মণ্ডয়ন্ বনম্।
নদ্যাঃ পুলিনমাবিশ্য গোপীভির্হিম বালুকম্
জুষ্টং তত্তরলানন্দিকুমুদামোদ বায়ুনা ॥৪০॥

**অর্থঃ**— মোমোন নোকপা মায়থোং, কুন্দ কোবা লৈরাং মানবা য়াগী মঙাল, তোথোরকপদা পুকচেল চাউবা, য়েংবদা নুংশিবা মকায়াম্বা মায়থোং অদু থরানমিচাক্না কোয়শিল্লবা থাজম গোপীশিংনা কোয়শিন্দুনা ওন্থোক্না নীংথিজরে।

যমুনা তোর্ব্বানগী ঈংলবা লৈতোই সেক্তাথক, ইশৌমনা য়েরবা মালুংবনা থম্নো কোবী লৈয়াংগী লৈনম পুক্লনাসিলিরি জিম্নি

শিংপা মতম. য়ায়বা গোপীশিংনা নায়ক ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী ঙকশমদা খোল্লিবা বৈজয়ন্তী মালা পায়দুনা মফম অদুদা কোইচং চংলি। মখোয়না চংপা অদুদা মফম অদুগী বন্দো ফজবনা লোইরে। গোপবালাশিং অদুনা শ্রীকৃষ্ণগী গুণ থাদুনা ঈশৈ শকৎলকই অদুগা শ্রীকৃষ্ণসু খোঞ্জেল য়াংনা ঈশৈ শক্লক্লে।

বাহুপ্রসার পরিরম্ভ করালকোরু
নীবী স্তনালভন নর্ম্মনখাগ্র পাতৈঃ।
ক্ষ্বেল্যাবলোকহাসিতৈর্ব্রজ সুন্দরীনা
মুত্তম্ভয়ন্ রতিপতিং রময়াঞ্চকার॥ ৪১॥

অর্থ:— শ্রীকৃষ্ণনা পাম্বোম তিংথোক্লুনা কনাগীনা মপাম্বোম মখুৎ, কনাগীনা মশম, কনাগীনা খ্বাংজেৎ, কনাগীনা মকৈ, কনাগুম্বী গোপীগীনা মথবাক, কনাদনা মুংশিবা য়ায়ী, কনাদনা নুংশিবা মিৎয়েং, কনাদনা মুংশি মীনোক পীদুনা গোপীশিংবু নুংঙাইহল্লি অমসুং কাম পোকহন্দুনা শান্নহনখি।

নুংগী রস:— কাব্যগী হোনমী রস হাপকৎপনি।

এবং ভগবতঃ কৃষ্ণালব্ধমানা মহাত্মনঃ
আত্মানং মেনিরে স্ত্রীনাং মানিন্যোহভ্যাধিকং ভুবি॥ ৪২॥

অর্থ:— গোপীশিংনা পুকচেল চাউরবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী মফমদগী ঈকায়-খুম্নবা ফংলবা অসিনা মখোয় খুদিংমক্না পৃথীদা লৈরিবা নুপী পুম্নমক্কগী অখোইবনি হায়না নীংনরক্লে।

নুংগী রস: - গোপীশিংগী থাজ্ঞৈশেংবদি নাপল য়াওদবনি। জগৎকী ওইবা ভূতদেহ অসিদা "ঐ" হায়বা নাপল অসি হেক

পোক্লবদি অদুগা অদুম্মা দেহগী নাপলগীদমক চাউথোকপা অমা লাক্লবদি, অতোপ্পা হীরম অমদা পূক্লিং চঙখবা মরম্মা ভগবানন্দু উবা ফংদে। অসুম্মা ঊত্ত্বগী পাডতাক অসি জগত্তা খঙহন্নবগী-দমক ভগবান্না লীলা অসি শান্নাববনি হায়বদি মহাক্না মাগী নীংবা অদু থুংনবগীদমক খন্দুনা গোপীশিংগী থম্মোয়দা অসুম্মা চাডথোকপগী মথাই কাবা অসি লৈহনবনি।

তাসাং তং সৌভগমদং বীক্ষ্যমানশ্চ কেশবঃ।
প্রশমায় প্রসাদায় তত্রৈবান্তর ধীয়ত ॥ ৪৩॥

**অর্থ:** শ্রীকৃষ্ণনা মখোয়গী মরাইবক ফবা অদুদগী চাউ-থোকপা য়াওরকপদু উবদা মখোয়গী নাপল অদু থুদেক্লবা অমসুং নোঞ্জরক্লবা মফম অদুদগী অদুম উহন খদ্রে।

**নুংগী রস:—** শুকদেবনা হায়রি— ভগবান্না মফম অদু-মক্তদা মাংখ্রে। মসিনা খঙবা ঙম্বদি ভগবান্না মফম অদুদগী কদায়দস্ত লেংখিদে, মফম অদুদা অদুম লৈ, অদুমদি ওইরবদা গোপীশিং অদুনা মহাকপু উবদি ফংদে। থম্মোয়তনা ভগবান উবগী মরম খল্লুরবদি ঐখোয়না লীলা অসিগী মরু ওইবা নুংগী রস খঙগনি। পূক্লিং অসিনা মতম অমত্তদা পোৎ অনিগী য়াথল তৌবা য়াদে, মসি মথক্তস্ত নৈনখ্রে। গোপীশিংনা মপূক্লিংদা মশা, ময়ুম পূম্নমক কাউখিদ্রনা কৃষ্ণতদা পূক্লিং লূপলিঙৈ মতম অদুপকী মথৈ কৃষ্ণদর্শন ফংলম্মী, পূক্লিংনা হকচাংদা লাক্লবা মতমদা হায়বদি দেহগী মশক ওইবা ঐহাকসে মুপীগী জাৎ পুম্ন-মক্তগী অথোইবীনি হায়না হেক খল্লকপদা কৃষ্ণ উথিত্রবনি। মরম

অসিনা শ্রুতিনা মরম অনি থোক্লা হায়রি থম্মোয়তনা ব্রহ্মদর্শন ভৌগদবনি অমসুং পুক্নিংনা খনবা য়াদবা অদু ব্রহ্মনি। মসিগী মুংগী রসতি—“অতোপ্পা অমদা পুক্নিং চঙবা লৈতনা তরু তরুবা থম্মোয়তনা ব্রহ্মদর্শন ফংগনি, পুক্নিং চঙদবা থম্মোয় মোৎপা লাইনিংনদি ওইরোই” অসিনি। শ্রুতিনা হায়রিবা অসিমক ভগবান্না লীলা ওইনা উৎপিরিবনি।

লীলা অসিদা ভগবান্না পান্না মরম অসি পাঙথোক্লে—অহানবদা তাৎকী মশক ওইবা শৃঙ্গার রসতা কায়নবা নত্তনদি রস মপুং ফাদে; মসি কাবাগী রস খণ্ডবশিংনা মুন্না খণ্ডবীগনি। “ন বিনা বিপ্রলম্ভেন শৃঙ্গারঃ পুষ্টিমশ্নুতে। কষায়িতে হি বস্ত্রাদৌ ভূয়াম্ রাগো বিবর্দ্ধতে।” অঙৌবা ফিবু অঙাঙবা, অশঙবনচিংবা মচু শঙগে হায়রবদি, ফি অদু ফুত্তুনা ঙৌনা শূদোক্লগা শঙলবদি পান্নিবা মচু অদু য়াম্না শেংনা ফজগনি। অদুগুম্বদুনা কায়নরবা মতুংদা অমুক চান্নবা-তিন্নবদি য়াম্না মুংঙাইবনি—মুংশিনবনি। কায়নবা নত্তনদি, কায়নদনা তিন্নবগী শৃঙ্গার রস নোইহনবা য়াদে। মরম অসিনা শ্রীকৃষ্ণনা শৃঙ্গার রসকী নায়ক ওইদুনা রস মপুং ফাননবা গোপীশিংগা কায়নবা অদু থোকহল্লিবনি অ.গা ভাব ভগবান ওইনা ভক্তগী প্রেম উৎকণ্ঠা অদ মপুং ফাননবা উহন্দ্রিবনি। অরূম লাইহৌনচিংবা অনাবা ফরবফাওবদসু হকচাং অদু য়াম্না চেকশিন্না ফনা লৈননবগীদমক মখা খরা তানা হীদাক চাগদবনি অমসুং নিয়ম ঙাক্না চৎকদবনি; অদুগুম্বদুনা জ্ঞান কংলবসু জ্ঞান মরা তাননবা জ্ঞান অভ্যাস (শিক্ষাং) ভৌগদবনি।

প্রেম ক্ষংলবা হৃদয় প্রেম অদু মরা চেংহনগদবনি। ভগবান্না গোপীশিংগী প্রেম অদু মরা চেংহন্নবগীদমক লীলা অসি তৌদুনা মীওইবদা উদ্বারি।

রাস পঞ্চাধ্যায়গী অহানবা অধ্যায় অসিদা অমগা অমগা মান্না নাংনবা নায়ক-নায়িকাগী হেন্মোয়নদুনা খংনবগী তাং মওংদা আরূঢ ভক্ত ( ঈশ্বর নাংবগী থাক হাইগংলক্লবা ভক্ত ) গী ভগবান ফংনবগীদমক থাম্মোয়দা হুংঙাইবা পোকপা হৈশিংবগী রাম্ভাও অমত্তং লমচং ফোংদোক্লি।

শ্রীমদ্ভাগবতকী ১০ শুবা স্কন্ধগী
শ্রী শ্রীরাস পঞ্চাধ্যায়গী অহানবা
অধ্যায় অসিদা লোইরে।

# শ্রীশ্রীরাস পঞ্চাধ্যায় অনিশুবা অধ্যায়

শ্রীশুকদেবনা হায়রি।

**অন্তর্হিতে ভগবতি সহসৈব ব্রজাঙ্গনা।**
**অতপ্যংস্তমচক্ষাণাঃ করিন্য ইব যূথপম্‌ ॥১॥**

**অর্থ :—** ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা খংমাঙ মাঙাখবা মতুদা শন্নুপ পুবা শামুনা উখিদ্রবদা শামু অমোম ময়াম্ন তোবগুম্ন গোপীশিংদো মবুংঙো উদবদা কঙাওননা ৱাখ।

**নুংগী রস :—** শ্লোক অসদা পীরবা খুদমগী শরুক্তা নায়ক নায়িকাগী ভাব অমস্তুং দর্শণ শাগ্রুণ মতুং ইন্না ভগবান অমস্তুং ভক্তগী ভাব অমম থোক্লগনি। শন্নু মপু উদ্রবদা শামু অমোমশিংনা ৱাবগী তৌরিবা প্রমাণ অসি কামগী অৱাবনি অদুগা ভগবানবু উদবদা ভক্তনা ৱাবনি প্রেম'ন। মরম অসিনা কামগী ৱারিবা অসিদা কামগী শরুক অদুমখৈ থাদোকাপরগা অৱাবগী শরুকতমক লৌবীয়ু। খুদম থায়বা অসিদি মশা পুন্নমক চুনবা নত্তে। মকম অসিদা ভগবানবু উদবদা প্রেমগী মশক ওইবা গোপীশিংনা খাঙবা ভমদবা মখৈ ৱাবদো অদুতবু উৎপনা মহর্ষিগী অপাম্ব'ন।

ভগবানবু উদবদা গোপীশিংনা ৱাখিবদো করিগুম্বা খুদম অমনা প্রমাণ পীনগাই লৈতে। আনন্দময় ওইবা ভগবানবু কংলগা মাঙহনখ্রবা মীশিংগী পুক্নিংদা অৱাবা কংলবা মীহুনা

থঙগদবা মঙাই। মুংশিবা পোং অদু উদ্রবদ। নত্রগা মাঙত্রবদা পুক্নিং মুংঙাইতবা, পুম্নমক্কগী হেন্না থম্মোয়গী অরাবা পোকহনবা অদুগী লৌরুঙনা গোপীশিংগী মুংঙাইতবা অদুগী শরুক থকিকুং উৎপতনি। মহাজনশিংনা হায়রৈ:—

কুরঙ্গ মাতঙ্গ পতঙ্গ ভৃঙ্গ মীনা হতাঃ পঞ্চভিরের পঞ্চ।
একঃ প্রমাদী স কথং ন হন্যতে যঃ সেবতে পঞ্চভিরেব পঞ্চ॥

(শক্তি, শামু, কৌকেং, খোইমু ডাগী অাং অসিনা ইন্দ্রি মঙাগী অনমমতনা থৃতুম চন্দুনা থরায় মাঙৈন; অাং অমত্তদা ইান্দ্র মঙানা পুম্না থৃতুম চন্না জীব অতুনা মাঙলোইদবা করি লৈবগে? শামু অমোমশিংনা লাবা উদবা মতমদা মুংঙাইবা লৈত্রদুনা তপথবা য়াদবমখৈ য়াখে—মখোয়না মখোঙদা য়েংহলং চনগ্রবা শামু লাবগী মনম ফংদুনা হেৎনিঙ্গুংদগী মখোয়মুক্ত য়েংহলং চনখ্রে। অমুম্না শামু অমোমগী থুদমদা গোপীশিংগী অরাবা থকক্ক পান্দম্বতন কামগী মপুদা প্রেম লৈবগী মরমদা মতাং চানা তুংদা লৈনকগে। রাসলীলাগী অহানবা শরুক মখৈ অসি কামগী মতৌশুম থম্নিঙাই ওই।

গত্যানুরাগস্মি ত বিভ্রমেক্ষিতৈ
মনোরমালাপ বিহারবিভ্রমৈঃ।
আক্ষিপ্তচিত্তাঃ প্রমদা রমাপতে
স্তাস্তা বিচেষ্টা জগৃহুস্তদাত্মিকাঃ॥২॥

অর্থ:—ভগবানগী শাখেক নিংথিকবা, মুংশিবা মীনোক লৌনম য়াওদনা পামশিনবা, পুক্নিং তুক্নুবা মশাম্না, খোইরাংহনবা

মিথয়েং, নুংঙাইবা পোকপা রারী পড়াই অমসুং থোরাং মথল মথল পুম্নমক্না থম্মোয় চিংগ্রবী, ইবুংঙোদা থম্মোয় তিনগ্রবী গোপীশিংনা কৃষ্ণনা মমাঙদৈদা তৌগ্রবা লমচৎ পুম্নমক্কী মতৌ তম্বা হৌরকলে।

নুংগী রস :- নুংশিবনা মরা চৎগ্রবা অমসুং তৌশিন্নবা য়াওদ্রবদি, মসি মহৌশানি। নুংশিরবা নায়ক উদবদা, নুংশিরিবী নায়িকাগী অসুম তৌবসি হৌনৈ। কায়নগ্রবা ফিভমদা নুংশিরিবী নায়িকানা নুংশিবা নায়ক্কী মওং মতৌ, শাজৎ কায়দা পুম্নমক থন্দুনা নুংঙাইবা পোকই, নুংঙাইবা অদুদগী রাথল পুম্নমক মতোমতা অদুম লাকচৈ। কনানা উখিদ্রবা নায়ক্কী রাঙাঙ শাঙাং থল্লুরগা নোকপসু কপ্পসু য়াওই। কনানা লাকডম ফাডমদ্রবা পুক্নিংগী থৌইনশিন্না তপথবা য়াম্রদুনা নায়ক্কী থবক পুম্নগী রাথল তৌরুবদা মশামক্না থবক্তু মপান্থোক্না পুথোরকই। নুপীগী থম্মোয় অসিদি মহৌশানা থোৎলি, মরম অসিনা অসুম্বা ফিভমদদি নায়িকাশিংদা হেন্না নৈবসি হৌনৈ। পাবিরিবশিংগী মসুঙদা কনাগুম্বনা করিগুম্বা মতমদা অরোনবা নুংশি লাংদা থুরুরগা কায়নবা থোক্নবদি তমথিরবা রস অসিগী মহাও অদু থঙবিগদবা মঙাই। অদুপ নুংঙাইনা চান্নরগা কায়নবা অমা থংথোক থোক্নদুনা প্রণয়িণী নায়িকাশিংগী ওইথিবা পুক্নিং রাথল অদো, নুংশিবা খিবিক্তগী নুংশিথোইরবা পরমাত্মা ভগবানবু উদ্রবদা তানথৎচরক্লিবা ভক্তশিংগী ফিভমসু অদু মঙাই। রাসলীলাগী হৌগৎলকপা অসিদা নায়ক নায়িকাগী ভাব অসি উদুনা অয়াম্বনা থৌওইনদে ;

অদুবু রাখল লৈবা, রস খঙবিবা পাবিরিবা নত্রগা তাবিরিবশিংনা খঙবিগদবদি নায়ক নায়িকাগী খুদম নত্তনদি গুপলবা রাসলীলাগী রস অসি খঙননবা পাম্নে অমা লৈতে। বেদান্ত দর্শন্দস্থ অস্থম্না খুদম ওইনৈ। শেংলবা তত্বদা, পোখাবা ফংলবা, ফিজত্রবা মীনু মপানগী ইন্দ্রিনা সংসারগী থবক তৌনা তৌনমক থম্মোয়মুংদা পরমানন্দ ফংবগী রস অদু ইতত্তত্তনা খল্লি কমদৌনা খল্লি—অতোপ্পা সুপাদা আসক্ত ওইবী (পামগনবী) সুপীনা ইমুংগী থবক তৌন-তৌনা মাগী চাম্রবা মরুপ্বীবু খনবগুম। মরম অসিনা রাসলীলা স্রৎ পাখোক্লগা ওইবা য়ারোই; লেঙদনা ঈংনা পুক্লিং য়াম্না চঙনা ফিজত্তনা হম্ন হম্না পারগা চিংনবা পুম্বা কোক্কনি। য়াম্না চেৎ-শিম্না চাম্ররম্বদগী কায়নরবদি নায়ক নায়িকা অনিমক অমনা অমবু খন্দূনতা লৈনৈ। অসি নত্তবা ঐখোয়না খন্দূনা য়েংলবদি হেক্তা খঙগনি ইতত্তত্তনা অসিগুম্বসি অস্তুম থোক্লিবনি। চপ চাবা অসি-মক নত্রবস্থ ঙাইহাক ঙাইহাক্কীদি শোয়দনা ওইরিবনি। লম্বী চৎপা মী অমনা মতোমতা মুরুম মুরুম রা ঙাঙবা লৈ। মসিগী মরম অতৈ করিস্তুনা নত্তে—মহাক্না করিগুম্বা পোৎ নত্রগা মী অমদা মপুক্লিং লুপখিদুনা তৌরিবনি। রাখল অমা হেক খল্লুবদা খল্লুরিবা মরম অদুদা পুক্লিং হেক্তা লুপ্পনি; রাখলগী ফল অসিনি। হৌরম অমত্তদা খনবা অদুনা মরা তারবদি, মদুবু "সমাধি" (অরেপ্পদা লেপপ্রবা) কৌই। গোপীশিংগী অদুমক ওইরম্মী—ঐখোয়গীনা সংসারদা, গোপীগীনা ভগবান্দা।

গতিস্মিত প্রেক্ষণ ভাষনাদিষু
প্রিয়াঃ প্রিয়স্য প্রতিরূঢ় মূর্ত্তয়ঃ।
অসাবহন্তি ত্যবলাস্তদাত্মিকা
ন্যবেদিষুঃ কৃষ্ণবিহার বিভ্রমাঃ ॥৩॥

**অর্থ :—** পাঙ্গলশোনবী গোপবালাশিংগী মুংশিথোইবা মূর্ত্তি শ্রীকৃষ্ণগী নিংখিজবা শাথেক শাজৎ, ফজবা মীনোক, হেক য়েংবদা বহুক মীহৌবা মহৌ. ভাংথোরকপদা অদুত চেনবা রাংথোকপদা পুক্নিং লুপশ্রদুনা গোপীশিংদো মবুংঙো ওনহ্রে; কৃষ্ণকুম্না চৎলে নোক্লে, য়েংলে, বারী শারে; মখোয় মশেলমক "ঐ কৃষ্ণনি" হায়নরক্লে।

নুংগী রস :· যোগনা সমাধি য়োরবদা মানা নিংলিবা পরমাত্মাগা মওং মান্নখি। মহু মহুবা মীনা মহুদা উবা হকচাংদা মওং অদুম ওই অমসুং মিকপ থোক্লবদসু কনা কনাগুম্বনা পুক্নিং লুপখিদুনা মহুগী পোৎ অদু ওইদুনা অভাওবগুম তৌই (অসুম তৌবা অসিবু ইংরাজীদা Somrambulism কৌই।) পুম্নমক অসি অহোংবা লৈতবা পুক্নিং চঙবগী মহৈনি। অশেম্বা পোক্তা পুক্নিং চঙদুনা মাদুগী মওং ভাবা অদুসু যোগ নত্রগা সমাধি মখল অমনি। অশেম্বা পোক্তা পুক্নিং চঙদুনা মুংঙাইবা পোকপা অসি চুম্নগী মমিংতা ওইবা মুংঙাইবনি; কুইবা য়াদে। যোগীশিংনা অমকপা লৈতনা মুংঙাইবগী মশক ওইবা পরমাত্মাদা পুক্নিং চঙই; মরম অদুনা মতম কুইনা মুংঙাইবা রস চায়। গোপীশিংনা মশক নাইবা পরমাত্মাদা পুক্নিং লুপ্পী, অদুনা কৃষ্ণগী

মওঃ ওইখ্রিবনি। মাসিবু "প্রেম যোগ" নত্রগা "প্রেম সমাধি" কৌই। জ্ঞান, যোগ অমসুং ভক্তিগী রা তারগা তোঙান তোঙানবনি হায়না অয়াম্বনা খল্লি; অহুম অসি অমনা অমবু থাদোক্লুনা লৈবা ঙমদে। জ্ঞান্না মরূ ওইনা নাংবা লাইনিংবু "জ্ঞান মার্গ" সোগনা মরূ ওইববুনা "যোগমার্গ" অদুগা ভক্তিনা মরূ ওইরগা "ভক্তিমার্গ" কৌবত্তনি। গোপীশিং অসি প্রেমগী মূর্ত্তি ওইরবস্ত জ্ঞানীনি অমসুং যোগীনীনি। মখোয়না ভগবানবু অথোইবা পোৎনি খনবা মতমদা জ্ঞানীগী মকোক্তি. ভগবান্দা পূক্নিং লুপ্পা মতমদা যোগী অথোইবীনি অদুগা ভগবৎ সেবা ফংননবগী কল্পকপা মতমদা ভক্তগী কোকথক্কী লৈত্তেংনি। তৌভিক্তি কৃষ্ণবু খঙ্গরবী গোপীশিংবু ঐখোয়না সমাধিদা লৈরবা ধ্যানগী মওংদা ফংলবা যোগীগুম উরে।

গায়ন্ত্য উচ্চরমুমেব সংহতা
বিচিক্ল্যুরুস্মত্ত কবদ্‌বনাদ্‌বনম্।
পপ্রচ্ছুরাকাশবদন্তরং বহি
ভূতেষু সন্তং পুরুষং বনস্পতীন্॥৪॥

**অর্থ:** গোপীশিংনা ময়াম পুনশিল্লগা অঙাওবীগী মতৌগুম খোঙ্জেল রাংনা কৃষ্ণগী গুণ শক্ত শক্না বন অমদগী বন অমা চান্না থিবা হৌরক্লে অমসুং জগজ্জীব পূম্নমক্কী মনুং মপাল অনিমক্তা লৈরিবা নুপা অদুবু বনগী উরি রারীশিংদা উত্রা হায়না হংখি।

**নুংগী রস:**—মহর্ষিনা শ্লোক মাপন্দা গোপীশিংনা কৃষ্ণ থিবগী মরম হায়রি। শ্লোক পূম্নমক্কী নুংগী রস অমত্তনি। অদুনা অরোইবা শ্লোক্তা রস অসি পুম্না ইজরগে।

দৃষ্টো বঃ কশ্চিদশ্বত্থ প্লক্ষ ন্যগ্রোধ নো মনঃ
নন্দসূনুর্গতো হৃত্বা প্রেমহাসাবলোকনৈঃ ॥৫॥

**অর্থ :—** হে সনাখোংনাং ! হে বট ! নন্দগী মচা কৃষ্ণনা ঐখোয়গী থম্মোয় হূত্তুনা চেনখ্রে। নখোয়না মাবু উ লাকপ্রা ?

**নুংগী রস :—** উগী মরক্তা সনাখোংনাং, বট অসি য়াম্না রাংই, মখোয়দি য়াম্না লাপ্না উরমগনি খন্দুনা গোপীশিংনা কৃষ্ণ উবরা হংবনি। শ্রীধরস্বামীগী ভাব অসি য়াম্না হৈ শিংভিং। কায়না মৈচাক ফংলবী গোপীগী থম্মোয় ৱাখল উরম্মী, অদুনা অসিগুম্বা ভাবপূ পুরম্বনি। মহাকম্ভ সংসারগী মরী থাদোক্লুনা থম্মোয়মুংদা শ্রীকৃষ্ণবু থিরম্মী অদুদা অস্তুম্ন অচম ওই।

কশ্চিৎ কুরুবকাশোক নাগ-পুন্নাগ-চম্পকাঃ
রামানুজো মানিনী নামিতো দর্পহরস্মিত. ॥৬॥

**অর্থ :—** হে ময়াং লেম্নুম, হে খারম লৈশোক হে নাগেশ্বর হে পুন্নাগ, হে লৈহাও পাম্বী শা ! মহাক্কী মুংশি মীনোক উবদা, শাউরবী মুপীশিংগী লৌথিরবা অশাউবা কোকপা, বলরামগী মনাও কৃষ্ণদুবু নখোয়গী অসোমদা অস্তুম চৎখি লাকখিবরা ?

**নুংগী রস :–** গোপীশিংনা ভগবানগী থোইদোকপা মগুণ হায়রি—মহাক্কী মুংশি মীনোক উবদা শাউরবীশিংগী নাপল মাঙই। মসি কাব্যগী ৱাঙাঙ ওইনা থোক্লবস্তু পরমতত্ত্ব খঙনবা ৱাকল্লি। শ্রীকৃষ্ণগী শককমদি মুংঙাইবা হরাওবতগী মওংনি। মীওইবগী মায়থোংদকাও নোকপা উরগা মুংঙাই, নোকপনা হরাও মুংঙাইবগী থুদম্লি। মরম অসিনা নোকপা হায়বসি য়াম্না

সুংশিবা অমনি। নোকপনা খজিক সুংঙাইবগী খুদম খঙন-রবদা অদুগ সুংশিরবদি, মশক পান্দুনা থাঙ্গশেংনা মিৎনা উরবা আনন্দমূর্ত্তি অদুনা নোক্রবদি কয়া সুংশিরমগবা হায়বদু কৃষ্ণদা খম্মোয় লূপ্লবী গোপী নত্তবা অতৈ কনানা খঙগনি।

কশ্চিৎ তুলসী কল্যাণী গোবিন্দ চরণপ্রিয়ে।
সহত্বালি কুলৈর্বিভ্রদ্দৃষ্টস্তেঽতি প্রিয়োঽচ্যুতঃ ॥৭॥

**অর্থ :—** হে লাইবক ফবী কৃষ্ণনা চানবী তুলসি! শ্রীকৃষ্ণদি নহাক্কী থাইদগী হেন্না সুংশবা অমনি। খোইমুনা মিহৌরবা নহাক্কী পরেংবু ঙককশমদা থোন্দুনা লৈরিবনি। নঙ ইবুংঙো মাবু উদবরনে!

**নুংগী রস :—** জ্ঞান, বিজ্ঞান্দা হৈরবা, লুরবা রাখল খল্লিবা মহর্ষিশিংনা খনববু মীচম কনানা খঙবা ঙমগনি। গোপীশিংনা তুলসীবু গোবিন্দ চরণ পাম্বী হায়রি। শাস্ত্রদসু হায়রি - তুলসী চায়বীসে বিষ্ণু পূজাগী মরূ ওইবা পোৎচং অমনি। তুলসী য়াওদনা পূজা কৎপা য়াদে। ঐখোয়না খঙদ্রবসু ঋষিগী রাদি মীনম্বা ওইরোই। অদুনা গোপীশিংনা তুলসীবু গোবিন্দ প্রীয়া কৌদুনা কৃষ্ণগী ঈ পাউ হংবনি। তুলসী হায়বসি সত্ত্ব (অফবা গুণ চেনবা) ওইবা পোৎনি, অদুনা বিষ্ণুগী অচানবীনি।

মালত্যদর্শিবঃ কচ্চিন্মল্লিকে যাতি যুথিকে।
প্রীতিং বো জনয়ন্ যাতঃ করস্পর্শেন মাধবঃ ॥৮॥

**অর্থ :—** হে মালতি! হে যাতি! হে যুথিকে মাধবকী খুৎনা শোকপিদুনা নখোয়গী সুংঙাইবা হেনগৎহন্দুনা অসুম অসুম লেঙব্রে। নখোয় উদ্রনে?

**নুংগী রস ঃ**—গোপীশিংনা খল্লি, মালতী, মল্লিকানচিংবী লৈরাংদি মগুণ লৈরবস্তু নোল্লুকই ; মরম অসিনা মখোয়দি কৃষ্ণ দর্শন ফংলমগনি। গোপীশিংনা খঙই, ঐখোয়স্তু শাস্ত্রদা উই অদুগা গুরুগী পাউতাক্তগীস্তু ফংই ; কৃষ্ণ ফংননবগী মরু ওইবা মন্ত্র হায়রবু "নোল্লুকপা" অসিতনি। মহাপ্রভূনা হায়বিরম্মী – "তৃনাদপি সুণীচেন তরোরপি সহিষ্ণুনা। অমানিনা মানদেন কীর্ত্তনীয়ঃ সদা হরিঃ।" মবুক লাঙলবী গোপীশিংদো হৌজিক্তি করি তৌগদগে হায়বা মথোং খঙদ্রে। মখোয়না খঙবমক্তবু নোল্লুক্রবদি কৃষ্ণদর্শন ফংগনি অসিত্তা মঙাইরে। অদুনা নোল্লুকপী মালতী মাল্লিকানচিংবী লৈ পাম্বীদা হংলিবনি।

চুত পিয়াল পনসাসন কোবিদার
জম্ব্বর্ক বিল্ব-বকুলাম্র-কদম্ব-নীপাঃ।
যে অন্যে পরার্থভবকা যমুনোপকুলাঃ।
শংসন্তু কৃষ্ণ পদবীং রহিতাত্মনাং নঃ ॥৯॥

**অর্থ ঃ**— হে হৈনৌ, পুংদোল, থেবোং, চিংসগু, চিংথ্রাউ, হৈজাং, অঙ্গোৎ, বকুল, হৈনৌ, কদম, হে কেলিশা অতৈ মীগী কান্নবতা ওইবা যমুনা তোর্ব্বান্দা হৌরিবা অতোপ অতোপ্পা পামেল পুম্বা ! ঐখোয় অসি বুদ্ধি লৌশিং পুম্বা মাঙলে ঐখোয়দা কৃষ্ণনা লেঙখিবা লম্বী অদু খরা তাকপিয়ুগবা !

**নুংগী রস ঃ**— অর্থ অসিদা হৈনৌ অনিরক হায়রিবা অসি "চুত" হায়বনা মরী চৎপা জঙ্গলদা হৌবা জাৎ অমনি, "আম্র" হায়বনা উ ওইনা হৌবনি। লৈপাক্তগী হৌবা উ, রা, নাপীশিংবী

চত্থোক চৎশিন ওমদবা পাম্বী পুন্নমকস্ন মথৱায় পাল্লি ; মখোয়দি লেঙদনা লৈবনিনা কৃষ্ণনা কৱিশুন্না মখোয়না হৌৱিবা মায়কৈ অসোমদা লেঙখিবা থোক্লবদি উৱমগনি খন্দুনা গোপীশিংনা হংবনি।

কিন্তে কৃতং ক্ষিতিতপো বত কেশবাঙ্ঘ্রি
স্পর্শোৎসবোৎ পুলকিতাঙ্গরুহৈর্বিভাসি।
অপ্যাঙ্ঘ্রি সম্ভব উরুক্রম বিক্রমাদ্ বা
অহো বরাহ বপুষঃ পরিরম্ভণেন ॥১০॥

অর্থ :— হে পৃথ্বী ! নঙদি করম্বা লাইনিং নিংবগে হায়য়ু। শ্রীকৃষ্ণগী চরণনা শোকপদা য়াম্না নুংঙাইবা মরম্না নঙদি নশাগী তুজুংদুনা নশাদগী থোকপা তিংথৌ, তুম্বোনচিংবনা নীংথিজরে। হায়য়ু তাসি নঙনা নুংঙাইরিবা অসিবু কৃষ্ণচরণনা শোকপদগীরা ? নত্রগা অদুগী মমাংদা ওইখিবা বরাহগী শাইওন ওইবা শ্রীবিষ্ণুনা কোনবিখিবা অদুদগীরা ? নত্রগা বামন দেবগী খোঙনা শোকপদগীরা ?

নুংগী রস :— নুংঙাইবা হৱাওবগী অতোপ্পা ফিভম অমনা তুজুংবনি। চাং হেন্না নুংঙাইবা ফাওরবদি মীওইবগী হকচাংদা তুজুংঙি। বিষয়গা শম্নবদি অদুম্বা তুজুংনা নুংঙাইবদু থোক্তে। মরমদি বিষয়দগী থোক্লকপা নুংঙাইবদি পৃথিদগী থোকপা পোৎকা হকচাং অমম্নং পুক্লিংগা শম্নৈ, মতুং নুংঙাইবনি হায়না খনবতনি। বিষয়গী মপান তাংদবা কুয়োম য়াওদবা নুংঙাইবা অদুনা শোক্লগতা তুজুংবা হায়বদু পোকপনি। অদুম্বা তশেংবা কুয়োম

রাওদবা মুংঙাইবগী মূর্ত্তি অদু শ্রীকৃষ্ণনি। মরম অসিনা শ্রীকৃষ্ণগী হকচাং শোকপদি শোয়দনা তুজুংগনি। অমুক করি হায়গনি কনা-কনাগুম্বা প্রেম্না লৈতারবা ভক্তশিংনা কৃষ্ণনাম শোনবদা নত্রগা ভাবদসু তুজুংঙি। কৃষ্ণগী হকচাং শোক্লুনা গোপীনা খঙলে, কৃষ্ণগী হকচাং শোকপা নত্তনদি তুজুংবা পোক্লে। মরম অসিনা লৈমায়থক্তা হৌরিবা নাপীশীংনাবু উরগা, মবুংঙো উদবগী তথক্লরবী গোপীনা কৃষ্ণগী চরণ শোকপদা পৃথিবীনা মুংঙাইবদুনা তুজুংলিমাল্লে খন্দুনা অসুম্না হংবনি। পৃথিবী হায়বীসে লৈপাক্লি, লৈপাক্কী তুজুংবা লৈবা হৌনদে, অদুবু গোপীশিংদি লৈপাক খঙদে নুং-খঙদে কৃষ্ণবু হেক শোকপদা তুজুংগনি খল্লি; অচুম্বা উরগা ঋষিশিংসু অদুম মহায়। ॥১০॥

**অপ্যেণপত্ন্যপগতঃ প্রিয়য়েহ গাত্রৈ**

**স্তন্বন্ দৃশাং সখি সুনির্বৃতিমচ্যুতো বঃ।**

**কান্তাঙ্গসঙ্গ কুচ-কুঙ্কুম রঞ্জিতায়াঃ**

**কুন্দস্রজঃ কুলপতেরিহ বাতি গন্ধঃ॥১১॥**

**অর্থ**:— হে সখি, শজি অমোম! অসোমদা শ্রীকৃষ্ণদো মাগী চান্নবীগা লোয়ননা পূক্লিং হুনবগী মশক ওইরবা মশা মউ অদু উত্তুনা নখোয়গী ফজরবা মিৎ অদু মুংঙাইবা পোকহন পোকহননা নখোয়গী নাকলোমদা চৎখি লাকখিবরা? মফম অসিরাইদা শ্রীকৃষ্ণগী ঙকশমদা থোনবা অমসুং মাগী চান্নবীগী মশা শোক্লুবদা থবাকী কুঙ্কুম তৈরবা কুন্দো কৌবা লৈরাংগী মুংশিরবা লৈনম ফাওরিনেসে।

নুংগী রস :- গোপীশিংনা রামল্লকপা, অঙাওবীগী মতমগুম অউবা অউবা পোৎ খুদিংদা মবুংঙোবু অস্তুম অস্তুম হংলকপা অদুদা থৌজাল পীরগে খল্লকপগী নাত্তা ওইনা লৈরাংগী লৈনম ওইনা নাশোন অমা থৌজাল পীবিরক্লে।

বাহু প্রিয়াংস উপধায় গৃহীত পদ্মো
রামানুজস্তুলসিকালি কুলৈর্মদান্ধৈঃ।
অন্বীয়মান ইহ বস্তরবঃ প্রণামং
কিংবাভিনন্দতি চরণ প্রণয়াবলোকৈঃ॥১২॥

অর্থ :— হে পামেলখোয় ! মহাক্কী তুলসী মালাগী মনমদা ময়াই কারবা খোইমুশিংনা মাগী খোঙলোই ওইনা লেঙত্রবা রামগী মনাও ইন্দ্রজো কৃষ্ণদো চান্নবীগী মরেংবান্দা ওইথংবা খুৎ থন্নদুনা য়েত্তুনা ফুগাইনা শাৎলবা লৈরাং থম্বাল পায়দুনা অসোমদা লেঙখিবদা চান্নবীবু য়েংন য়েংনা লেঙবদুনা নখোয়না নুংঙাইজদুনা খুরুমজবদো লৌবিখিব্রা ?

নুংগী রস :— মথক্কী শ্লোকশিংদা উবরা খঙব্রা হংলম্বদগী মবুংঙোগী থৌজাল মঙাল মশেন ওইনা লোয়নহুনতা লৈবা মবুংঙোবু মখোয়না থিরীবা অদোমদা চংশ্রে হায়বগী অরেপ্পা ওইনা হংলি।

পৃচ্ছতেমা লতা বাহূনপ্যাশ্লিষ্টা বনস্পতেঃ।
নূনং তৎকরজস্পৃষ্টা বিভ্রত্যুৎ পুলকান্যহো॥১৩॥

অর্থ :— গোপী কয়ানা হায়খি —সখী মাঙদা লৈরিবা উরিশিংদা হংঙু মখোয়দি উজাউগী পাম্বোমদা তাংজবী ওইদুনসু

তুজুংলকপা মতমদা শোয়দনা কৃষ্ণগী খুজিলনা শোক্রমগনি মখোয়গী মরাইবক অসে ফগ্রেদকো।

**নুংগী রস :**—কৃষ্ণ উনিংবগীদমক্তা লাণ্ডক্রবী গোপীশিংনা কৃষ্ণবু হংবগী রাক্ষম লোইরে। শুকদেবনা হায়রি গোপীশিংনা অঙাওবীগী পান্দমগুম কৃষ্ণ থিরক্রি। রাখল নৈবা মীশিংনা মখোয়না থন্দুনা অত্তোম্পগী থম্মোয়দা য়ানশিল্লবা ভুল্লবশিংনা হায়গনি—গোপীশিংগী রাঙাঙ অসি অঙাওবগুম্মী; ডাওডুনা হায়বদি নত্তে। নায়ক নায়িকাগী নুংশিনবদা, ভক্তগী অশেংবা ভগবৎ প্রেমদা, অমনা অমবু উদবদা অসিগুম্বা ডাওচুনবা অসি থোকই। নুংশিবীনা নুংশিববু, নুংশিবনা নুংশিবীবু উ-র., চীং-মান্দা হংনিংডি, উচেক রায়া ফাওবদা থিংম্নিংডি। থাঙ্গশেংনা য়েংনবগুম হংলবদি—রাখল থংদবা মীদদি অঙাওবনি থন্দুনা নোক্রফম ওই। পুকচেল তপ্পবা শ্রীরামচন্দ্রস্তু থরায়দগী হেন্না নুংশিরবী সীতা মাঙখিবদা দণ্ডক বনগী উরি-রারীদ, হংখি। মহৌশানা নৈবা পোৎ পুম্নমক ইরাং রাতুনা অতুম মরৈবদা নুংশিবী মহাক্তা লৈতবদা মফম পুম্বা ইচাং হাংনা থল্লি। কালিদাসকী লাইরিক্তা যক্ষনা মনিম্না ওনবা অপাইবা নোংবু লাপ্না লৈচৌরবী চান্নবীগী মফমদা পাউ পুথল্লি রামচন্দ্রগী রানা অচুম্বনি, যক্ষগী রানা অশেম্বনি। যক্ষগী রাসি অশেম্বা মীনম্বা ওইরবস্তু, পাউজেল অতুনা উপন্যাস (অশাবা রারী, গী মুক্ষম ওইরি; রামচন্দ্রগী রাগুম অচুম্বা ওইরি। মরমদি অস্তুম্বা থৌদোক অসি সংসারদা থোকই, থোক্লিবা অচুম্বা অতু লৌদুনা

মীনম্বা অশাবা উপন্যাস অসি লেংবনি। অশেংবা পোৎ লৈরবদি মাচুগী মমি ( নকল ) লৈগনি ; অশেংবা পোৎ অদু লৈত্রবদি মমিস্তু লৈরোই।

কায়নবগী ফিভমদা নায়ক নায়িকাগী ভাব উৎলিবা অসি ভগবৎ দর্শনগীদমক ভক্তগী পামশিল্লকপা অদুগী মঙালনি। ভগবদ্ভাব অসি অদুগুম্বা নুংঙাইবগী মঙালনা চাদুনা থিংলিবনি। নুংঙাইবগী মঙালে অদু রাংপদগী জীবনা খোইরাংলিবা, মাদু রাং-পদগী অচাওবগী পান্দমগুম উবিরবাদা হংলগা থিবা ফংগনি তাংবগী আশা তৌরিবনি। মুক্তি পানবা পরমানন্দ ভগবানবু ফংলগা অমুক মাওঙ্গরবা মখোয় অদুগী থম্মোয়নুংদা চাক্লিবা অদুবু কনানা ইদুনা, ওংদুনা ফোংদোকপা ঙমগদগে। ফোংদোকপা ঙমদবনিনা কায়নববা নায়ক নায়িকাদা ফিদম লৌদুনা ভগবান্না মাগীনি হায়না খল্লবা ভক্তশিংগী কায়নবগী ফিভম অদু খঙবিগ-দবা মঙাই। ভগবৎ প্রেম তাংবসি করম তৌবগে হায়বদু খুদম্না খঙদ্রবদি, লাইরিক্তা হায়বদুনা অস্তুম চৎখি, রাহৈগী মপুং ফজিল্লবা ভাবক্তি লৌহোদ। অদুগুম্বা খুদম অদু কদায়দা ফংগনি সংসার অসিদা চপ চাবা নক্রবস্তু থরতংদদি ফংগনি (খঙগনি)। মচানা মমাদা লৈবা ভক্তি, মমানা মীচং-মীথায় নাইদবা মচাবু নুংশিবা, মরূপকী চান্নবা মতৌ, নায়ক নায়িকাগী লাকশিনবা ওন্নদবা অনুরাগবু য়েংলুরগা ভক্তগী ভগবৎ প্রেম অদু খঙবা ঙমগনি। ঐখোয়না নুংশিবা খঙডি ; নোকপা খঙখি, কপ্পস্তু হৈ অদুবু কনাবু নুংশিগদবা, কনাবু ফংলগা নোকদবা. করি

মাঙপ্রগা কপকদবা হায়বদুদি খঙদে। মাদুভবু খঙহনবীগে হায়-দুনা শ্রীকৃষ্ণনা লীলা অসি শাম্নবিবনি, মশামক্না নায়ক ওইবিবনি, মশামকুপ্মী গোপীশিংবু নায়িকা শাহনবনি; অমুক্কং মুংঙাইবগী রস ফাওহল্লম্নগা উহনবীদ্রে; কৃষ্ণদা থবায় কৎপ্রবী গোপীনা মাবু উদবদা অঙাওবী ওইহল্লে; মফম চায় চাদে খন্দনা জ্ঞান মাঙদুনা উরি-বারীদা কৃষ্ণগী পাউ হংদুনা খোঙ্গুল লীগ্রে। অস্তুম্বা ইবুঙো মানা জগন্ত্রা খঙহনবীরি—"ঐবু উদবদা অস্তুম্বা ফিভম ওইরিবা মখোয় অদু প্রেম হায়বসি পোক্লে, অদুম্বা প্রেম ফংলবশিং অদুনা ঐবু ফংগনি।"

হৌজিক্কি শ্রুতিনা হায়রিবা ব্রহ্ম থিবগা গোপীশিংনা কৃষ্ণ থিবগা চাংদম্নদুনা য়েংশি। হৌজিক অসিদদি ঐখোয়গুম্বা মতম চাদনা অহৈশাবা ব্রহ্মগী মরমদা থিজিনবা মীগী অর'ৎপা লৈতে। থিজিনবগী রা থমখিসি, ইশানা ব্রহ্মবু খঙদনা ব্রহ্ম হায়বদু অসিনি হায়না খঙলনবা পাম্মী। ব্রহ্ম থিবগী মতিক চাবা মতম শাদ্রনা লেপ্পবা নিয়ম লৈ। অহানবদা— করম্বনা মাঙদবা, করম্বনা মাঙগদবা পোৎনো হায়বগী রাখল, ঐনা ঐনা তৌবা কর্ম্মগী মহৈ পামদবা, হায়বদি হন্দকী মপোকটি মুংঙাইনিংবা অদুবু খল্লুদবা, মুংগী পানগী ইন্দ্রি থুদুম চনবা য়ানবা হোৎনবা, অরান-খুভম ফংবতা পাম্বা; অসিগী তুংদা ব্রহ্মগী মরম থিগদবনি। মৈগী মৈরী মতোম্না শোক্কুনা অরাবা ফংলবা মীনা তপথবা য়াদনা মৈশা মুৎনবা কোইজেন চেনবগুম. ব্রহ্মগী মরমদা হংবা য়ারবা মীনা সংসারগী অরা অনানা মৈচাক পীরবা মতমদা অরান খুদম

ফংনবা পুক্লিং ৱানা ব্রহ্ম খঙনবগী দমক সৎগুরুদা চঙগদবনি। মসি জ্ঞানমার্গগী ৱানি। প্রেমমার্গদস্ ভক্তনা ভগবান ফংননবা অদুগুম্বা চপ মান্নবা ফিভমদা ওইগদবনি। গোপীশিংগী অদুমক ওইরে। শ্রীকৃষ্ণ উদবদা প্রেমগী শাইওন ওইবা শ্রীচৈতন্যস্ অস্থম্বা ফিভম ওইখি—কৃষ্ণগী দমক্তা ডাওখি। ব্রহ্মজ্ঞানদা থাঙবা মাঙদবা পোৎকী ৱাখল তৌবগা, ভগবৎ প্রেমদা পুক্লিং লোঙদনা নুংশিবগা অমত্তনি।

অসিনিসে ফংগনবা লাইনিংবগী ফিভম। কৌফিক্ত ফংবা ফায়বসি কদায়দা ফংবা কৌনবগে ফায়বদু অমুক নৈনসি। শ্রুতিনা ফায়রি—"মৈদা, ঈশিংদা, বন্দা ফিদাক্তা লৈরিবা জগৎ পুংনা কুপ্লিবা ঈশ্বর মাবু খুরুমজৈ।" খুরুমজৈ ফায়রগা হেক চংনবা য়াবা নত্তে; বনগী উদা, হিদাক্তা, মৈ, ঈশিংনচিংবদা পোৎ পুম্নমকী মথুং হুপ্তিন্না লৈরবা সৎ, চিৎ, আনন্দ ওইবা পরব্রহ্মবু খিগদবনি। পুক্লিং য়াম্না চঙনা অশুম অস্থম খিজিন্নকপদা সচ্চিদানন্দ ওইবা ইবুঙো মাগী ভাব অদু পুক্লিংদা ফাওরকপা অদুগকী মতিক ফংবা ফনবা, অৱান থুভম পাম্লিবা লাইনিং পৈরে চেৎপনা অদুগ কপ্পুনা তপথবা য়ারোই—পুর্ণানন্দ (নুংঙাইবা মপং) ওইবা ভগবান ফংননবগী দমক ময়াই কারকনি। প্রেমময়ী গোপীশিংগী ঙসিদি মাদুমক ওইরে। মখোয়না অনন্দময়গী মহাও খঙলগা মাঙখোকখ্রে; অদুনা ময়াই কাদুনা অঙাওবীগুম উনচিংবদা খিরী, হংলি। জ্ঞানীগা প্রেমীগা ঈশ্বর খিবদা খেন্নবদি অসিনি—জ্ঞানীনা পুক্লিং মাঙবদি থমুংদা পৃক পৃক শোদুনা

লৈবতনি; প্রেমিক্না পুক্নিংগী লাঙতক্নবা অদু নমথেক্লুনা থম্বা ঙমদে। জ্ঞাণীনা পোৎ খুদিংমক্কী মনুংদা অফবমক্না, মক্ন ওইবতা, নুংঙাইবতা খঙদুনা পেনবনি; ত্তোইগুম্বসুং প্রেমিক্তি মাদুদা পেনবা ঙমদে। প্রেমিক্তি জগৎকী মনুংদা মপান নাইদ্রবা সচ্চিদানন্দবু মহাক্কী থম্মোয়দা ঙমখৈ লাকপা মফমদা মদনমোহনগী মশক ওইনা চেজেৎনা কোন্দুনা থম্লিংবনি। অদু নত্রবদি মহাক্কী প্রেমগী ইখোরাংবদু কোক্তে। মরম অসিনা প্রেমগী লাইফদিগুম্বী ব্রজগী ইবেম্মশিং অসিনা ভগবানবু মফম পুম্বদা শীনবা থুংনা লৈবনি হায়না খঙলবস্ত থিরি। মখোয়না হায়রি—"ঐখোয় খঙডি খঙডি নহাক অসি মতম পুম্বদা মফম পুম্বদা লৈ। মফম পুম্বদা শন্থ্রুংনা লৈ হায়বদা পেনবা ঙম্মিবা মখোয়গী মফমদা পুম্নমক থুংনা লৈবা ওইনা অদুম মরৈয়ু—অদুবু ঐখোয়দি মদুদা পেঞ্জদে। জগৎপু শুক্নাংপা ঙম্বা শকলোন অডুবু ঐখোয়দা উহনবিয়ু।" মথক্ত হায়খ্রে- ভৌলদগীনা মী ফাওবা পুম্নমক্না মুংঙাইবগী মশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণতবু থিরিবান হায়না; অদুবু মখোয়না থিরিবদো করিনো হায়বা অড্রদি খঙদে। ঐগী মুপা, হচা, ইরম্নাংবগী মনুংদা কৃষ্ণবু থিডুনতা মরৈ। ঐখোয়গী থম্মোয়মুংগী থরায়না কৃষ্ণবু পাম্মি; অদুবু পুক্নিংনা লানখিবনা ইতু ইচা চমক পাম্মি। ঐখোয়দি ঙাওরিবনি, গোপীশিংদি ঙাওদে। গোপীগী থম্মোয়দা পাম্লিবা অদু মশীং লাকচমদ্রবা জীবগী থরায়না থনুং থনুংদা অদুম পাম্লৈ, গোপীনা মাদু খঙলম্মী, গোপীগী পুক্নিংগী অরানবা লৈরমদে, অদুনা মখোয়না কৃষ্ণ থিবরোমদা চঙ্গাশন্লিবনি।

ইত্যুন্মত্তবচো গোপ্যঃ কৃষ্ণান্বেষণকাতরাঃ
লীলা ভগবতস্তাস্তা হ্যনুচক্রুস্তদাত্মিকাঃ ॥১৪॥

**অর্থ :** কৃষ্ণ থিবদা য়াম্না বারবী গোপীশিংনা অমুম্না বা ঙাংন ঙাংনা অঙাওবীগী মতৌগুম জ্ঞান তারক্লুদুনা ভগবান্না মমাংইঙদা তৌখি তৌখিবা লীলাগী মতৌ তম্বা হৌরকলে।

**নুংগী রস :** - শ্লোক ৯ (মাপন) দা কৃষ্ণগী মতৌ তম্বগী বা হায়রি। কান্নবা মতুং ইন্না শম্ন-শম্না নুংগী রস ইজগে ; অরোইবদা পুন্না নুংগী রস নৈনজগে।

কস্যাশ্চিৎ পূতনায়ন্ত্যাঃ কৃষ্ণায়ন্ত্যপিবৎ স্তনম্।
তোকায়িত্বা রুদন্ত্যন্যা পদাহঞ্ছকটায়তীম্ ॥১৫॥

**অর্থ :**— কৃষ্ণশাবী কনাগুম্বী গোপীনা পূতনাশাবী গোপীগী থবাক্ক অন্নত থক্লি, কনাগুম্বী গোপীনা অঙাং শাদুনা কপ্প কপ্পা কাংগী মশক লৌবী গোপীবু খোংপাক্লা কাওরী।

**নুংগী রস :**—ভগবান্না পূতনা হাৎপগী লীলা অসিদি পুন্নমক্লা থঙবিরবনি। গোপীনা মদুগী মতৌ তম্বনি। নোংমদি কংসনা থারকপা হিংচাবা অমনা নন্দগী কোম্নুংদা গাড়ী অমগী মশক ওন্দুনা চঙলকই; ভগবানবু মাঙহনগে হায়বনা মাগী পান-দাম্নি। অঙাং ওইরিবা ভগবান্না অঙাং ওইবগী হৌনশা খোংনা কাওথেক্লুনা হিংচাবনা ওনবা গাড়ী অদু মাঙহনখি, হিংচাবদু অদুম শিক্লে। মসিবু শকটভঞ্জন লীলা হায়না খঙনৈ। গোপী-শিংনা মসিগীসু মতৌ তমখি।

দৈত্যায়িত্বা জহারান্যামেকা কৃষ্ণার্ভ ভাবনাম্।
রিঙ্গয়ামাস কাপ্যঙ্ঘ্রি কর্ষাত ঘোষণিস্বনৈঃ।
কৃষ্ণরামায়িতে দ্বেতু গোপায়ন্ত্যশ্চ কাশ্চন
ব্যসায়তীং হন্তি চান্যা তত্রৈকাতূ বকায়তীম্ ॥১৬॥

**অর্থ ঃ—** গোপী অমনা তৃনাবর্ত্ত হিংচাবা শাদুনা অঙাং শাবী গোপী অমবু হূদুনা পুরি। কনাগুম্বী গোপী অমনা খোংজি মখোলগা লোয়ননা মখোং কোনশিন্দুনা খুকউ অমসুং মখুংনা চংলি ( ষন শানা চত্তুনা শান্নরি )।

গোপী অনি কৃষ্ণ বলরাম শারি অদুগা গোপী কয়ানা গোপ শাদুনা শান্নরি। গোপী অমনা কৃষ্ণ শাদুনা ষন্নাও শাবী গোপী অমবু অদুগা উরোকশাবী গোপী অমবুসু হাৎকদবগী ফুবা হৌরক্লি।

**নুংগী রস :—** নোংমা নন্দ মহারাজগী মহারাণী যশোদানা থা অনিদা ঙাইরিবা কৃষ্ণবু মাঙ্গোন্দা তুক্কন্দুনা থম্লিঙৈদা কংসনা থারকপা তৃনাবর্ত্ত কৌবা হিংচাবনা নোংলৈ নুংশিৎ ওন্দুনা ব্রজদা লাক্লগা কৃষ্ণবু হুদুনা আকাশতা পুখৎখ্রে। মসিগী মতৌ গোপী-শিংনা তম্লি। ভগবান্না অঙাং ওইদুনা মমান্নবগা লোয়ননা বন্দা ষণ শেনবা চৎপদা নোংমদি কংসনা থারকপা উরোকী মতৌ মানবা হিংচাবা অমবু অদুগা নোংমনা ষণ মানবা হিংচাবা অমবু হাৎখি। শুকদেবনা কৃষ্ণনা পীক্লিঙৈদা শান্নখিবা লীলাশিংগী গোপীনা মতৌ তম্বা শ্লোকী অরোইবদা লীলা অসিগী মরম ইরি। লীলা অনি অসি ব্রজগী মপান্দা থোক্লম্মী, গোপীশিংনা

মিৎমক্লা উবা নন্তে, ব্রজগী অঙাংশিংদগী তাবনি। মদু খন্দুনতা মতম চুপ্পা ভাবনা শাগত্নুনা পৈখি। হৌজিক কৃষ্ণবু উদবদা কনাগুম্বী গোপীনা লীলা অদুদা পুক্লিং চঙলক্লুনা অস্তুম খল্লুবদা জ্ঞান মাঙলক্লুনা মদুমক্কী মতৌ তন্নি।

আহুয় দূরগা যদ্বৎ কৃষ্ণস্তমনুকুর্ব্বতীম্
বেনু কলন্তীংক্রীড়ন্তীমন্যাঃ শংসন্তি সাধ্বিতি॥
কস্যাঞ্চিৎ স্বভুজংন্যস্য চলন্ত্যাহাপরা ননু।
কৃষ্ণোঽহং পশ্যত গতিং ললিতামিতি তন্মনাঃ॥১৭॥

অর্থ :— কনাগুম্বী গোপীনা কৃষ্ণগী মতৌ-তমদুনা বংশী খোঙেলনা লাপ্পা পৈপ্রবী যনবীশিংবু কৌদুনা শান্নরে অদুগা অতোপ্পী গোপী কয়ানা ফজৈ ফজৈ হায়না মহাকপু থাগৎনরক্লে।

অতোপ্পা গোপী অমনা কৃষ্ণগী শকফম অদুদা লূপখিদুনা গোপী অমগী মরেংবান্দা স্তুম থমদুনা চৎনা চৎনা হায়রকই— হে সখি! ঐ কৃষ্ণনি, ঐনা ফজনা চৎলিবা শাজৎ অসি য়েংঙু।

মা ভৈষ্ট বাতবর্ষাভ্যাং তল্রানং বিহিতং হি বঃ।
ইত্যুক্তে কেন হস্তেন যতন্ত্যুন্নিদধেহম্বরম্॥
আরুহ্যৈকা পদাক্রম্য শিবস্যাহাপরাং ননু।
দুষ্টাহে গচ্ছ জাতোঽহং খলানাং ননু দণ্ডধৃক্॥১৮॥

অর্থ :— কনাগুম্বী গোপীনা মশানা ইল্লিবা কী অদু বাংনা থাঙত্নুনা হায়রকই- নোং-নুংশিৎকী কিরুরগনু ঐনা নখোয়বু মদুদগী কনবীরবনি।

অতোপ্পা গোপী অমনা গোপী অমবু মখোংনা লাকশিন্দুনা মাগী মকোক্তা তোংদুনা হায়রকই - হে ফজরবা লিন ! নঙ অসিদগী চংব্রো ; ঐ অসি ফজববু লাক্লনবগী পোক্লক্লবনি।

তত্রৈকোচাহরে গোপা দাবাগ্নিং শশ্যতোল্বণম্
চক্ষুংষ্যাশ্বপিধদ্ধং বোবিধ্যস্থে ক্ষেম মঞ্জুসা॥ ৯॥

**অর্থ :**— গোপী অমনা হায়রকই—হে গোপগী অঙাংশং ! অকিবগী মশক ওইরবা বনগী লম্মৈ চাক্লকপসি য়েংও। নখোয় পুম্নমক নমিৎ উইশিল্লু, ঐনা নখোয়বু মঙ্গল পীবিগনি।

**নুংগী রস :**— নোংমা শ্রীকৃষ্ণনা গোপ মঙ্গলনবশিংগা লোয়ননা যণ শেল্লিঙৈদা লম্মৈনা বন অদু চাক্লকখি। ভগবান্না লোয়নরিবা খোঙলোয়শিংবু মিৎ উইশিল্লু হায়না মাদু উবদা হায়খি অদুদগী মখোয়না মিৎ চক উইশিনখিবদা কৃষ্ণনা মৈ অদু থকচিনখ। মাদু উবদা গোপ অঙাংশিং অদু য়াম্না ঙরখি। শ্লোক অসিদা লীলা অদুগী মতৌ তমদুনা ইবহনি, অদুঙ খোইনা হায়নিংঙাই লৈতে।

বদ্ধান্যয়া স্রজা কাশ্চিৎতন্বী তত্র উদূখলে।
বধ্নামি ভাণ্ডভেত্তারং হৈয়ঙ্গবমুষংত্বিতি।
ভীতা সুদৃক্ পিধায়াস্যং ভেজে ভীতি বিড়ম্বনম্।২০॥

**অর্থ :**— কনাগুম্বা গোপীনা ময়াং কংবী গোপী অমবু লৈ পরেংনা শুম্বলদা পুন্নগা নঙ থকুং থুগাইবা নত্রা অদুগা মঙ্গাম মপান্ন হুরানবা নত্রা হায়না হায়রকই। গোপী য়াঙ্গংবী অদুনা কিরদুনা মখুৎনা ফজরবা মিত্রা পানবী মায়থোং অদু খুমজিন্দুনা অকিবগী মতৌ তম্লি।

নুংগী রস : কৃষ্ণ কায়ন মৈচাক্লা অরাবা তারবী গোপীশিংগী কৃষ্ণ মত্তৌ তস্না অমস্তং অঙাওবীগী মত্তৌ ওইরিবগী রা মখক্লা হায়খ্রে। খনবা হৈরবা পাবিদিবশিংনা শোয়দনা খঙবিরমগনি—কায়নবী ফিভমদা কায়নরবীগী পুক্নিং নুংশিবা, নুংশিবীগী শক্তম শকওং রারী পরাই, মক্তম পুম্নদা মওঙ্গ মওল খনদ্রো মখং মখং অঙাওবগী পাশক্লুরকই। অস্তম অস্তুম রাঙাও শাঙাং তল্লকপা অতুনা, মীমাং পোমাং নাইদনা নোকখোরকই, কপখোরকই অমস্তং মত্তোমত্তা ইকায়ভরকই। খাইন মৈচাক্লা অস্তম কনখৎলকপদা থম্মোয়গী অশুপ্পা পুম্না মপান থোরকই। মসি নুংশি কা হৈনবী মত্তৌনি। নায়ক নায়িকাগী ভাবতা গোপীশিংগী ফিভম অতুমক য়েংখ্রে। গোপীগী থম্মোয়গী লমচৎ মপান থোরক্রে। গোপীশিংনা নায়িকাগী ভাবতা ভগবান্দা পুক্নিং লুপখ্রে। অদুম নায়িকাগী ভাব অদুগী মনুংদা ভগবত ভক্তিগী ভাবস্ত কুমডুনা লৈ। গোপীশিংগী মরক্তা ভগবানগী লীলাদা পুক্নিং চিংশিনখ্রবীশিং অদুনা লীলা অদা অদুম ঙাওখিদুনা লীলা অদুগী মত্তৌ তমখি। মখোয়না মত্তৌ তম্লিবা লীলা অয়াম্না শ্রীকৃষ্ণগী তৌবা ঙম্না মগুণ ফোঙদোকপা ঙাক্তনি। অহানবদা পুতনা হাৎপা, অনিশুবদা শকটভঞ্জন, অহুম শুবদা তৃনাবর্ত হাৎপা, মরিশুবদা ধেনুকাসুর হাৎপা, মঙাশুবদা উরোক ডিংচাবা হাৎপা, তরুকশুবদা গোবর্দ্ধন থাঙ্গৎপা, তরেৎশুবদা কালিয়দমন, নিপান শুবদা লাইস্মে থকপা অমস্তং মাপলশুবদা দামোদরলীলা। অসিদগী মখোয়না শ্রীকৃষ্ণবু ঈশ্বরনি হায়না খল্লম্মী।

শ্রীকৃষ্ণগা তোরোৎননা তিম্নরিবৈঙদা গোপীশিংনা কৃষ্ণগী তোবঙম্বা মগুণ পুম্বা কাউখিবনি ; কৌজিক মাঙপ্রবা অসিদা কৃষ্ণগী ঐশ্বর্য্য পুম্বা নীংশিংলকপনি। সংসার অসিদসু অসি মঙায় নিংথৌগী মহারাণী নত্রগা নিংথৌনা সুংশিবা সুপী অমনা নিংথৌবু মপুরোইবনি নত্রগা সুংশিবা নিপা অমনি খল্লিবৈঙদা নিংথৌনি হায়না কিবা নত্রগা ভক্তি তৌদে ; নিংথৌ অদুনা তঙ্ক্লকপিরবা মতমদতা নিংথৌগী পাঙ্গল অদু নীংশিংলকুনা হায়জ চক্ত তৌই। গোপীশিংসু অসিনি— তিম্নরিবৈঙ মতমদা সুংশিথোইবা সুপা — উদ্রগনা জগৎকী মগুঙো। অহা-বদ, বংশী খোংদুনা গোপীশিংদু কৌরগা মযুমদা চংলো হায়রবদা ঈশ্বরনি খন্দুনা হায়জ চক্ত তৌরম্বী ; হাভক উথিপ্রবদা, মথাক্কী ঐশ্বর্য্যগী থবক পুম্নমক খন্দুনা মাদুদা অঙাওবীগুম লুপত্রদুনা মতৌ তক্লে। অসুম হায়না তৌদ্রবদি গোপীগী রাখল অমসুং মতৌ তথা হায়বসি নাটৈ চাদবা তাই ; মরমদি - গোপীশিং অসি কৃষ্ণগা চহি মাম্নবা নত্রগা চহি অমা অনি হনবনি হায়না লৌবা তাই নত্রবদি পুতনা হাৎপন-চিংবা অসিগী খল্লুবগী মরম লৈরোই। মরমদি হায়রিবা লীলা পুম্নমক অসি শ্রীকৃষ্ণগী চহি থা ৬ তা ঙায়বগী মসুঙদগী থোকপা হৌগ্রবনি। মরম অসিনা নায়ক নায়িকাগী অমনা অমবু অনুরাগ লৈনবগী খুদম অসিদা ঈশ্বরগী অনুরাগ অসি ভগা নত্তনা, কৃষ্ণ-লীলাগী অতৈ পান্দমকম (খুদম পীকম) লৈতে।

গোপীশিংনা ভগবত প্রেমদা মযাম কাখিহনা অঙাওবীগুমত্রে। মশামক্লা কৃষ্ণ অমসুং কৃষ্ণগী থবক্তা পুমওই ওইত্রে। ভগবান্দা

তিনশিনবা অমসুং ইরা রাদনা চেক ওইবা য়াবদি প্রেমভননি তায়বসি করিগুম্বদা প্রেম্না কুনগংশিন্নবা ভগবানবু থজবা অমসুং কৌজবা চন্নবা মখোয় অদুতনা থংগনি যোগীনা সমাধি অবস্থা (লাইনিং পাইর ৈলকাঙ্গবা) দা থম্মোয়দা আত্মানন্দগী রস ফাও-বদুনা শন্দুমদা লৈ অদুবু প্রেমিক্তীদি মাদু য়েৈরবদসু মখোয়গী নিংবা পংদি গোপীশিংদি মশাংমক্তা কৃষ্ণ ওইরবদসু পেনদ্রি; মখোয়গী তমখিরবা থম্মোংগী লাংতক্লবা লৌরাংদা অমা লৈরি। মসুংদসু পান্দসু আত্মানন্দগী মশক অদু থম্মিরমখৈ মখোয়না তপথবা য়াদ্রি। শ্রীবৃন্দাবনদা জ্ঞান, যোগ লৈ, অদুবু জ্ঞানসু, যোগসু মপুং ফাদে য়াম্না মদুং চঙ্গিন্নবা প্রেমদা অনি অসিনা তাংক-বনি। জ্ঞানদসু যোগ, ভক্তি লৈ; যোগ, ভক্তি অনি অসি অমগা অমগা তেংবাংনবনি; যোগদসু, জ্ঞান, ভক্তি লৈ, জ্ঞান, ভক্তি অনিমক মরী লৈনৈ অদুগা ভক্তি নত্রগা প্রেমদসু জ্ঞান যোগ লৈ; অদুবু অকনবা প্রেমদা লৈবা জ্ঞান অমসুং যোগ অদুনা অমুক চেম্না নকশিন্নৈ।

এবং কৃষ্ণং পৃচ্ছমানা বৃন্দাবন-লতা তরূন্
ব্যচক্ষত বনোদ্দেশে পদানি পরমাত্মন:।
পদানি ব্যক্তমেতানি নন্দসূনোর্মহাত্মন:
লক্ষ্যন্তে হি ধ্বজাম্ভোজ—বজ্রাঙ্কুশ যবাদিভি: ॥২১॥

অর্থ:—গোপীশিংনা অমুক হন্না বৃন্দাবন্দা লৈবা উরি-রাবিশিংদা কৃষ্ণগী পাউ হংন-হংনা অসুম লাকপদা বনগী মফম অমদা মশক মওং নাইবা পরমাত্মাগী খোঙ্গুল উবা ফংলে।

মহৈ মহৈ অমনা অমদা হায়নরক্রে—'পুম্নমক অসি শোয়দনমক পুকচেল চাউরবা নন্দগী মচাগী খোঙ্গল ওইগনি ; মরমদি ধ্বজ, বজ্র, পদ্ম, অঙ্কুশ, যবনচিংবা মীভোন অমদা লৈবা হৌনদ্রবা খুয়াগী খুদম য়াউরিনেসে।

নুংগী রস :—মশানা শাগৎকবা ভক্তিদা উংঙবা ওইদুনসু মরক মরক্তা ভাইবংবানগী রাখল লাকই। শ্রীকৃষ্ণ উদবদা গোপীনা অহানবদা অরা তেংথা, অদুদগী ঈশ্বশগা লোয়ননা কোয়থি থিবা অদুদগী উংখিদুনা কৃষ্ণলীলা মতৌ তম্বা, অদুদগী ভাইবং জ্ঞান লাক্তুনা অমুক হন্না থিবা অদুগী তুংদা খোঙ্গল থেংনবা অসি মশেংনা চান্নবা কায়নবদা অমত্তুং ভক্তি য়ৌশিনগ্রবা ভক্তগী ভগবান বায়নবদা চপ মান্নবা মওংনি।

বৈকুণ্ঠগী মবুংতো নারায়নগী অমত্তুং বৃন্দাবনদা শান্নরিবা শ্রীকৃষ্ণগী চরন্দা খুদম ১৯ লৈ হায়। মরম অসিনা গোপীশিংনা "ধ্বজাস্তেজ—বজ্রাঙ্কুশ যবাদিভিঃ" হায়না হায়রিবনি। মীওইনা পোকপদা হায়রিবা খুদম ১৯গী মথুংদা খুদম অমা অনিদং খুয়াদা লৈরম্বা মী অদো মরাইবক ফবা মহাপুরুষনি। হায়রিবা খুদমসিবু মখুয়াদা লৈরবদি মহাক অদু লাইনি। খুদম অসি য়াইদা লৈরোই, ভগবান্তদা লৈগনি। বৈকুণ্ঠদা লৈবা সুপা পুম্বা পাম্বোম মরি মরি পাল্লি, ফুইনা হৌরকপা নোংগী কুচুনি অমত্তুং নাপু মচুগী কিজেৎ শেৎসি হায়। মফম অদুগী মী হায়গদ্রা, লাই হায়গদ্রা পুম্নমক চপ মান্নরবদা খোংগী খুদম অসিভনা নারায়নমি হায়রবা খঙৈ। শ্রীবৃন্দাবনদসু শ্রীকৃষ্ণগা খেম্নবা লৈত্রবা

কুচ, ফিজেৎ মান্নবা ব্রজবালক কয়া লৈ, অতুবু খুদমশিং অসি লৈবতনা শ্রীকৃষ্ণগী থোইদোকপা অমা ওই। খুদম পুন্নমক অসিগী মরম খঙজদে লৈদি লৈরমগনি। খুদম মতাদংগী রস ইঙগে (১) ভগবান্না মনাইগী কামনচিংবা য়েক্নবা তরুক ককথৎ-নবগীদমক য়েন্থংবা খোংবীগী খোংবী মরুদা "চক্র", (২) ধ্যান্দা লুপ্লিবা ভক্তগী থম্মোয় মশক ওইরবা খোইমুবু পামহন্নবগীদমক য়েৎকী খোংয়াই মরুদা ফুগাইনা শাৎলবা থম্বাল "পদ্ম", (৩) থম্বাল অতুগী মথাদা অরেম্বা কান্নদবা পুন্নমকপু জয় তৌননবা জয়-ফিরানগুম্বা "ধ্বজ", (৪) ভক্তগী চিংগুন্নবা পাপ থিনগ ইনবা য়েৎকী খোংনাওবী মরুদা "বজ্র" অমসুং (৫) ভক্তগী শামুগুন্নবা থম্মোয় খুদুম চন্নবগীদমক খুয়া থম্বালদা "অঙ্কুশ" খুদম লৈ।

গোপীশিংনা জশেংনমক মিৎমক্তা শ্রীকৃষ্ণগী চরন্দা য়েক্লিবা অদু উবনি। হৌজিকসু কনাগুম্বা ভক্তনা গোপীশিংগুম্বা ভগবান-গীদমক্তা কপ্পা ঙম্নবদি মমিৎনা হেক উবগুম্বা শ্রীকৃষ্ণগী পদাঙ্ক অদু ফংবা ঙমগনি। মসিতবু উৎননবগীদমক লীলাময় ভগবান্না লীলা অসি শান্নবিবনি। সচ্চিদানন্দ ওইবা ইবুঙো মাগী পদাঙ্ক অদু লৈপাক্তা য়েকপা নত্তে। অমত্তদা চুমদ্রিং ইন্নবা ভক্তগী থম্মোয় বৃন্দাবনতদা য়েকপনি; মাসি অচুম্বা বানি। ইবুঙোদি ভক্তগী মথা পোনবনি— ইবুঙোগী মিংথোন্দা "ভক্তলোক প্রসন্নাত্মা, ভক্ত-মন্দার বিগ্রহ, ভক্তদারিদ্রদমনো, ভক্তানাং প্রীতিদায়ক, ভক্তাধীন মনাঃ পূজ্যো, ভক্তলোক শিবঙ্কর, ভক্তাভীষ্ট প্রদঃ, ভক্তাঘৌঘ নিকৃন্তনঃ" হায়রি। ভক্তনবু পামজরবদি লৈমায়থক্তসু পদাঙ্ক অদু উৎলি, ঐখোয়না খাজৈ।

তৈস্তৈঃ পদৈস্তৎ পদবী মন্বিচ্ছন্তোঽগ্রতোঽবলাঃ
বধ্বাঃ পদৈঃ সুপৃক্তানি বিলোক্যার্ত্তাঃ সমব্রুবন্ ॥২২॥

**অর্থ**:— গোপীশিংনা তারম্মীবা খোঙ্গুল তুংইন্না অস্তুম অস্তুম খোঙ্গুল লীরকপদা কৃষ্ণ খোঙ্গুলগা হেক তাইনবা রাধাগী খোঙ্গুলসু উদুনা পুক্নিং রানা মহৈ মহৈ হায়নরক্লে।

**নুংগী রস**:— তাইবং পানবা অসিদা হৌজিকসু চেনখ্রবা মীবু খোঙ্গুল লীদুবা থিনরী। রাস লীলা অসিদা গোপীশিংনা নায়িকা ওইদুনা নুংশিথোইবগী খোঙ্গুল লীদুনা থিরী। তত্ত্বগী মরমদসু অসি মগুায়; ভগবান থিগে হায়রবদি মহাক্কী চরন্দা চওজবা নত্তনা উপায় লৈতে। জ্ঞানী, যোগীনা মাগী মাগী তৌবা ওস্বা মপাঙ্গল পুথোক্লুনা জ্ঞান অমসুং যোগগী পাঙ্গলনা ব্রহ্ম অমসুং পরমাত্মাবু ফংবা পাম্মী; ভক্তগীদি ভগবানগী চরণ থম্বালতদা উপায় ওইরি। জ্ঞানীগী ব্রহ্মজ্ঞানসু ভগবৎকী কৃপানি হায়রবসি জ্ঞান লৈবা খিবিক্কী কোকথক্কী লৈতেং ওইরবা শঙ্করাচার্য্যনসু য়ারি। প্রেমগী অথোইবা মক্ষম শ্রীবৃন্দাবন্দা পরব্রহ্মসু শকলোন পুবা ভগবান ওইবী অমসুং মাগী থৌজালসু শংশংনা উরবা খোঙ্গুল পীবীরি। মহাক্না পুক্নিং থুক্না রাজরবী গোপীশিংবু মশামক্কী লম্বীবু মশানা উৎপিরী। ঐথোয়সু গোপীগুম্না মাগীদমক্তা পুক্নিং তুজুংবা ওয়বদি শোয়দনা মাগী থৌজাল ফংগনি. কৃষ্ণগী খোঙ্গুলগা শন্নবা মহাক্কী খোঙ্গুলসু উবা ফংগনি। প্রেম অমসুং আনন্দ অনি নপ্পনা লৈবনি; মরম অসিনা প্রেমগী মশক ওইবী রাধিকা অদুগা আনন্দময় ওইবা শ্রীকৃষ্ণ অনি অসি নপ্পবনি;

অদুনা অনিমক্কী খোঙ্গুল অনি নঙ্করিবনি। সচ্চিদানন্দগী মশক ওইবা পরব্রহ্ম হায়বসি জ্ঞানগী মফমদা নিরাকার (মশক নাইদবা) নি, অদুবু প্রেমগী মফমদদি শকনাইবনি। ঐখোয়না অরেম্বদ যেৎপদা মখাঙই ; তর্ক তৌদুনা কনানসু করিগুম্বদা ব্রহ্মগী মশক খঙবা ঙম্মোই। বেদান্ত সূত্রদা ভগবান বেদব্যাসনা হায়রি— "তর্কাপ্রতিষ্ঠানাৎ" হায়বদি তর্কগী অরোয়বা লৈতে। পণ্ডিত অমনা তর্ক তৌদুনা অতোপ্পা পণ্ডিত অমবু মায়থোবা ঙম্মে ; অমুক অমা লাকুনা মাবু মায়থোবা ঙম্মে ; অদুম গুরকপা পণ্ডিত অমা অমুক লাকুনা অনিশুবা পণ্ডিতপু মায়থোবা ঙম্মে ; অসুম্না অরোইবা লৈতনা তর্ক অদু চখদুনা লৈ। শ্রুতিনা হায়রি—ব্রহ্ম হায়বসি মখোল থোক্তে, "ব্রহ্ম অশব্দ" হায়বদি ব্রাহ্মনা ব্রহ্মবু খঙহনবা ঙমদে। মরম অসিনা ঐখোয়গী মতাং তর্ক থাদোক্লগা, মাবু খঙ-নিংলবদি মাগী মথক্তা অদুম ননবনা হায়বদি চঙজবনা ফৈ। অদুগুম্না চঙজরিনা অদুবু ভক্তি কৌই। শ্রীবৃন্দাবন লীলা অসিদি জ্ঞান নত্রগা তর্কনা খঙবা ঙম্মোই। ভগবান্না হায়বীরি— "ভক্ত্যা-হমেকয়া গ্রাহ্য"— ঐ অসে ভক্তিতনা ফংবা ঙমগনি। মরম অসিনা ভক্তিগা লোয়ননা ভগবানগী ব্রজলীলা পারগত্তা থোইদোক্না শুংঙাইবা ফংগনি। ভক্তগী মরু ওইবদি থাজবা হায়বা অসিনি, থাজবগা কৃষ্ণ ফঙিঙ, তর্কনদি লাপথোকই।

কস্যাঃ পদানি চৈতানি যাতায়া নন্দসূনুনা।
অংশ ন্যস্ত-প্রকোষ্ঠায়াঃ করেণোঃ করিণা যথা ॥২৩॥

অর্থ :— য়েংউ, য়েংউ পুম্নমক অসি কনাগী খোঙ্গুলনো ?

মপী অনিসি নন্দগী মচাগী লেংবান্দা খুৎ হাপ্লদুনা শামু লাবগা লোয়ননা শামু অমোম্না তৌবগুম্না চৎমিন্নরে।

নুংগী রস :— ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা রাধাবু পুদুনা চৎখ্রে অমসুং খোঙ্গুল ময়াম অসি রাধাগী খোঙ্গুলনি হায়বাস গোপীশিংনা খঙলে। নাপলনা নারংখিবনা মাগী মিংবু পম্লিংদে। অসুম্না মওংসিদা নায়িকাশিংগী নাপল অসি অসুম্না লৌই। কৃষ্ণ কায়নরবী গোপী অদুগা মুংশি শেৎনরবী নায়িকাগী নাপল অসি খরদং মান্নবা উরবসু, পূমথেন খেন্নে। নায়িকাগী নাপলদি খোইরাংবা হেন্দুনা রানবতনি, গোপীগী নাপলদি মুংশিবা কেননবনি। নায়িকাগী নাপলনা অরাবা ফংবা, গোপীগী নাপলনা মুংভাইবা অমসুং ভগবানদু ঙকপেংননা ফংবা অসিনি।

অনয়ারাধিতো নূনং ভগবান্ হরিরাশ্বরঃ
যন্নো বিহায় গোবিন্দঃ প্রীতো যামনয়দ্রহঃ ॥২৪॥

অর্থ :— শোয়দনমক গোপী অসি পরমেশ্বর ভগবান শ্রীহরিগী পূজা তৌরম্নগনি। মরম অদুনা গোবিন্দনা ঐখোয়বু থাদোক্তুনা পুক্নিং মুংহাইনা মহাক্তবু অচিকপা মফমদা পুথ্রিবনি।

নুংগী রস :— য়াম্না শিংলবা মীনা তৌবা থবক পুম্নমক্তা কৈ ফদে হায়গনবা মী কয়না শ্রীমদ্ভাগবতদা রাধিকাগী মিং পদে হায়দুনা ইবেম্মবু পাইথোকই। শ্লোক অসিদা কায়ন চৈচাক কংলবী গোপীশিংনা শ্রীমতি রাধিকাগী থনবদা য়োবা য়ারবোইদবা, লেঙদনা মতম পুম্নদা লৈরিবা নাম্নু উৎলরে। "অনয়া রাধিতো নূনং ভগবান হরিরীশ্বরঃ"— লাই খিবিকী লাই ওইরবা

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা গোপী অসিবু নীংঙে। মরমদি "যন্নো বিকায় গোবিন্দ প্রীতো দামনয়দ্রুতঃ" হায়বদি ঐখোয়বু থাদোক্তুনা অচিকপা মফমদা পুদুনা লেপ্লে। মাসিদগী খণ্ডনিঙাই ওইরে— ভগবান্না মাগী মফমদা পেন্দিরবা মহাক অদুমক ভগবান্না কৃশোংনা নিংসবনি অমসুং মহাক্না কৃশোংনা পূজা কৎলবনি, মহাক অদু কৃশোংবা "রাধিকা" নি। কনাগুম্বা মীগী থাইগা মায়দবা পুকচেল তিংবা, থম্মোয়শেংবা, তোঙ্গিশিন্নদবা বৈরাগ্য ভাব লৈবা অমসুং অঙকপগী মশক ওইবা ভগবৎপ্রেম লৈবা উদুনা ঐখোয়না হায়নরি— "মহাক তসি সাধক অমনি।" কনাগুম্বী সুপী অমনা হাংদিরবা শুধ পুম্নমক অসি চেনবদা মহাকপু কৃশোংলবী রাধিকা অমনি হায়গনি। সাধক সাধিকা অমসুং রাধক রাধিকা অর্থ অমত্তনি। কৃশোংনা কনাগুম্বা সুপা অমনা থম্মোয় শেংনা সুংশিত্তুনা ভগবানবু নিংজরবদি, মপাম্বোংদা সুপা ওইরবসু থম্মোইসুংদদি "রাধিকা" নি। প্রেম হায়বা পোৎ অসিমক সুপীনি; মসি য়াম্না থঙ্গিরবা মীওনা য়ুম্না থঙবিগনি। মরম অসিনা সুপা ওইয়ু, সুপী ওইয়ু মখোয়গী থম্মোয়দা ভগবৎ প্রেম্না থম্না লৈরবা অদুগুম্বা মীদো "রাধিকা" নি।

ঐগী সুংশিজবা অসিমতনি হায়না লেপ্লুনা লৈরবা অদুভদা প্রেমগী মশক খঙদি। থোংমেডবা, থমোয়ঙিংবা, নোঙ্লুকপা অমসুং পূকচেল শেংবা অসিত্তনা প্রেমগী লমচৎনি। অদুগা সুংশিবা, চেকশিনবা, ভক্তি অমসুং লূনা সেবা তৌবনা প্রেমগী শবক্নি। রাইহ শুপচিন্নগা হায়বা ভাবরবদি তশেংনা নিংজ্রনজা

নৈবনা রাধনাতনা প্রেমগী থবক্নি। ঐখোয়দি মীরমলেম্মা নৈবনি; মীরমলেম্মা ঐখোয়না অস্তুম উবদা প্রেমগী পিচে, প্রেমগী থবক অসিদি মুপীতদা নৈ। অশাং অমেঙ, পূকচেল ভিংবা, নোম্লকপা, থম্মোয় শেংবা মুপীতদা নৈ; অদুগা মুংশি থঙবা, লূনা ভোবা ভক্তি কৎপা, মীমুংশি নৈবা অসি মুপীতনা থঙিঙ; মুংশিবগী সেবা ভোবদা মথরাই কৎপা মুপীতনা ঙম্মি। 'বধাতানা প্রেমগী থুদম উংননবগীদমক মুপী হায়বসি শেমগৎলে। নৈশিংবা লাইরেকপা অমদা প্রেমগী মূর্তি অমা রেকউ হায়বদা শোয়দনা মুপী অমগী মূর্তি রেকনি। অদুনা ইসি শ্রীবৃন্দাবন্দা কৃষ্ণদা থম্মোয় কৎলবী প্রেমগী মশক ওইবী শ্রীরাধিকানা মুপী ওইরিবনি। মুপী ওইবী মতৌ থাদোকনস্ত শ্রীমতি রাধিকাদি মুপীনি। প্রেমগী রাথলদা, শ্রীরাধিকাগী ভাবস্তা ভগবান্দা আত্মসমর্পণ ভোবা ওয়রবা মচাক অদু মুপীনি, মপান্দা মুপা ওইরবস্ত মমুংদদি মুপীনি, থম্মোয়মুংদা রাধিকানি। মরম অসিনা শ্রীধাম নবদ্বীপকী থা ওইবা নিমাইনা থাইনা থঙনবা মপাম্বোংদা মুপা ওইরবস্ত মমুংগী বসন্তদি মুপীনি—শ্রীমতি রাধিকাগী রাথলথা রাধানি।

পারিবনি হায়রুনা রাইহেতদা মিৎয়েং ভাঙনা পাবগা শ্রীমহাগবস্তা হায়রিবা কৃষ্ণ লীলাগী রাধিকাগী মিং অদু উবা ফংলোই; শ্রীবৃন্দাবন লীলা, শ্রীকৃষ্ণ অমস্তুং শ্রীমতি রাধিকাগী মশক অদু থবনো সাধক অমা ওইনা পারগদি রাথলগী মিৎয়েংনা উবা ফংগনি, শ্রীবৃন্দাবন লীলাগী বুকমদি রাধিকানি—অদুগা আনন্দময়

ভগবানগী হকচাং কায়াৎ পুদিংদা 'রাধিকা' হায়বা মিং অসি য়েক্লুনা লৈ, প্রেমগী মশক ওইবী রাধাবু পায়দুনা আনন্দময় ওইবা কৃষ্ণনা লেপ্পুনা লৈবী হায়বা প্রেমময়ী রাধিকাগী সনানা ক্যেপোংবগুম্বা কুচুগী মঙালদনা কৃষ্ণগী কুচু অমুবদু ইলং-লংনা উরিবনি হায়বা অমসুং শ্রীমতি ইবেম্মতনা শ্রীকৃষ্ণগী থবাংমনি হায়বসি উগনি। মরম অসিনা শ্রীমতি রাধিকাগী মিংদি কনানসু থয়োই, কনানসু ইয়োই। কৃষ্ণ লৈবা মফমদা রাধিকাসু অদুম লৈ। কৃষ্ণনা লৈরিবা মতম অদুপকী মতিক রাধিকা লৈগনি। মসি রাখল থম্বরবা মীনা থগুবিরমগনি। মরম অসিনা ভুং-মাঙ লৌজিকী রাখল পুম্নমক উবিরবা মহর্ষিনা ভাবুক অমসুং রসিক-শিংবু কৌদুনা হায়রম্মী—"পিবত ভাগবতম্ রসমালয়ং মুহুরহো রসিকা ভুবি ভাবুকাঃ" হায়বদি হে ভাবুক, হে রসিকশিং! অদুম্বা শ্রীমদ্ভাগবতকী রসময় ওইবা মহি অসি মুক্তি য়োবকাও মতম পুম্বদা থকউ। ঐদি ভাবুকসু নত্তে, রস লৌবা হৈতবসু নত্তে; ভাবুক্লা কমদোই, রসিক হায়বনা কদায়বু কৌবগে হায়বা থংজত্রে; ভাগবতকী রস থক্কনি হায়না কমজবগনি, কররম্বা মতাং থত্তুগনি? কররম্বা লেনগনি? অদুগ হাওরগদবা রস অসিবু ঐগোম্মদি থাদ্রি, পাক্কবা গুম'দ, থুপ্পিনবা চুমদ্রে মতাং থুজিংদা চিংনবা পোক্লি, সুংঙাইবা কংলে। গৌরা মনি মুক্তা য়োনবনা গৌরা মনি মুক্তা মশক থগুদি; থগুদবনা খুংলেন মচেৎনি থম্লুনা হন্দোকই হায়বদু ঐগোম্না থোক্লি; কবি অমুক হায়মিগে!

ধন্যা অহো অমী আল্যো গোবিন্দাঙ্ঘ্র্যব্জরেণবঃ
যান্ ব্রহ্মেশো রমাদেবী দধুর্মূর্ধ্ন্যঘনুত্তয়ে ।২৫।

অর্থ :- হে চান্নবী সখীশা ! শ্রীগোবিন্দগী খুয়া উফুল অসি য়াম্না শেংবনি। ব্রহ্মা, মহাদেব, অমসুং লক্ষ্মীনা মাগী মাগী পাপ কোক্লনবা মকোক্তা হাপ্লিবনি।

নুংগী রস :— উবদি উৎন্দনা ভগবানগী ঐশ্বর্য্য মপুং ফানা ফোংদোরক্লে। নায়িকাগী ভাব পুম্নাং মাডলে। মখোয়না ভগবানগী চরণ-রেনু ( খুয়া উফুল ) গী মগুণ উৎলক্লে ; অচম্বা গুণ নত্তে; ব্রহ্মা, মহাদেব অমসুং লক্ষ্মীদেবীনা কোকৎক্তা হাপ্লরিবনি। মসিদগী উরে—গোপীশিং অসি করিগুম্বদসু চান্নবা কায়নরবী নায়িকা ওই, করিগুম্বদসু ভগবান্দা হাঙজ চৎভবী পরম প্রেমিক ভক্ত ওই।

তস্যা অমূনি নঃ ক্ষোভং কুর্বন্ত্যুচ্চৈঃ পদানি যৎ
যৈকাপহৃত্য গোপীনাং ধনং ভুঙ্‌ক্তেঽচ্যুতাধরম্ ॥২৩॥

অর্থ :— ইদুংডো মাগী খোঙ্গনশিং অসিনা ঐখোয়বু য়াম্না পুক্নিং খোইরাঙৎলে। শ্রীকৃষ্ণগী খয়ারুগী খোরকপা অমুত্তদি ঐখোয় পুন্নমক্কী ইরলনি; অদুবু মহাক্না মত্তোমত্তনা হুদুনা মত্তোমত্তনা ফংলি।

নুংগী রস :— গোপীনা অচুম্বমক হায়রি। ঈশ্বর হায়বা অসিদি খ্বাই পুম্নমক্কী মরম্নি। ভগবৎকী পুক্নাইবা ফংবদি মী পুম্নমক্কী চপ মান্নবা অধিকার লৈরিবনি ; মসি মী পুম্বা খঙদি, অদুবু মী অমনা মাচ ফংডে, মী অমনা ফংদে, করিগীনো ? মসিগী অরানবসি ভগবানগীরা ? মীগীরা ? মসি অশিংবশিংনা রাখল তৌবিরো। ঐখোয়দি বাদবী গোপীশিংগী অরাবদা শরুক

য়াঙরে, বাক্তরে, মখোয়গী মায়ৈকদা লেপচরে। মরম অসিনা ঐখোয়না চরম কা'না খোঙ্গেল য়াংনা কায়ক্তরি—ইবেম্মা রাধিকা য়াম্না চুমদে কায়বসিদা চিংনিঙাই লৈতে! অদুমদি ওইরবদা থম্মোয়সুংদা খুরুমজরি—হে প্রেমময়ী রাধে! খজিক্কুংদদি খোঙানবিয়ু।

ন লক্ষ্যন্তে পদান্যত্র তস্যা নূনং তৃণাঙ্কুরৈঃ
খিদ্যৎ সুজাতাঙ্ঘ্রিতলা মুন্নিন্যে প্রেয়সীং প্রিয়ঃ।
ইমান্যধিকমগ্নানি পদানি বহতো বধুম্
গোপ্যঃ পশ্যত কৃষ্ণস্য ভারাক্রান্তস্য কামিনঃ।
অত্রাবরোপিতা কান্তা পুষ্পহেতোর্মহাত্মনা ॥২৭॥

**অর্থ**:—অসিবাইদদি হূরানবী গোপী অদুগী খোঙ্গুল উদ্রেনেসে; মাগী নুংশিথোইরবা কৃষ্ণনা মাগী মখোঙ খুয়াদা তুম্বোনচিংবনা থিনবা অদুদা নারবদা শোয়দনমক মরেংবান্দা তোংহন্দুনা পুরম্লগনি।

হে সখি! চান্নথোইবী অদুবু মরেংবান্দা পুবদা কামুক ওইবা কৃষ্ণদো য়াম্না লুম্লমালে; য়েংউ—অসিদা তারিবা মাগী খোঙ্গুল অসি থর' হেম্না লুপ্লরেনেসে। পুকচেল চাউরবা শ্রীকৃষ্ণনা নৈ হেক' হায়দুনা মফম অসিদা চান্নথোইবী অদুবু লেংবান্দগী কুমথহল্লমালে।

নুংগী রস:—চাক্রবা মৈদা থী হৈজিল্লে। গোপীশিং অসে কৃষ্ণ কায়না মৈচাক্লা চাক্রি; মসিগী মথক্তা লোয়নবী শ্রীমতি রাধাগী অসুপ মরায়বক ফবা অসিদা থাঙবা য়াদ্রে, থরায় পুবা

ঙম্মক্লে। মখোয়গী থম্মোয়সুংগী মৈদো রাধাগী খোঙুল হেক উখি-দবদা মবুঙোনা পোখৎলে খল্লুড়না, হেম্না চাকখৎলক্রে অমস্তং অদুগা লোয়ন-লোয়ননা নাপলগী শিংলিস্তু কাগুলি। পুন্না কাত্যায়নী পূজা তৌমিন্নবনি, অমস্তা ওইনা শ্রীকৃষ্ণবু ইপু'রাইবা ওইনা ফংননবা হায়জবনি, পুন্না অচিকপা মকমদা কৃষ্ণমাগী গুণগান তৌমিন্নবনি; বংশীগী ঙৈশৈ অদু তাড়না পুন্নমক থাদোক-ড়ুনা অহিং অসিদা কৃষ্ণগী নাক্তা লাক্লুনা পুল্লবনি। অদুবু ঐখোয় পুম্নবু থাদোকপিরমদুনা মাবুতা পুড়না শান্নমিন্নে, মহাকপু মতম্বাক্তা ফমহনপ্রে মরেংবান্দা তোংহনপ্রে অদুগা ঐখোয়বুনা অহিং চুপ্পা হা কৃষ্ণ, হা কৃষ্ণ! কৌড়না কপহন্দুনা থম্মীরে: পুন্নমক অসি খল্লুরগা গোপীশিংগী লাকচৈদা হায়বা নাপলদু মথং মথং হেনগৎলক্রে, পুক্কিং মুত্তাইহনবা থম্মোয়দা থাম্বি মৈহৌরে, কল্লক মীহৌবনা থম্মোয় তপথবা ঙমদ্রে। মী অমত্তগী মফমদা ভগবানগী কা হেন্দোক্লা চানবিবা উড়না গোপী-শিংগী মত্তোশুম তমখিনা নাপল কাবা, থবায় রাবনা থাঙজমদবা লাকতম ফাতমদবা মিরৌ কল্লকপা, এখোয়না কন্নিগুম্বদা কয়থা মপোক্তা ওইরকপা ঙমখিগদ্রা? ওইরক্তনি, গোপী ওইবা ঙম্নবদি শোয়দনা ওইরক্তনি।

অত্র প্রসূনাবচয়: প্রিয়ার্থে প্রেয়সা কৃতঃ।
প্রপদাক্রমণে এতে পশ্যতাসকলে পদে ॥২৮॥

অর্থ :— চায়থোইবা কৃষ্ণনা মফম অসিদা নুংশিথোইবীগী-দমক লৈ হেকপীরি। থুদোলতনা লেগুনা লৈ হেকপনা মফম অসিগী খোঙুল অসি মপুং ফাত্রিবসি য়েংউ।

নুংগী রস :— গোপীশিংনা শয়া অমুক চঙশিন্নরুপা উরে — মফম অমদা লৈপাল অমগী মথাদা ( লৈখোঙদা ) কৃষ্ণগী থুদোল অদুতগী খোঙ্গুল ভারে, থুনিংগী শরুক য়াওরে। মতুপা ভাবনা শারি— থুৎনা লামডুনা হেকপা ভাবা অরাংবা মচাগী লৈ হেক্ক- এগীদমক কৃষ্ণনা খোংদোস্তুনা নেৎপনা খোঙ্গুল অসি মপুং ফাগ্রিবান। গোপীশিংনা কৃষ্ণপ্রেমদা মরেপ ফংদনা লুপখিবনা মপান নাচত্রবা কৃষ্ণগী গুণ কাউরে — কালিয়দমন, গোবর্দ্ধন পুবনচিংবা ঈশ্বরগী লীলা পুম্বা কাউরে। অদুনা অমুম্না ভাবনা শারিবনি অমসুং ভগবানসু মশামক্তা মপান নাইদবা ওইদুনসু গোপীগী চাংজো লাকডমদনা লৈবা প্রেমগী মকমদা পিকশিনরে। মরম অসিনা খজিক্তং য়াংলপ ভোবা মচুদগী লৈ হেকপা ভাবদা থুমাংতনা লেপরে—থুনিং কাংখৎরে। লীলাময় কৃষ্ণগী লীলা অঙকপনি, খাগৎনিঙাইনি।

কেশ-প্রসাধনং ত্বত্র কামিন্যাঃ কামিনা কৃতম্।
তানি চূড়য়তা কান্তামুপাবিষ্টমিহ ধ্রুবম্ ॥২৯॥

অর্থ :— মফম অসিদা কামাধীন ( ভোনালবা ) ওইবা কৃষনা শোয়দনমক নুপী অদুগী মশম মনা শেম্বিরমগনি অমসুং পোম- শাৎনরবা লৈবাংনা নুপীদুগী শমজিরৈসু শেমবগীদমক শোয়দনা মফম অসিদা ফম্বিররমগনি।

নুংগী রস :— শ্লোক তরেৎ অসিদা রাধিকাগী খোঙ্গুল উদুনা গোপীশিংগী ভাব বৈচিত্র ( রাখল কৈরেংনবা ) ওইবগী রা শাররি। নায়িকা ময়ামঃ নায়ক অমতন্ ভাময়বদি অদুপা নায়ক

অদুনা ময়াম অদুগী মরক্তা নায়িকা অমত্তবু য়াম্না পামশিন্নবনা পুম্নমকপু হুন্দোক্লগা মহাক্তগা লোয়নরবদি, থাদোক্লবা নায়িকা-শিংদুগী রাধন ইচোই চোই ; অদুগুম্বদুনা গোপীশিংগী মথল মথা অয়াম্বা রাখল পোক্লে। মথোয়গী য়াম্না তমথীরবা থম্মোয় শোক্না পুংজাইতবগী মতুংদা শ্রীমতি রাধিকাগী মফমদা শাউবা ওলকপা ভাবস্থ তশেংনা লৈরে। নায়ক নায়িকাগী রাখলদা ওইরিবা মতৌ অমসুং রাখলগী মরমদা স্থরসিক ওইবা পারিদিরবশিং অমসুং সাধকশিংদা হায়কদবা নত্তে—মসিদা থোইদোকপা অর্থ কায় য়াওবগে হায়বদু থিজিন্নবা তোঃনজগে।

চুম্নগী পারিব মী নত্তনা সাধক অমা ওইনা পাবিরবদি মক ওইবা কুমদুনা লৈরিবা অক্নবা রাকম লৈ হায়রবসি থত্তিবিগনি অমসুং উবিগনি। হে সাধক! নহাক্না তশেংবা সাধক ওইরবা অদুগা সাধন তৌরিবা মক্নপশিংগা পুন্না সাধন তৌমিন্নরবা অমসুং নখোয়গী মরক্তা অমদি পুন্নমক্তগী লাম্বোক্তনা ভগবৎ দর্শন ফংলবা, অদু ওইরবদি নহাক্না কৃষ্ণ কায়নরবা গোপীশিংগী কিরেপ অদু থম্মোয়দা পানগনি অমসুং মসিগী মতুংদা লৈবা অয়োবা অর্থ থত্তবস্থ উমগনি। অদুগা সাধক নত্তবদি অমদি সাধন তৌবা পাম্বত্তা ওইরবদি, থজিত্তা (মী বা কায়দুনা পুম্নমক তৎনবা) ওইরবা নায়িকাগী কিদমদা অতোপ্পগী মফমদা লৈরবা ভগবৎ কৃপা অদু উত্তুনা নশা চোকথবা, কল্লক মিতৌবা অমসুং খোইরাংবা তম্বত্তা থোকনি।

মীরমলেনগী লন পুমগী মরমদা ঐখোয়না তমথিনা পান্নিবা অসি তশেংনা হায়রুরবদি, ঈশ্বর ফংনবগী হোৎনবা অদুগী

মপুন্সি লেনখি। কাম্নদবা পোত্তা মউবা লাইবক থিবা ঐখোয়না পুম্নমক খণ্ডলবা মহর্ষি বেদব্যাসনা ইরম্বা অচুম্বা, ভগবান মশা-মক্লা উৎলম্বা অরান খুভম ফংনিংঙাই ওইবা রাসলীলা অসি পাদুনস্থ অদুগা খন্দুনস্থ নরক তাদুনা লৈরে, ওস্লোকপনি !

রেমে তয়া স্বাত্মরত আত্মারামোঽপ্যখণ্ডিতঃ ।
কামিনাং দর্শয়ন্ দৈন্যং স্ত্রীনাঞ্চৈব দুরাত্মতাম্ ।
ইত্যেবং দর্শয়ন্ত্যস্তাশ্চেরুর্গোপ্যো বিচেতসঃ
যাং গোপীমনয়ৎ কৃষ্ণো বিহারান্যাঃ স্ত্রিযোবনে ।৩ ॥

**অর্থ** :—ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মশা মত্তোমত্তা পেঙবা "আত্মারাম" অমসুং পূর্ণস্বরূপ ওইদুনস্থ কামুক ওইবা মুপাগী অত্তোনবা মত্তৌ অমসুং কামিণী ওইবী মুপীগী তৌবা ঙবা উৎননবগীদমক শ্রীমতি রাধিকাগা লোয়ননা শাম্নবা হৌরে; গোপীশিংনা অসুম্না মহৈ মহৈ ঙাঙনদুনা চৎলক্রে। শ্রীকৃষ্ণনা অত্তোম্না গোপীশিংবু থাদোক-তুনা মহাকপু অচৌকপদা পুত্তুনা চৎখ্রে।

**মু পী রস :**— শ্লোক অসি কনানা হায়রিবনো হায়বা তাক্তে, মকমস্থ চাদে। শুকদেবনা হায়রিবনি হায়না টীকাকার শ্রীধরনা হায়রি; গোপীনা রা ঙাঙবস্থ লোইত্রিদৈনা শুকনা হায় হায়রিবা অসিস্থ পুরক্লিবা ভাবকী উত্তাই চানবা হায়বত্তনি। মসিগী শন্দোকপা রাদি মথাগী শ্লোক্তা লাকনি। শ্লোক অসিনা উৎলিবমক্তবু কামদা মায় ওনশিনবা মুপাগী অত্তোনবা মত্তৌ অমসুং কামগী থবক্তা পাযশিনবী মুপীশিংনা কামুক ওইবশিংবু দৈন্যতা পুবা ঙমী হায়বসি উৎপতন। ভগবানগী অপাম্বনি; মসি

শুকদেবনা হায়রম্মে, – জগৎকী মীওইবদা চৎনবী অন্তর্যামীমক হৌনবী পাউত্তাক পীরিবনি। পীরিবা পাউত্তাক অনিগী মথুংদা লৈরিবা নুংগী কান্নবা মরোল্দি মথাগী শ্লোকক্তা শন্দোক্না উচ্চগে।

সাচ মেনে তদাত্মানং বরিষ্টং সর্ব্বযোষিতাম্
হিত্বা গোপীঃ কামযানা মামসৌ ভজতেপ্রিয়ঃ॥
ততো গত্বা বনোদ্দেশং দৃপ্তা কেশবমব্রবীৎ
ন পারয়েহহং চলিতুং নয় মাং যত্র তে মনঃ॥৩৭॥

**অর্থ :**— মতম অদুদা শ্রীমতি রাধানা খনখি—"ঐ অসিনা নুপী হায়বা ভাং পুম্নমক্কী মকোক থংবী ওইরবোইরে মরমদি চাম্নথোইরবা শ্রীকৃষ্ণনা মশানা মনিং তম্না লাকচরবী গোপীশিংবু থাদোক্লুনা ঐহক্তবু পুরিবে।" অসি খল্লুরগা লৈকোস অদুগী মফম অমা যৌরকপদা থক্মোয় থোইঙ্ঙৎননা শ্রীকৃষ্ণদা হায়খি "ঐ চৎপা ঙাদ্রে ইবুঙো নংনা পুবিনিংবা মফমদা ঐবু নরেংবান্দা হাপ্তুনা পুবিয়ু।"

**নুংগী রস:** মথক্কী শ্লোক অসি নাতৈ অমা হোই শ্লোক অসিগা তাইশিন্নবস্থ মওং অমা ওইনা থোকই। অদুবু শ্রীধরস্বামীনা বেশা উপায় অমনা মরী লৈনা টীকা ত্তোক্ত্রে। মথক্কী শ্লোকক্কী "ইত্যেবং দর্শয়ন্ত্যস্তাশ্চেরুর্গোপ্যো বিচেতসঃ" হায়বা অসি মূল শ্লোকতা যাওদে হায়দুনা শ্রীধরনা থাদোক্লম্মে, [illegible] মতুংইমা অতৈ টিকাকারনস্থ থাদোক্লে। শ্লোক মতেক অসি যাম্না কায়বা শরুক্তি, মফম চাদবতগী তাবা মুংঙাইতবনি। মসি মথক্কী শ্লোক্কী মমাংদা, গোপীশিংনা ভাংবগীদি মথংদা খনম্নবদি নাতৈ হোবোই।

অদুমকপু ইরম্রবনিনা. মসিনা তশেংনা উৎলিবদি গোপীশিংনা ভাংগদবাঁ' রা লোইশিল্লে হায়বা অসিনা মরুনি।

মথক্তা হায়গ্রে শ্রীমতি ইবেংমগী ভগবত প্রেম অসিদি পুম্নমকতগী হেল্লি, মরম অদুনা মহাক্না পূর্ণিংস্ত ভগবানদা মতম পুম্নদা লৈ অমস্তং মদাঁয়তা ( নষ্ট অসি এগীান ) ভাবতা চৎলি ভগবান্দি জীবদা তম্বিনবগীদমক্তা শাইওনবিরকপনি। মরম অসিনা কামুক ওইবা নুপাগী অতোনবা মওং অমস্তং কামিনীশিংগী য়ারে খওলগা থোইজংনবা অচুম্বু উৎনবা লৌনম তৌদুনা থোইদোক হেন্দোকনা কান্নবা হাফম অসি জগতা তম্বিরী। মরম অদুনা ভগবান্না পাম্না মতুংইন্না কৃষ্ণংদু কন্দুনা লৈবী রাধিকাস্ত থম্মোয়দা নাপল লাকখিবনি. মাগী থম্মোয়দা কৃষ্ণ থাদোক্তনা মশাগী হকচাংবু নীংশিংলুরে. মহাক্না কৃষ্ণভক্তি মূলমন্ত্র কাউখিদুনা মশানা খ্বাইদগী অহেনবীনি খল্লুরে মাগী লৈখা তাবা ওইগ্রে।

হান্নস্ত হায়গ্রে, অমুকস্ত হায়নিংঙি, শ্রীমতি রাধিকাদি কৃষ্ণগা শুপকায় কায়নদে। কৃষ্ণ লৈবা মফমদা রাধিকা লৈ; রাধাকৃষ্ণ অনিদি মশা অমত্তনি। রাধাগী থম্মোয়দা অওকপা চুরোক নাপল লাকপা য়ারোই। অদুদি করিগীনো হায়বা রাই—মাদুদি অস্তমত্তোনা লীলা শান্নদ্রবদি নাপলনা থল্লবা জগৎ সংসারগী জীবশিংবু করম্না তম্বিগনি? ঐখোয়তনা অওকপা চুদুনা মিৎ তাওখিবনা অরেপ্পা মরূপ ভগবানবু কাউরিবনি; ইবুংঙো মানদি ঐখোয়বু কাউবিবা নত্তে; ঐখোয়গী অরাবা

য়েংবিবা ঙম্বিদ্রিবনি। ঐখোয়গী অঙকপা, খঙদবা কোকহনবিদুনা ঐখোয়বু ইশা অসি কপোকহল্লবগীদমক, মরম পুম্বদা পুমশোংশোংলবা প্রেমতনা ত্তাদুনা শারবী থাহদগী হেঃ! নুপিবী শ্রীমতি ইবেম্মবু অঙকপা শুম্মাংপনা মিং ত্তাডহন্দুনা লীলা অসি উৎপাত্রান।

নুপীবু মথোই কংহল্লবদ, লেংবান্দা কোংগে হায়রকই। মরম অসিনা নুপা ওইবশা! চেকশিল্লু। অসনা লীলা অসিগী জগৎ জীবন শাকপা পাডকাক্লি। তুংগী রাখল উদবা অপক্ক সাধক (লাইনিং মরা ত্তাদ্রিব) শিংনা ভগবৎকী থৌজাল খজিক ফংবদা মশা মাডনবগীদমক নাপল হেক্ক হোই; মসিনা লীলা অসিগী অকবা পাউডক তম্বীবনি। যোগমার্গদস্থ মর চেক্লিবা যোগীনা প্রাণায়াম্বচিংব ত্তোড়না মী থুংদিংনা ঙমদবা পাঙ্গল খজিকুং ফংবা হৌরকপদা, লৈথা ত্তাননবগীদমক নাপল পোৱকই; মসি মিৎমক্লা হেক উরবা অচুম্বনি।

এবমুক্তঃ প্রিয়ামাহ স্কন্ধ আরুহ্য তার্মিত
ততশ্চান্তর্দ্দধে কৃষ্ণঃ সা বধুরন্বতপ্যত ॥৩৮॥

অর্থ :- ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা ব অসি তাবদা চাম্লথোইবীদা— হায়রকই—"অড়দি ঐগী লেংবান্দা তোংখংলো।" শ্রীধিকানা লেংবান্দা কাগে হেক তোবদা ভগবাম্না মাঙথোকপ্রে, রাধাস্থ থম্মোয় কায়দুনা লৈহৌরে।

**নুংগী রস ঃ**— রাসলীলা অসিদা কামবু মনিং তম্মনব নুপাগী অংতানবা মতৌবু উৎলি; নুপী নহাদা য়াম্না খোরাংলুবনা

ভগবানস্সু নুপী পুক্লিং ফাবা ঙম্নবগীদমক লেংবান লীথোকপা তারি। অদুগা অমুকস্সু অফবা নুপা ওইবগী মাতিক চাবা ইচং থোবস্সু তম্মীরি। অহানবদা মরেংবান্দা তো লো হায়দুনা চান্নবা নুংশিবগী তৌকম থোকপা অদুস্সু ভাম্বিরে। নুপা অথোইবা ভগবাম্না চানাবদুনা ভশেংনা চৎপা ঙমদবমক ওইরবদি লেংবান্দা নল্লগা পোদুনা পুবস্সু অশেংবা নুংশিবগী মথৌনি হায়বা উৎ-পীরি। অদুবু নুপী ওইবীনা নুপানা লুনা তৌই খন্দুনা খুদোং চাবা য়েংদুনা নাপল তৌদুনা শোরে, রারে, নারে হায়জিন্দুনা নঙ্গলদা তোংগে হায়রবাদ খুদক অদুদা মহাকপু থাদোকপবনি। রাধিকানা নাপল তে দুনা লেংবান্দা কাগে তৌরকপদা নুপা অথোইবা কৃষ্ণনা মহাকপু থাদোক্লে। রাস লীলাগী হৌনবা মীওইবদা পীবা পাউতাক্নি।

খুনবা রাবা মন্ত্র ওইবা অর্থদি -"মূকং করোতি বাচালং, পঙ্গুং লঙ্ঘয়তে গিরিম" ( মরোল থোক্তবরু বাঙাঙ হৈহল্লি, খোঙ-তেকপবু চীং লালহল্লি )। অসি ঙমা ভগবাম্না মঙোন্দা মায় ওনশিনবা মপাঙ্গল নৈতবা ভক্তবু লেংবান্দা থাঙ্গত্তুনা পুবিগনি হায়বসিদা কবি অমুক ঙক্লিংঙাই লৈখিলদগে। মহাক্তন। পুন্নমকপু শীজিনক্লিবনি. মহাক্না পুন্নমকপু ঙাউহল্লিবনি। অক্তিনা হায়-রাহৈনা মহাকপু হাইরা ঙমদবা অদু মহাক্না লায়হল্লি, পুক্লিংনা মহাকপু থনবা ঙমদবা অদু মানা পুক্লিংবু থনহল্লি অদুনা মহাক অদু ব্রহ্মনি। ঐথোয়না মসিবু য়ানিংবদুনা ইশা ইশাগী য়াম্না থয়োনরবা ইন্দ্রিগী পাঙ্গলতদা তোংই ; অদুনা ইন্দ্রি মরেং

তারিবনি, থবক পুম্নমক্কা অরাবা চোকথবা থোক্লিবনি। ঙমদৈ লাকচমগ্রবা পাঙ্গলদা থম্মোয় য়াওনা শিন্নরবদি, ঐখোয়গী মপান নাইত্রবা ইন্দ্রিগী শক্তি লৈরমগদবনি। ভগবান্না লীলা শান্নদুনা উৎসিবা ১সিমকনিসে। ভগবান্না হায়বীরি—"ঐসে, ময়াম পুম্নমক্তীদমক মতম চুপ্পদা ঐগী সেংবান অসি লাপ্তোক্লি, কনানো সংসারগী লম্বীদা চোকথরিবা, কনানো নশাগী পাঙ্গলদা ফশেংনা তুকচবা ওয়্রিবা কনানা নহাকপু ঙমগ্রবনি হায়না থক্লবা, লাও, ঐগী ইবেংবান্দা তোংখ'লো, ঐভোন্দা অরুবা পীরুবা নবিং তম্না চৎলু। অদুগা নবুক মম্ভুংদা নাপল য়াওরবদি, ঐদি মনী অম্মোং ফাওনা উবনি ঐ হেক্তা মাঙখিগনি। নং কপ্ল-কপ্লা অদুম শিত-রকউ ঐদি থোক্লাল হৈবনি, কপ্ল কপ্লা নংগী ফক্রবা নাপল অদু কোক্কপা মতমদা অমুক দর্শন পীগনি।"

বেদ পুরাণ, গীতানচিংবা শাস্ত্র পুম্বদা রাওজ অমতা ওইনা হায়রি—ব্রহ্ম নত্রগ ভগবান হায়বসি মফম পুম্বদা লৈ। মফম পুম্বদা লৈরবদি ঐখোয়না উব ফংদ্রিবা করিগীনো? উব ফংদ্রিবা করিগীনো হায়বদে থওহয়বগীদমক লীলা অসি শান্নরিবনি ভগবত লীলা তারগা "ভাল" লাউবতনদি চৎনরোই, মফম পুম্ব শিম্ভুংন লৈবা মহাকপু উত্রিবসি করিনো হায়বা লীলা অসিদগী থওজিল্লু। রাধা হায়বী অসি ভক্তানগী তোক্লানি—ভগবানগী হকচাং ভথায়নি অনিবা মফম ওইবনি। ভগবান্না লীলা তৌরুবা বেদ-বেদান্তগী মচং ওইবা অর্থ থওহনবীরি। নত্তোন্দস্ত ঐভোন্দস্ত পুম্নমক, ইত্রাদি নাপল কাবা মীতা উবা ফংহনোই

হায়না তাকপীরি। শ্রীমতি রাধিকাদি ঐগী শক্তিমক্তি থম্মোয় মান্নবনি; মহাক ফাওবা ঙাইহাক্তং মশাতগী য়েংলুবা আত্মাভিমান তৌবদা ঐ মাঙলুরিবনি। নখোয়দি নশাতগী য়েংঙুঙি নয়ুমতগী খল্লি, সংসারদা লুপ্পুনা লৈ, ঐবু করম্না ফংগদৌরিবা! ঐবু উনিংলবদি, নশা, নয়ুম ঐ, ঐগী পুম্নমক কাউথোক্তুনা নথরায় অদু ঐঙোন্দা হাপ্পু। নত্রবদি ঐবু উবগী রা, ঐবু ফংবগী রা ঐগা তিন্নবগী রা সুপ্পন পল্লকনু।

হা নাথ রমণ প্রেষ্ঠ ক্কাসি ক্কাসি মহাভূজ।

দাস্যাস্তে কৃপণায়া মে সখে দর্শয় সন্নিধিম্ ॥৩॥

অর্থ :— হা নাথ! হা রমন! হে মহাভূজ! নহ কদায়দা চৎথ্রবগে? কদায়দা লৈথ্রবগে? নহাক্কী ননাই ওইবা ঐহাকসে য়াম্না রারে; কদায়দা লৈথ্রবগে, ঐবু উহনবীয়ু।

নুংগী রস :— তুকচৈদা রাধে! নহকশমদা থৌরী খুড়না শিজৌ। মীগী লেংবান্দা কাগে, তজিক্ত—কাগে তৌরম্নদাই, লেংবান্দা কাগদবগীদমক হাংডে শেংদুনা ওইথংবা নখেংঙ থাঙ্গৎলম্বদাই, অদুগা তুজিক্তা অমুক ননাইনি-ককা হায়ব-শারি। ঐখোয় ওইরবদি কৃষ্ণ হায়বা রাইহ অসি চিন্দফাও পঙ্গররোই। নঙগী নয়ুম লৈজ্জদ্রবরা? নমা নপা লৈজদ্রবরা? নচিন ননাও নবুং নৌপা লৈজদরা? নয়ুমদা চানবা লৈজদবা? নঙগী লেপফম লৈতরা? নঙগী ইরৈ লৈনা, করিস্ত হাংত্রেনা। সনাগী নপুরোই-বস্ত লৈনা। করিগীদমক লৌনম তৌরুবগী কপলি। চৎলো নয়ুমদা হল্লো। শুপচৎ চৎনিংদ্রগনা কপ্পু—নথরায় মঙামক য়াওনা

হা নাথ, হা রমন, হা প্রেষ্ঠ! হায়না কপ্পু, নহাক্না কপ্পদু উরগা কৃষ্ণগী দমক কপ্পত্র ঐস্ব খরা তমজহৌগে।

শ্রীশুকদেবনা হায়রি।

অন্বিচ্ছন্ত্যো ভগবতো মার্গং গোপ্যো বিদূরতঃ।
দদৃশুঃ প্রিয়বিশ্লেষান্মোহিতাং দুঃখিতাং সখীম্॥
তয়া কথিতমাকর্ণ্য মানপ্রাপ্তিঞ্চ মাধবাৎ।
অবমানঞ্চ দৌরাত্ম্যাৎ বিস্ময়ং পরমং যযুঃ ॥৩৪॥

অর্থ :— মথক্তা হায়খ্রিবী গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী অস্তম খোঙ্গুল থিরকপদা ইরাপ লাপ্তনা চান্নরবী সখী রাধাস্থ চান্নবা কায়নবগী রাবনা রাহুনা কৈরম্বা থেংনরুরে। মাগী মচিন্দগী মাধবনা মাবু লুনা তৌবিবা, মানা থৌগল্লোন কায়রুবগী ইকাইবা নংবা পাউ তাবদা ওংহোক্লা ঙক্লখি।

ততো বিশন্ বনং চন্দ্রজ্যোৎস্না যাবদ্বিভাব্যতে
তমঃ প্রবিষ্টমালক্ষ্য ততো নিবৱৃতুঃ স্ত্রিয়ঃ ॥৩৫॥

অর্থ :— অসিগী তুংদা গোপীশিংনা শ্রীরাধিকাবু পুহুনা থাবল মঙ্গাল ফংলিবামখৈ বন্দা চংশিল্লক্লে; শুক্লা মম্লবা মফম উরক-পদা কৃষ্ণ থিবা তোক্লে।

নুংগী রস :— হায়খ্রিবী গোপীশিংনা রাধিকাগ লোয়ননা কৃষ্ণ থিরক্লে। রাধিকাগী মশাক্ত মথক্তা হায়ক্লে; রাধাগা পুন্ত্রবদি বৃন্দাবনবিহারীবু ফংনবা উপায় লৈতে। অহানবদা রাধিকানা গোপীশিংগী নাক্তগী মাঙখি, অদুননি—কৃষ্ণস্থ মাঙখ্রিবা। ঐ, ঐগী হায়বা য়াওদ্রবা ভগবৎ প্রেম অশেংবা অদুনা লৈবা মফমদা

আনন্দময় শ্রীকৃষ্ণস্থ অদুম লৈ। গোপীশিংনা প্রেম অদু মাঙথ্রবদা হায়বদি—প্রেমময়ী রাধাগী কৃষ্ণনা ঐগী পুম্নমক্কি চায়বা রাখল অদে মখোয়গী থম্মোয়দগী মাঙলুরে—মশাগী নাপল কারবে—থম্মোয় আসন্দা লৈবা কৃষ্ণদো মখোয়গী নাপলনা কুপ্লুরে—মপান্দস্থ উখিদ্রে। অদুগী মমক্তা মাম্না খোইরাংলদুনা কপ্পকপ্পা মবুংডো থিরকপদগী মশাগী নাপল কোকপা অদুদা থোঙাল হৈরবা কৃষ্ণনা থোঙানবিরে। থোঙাল অংমক খোঙ্গুল ওইনা উৎপিরে, খোঙ্গুল অদুমক্তা লমজিংদুনা প্রেমময়ী রাধিকাগী মনাক য়োংলক্লে। মসিদগী ঐখোয়না খঙলে—মহাভাবকী মশক ওইবা অয়োবা প্রেম য়াওদনদি কৃষ্ণ ফংবা য়াদে। অদুগা অদুম্না অয়োবী কৃষ্ণপ্রেম অদুস্থ ইদুংদো মাগী থোঙালননি। গোপীশিংদো কৃষ্ণদর্শন ফংনবগী মতাং য়োংদে, অদুননি কৃষ্ণ কৃপাদগী মহাভাবকী মশক ওইবী রাধিকাগা উনদ্রিবা। মখোয়না রাধিকাগা লোয়ননা অমুক কৃষ্ণ থিররে—থাবল মতাম ফংলবমদৈ চত্থনা থিররে; শুক্রবা বনগী অময়া খেংনবদগী থিবা তোরে। মতাং অসিদা ধর্মগী মরমদা খরদং নৈননিঙাই লৈরে।

ব্রহ্মাণ্ড চায়বসি মখল অনি শুই— অচৌবা অমস্ত অপিকপা; পৃথিবী অমস্তং চুমিৎ থানচিংবা গ্রহ লিশিং লিশিংনা শিনবা থুংনা লৈরিবা সৌর জগৎকী মমিং অচৌবা ব্রহ্মাণ্ড অদুগা মী পৃদিংমকী মশাদুনা অপিকপা ব্রহ্মাণ্ড কোই। অচৌবা ব্রহ্মাণ্ডদা চাউর চাউরবা মওংদা লৈরিবা গ্রহ পুম্নমক অপিকপা ব্রহ্মাণ্ডমস্থ পিরক-পিরক্না শুনা অদুম লৈ। ভাবকী মশক ওংবা কুপ্প কুপ্পব

ওইরবদি হৌজিকস্থ থায়নগীগুম অদুম মরৈ, থায়নগীগুম লীলা অদুম মশান্নরি ; অদুবু ঐখোয়নদি উবা ফংদে। ঐখোয়গী থম্মোয় বৃন্দাবন অসে অমম্বনা থন্না লৈ, অদুনা উদবনি। ভগবান্না গোপীশিংদা তাকপিবা শারদুনা ঐখোয়বু রাকম অসি নীংশিং-হনবীরি অমস্তং তাকপীরি।

তন্মনস্কাস্তদালাপাস্তদ্ বিচেষ্টা স্তদাত্মিকাঃ।

তদ্ গুণানেব গায়ন্ত্যো নাত্মাগারাণি সস্মরুঃ ॥৩৬॥

অর্থ :— গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণদা থকচাং, পুক্নিং, বাহৈ পুন্নমক কখোক্নুনা, মশামকস্ত কাউখোকখিদুনা হৈবুংঙো মাগী গুণবু শোল্ল-শক্রদুনা মাগী মাগী ময়ুম অমস্তং মশাবু নীংশিংখিদ্রে।

নুংগী রস :— অমম্বা থেংনরবমকুদস্ত গোপীশিংদো মাগী মাগী ময়ুম নীংশিংখিদ্রে। অমম্বা থেংনবা হায়বসিদা ঐখোয়না লীলা অমস্তং অথূপ্পা অর্থ অনি ফংলে। যান্না গুপ্পা মম্বা অদু উবদা মখোয়না চঙশিনবা ঙমদে; মতম অদুদদি য়ুম নত্তনা অতোপ্পা চঙজকম লৈতে; মরম অসিনা মতম অদুদদি য়ুম নীং-শিংলকপা হায়বসি মহৌশানি। য়ুম নীংশিংলকপা হায়বসি মহৌশা ওইরবস্থ, মখোয়গী কৃষ্ণবু খোয়াংবা অসিদি মহৌশানা ওইবস্ত নত্তে, অঙকপা অমনি—কৃষ্ণ নত্তবা অমদা চঙজবা পামখিদ্রে। পরমার্থদা অমুক হেংসি—থম্মোয়দা তমঃ অমস্তং রজঃ গুণনা চঙলক্লবদি য়ুম নীংশিংবা হায়বসি মহৌশানি। মখোয়গী থম্মোয়দা তম গুণ থজিক চঙলক্লবস্থ যাদুনা মপাঙ্গল পুথোকপা ঙমখিদ্রে, অহোংইনদুনা মপান নাইত্রবা ভগবৎ প্রেমদা লুপখ্রে।

য়ুম নীংশিংনবগী মতম লৈত্রে। হৌজিক মখোয়না মশাগী মরান নীংশিংলক্লে; তমঃ অদু উবা-খঙবা ঙম্লক্লে; মরম অদুনা অসুক রাবা ফংদুনসু, কৃষ্ণগী গুণ শক-শোল্লক্লে। ইশাগী ইরান য়াদুনা পুক্নিং অনি লোংদনা কৃষ্ণগুণ শকপা শোনবনা কৃষ্ণ ফং-নবগী পাম্বৈনি। প্রেমময় শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভূয় মশাগী মরান য়াদুনা কৃষ্ণগুণ শক শোনখি। মখল মখা অয়াম্বা অরাবা ফং-দুনসু কৃষ্ণদা পুন্নমক কখোক্লবা মীচ্ছদি কৃষ্ণ ফজিঙ। গোপী-শিংদো ভগবানবু ফংলম্বনি; মশাবু নীংশিংলুবা অমসুং মখোয়তনা খাইদগী কেনবনি খল্লুবতনা ফংলগা অমুক মাঙখিবনি। মখোয়না মশা মশাবু মুপী ওইবী পুন্নমক্নগী অকেনবীনি খনখি অমসু শ্রীমতি রাধিকাসু খাইদগী অখোইবীনি খন্দুনা নাপল য়াওনা অশোনবীগী নমথাক্না ভগবানগী লেংবান্দা কাগে তৌরুবদা মনাক্না লৈবা কৃষ্ণবু উবা ফংখিদবনি। মৈগী মৈশা ফংদ্রবদি, মৈদা ইক্রুবদি সনাগী অমোৎপা অদু কোকহনব ঙমদে। হৌজিক্তি গোপীশিং অপুম্বা য়াম্না মুংনাংলে, কৃষ্ণ কায়না মৈচাক্না চাক্লে, মখোয়গী থম্মোয়দগী হকচাং য়ুমনচিংবা পুন্নমক কোকখ্রে।

**পুনঃ পুলিনমাগত্য কালিন্দ্যাঃ কৃষ্ণভাবনাঃ।**

**সমবেতা জগুঃ কৃষ্ণং তদাসমন কাঙ্ক্ষতাঃ॥৩৭॥**

**অর্থ ঃ—** কৃষ্ণতবু খল্লবী, কৃষ্ণ ফংবতবু পামজববী ব্রজরমণী পুন্নমক অমুক হন্না কালিন্দী যমুনা মপান্দা হল্লকুনা পুল্লবে হায়-রগা কৃষ্ণগী মরিদা ঈশৈ শকপা হৌরক্লে।

**নুংগী রস ঃ—** গোপীশিংনা কালিন্দী তোর্বান্দা লাকুনা কৃষ্ণগী গুণ থাদুনা ঈশৈ শকপা হৌরক্লে। হন্দক্তি মতিক চপ

চাবা থবক তৌরে। বৃন্দাবনগী কালিন্দী তোঙ্গাংদুদা বৃন্দাবন বিহারী কৃষ্ণবু উবা ফংই। * শুগী মতুংইন্না মফম অতৈমদা কালিন্দীবু উবা ফংগনি ব্রহ্মসংহিতাগী মতুংইন্না, ( ) গোলোক ধামদা রাংগ্রবা থাক্কী রাখলনা কালিন্দীগী থুদম ফংগনি ; (২) গৌতমী তন্ত্রদা সুষুম্না কৌবী থম্মোয়সুংদা লৈবী সত্ত্বগুণ চেনবী-শিংলি অদুবুস্ত কালিন্দী হায়নৈ অমস্তুং ০) ভাগবতনাচংবা পুরান্না হায়রিবা বৃন্দাবন্দা লৈবা ঈশিং ঈচেল ওইবা কালিন্দী-বুদি ঐখোয়না মিংমক্তা উবা ফংলি। কালিন্দী অতুম্বক অসি পরমানন্দ ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী লীলা শান্নফমনি। সত্ত্বগুণগী অংশংবা লমচত্তনা ভগবান দর্শণ ফংডিঙ্ হায়বসি শাস্ত্রনা, অখণ্ড অদৈতনা অমস্তুং প্রমান্না তারবা রাফম্নি। প্রকৃতিগী রাংমদা লৈত্রবা ভগবতকী মফম অদুদি শেংলবা সত্ত্ব ঙাক্তা ঙাইবা মফমনি ; মফম অদুদা প্রকৃতিগী গুণ অহুম অসি চঙদে। মফম অদুদা ঙমখৈ নাইদনা পাকত্রিবা শেংলবা সত্ত্বগী ঈচেল নীংশিংবা থোক্তুবা মতমদগী লৌকিক ফাওবা তত্তনা চেল্লি। মসিমক প্রকৃতিগী রাংমদা লৈরিবা নিত্যকালিন্দী হায়বদুনি। মদুদি ঐগুম্বা থম্মোয় মোংলিবা জীবগী রাখলনা ফংগদবা নত্রে, য়াম্না মরু হক্তা খজিল্লবা মীগী রাখলগী থবক্নি। মফম অদুদা ভগবান্না লেংদনা ঙাম্মোইবীরি। শেংনা হায়রবদা, সাত্বিক সুষুম্না নাড়ী (শিংলি) অসিদি ঐখোয়না খন্নবা, খল্লুবককা ঙম্বা পোৎ নত্তে ; শাস্ত্রগী মতুং ইন্না খজিক খঙবা ঙমগদবদি – থম্মোয় অসি শেংনা সত্ত্বগুণ ঙাক্তা চেন্নবদি মাদুদা ভগবৎ দর্শন ফংগনি। মসিনা

• কৃপা ধর্ম্মগী ওইবা কালিন্দীনি। পৃথিবীদা লৈরিবা বৃন্দাবনগী ঈচেল নাইবা কালিন্দী অসিনা হায়রিবা গুণগী মাংমদা লৈরবা কালিন্দী অনি অসিগী গুণ শরুক অগুম্না তিনবা ঙমদ্রি। মরম অাসনা লীলাগী শকলোন পু রবা লীলাময় ভগবানগী থাইদগী হেন্না পাম্বা মফমদি—কালিন্দী অসিনি। মফম অসিদস্তু মতম পুম্বদা ইবুংঙোনা ঙান্নোইবীর। কবিগুম্বদস্তু ফোংদোকপি, কার-গুম্বদস্তু ফোংদে। মফম অসিদা ফমদুনা জগৎ পুম্ববু কাউ-থোক্লুনা হা কৃষ্ণ! হা কৃষ্ণ! কোদুনা থবায় রানা কপ্পা ঙম্নবাদ, শোয়রোই—কৃষ্ণ দর্শন ফংগনি। মফম অসিদা দর্শন ফংলবা মতুংদা মথং মথং দম্মগী মরী ওইবা কালিন্দীদা, অদুদগী শির-বদা নিত্যকালিন্দীদা ইবুংঙো মাগা লোয়ননা থানবা লৈতনা উনগনি। মফম অসিদনি গোপীশিংগা ভগবানগা অহানবা উন-খিবা, অমুকস্তু মফম অসিমক্তদা উনখিগনি। গোলোক্তা লৈবা কালিন্দী অদুদি অশেংবা জীবতগী লেংদ্রবা মফমনি। অদুগা মফম অদু য়োরবদি শিব-নাবা য়াংদ্রবা জীবগী মশক ওইনা লৈরুর-গদবনি। মসিতবু তাকপিনবা লীলা অাসগী মরূ ওইবা থবক্নি। মীনা হায়নৈ অহোংবা হায়বা আসগী ফিভম অহুম থোকই।"

য়াম্না মরাং কায়না ফংবা পোৎ হেক্তা নিংবদা হেক ফংবা; অদু-গুম্বা পোৎপু থোওইনদে, অদুগুম্বা পোৎনদি পুক্রিংন পাম্বা অদু পাংথোকপা য়াদে। হৌজিক আসদা এরোপ্লেন্না, রেলগাড়ীনা, হওরাগাড়ীনা, জাহাজনা শ্রীবৃন্দাবনচিংব অশেংবা তীর্থদা য়াম্না কোম্না কোম্না চৎনরে—খরচ খজিক্তং তৌরগা ইরা রাদনা, মুঙাইনা

তৃমদুনা নিনি হুম্নিদা য়ৌনিংবা মফমদা থুংবা ওয়ে। হৌজিক্তি বৃন্দা-বন্নচিংবা পুন্নধাম অসি বিষয় কর্ম্মগী অশংবা মতমদা পোখানবগী মফম ওইরক্লে। তীর্থদা থুংলবস্থ তীর্থগী মতিক চাবা থবক তৌদ্রে, ঈশ্বরগী রাখলস্থ তৌদ্রে। তীর্থ চৎপা তারবদি, অহানবদা (মাঙ জোনবা) শাস্ত্রগী নিয়ম মতুংইন্না থিজিন্দুনা পুক্লিং লাকশিল্লগা চৎক-দবনি; পুন্নমক অসি হৌজিক্তি তৌনরক্তে; ওস্নোকপনি; মায়াগা থানদনা তীর্থ চৎনরি। হায়রিবা নিয়ম পুন্নমক অসি লৈরিবৈ মতমদদি বৃন্দাবন্দা লৈবা কালিন্দী মপান হেক য়োবদা শ্রীকৃষ্ণগী রাখল ফাওরকই, থম্মোয় ঙঙতাবা মুংঙাইবা পোক্লকই; থম্মোয় অসি ঈংলম্মী। হৌজিক বৃন্দাবন অদু লৈরি, কালিন্দী অদুস্ত চেল্লি; লৈরি হায়দুনা কৈদৌনি। য়াম্না হোংমন্দুনা বৃন্দাবন অদু লৈবাক ওনখ্রে। কালিন্দী যমুনাগী মগুণ অদো ফোংখিদ্রে, চম্বগুম তৌখ্রে। মীওইবগী থম্মোয়তনা মরূনি, হৌরকফম্নি। অদুবু গোপীশিংনা থাজবদি, কালিন্দীগী তোর্বান্দা মবুঙো কৃষ্ণ ফংগনি হায়বা অসিনি।

অনিশুবা অধ্যায় লোইরে।

# অহুম্রশুবা অধ্যায়

( গোপীশিংনা শকপা ঈশৈ )

জয়তি তেঽধিকং জন্মনা ব্রজঃ
শ্রয়ত ইন্দিরা শশ্বদত্রহি।
দয়িত দৃশ্যতাং দিক্ষু তাবকা
স্ত্বায় ধৃতাসবস্ত্বাং বিচিন্বতে ॥১॥

অর্থ :– হে কৃষ্ণ! ইবুঙো নংনা মকম অসিদা পোকপি-বত্তনা ব্রজভুমি অসি পুন্যভূমি অপুম্বগী মকোক ওইবা মকম ওইরিবনি। ইবুঙো নংনা লৈবিবনা লক্ষ্মী দেবীনা কজনা অমসুং অরাংপা লৈত্রবা সম্পদকা লোয়ননা মতম পুম্বদা মকম অসিদা লৈরিবনি। হে চান্নথোইবা! নংগী গোপীশিংনা, নহাক্তীদমক্তা হিংজরিবী ঐখোয়না নহাকপু মায়কৈ পুম্বদা থিজরি; অমুক্তদি হন্না য়েংবিয়কউগবা।

নুংগী রস :— অধ্যায় অসিগী শ্লোক অপুম্বা গোপীশিংগী ত্তেংথারোম্নি। ময়ম অসিনা রস পুম্বা অমত্তনি। শ্লোক অহানবা অসিদগী লৌগদবদি— গোপীশিংনা ঈশ্বরনি খন্দুনতা ভগবানবু দর্শন ফংজনিংডুনা হায়জবনি। ব্রজগোপীশিংনা হায়রি— "নংগী-দমক্তা হিংজরিবী ( হিংডুনা লৈজরিবী ) ঐখোয়নি জীবনা খনগদবা য়েংকমথোকপা পোত্তি আম্মাত্তনি— হায়বদি খরায় পানবগী পান্দমদি পরমাত্মা দর্শন ফংবত্তনি। গোপীশিংনা ত্তেংথারিবা

অসি জগৎকী ক্ষিদম্নকম ওইনবা লীলা ওইনা উৎপনি। ঈশ্বরবু নীংলিবা মীতনা খঙগনি— মীওইবা পুন্সি অসি ভগবানবু দর্শন কংননবগীদমক্তনি।

শরদুদাশয়ে সাধুজাতসৎ
সরসিজোদর শ্রীমুষা দৃশা
সুরতনাথ তেহশুল্কদাসিকা
বরদ নিঘ্নতো নেহ কিং বধঃ ॥২॥

**অর্থঃ**—হে সুরতনাথ! হে বর পীনহৈবা! শরৎ ঋতুগী মনুংদা পোমশাৎনরিবা লৈরাং থম্বালগী লৈমুংগী কজবগুম্বা মিৎয়েংনা য়েংবিদুনা, মমল য়াওদনা সেবা কংজনিংবী এখোয়বু হাৎপিবদুবু হাৎপা নত্তবরা?

**নুংগী রস**:— মতম পুম্বদা জীবনা ঈশ্বরগী খোজালতবু খোরাংজদুনা লৈবদা, ঈশ্বরগী খোজালগী মঙাল থজিক ফংবদা পেঙখিবা থম্মোয়না বিষয় পুম্বা শুক্কংখিবা অদুবু, শ্রীকৃষ্ণগী খোইখোইবা মিৎয়েংনা হাইক্নৎ য়েংবিরকপদা ব্রজগোপীশিংনা পেঙখিদুনা মবুঙোদা লুপপ্রবা থম্মোয়দা বিষয়গী মমি অমত্তা তাখিদবা অদুবু, শিরবগুম জ্ঞান য়াওদ্রে খল্লি। মাদুবু শ্রীকৃষ্ণ উদবদা ইবুংঙো মানা হাৎপিরম্লে হায়না তেংথারি।

বিষজলাপ্যয়াদ্ ব্যালরাক্ষসাদ্
বর্ষমারুতাদ্ বৈদ্যুতানলাৎ
বৃষময়াত্মজাদ্ বিষতো ভয়া—
দৃষভ তে বয়ং রক্ষিতা মুহুঃ ॥৩॥

**অর্থ** :— হে সুপালকশী অখোইবা! নহাক্না কালিন্দীগী হু য়াম্ববা ঈশিংদগী, লিনগী মশক ওমবা অঘাসুরদগী, ইন্দ্রগী বজ্রগা লোইনববা নোং মুংশিত্তগী,. মলগী মশক ওইববা হিংচাবগী খমাত্তগী, কিকম থোক্লবা অকিবা লিশিং লিশিংদগী ঐখোয়বু ঙন্নহনা কনবিরকুবা নত্রা?

**নুংগী রস** :— ঈশ্বরগী য়াথলদা কৃষ্ণবু উদ্রবদা, ইবুঙো মানা উপায় তৌবিরম্বা থবক পুম্ববু নিংশিংহুনা তেংথারি। মুংশিববু উদ্রবদা মুংশিবনা তৌরম্বা, চৎলম্বা থবকপু শোম্ববা ঙাম্ববসি মহৌশানি।

> ন খলু গোপীকানন্দনো ভবা—
> নখিলদেহিনা মন্তরাত্মাদৃক্।
> বিখন সার্থিতো বিশ্বগুপ্তয়ে
> সখ উদেয়িবান্ সাত্বতাংকুলে ॥৪॥

**অর্থ** :— হে মুংশিবা! নহাক অসি ব্রজগোপীগী মচামক নত্তে। থরায় পুম্নমক্কী মুংগী থম্মোয় থঙবিবা লাইনি, জগৎ অসি য়োকপিনবগীদমক ব্রহ্মানা হায়জবদগী যদু শাগৈদা ভান-বিরবনি।

**নুংগী রস** :— গোপীশিংনা ঈশ্বরগী ভাব শেংনদি পুরে হায়ববু "সখ" (চাম্নবা মরূপ) হাম্ববসি য়াওবনা, চাম্নবা মুংশিবা মরূপ, উদ্রবদা জীবগী থম্মোয়মুংগী য়াথল উবা মানা গোপী ঐখোয়বু থম্মোয় কায়হল্লে হাম্ববগী তেংথারি।

বিরচিতাভয়ং বৃষ্ণিধুর্য্য তে
চরণমীয়ুষাং সংসৃতের্ভয়াৎ
করসরোরুহং কান্ত কামদং
শিরসি ধেহি নঃ শ্রীকরগ্রহম্ ॥৫॥

অর্থ:— হে যদু শাগৈগী অথোইবা! হে চাম্নথোইবা। সংসারগী বিষয় কিবদগী নঙগী চরন্দা চঙজরক্লবা জীবদা নখুৎ থাঙৎপিদুনা কিদববু পীনবিবা অদুগুম্বা খুৎ অদুনা লক্ষ্মীগী খুজেং পায়বিরিবা অমসুং পুম্নমক্কী মিংজবা থুংহনবিরিবা, অদুগুম্বা থম্বালগুম থোংলবা খুৎ অদুনা ঐখোয়গী কোক্তা অমুক্তা হাপ্পিয়ুগবা।

নুংগী রস: গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু ঈশ্বরনি হায়না নিংবা শেংনা উৎলরে। মাঙত্রবা মরুংডোবু কংলক্ত্রবদা, চঙজরকপা জীববু থোজানবিবদাই; চঙজরক্লবী ঐখোয়দা দর্শন পীবিয়ু হায়না তেঙথারক্লি।

ব্রজজনার্তিহন্ বীর যোষিতাং
নিজজনস্ময় ধ্বংসনাস্মিত।
ভজ সখে ভবৎকিঙ্করীঃ স্ম নো
জলরুহাননং চারু দর্শয় ॥৬॥

অর্থ:— হে ব্রজদা লৈবশিংগী অবাবা কোকহনবিবা! হে অকনবা! হে চাম্নথোইবা! নহাক্কী মোমোন নোকপা মীনোক্তা, নহাক্কী ওইবা মী অপুম্বগী নাপল মাঙনবি। ঐখোয় নঙগী ননাই ওইবী পুম্ববু লৌশিনবিয়ু। নঙগী শুম্বৎনবী মশক ওইবা মাইথোং থম্বালদু অমুক্তা দর্শন পীনবিয়ু।

নুংগী রস :— শান্ত, দাস্য অমসুং সখ্যগী ভাব পুম্না মবুংডো কৌরবগী তেংথারোম্লি। ইবুংঙো নঙনা হন্দক অমুক্তং দর্শন পীবিরবদি, ঐবুনা হেম্না চানবিমাগে হায়বা ভৌরুবা নাপল অদু, ইবুংঙোগী খোমোন নোকপা মিৎয়েংডদা ঐখোয়গী নাপল পুম্নমক মাঙগদবদা অমুক উহন-লাকহন্দদুনা ঐখোয়গী নাপল য়েথেকপীবা করিগীনো হায়বনি।

প্রণত দেহিনাং পাপ কর্ষনং
তৃণচরানুগং শ্রীনিকেতনং।
ফণিফণার্পিতং তে পদাম্বুজং
কৃণু কুচেষু নঃ কৃন্ধি হৃচ্ছয়ম ॥৭॥

অর্থ :— ইবুংঙো নঙগী চরণ অদুদি খুরুমজরবা মীগী পাপ মাঙহনবিবদাই। অদুম্বা চরণ অদুদি যনবী যন্না ওশিংগী তুং ইন্নুনা চংশদাই, লিন নিংথৌ কালিগী কোকথক্তা থম্বিবদাই। অদুগুম্বা নখোং থম্মাস অদুনা ঐখোয়গী থবাক মিৎয়েংকমদা থম্বিদুনা ঐখোয়গী কাম পুম্নমক মাঙহনবিয়ুগবা

নুংগী রস :— মধুর রস য়াম্বা শান্তরসনা তেংথাবনি। নঙগী চরন্দা চঙজরবদি পাপ পুম্বা কোকই। ঐখোয়না নাপল খাঙক ভৌরুবগী পাপ্না ইবুংঙো নঙবু উবা ফংজদরে। ঐখোয়গী নাপলগী মহৌন হায়বা হৌজিক্ত খঙজরে অদুনা নঙোন্দা চঙজরি, দর্শন পীনবিয়ো, পাপ মাঙহনাবয়ো হায়জবনি। হায়গুবা অসি প্রমাণ পীর-পীরদুনা য়েৎন-য়েৎনা হায়জরি—নখোয় জ্ঞান লৈডে হায়রবসু জ্ঞান লৈডবা যগগী তুংইরি, থবাক কনমগ্নি

হায়রবস্থ নাপী শিংবী মুংগাই চেগাই ব্রজগী কন্নবা লৈপাকথক্তা লেঙজি, থোৎমন্নি হায়রবস্থ অথোৎপা ফজবা পুন্নমকী তুংফম ওইবা চরন্নি. নাপল ভৌমন্নি চাউথোকই হায়রবস্থু কালি কোবা নাপল তোবা লিনগী মকোক্তদি হাপ্পী। অতুনদি ঐখোয়গী থবাক্তস্থ হাপ্পিবা য়াই অসিনি।

মধুরয়া গিরা বল্গু বাক্যয়া
বুধমনোজ্ঞয়া পুষ্করেক্ষন।
বিধিকরীরিমা বীর মুহ্যতী
রধরসাধুনা প্যায়য়স্ব নঃ ॥৮॥

অর্থ:— হে থম্বাস মিত্তা তাবা, অকনবা! জ্ঞান লৈবা জীব পুম্বনা য়ানরবা নীংথিরবা শৈরেংগী খোম্বাংনা মুংশি মুংশিরবা বা ভাওদুনা ঐখোয় পুম্ববু শুক্সৎপিথিবা অদুগুম্বা শ্রীমুখদগী ভাওথোকপিরকপা অমৃত চেনবা য়াহৈ অদু পীনবিদুনা ননাই ওইবী ঐখোয়বু পেলহনবিয়ুগবা।

নুংগী রস:— দাস্য অমস্তুং মধুর রস অনি পুন্না তেংথারি। ইবুঙো নংগী নয়াথংদি জগৎ পুম্বগী জ্ঞান লৈরবা থিবিক্লা লৌনরি। ঐখোয়দি অপঙবীনি. ইবুঙো নংগী মুংশিরবা য়াহৈ অমৃতনা ঐখোয়বুস্থ জ্ঞান তাহনবিয়ু।

তব কথামৃতং তপ্তজীবনং
কবিভিরীতম্ কল্মষাপহম্
শ্রবণমঙ্গলং শ্রীমদাততং
ভুবি গৃণন্তি যে ভূরিদা জনাঃ ॥৯॥

অর্থ:— ইবুঙো নংগী ভক্তিডাই ওইবা বাঙাঙ কজবা অমৃত চেনবা খোঙ্গোক অদুনা থম্মোয় চাক্লবা মীগী থবায় ওইনৈ অমসুং পাপ কোক্লেদো। অদুগুম্বা শান্তি পীনবগী মশক ওইবা অমৃত চেনবা বাঙাঙদো জীবগী মঙ্গল ওইনৈদো। মরম অসিনা ব্রহ্ম খণ্ডলবা মীশিংনা নংগী বাঙাঙবু খাইদগী অথোইবা ওইনা লৌনৈদো। জগৎ অসিদা ইবুঙো নহাক্কী কথামৃতবু শরু শোন্নরিবা মখোয় অদো নহালমুক্কী মপোক্কা দান ধর্ম্ম য়াম্না তৌরক্লবনি হায়না লৌনৈদো।

নুংগী রস:— মবুংঙো উদবদা বারবী ব্রজগোপীশিংনা ঈশ্বরমক্তি খল্লদুনা তেংথারকপনি। ব্রহ্ম খণ্ডলবা পণ্ডিতশিংনসু য়ানরবা নঙগী অমৃত চেনবা বাঙাঙনা বারবা থম্মোয় পুবদা অনৌবা পুন্সি পীনৈ হায়নবদো নঙগীদমক্তা বাজরবী ঐখোয়না নঙগীদমক্তা তেংথাজবদা অমৃত চেনবা নয়াথংনা অমুক্তসু ঐখোয়গী থম্মোয়গী অরাবা কোকহনবিয়ু হায়জবনি। দান ধর্ম্ম তৌরগা ঈশ্বরগী বাখল খল্লকই; অকাউবা লৈতনা ইবুংঙো মাগী গুণ গান তৌবা, শোঙ্গবনা কৃষ্ণদা অনুরাগ লৈরকই। হায়কম খঙ-দবা লাইবক ফবা অমা হেক থেংনরগসু, ইবুংঙো মাগী থৌজালনি খল্লদুনা মাগী নাম শোঙ্গিংলকই। অদুনদি মাগী নাম শোনবতদা অসি য়ৌনা থম্মোয় থোৎলবদি, কৃষ্ণরূপ দর্শন ফংলবদি করি অমুক হায়রিগে?

প্রহসিতং প্রিয় প্রেমবীক্ষিতং
বিহরণঞ্চ তে ধ্যানমঙ্গলম্।
রহসি সম্বিদো যা হৃদস্পৃশঃ
কুহকনো মনঃ ক্ষোভয়ন্তি হ ॥১০॥

অর্থ :— হে চান্নখোইবা মল্লবা! নহাক্কী মুংশিবা মীনোক, নহাক্কা মুংশি খুরো থাংনা য়েংবিবা খোই-খোইবা মিৎয়েং, ইত্তত্তনা নীংশিংনিংঙাই ওইবা মশান্না অমস্তুং অচিকপদা থম্মোয় শোকপা করেম্নবগী রাহৈশিংদো থল্লুরগা পুক্লিং লাংহল্লেনে ইবুংঙো।

ন্নুংগী রস :— অচম্বা ভাবতা চান্নববু উদবদা, মিকুপ অমবু যুগ অমগুম লোবা, মমাঙ্নবী উনরগা মুংশিবগী রারা শারগত্তা অরা পোথোকপা, মতমনদি খঙ্কৌদনা কৌখিবা, ঙাঙলু ঙাঙলুরগা থম্মোয় কায়বত্তা ওইরকুনা প্রেমগী ঈরা চেল্লকপা, অম্বম্না তেংথারি গোপীশিংনা। অদুবু জগৎকী মবুংঙোদা কাপচিনবা প্রেমনিনা কাক্নবা অরেম্বদি ওইরোই, রাসমু।

চলসি যদ্ব্রজাচ্চারয়ন্ পশূন্
নলিনসুন্দরং নাথ তে পদম্।
শিল তৃণাঙ্কুরৈঃ সীদতীতি নঃ
কলিলতাং মনঃ কান্ত গচ্ছতি ॥১১॥

অর্থ :— ইবুংঙো! নহাক্কা ব্রজদগী বনলোমদা বনশেনবা লেংখিবদা, নুংকুপ নাপী তুম্বৌনচিংবনা খোংলবা চরণ পদ্মদা থিল্লিগনি-নায়বগনি বল্লুবদা ঐখোয়গী থম্মোয় কায়রেনে।

নুংগী রস :— ভগৎকী নুংশিবা রসকী মমুংদা, ঈশ্বরদা নুংশিবগী অয়োবা প্রেমরস হাপ্লি। ঈশ্বর হায়বা অসিদি ভমগে হায়বস্তা ভমলিবা মনিং তম্বনি। কনাগী নুংকুপ তুম্বৌনা মুবা ভম্বা চরণ নাস্তু। অচৎ চত্তবা, নুংকুপ তিংথৌ ফাওবা ইবুংঙো মাগী চরম্না অমুক্তং শোকপিরবদি হায়না খন্দুনা লৈরিবনি। ব্রজগোপীগী থম্মোয় চাংয়েংগীদমক গোপীশিংদগী প্রেম রস চাবিরিবত্তনি।

দিন পরিক্ষয়ে ণীলকুন্তলৈ
র্বনরুহাননং বিভ্রদাবৃতম্।
ধনরজ স্বলং দর্শয়ন্ মুহু—
র্মনসি নং স্মরং বীর যচ্ছসি ॥১২॥

অর্থ :- হে অকনবা! নুমিৎ তারমদাইদা, মুরবা শংজোইনা কুপ্পবা, যম্না বন্নাওনা চৎপগী হায়গৎলকপা উকুলন: লৈতেংলবা মায়খোং থম্বাল অদু উৎপিদুনা, ঐখোয়গী থম্মোয়দা কাম পোক-হনবিয়ুগবা।

নুংগী রস :— মীয়মলেনগী ওইবা প্রেমগী মওংদা তেংথারি। মবুঙোনা নুমিৎ খুদিংগী যনগায়কপগী নীংখিজবা শকওই অদুবু উজবদা পোকপা কামরাগ অদুবু, মীওইবনা শরনি তৌননবা ব্রজগোপীশিংনা পীনবিরি।

প্রনত কামদং পদ্মজার্চ্চিতং
ধরনি মণ্ডনং ধ্যেয়মাপদি।
চরণ পঙ্কজং শন্তমঞ্চ তে
রমণ নঃ স্তনেষর্পয়াধিহন্ ॥১৩॥

অর্থ :— পুক্লিংগী অরাববু মাঙহনবিবা! মুংঙাইবা পুম্ববু পীনহৈবা ইবুঙো! চঙজরক্লবা ভক্তগী নিংবা থুংহনবিবা, ব্রহ্মানস্ত পূজা তৌরিবা, পৃথিগী লৈতেং ওইরিবা, শিরমদাইদা নিংনক্লম শোয়কম ওইবা, নহাক্কী নখোঙ থম্বাল অদুনা ঐখোয়গী থবাক্তা থম্বিদুনা কামগী অরাবা অসি মরু ফংনা মাঙহনবিয়ুগবা।

নুংগী রস :— তশেংবা ভক্তগী রাখলদা তেংথাবনি। য়েরুবগী মকোক ওইবা কাম (অপাম্বা) অসিবু লোথোকপিদুনা ব্রহ্মানচিংবা ভক্তনা পূজা তৌনরিবা শ্রীচরণবু নিষ্কাম ভক্তিনা মংজগে হায়না তেংথাবনি।

সুরত বর্দ্ধনং শোকনাশনং

স্বরিত বেণুনা সুষ্ঠু চুম্বিতং

ইতররাগ বিস্মারণং নৃনাং

বিতর বীর নস্তেহধরামৃতং ॥১৪॥

অর্থ :— হে অকনবা। মতবু থক্লগা অরাবা কোক্লবা, মদুবু থক্লগা খোইনা মুংঙাইবা হেনগৎপা, মদুবু থক্লগা ফংনিংবা অমস্তং মুংঙাইনিংবা পুম্বা কাউনরিবা, ইবুংঙো নঙগী মুরুলিবু চুপলিবা অধরামৃত (চিন্দগী খোরকপা অমৃত) অদু ঐখোয়দা পীনবিয়ুগবা।

নুংগী রস :— তত্ত্ব লোয়নবা মধুর রসনি। ইবুংঙো নংগী খোঁজাল ফংলবা ননাইশিংগী থম্মোয়গী অরাবা লৈত্রে মুংঙাইবা হেনগৎলে, সংসারগী ভোগবাসনা কোক্লনা মোক্ষ ফংলগনি হায়না তেংথাবনি।

অটতি যদ্ভাবানহ্নি কাননং
ক্রুটি যুগায়তে ত্বামপশ্যতাম্।
কুটিল কুন্তলং শ্রীমুখঞ্চ তে,
জড় উদীক্ষতাং পক্ষ্মকৃদ্দৃশাম্ ॥১৫॥

**অর্থ**:— ইবুংঙো নঙনা অয়ুক নুংথিলদা শ্রীবৃন্দাবনদা কোয়-থোকখিদুনা উজদবা মতমদু, মিকুপ অমত্তা ওইরবসু যুগ কয়া-অম থক্লেদো, নুমিৎ ভাবদা ত্রজদা কম্প্লিকপদা নহাক্কী শোই-খোইনা মুরবা শম্নাংনা কুপ্পা মায়থোং য়েংজবদা অপনবা গিরিবা মিৎকী পাবু ব্রহ্মানা শেম্লকপদা বাখল লৈতে হায়না নিন্দা তৌজদো।

**ন্থংগী রস**:— অয়োবা প্রেমগী রসনি। ভাইহাক্তকা ও উদবদা ব্রাজরবী ঐথোয়দা, অসি য়োনা কৌজরবা অমসুং থিজরব-কাওবদা দর্শন পীনবিদ্রে; ঐথোয়না ভোগদবা করিনো লৌকিক অসিদা হায়না ভেংথাবনি।

পতিসুতান্বয় ভ্রাতৃবান্ধবা
নতিবিলঙ্ঘ্য তেহন্ত্যচ্যুতাগতাঃ
গতি বদস্তবোদগীত মোহিতাঃ
কিতব যোষিতঃ কস্ত্যজেন্নিশি ॥১৬॥

**অর্থ**:— হে অচুম্বতা ভাঙবা! নহাক্কী বাংনা শক্লকপা ঈশৈ ...বদা শুঙ্কাৎথিদুনা, ইপুরোইবা, ইচা, ইচিল-ইনাও, মরূপ মপিতা অমুক করি হায়গনি কুলধর্ম্ম থাদোক্তুনা ননাক্তা লাকচরবীনি ...য়বা নংনা থঙবীবনি। অদুবু হে লৌনম চাউবা! অহিংদা

মশানা লাকচরবী নুজাশিংবু নং নত্তবা কনানা থওইদবা মাওবগে ?

নুংগী রস :— ইবুঙো নংনা কৌবিদুনা হোন চৎনবী বাংমা লাম্না লাকচরবী ঐশ্বোর্য্যবু অরাবা পীববা অসি চুমদে হায়না মীরমলেনগী রাঙাওদা তেংথাবনি। ব্রজগোপীশিং মবুঙোবু নুংশিজবনা হেনথিদুনা করি লানগ্রবগে হায়বা মশাগী মরান থনখিত্রে।

রহসি সম্বিদং হৃচ্ছয়োদয়ং
প্রহসিতাননং প্রেমবীক্ষণম্
বৃহদুরঃ শ্রিয়ো বীক্ষ্য ধাম তে
মুহুরতি স্পৃহা মুহ্যতে মনঃ ॥১৭॥

অর্থ :— ইবুংঙো নহাক্না অচিকপদা শাম্নখিবা প্রেমগী রারী, মোমোন নোকপা মায়থোং, কাম পোকহনখিবা নুংশি ম্বিৎয়েং অতুগা ফজবগী তৃংকম ওইবা কল্লবা থবাক নীংশিংনুবদা নংবু থৌরাংজবগী কনখৎলবা পাঙ্গল আসনা থম্মোয় শুফৎত্রে।

নুংগী রস :— মীরমলেনগী কনাগুম্বা পুক্না নুংশি মৈচাক খাওবগী রাঙাওগুম তেংথারি। পাম্বুবা কনাগী নুংশিবা রাকৈ, ফজবা মাংথোং, ফজবা শাবান পুম্ববু উত্রবদা, খল্লু খল্লুরগা থরায় চারুকুনা ইকাই-ইকি থঙলক্লবা, শুরুজনগী মাথং-পল লানকপা মঙংদা তেংথারি।

ব্রজবনৌকসাং ব্যক্তিরঙ্গ তে
বৃজিনহন্ত্র্যলং বিশ্বমঙ্গলম্
ত্যজ মনাক্ চ নস্ত্বৎ স্পৃহাত্মনাং
স্বজনহৃদ্রুজাং যন্নিসূদনম্ ॥১৮॥

**অর্থ :**— হে কৃষ্ণ! নহাক্না ক্ষোঃদোকপিরকপদা ব্রজবাসী পুম্নম অরাবা কোকনি; জগৎকী মঙ্গল ওইগনি। নহাকপু খঙ্গবিবী ঐখোয় নহাকপু উনিংবগী অরাবা বাখল পন্থ্রে: য়োরবা অসিদা পাঙ্গল খজিক কনখৎনবা, থম্মোয়গী লায়না কোক্লবা শিদাক খ'জক্ক: পীনবিয়ু।

**নুংগী রস :** থিজবগী মখা চপ্নিঙাই, ভেংথাবগী মখা চপ্নবা বাকৈ লৈত্রবদা, মবুঙোগী চাংয়েং লোইশিনবীরো নহ্রগা শোয়দনা অমুক্কংমাদ চৎলরগদবা লম্বী য়েংবদা ইবুঙো মাবু খন্নখন্না অসুম চৎপ্রসিরা লায়না ভেংথাবনি।

যত্তে সুজাত চরণাম্বুরুহং স্তনেষু
ভীতাঃ শনৈঃ প্রিয় দধীমহি কর্কশেষু
তেনাটবীমটসি তদ্ব্যথতে ন কিংস্বিৎ
কূর্পাদিভির্ভ্রমতি ধীর্ভবদায়ুষাং নঃ ॥১৯॥

**অর্থ :**— থবায়দগী হেন্না নুংশিবা! ঐখোয়না য়াম্না চেকশিন্না নংগী মেঙলবা চরণদো ঐখোয়গী কল্লবা থবাকী মিথৎ্রেংকম (স্তন) মক্লা শোকপদা নাবিগত্রা থল্লবা অদুম্বা নখোঙনি; অদুবু বন বন থুদিংদা লেঙবদা মুঙকুপ্না, নাপী তুংম্বীনা ফিন্দুনা নাবম্মোইদবনে। নহাক্কি ঐখোয়গী থবাবনি, অসিগুম্বা চিংনবা অসিনা ঐখোয়গী থম্মোয় অসি ক্নুনগৎলেনে

**নুংগী রস :**— শ্লোক ১৯ অসিদা অহুমশুবা অধ্যায় লোইরে। অধ্যায় অসি গোপীগীত কৌই। গোপী ভেংথারোল দৈশে অসিদা গোপীশিংগী অয়েম্না লৈতনা কওনা অমসুং লাওত্ত্রবা থম্মোয়না

ঈশ্বরবু সুংশিবা তম্বনবগী পুদম্নি। মসি ভক্ত মহাজনসু হায়নরি--“যা চিন্তা স্বকলত্র-পুত্র ভবন ব্যাপার-সম্পাদনে, যা চিন্তা ধনধান্য ভূরিযশসাং লাভে সদা জায়তে। সা চিন্তা যদি নন্দনন্দনপদদ্বন্দারবিন্দে ক্ষণং, কা চিন্তা যমরাজ-ভীমভবনদ্বার প্রয়াণে মম।” (ঐশ্বর্য্যনা ইচু ইচা য়োক থাক্লনবগীদমক অদুগা লন শুম মিংচৎ ফংননবগীদমক বাখল তৌরিবা অদুম্না, নন্দনন্দন শ্রীকৃষ্ণগী চরন্দা চাইথক্তং বাখল তৌবদা অকিবগী মশক ওইবা যমগী থোঙজিন চত্তবা মতমদা করি কিনিঙাই লৈগদগে?) মসিদগী ঐশ্বর্য্যনা হুদবা শুমলে সংসারী মীওইবশিংনা সংসারবু পাম্লিবা অদুম্না ভগবানগী মফমদা অদুম্বা অনুরাগ লৈরবদি ভগবদ্ভক্তি ওইরে অমসুং লন, কৌ মিংচৎ পাম্বগী থৌরাংবা অদুম্না ঈশ্বরগীদমক্তা থৌরাংসবদি, ইবুঙো মাবু ফংবা শোয়রোই।

সংসারগী অনুরাগগী মখুংদা মতৈ মনাওগী অনুরাগনা শিংথানিঙাইনি। অদুগা কামুক ওইবা মুপানা অতোপ্পগী মুপীদা অদুগা কামিনী ওইবী মুপীনা অতোপ্পা মুপাগী মপুরোইবদা লৈবা অনুরাগনা থোইনা অমুক হেন্না শিংথানিঙাইনি হায়বদি মিৎ পুমনাঙ তাঙবনি। মসি সংসারদা ঐশ্বর্য্যনা উনরবন। মতৈ মনাওগী লৈরিবা অনুরাগ অদুদি শিংথানিঙাই থরা লৈরবসু, মখোয়গী চাগা চাদিং, মরী-মতা, মরূপ মপাং, ধর্ম্ম, সমাজনচিংবা বাখল পুম্বা য়েংদুনা ইচ্ছৎ ঙাক্লা চৎলি; মুপা নত্রগা মুপীনা মরুপীদা আসক্ত (য়াম্না পামশিনবা) লৈত্রবদি কনাবুসু উথিত্রে। মাগী ইমুং মনুংগী মী উথিত্রে, সমাজ উথিত্রে, মীনা করি

হায়খিগনি থনখিজে। চাগা চাদিং থনখিজে, ধর্ম্ম য়েংখিজে, মাগী মরুদ্বীভগী থন্দুনা ময়াই কাপ্লে, মিৎ তাহল্লে। চিদানন্দ ভগবানবু ফংগে হায়রবদি, পরমানন্দগা তিন্নগে হায়রবদি, আনন্দ মূর্ত্তিগা কোম্নগে হায়রবদি, থবায় পানবনা চপ চানা মসিগুম্বা অনুরাগ অদু লৈগদবনি। তমখিনা বেশ্যাদা পুক্নিং লুপল্লুবা বিল্বমঙ্গল ঠাকুরগী মফমদা বেশ্যা চিন্তামনিনা তাকখিবা পাউতাক খ্বাইনা হেন্না থঙবিরম্বা য়াই। সুমিৎ অদো, মপাবুংগী শ্রাদ্ধ লোই-বতা মতাইরি. ওস্লোকনা তমখিরবা সুতাইত্রবা সুমিৎ অমনি— অকিবগী মশক ফংনা অথাক-অরাউ য়াওনা সুংশুক-সুংশুকমুক চাউবা লেনগা লোয়নবা নোংজাউ তাবা—পুংশিংনস্থ প্রলয়দা শিৎপ্রবা মতম—শুক্লা মম্ববা অহিংস্থু ওইরিবা—লানগদৌরবা তুরেলস্থ খাই পাদুনঃ লৈনাং তাক্তা ওইনা ঈচেল কয়বা মতমদনি ; অনুরাগনা হেজিলক্লুনা বিল্বমঙ্গল ঈশিংদা চোংথদুনা ঈরোয়রগা তুরেল লানবা হোৎনরক্লি। ঈয়ায় য়োরকপদা অশিবা মীগী হকচাং অমা তাত্তথরকপা থেংনরে। অদোন শুক্লৎখিদুনা হকচাং অদুবু ঈথরনা পীরকপা উপায়নি, উতুপনি থন্দুনা কোনশিন্নগা ঈয়োয়-রক্লুনা তোর্বান বাংমা উচিন-নাচিম্মা থুংলরে। পাক্লবা তুরেল লাক্লকপদা মকৌ চোংলে, মশাগল চোক্লে, অদুবু অদুগ থেঙপ্রবা অহিং অদুদা অদৈংবা থঙলবা মবৈ মাগী অশাগী লম্বীদা লাক্লি। চিন্তামনি ওক্লুবস্থ কদবী ইনাক থুনবী, লৌশিং লৈবীনি ; মাগী পরিকর অদু চেকপম্মা ইকোয় কোয়না থাজিল্লি, থোঙ পানবা থোজালনি। বিল্বমঙ্গলনা থোজাল য়োরকপতদি থেঙলবা

অহিংনিনা ভূমখুন হুম্না ভূমখিদুনা চামরক কৌদুনস্রু চিন্তা ভাবি-খিদ্রে। বিধ করি উপায় তৌসিগে খণ্ডব্রদুনা মানা করিগুম্না লাকপা খোল্লগা চঙলকপা য়াননবা খোরাং অমদি থনমগনিনা হায়বগী খল্লু-বদা মিৎ পাংনা পাংনা মঙ অমা মঙলি। মঙদা চৎপগুম চেকপল পায়দুনা অস্তম অস্তম খোরাং অদুবু থিরকপদা, চেকপল ময়াদা হৌরিবা হৈনৌ পাম্বী অমগী উঠ্রং অহোবদা মহোশানা নৈবা লিনজাউ, বিধনস্ত খঙবা অদুগী মথৈ অদু চেকপল য়াংমদা হাইখ৮না নৈরম্না অদু খেংনবদা খোরিংন খল্লুরে। হে আশা! নংগী নপাঙ্গল অসে কয়া কনপ্রবনো! ঈশিং মথক্তা মৈ হৌহল্লি, খোংভেকপবুস্ত চাং লালহল্লি। মানা চঙলক্লবগীদমক চিন্তানা থনল্লিবা উপায়নি হায়না খল্লুনা লিন মথৈ পায়রগা খ'চোং চোংশিনল্লে। চেকপল মমুংদা পত্রাক ভাবগা লিন্দুনা লমজাও সোরোক্তা পত্রাক ভাবগা চপ মাথৈ খোম্লোক অনিদুনা পুনবদা হৌমনস্তদুনা চিন্তাম'ন ইথং থংনা হৌগৎলি। অহিং অথেঙবা মীচিক মীরাওখোন ভাত্রবা মতমদা করিগুম্না মখোল অমা খোকপা অসিদি য়াম্না হৌনা মহোশানা ভাই। মাগী লোয়নবী হৌদোক্লুনা থাওমৈ অমা পায়দুনা মপান খোরকুনা য়েংবদা বিথনা য়াম্বদুনা নৈরমদু খেংনরে। মখোয় অনি চংদুনা ইমুংদা থাংজিল্লে। ঈশিং অশাবনা ঈরুভখোকপিরে অকংবা স্ত্রী শেৎচিনবিরে; সুংভাইবা কমুংদা থাজ্জত্ত্বনা হিপহল্লে। মৈ হৌগত্ত্বনা অযোনবা কীনা মৈ য়াইবগা কিবুল নখিরে। অদুম্না ভাইহাক লাক্লরগা বিথ জ্ঞান ভারক্লে। চিত্তা স্বয় ফুইনা হোন্দুনো

করিনে! ইবুংঙো ! ঙসিগী মতৌসিদি, ঐদি লেংলকনি হায়রবা থাঙদে.—গুরুজনগী শ্রাদ্ধস্ত্র থোকই হায়, ঈশিংনগা চাউবনে, নোং-মুংশিংনগা কনবনে। করম তৌনা চেকপল মমুংদা রাপ্পদুনা লৈরম্লিবনো থঙনিঙিঙ। চিন্তা পিগী ঈরা চেমা, পাররবা চিন-বান্দদি োকমি নোকমি তৌনা হংজররকই। বিল্ব-মুংশাম্বর শাংনা হোম্বদুনা - হুম — চিন্তা ! নঙগী চিন্তাতনা চিংদুনা ঈচাউগী অকিবা লৈতা, মীগী মীনোক থওইদ, অখাক-অরাউগী মুংশা থিদ, অহিং অথেঙবা নোংনচিংবগী চিংনদনা ইরোইররকপনিদনা, ঈশ্বরগী থৌজালদগী উতুপ অমস্ত রাররবা মতমদা ইয়ায়দা ফংদুনা মাদুবু কোম্লগা চাংডৌ লাম্লজুনা লাকপদা নঙনা ঐ লাকপা য়াই হায়না থনমবা থৌরিদু পায়দুনা, ঐনা কৌবদা নঙনদি খুম্মলপ্তবা অদুদা চোংশিল্লকপনিদনা। থম্মোইগী পাঙ্গল-তনা চোংশিল্লকপনি, হকচাংগী পাঙ্গলদি লোইররক্রবনি, অদুনা রাপ্পবনি। এঃ অদুননিদনা! উতুপ নস্তে, অশিবা হকচাংনি ; ঙসাই থাংজিল্লকপা মতমদা পুমনম নমথি ; অদুগা ইবুংঙোনা থৌরিনি হায়না পায়রুবদো শোইরোই লিন অচৌবা অমা হৈনৌ উঠুং অহোবদা লৈবদুগী মমৈ ওইগ'ন। ঐবু ওস্তোকনা চান-বীগ্রেদকো করিনা লমন শিংগনি। ঙসিদি রা অমদুম হায়নিং-লক্রে "ইবুঙো নঙনা ঐবু নিংবিবা অসি শ্রীকৃষ্ণদা হাপচিল্লবদি থুনা কৃপা ফংগনিদকো।" রা অসি হক তাবদা বিল্বমঙ্গল মমিৎ পাঙলে. ফূক হোগস্তুনা চিন্তামনিদা দণ্ডবৎ প্রণাম কৎ-লম্লগা বিদায় নিগ্রে ; অহিং অদুদগী হৌনা শ্রীবৃন্দাবন পাংনা

চৎস্রে। শ্রীকৃষ্ণগী থৌজাল অদুম কংস্রে। চিন্তামনিগী চিন্তা অদু জগৎচিন্তামনিগী চরন্দা কৎস্রে। ভূংদা মায়াগী পোৎ উরকনি, পূক্নিং হল্লকনি কিবদগী মমিৎ ভুশিনস্রে। মাদুগী মথৈনা পুক্নিং চশ্শুংনা লেপপ্রবা মিৎ তাঙলবা মনাই ভক্তদা শ্রীভগবান মথুংমল্লা চাননবা চিঞ্জাক পীনবিস্রে। কৃষ্ণদা কৎথোক্লবা বেশ্যা শক্তিনা শ্রীভগবানবু ভক্তাধীন (ভক্তগী মখা পোনবা) ওয়বা মিংদে চুম্নস্রে।

পুরান্দা হায়রিবা ভক্তগী প্রার্থনা—“যুবতীনাং যথা যুনি যুনাঞ্চ যুবতৌ যথ: মনোঽভিরমতে তদ্বন্মনোঽভিরমতাং ত্বয়ি।’ পাথং নকাশিংনা লৈশাবীদা, লৈশাবীশিংনা পাথংদা পুক্নিং সুংঙাইজনবগুম, ঐগী থংময় অসিদা অচুম্বা মুংঙাইবদা ওইহনবীয়ু। নায়ক নায়িকাগী প্রেম নত্তনা ভগবৎ প্রেমগী থুদম পীনিঙাই লৈতে হায়না বেদান্ত পুরান্দা অসিগুম্বা থুদম অসি পীরে। ভগবানস্ত গোপীশিংবু য়েংলগা, থুংনা মিংনা অসিগুম্বা ইঙ্গিত অসি তৌরিবী, মী পুম্নমক্কী কান্নবা মরূপ ওইবিরিবা মহর্ষি ব্যাসদেবনস্ত কাব্যগী মওং (সুংশি-সুংওনগী রাঙাও) দা মাদুবু শশ্লোক্লা অমস্তং সুংশিবা হেনগৎহল্লা ইবিরম্রে। গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু তশেংবা ঈশ্বরনি খন্দুনা মথোক্ত খ্যালদা হায়জরি, অমুকস্ত চানথোক্লবা রূপাগী রাখলদা সুংশিবা কোঙলোক্নি। মশিগী মরূওইবা রাকথি, কায়ন মৈচাক্লা ডাওরবী কনাগুম্বীগী রাখল লৌহুনা পুম্নমক থাদোক্লুনা কৃষ্ণদর্শনগীদমক হায়জপদবনি। মরম অদুনা ঙসি কৃষ্ণদা থরায় লূপ্লবী গোপীশিংনা

ইকায়-ইকি, ধর্ম্মাধর্ম্ম, য়ুম হকচাং, মশাগী ওইবা মী পুম্বা থাদোক্লুনা, মপোক অসিগী অমস্তং তুংগী লাংলোন অমগী, মপোক মপোক খুদিংগী হা কৃষ্ণ, হা কৃষ্ণ! হায়না কপচরী। "ক্লী কৃষ্ণায় নমঃ" হায়না শোঙরি।

গোপীশিংনা হায়রি — ইবুঙো নংদি যশোদাগী মচা নত্তে, নংদি মপান নাইত্রবা জীবগী পরমাত্মা ওইরিবা তশেংবা নারায়ণনি। অদুগা অমুকস্তু হায়রি — নহাকী মেঙলবা নখোঙ খুমাদা তিথং য়ুররিনি থল্লুবদা ঐখোয়গী থম্মোয় পুবা ঙমত্রে। সাচ্চদানন্দগী মশক ওইবা ভগবানগী খুমাদা কদায়দগী তিথংকনা য়ুগদগে। মসি পুম্নমক্কস্তু খঙিঙ গোপীশিংস্তু খাঙিঙ। খঙদুনা কবি তৌগনি; অমুক লাইনি অমুক থপুংখিংনা কজওবা প্রেমগী রাথলনা, খুমাদা তিথং য়ুররিগনি হায়। প্রেমিক ভাবুক নত্তনা অস্তুম্বা প্রেমগী অয়েবী রাথলবু কনানা খঙগনি। প্রেমগী শকলোন ওইবী গোপীশিংনা তশেংনা মওং মশক নাইরিবা ভগবানগা লোয়নননা শায়বনি; মখোয়দদি তিথং য়ুবগী চিংনবা অদু ওইবা য়াই। য়ুমদা সেবা চৎলিবা ঈশ্বরগী মূর্ত্তিতবুস্তু বাররিনি চিংনদুনা প্রেমিক ভক্তগী থম্মোয় তপথনত্রিবনি। মখোয় অপঙবা নত্রগা অঙাওবা নত্তে, মখোয়না তৌরিবা অসিনদি তশেংবা ভগবৎ প্রেমগী মওংনি।

প্রেমময়ী গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী চয়দা তিথং. য়ুররিনি হায়না চিংনবা অসি, ঐখোয়দা নোক্লনিঙাই ওইরবস্তু প্রেমিকশিংদদি প্রেম পোক্লনবা মশক্ত য়াম্না নুংঙাইবা পীনবা রাথলনি। থম্মোয় শেংলবী, লোনচৎ ঙনা থঙলবী ব্রজবালা বিবিক্ত নুংঙাইবা পুম্বা

থাদোকুনা থেঙলবা অহিংদা যমুনা মপান্দা কমচুনা ভগবৎদর্শনগী-দমক খন্দুনা অতৈংপা লৈতনা কপ্লি কয়াদা পুংশিগ্রবনো, কয়াদা শেংগ্রবা থম্মোয়নো; কংঙমগ্রবা মিলন অসিবু উরবা, ভাববা অমসুং খল্লুবদা নুং কাওবা শোৎদোকনি; ঐথোয়গী থম্মোয় অসিদি নুংদগী হেন্না কনচমাপে; গোপীশিংগী রাখল অসি পাদুনা ভাদুনা খন্দুনসু থম্মোয় অসি করিমত্তা থোক্রি—মিৎকী পি ভাক্রি হৈশাদা তুজুংবা পোক্লি, ওস্থোকপনি !

মসিভনা গোপীগী রাখলনি অমসুং ভগবান কংলমদাইগী হেক থংনবা মমাং অদুনি। অসুপ থাঙঙমদবা অমদি ভমজনিঙাই ওইবা পাউভাক অথোইবা অসিভনা গোপীগীভকী মরুনি। মা খরা ভাংবনা কায়দে, হরিনাম শোল্লগা লোইরে। কনাগুম্বা কৃষ্ণগ লোয়নরিবা গোপীগী মিং ভারগা লমচৎ কায়রবা মঙ্গোম য়োনবানি হায়বগী রাখলদা কনাগুম্বনা নোক্লবসু য়াওই, অদুগা কনা অমনা গোপী ভাবভি খঙদন গোপী মিং ভাবদা ভগোই শাবসু য়াওই। শ্রীকৃষ্ণগা লোয়নরিবা গোপী কদায়বু কৌবগে হায়বদি খিজিন্দে। ভগবানগীদমক্তা পুম্নমক থাদোকপা ভরবা মী অমগ গোপীনি। গোপীগীভ অসিদা হায়রিবা মা অসিমক গোপী ভাবনি। শোয়রোই, গোপীশুম্বা কর্ম্মকল নিমনা আত্মসমর্পন তৌথোকউ, শ্রীকৃষ্ণ কংগান। "মন্ত্রহীনং ক্রীয়াহীনং ভক্তি হীনং সুরেশ্বর, যৎ পূজিতং ময়াদেব পারপূর্ণিতং ভদস্তু মে।" । মন্ত্রসু হৈজদে, অসুম তৌবা হোৎনৈ হায়বসু খঙজদে, ভক্তিসু য়াওজদে, হে লাইগী লাই ইবুঙো ! কচ্ছরিবা পূজা অসিভনা পেনবা ওইবিয়ু।)

অহুমশুবা অধ্যায় লোইরে।

# মরিশুবা অধ্যায়

## শ্রীবাদরায়নিরুবাচ।

( শ্রীশুকদেবনা হায় )

ইতি গোপ্যঃ প্রগায়ন্ত্যঃ প্রলপন্ত্যশ্চিত্রধা।
রুরুদুঃ সুস্বরং রাজন্ কৃষ্ণদর্শন লালসাঃ ।১।

**অর্থ** :— হে মহারাজ ! কৃষ্ণদর্শন ফংজনিংবনা লাঙতক্লবী গোপীশিংনা মতৌ অসুম্না ঈশৈ শক্লুনা মখল মখাগী তেংথারোম্না য়াম্না নুংশিবা খোল্লাংদা কপ্লি।

**নুংগী রস** :— মথক্কী অধ্যায় ( পন্দুপ ) দা ব্রজগোপীশিংনা থেংথাবগী ফজবা অমসুং রস নীংথিজবগী রা হায়খ্রে। প্রেমতত্ত্ব খঙলবা শুকদেবনসু হায়রি— গোপীশিংনা নুংশিরবা খোল্লাংদা কপ্লি। কপ্পগী খোল্লোকপু কনানা নুংশি হায়নগদগে ? অদুবু গোপীশিংনা কপ্পদি ভক্তযোগী শুকদেবনা ভাবদা নুংশি হায়রি। "রুরুদু সুস্বরং" নুংশিবা খোল্লাং হায়দনদি করি হায়গনি, কপ্পা বাহৈনা গোপী থেংথারোনবু চপ চানা ফোঙদোকপা য়াগদগে ? মদু ফোঙদোক্লিবাই বাহৈ লৈতে। হাইবং মীনা হায়নরিবা "মখোল লৈদা, ঈশৈ নুংশিদা, তান চায়দা, পুক্রিং পুকইদা" অসিদগীদি গোপী থেংথারোম্না য়াম্না হেনগ্রবনি। মী অমনা কনাগুম্বনা শকপা ঈশৈ নুংশিবা অমবু ভারগা অতোপ্পা অমদা

শুপকায় কায়দনা ঈশৈশ অদুগী মুংশিবদু পোকহনবা ওয়া নত্তে। মরম অসিনা থুৎশেম নত্তবা গোপীশিংগী মুংদা পানবা অদু কোঙদোক্লনা শকপা ঈশৈগী মুংশিবা কোঙদোরবা বাহৈ লৈতে। ডাইলাক মুংশিরুবা অপাম্বা পোৎ অদু কায়নবগী কপ্পদি তাবদা মুংঙাইকম থোক্কে অমত্তুং পাম্রদে, তৌইগুম্বত্তুং মতম পুম্বদা মুংশিবা, মুংশিকমত্ত থোকপা পোৎ অদুবু উম্রবদা কপ্পা অদুদি মুংশি অমত্তুং পাম্রৈ। থম্মোয় পৃম্বা য়াওনা পোৎ অদুগীদমক কপ্পদো, থবায় য়াওনা তাবিবা কনাগুম্বতনা মদুগী য়াম্ব মুংশিবদু খঙগদ্দনি। শুকদেবনি মসি খঙলম্মী; অদুনা কনাগুম্বনা মুংশিববু পামদুনা (পাম্বা উত্নুনা) অরেম্বদা পি তারিবা মীওইববু গোপীশিংগুম্বা কপ্পু হায়না হায়রি।

তাসামাবিরভূচ্ছৌরিঃ স্ময়মান মুখাম্বুজঃ
পীতাম্বর ধরঃ স্রগ্বী সাক্ষান্মন্মথঃ ॥২॥

অর্থঃ- বনমালা লৈতেংদুনা নাপু মচুগী ফিজেৎ থোম্লদুনা লাইগী মপোক্কা পোক্লবা শ্রীকৃষ্ণনা কাম্বু শুম্মাংপা শকলোন পুদুনা মোমোন মোমোন নোক্লনা গোপীশিংগী মাঙদা উৎশিররে।

নুংগী রসঃ— মতাং অসিদা শ্রুতি শাস্ত্রগী বা লাক্লে — আম্মা হায়বা অসিদি লৌনম চাউই, হায়বদি গুরুদগী, জ্ঞান লৈবদগী অদুগা শাস্ত্র অয়াম্বা তাবদগীসু মহাকপু ফংনিঙাই ওইদে; মহাক্কি মহাকপু পামজবা হায়বদি অশেংবা ভক্তনি খঙলবা মাতগী মকমদা মাগী মশক অদু পীনবী। ভগবান বাসুদেবনা শ্রুতিদা হায়রিবা অদুমক থবায় পানবগী য়াইকনবগীদমক্তা লীলা ওইনা

শাম্নবীম্নরে – ইবুঙো মাভগী মফমদা প্রেম কচ্চরবী গোপীশিংগী মফমদা মাগী সচ্চিদানন্দ ( সৎ + চিৎ + আনন্দ ) ওইবা শকফম অদু ফোঙদোকপিরে। গোপীশিংনা শোঞ্জ-শকচদুনা, হায়ঙ-১চ্চদুনা কপ্ল-কপ্লা হম্ন-হম্না শ্রীবৃন্দাবনদা থিদুনস্ম কৃষ্ণদর্শন ফংখিদ্রবদা হৌজিক্তি ভগবান মশামক্তা লেঙবিরক্রে—নিংথৌ লোইশঙ কাবগুম হাজিরা ওইরবে। লাম্লবা ধর্ম্ম পুরান শাস্ত্রগী রা মম্রেকা মম্রেকা চানরে। মীনম্বা ম্নাওম্রবা ভশেং-ভশেংবা লীলাগী অর্থ থাদোক্তনা, শাস্ত্রগী রাবু থওইদদুনা, ভাবনা শাবা অর্থ লৌরবদি ঐখোয় অসি ম্নাম্না লাইবক থিবা ওইরগনি।

থাজগদ্রবা মীওইবা ঐখোয়দা লীলাগী মওংদা পুথোক্তনা ভগবাননা উৎপীরম্বনি, সচ্চিদানন্দগী মশক ওইরিবা ঐবু শাস্ত্র নৈনবনস্ম ফংলোই সিংজেন কনা থাংহৈবনস্ম ফঙলোই, শ্রীগুরুগী পাউতাক্রস্ম ফংলোই, ধ্যান্না জান্না, যোগনা, পূজানা হেক ফংগদবা নত্তে; মশান নাইদ্রবা ব্রহ্মাণ্ড কোয়না থিবনস্ম ফংগদবা নত্তে, ওইরি-ওইরিবা মুংঙাইবা পুম্বা থাদোক্তনা মকম অমদা কম্নগা গোপীগী মচৌগুম্না ঐবু নিংবা অমত্তুং মুংশিবগী লম্বীদা ম্রেংদুনা লৈম্ন, ঐগীদমক লৌথুপ লৌকোই লৈত্রবা থম্মোয়না কপ্ল ; ঐ ইশানা লাক্তনা দর্শন পীরগনি—অবেপ্লা প্রেমগী অকনবা লিচিংনা চিংশিন্নক্তনা দর্শন পীগনি, ঐহাক্তি শাশম্নবা নত্তবা, অশেংবা প্রেমগী মথা পোনবনি।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী রাস লীলাদা কামগী মনমকাও ম্নাওবে। রাসলীলা শাম্নবগী মতম ওইরে, অদুনা শুকদেবনা 'সাক্ষান্মন্মথ

মন্মথ" হায়রিবনি - হায়বদি তশেংবা "মদনমোহন" গী শকলোন ওইনা লেঙলক্রে। কাম হায়বা অদু অদুম ওইবা শকলোন অদুনা শক্তংপা ঙম্মী হায়বা অদুম্বা শকলোন অদু লৌদুনা ভগবাননা রাস শাগবা লেংথোরক্রে। কাম হায়বা অসি মরোল অহুম অম্ত লৌবা উন্নবস্থ, অদুম্বা মদনমোহনগী মশক ওইবা নীংথিজরবা রূপকী ঈপাক্তা অদুন লুপশিনহিবান, মকোক্তকা হায়গংপা ঙম্বা নত্তে। গুণ অহুমগী মচৌ থান্দ্রবা, অপংবা মতৌ লৈবা থোই-দোক্লা নুংঙাইবগী শকলোন অদুদু "মদনমোহন রূপ" কৌই। মদন হায়বসি মিতং লৈবাকী মৌনি, মহাক্তি মাহাগী মশক্তি, নুংঙাইবগী মঙাল অদুনা লৌদুনা লৈবনা পেনবা শুকহেম ভমদে; মপান নাইদ্রবা সংসারগী নুংঙাইবগী হৌরকফম মরু অদুবু থেংনবা মতম অমত্তং মফম অদুহেদা মহাক্তী অরোইবা ওই। ঙসি ব্রজ গোপীশিংগী মফমদা, নুংঙাইবগী হৌরকফম মরু অদুনা মূর্তি পান্দুনা লেঙবিরক্রে। অদুম্বা মদনমোহন অসিবু ধ্যান তৌগে হায়রবদি, মখাদা ইরিবা অমুম্বা পুরিংদা মূর্তি অদু শাগৎ-লদবান: (১) কোক্তা চূড়া থোনবা, (২) নাদা মকর কুণ্ডল য়ানবা, (৩) নাতোন্দগী লাইবক কাওবদা অগুরুচন্দননা লৈতেংবা, (৪) চিনবান্দা মোহন মুরলীনা লৈতেংবা, (৫) খূত্তা, পাম্বোমদা মনিগী খুজি অমত্তং ত্তান শীবা, (৬) খাংদা সনা ফিগে থোনবা, (৭) চরন্দা নূপুর থোনবা, (৮) নটবর ত্রিভঙ্গ ফিরেপ ওইবা, (৯) ফূইনা হৌরকপা অমংবা নোংগী কুচু ওইবা, (১০) মথোক কারকপা ( পাখংমচা ) কৈশোর বয়সকী ফিভম ওইবা, অমুম্বা

শ্রীমূর্তিবু সহুক্রশিংনা মিং উইশিন্দুনা দর্শন ফংগদবা ওই। তাইবংপান্দা অসিনা মফম্ভরে, অসিনা মনম মসুংশরে অসিনা পূক্লিং ঈংনফম মওইরে মসিনা তাবদা মসুংতাইরে মসিনা অচুম্বা রস (মহাও) অদু মওইরে হায়বা পুম্নমক অদুগী মরূ মূলতত্ত্ব) অদুনা পুনশিল্লগা ওইরবা শ্রীকৃষ্ণগী মদনমোহন রূপনি। বাকোং মতুগী চূড়া, সনা ফিগে, বনমালা, নূপুরনচিংবদা ফজবা, অগুরু-চন্দনদগী মুংশিবা মনম, মোহন মূরুলীদগী মুংশিবা খোন্তোক, ফইনা হৌবা নোংগী কুচুদগী চীংলেম্বা পূক্লিং ঈংবা, মতম পুম্বদা মুংতাইবগী মওং ওইবা মথেক অহুমগী নৃত্তিদগী ফংবা সুরস অসিনিসে মদনমোহন রূপকী শক্তম; মসিননিসে জগৎপু শুক্লাৎ-লিবা মদনমকপু শুক্লাৎলিবা ভগবাননা অসুম্বা শকলোন অসিদা ব্রজগোপীশিংগী নাক্তা লেঙখোকপিরক্নে।

তং বিলোক্যাগতং প্রেষ্ঠং প্রীত্যুৎফুল্লদৃশোঽবলাঃ
উত্তস্থুর্যুগপৎ সর্ব্বাস্তন্বঃ প্রাণমিবাগতম্ ॥৩॥

**অর্থ ঃ**— ব্রজবালা পুম্নমক অদো শিদুনা নৈরবা হকচাংদা ইথউ খৎহৌদনা হল্লকবা থরায়গী মতৌগুম চাম্নখোইরবা মবুঙোনা লেঙলকপা উবমক্তদা মুংশিবা অমত্তুং থম্মোয় মকারায়গা লোয়-ননা চপ মান্নবা হৌগৎলক্নে।

**মুংগী রস ঃ**— কৃষ্ণবু হেক উজবদা গোপীশিংগী ওইবা কিজম কোঙদোক্নি। ইবুঙো মাদি থরায়গী থরায়নি, মিৎকী মিৎনি, নাকোংগী তাননবা পাঙ্গল অদুনি, থম্মোয়গী থম্মোয়নি। কৃষ্ণদা থরায় লুপ্নবী গোপীশিংদো থরায়গী থরায় মাঙখিদুনা

অশিবগা পাম্থক ওইরুরবনি, হৌজিক্তি মথরামগী খ্বাইদগী হেন্না সুংশিজরবা মবুঙোনা ইখঙ খঙহৌদনা হেক লেঙলকপা অসিদা অমুক হিঙ্গংলক্কুনা, সুংঙাইবগা লোয়ননা মতম অমত্তদা পুন্নপ হৌগংলক্লে। ঈশ্বরদা থম্মোয় কংলবা প্রেমিক ভক্ত! গোপী-শিংগী মতম অদুদা ওইবা ফিভম অদু অদুম খঙবীরো। ঐদি তোন্নবা, ভক্ত মশাক খঙজদ্রিবা মীনি, গোপীশিংগী ফিভম অদু রাইহনা ফোঙদোকপা ঙৈহক্তে, ফোঙদোকফম খঙজদ্রে।

তাইবং মীরম্লেন্দা কনাগুম্বা মপা মমাগী অমত্তা ঙাইজবা মপারি—মশাক মতোম্ব ফজবা, মচৌ-মশিংস্থ হৈরবা জীব পুম্বগী মফমদস্থ থোঙাল হৈবা অদুনা মীপুম থুদিংনস্থ সুংশিনবা—মতুম-মকৈদি পান্দ্রবা অদুমদি ওইরগা মহাকপু নীংজবা সুজা কয়ামরুমদি লৈবা সুজাশিংগী অপোকপা অপোকপীশিংনস্থ মপা মমাদুর ঙাইশেল ওইজনিংবা, অদুগুম্বা মপারি পাখং অদুনা লংকৈ চংখিদ্রনা ঈ-পাউ অমত্তা তাদনা মতম কুইনা লৈথোকখিবদা মপা-মমা অদুনা মতম চুম্না সুংশুক সুংজাননা মচা অদুবুঙা থন্দুনা থোঙ্গল মুৎলগদ্রা হায়না ঝা ঙাঙব থোক্তবা মখৈ অঙাওবা অঙাওবীগী পান্দম ওইশিন্দ্রবা, থিকম হংকম খঙদনা লৈরকপা, মী পুম্নমক্না করি তারি, পাউ শুকফং ফংখিদ্রবরা হংজিন্নকপা, নোংম-নোংমগী রাথলগী লায়না হেঙ্গিল্লক্কুনা সংসার থাদোকপগী ফিভম য়োশিল্লক্লবা মতমদা, নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা মচা অদুনা হন্নকপা— অসিগুম্বা ফিভম অসি থোকখিবা লৈরবদি, অদুম্বা ইমুং অদুতনা ব্রজগোপীশিংনা মবুঙো উবদা ওইখিবা ফিভম অদু খজিক খঙগবরা ?

কাশ্চিৎ করাম্বুজং শৌরের্জগৃহেঽঞ্জলিনা মুদা
কাচিদ্দধার তদ্বাহুমংসে চন্দনরূষিতম্।
কাচিদঞ্জলিনাগৃহ্নাৎ তন্বী তাম্বূলচর্ব্বিতম্
একাতদঙ্ঘ্রি কমলং সন্তপ্তা স্তনয়োর্ন্যধাৎ ॥৪॥

অর্থ:— কনাগুম্বী গোপীনা মথং অনি পুন্না শ্রীকৃষ্ণগী খুৎপু পায়রি, কনানা চন্দনম্না লৈরাংলবা পাম্বামদো মবোংদা. কনাগুম্বী ফজরবী গোপীনা মখুৎ লোম্নদুনা ভগবাননা চাইরিবা পানবু য়াজবা. থম্মোয় চাক্লবী গোপী কনানা থবাকী মিংয়েংফম্লক্না শ্রীচরণবু থাঙ্খৈ।

নুংগী রস:– শ্রীবৃন্দাবন্দা ভগবানগী চাম্নথোইবী গোপী মশাং য়াম্মী। গোপী পুম্নগী বা তোঙান তোঙান্না হায়বা ওইথোক্কে, মরম অসিনা গোপী শরতগী ওইনা শম্না হায়রবনি।

প্রেমগী মশক ওইরবী গোপীশিংগী প্রেম অসি অমগ-অমগা থেম্নে। প্রেম হায়না অসি মখল অনি শুম্লি। ( ) তদীয়তাময় অমসুং (২) মদীয়তাময়। ঐ অসি ইবুঙোগী নহাক্কীনি খনববুনা তদীয়তাময় কৌই অদুগা ইবুঙো নঙ অসি ঐখোয়গীনি খনববুনা মদীয়তাময় কৌই। মসুংশি অনি অসি য়াম্না থেম্নে। "ঐসে ভগবানগী নত্তে, ভগবান অসি ঐগীনি" হায়বা বাহৈ অসি ওন্থোক্লা কনগ্লবা বাংগ্লবা বাখলনি মরম অসিনা মদীয়তাময় হায়বা অসিনা অহেনবা প্রেমনি। অহানবদা হায়ল্লিবা মখুৎ অনি লোম্নদুনা ভগবানগী খুৎপু লৌজরিবী অদু ঐসে কৃষ্ণগীনি হায়বা তদীয়তাময় ভাব ওইরে; মতাঙ্গা কৃষ্ণ নাক্তা চঙজরকপা অদুনা

অদুম কোংদোকচরে। মহাক্কী মখা পোনবনি হায়বা য়ারবদি মশানা তাকবা য়ানি, মহাক্কী মফমদা লাক্কুনা নোঙ্গকপা য়াহৈনা হায়জরবা তাবনি। অসিগুম্বা তদীয়তাময় প্রেমগী খ্বাইদগী অথোইবী অদু প্রেমরস খণ্ডলবা শ্রীচৈতন্যগী মনাইশিংনা লেপ্লবদা "চন্দ্রাবলী" ওইগনি হায়রৈ। অদুগা কনাগুম্বা গোপীনা ভগবানগী মনাথুং পায়দুনা মরেংবান্দা থম্মী। অসুম্বা গোপীনা প্রেমভাব অনিমক ওই। কোদনা কৃষ্ণগী নাক্তা চংবা মরম্না "তদীয়তাময়" প্রেম উৎলি, অদুগা কৃষ্ণগী কয়কমল অদুবু মরেংবান্দা থম্না অদুনা মনিং তম্বা মপোংনি নিংবা "মদীয়তাময়" ভাব উৎলি। অমগা অমগা ভাবপু ংম্রদবদি মরুপ ওইবা য়াদে। চন্দ্রাগস্তু পুম্মান মাম্লবা ভাব ওইপ্রবনিনা চন্দ্রাগী কাংলুপ সখীসু ওইরে অদুগা মদীয়তাময় ভাবসু পুম্মান মামপ্রবনিনা, মদীয়তাগী কাংলুপসু ওইরে। ভাব অনিগী মরক্তা লৈরে। শ্রীচৈতন্যগী চরণতবু আশা তৌজরিবা বৈষ্ণবশিংনা অসুম্বী সখী অসি "শ্যামলা" ওইগনি লেপরৈ। ভাব অনিগী মরক্তা লৈবী ওইদুনসু মদীয়তা ভাবনা কেন্না লৈবনা শ্রীমতি রাধিকাগী কাংলুপ ওইবী সখীনি হায়না লৌরৈ।

শ্রীকৃষ্ণনা ছায়রিবা পানবু মথুং খুবাংনা লৌজরিবী অমসুং শ্রীচরণবু মথবাক্তা থোগলিবী সখীশিং অসি তদীয়তা ভাবনানি। মখানা কৃষ্ণগী নাক্তা চংবনা অমসুং চরণ থোগলদুনা দৈন্যভাব উৎপনা চন্দ্রাবলীগা ভাবপু মাম্নৈ। মখোয় অসি শৈব্যা, পদ্মা সখী ওইগনি।

একা ভ্রুকুটিমাবধ্য প্রেমসংরম্ভবিহ্বলা
ঘ্নতীবৈক্ষ্য কটাক্ষৈপেনির্দষ্ট দশনচ্ছদা ॥৫॥

**অর্থঃ** গোপী অমনা মুংশি মিহৌবনা শাউখিডনা, পুক্লিং কাবা ঙমদদুনা মানা মচিনবান চিক্লগা মিৎ কুপ্তনা শংদোক্লা য়েংদুনা লৈরি. য়েংলিবা মিৎয়েং অসিনা ভগবানবু অরাবা পীরি।

নুংগী রসঃ—গোপী অসিদি পুম্নমক্কী হেনবা শ্রীমতি রাধিকানি। মহাক্কী মপুং ফারবা মদীত্তামম অসিবু মহাভাব কৌই। মহাক্কী থাজবদি কৃষ্ণ হায়বা মবুঙো অসি মহাক্কীনি, মহাক অসি কৃষ্ণগী নত্তে অসিনি। মরম অসিনা ঐদি কৃষ্ণগী নাক্তা চৎলোই, কৃষ্ণনা ইনাক্তা লাকসন্নু, অসুম খল্লি। মরম অদুনা চন্দ্রানা কৃষ্ণগী নাক্তা লৈবা অদুদা মুংথোইনদনা অয়াকপা মিৎয়েংনা য়েংশিনখিবনি। জ্ঞানমার্গগী অমসুং যোগমার্গ অনিগী মীওইশিংনা হায়রবীনিংবা হায়সন্নু, ঐখোয়দি পূর্ণব্রহ্ম ভগবান মশামক শ্রীরাধিকাগী পুরা মখা পোনবনি হায়নিঙিঙ। ইবুঙো মাবু খায়দগী হেন্না মুংশিবা প্রেম লৈবা মফমদা ইবুঙো মানা অদুম লৈবী। ভগবান্দি প্রেমগী মখা পোনবনি, প্রেমদি ভগবানগী মখা পোনবা লৈতে। মরম অসিনা প্রেমগী মশক ওইবী রাধিকাগী মখা পোল্লি কৃষ্ণদি ভগবানগী মখা পোন্দে শ্রীমতি রাধিকাদি। শ্রীমতি রাধিকাগী মতৌগুম, মহাভাবকী মশক ওইবা প্রেমগী অয়োবা রাখলবু থম্মোয়দা শাগৎপা ঙম্নবশিং অদুদি ভগবানগী কৃপা অমুক নিদ্রবসু, মহাক্কী য়ুমদা ফমদুনা কৌরগা কৌবা মতম মতমদা ইবুংঙো মানা হেক্তা লেংবিরকনি। সংসার

অসিদা ঐগীনি হায়বা করিস্ত্ত লৈতে, ঐগী কনাস্ত্ত লৈতে ; ঐগীনি হায়বা করিগুম্বা লৈরবা অমস্তুং কনাগুম্বা লৈবা তারবদি ভগবানতবু ঐগীনি হায়না লৌবা রাখল অদু ভগবৎ প্রেম কৌই। মীওইবা মপোক্কী মমুংদস্ত্ত, কনাগুম্বনা কনাবু রাখল চপ মুংনা পামশিনবগা লোয়ননা ঐগীনি হায়রবদি মী অদু মাগী হেক মওইরে। অমস্তদা লেপ্লবা অপাম্বগী শক্তিদি অস্তম তৌই। ভগবানবু কনাগুম্বনা মুংশিবগা লোয়ননা থম্মোয়শেংনা "ঐগীনি" হায়না নিংজরবদি, ইবুঙো মানস্ত্ত মাগী ওইবী, মানা পামজবা মতুং ইম্না ইবুঙোনা চৎপী, ইবুঙোনা মাগী নাক্তা লেঙবী, মাগী মখা পোনবী। প্রেমগী মশক ওইবী রাধিকা, ভগবান্না মহাক্কী ওইবিগনি, মাগী মনাক্তা লেঙশিল্লকনি মসিদা অমুক চিংনিঙাই লৈতে শ্রীমতি ইবেম্মনা মসিভবু উৎননবগীদমক মশামক্তা কৃষ্ণগী নাক্তা চঙশিন্দবনি। ভক্তনা ভগবানবু জয় তৌবগী মগুণ অদু উৎপনা শ্লোক অসিগী মরুনি।

মতাং অসিদা দ্বাপুরগী কৃষ্ণলীলা মরু ওইনা অচেৎ অকোম পুন্নমক্কী পাউখোল্লোই ওইরম্বা সুবল সখানা কলি যুগতা রাধা-কৃষ্ণ অনিনা দেহ অমত্তা ওইনা শাইওন্নকুবা শ্রীশ্রীচৈতন্যদেবগী লীলাদা ঙাইহাক্তফাওবা থাদোক্তনা সেবা ফংজরক্লবা গোরীদাস ওইনা শাইওন্নক্লনা, মপুন্সিগী অরোইবদা নিত্যাই গোর অনিগী মফমদা হাপখিবা প্রেমগী রারী, প্রেমবিলাস কৌবা ভক্তিগ্রন্থদা য়াওরিবা মতাঙ অদু পঞ্জনিঙিঙ। অহল ওইরক্লবা মতমদা মবুঙো অনিগী তুংইম্না থোগল চৎপা ঙম্লক্তবদা, নক্সা সেবা

কংলগে থন্দুনা নিত্যাই গৌর অনিগী প্রতিমা লিংখত্সুনা মন্দির অমগী মসুংদা লেপ্তশিন্নি। লেপ্তশিনবা মুমিৎ অসিদা গৌরী-দাস পণ্ডিত লৈকবা হরাই-চেংরাই থরনা মখুৎমক্তা লূক কৌদুনা কৎশিন্নগা করি হায়খি— "ইবুঙো অনি হাউবা-হাউতবা থিবীসু, ননাইনা কচ্চবা লুক অসি হাবো, সিংহাসন্দগী লেংথরক্লো।" উনা শাবা বিগ্রহনিনা ঙাংঙসু ঙাংলক্লে. লূকসু হাদ্রে। গৌরী-দাস প্রেমগী অশাউবা রাহৈনা— "ফরে নখোয় অনিনা হেক চাদ্রিবমখৈ ঐসু চাররোই, চাদদুনা অসুম শিরবসু ফরে।" অসুম্না থোং লোনশিন্দুনা মন্দির মসুংদা নাম শোন্দুনা লৈরে। গদাধর পণ্ডিতনা রা অসি তারদুনা প্রভূগী চরন্দা হঙ্গৎপদা মনাই পণ্ডিতকী নীংজবা থুংহনবীগে নীংগ্রমাল্লে— ময়াম্থু ইবুঙো নিত্যাইগা লোয়নননা লেংলক্লে। "পণ্ডিত করি তৌরি ঐখোয় লাক্লে, থোং হাংলো" প্রভূনা জাকপি। গৌরী থোং হাংলে. "ঐনা থোংগল লাকপদি ঙম্মক্তবনিনা নক্তা থোংগল কংগে হায়দুনা ইবুঙো অনিবু লাৎচরগা লূক কৎপদদি হাংদ্রে, অদুদদি, ঐসু চাদদুনা শিদোক্লগে তৌবনিদনা" রা অসি তাবদা প্রভূনা— "চেং চাক লৈরিবরা অমুক থোংগৎলো, চারগে" জাকপিবদা গৌরীদাস লূক কৌরে। লূকফম কয়া শেমজোগে হঙ্গৎপদা নংগীগা থানা মঙা শেম্মোদনা হায়না প্রভূনা জাকপি। ঐদি সেবা তৌজখিগনি, মরিত্তা শেন্নগে হায়দুনা লুকফম মরি শেম্লে - নিত্যাই গৌর প্রতিমা অনিগা নিত্যাই অনি গৌর অনি লুক হারে। অনি অনিমক করিমত্তা খেন্নদে, অশেংবা

নিত্যাই গৌরনা কদায়নো, অশাবা নিত্যাই গৌরনা কদায়নে, পণ্ডিত ঙকল্লে। মরিমক মন্দির মনুঙদগী লেঙখোরকপনি, পণ্ডিতনা ঙসাইমখৈ লুক হৌরিঙৈদা সিংহাসনদা পোখাত্তুনা লৈরুবনি মরিমক বা ঙাঙিঙ। লুক হাবা লোইরবদা, প্রভুনা—"পণ্ডিত ঐখোয় চৎলগে, ঐখোয় অনি অমনা নুঙনা সেবা তৌহৌরে, নাম শোনখিসিকো" হায়রম্লগা নিত্যাই গৌর অনি হনল্লে, অনিনা মন্দির মনুংদা চঙল্লে। পণ্ডিত খোঙ্গাল কাওবা খোগল তৌরুরগা বিদায় নিদুনা হল্লিল্লক্লে। সিংহাসনদা লৈরম্বা নিত্যাই গৌর অনিদা হঙ্গৎলকই "ইবুঙো অনি নুমিৎ খুদিংগী পুক থম-থম্বা লুক হাবিযু, ঙাইহাক চেম্লা মতম নত্তবা অতৈদা রারী-রাত্তাই কৃষ্ণালাপ তাহনবীযু" হঙ্গৎপদা খুমম্ব খুম্বিরক্লে, ঙগী মূর্ত্তি শেংনা অদুম লৈরে। পণ্ডিত পরপ পরপ চেন্দুনা চৎল্লিবা নিত্যাই গৌর অনিবু তাম্লল্লে, খেংনরে। প্রভুনা—করি তৌরে, করি রাৎলে পণ্ডিত! গৌরা লৈহৌরিবা অনি অসিদি রাস্থ ঙাঙদে, তিম্রবা সুংঙাইনি নিংদে, মখোয়বু চৎহনল্লগা ইবুঙো অনি লেঙশিন্দুনা লৈবীযু। অসুম হায়রবদা নিত্যাই গৌর লেঙশিন্দুনা মন্দির মনুঙদা লৈখি, মন্দিরগী মূর্ত্তি অনিচু লেঙাখ। পণ্ডিত সুংঙাইজৈ, প্রসাদি কংবরে। মতুংগী সুমিত্তা লুক চনবা মতমদা হায়গী অশাবা বিগ্রহশুম অদুম লৈল্লে; পণ্ডিত তাব তারে; কদি চঙলদুনা লাই মথৈ বা ঙাঙ্জবোইরে খনল্লে। মিত্রংশুম্বা বা শুইনা খোল্লবস্থ মসি চিংনবীগনু, খাজবনা লাম্মবনি। মনাইগী অশেংবা প্রেমগী মথা পোন্দুনা ভগবান লৈ

কায়বা উৎপত্তনি। বিগ্রহ অমি অসি সেবক শ্রদয় চৈতন্যদাসতা সেবা শিন্নরম্নগা গৌরীদাস স্বর্গতি ওইরে। শ্রদয় চৈতন্যদাসকী সেবক দুঃখী কৃষ্ণদাস—মহৈ থংদা শ্রীজীবগোস্বামীনা শ্যামলা কাম্বনা মিং থোন্দুনা রাস শাম্নবদা তাকৌংবা শ্রীমতি ইবেম্মগী নূপুরবু হাকথেংননা কৎখি কায়না ভক্তশিংনা থেম্নাং খঙবিবিবা অদুনি

অপরানিমিষদ্দৃগভ্যাং জুষানা তন্মুখাম্বুজম্
আপীতমপি নাতৃপ্যৎ সন্তস্তচ্চরণং যথা ।৬।

অর্থ:—অতোপ্পা গোপী অমনা মিৎ কুপ্তুনা শ্রীকৃষ্ণবু দর্শন কংদুনস্মু হন্ন-হন্না য়েংলি, অদুদস্মু পেন্দ্রি। সাধুশিংনা কৃষ্ণচরণ দর্শন কংদুনস্মু পেনবা নাইদবগুম্বনি।

নুংগী রস :—ভগবানগী নাকস্মু চত্তদবা, অতোনবা (দৈন্য) ভাবস্মু উত্তবা, মায়কৈ অনিমক্তী মরক্তা লৈদুনা সুংথোইননা মদীয়তাময় ভাব উত্তুনা শুকপেন পেন্দবা মিৎয়েংনা কৃষ্ণানুরাগগী খমথেংবা রাখম্না য়েংদুনা লৈরিবী মহাক অসি শ্রীরাধিকাগা রাখল মান্নবনা ইবেম্মগী চান্নবী সখীনি। মসি অতৈ কনা ওইরোই— ভক্তশিংনা খঙবিরিবা ললিতা ওইগনি। সাধুশংনা কৃষ্ণচরণ য়েংবদা পেঞ্জবা নাইদবগুম সখী অসিনা শান্ত দাস্য ভাবতা ভগবানগী চরণবু অদুগা, সখ্য, বাৎসল্য মাধুর্য্য ভাবতা শ্রীকৃষ্ণগী মায়থোংবু মাঙীনি খঞ্জরি। ললিতাগী ভাবতা মাধুর্য্যভাবকী মূর্ত্তি ওইবনা মাগী মিৎয়েং অদু মবুঙোগী মায়থোংদতা চিংনচিংনা য়েংব্রে, হোৗগৎপা ঙমখিদ্রে। অদুগুম্বা মায়থোং অদুবু অয়েংননা য়েংলুরবা মী অদুদি, মাগী মমিৎ অদু, অদুদা অদুম লুপ্তুনা লৈরগদবনি।

ললিতা সখিগী স্বভাব ( লমচৎ ) তি ইচং থোৌবনি। মহাক্তি ভগবানবু কন্নিমত্তা অকিবা নৈতে। ভগবানগী মকমদা যাদি পুম্না মনিং তম্বীনি। ভগবান্নফাও মহাকপু কিন্নিবনি। মহাক্তী অখাবা অপুম্বা, অম্বাকপা য়াওংনা ভগবানস্তু তপথবা ওমদবনি। রাধা-কৃষ্ণ অনি পুনবগী অথোইবী তেংবাংবীনি। ভগবানবু সুংশিবগী মরমদা রাধিকাগী চেক থংনবা মথংনি, মাদৈ হায়বফাও য়াই। রাধিকানা মপুংতানু মাগীনি থনবগী পম্মেং য়োবগুম ললিতাস্ত অদুম য়োৌই। মতম অসিনা মবুংতোগী নাক্তা চত্তদে। অস্তুম য়েং-তুনা লৈ। য়েংতুনা অস্তুম লৈবদস্তু, সুতাইবগী ওমথৈ থত্তদনা লৈ, মদনমোহনগী রূপ অদুবু য়েংবদা মমিৎ কুপনিংদে। মানা খল্লে— "ভগবাননা ইনাক্তা লাকসনু ভগবানগী মকমদা মনাই ভক্তনা মনিং তমজবা অমস্তুং ভগবাননা ভক্তগী মথা পোন্নি হায়বা অসি জগত্তা উৎকে।"

তংকাচিন্নেত্ররক্কেন হৃদিকৃত্য নিমীল্যচ
পুলকাঙ্গ্যুপ গুহ্যাস্তে যোগীবানন্দ সংপ্লুতা ॥৭॥

**অর্থ:—** কনাগুম্বী সখিনা মমিৎকী অহোবদা থোঙ ওইনা ভগবানবু থম্মোয়দা চিংশিল্লগা মমিৎ উইশিন্দুনা যোগীগী মতৌগুম পুক্লিং তুজুংনা নুঙাইনা লৈথোকখ্রে।

**নুংগী রস :—** গোপী অসিগী মতৌ অসি ললিতামকা মান্নৈ, অদুনদি মহাকস্তু মদীয়তাময় ভাবনি। মরম অসিনা মহাক অসি শ্রীমতি রাধিকাগী ফাওরবী সখী – বিশাখানি। ভক্ত বৈষ্ণবশিংনা হায়নৈ, শ্রীকৃষ্ণনা অনুরাগ তৌবগী মতিক চাবী গোপী কোটি

চহৎ শুই, মসি চিংনমনিঙাই ওইদি হায়রবু কৃষ্ণ তত্ত্ব অমসুং গোপী তত্ত্ব খল্লুরবদি চিংনমনিঙাই লৈরোই। মসিদগী হেন্না নম্রগা মশীং লৈতে হায়ররবসু হায়মনবা থোক্লোই।

গোপীশিংগী কাঙলুপ কাঙলুপ রাস্না লৈ। কাঙলুপ খুদিংগী লূচিংবী অমমম লৈ। লূচিংবী অমমমগী সখী নিপাল-নিপাল লৈবৈ। যূথেশ্বরী অমসুং সখী অপুম্বগী রাবু কনানা ইবা, হায়রবা তমগদগে? অশেংবা কৃষ্ণ নীংবা হায়রবসি ঐশ্বর্য অপঙবা লাইবক থীবগী মতিক চাবা নত্তে। অদুবু অশেংবা বৈরাগ্য ওইরগা অমদি ইবুঙো মাবু ফংনিংবা অদুগী থৌরাংবা অদু কনখৎলক্রগা, সৎ-গুরুগী পাউতাক মতুংইন্না ঐগী-ঐগী হৈনবা অধিকার (রস) মতুংইন্না, হায়রিবা সখীশিংগী মরক্তগী অখোইবা অমগী তুংইন-গদবনি। সখীগী তুংইনবা রাখলগী তুং ইনবা অমত্তনি। ইশাগী থম্মোয়না গোপীভাব খনগদবনি অমসুং গোপীভাবনা কৃষ্ণ নীংবগী নিয়মনি। রাখলতনা সখী অদু ওইনা, ঐনা উপাসনা তৌরিবা (নীংলিবা) সখী অদুমক্না থন্না হেন্না চাউবা সখী অমদা পুশিন-বীগনি। অদুদগী থন্না হেনবা নম্রগা মখুং চনবী সখীভাব লোগনি। মসিবু মঞ্জরী কৌই। সাধকপু সখীনা মঞ্জরীদা, মঞ্জরীনা মহাভাবকী মশক ওইবী শ্রীরাধিকাদা পুশিনবীগনি। অদুতদা আনন্দ বিগ্রহগী আলিঙ্গন অদু ওইগদবনি। প্রেমগী মূর্তিনা সখীনি, ভাবকী মূর্তিনা মঞ্জরীনি। প্রেমগী অর্থনা নুংশিবা, নুংশিবা অদুনা নীংলিবা অদুবু ভাব কৌই। কনা-গুম্বা মুপা অমনা মমাবুম্ নুংশি, মতুংনুম্ নুংশি; মচন

মচেবুস্ত সুংশি; অদুমদি ওইরবদা সুংশিবা মওংদি থেৱৈ। ভগবানগী মকমদা লৈবা ভক্তগী প্রেম অমসুং ভাবকী খেন্নবস্ত অদু মথাই। মসি উননবগীদমক শাস্ত্রদা সখী অমসুং মঞ্জুরী হায়না খায়দরিবনি। গোপীশিংগী রূপ লৈতে হায়বা নত্তে, অদুবু ভাবকী রূপ অদু খনবা ভক্ত মখোয় অদুডনা গোপীগী রূপ অদুনি হায়না লৌগদবনি।

সর্ব্বাস্তাঃ কেশবালোক পরমোৎসবনিবৃতাঃ
চক্ষুর্বিরহজং তাপং প্রাজ্ঞং প্রাপ্য যথাজনাঃ ॥৮॥

অর্থ:— খরায় পানবশিংনা ভূম্রিতৈগী মতমদা মত মতসম্-দগী মতকাউনবদা অরাবা পুৱা কোক্লবগুম, ব্রজগোপীশিংস্ত শ্রীকৃষ্ণদর্শন থেক কংবদা মবুত্তো কায়নরুবগী অরাবা পুন্নমক কোক্লুনা সুংডাইনখি।

নুংগী রস:- জীবগী ফিরেপ অসি অহুম ওয়ি—(১) ভূম-ভ্রিতৈগী, (২) মত মতলিতৈগী অমসুং (২) ভূমথুপ হম্না য়াতারি-তৈগী। ফিরেপ অহুমমক অসিদা হকচাংগী মনুংদা লৈবা খরায়দি ফিরেপ হোংবে। ফিরেপ অহুম অসিদা রাখল অমসুং রাখলগী মথা পোনবা হকচাং অমসুং ইন্দ্রিশিংগী ফিরেপ হোংবতনি। জীব হায়বসিদি দেহ লৈবতগী লৈজবনি. মরম অসিনা ফিরেপ হোংলিবা অসিবু জীবগী ফিরেপ্নি হায়না খনবতনি। লীলা অমা শারবা মতমদা, কনানা ভগোই শারি. কনা অমনা ঈশৈ শক্রি, কনা অমনা নোক্লি, কনানা কপ্নি, কনা অমনা ভূম্রি; শান্নকম অদুগী খাউমৈনা ভোতাল-ভোতানবা ফিরেপ্তা লীলা শারবিবা

মীশিংবু উহল্লগা, মশাদি চপ চাবা ফিভমদা অদুম কায়দনা লৈ, অদুগুম্রদুনা হকচাং মমুঙদা লৈবা থরায় (চৈতন্য) দি নাপলগা লোয়নরিবা দেহগী ইন্দ্রিশিংবু তোঙান-তোঙানবা মওংদা কোঙ-দোকই, মশাগী ফিরেপ্তি কায়দনা লৈ। লাইনিংবশিংগী থুদোং চাননবগীদমক ফিরেপ অহুম অসিগী মমুঙ চনবা থরায়সিগী মমিং অহুম থোক্লা খায়রি—(১) তূমদ্রিংঙদা থরায়গী মিং "বিশ্ব" (সংসার), (২) তূম্রিঙৈদা মঙ মঙবগী ফিরেপ্তা সাক্ষীগী মশক ওইবা "তৈজস" (মঙাল-মশেল), (৩) কম্না তূম্লিংঙদা সাক্ষীগী মশক ওইবা থরায় "প্রাজ্ঞ"। শাম্ভি ফংনবগী সাধন তৌরিবা মীশিংনা মসি খঙবদা কান্নবা পোংনি। হকচাং মমুংগী মরী-মতাং-শিংগী মিংবু শিংলী হায়না খঙনৈ; লাইয়েংবা তমগে হায়রবদি শিংলী থুদিংগী মমিং তমস্তং মথো খঙগদবনি। অসিগুম্রদুনা ফিরেপ পুম্বদা থরায়গী মিং অমতা ওইরবস্তু সাধকশিংনা ফিরেপ পুম্বদা ওইবা থরায়গী তোঙান-তোঙানবা থরায়-মিং খঙবা কৈ।

তূমদ হিপ্তবা মতমদা কর্ম্মেন্দ্রি, জ্ঞানেন্দ্রি পুম্বনা কর্ম্ম তৌদুনা মুঙাইবা নত্রগা অরাবা ফংনৈ। মসিদনি "বিশ্ব" কৌবা চৈতন্যনা সাক্ষি ওইনা লৈরিবসি। তূমদুনা মঙ মঙবা মতমদা ইন্দ্রি পুম্বা অসিনা মী অদুনা খল্লু-তৌরুবা রাখল অদুগী মতুং ইন্না ঙাইহাক মুঙাইবা নত্রগা অরাবা ফঙিঙ; মসিদনি "তৈজস" কৌবা চৈতন্যনা সাক্ষী ওইরিবা। তূমথুল হুম্না তূম্লিঙৈদদি অপোবা অকুপ্পা ইন্দ্রি পুম্নমক করিমতা থবক তৌদবগুম লৈ, অমুক করি হায়গনি পুক্লিং লৌশিং পুম্বা ইন্দ্রিগা মরী লৈনদে। মসিদমি "প্রাজ্ঞ" কৌবা

চৈতন্যনা সাক্ষী ওইদুনা নুংঙাইবস্তু অরাবস্তু করি অমত্তা য়াওদনা জীবনা লৈ। মসি মীপুম তিংনা খঙনরিবা য়াকমনি। মসিদা লুরবা শান্তি ওইবা নুংঙাইবদু ফঙিঙে। অসুম্বা প্রাজ্ঞ চৈতন্যগী হৌরকফম মরূগী মশক ওইবা ইবুঙো মাবু ফংবদা নুংঙাইবা অদো য়াথং খনবা মীতনা খঙবিবা ঙমগনি।

গোপী পুম্বা ময়ুম কাউব্রে, মশামকপুস্ত কাউব্রে, অদুগা মপানগী বিষয় পুম্বনা মখোয়গী ইন্দ্রিনা পামশিনবা লৈখিদ্রে। অসুম্বা অহানবদা থম্মোয়নুংদা লৈরম্বা "প্রাজ্ঞ" গা উনখিদুনা প্রেম-নেত্র ( নুংশি খঙবা মিৎ ) পাঙথোক্লে, মপান্দগী মশক মওং নাইবা "প্রাজ্ঞ" উবা ফংলে। মরম অসিনা গোপীশিংগী নুংঙাইবদু তুম-খুল চম্না অতুম্বা জীবনা নুংঙাইবদগী শরুক লিশিং হেনব্রে। থম্মোয়নুংদা মশক মওং নাইদবগা নুংঙাইমিন্নবগী রস, মপাম্মোং-দনা মশক মওং নাইবা নুংঙাইবগী শকলোন উজবা। নুংঙাই-নবা-হরাওনবা-পেন্নবা রসতনা মওং পাম্মা চোংথোরক্লবা "মদন-মোহন" রূপ দর্শন ফংবদা ভক্তশিংনা নুংঙাইববু করি য়াহৈনা ফোঙদোকদগে ; মসিগী পান্দম পীনিঙাই লৈতবনা জ্ঞান তাদব-মথৈ নুংঙাইনা তুম্ববু খুদমগী মশক ওইনা কৃষ্ণানন্দগী নাশোন ওইনা মহর্ষিমক্না পাসৈ অমা লৈত্রদুনা হায়রম্লে।

গোপীশিংনা কৃষ্ণ কায়নবগী পুক্নিং নুংশাংবা অদু পুমথা থাদোক্লে। মহর্ষিনা হায়রম্লিবা য়া অসি তারগা ঐখোয়গী ওইজবা করিনো ? গোপীশিংনা কৃষ্ণ কায়নবগী অরাবা ফংবদা ঐখোয়গী করি কায়বগে ? মখোয়না কৃষ্ণদর্শন ফংলগা অরাবা থাদোক্লে

কায়বা অসিনা ঐখোয়গী চাওখৎপনা করিনো? গোপীশিং শিগে শিসনু, হিংগে হিংসনু, মসিদা ঐখোয়গী চাওখৎপা—অমাঙবা করিস্ত লৈতে; অদুমদি ওইরবদা গোপীদগী তমজনিঙাই ওইবা করি লৈবগে হায়বা অদুওনি, ঐখোয়না খিগদবা। পুক্নিং চঙনা খল্লু-রবদি গোপীশিংগী ফিভম অসি ঐখোয়না তমজনিঙাই ওইবা পুন্নমক্কী খম থেংবা অয়োবীনি। অওইবমক্তি গোপীশিংগা কৃষ্ণগা কায়নবা লৈতে; ভগবানগা আত্মাগা অমত্তনি; মরম অসিনা মখোয়দা কৃষ্ণ কায়নবগী পুক্নিং সুংলাংবা করিমতা লৈতে। গোপী-শিংনা মীওইবা পুম্বদা তম্নীরিবদি—শ্রীকৃষ্ণ দর্শন ফংলগতা জীবগী লেঙত্রবা শান্তি ফংগনি হায়বা অসিতনি।

অওইবমক ঐখোয়না শ্রীকৃষ্ণগী শককম অদুবু নীংশিংদুনা খল্ল-রুরবদি তশেংনা খঙবা ঙমগনি—মঙাইবগী শকলোন ওইবা শ্রী কৃষ্ণবু উদবতগী ঐখোয়না অসুপ বারিবনি। সুমিৎ খুদিংগী নোঙানবদগীনা নোংানবা ফাংবা, পোকপদগীনা শিব ফাওবগী মনুংদা ফংলিবা অশান্তি (অরা-অনা-সুংলাংবা) ফংলিবা অসিগী শরুক লিশিংগী অমফাওবা খম্মোয় ঈংনা সুঙাইবা ফংত্রি। মসিগী মরমদি কৃষ্ণ কাপ্পবদগী থোকপনি হায়বসি ঐখোয়না খঙদে। ঐখোয়না অরাবা অসিবু সুঙাইবনি হায়না খল্লুনা কমদুদা লৈ-খোত্রি। মতম কুইনা নত্রগা মপোক কয়ারক্তা সংসারগী অরাবা খাঙলকপনা, অরাবা অদুদা শিজাং ওইগ্রে; করম ভোরগ অরাবা অসিদগী কনগদগে—লাম্থোকদগে হায়বা হোংনখিত্রে। কনাগুম্বা মী অমা রামত্রবদা সুমিৎ খরবং বন্দি (অকা-অপুন) নংলুবদা,

মহাক্লা মতম চুপ্পা মায়থোং মকশিং বনি। ভৌইগুম্বস্সুং কনাগুম্বা মতম কুইনা ফাতক তারবা মীদি ফাতক তাবগী অরাবা পুম্বা শিল্লাং ওইগ্রে, মহাক্লা অরামন ষাওদনা, মশামক্কস্ত পামদনা অরেপ্পা লৈতনা থবক শুই; মতম থক্কিং লোম্না পোথ্থাজবকাও ছাথিছাথিনা ফ্রিবনি; অস্সুম তৌনা লৈরিভৈদস্ত অশংবা মতমদা লখী মাম্নবা মমাম্নবশিংগা বারী-ব্রাতাই শাড়না নোকমিন্নবস্ত লেপ্পা নস্তে। মহাক্লা মস্সুম অমস্সুং মাগী ওইবা মী (মতু-মচা) নীংশিংবাকাও থোক্কবনি। অসিগুম্নদুনা ঐখোয়গী ফিভমস্ত অমতুনি। ঐখোয়না মপোক কয়া সংসারগী অরাশঙদা অস্সুম লৈরকপনা হৈনখিদুনা, পোথ্থানিঙাই লৈত্রবা অরাবগী মমুংদস্ত ইতু ইচাশিং ঐগুম্না সংসারগী অরাশঙদা লৈমিন্নরিবশিংগা নোকমিন্নদুনা হরাওনরি। ঐখোয়না ইশাগী মুম অমস্সুং মশাগী ওইজবা শুপ্তান তান্দ্রবা মরূপ্প কাউথোক্লি; মুঙাইবগী তুংফম ওইবা মাবু কাউথোক্লি; অড়না ঐখোয়গী লাইবক ফত্তবা ওইরিবনি। ব্রজগোপীশিংগুম্না থম্মোয়গী লেঙত্রবা মরূপকীদমক কপ্পা ঙম্বা মুমিত্তা, শোয়রোই ঐখোয়গী পুক্লিংগী অরাবা পুন্নমক মখাক লৈতনা কোকনি। ঐখোয়গী মিৎনা নীংথরবা মদনমোহন রূপ উবা ফংগনি।

তাভির্বিধূত শোকাভির্ভগবানচ্যুতো বৃতঃ।
ব্যরোচতাধিকং তাত পুরুষঃ শক্তিভির্যথা ॥৯॥

**অর্থ:** - ঈশ্বরগী ভৌবা ঙম্বা মগুণ পুন্নমক পুথোক্কনা শ্রীকৃষ্ণনা অরাবা লৈত্রবী ব্রজগোপীশিংগী মরক্তা ঙাম্মোইথক্লে।

**মুংগী রস:** - ব্রহ্ম হায়বসি সৎ (অরৈবা, অফবা), চিৎ (থম্মোয় আকাশকুম্না মপান নাইদবা) অমস্সুং আনন্দ (হরাও

মুংঙাইবা ) অহুম অসিনা পুনবনি। মরুম অসিনা ওমখৈ লৈ-
তবনি অমসুং মীচং মীথায় নাইদবনি। অসিগুম্বা ব্রহ্মনা পর-
ব্রহ্ম ওইনা কুংশিন্নকুনা শকওং নাইনা ভক্তশিংবু থৌজানবীগে
হায়না চাংদমনিঙাই লৈত্রবা ৎকনিঙাই ওইনা ফজরবা অমসুং
মুংঙাইবগী শকওংদা ফোঙবিরক্রে

তাঃ সমাদায় কালিন্দ্যা নির্ব্বিশ্য পুলিনং বিভুঃ
বিকসৎ কুন্দ মন্দারসুরভ্যানলষট্‌ পদম্‌ ॥১০॥
শরচ্চন্দ্রাংশু সন্দোহধ্বস্তদোষাতমঃ শিবম্‌
কৃষ্ণায়া হস্ততরলাচিত কোমল বালুকম্‌ ॥১১॥

অর্থ :— যমুনাগী তোর্ব্বান, শরৎকী অমকপা মাওত্রবা থাজগী
মঙালনা অহিংগী অমম্বা লৈত্রবা মফম, যমুনাগী খুৎকুমুব ঈপোম্না
চপ মান্নবা শেংদোক্রবা মেওলবা লৈচোই লম, শাকায়রবা কুন্দো,
মালিকানচিংবী লৈরাংগী মুংশিরবা লৈনম্ব পুদুনা তপ-তপা মানং-
বনা হুম্বিবা মুংঙাইরবা মফম অদুদা গোপীশিংবু পুদুনা শ্রীকৃষ্ণ
লেঙত্রে।

তদ্দর্শনাহ্লাদবিধুত হৃদ্রুজো, মনোরথান্তং শ্রুতয়ো যথা যযুঃ।
স্বৈরুত্তরীয়ৈঃ কুচকুঙ্কুমাচিতৈ, রচিকপল্লাসনমাত্মবন্ধবে ॥১২॥

অর্থ :— কৃষ্ণবু উজবা কংবদগী গোপীশিংগী থম্মোয়গী মৈচাক
পুম্বা কোক্রে। মথোয়গী কুঙ্কুমা লৈতেংলবা খাখুম ফিনা মবুঙো
লেঙশিন্নবা ফিদা শেমত্রে।

নুংগী রস :— গোপীশিংগী থম্মোয়মুংদা চাক্লবা অপাম্বগী
ওমখৈ ফংলে। আম্মাগী মরূপ চান্নথোইবগী কন্নবা থৌরাং তৌরে।

নিংজবগী পন্থুং য়ৌরবদা মধা করি থবক, করি সেবা লৈরি। প্রেম লৈবা মকমদা মশাগী ওইজবা থাদোকপা মহৌশানি। প্রেম সেবা তৌদনা লৈবা ঙমদে, মশাগী ওইজবা লৈত্রবস্তু সেবাদি তৌদনা লৈথোকপা ঙমদে। মুক্ত পুরুষ ( সংসার লাম্থোক্লবা ) মীনস্থ মূর্ত্তি লিংখত্তুনা ভগবানগী সেবা তৌই। ইশাবু ইকায় লনখুম্নবা, ইশাগী মুঙাইবা, ইশাবু সেবা তৌহন্নিংব' মসি প্রেমগী পান্ধমকম নত্তে। মুংশিন্নিবা অদুবু সেবা তৌবতনা প্রেমগী প্রেরকখি। কাম হায়না খঙনরিবা সংসারগী অমোংপা প্রেমদদস্থ মসিগী মঙাল চঙলিবনি। ইমাগী মকমদগী, মপুরোইব' নিংবী শুপীগী মক-দগী অমস্থুং পুকচেল তিংবা মরুপকী মকমদগী মসি ফঙিঙ। মরম অসিনা প্রেমিক ভক্তগী ভগবৎ সেবা হায়-বসি মহৌশানি। সেবাগীদমক্তা ভক্তনা পুন্নিং লাঙতক্লজবা অদু উবিদুনা ভগবাননা মূর্ত্তি পান্দুনা মশামক্তা সেবা অদু পৌবিদুনা ভক্তগী মুঙাইবা হেনগৎহনবি। ভগবানবু হকথেংননা দর্শন ফং-দ্রিবশিং অদুনা ভগবৎ প্রতিমা লিংখত্তুনা সেবা তৌজবনস্থ থরদং শান্তি ফংনরিবা অসিনি।

তত্রোপবিষ্টো ভগবান স ঈশ্বরো
যোগেশ্বরান্তর্হৃদি কল্পিতাসনঃ।
চকাশ গোপী পরিষদগতোঽর্চ্চিত
স্ত্রৈলোক্য লক্ষ্ম্যেকপদং বপুর্দধৎ।১৩।

অর্থঃ— ধ্যান্দা সমাধি ওইরবা যোগীশিংনা থম্মোয় থম্মালদা ইবুঙো মাগী লেঙশিনকন্নি থজন্নিবা অদুগুম্বা মুংগী বাখল পুন্নমকপু

উবিবা শ্রীকৃষ্ণনা গোপী সভা মরক্তা মখোয়গী উত্তরী ( থাখুম ফী ) না শাবা আসন্দা ফমদুনা অমসুং ইকায় খুম্নবা উত্তুনা মরোল অহম্মক্তা লৈবা ফজবা পুম্নমক্কী হায়নিঙাই লৈরবা শককম অদু পুদুনা নীংখিজরি।

নুংগী রস:— যোগীগী থম্মোয় আসন্দা লেঙশিনবীরিবা ইবুঙো মহাক্না. গোপীশিংগী উত্তরী আসন্দা ঙাম্মোইবীরি। তশেংনা হায়রবদি যোগীগী থম্মোয় আসন্দা লেঙশিনবদদি অদু য়েৌনা ফজবা নত্তে। ফজবা হায়বা অসি মখল অনি শুরি:— মপান্দা ফজবা অমসুং মনুঙদা ফজবা। মপান্দা ফজবনা শকুনি. মুংদা ফজবনা শুন্দনি। মপাম্মোংগী মিৎয়েংদত্তা উবশিংনা হকচাংগী ফজবা লৈতেং, শেৎলিবা ফীজেত্তা য়েংদুনা ফজে হায়না খাগৎনৈ অদুগা মুংগী মিৎয়েং য়েংবশিংনা খোঙাল অমসুং মরমচৎ কায়দবু ফজে হায়না খাগৎনৈ। মতিক মঙাল চাউবা নিংথৌ অমবু মমান্নবা নিংথৌ অমনা বার্ত্তন ভোরক্নুনা চৎপা ভাবদা মখলমখা অয়াম্বা ফিজেৎ লৈতেংদুনা মনাই-মশলগা লোয়ননা চৎলগা সনাগী ভাঙবলদা কম্বদো মপাম্মোংগী ফজবদি থোকই; মদুনা মুংগী ফজবদি উবা ফংদে। অদুম্বা মতিক মঙাল চাউবা নিংথৌ অদুনা লায়রবা অমগী বার্তন্দা চত্তুনা, লায়রবগী উনাগী খাংপোকশঙদা, কচ্চরিবা নাপীগী ফিদাদা লেঙশিনবীরবদি কয়াত্তা ফজগবা অমসুং মুংগী ফজবগী মিংচৎনা মায়কৈ পুম্বা শরা শনগদবনি। শেংলবা অমসুং অখঙবা হায়বদুগী মশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা যোগীগী লাইনিং পরৈ অচেৎপা অদুতনা শেংবা চামথোক্লবা থম্মোয় আসন্দা

"অন্তর্য্যামী" মশক ওইনা চাম্থোইবীবা অদুনস্য অদু য়েৌনা ফজদে ; মদুদি মহৌশাগী মশা অদুম ওই, মদুদা য়েংনবা অমম্তং তানবা করিস্ম লৈতে। পূম্নমক থাদোক্লবী, বন্দা লৈরবী গোপকামিনী-শিংনা তিঙ শোক্লা কৌক্লবদা যমুনা তোর্বান্দা লেঙলক্কুনা মখোয়না শিজিন্নরবা অমনবা উত্তরীগী আসন্দা লেংশিনবা মতমদা "দীনবন্ধু" (অতোনবগী মরূপ) কোবা ইবুংঙো মাগী মিংলেন অদু ময়েক লানা উংখি — মাগী শ্রীমুখদগী থোকখিবা "জীব অপুন্নদা চপ মান্নবা ব্রাখল লৈবী" হায়রবা অদুগী থুদম "যে যথা মাং প্রপদ্যন্তে তাংস্তথৈব ভজাম্যহং" (মানা মানা নিংজব মওং অদুদা থ্রেনা অদুম থোজানবী) হায়রবা বাহৈ অসিস্থ পাঙ-থোক্লে। মতম অদুদা "দয়াময়" কোবা মিংলেন অদু অচুম্বনি হায়বস্থ খঙনখ্রে অস্তুম্বা ফজবা মফজ অদো যমুনা তোর্বান্তদা নত্তে, শ্রীবৃন্দাবন্তুদা নত্তে, ভারতবর্ষদতা নত্তে - মরোন অহম্মক্তনি। ঙসিফাওবস্থ ভক্তশিংনা অদুগুম্বা মঙাল অদুগী পাইনা সাধন-মার্গগী লমজিং ওইনরি। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা নাপলগা লোয়নরবা মহারাজ দুর্যোধনগী বার্তন্দা লেংদুনা সনাগী পাত্রদা হাপ্লবা, নিংথৌতনা চাবদা মতিক চারবা চিঞ্জাক হাবন্নবদি, ঙসি ফাওবদা কনানস্থ শোন্নিঙাই নীংশিংনিঙাই ওইরম্মোই। তোনে হায়না চক্করবা বিদুরগী বাইকুপ হাবিবদগী মতম কুইনা ঙান্নুনা লৈরিবা অসিনি। যমুনা তোর্বান্দা গোপীগী অমনবা ফিজিগী আসন্দা ঙাম্থোইরিবা ইবুঙো মাবু হকচাং পুক্লিং বাহৈ পুম্না থুরুমজসি।

"হা কৃষ্ণ! থৌজালগী চাংজৌ নাইহবা ঈপাক-ও!
তোল্লবা জীবগী মরূপ, জগৎকী মবুঙো-ও!
খম্মোর শিংনা থুরুমজে, অয়েম্মা লৈতবা ঈচেন!
গোপ-গোপীগী মবুঙো, রাধিকাগী খম্মোয় মরন।

সভাজয়িত্বা তমনঙ্গদীপনং
সহাস লীলেক্ষণ বিভ্রমভ্রুবা।
সংস্পর্শনেনাঙ্ক কৃতাঙ্ঘ্রি হস্তয়োঃ
সংস্তুত্য ইষৎকুপিতা বভাষিরে ॥১৪॥

অর্থ:— গোপীশিংনা ভগবানগী মীপুংশি খঙবীদবা শাক্তং অতূনা হাইফেং শাউখি। অদুবু ইখন্ড খঙহৌদনা দর্শন পীন-বিবদা হরাউজে; মরম অসিনা মোমোন নোকুনা পীগুম শুরা য়েংদুনা সুংশিনা শাউবগী ভাব অমসুং তম্পাক্তা থোঙ-খুং খমদুনা সেবা তৌবনা পেঞ্জগদবগী ভাব উত্নুনা কাম গোল্লনবগী মশক ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণদা হন্নচ্চয়রকই।

নুংগী রস:— ইবুঙো মাবু সুংশিজবী গোপীশিংনা নায়ক ওইরিবা মাবু উজবদা হেম্মোইনজবগী ভাব মথক্তা হায়রে অতুগা খম্মোয়নুংদা মতম পুম্বদা নীংজরিবা ভগবানবু উবদা থাইবগী হেন্না সুংশিজবগী পুন্নমক্তগী হেনবা ভাব উৎলি।

গোপীশিংনা হায়রি।

ভজতোঽনু ভজন্ত্যেক এক এতদ্বিপর্য্যয়ম্।
নোভয়াংশ্চ ভজন্ত্যন্য এতন্নো ব্রূহি সাধুভোঃ ॥১৫॥

**অর্থ** : — হে কৃষ্ণ! সংসার অসিদা মী মথল কয়া কয়া লৈ - মখোয়বু সুংশিরগা সুংশিবী ; কনা কনাগুম্বনা সুংশিজ্রবসু সুংশিবী অদুগা কনা কনাগুম্বনা সুংশিরবসু সুংশিবীদে। ইবুঙো নংনা ঐখোয়দা মসি শন্দোক্না তাকপীয়ু নত্রগা নহাক অসি হায়-রিবা মী মথলশিং অসিগী মনুঙদা করম্বা কাওলুপকী মীনো হায়বদু তাকপিয়ু।

**নুংগী রস** :— মপান্থোক্পদি করেম্বা রাইগী হৈশিংবা রাজাচনা শ্রীমুখমক্তদগী মদুঙোনা থম্মোয় কায়হনখিবগী রাকম কোকদোক্কবগী রাখল, অদুগা মমুচদনা ভগবন্না ভক্তগী মকমদা করিগী মশা দুপ্লিবনো, অদুগা কনাগুম্বগী মকমদনা ইবুঙোগী থৌজাল পীবিদুনা মতম কুইনা ভাস্তোইবীরিবনো হায়বা অসি শ্রীমুখদগী জগৎ অসিদা কোকদোকপিবা পামজবগী রাখলনি। রাজাক অসি হৈশিংবীগী মতৌ লৈবা অদুগ কজবসু ওইরি।

ভগবান্না মাঙখবা ( উহনখিদবা ) অদুমক্তদা কৃষ্ণদা থরায় কৎপ্রবী গোপীনা য়াম্না রাংবা নাপলনা থম্মোয় চাকখিবা, য়াম্না তমখিরবা অরাপা মৈচাক থাঙবা অমসুং অয়ংননা সুংশিবদগী ভপথবা ভমদনা লৈরম্মী। থৌজাল হৈবা মবুঙোনা অমুক হন্না মত্তোমত্তা কোকবিরকপা অদুদা মখোয়গী তমখিনা রারম্বা অদু কোকপ্রে। মখোয়গী সুংডাইজবগী ভমথৈ লৈখিত্রে। মমাংমক্তদা মবুঙোন সচ্চিদানন্দ মদনমোহন রূপ ওইনা দর্শন পীবিরমক্তদা ভমথৈ লৈভনা হয়াউরবস্ত নাপল অমসুং অশাউবগী রাখল হৌভিক কাওবা থম্মোয়সুংদা মমি তারি। মরম অদিনা থম্মোয়

কনবা ভগবান্দা রাহৈ অমা অনিদং ভাহন্দ্রগদি গোপীশিংগী থম্মোয়দো ঈংদ্রে। মুংশিবগী নাপন অসিদি অসুম্বা অচুম চৎনমাদে। ভাইবংদা মুংশিবাদি অসুম ওই হায়বা মীপুম তিংনা খঙনৈ অদুবু ভাইবংগী রাংমদা লৈবা ভগবৎ প্রেমদসু অসিগুম্বা প্রেম ঈখো লাংবগী নাপন অসি ওইবা রাবিগদ্রা হায়বসি ঐখোয়না খঙবা ঙমদ্রে। ভগবানগী মকমদা পুকচেল তিংনা প্রেম পোকপা ঙম্ববা মখোয়ভনা ভগবানবু মাখোয়গীনি হায়বা ঙম্লিবা, ভগবানগী মকমদা মখোয়গী অকিবা, হঙ্গোইবা লৈতবা মসিভনা মখোয়গী নীংজরিবা পাক্কমকাদ্র।

ভগবান্না হায়রি।

**মিথো ভজন্তি যে সখ্যঃ স্বার্থৈকান্তোদ্যমা হিতে।**
**ন তত্র সৌহৃদং ধর্ম্মঃ স্বার্থানং তদ্ধি নান্যথা।১৬।**

**অর্থ**ঃ— মথীশা! মহৈ মহৈ নীংনরিবা হায়বদি মুংশিরগা মুংশিরিবা মখোয়গী মচৎ অদো মশাগী ওইজবা ভানবনি। মরম অসিনা মখোয়দো মশানা মশাবু মুংশিজবনি, মহাক্না নিজরিবা অদুগী মুংশি লমন লৈতে - ধর্ম্মসু নত্তে। মরমদি মাগী ভজন মওং অদু স্বার্থ (মশাগী ওইজবা) নত্তনা করিসু ওইবা রাদে।

**নুংগী রস**ঃ— ভগবান্দা গোপীশিংনা হংলিবা রাহং অসি অহুম থোক্না থায়রি— (১) নীংজরগা নীংবী, (২) নীংজদ্রগসু নীংবী, (৩) নীংজরগসু নীংবীদে মদ্রগা নীংদ্রগসু নীংবীদে; অহুম অসিগী মরক্তা ইবুঙো নঙ অসি করম্বংনা? মসিদা ভগবাননা অহানবা রাহংগী পাউখুম পীরি।

জগজ্জীবগী চঙজকম ওইবা সচ্চিদানন্দ মূর্ত্তি ভগবান্তনি শ্রীমদ্ভাগবতনচিংবা ভক্তি শাস্ত্রগী বা ভাঙকম অমসুং পান্দমকম ওইরিবা। অদুম্বা ভগবান অদুবু ফংগে হায়রবদি লৌনম য়াও-প্রবা ধর্ম্ম হায়বদি মরী থাংদবা ভক্তিতনা ওইগদবনি। মহামুনি বেদব্যাসনা লেংবা শ্রীমদ্ভাগবতা মশাগী হায়বা ভাস্রবা অকবা মী-শিংনা সাধন ভৌবগী মতিক চাবা লৌনম লৈত্রবা অখোয়বা ধর্ম্ম করিনো হায়বদু লেপ্লিরম্মে অমসুং মসিদা জীবগী ভঙাই-কদনা খঙদবা য়াত্রবা, তাপ অহুম কোক্লবা, মঙ্গল পীনবা, খোইদোকপা অচুম্বা পোৎ অদু পীবিরম্মে। মরম অসি পামশিনবগা লোয়ননা শ্রীমদ্ভাগবত ভারগা বিন্দনা ভগবানবু খম্মোয়দা পুবা ঙমগনি; অতোপ্পা শাস্ত্রগী দরকার ওইদে। ধর্ম্ম অদুগী মরুদা থাইগী (অচম্বা মীওই স্বভাবকী) ফলাকাঙ্ক্ষা (মহৈ পাম্বা নত্রগা লমন শিং-লকপা পাম্বা) লৈরিবা অদু নমথাকী ধর্ম্মনি—মদুদি ধর্ম্ম শুপনৎ নত্তে। মরম অসিনা ভগবাননা হায়রীরি—মহৈ মহৈ ভজন ভৌনরিবা হায়বদি সুংশিরগা সুংশিবী, কাম্রনবা ভৌরগা কামবা লমন খুমকই হায়বা অসিদা সুংশিনবা লৈত্তে, ধর্ম্মসু নত্তে। মসিদি ভজনগী পীথোক-পীশিন ভৌনবনি; সুংশিবা লৈন-য়োম্নবনি, উপকারগী শিংদোক-শিংজিনবনি। ঈশ্বর নীংবদা, ভগবান পূজা ভৌবদা ফল নীয়বদি, নমথাকী পূজানি। মচা মরন পামদুনা ঈশ্বরবু নীংবা, পূজা ভৌরিবা, স্বর্গ ফংনিংবা লাইনিং অসিগী মরুদি—হৌরককমদি মচা মরন অদুনি হায়বা ঈশ্বরনা উই। পূজা অদুদা লৈরিবা ভক্তি অদু মচা মরম্বনি, ঈশ্বরদা নত্তে। অদুগুম্বা

লাইনিং অদো অরৈ-অয়োনবগুম্বনি। ফিয়োনবীনা লুপা ফংলগা মাগী য়োল্লিবা ফিদু অরৈবা মীদা, অরৈবা মীনা লৈনিংলিবা ফিতু ফংলগা শেল পীবা অদুগুম্বনি। ঈশ্বরনা মচা মরন পীবা মীনা ঈশ্বরগী পূজা তৌবা, মীনা পূজা কৎলগা ঈশ্বরনা মচা মরন পীবা। মসিবু ভশেংবা অরৈ অয়োন ওইরোইদ্রা? অসি-গুম্বা অরৈ অয়োনগী মরক্তা শ্রীকৃষ্ণদি লৈতে। কৃষ্ণ ভজন্দা পীথোক-পীশিন, রায়থোক-রায়শিন, ছিন্দোক-ছিঞ্জিন করিমত্তা লৈতে।

চৎনরিবা দেব দেবীগী প্রতিমাদা উবা ফঙিঙ, কনানা বর পীনবিরী কনানা কিদবা, কনানা য়েক্রবা মাঙহনবীরি; অদুবু শ্রীকৃষ্ণগী মূর্ত্তিদদি পুম্নমক অদু লৈতে; নুংঙাইতবগী মশক ওইবা ত্রিভঙ্গ ভঙ্গিদা লেপ্পুনা শুম্মাৎনবগী মশক ওইবা মুরুলীদা ঈশৈ শক্নুনা লৈবী। লোথেক লোকোই য়াওদনা মহাকপু নীংজ-রগতদা মাবু ফংবা ঙমগনি। নত্রবদি করিমত্তা ফংবা য়ারোই, অতোপ্পা অপাম্বা মথল অমগা য়াওনা মাবু নীংলবদি (নী·বনদি) ইবুঙো মাবু ফংলোই। নোংমা নত্রগা নোংমদি শোয়দনা মাঙ-প্রগদবা স্বভাবনা (লিচৎনা) মাঙখিগদবা পোত্তা, অমাঙ-অতা লৈররোইদবা নুংঙাইনিঙাই লৈতে। মাঙখিগদবা পোংকা থম্মোয়-নুংগা মরী থাদোক্রবতদা নিত্যানন্দ (মতম চুপ্পা নুংঙাইবা) অদু কংই লায়বসি তত্ত্ব খঙলবা মীতনা খঙিঙ। অতোপ্পগা কামনা অমা লৈবা মফমদা কৃষ্ণ লৈতে, কামনা লৈতবা মফমদা কৃষ্ণ লৈ। নীংজরগা নীংবীগনি, কাম্নবা তৌরগা কাম্নবা লমন

শিংলক্কনি, মুংশিরগা মুংশিবীগনি হায়বা অসিগী মমুঙদা কৃষ্ণ লৈতে। ঐখোয়না শাস্ত্রদা উবা ফংডিঙ, ভজন তৌদ্রবদি ভগ-বানবু ফংদে ; মরম অসিনা শাস্ত্রবিধি মতুংইন্না ভজন তৌগদবনি। ভগবানগী য়াথং—"যে যথা মাং প্রপদ্যন্তে তাংস্তথৈব ভজাম্যহম্।" (মী মীচুনা পামজবা অমগীদমক্তা ঐবু নীংজবা অচুগী মতুংইন্না ঐনা ফল অচুম পীবি)। মসি ভগবানমক্কী য়াথংনিদি হায়রবু, ভগবানবু নত্তবা অতোপ্পা করিগুম্বা অমবু পাম্মিবা মীগীদমক্তা হায়রম্বনি। গোপীশিংগী পান্দমদি ভগবানবু ফংবনি, অতৈ করি-সুবু নত্তে। ভগবান ফংবা অসি ভজন নত্তনদি ওইদ্রবস্তু ভগবানদি ভজনগীদমক ডাইবীদে—কনানা ভজন তৌরক্লবদি ঐনা অচুম পীবিগে হায়বগী রাখল তৌবীদে।

মীওইবগী চৎনরিবা ভজনগা ভগবৎ ভজনগা খেন্নরিবদি—লৌকিক ভজন্না মায়কৈ অনিমক্কী হায়বদি লমন থুম্নবগী আশানি, ভগবৎ ভজন (অলৌকিক ভজন) না ভক্ত অমসুং ভগবান অনিমক্কী করিগুম্বা লমন থুম্নবা (প্রত্যাশা) লৈনদে। মরমসিননি ভক্তনা ভজন তৌবদা ভগবান্না হেক্তা মশাবু পীথোকই ; মসি লৌকিক ভজন্দগী পুমতোপ তোপ্পী। থূদমদি—অরঙবা কোল অমসুং লৈতুম অমগগী মরক্তা অঙাংবা লৈ অমা থম্লবদি অরঙবা কোলদা মমি তাবগুম লৈতুমদদি তারোই। অসিগুম্লদুনা গুণচেনবা পোত্তা মীহৌবা থাদোক্লবা মী অচুগী অমকপা লৈত্রবা থম্মোয় অচুদা ভগবানগী মমি তাগনি, গুণময় ওইবা থম্মোয় অচুদদি মমি তারোই। মরম অসিনা ভগবান্না হায়রি—সখীশিং! ভক্তনা

ভজন তৌবদা ঐনা খোজানবী হায়বসি অচুম্বনি, অদুমদি ওই-রবদা মসি লৌকিক ওইবা মশাগী ওইজবা তানবা লৌনমগী ভক্তনদি নত্তে অমসুং লৌকিকী ওইবা লৌনবা প্রতিদানসু নত্তে। অদুনা ঐনা তৌরি তৌরিবা ভজনগী মতু'ইমা খোজাল পীরবসু নখোয়গী অহানবা রাহংগী মমুও চনবা মীগী মরক্তা ঐবু চঙ্গিন-পদবা নত্তে।

মুংঙাইবা হরাওবা হায়বা অসি ব্রহ্মগী মশক্তি। শ্রীকৃষ্ণ হায়বা ভগবান অসি মুংঙাইবগী মূর্তিনি। মরম অসিনা ভগবানবু কংবা অদুগা অতংপা লৈতনা মুংঙাইবা ফংবা অমত্তনি। বিষয়দা মুংঙাইবা পাম্লিবা মথে লত্তনা মুংঙাইবা ( নিত্যানন্দ ) হায়বদু লৈতে, কামনা ( অপাম্বা ) লৈত্রগদা নিত্যানন্দ ফংগনি। ভগবান্না উদ্ধবডা তাকপীখি "দুঃখং কামসুখাপেক্ষা সুখং দুঃখ-সুখাত্যয়ঃ।" ( মুংঙাইবা পাম্বতগী খোরাংবনা অরাবনি অদুগা অরা মুংঙাইবগী মরী থমদবতনা মুংঙাইবনি ) মরম অসিনা বিষয়দগী পোকপা মুংঙাইবা পাম্লিবা মথে কৃষ্ণ ফংবগী আশাদি রাম্না লাপলি। মতৌ অসুম গোপীশিংদা পাম্দমদুনা মীওইব-শিংনা খঙজনবা ভগবান্না তাকপী'রি।

ভজন্ত্যা ভজতো যে বৈ করুনা পিতরৌ যথা।
ধর্ম্মো নিরপবাদোহত্র সৌহৃদঞ্চ সুমধ্যমাঃ ॥১৭॥

অর্থ :— হে ফজবীশা! খোজাল হৈবা মী অমসুং ইপা ইমানা ভজন তৌত্রবসু ভজন তৌই। অসিগুম্বা ভজন্দদি তরু-তরুবা ধর্ম্ম লৈ ; চায়বগী থম্মোয়গা থম্মোয়গা মরীসু লৈনৈ।

নুংগী রস :— সংসার অসিদা নীংনবা হায়বদি নুংশিনবা অসিমক লোনম হায়বদি ইশাগী ওইজবা য়াওই হায়বসি শাস্ত্রনা য়ারবা অমসুং মিৎমক্না কেক উরবা রাকম্নি। নুংশিবীরকপগী ভাইদনা, নুংশি লমন থুম্নকপগী রাখল য়াওদনা, মীবু নুংশিবা অমসুং মীগী কান্নবতা ভোবা থোজাল হৈবা মীশিংদি সংসার অসিদা ওয়্থোকনা য়ামদে। মশাগী কান্নবা য়াওদনা নুংশিবা হায়বত্ত কদায়দা লৈবগে খল্লুরবদি ইপা ইমাগী থম্মোয়ভদা লৈ। মচানা ভজন ভক্তি ভোবিদ্রবস্থ মমা-মপানদি নুংশি অমসুং লুনা ভোই। থোজাল হৈবা মীশিংনা মীগী কান্নবা ভোবা অদু ধর্ম্মনি। অদুগা মমা-মপানা মচাবু নুংশিরিবা অদু অকবা থম্মোয়নি অদুবু ভগবাননা হায়রি—অসুম্বা থোজাল হৈবগী ভজন অমসুং মমা মপাগী ভজন অসিদা ঐহাক লৈতে। থোজাল হৈবগী থোজাল, মমা মপাগী নুংশিবদগী ঐগী থোজাল অমসুং ঐগী মনুংশি অসিদি পুমতোপ তোপগ্রবনি থোজাল হৈবগী থোজালদি অহুগুনগী মওং লাকপনি। কনাগুম্বগী অরাবা উরগা, থোজাল হৈবগী থোৎলবা পুকচেল অদুনা কপ্পি. মহাক্না মশাগী ওইজবা শুকয়াও য়াওদনা রারিবা মীদুগী অরাবা কোকহন্নিডিঙ; মসি কয়াদা ফজগ্রবনো? অদুবু ঐদি প্রকৃত গুণগী রাংমদা লৈ অমসুং নিত্যানন্দ স্বরূপনি; মরম অসিনা মীগী অরাবদা ঐনা রাবরা নত্রগা থোজানবিবরা ; নত্তে.—রাদে, থোজানবিদে। মপা মমানা নুংশিরিবদু মচা কৌবা অরেপ্পা অদুবুভনি, ঐনা নুংশিবদি জগৎ অপুম্ববুনি। ঐগী থোজাল অমসুং ঐগী নুংশিবা অসিদি মরম

সুকলৈ লৈতে। ঐহাক্তি থৌজ্ঞালগী মশক্তি। নুংশিবগী মরূনি, খ্বাই পুন্নমকপু থৌজানবী—খ্বাই পুন্নমকপু চপ মান্নবা নুংশিবী মসি খঙলগা লোইরে। "সমোহহং সর্ব্বভূতেষু ন মে দ্বেষ্যোহস্তি ন প্রিয়ঃ। যে ভজন্তি তু মাং ভক্ত্যা ময়িতে তেষুচাপ্যহম্।" ঐদি পুন্নমক্তা চপ মান্নৈ, কনাবু নুংশিদবা কনাবু নুংশিবা লৈতে। ঐবু ভজন তৌরিবা ভক্ত অদু ঐনস্তু মাবু অদু মঙাই। অদুনা নখোয়না হায়রিবা নীংদ্রবস্তু নিঙিঙ হায়রিবা অদুগী মমুঙদা ঐদি চন্দে।

ভজতোহপি ন বৈ কেচিদ্ভজন্ত্যভজতঃ কুতঃ।
আত্মারামা হ্যাপ্তকামা অকৃতজ্ঞা গুরুদ্রুহঃ ॥১৮॥

অর্থঃ—কনা কনাগুম্বা আত্মারাম (মশা মতোমতা পেঙ্গ-রবা হায়বদি পানগী রাখল য়াওদ্রবা) কনা কনাগুম্বা মানা নীংবা থুংলবা (আপ্তকাম ওইরবা), কনা কনাগুম্বা তৌবীমল খংদ্রবা অদুগা কনা কনাগুম্বা গুরুদ্রোহী (মাগী কান্নবতা তৌবিবা মীগী মফমদা মাগী মাঙননবা শীনবা) মখোয় অসিনা নীংলবস্তু নীংদে, নীংদ্রবস্তু নীংদে।

নুংগী রসঃ—গোপীশিংগী অহুম শুবা রাহং—নীংলবস্তু নীংদে, নীংদ্রবস্তু নীংদে হায়বা অসিগী মমুঙ চনবরা ইবুঙো নংবু হংখিবা অদুগী পাউখুম। গোপীশিংনা রাহং অসিগী মমুঙ চল্লি ভগবান্দি, অস্তুম্না খল্লম্মী। ভগবান্না ঐদি মদুগী মমুঙদস্তু চস্ত্রে মরমদি—আত্মারাম ওইরিবশিং অদুনা মশাতগী নুংঙাইবতা হোংনবনা মতোমতগী মমুঙদা উই, মপানগী মীৎয়েং য়াওদে।

ঐসু আত্মারামনিদি হায়ববু, ঐদি পুম্নমকপু য়েংবা তায়; ঐদি মতম পুম্বদা জগৎ শীন্না মশীং লাকঙমদ্রবা জীব পুম্নবু মুংদম্ব পান্দসু উরি, য়েংলি; অদুনা মখোয়গা (আত্মারামশিংগা) ঐগা মান্নদে। মনিং থুংলবা (আপ্তকাম) মীশিংনা পানগী মিৎয়েং লৈরবসু, মখোয়গী অপাম্বা অমুক লৈত্রে, অদুনা কনাবুসু মখোয়না মুংশিদ্রে। ঐসু আপ্তকামনিদি হায়ববু, ভক্তশিংগী ইচ্ছানা ঐবুসু নমতুনা ইচ্ছা লৈহল্লি। মরম অসিনা মখোয়গসু ঐবু চাংদম্নবা য়াদে। তৌবীমল খঙদবশিং অদুগসু চাংদম্নবা য়াদে মরমদি ঐদি ভক্তগী তৌজ তৌজরিবা ভজনগী মতুংইন্না মহৈ পীবি। অদুগা গুরুদ্রোহীশিংগসু নাইত চানদে, মরমদি অসুম্বা পাপ চেনবা জীবশিংদদি ঐ অসি যমনি।

১৬, ১৭, ১৮ শুবা শ্লোক অসিদা হৈ-শিংনা হংলক্রবা গোপীশিংগী রাহং কিশি অহুমদগী য়াম্না শিংনা শ্রীকৃষ্ণনা নাম্থোক্লে। অদুগা ফগুবা ওইয়ু নত্রগা অফবা ওইয়ু জগৎ-জীবগী লমচৎকা ভগবানগা মান্নদে। ভগবান্দি স্বষ্টি (জগৎ শেম্নকপা) বাংমদা লৈ হায়বা অসি উৎপিরি।

না হন্ত সখ্যো ভজতোহপি জন্তূন
ভজাম্য মাষামনুর্বৃত্তি বৃত্তয়ে।
যথাধনো লব্ধধনে বিনষ্টে
তচ্চিন্তয়ান্যন্নিভৃতো ন বেদ ॥১৯॥

**অর্থ:**— হে সখীশা! লায়রবা মীনা ঈশ্বরগী থৌজান্দগী লন ফংলগা মাঙপ্রবদা লন অদুগী বাখল্লদা লুপ্না অতৈ করিমত্তা

খঙবা ওমদবগুম, ঐগী ভক্তশিংনা মতম পুম্নমক্তা ঐবুতা নীংঙুনা লৈবদগী জগৎপু কাউথোকখিবা য়াই, মরম অসিনা ঐনা ভক্তবু নীংদে হায়রবসি উহল্লগা মাঙিঙ।

নুংগী রস :– রাস লীলাদা পুপা পুপী নুংশিনবগী (প্রণয়গী) ভাব খজিক লৈরম্বা অদু মতাং অসিদা কোক্লরে। ভগবান্না মশা-মক্লা মচিন্দগী মশাগী লাইগী মতো ওইবা অদু ফোংলরে। ভগবান্না মশাগী দোষ কোক্লনবা হোৎনবতনা পেল্লে; অহোই-নদুম অৱাবা পীবগী মমুঙদম্ মশাগী অশেংবা থস্মোয় ফঙবগী অমম্নুং নুংশিবগী খুদমম্ উৎসি। সংসারগী অৱাবদগী লাম্থো কুনা মতম কুইনা ভগবানবু ফংলগে নীংলবদি অঙৎপা লৈতনা, থৱায় চাক্লা, পুক্লিং ৱানা, শুপকায় কায়দনা, ভগবত চিন্তা তৌগদবনি; মসিগী নাতৈদা খুদম পীদুনা উৎপিরে। মীওইবনা মরু ওইনা খোয়াংবা, ফংবনম্ খোয়াংবা হেনগৎপদা মওইবা করিনো লল। ঐখোয়না পয়সা অমবুম্ য়াম্নবা লম্নি খল্লি; মায়দা চন্দন; খুত্তা মাল। পায়দুনা অউবা মীগী মিত্তা ভক্ত শাদুনা, চিন্দদি পয়সা পয়সা হায়না জগৎ অসিদা নমথাক তৌরি। ঈশ্বর নীংগে-ফংগে হায়রবদি থস্মোয় ফবা অরৎপা লৈতবা থ্যাস্তনি—কান্নবা। ভগবানদি অন্তর্য্যামীনি মীগী থমুং খিৎনা উবিবনি। মরম অসিনা ইবুঙো মহাক্লা হায়বীরি—হে বিষয়দা লুপ্লিবা মীওইবা! নখোয়না লনগী মরমদা অঙকপা ফংনা পাম্লিবা অদুগুম, ঐঙোন্দা অপাম্বদু হাম্ল, অদুগা ফংলবা লন অদু মাঙখিবা খোক্লগা ভুবা-চাবা, অহিং-নুংখিল নাইদনা

মহাকী রাখল্লা খনবগুম, খরায় রানা অরেপ্পা লৈতনা ঐবুতা খল্লু। ফংলগা মাঙথ্রবা লনগুম, ঐবুস্থ ফংলগা মাঙলবদি, মতম চুপ্পা ঐবুতা খনবা ঙমগনি। অদুনা ঐনা চানবিদুনা উহল্লগা মাঙবনি। অরোইবা লৈতনা মতম চুপ্পা ভগবানবু ফংগে হায়রবদি করম তৌনা ঈশ্বরবু নীংগদগে হায়বা অদু গোপীশিংদা পান্দম পীদুনা জগৎ জীবদা ভগবাননা তাকপীরি।

কনাগুম্বা রাসলীলাবু অমোৎপা খবক্লি হায়না খনবা য়াঙরবদি, শ্রীকৃষ্ণগী য়াথং হায়ব্রিবা অসি তাবিয়ু, অদুগা রাসলীলা অসিবু তাবদা হেক্তা জগোয় শারিবা অদুগা লনতা মপামগ্রবা মীস্থ তাবিয়ু। সংসারদা লৈরিবা অপাম্বা অদু মরুফংনা ফুক্তৎলগা ভগবানগী শ্রীচরন্দা থ য়ু। মাস তাদুনস্থ অমোৎপনি হায়না অদুম খল্লবদি, অরাবা ঈপাক লাম্থোকপা ঙমত্রবা মরাইবক খিরবা হায়বড়নি। মসি তারগা সংসারগী তীল ওইরবস্থ, লনগী খোরাংবনা ঙাওরবস্থ ঈশ্বর ফংনবগী মরমদা পামজৈ হায়না হায়রিবদো অপঙবনি নত্রগা মিত্রংগী রানি। ভগবান্দি সংসারগী রাংমদা লৈবনি, ভগবানবু ফংনিংবা মীনা হোৎনবিয়ু।

এবং মদর্থোজ্ঝিত লোকবেদ
স্বানাং হি বো ময্যনুবৃত্তয়েঽবলাঃ।
ময়া পরোক্ষং ভজতা তিরোহিতং
মাসূয়িতুং মার্হথ তৎ প্রিয়ং প্রিয়াঃ ॥২০॥

অর্থ :—হে অবলা গোপীশা! নখোয়না ঐগীদমক্তা মীরমচৎ, বেদগী লমচৎ অমস্থং নংগী-নংগী ওইবা মী পুম্নমক থাদোয়ক্লে।

ঐম্ন নখোয়বু থাদোক্লুনা কদায়দম্নু চত্তে। ঐবু নখোয়না মীংবদো হেনগৎনবগীদমক্ত ঐবু উহন্দনা লৈরক্লবগনি। ঐদি নখোয়বু উই। নখোয়না তেংথাবা তাই। নখোয়দি ঐগী চায়থোংবীনি অদুগা ঐদি নখোয়গী কনবতা থনবনি; অদুনা ঐগী ইরান থিবা চুমদে।

**নুংগী রস:**— গোপীশিংনা অহানবা উনরবা মতুংদা ভগবানবু হেক উথিদবদা শুকদেবনা হায়খি "তত্রৈবাস্তুরধীয়ত" গোপীশিংগী নাপল উবদা কৃষ্ণ লোৎখ্রে। লোৎলুবগী বা অসিমক ভগবান মশানা মতাং অসিদা হায়রি।

ঐনা ঐবু উহন্দনা লৈদুনা নখোয়বু য়েংলি, নখোয়না তাগনবা বা অপুম্বা তারি। হায়রিবা বা অসি গোপীশিংদতা নত্তে, নঙোন্দসু, ঐঙোন্দসু, জগৎ শিঙ্গুংবা জীব পুম্নমক্তনি। ইবুঙো মাথি থগুং উবনি, মকম পুবদা লৈবনি, মতম পুম্নমক্তা পুম্নংকী মকমদা লৈদুনা পুম্নমক্না তোংরিবা থবক তাগনরিবা বাতাও পুম্নথক য়েংবীরি, পুম্নংকী বা তাবীরি, পুম্নংকী নীংবা থগুবীরি। ইবুঙো মানা উদবা থবক অমত্তা তৌবা ঙম্বা লৈত্তে, মানা তারোইদবা বা করিমত্তা তাগনিঙাই লৈত্তে, মানা থগুলোইদবা বাথল অমত্তা থমনিঙাই লৈত্তে গোপীশিংগী অভিংবা লমচৎ উরে, লৌনম য়াওদবা বাতাং তারে, অদুগা মখোয়গী অরোবা বাথল থগুলে অদুনা দর্শন পীরিবনি। ঐখোয়গী শেংদবা থম্মোয় মীনম্বা বাতাও, সংসারদা থম্বা থম্মোয় থগুবীদুনা ইমাক্তা লৈন-লৈনা দর্শন পীকিরিবনি। মসি প্রেমনা লমথিংবগী বানি; প্রেমগী লমথিংবা

ভক্তশিংনা ভগেংনা ভগবানবু দর্শন ফংঐ। জ্ঞান অমসুং যোগগী লমজিংনদি উননবা, উবা অমসুং উরবা হায়বদু নৈতে ; নীংজবা পূজা ভোজবা হায়বদি নৈ অদুবু নীংজবা অদুগী ওমথৈ য়োরক-পদদি. নীংলিবা মীদুগা অনীংবা পোৎ অদুগা মওঙ অমত্তা ওইরে। অসিনা জ্ঞানীশিংগীদি ব্রহ্ম থওদুনা সুংঙাইবনি, যোগী-শিংগীনা আত্মা থওদুনা সুংঙাইবদা, সুংঙাইবা অদুভগা নীংজরিবা অদুগা মথক অমত্তা (একাকার) ওইব্রবস্র জ্ঞানী অমসুং যোগীগী অনুরাগ (মথং মথং পামশিন্নকপা) অদুদি অসুম হেনগৎলকই। জ্ঞানীশিংগী অহানবদা নোংথাংগী মতৌগুম ব্রহ্ম দর্শন ফংলগা অমূক মাঙখি. মাঙব্রবা অদুদদি হায়গুম ব্রহ্ম থওনবা-উননবা হোৎনবা অমূক হেনগৎলি। যোগীশিংগীসু ওমথৈ য়োরগা আত্মাদর্শন ফঙিঙ. অদুবু অমূক মাঙখি ; মাঙখিবদু অমূক ফংন-নবা হোৎনবা হেনগৎলি। অসুম হোৎন-হোৎনরগা মথৈথংদা অরান খুভম ফঙিঙ। অচেৎপা ভক্তি নৈরবশিংনা অহানবদা নীংজবা অদুনা লেঙদনা নৈরিবা মতমদা ভগবৎ দর্শন ফংঐ। নীংজবা অদুনা মরা চেৎপা হেক ওইরক্তবা হায়রবদি থজিক্তং কোমথোক্তবা মতমদা সংসারবু হেক নীংশিংলকই অমসুং উব্রবা শ্রীমূর্ত্তি অদু উথিজ্রবদা উনিংবনা পূক্নিং লাঙতক্লবকই। পূক্নিং লাঙতক্লবদু কনথৎলক্লনা ভক্তি অদু চেৎশিন্নরগা মতম কূইনা ভগবানবু ফংঐ। মরম অসিনা ভগবান্না গোপীশিংদা হায়রি— "ঐঙোন্দা দোষ হাপ্‌কনু. নথোয়গী মরূপ ওইননবগীদমক ঐনা নথোয়বু বাহনবনি হায়বদি মতম কূইনা নথোয়দা ইশা অসি পীথোক্লগে থক্লুদুনা ওাইহাক্তং উবর্দুবনি।

ন পারয়েঽহং নিরবদ্য সংযুজাং
স্বসাধু কৃত্যং বিবুধায়ুষাপি বঃ।
যা মাভজন্ দুর্জরগেহ শৃঙ্খলাঃ
সংবৃশ্চ্য তদ্‌বঃ প্রতিযাতু সাধুনা ॥২১॥

**অর্থ:**—নখোয়না থাদোকপদা লৌথিরবা য়ুম্বানবগী য়োহ্লিং অদুবু পুম্নমক কক্লুনা পুম্নমক থাদোক্লগা, নশাগী ওইজবা করি অমত্তা খন্দনা ( নিকাম ওইনা ) ঐঙোন্দা চঙজরক্লে। ঐনা লাইগী পুন্সি কংদুনসু নখোয়গী অসুম্বা ফজবা লমচৎ অসিগী লমন শিংবা ঙম্নরোই। মরম অসিনা নখোয়গী পুকচেল চাউবা নগুণ অদুনা ঐনা তোল্লিবা লমন অসি শিংলবান হায়না লৌগদবা মঙাইরে।

**নুংগী রস :**— শ্রীভগবাননা গোপীশিংগী লমন তোল্লে। পুম্নমক থাদোক্লবা গোপীশিংগী মকমদা লমন অদু শিংবা ঙমদ্রে হায়বসি নাত্তে চাদবা ওইনা খল্লি। অদুবু মুম্না খজিল্লুরবদি অচুম্বমক ওই। নিষ্কাম ভক্তিদা মাগী ওইবা পুম্বা থাদোক্লুনা ভগবান্দা চঙজরবদা মপান লাইদ্রবা জগৎকী মবুঙোসু লমন তোনফম থোকই। ভক্তনা জ্ঞানীগী মতোগুম ব্রহ্মাদা মশা লুপগ্র-বম মহাকী ওইবা তোঙানবা শাইনিং অদুদি মাঙহনবা পামদে। রাখলদগী শোকপা নিত্যদেহ। মতম পুম্বদা লেঙদনা লৈবা হকচাং) অদুবু লোইবা নাইররোইদবা মতম কাওবা থম্মোয়গী অপেনবা লৈতনা ভগবান ফংবগী মুংঙাইবা রস অদু চাহুনা লৈনিঙিঙ। ভক্তগী মথা পোনবা ভগবাননসু মনাই ভক্তনা

পামজবা অদু থুংহন্নিঙিঙ। অস্থুম্না নীংজবদগী কংজনবা ভগবদানন্দ অদু লৈরগা ভক্তগী বাখল অদু অরেম্বদা চল্লে, অদুগা মপান নাইদ্রবা ভগবানগী অপেনবস্থু লোইবা নাইদ্রে। মরম অসিনা লমনশিংবা অদু মতম কুইনা চপ্পবা তারে। ভক্তনা ভগবানবু পেলহনবা ঙম্মী, ভগবাননদি ভক্তবু পেলহনবা ঙমদে। মরম অসিনা শ্রীকৃষ্ণনা গোপীশিংগী লমন তোল্লবনি হায়না মশানা য়াথিবনি। ভগবানবু ভগবাননি হায়বসি কনানা কয়ম্না খঙ-গদোরিবনো ? ভক্তশিংতনা ভগবানবু ভগবান ওইনা থম্লি। ভক্তদনা সংসারগী নুংঙাইবা পুম্বা করিস্থু লৈতনা খন্দোক্লুনা, সংসারগী মরী পুম্বা থাদোক্লুনা মপুম ফারবা ভগবৎসুখ রস চাদুনা জগত্তা শন্দোক্লি অমস্থুং অদুগুম্বা মপুং ফানা নুংঙাইবা অদু খোয়াংবদগী মশীং লাকঙমদ্রবা জগৎকী মীওইবনা পুজা তৌনরিবা অসিনি। ভক্তশিংনা ইবুঙো মাগী অরা অনা লৈত্রবা লাকথুং তিম্থুং লৈস্রবা, মতম চুপ্পা নুংঙাইদুনতা লৈবা নিত্যধাম অদুবু জগত্তা শন্দোক্লমদ্রবনি অমস্থুং ভক্তনা ইবুঙো মাগী মপান নাইদ্রবা অহৈতুকী খোজাল অদুবু খোজেল বাংনা শক্লমদ্রবদি কনানা মহাকপু খঙলমগনি। অয়েোবা ভক্তনা পুম্নমক থাদোক্লগা মাবু খঙলে, মাগী মগুণ শোল্লে অদুনা মাবু জগৎকী ঈশ্বরনি খঙদুনা পুজা তৌনরি; জগৎকী মবুঙে মানদি কনাবুস্থু থাদোক-পিদে। ভক্ত ওইযু, ওইনু; জ্ঞানী ওইযু, ওইনু; পুম্নমক্তা মাবু য়েংগদবনি। মরম অসিনা ভক্ত ওইরবা মীগী মকমদাদ করি অমুক হায়গনি লোইবা নাইদ্রবা মতম কাওবা ইবুঙো মানা লমন

ভোনবিরবনি। ভগবান্দা থরায় কৎলবী গোপীশিংগী মকমদা লমন ভোল্লে হায়বদা হায়মনবা থোক্কে। তাইবং পুম্বনদি ইবুঙো মাব শক্তি পুম্নমক ওম্বা, ওইগে নীংবা পুম্নমক ওম্বনি হায়নৈ অদুবু ভক্তগী লমন্দি শিংবা ওমদ্রে। অদুগা মহাক্কি অচুম্বা হায়বদুগী শকনাইবনি অগুনা লমনশিংবা ওম্মরোই হায়বগী তাৎ ভোঠুনা. থম্মোয় রাংলবা শেনবুদা শোয়দনা চঙভবা তাখি অমম্ভং নথোয়গী নগুণভনা ঐনা ভোল্লিবা লমন অসি শিংলে হায়না লোৌগদবা মঙাইরে হায়না হায়খি। লাইবক ফবীনি ব্রজগোপী, অচুম্বা অরেপ্পা ভক্ত থাগৎনিঙাইনি।

ভগবান্না ভক্তগী মতম কুইনা লমন ভোনবা ওইবী, ভক্তনস্থ ভগবানগী মকমদা অদু মঙায় জগতা চৎনরিবা থোৎংগা অমানি— নিংথোনা প্রজাগী, প্রজানা নিংথৌগী লমন ভোল্লি, হায়বদি নিংথোনা প্রজা ওাকই, প্রজানা নিংথৌবু কল্লি, অমুম্বা জগৎ অসি চেল্লিবনি। পঙ্ক (নাকল) অমনা লমন হেক কোক-পদা লৈবাক মাঙগদৌরিবনি। অঙকপা অমম্ভং লেঙদবা মুংঙাই-বনা থম্নবা লৈবাকম্ভ, মুংশিবভনা থম্নবা-থম্মোঃ শেংলবা জীবগী অমম্ভং মুংঙাইবনা থম্নবা ভগবানগী লমম্না মহৈ মহৈ পুম্নবা অসিভনা নীংশিংবা থোক্কৃবা মতমদগী লৈরক্লিবা অসিনি। প্রজা য়াওদবা নিংথৌগুম, ভক্ত য়াওদবা নীংননিঙাই ওইবা লাইদি মফিংভা মঙাইবা লাইনি। ভগবান্না গোপীশিংদা "পুম্নি অস্নিদা নথোয়গী লমনশিংবা ওম্মরোই" হায়বগুম্বা গোপীশিংনস্থ "হে থৌজালগী মপু! নহাক্কী নথোঙদা চঙকয়রুম্বী ননাই

ঐখোয় পুন্সি চুপ্পা চরণগী লমন তোঙ্গরবনি" হায়রমগনি। অসি-শুস্না লমন অসিনা হেনগৎলক্লিবা মথৈ প্রেম হেনগৎনবনি—লাইরৈবাকী লীলা অঙকপনি। পক (কাণ্ডবু) অনিমক লমন শিংদোক্লবা পায়রে।

শ্রীকৃষ্ণ রাস লীলাগী অহানবা অধ্যায়দা অথেংবা ভক্তিগী মতম চানা ভগবদ্দর্শন কংবা অমসুং মতম খক্কিক রাখল অমা খল্লুবগীদমক অমুক উথিদবা, অনিশুবা অধ্যায়দা—আনন্দমূর্ত্তি উথিদবদগী ভক্তগী নীঙমদবা, পুক্নিং বাবা, খনমনথিবদগী মপানা ভগবানগী মতো ওনখিবা, অহুমশুবা অধ্যায়দা—সংসারগী মরী পুস্না থাদোক্লনা ভগবান্তবু খনবা রাধী শাবদগী কৃষ্ণানুরাগ মপুং ফাবা, মরিশুবা অধ্যায়দা অমুক হন্না ভগবানবু উত্তম (অথোইবা) ভক্তনা ফংবা।

মরিশুবা অধ্যায় লোইরে।

# মঙাশুবা অধ্যায়

**ইত্থং ভগবতো গোপ্য শ্রুত্বা বাচং সুপেশলাঃ**
**জহুর্বিরহজং তাপং তদঙ্গোপচিতা শিষঃ ॥১॥**

**অর্থ :** - ভগবানগী সনা হকচাং শোকচবদা থোইদোক্লা মুংঙাইজরবী গোপীশিংদো ভগবানগী শ্রীমুখদগী হায়দোরকপা থম্মোয় হেক পেলহনবা মুংশিরবা ৱাহৈ অদু তাবদা কায়নরুবগী মুংলাংলবা পুম্বা কোক্লে।

**নুংগী রস :-** মাবুতা থল্লবা, মাবু উদবদা হিংদুনা লৈবদা ৱাখলগী লায়না ওইবা, মহাক অদুনা হল্লকুনা উনররবদা অমুক করিগী ৱাখিগদোরী? ভাইবং মীরমলেন্দসু অসি মঙাই অসিদা চৎকনি ভাক্লমদনা চথোকপ্রবা মচা-মশূনা মতম চানা হজিল্লক্কবদা রূমদা লৈহৌরিবা মাগী মীশিংনা চাবা ভূম্বা মাদবমথৈ মুংশা থিদুনা লৈরিঙৈদা, মচা-মশূদুনা হল্লকপদা অৱাবা কোক্লে; তৌবতদি মচা-মশূ অদুদা মতুং মনাও অদুম্না অমুক তৌগমু হায়না ৱাক্লক পীনৈ, মচা-মশূ অদুনসু মাবু য়ুমদা লৈনিং-দনবা অমুক হন্না তৌরগমু হায়নৈ। অসিগুম্লদুনা অৱাবা কোক্লবী গোপীশিং ভাব ভারে, অমুক হন্না মবুঙোনা হৈনদবা নাপলগী ৱাখল থল্লরোই লেপ্লে। ভক্ত প্রেমিক পুম্বা! গোপীভাব লৌবিরো কৃষ্ণভক্তি মরা ভাহনবিরো।

তত্রারভত গোবিন্দো রাসক্রীড়া মনুব্রতৈঃ
স্ত্রীরত্নৈরন্বিতঃ প্রীতৈরন্যোহন্যা বদ্ধবাহুভিঃ ॥২॥

অর্থ :— মফম অদুদা ভগবান শ্রীগোবিন্দনা য়াম্না মুংঙাই-রদুনা মাগী তুংইনবী নুপীজাৎকী মকোক ওইবী গোপীশিংগা লোয়ননা রাস শান্নবা হৌত্রে।

নুংগী রস :— শ্লোক অসিদা তশেংবা রাস লীলাগী বা হৌরে। ঐখোয়না খঙগদবা বিষয়দি রাসলীলা অসিনি। বিষয় অসি ঐখোয়গী অচম্বা রাখলনা খঙবা শুমগী রাংমদা লৈরে। শ্লোক অসিগী নুংগী রস য়াম্না হায়নিঙাই লৈরবসু মথংগী শ্লোক্তা পুম্না হায়জরগে।

রাসোৎসবঃ সংপ্রবৃত্তো গোপীমণ্ডল মণ্ডিতঃ
যোগেশ্বরেণ কৃষ্ণেন তাসাংমধ্যে দ্বয়োর্দ্বয়োঃ
প্রবিষ্টেন গৃহীতানাং কণ্ঠে স্বনিকটং স্ত্রিয়ঃ ॥৩॥
যং মন্যেরন্, নভস্তাবদ্ বিমান শতসঙ্কুলম্।
দিবৌকসাং সদারাণামত্যোৎসুক্য ভৃতাত্মনাম্।
ততো দুন্দুভয়ো নেদুর্নিপেতুঃ পুষ্পবৃষ্টয়ঃ
জগুর্গন্ধর্ব্বপতয়ঃ সস্ত্রীকাস্তদ যশোহমলম্ ॥৪॥

অর্থ : ব্রজগোপীশিংনা য়াম্না নীংথিজবা মকোয়দা কোয়না লেপ্লে। যোগেশ্বর শ্রীকৃষ্ণনা মণ্ডলীদা লৈরিবা গোপী অনি অনিগী মরক্তা চঙদুনা মখোয় পুম্নমক্কী ওকশম কোন্দুনা রাস শান্নবা হৌরকলে। অদুদা গোপী খুদিংনা খল্লক্লে,—"কৃষ্ণদি ঐভগী ইনাক্তা লৈবীরে, অতোপ্পা কনাগী নাক্তা লৈবীদে।" খুদক অদুদা রাস

উনিংবনা লাণ্ডতরুরবা লাইশিংনা বিমান (আকাশতা পাইবা ডলাই) ভোংহ্নুনা আকাশ কৃপত্রে অমসুং লাইগী পুং য়েত্রে, লৈ চাইথরক্লে অদুগা মকোক-মকোক ওইবা গন্ধর্ব্ব খিবিরা মাগী মাগী মুপীগা লোয়ননা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী শেংলবা গুণ কীর্ত্তণ তৌরক্লে।

নুংগী রস: – রসরাজ শ্রীকৃষ্ণনা প্রেমময়ী ওইবী ব্রজ-গোপীশিংগা লোয়ননা মহারাস শান্নবা হৌরে। রাস কদায়বু কৌই! রাস হায়বা বাহৈ অসিগী অর্থনা করিনো? মসি যুক্তি শাস্ত্র মতুং ইন্না নৈনবা তাই। রাসলীলাগী অহকপা মরমদি য়াম্না লুত্রে, খণ্ডগে তানবদা খণ্ডণ্ডমদবা পোৎনি অদুবু বেদ শাস্ত্র অমসুং হৈ-শিংলবা টীকাকারশিংগী বাখল লৌহ্নুনা মসিগী অশেংবা মরূ খিবা তাই।

রাস শান্নবগী শয়প্পা রস শাস্ত্রনা হায়বদি—"নটৈর্গৃহীত কণ্ঠিনামন্যোন্যাত্তকর শ্রিয়াম্। নর্ত্তকীনাং ভবেদ্রাসো মণ্ডলীভূয় নর্ত্তনম্।". নট নর্ত্তকীশিংনা ইকোয় কোয়না লেপ্পগা নটশিংনা নর্ত্তকীশিংগী ভক্তা কোনবা, নর্ত্তকীশিংনা অমগা অমগা খুৎ শম্নহ্নুনা জগোয় শাববু "রাস" কৌই। টীকাকার শ্রীধরস্বামীনা "রাসো নাম বহুনর্ত্তকীযুক্তো নৃত্যবিশেষঃ" – নর্ত্তকী ময়াম পুন্না শামিন্নবা জগোয়বু "রাস" কৌই হায়। "তস্মাদ্রাসক্রীড়া বিড়ম্বনং কামজয়া খ্যাপনায়েতি তত্ত্বম্" হায়বদি ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা কামজয় তৌবগী মওং উৎননবগীদমক রাস লীলা শান্নখি। মসিনি রাসলীলাগী অশেংবা তত্ত্ব। অশেংবা নট-নটীগী মওংদা, লাইয়মলেনগী ওইবা

( অপ্রাকৃত ) লীলাবু মীয়মলেনগী ( প্রাকৃত ) রাসতম্বদা কোঙ-দোকলি। মথক্তস্থ হায়গ্রে—মিৎনা উবা জগৎকী খুদম্না, মিৎনা উরম্নোইদবা ধাম ( মফম ) গী মঙাল অদু লৌগদবনি। ভগবান্নস্থ মিৎনা উবা নট-নটীগী মত্তৌগুম লীলা শাম্নবিদুনা ম্নোবদা ৱারবা তত্বগী লম্বীবু চৎপদা লায়হনবীরি। খুৎশেমগী লীলাশঙদা মুপা মুপী শাদুনা লমচৎ ফজবা অমস্থং হূয়ানবা শাদুনা, মূর্খনস্থ পণ্ডিত শাদুনা লীলা থোক্লি, হায়বদি মশামক্তি নত্তবা অদুনা মহাক্কী মত্তৌ তম্লি। রাস শাম্নরিবা কৃষ্ণদো প্রাকৃত ( অশেম্বা ) মীওইবগী নট নত্তে অদুগা রাসেশ্বরী গোপীশিংস্থ মীয়মলেনগী নর্ত্তকী ( জগোয় শাবী ) নত্তে; অদুবু নট নর্ত্তকীগী মত্তৌ তমদুনা রাস শাম্নবীরি।

তম্বদা, খনবদা থোক্কবা গুণনা, মতম পুম্বদা ৱাখস্তনা ওইগ-দবা, তম্বদা খনবদা থোক্নরোইদবা ধাম (মফম) দা শাম্নবা—নিত্য-লীলা (১), জীব খুদিংগী থম্মোয়দা মাগী মাগী হৈনবা ধর্ম্মগী লীলা (২), অমস্থং তম্বদা খনবদা থোক্কবা ওইদুনস্থ মিৎনা উনা শাম্নরিবা পার্থিব ( মীয়মলেনগী ) লীলা (৩), ভগবানগী লীলা মথক্ষ অহুম্নি। অস্থম্বা পার্থিব লীলা অসি শ্রীবৃন্দাবন্দা, মথুরাদা, দ্বারকা ধামতদা শাম্নৈ। লীলা শাম্নফম অহুমসিগী মন্নুঙদা শ্রীবৃন্দাবন লীলানা অথোইবনি অদুগা বৃন্দাবনগী লীলা খিবিক্কী মন্নুঙদা রাসলীলানা মকোক্নি; মরমদি—রাসলীলাতনা মতম চুম্না মুংঙাইনবতগী ওইবা নিত্যলীলাগী খুদম্নি। অদু ওইরবস্থ, ঐখোয়না নিত্যলীলাবু খঙত্রি, অমুকস্থ খিজিনখিনি।

তত্ত্ববিচার ( লৌনিঙাই মরু ওইবা করিনো হায়বদু থিজিনবগী রাখল ) অমসুং রসাস্বাদন ( রস চুপ্নবগী রাখল ) অনি অসি পুন্না ওইবা য়াদে। রাস হায়বসি ফজবা রসনা থল্লবা মশান্না অমনি হায়না যোগীগী অর্থদা ফোঙলি, অদুগা ভক্তিরসতনা পেৎলবা রসিকজ্ঞানীশিংনা জগোয় শাবা, ঈশৈশম্ শকপা, চুপ্নবা কোন্নবসু য়াওবা লীলাবু রাস কৌই হায়রি। অদুনদি রাসকী মরু ওইবা ( তত্ত্ব ) করিনো হায়বদু হান্না থিরগা, লৌফম থোকপা রসনা করিনো হায়বদু কোন্না থিবা তাই। কৃষ্ণলীলা হায়বা অসি ভাবুক (অভাব অমসুং অথনবা মী ) অমসুং ভক্তশিংনা চাননবা পোৎনি বিচার তৌননবগী পোৎ নত্তে। চাকলুক মনাক্তা চাগদবগী ফল্লবদা, চেঙ অসি কদায়দগীনো, কদায়দা হৌই, করি চেঙ কৌই, কনানা পূরকই, মমল কয়া পী, মাগী মগুণ করিনো, মথল কয়া শুং, করম্বা মথলনা মহাউ করম তৌই, হায়বনচিংবা বিচার হৌরুরবদি চাবা মুংঙাইবা হৌনদে, চারুবগী বীজ লৈররোই। চেঙগী থোরককফম খঙনীংলবদি অসুপ রানা হোৎনরগা অসুম্না থোরকপনিকো হায়বসি হান্না খঙদোকলগা চারবদি চাবগী মহাউ, কান্নবা অমসুং চেকশিনবা ফংগনি। নারিবা মীনা মাইবনা পীবা হিদাকী মরম থিজিল্লবদি অনাবা কোকপা ঙম্লোই। শ্রীকৃষ্ণলীলা হায়বসি হন্দোকপা য়াত্রবা অচাপোৎনি অমসুং জগৎকী অনাবা ফননবা শোয়ত্রবা হিদাক্নি। মহর্ষী কৃষ্ণদ্বৈপায়ন্না শ্রীমদ্ভাগবতকী অহানবদগী মাপল শুবা স্কন্ধ ফাওবদা ঈশ্বরগী তত্ত্ব, জীবতত্ত্ব, মায়াতত্ত্ব, অমসুং অবতার তত্ত্ব গী

খঙনীঙাই ওইবা হীরম পুম্নমক উৎপিরগা চান-নবা ওইবা জগৎকী হিদাক ওইবা ভগবানগী লীলা তরাশুবা স্কন্দদা উৎপারে। শ্রীধরস্বামী, শ্রীনীলকান্ত শর্ম্মনচিংবা মীওইবগী য়াই-ফনবত্তা খনবিরুবা রস খঙলবা টীকা হনবশিংনা ঈশ্বরবু নীংজবা, নাম তাজনিংবা অমসুং পাজনিংবা মীশিংগী মুংঙাইনবগীদমক ব্যাসদেবনা লেংলম্লবা লীলারস অসিবু ফুগায়না শাৎলবা লৈরাংগী মনমগুম শন্দোকপিরম্লে। লীলাগী ব্যাখ্যাদা তত্ত্ববিচারদি তৌরম্লবসু ঐনা লৌজবা হৈত্রে। অদুবু ঐহাক্তি সাধকসু নচ্চদে, সাধন তৌবগী ইত্তিকসু লৈজদে, ভগবানগী লীলা তাবতদা পেজবা ওম্লবগী থাজবা অদুসু লৈজদে। অদুমকপু, পাক খঙবদা ব্রারবা রাসকী মরীদা তত্ত্ববিচার তৌবগী তাথিনঙাই ওইবা থৌনা অদুদা ঙাইহাক্তং চঙজবা তারি, পাবিরিবা তাবিরিবশিংনা ঙাকপীয়ু।

"রস" হায়বা ব্রাহৈ অসিদা "ঘঙ" প্রত্যয় হাপচিল্লগা "রাস" ওইরে। মসিগী অর্থনা—রস পুম্বগী মরী ওইবা হায়বদি রস পুম্বা পুনবা; চাবদা হাউবা, লৌবদা মুংঙাইবা অদুবু রস কৌই। রস হায়বসি মখল মাপল শুরি—(১) শৃঙ্গার, (২) হাস্য, (৩) করুণ, (৪) রৌদ্র, (৫) বীর, (৬) ভয়ানক, (৭) বীভৎস, (৮) অদ্ভুত অমসুং (৯) শান্তরস। (১) অপাম্বগী পেম্নবগী মসুঙদা ফিজেৎ চাকশেৎ ফজবা কে-মৌবগী রস লৈ; (২) মিৎকা মিৎকা উনবদা মোমোন নোকমিম্নখিবা অদুগী মসুঙদা নোক্লিংবা মুংশি-বগী রস লৈ; (৩) ব্রাবগী মসুঙদা থৌজালগী ঈহৌ অমা লেঙ-দনা লৈ, (৪) অশাউবগী মসুঙদা থম্মোয় কনবগী লেঙদবা

মভৌগী রস লৈ; (৫) পুক্নিং থৌগৎপগী মমুঙদা অকনবগী রস লেঙদনা লৈ, (৬) অকিবগী মমুঙদা কিহম্নবগী রস লেঙ-দনা লৈ, (৭) তুক্কচবগী মমুঙদা হঙ্গোইবগী লেঙদবা রস লৈ, (৮) অঙকপগী মমুঙদা ওইথোক্তবগী রস লেঙদনা লৈ অমসুং (৯) ভপথবগী মমুঙদা সুংঙাইবগী লেঙদ্রবা রস লৈ। অসুম্না শেত্তোক-চথোরকপদা করি ভৌগদৌরিবনো, হাইফেত্তং নোক-খিবদা সুংঙাইবগী মীনোক্না সুংঙাইভবগীরা খম্নঙাই, অরাবা খজিক্তং ফংবদা করি উপায়না কোক্কবা, অশাউবা মিৎয়েং (মিত্তা শুম্ভোকপদা) করি ভৌরুবদগী শাউখিবা, রাবনা চোক-থতুনা লৈরিঙৈদসু অসুম ভৌরবদি মাঙলেদনা খল্লুবা রাখম্না পুক্নিং থৌগত্তুনা অকনবা শারকপা রাখল, অকিবা থেংনতুনসু সুংশি ঈথৌ লাংবগী লেঙদবা রাখল, আঃ ওস্থোকইদা! এনা অসুপ লুনা নীংজববু. ঐবু হন্দোক্তুনা কায়দোংফম অমদা ওন-খিবা হায়না খল্লুবদগী পোকপা হঙ্গোয়নবগী মমুঙদা তুক্কচবা, মতম অমদদি অসুম ভৌরক্কনি হায়বা ওইথোক্তবগী মমুঙদা অঙকপা রস অমসুং হেঃ! অমসু-অমসু শুপথল হেক খল্লরোই, খম্মোয় অসি লেঙদনা থম্নগে খল্লকপগী মপুম ফারবা রস— অসিনিসে "রাসকী" মগুন্দা পক্নিবা রাখল। রস পুম্বা অসি ভারগা শোল্লগা ঐখোয়না চারিবা ফংলিবা "রস" না করিনো— সুংঙাইবা। মুম্না খজিনসি "সুংঙাইবা" নত্তনা ঐখোয়না চানিংবা রস অসিবু করি লৈবগে? কীজেৎ, শাথেক, মিৎচিগী মোমোন নোকপা, থৌভাল, শান্তিনচিংবা রস পুম্বদা লোনিঙাই লৈরিবা

অসি মুংঙাইবতবুনি। কনাগুম্বনা মুংশি কায়না মৈচাক্লা কপ্ল-কাও কপ্লিবদ্রগী মমুঙদা মুংঙাইবা লৈ। কপ্লগী হৌরককম অমম্মুং তুংফম কদায়দা—মুংঙাইবদা। অসিগুম্বা অয়াকপা মিৎয়েং, অকনবা শাবা, অকিবা অমসুং হঙ্গোইবা রস পুম্বদা মুংঙাইবগী মরূদা অদুম মরৈ। মুংঙাইবা পোক্লকনিঙাই লৈতবা থবক্তা কনানম্মু থুং থানিংবা হৌনদে হায়বসি মশানা তাবনি। কপ্লিবা মীদো কপ্লনা পোথাবা ওইরি, লাল তৌরিবা মীশিংদো লাল শোক্লবনা মুংঙাইবা ওইরি; শাউদুনা মীগী মাঙননবা তৌরিবা মীদো, মাদুদা মুংঙাইবা অমা পোক্লুনা মীগী মাঙননবা তৌরি-বনি। অয়াকপা, অশাবা, অখাবা, অশিনবা, তিঞ্জুংবা অমম্মুং অথুম্বা লৈনা মহাউ লৌরিবা রস অসিম্মু মুংঙাইবগীদমক্তনি। কনানা অথুম্বা পাম্মী, কনানা অখাবা হৈনৈ, কনানা অছিনবা, কনানা অচম্বা পুম্নমক মাগী মাগী মুংঙাইনবগী ঙাক্লি। পীনগনবা মী অমনা মীঙোন্দা দান তৌই, হূরানবা অমনা মীগী মপোৎ মরল হুই, অকে-অমৌ পাম্বা মীনা মাগী মরল অদু মথল মথা অয়াম্বা ইন্দ্রি পেয়নবা থবক্তা তিংথোকই, অরিকপা মীনা মরন অদু কোকফাই কাবমখৈ তুঙশিল্লি—মশাগী কাওবা কায়নবা তৌদে; মী থুদিংগী রাখল মায়দে; পুম্নমক অসিগী পান্দম-ফমদি মুংঙাইনবগীদমক্লি। মুংঙাইনবগীদমক্তা থরায় পানবা পুম্নমক্লা অহিং-মুংথিল নাইদনা হোৎনরিবনি। অপঙ-অশিং, লায়র ঊনাকথুনবা, সাধু-সাধু নত্তবা, অঙাং-অহল, মুপী-মুপা পুম্নমক মুংঙাইনবতা থিরিবনি। সাধুনা হূরানবমু, হূয়ানবনা

সাধুবু থিনা ভাঙই, পীনহৈবশিংনা অরিকপবু, অরিকপশিংনা দাত্তাশিংবু, ধর্ম্ম চেনবশিংনা মন্নাই কাববু, মন্নাই কাদুনা ঙাওরবশিংনা ধর্ম্ম চেনববু, সংসারদা মূস্বালিবশিংনা বিরাগীবু, বিরাগীশিংনা বিষয় চারিবশিংবু নিন্দা তৌরি। পুন্নমক অসিগী পান্দমকমদি অমত্তুনি, চারিবা মহাউস্ন অমত্তুনি—মসি করিনো—নুংঙাইবা (আনন্দ) বুনি। মীওইবগী রাদি থম্বু থমখিসি; শা, উচেক, তীল-কাঙ, কৌজেং-হারৌ, অচৎ-চন্ত জগগ্তা লৈরিবা পুন্নমক্কী পান্দমকম অমসুং চান-নবা পোৎ করিনো—নুংঙাইবনি।

কনানা ঈশৈ শক্লি, কনানা পুং য়েন্নি, কনানা চোলম, কনানা খোল, কনানা সিতার, কনানা বেহালা খোংলি; তাবদা পুন্নমক্কী খোম্থোক তোঙাল তোঙাল্লি অদুবু স্বরদি অমত্তুনি। মসি ঈশৈ খণ্ডবা ওঝাশিংতনা খণ্ডবিরমগনি। অসিগুম্বা সংসারগী খোঙচৎ অসিদা কনানা নোক্লি, কনানা কপলি, কনানা দান তৌরি, কনানা হুরাল্লি, কনানা তলব চারি, কনানা মীনাই ওইরি, কনানা য়োল্লি, কনানা লৈরি, কনানা চারি, কনানা য়ানশিন্নরি, জীব পুন্নমক্কী তোঙান তোঙানবা থবক তৌনরি। মপান্দা অস্নুম য়েংবদদি মহৈ মহৈ তৌনরিবা থবকশিং অসি মান্নদনা উই, অদুবু মমুঙদদি মী খুদিংগী পান্দমকম অদো অমত্তুনি মদুদি—নুংঙাইনবা। মরম অসিনা তাইবংপানবগী খোঙচৎ অসিদগ্নি স্নুর অমত্তুনি, অদুগুম্বা নুংঙাইবগী স্নুর অদুমত্তদা জগৎ অসি পুদুনা লৈরি।

মুংঙাইবদগী জীব পোক্লকই, মুংঙাইবা অদুতদা জীবনা হিং-দুনা লৈ অমসুং মুংঙাইবা অদুদা অদুম মাঙনরি। অসিনদি খঙবা ঙম্লে—মুংঙাইবতনা জীবগী পান্দম্নি অমসুং মুংঙাইবতনা জীবগী লৌনিঙাই ওইবা মহাউনি। চাননবা পোৎকী মমিং রস কোরবা অমসুং মুংঙাইবা হায়বা অসিতনা চাননবা ওই-রবা, অদু ওইরবদি মুংঙাইবা হায়বা অসিতনা "রস"= মহাউনি। রস অসিবু খঙবা ঙম্লিবা হায়বদি সুর অমত্তদা—মুংঙাইবা অমত্তদা জগৎ অসি পুন্দুনা লৈরিবা ওইরে হায়না খঙলিবা মী অদো, মহাক্তনা রসিক "রস খঙবা" মীনি।

মতাং অসিদা অথুপ্পা ৱাকৈ অমা হায়নিঙাই লৈরে—মী পুম্নমক রস থিনরিবা ঙাক্লি—রসকীদমক্তা থরায় কখোক্লরিবনি অদুবু কনানসু তশেংবা রস ফংনদে। রসকী হায়বদি মুংঙাইবা থিবতবু রসনি হায়বদি মুংঙাইবনি হায়নতা মরোনবনি অমসুং মদুদা মতম খরতগী ওইবা শান্তি ফংবনি। জীবনা মদুবু রসনি, মুংঙাইবনি নৌংলিবা অদু থাঙ্গৈশেংবা রস নত্রগা মুংঙাইবা নত্তে, মদুদি রস মুংঙাইবগী মমিতনি। মরম অসিননি জীবনা লেঙ-দ্রবা শান্তি ফংবা ঙম্নদনা অহোয়নদুম অশান্তি ফংনরিবা। অশেংবা রস হায়বদি মুংঙাইবদু ফংলবদি জীবদি চিরশান্তি—লেঙদ্রবা, মাঙদ্রবা শান্তি ওইগদবনি। রস—মুংঙাইবা অসিগী মমি (মঙাল) অসি কদায়দগী লাকপনো ? নকল লৈরবদি আসলসু (অশেংবা পোত্তসু) লৈফম থোকই, মমি তারবদি পোৎশক অমাদ শোয়দনা লৈরে, মঙাল লৈরবদি মাগী হোৱকফম অমদি লৈফম থোকই।

রস হায়ববু মহাক্তনি—রস অদুতবু ফংবতনা জীবগী নুংঙাইবা মপুং ওইনরিবনি। নুংঙাইবা হরাউবা হায়বা অসি ব্রহ্মগী মশক্তি, নুংঙাইবা অদুগী চাং হায়বদি মঙাল অদুতদা জীবগী হিংনবা উপায় ওইরিবনি। অদুনদি ব্রহ্মতনা নুংঙাইবনি অমসুং রসনি। থবায় পানবা পুম্বনা ব্রহ্মগী নুংঙাইবা অমসুং রস অদুতা চাদুনা লৈরিবনি। জীবনা বিষয়দা ফংলিবা অদো, ব্রহ্মগী নুংঙাইবা অমসুং রসকী তোঙানবা নত্তে অদুগা অশেংবা ব্রহ্ম রসসু নত্তে। মসিদি গুণ অহুম্না কুপ্পনি স্বৎ, রজ অমসুং তম অহুমগী মরক্তগী অমনা কুপ্পনি। অদুনা রস ওইরবসু বিরস (রস য়াওদবা) নি। ঈখৌরাংলবা মীনা অহোবা লৈতবা ঈশিং য়াওবা পাত্র অমা পায়রগা থকপদি ফংদনা মশাদা অয়িংবা পাত্র অদুনা তরুগা খৌরাংবা কোকপা নত্তে, অহোয়নদুম পুক্লিং লাঙবা হেন্নবতনি। জীবগী দশাসে অসিগুম্বনি। গুণ অহুম অসিতনা থল্লবা জগৎকী মসুঙদা ব্রহ্মরস লৈরিবনি। জীবনা মসিবু পুথোকপা ঙমদদুনা পাত্র অদুগী মপান্থদা ইন্দ্রিশিংনা ঙাওনরিবনি। মরম অসিনা শান্তিগী মহুত্তা পুক্লিং লাঙবতা হেনগত্তুনা তোক্লরিবনি। য়ানশিন্নদবা অশেংবা রস অদুবু ফংনবা পুথোকপা ঙম্লবদি অদুদা লৈরে—"শান্তি"।

হৃজিক্তি মশানা ভাজরে—ব্রহ্মতনা নুংঙাইবা অমসুং ব্রহ্মতনা রস হায়বদু ওইরে। মরম অসিনা রসকী হায়বদি পরব্রহ্মগী লীলা, লীলাগী মিংথোল "রাসলীলা"। অদুম্বা সচ্চিদানন্দগী রূপক ওইবা পরব্রহ্ম অদুতনা মূর্ত্তি পানবা শ্রীকৃষ্ণনি। ভগবান

শ্রীকৃষ্ণনা মশামক্না হায়বীরি- "ব্রহ্মনোহি প্রতিষ্ঠাহম্" ঐনা ব্রহ্ম শেম্বনি ব্রহ্মবু কুংশিলহন্দুনা মূর্ত্তি পালহনবনি। অদুম্বা ব্রহ্মগী রাসলীলা অদু প্রকৃতিগী রাংমদা অপ্রাকৃত ধামদা ( অচম্বা মিংনা, নানা উব-তাব ফংদ্রবা মফমদা ) মতম চুপ্পা মুতিগী শাম্নরি। রস পুন্নমক্কী মপু রসরাজ শ্রীকৃষ্ণনা মহাক্কী মচেৎ ওইবা হায়-বদি শক্তিগী মশক ওইরবা থম্মোয় শেংলবা জীবশিংগা লোয়ননা ইতত্তুনা রসনা থল্লবা ( রসময়ী ) লীলা শাম্নরি। জীবনা ভগ-বানগী শকওংদগী মুংঙাইবা ফংজরি অদুগা ভগবাম্নসু মশামক্না মুংঙাইবগী মশক ( শকলোন ) ওইদুনসু মাবু মুংশিজবা থম্মোয় শেংবা জীবগী ঈতিং-তিংবা প্রেম অদুবু চাবীরি। অদুম ওইবা মঙোন্দগী হানবা লৈতনা সিদ্ধ ওইরবা রাসলীলাদো—জীবগী মুংঙাইবা হায়বদো খঙহন্নবগীদমক্তা শ্রীবৃন্দাবন্দা মীরমলেনগী রাসলীলা ওইনা শাম্নরি। অদুগুম্বা নিত্যধামদা শাম্নরিবা নিত্য রাসলীলা অদু লৈনদুনা; বৃন্দাবনগী রাসলীলা অদো শন্দোক্না খঙননবা ফোংৎনসি।

শাস্ত্রগী মতুং ইন্না সৃষ্টিগী ( লৈশেম-মুংশেম্বগী ) অহোবা অরোইবা লৈতে। কয়া শেমখ্রে, কয়া শেমলি অমসুং শেমলক-খিগনি। শুপলৈ লৈরমনবা অদু হৌজিক পুম্মৌ-নৌম্বে। অসুম্না অহোবা লৈতে, অরোইবসু লৈরোই। খনবমখৈ য়াই, মহাপ্রলয়দা ব্রহ্মাণ্ড অসি মাঙখিগনি, মতম অদুদা ব্রহ্মাতমক লৈহৌগনি। ব্রহ্মাণ্ডদা লৈবা জীব পুম্নমক ব্রহ্মদা অসুম অসুম খুপচিনখিগনি—পুম্মাঙ মাঙলোই। সৃষ্টিগী মতমদা মানা মানা

পামজখিবা মতুং ইন্না, মন্নাইবক্না তস্না মতুং ইন্না মথক্তী মপোক্তী মতৌগুম তোঙান তোঙানবা মওংদা. তোঙান তোঙানবা লমচত্তা অমুক থোরকখিগনি। ভূত পূম্নমক্না থোরকপা মফম অদুদা অদুম হিংদুনা লৈরন্নগা অদুদা অদুম মাঙখিগদবনি মফম অদু কন্নিস্ত নত্তে - ব্রহ্মনি। অপান্বা অমা লৈবা জীবদি ব্রহ্মদা মাঙলোই, গুণ অহুম্না শাবা প্রকৃতিদা মাঙখিগনি। প্রকৃতি অদুনা পর-ব্রহ্মদা মাঙগদবনি—তিনখিগদবনি। পুম্নমক অসি মওং অমত্তদা ওইখিগনিদি হায়রবু. প্রকৃতিদা লৈরম্বা জীব পুম্নমক কুপ্ন-কুপ্নবা মওংদা তোঙান তোঙাননা লৈগনি, প্রকৃতিসু অসিনা মকুপলে হায়রবা মওংদা ব্রহ্মদা লৈখিগনি। জীব খুদিংগী অনীংবা খেন্নবা মতুং ইন্না মাগী মাগী কুপলবা অনিংবদুগী কুয়োমদা অদুম ফাজিন-জুনা লৈখিগনি। অসুম্বা মশীং লাকঙমদ্রবা জীবগী বাসনাগী (মশানা পামজবগী) কুয়োমশিং অদু মপান নাইদ্রবা পরব্রহ্মগী মপুঙদা লৈরুরগা সৃষ্টিগী মতমদা থোরক্কনি। অদুবু জ্ঞানগী খুৎলাইনা কুয়োম অদুবু থদৎপা ঙম্নবা মী (জীব) অদুদি অমুক থোরক্লরোই. পরব্রহ্মদা অদুম তিনপ্রগনি। রাফম অসি শ্রুতি, বেদান্ত অমসুং গীতা নৈনরবা মীনা খঙবিগনি। মসিনি সৃষ্টিগী থৌওং ; মসি পরব্রহ্মগী খোঙফম নাম্নতগী থবক্নি। ভূত পুম্বা অসি ইবুংঙো মাগী খোঙফম নাম্নতদা শান্নরিবা লীলানি, খোঙফম অহুমদি স্বর্গদা হায়রবদি প্রকৃতিগী বাংমদা থমগ্রে। গীতাদসু শ্রীকৃষ্ণনা অসুম্না হান্নবিরম্রে—"বিষ্টভ্যাহমিদং কৃৎস্নং একাংশেন স্থিতঃ জগৎ।"

পরব্রহ্ম অমসুনা পুন্নমকী নীংবা থুংহল্লি। শ্রীমদ্ভগবদ্‌ গীতাদা - যে যথা মাং প্রপদ্যন্তে তাংস্তথৈব ভজাম্যহম্।" (পামজবা মতুং ইন্না মানা মানা নীংঙবদু ঐনা থুংহল্লি)।" যাদৃশী ভাবনা যস্য সিদ্ধির্ভবতি তাদৃশী" (মহাক মহাক্লা খঞবা রাখল মতুং ইন্না সিদ্ধস্ম অদুম মওই)। সৎ-চিৎ-আনন্দগী মশক ওইবা ব্রহ্মদি প্রকৃতিগী রাংমদস্মু ঙমখৈ লাকপা ঙমদবা মওংদা মতম চুপ্পা লৈরি। জ্ঞানীশিংনা ব্রহ্মগী মপান নাইদ্রবা মগুণ অদুদা তিনবা পামদুনা হোৎনৈ; হোৎনরিবা অদু সিদ্ধ অদুম ওই। যোগী-শিংসু ব্রহ্মদা তিনবা পামদুনা হোৎনবদো অদুম সিদ্ধ ওই। ভক্তশিংনা পরব্রহ্মবু আনন্দনা (হরাউ নুংঙাইবনা) অথোইবা ওইনা উই অমসুং শিব মতমদা (অন্তকালদা) ব্রহ্মানন্দ অদু ফংনিঙিঙ; শ্রুতি, গীতানচিংবা অদুগা মহাপুরুষশিংনা হায়রি— ভক্তশিংগী নীংবা অদুস্ম শোয়দনা সিদ্ধ ওই। ভক্তগী ভাবতি— শান্ত, দাস্য, সখ্য, বাৎসল্য অমসুং মাধুর্য্য; রাসলীলাগী মতাং অসিদদি মাধুর্য্য ভাবগী মনুঙদা নৈনবা তাই।

জ্ঞাম্তনা লৈ হায়না খঙবা অদুনদি জ্ঞানগী মশক ওইবা আত্মা (থরায়) হায়বা অসি নুংঙাইদুনতা লৈবনি। মরম অসি-দগী আত্মা অসি খ্বাইদগী হেন্না নুংশিফম থোকপা পোৎ অমনি। মী খুদিংমক মাগী মাগী থরায় (আত্মাবু) নুংশিদবা লৈত্তে। অসিননি প্রেমতনা আনন্দ হায়বদু ফংনরি হায়বা খঙকম থোক্লে। ইহান হানবদা আত্মাতা মরৈরন্মী, করিস্মু লৈরমদে। গীতাদা— "অহমাত্মা গুড়াকেশ সর্ব্বভূতাশয়স্থিতঃ" (ঐ অসে অর্জ্জুন! ভূত

পুন্নমক্কী থম্মোয়দা আত্মাগী মশক ওইনা লৈ। অদুনদি শ্রুতিনা হায়বা—ইহান হানবদা আত্মাত্তমক লৈরম্মী হায়বা মপান নাইদ্রবা ঙমখৈ লৈত্রবা মুংঙাইবা মশক্কী হৌরকফম ওইবা "আত্মা" অমনে, গীতানা হায়বা জীব খুদিংদা লৈবা "আত্মা" অমনে, আত্মা মখল অনি ঐখোয়না ফংলে। অদুগুম্বা অংশাত্মা (আত্মাগী শরুক মচেৎ) অদু ঐনি— "ঐ" হায়রিবা অসি কনানো—শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্নি। মরম অসিনা ঐনা ঐবুতা মমুঙশিজ্রে। মচেৎ অমগী মশক উরগা মপুমগী মশকসু রাখলনা লেপ্পা ঙম্মী। মৈরিক অমনা তৌবা ঙম্বা থবক্তু খঙলগা মৈজাওগী চাকথেকপা ঙম্বা মগুণ লেপ্পা ঙম্মী। মরু ওইবা ঙমখৈ লৈত্রবা আত্মাগী মচেৎনা জীবগী থম্মোয়দা আত্মা ওইনা, মুংঙাইবগী মশক ওইনা, মশানা মশাবু মুংশিজদুনা লৈ, অদুনদি আত্মা মপুম অদুসু মশানা মশাবু মুংশিজবা অদুদা মশাগী মুংঙাইজবা অদু চাদুনা লৈ হায়বদা করি লানগদগে। প্রেমতনা মশাগী মুংঙাইবদু ফংলে, অদু ওই-রবদি মুংঙাইবদুবু চারিবা (ফংলিবা) পাঙ্গল অদুগী মমিং "প্রেম" —মুংশিবা কৌই। অদুগুম্বা মুংঙাইববু চারিবা শক্তি অদুনা হরাউহল্লি—মুংঙাইহল্লি হায়দুনা মাগী অতোপ্পা মমিং অমনা "হ্লাদিনী শক্তি" কৌই। অসুম্না আত্মানা মশাগী প্রেমগী মচেৎ অমনা মশাগী মুংঙাইবা মচেৎ অদু চারি (ফংলি)। শক্তিনা শক্তি পোকহল্লিবা অদুবু থাদোক্তুনা লৈবা ঙমদে, শক্তি পোক-হল্লিবা অদুনসু শক্তিবু থাদোকপা ঙমদে, মসি মশানা তাবনি। অদুনদি শক্তি অমসুং শক্তি পীরিবা হায়না তোঙান-তোঙানবা

পোৎশক অনি থোক্লে। মরম অসিনা পরব্রহ্ম মরু ওইবা আত্মা হায়বা অসি অমত্তা ওইরবস্থ অনি থোক্লে অদুগা অনি ওইরবস্থ অমত্তা মওইরে।

প্রেম হায়বা অসিদি অমত্তনি, ভাবতি মখল মখা য়াম্মি। প্রেমগী মওংদি—পাম্বা, পামশিনবা, নুংশিবা। নুপা অমনা মমাবু নুংশি, মাগী নুপীবুস্থ নুংশি, মচে মচনবুস্থ নুংশি, মচা-মশূবুস্থ নুংশি। পুন্নমক্কী মফমদা লৈরিবা নুংশিবদু প্রেম হায়বা মখল অমত্তুনি; অদুবু রাখলদি (ভাবতি) খেন্নে নুপীনা মপু-রোইববু "মধুর" ভাবতা নুংশি; অসিগুম্বা মধুর ভাব অসিস্থ কুপ্ল-কুপ্লবা মওংদা মখল কয়া য়াম্লি। আনন্দস্বরূপ, রসস্বরূপ হায়বা পরব্রহ্মগী প্রেমগী শরুক অসি মশিংলাকপা ৬মদবমখৈ আনন্দগী শরুক অদু চারি। তোঙান-তোঙানবা ভাবকী মশীং লাকঙমদ্রবা প্রেমাংশ অদুনা মাগী মাগী ভাবপু অদুদা পুদুনা কুপ্ল-কুপ্লবা মওংদা অমগা অমগা ইমান হেক মান্নদনা নুংঙাইবা ফংনরি। মসি ঐখোয়না সংসারগী মায়াদা তাউদুনা লৈরিবা মওং অসি খল্লুরগা অদুম মশানা তাজবা য়ানি। নুমিৎকী মঙাম্না মফম পুম্বদা তাবগুম, আত্মা অমত্তনা জীব পুম্বদা লৈ। অম্বুম্বা অমত্তা ওইবা জীব পুম্বগী আত্মা অসি তোঙান-তোঙানবা রাখলগী কুয়োম্না য়োমখিবনা অমগা অমগা শম্নদনা উবতনি। মরম অসিনা শিরগা দেহদা লৈবা আত্মানা পরমাত্মাগা পুনবা ঙমদ্রিবনি। অম্বুম্বা ভাবকী কুয়োম লৈরমদ্রবদি জীব পুম্বা শিরগা অয়ান-খুভম ফংনরমগদবনি। ব্রহ্মাণ্ডগী মহাপ্রলয়দস্থ

মানা মানা পুবা ভাবকী মতুংইন্না মরাইবক্কী অতাবা কুয়োম অদুনা য়োমদুনা তোঙান-তোঙাননা অদুম লৈনৈ। সত্ত, রজ, তম কৌবা গুণ অহুমগী কুয়োম্না—জ্ঞান্দা, যোগদা অমস্তুং প্রেমদা তোঙান-তোঙানবা মফমদা ইচোই চোইনা লৈনৈ অদুবু মশানা হৈজরব ঈশ্বরবু মুংশিবগী কুয়োম অদুদ কদোৈঙদস্তু চোইরোই; মসিদি অরেপ্পনি। মরমদি মসি হৌরকফম লোই-ফম লৈতবা পরব্রহ্মগী মচেৎ নত্রগা শক্তিনি। ভগবৎ প্রেমগী কুয়োম অসিদি মীগী বুদ্ধিনা লাম্বা ফংদবমখৈ কুপ্নি অমস্তুং লংই; মরম অসিদগী পরব্রহ্মবু মপান নাইদবা কৌনৈ। অওই-বমক মহাশক্তি মপান নাইদবা, মপান খোপ্পা অনি থোকই—জ্ঞানগী মফমদাদ মপান নাইদে, প্রেমগী মফমদদি মপান নাই। কূপ্পদগী কূপ্পবা, লংবদগী লংলবা প্রেম অমস্তুং রাখলগী কুয়োম নত্রগা অরাপ্পা অসিদি পুক্নিংনা উবা ফংবদা রায় হায়বসিদা চিংন-নিঙাই থোইনা লৈরোই।

প্রেম অমস্তুং আনন্দ অনি অসি অমগা অমগা মতম চুপ্পা লোয়নৈ প্রেম হায়বা অসি মহোশা লাইরেম্বীগী খুদোলনি। মরম অসিনা তোঙান-তোঙানবা প্রেম মখল পুম্নমক মুংঙাইবা ঈশ্বর মাগী লোয়নবী ঙাক্নি। গীতা ৭ মঃ অঃ শ্লোঃ ৫ দা "অপরেয়মিতস্ত্বন্যাং প্রকৃতিং বিদ্ধি মে পরাম্। জীবভূতাং মহা-বাহো! যয়েদং ধার্য্যতে জগৎ॥" (হে অর্জুন! অসুম্বা ঐগী প্রকৃতি মায়া শক্তি লৈপাক, ঈশিং, মৈ, মুংশিৎ, অতিয়া, পুক্নিং, বুদ্ধি অমস্তুং নাপল অসিদি জীব পুম্নবু সংসারদা পুম্নবগী রুরম ওইবনা

কায়দবনি, অভোনবনি ; মসিদগী হেনগৎপা মানা জগৎকী মনুঙ চঙদুনা জগৎপু পুরিবা জীবত্মাগী মশক ওইবা ঐগী অথোইবা প্রকৃতি অমা লৈরি মদুবু নঙনা খঙঙু। মদুদি ঐগী স্বরূপ ওইবা প্রকৃতিনি।) জীবনা মশা মশাগী কর্ম্মনা সংসারগী নত্তবা ঈচেল অসিবু ঙাক্লি (পুরি)। মরম অসিনা জীবস্থ প্রকৃতিনি, প্রকৃতিস্থ জীবনি। কর্ম্মগী মথা পোনবা জীবনা ঈশ্বর নীংবদি কর্ম্ম মাঙহন্দুনা হায়বদি তৌরিবা কর্ম্ম পুম্বা ঈশ্বরদা কথোক্লুনা প্রেমগী মশক ওইবী, মতম পুম্বদা লেঙদনা লৈবা প্রকৃতিদা তিন-শিনবা ঙমগনি। প্রেমগী মশক ওইবী প্রকৃতিনা মুংঙাইবগী মশক ওইবা অথোইবা রসকা মতম চুপ্পা লোইনদুনতা; কোয়দু-নত্তা তোরোৎ খোদাননা লৈমিন্নরিবনি। মশীং লাকঙমদ্রবী প্রেমগী মশক ওইবী প্রকৃতি হায়বদি লোইনবীশিংগা পরমানন্দ হায়বদি পরমরসকা মতম চুপ্পা লৈমিন্নৈ, শান্নমিন্নৈ; মসিবু রাসলীলা কৌবনি।

অস্থম্বা রাসলীলা অসি মতম পুম্বদা থোকই—অরোইবা লৈত্তে – মপান নাইদে। পরব্রহ্মগী মশক ওইবা থোজাল হৈরবা ভগবাননা, সংসারদা চঙলিবা জীব অপুম্ববু অস্থম্বা নিত্যরাস অসিগী পরমরস অদু কংহনবীগে হায়বগীদমক শ্রীকৃষ্ণগী মশক ওইনা শ্রীধাম বৃন্দাবন্দা শান্নৈ হায়বদা চিংননিঙাই লৈতনবগী মওংদা রাসলীলা উৎপীরি। মশামক্লা মুংঙাইবগী মশক ওইবা নটবর বেশ থোন্দুনা অমস্থং মশীং লাকঙমদ্রবী মতম পুম্বদা লোইন-রিবীশিংবু লোইনবী গোপী শাহন্দুনা ইকোয় কোয়না লেঙদুনা

জগোই শারি, ঈশৈ শক্তি অমসুং কোনবিবনচিংবা তৌরি। নিত্যরাসকী অরোইবা নাইদে হায়বসি উংননবগীদমক ইকোম কোয়না লেপ্লিবনি। মপান নাইদ্রবা ভাব উৎপা ভারবদি কোয়-রপ কোয়না উৎকদবনি। মরমদি কোয়রপ কোয়বগী অহৌবা অরোইবা লৈতে। ঐখোয়না পরব্রহ্মবু চিন্তনা অনন্তনি - মপান নাইদবনি হায়নরি, অদুবু "অনন্ত" হায়বসি খনবা খঙবা অসুম তৌই হায়বা লেপ্পা ঙম্বা নত্তে। মহাসাগরগী ময়ায়দা লেপ্তুনা মায়কৈ মরী য়েংলুরবদি, কোয়রপ কোয়না উগনি, মপান নাই-দনা শন্দোকপ্রবা আকাশ অসিসু কোয়রপ কোয়না উগনি। ময়ায়দা লেপ্তুনা কোইয়েং য়েংবদা অনেম অরাং চপ মান্ননা উবা অদু "মণ্ডল" কৌই। মপান নাইদবগীসু যেশা মকম অমদা লেপ্তুনা য়েংবদা অনেম অরাং চপ মান্ননা উগনি। মরম অসিনা "অনন্তবু খঙহনগে হায়রবদি কোয়রপ কোয়না খঙহনবা ভাই। ঐখোয়না তুম্বক তুম্বা মুং মচা অমবু সংসার শিন্দুংনা লৈরিবা শ্রীবিষ্ণুগী মশক লাকশিন্দুনা "শালগ্রাম" হায়না পূজা তৌবা অদুগা পৃথিবী অসিবু গোলোক অমদা য়েক্লুনা লাকশিল্লিবা অসি মঙাই। অসুম্না বৃন্দাবনগী রাসমণ্ডল লৌদুনা মপান নাইদ্রবা প্রেমানন্দগী অকোয়বা অদুসু থম্মোয়দা খজিক খঙনিঙাই ওই।

শ্রীবৃন্দাবনগী ভগবানগা চান্নথোইবী গোপী মশী দি লাক-ঙমদে হায়রে। অদু ওইরবদি ঙমখৈ নাইবা বৃন্দাবন্দা মশীং লাকঙমদবা গোপীনা লেপ্পবা মকম লৈগদ্রা? মসিগী পাউখুমদি মপান নাইদবা হায়বসি খঙননবা পাহৈ অমতা লৈতে, চাউরবা

মণ্ডল অমা উবতনা খঙগদবা মঙাই। অসিগুম্রদুনা মশীং লাক-ঙমদবা হায়বসি খঙনঙাই উপায় লৈতে, যামপ্রে হায়বা অসিনা অসুম খঙনবা তাই।

গোপী খুদিংগী য়েৎ-ওইদা রসরাজ শ্রীকৃষ্ণনা গোপী খুদিংবু লেংবান্দা পায়বীরি। মসি হায়রুবদি মণ্ডলীগী ফজনবতগী হায়-বনি, থাঙ্গৈশেংবদি, কৃষ্ণনা চানবীরবী ইবেম্মশিংগী য়েৎ-ওই, মাং-তুং, থক থা মায়কৈ পুম্নমক্তা কৃষ্ণ লৈ। নিত্যরাস খল্লুবদা খঙবদি ঈশিংদা লুপলিবা মীগী মায়কৈ পুম্বদা ঈশিং লৈবগুম্বনি। অসুম্না মানা মানা মীংজবা শকলোন উজদুনা, ঙমখৈ লৈতনা নুংঙাইবগী ঈপাক্তা, মায়কৈ পুম্বদা নুংঙাইবতগা লোয়ননা লুপলি হায়বসি বৃন্দাবনগী রাস মণ্ডলদগী ঐখোয়না খঙবা ঙম্মি অমসুং ঙমগনি।

ঐখোয়না ভাবনা শাগৎপা মূর্ত্তিগী বা হায়বদা সজ্জন-শিংনা বারৌবিখিগত্রা খঙদ্রে. ভাবকী মূর্ত্তি, আনন্দগী মূর্ত্তি লৈ। মসি সাধন তৌদুনা য়েংলগা মিৎমক্লা উবা ফংগনি হায়না শাস্ত্রনা হায়রি। থম্মোয় নুংঙাইনতা লৈবা ( চিদানন্দ ) পরব্রহ্মগী তথায় অমনা প্রেম, তথায় অমনা চিদানন্দনি। মরম অসিনা প্রেমগী শরুক অদুসু “চিন্ময়” ( অফবতা খনবা থম্মোয় ) নি। চিন্ময় ওইবা প্রেমগী শরুক পুম্নমক অদু মশা-মশাগী তোঙান-তোঙাননা লৈবা অদু খঙলবা মতমদা মশা-মশাগী শককম অদু অদুম খঙ-জরে। মখোয়না মশা মশাদা উজরিবা শকলোন অদুনা মখোয়গী শকফমনি। শককম অদুদি করম তৌই হায়বা কনানসু হায়বা

ঙগ্লোই। ঐখোয় মীনি, মীগী মনুঙদা থোইদোক হেন্দোক্লা ফজরবা ফজরবী অদুগা প্রেমান লৌদুনা মখোয় অদুগী শক্তম লেপ্পা নত্তনদি ফোঙদোক্লবা রাহে লৈতে।

মূল শ্লোক্তা শুকদেবনা হায়রি—রাসমণ্ডল অদুদা লৈরিবী গোপী খুদিংমকনা শ্রীকৃষ্ণ অসি মনাক মনাক্তা লৈবীরি, অতৈ কনাগী নাক্তা লৈতে খল্লি। মসিগু মপান নাইদ্রবা প্রেমানন্দ মণ্ডল অদুগী মরূ ওইবা ফিরেপনি। মশীং লাকঙমদ্রবা প্রেমগী মশক ওইবা ভাবকী শকলোনশিং অদো মপান নাইদ্রবা মুং- ঙাইবগী শরুক অদুদা তিনগ্রে; অদুম্বা শরুক অদুদা রস চাদুনা মশামক মপুং ফারবনি হায়না পেঙ্গগ্রে। মহাক্কী মায়কৈ পূন্‌দা মুংঙাইবা ঙাক্তা লৈগ্রে হায়বদি শ্রীকৃষ্ণতা মউগ্রে। মী ওইবগী মরক্তসু ভক্ত কয়ানা পুন্না মফম অমত্তদা ফম্মিন্নদুনা ভগবানগী ভাবতা পুক্নিং লুপ্পরবদি, অতৈগী মফমদা উরোই; মশা-মশাগী নাক্তা ভগবান শ্রীকৃষ্ণ। অসুম্না শ্রীবৃন্দাবনগী রাসলীলাদা গোপী ময়াম কৃষ্ণ ময়াম উদুনা গোপী খুদিংগী য়েৎ-ওইদা কৃষ্ণ উবগুম, ঐখোয়সু থম্মোয়মুংগী রাসলীলা অমসুং নিত্যধামগী নিত্যলীলাগী তত্ত্ব খঙনবা তানসি।

গোপীগী রাফমদা মুংঙাইবা হরাওবতনা মশরুক ওইবা পরব্রহ্মনা নীংশিংবা থোক্কবা মতমদগী হৌনা, মশানা মশাগী প্রেম অদুত্তা চাদুনা লৈবিরি। মহাক্কী প্রেমগী শরুক্তি মশীং লাকঙমদ্রে, ভাব থেন্নবদসু মশীং লাকঙমদে। মহাকসু অমত্তা ওইদুনসু অমমদা আলিঙ্গন পীবনা মশীং লাকঙমদে। প্রেমাংশ

পুম্বসি মহাক্কী প্রকৃতিনি হায়বদি লোইনবীনি। অসিগুম্বী লোয়নবী পুম্নমক অসিতনা শ্রীবৃন্দাবনগী গোপীনি। গোপীশিং অনি ভাব খেন্নবনা অমস্তুং প্রেম মান্নদবনা তোঙান-তোঙাননৈ। মতুগী মন্নুঙদা প্রেমগী অমস্তুং ভাবকী মপুং ওইরিবী অদুতনা রাধানি মহাক নত্তবা অতৈনা ললিতা, বিশাখ, চিত্রা, চম্পকলতা তুঙ্গবিত্তা, ইন্দুরেখা, রঙ্গদেবী, সুদেবী অসিনচিংবা মিংথোল রাগ্মী। নিত্যসিদ্ধা ওইবী গোপীশিংগুম্না, নিত্যলীলাগী নিত্যানন্দ ওইবা রস চুপনীংলবদি নিত্যসিদ্ধা ওইবী গোপীগী ফিদম লৌগদবনি। মানা মানা পামজবা মওংদা ভগবানবু ফংনীঙলবদি, অদুগুম্বা ভাবচং অদুবু পুরিবা গোপীগী ফিদম লৌতুনা সাধন তৌগদবনি। হায়রিবা ভাব মপু অদুবু মঞ্জুরী হায়না খঙনৈ। ভক্তি শাস্ত্রগী মতুং ইন্না সাধন তৌতুনসু কনানা রাধিকা ওনবা ঙম্বা নত্তে, অদুবু রাধাগী মপূম ফাবা ভাব অতুবু লৌতুনা সাধন তৌজরবদি নিত্যরাধাগা মান্নবা (সাযুজ্য) ফাওবা ফংগনি। অসিগুম্না মানা মানা অনুগা (তুংইনবা) ওইনিঙবা গোপী অদুগী পুর্ণ (মপুং ফাবা) ভাব অদু লৌশিন্দুনা তৌজবা সাধনগী তুংইন্না গোপী মতুগী সাযুজ্য ভাব (মান্নবা রাখল) অদু ফংগনি; চিংনগনু হে মীওইবা!

তোঙান-তোঙানবা ভাবপু পোংশক অমমম ওইনা লৌরো, পোৎ অদুবু কুয়োম অমমম্না য়োমশিল্লো, ময়োম অদু তোঙান তোঙান তারে। মান্ন-মান্নবা (মখল অমত্তগী) পোৎ (ভাব অদু) ময়োম অমত্তদা অতুম পুঙ্খিন্নবা য়ারে। শাস্ত্রদা হায়রি—'আত্মা

বৈ জায়তে পুত্রঃ" মপানা মচাগী মশক ওইনা পোক্লে। মপা অদো মচা অসিনি। হুজিকস্তু মীওইবগী মনুঙদা হায়নরি—হন্দকী অঙাং অসিদি মপুবোক মানগ্রেদা অসিনচিংবা। মান্ন-মান্নবদা মান্নবা পোৎ হাপচিল্লবদি অথোকপা মথৈস্তু মান্নে, মসি মশানা তাবনি। রাধিকা ২।৩ শুবা নত্তে, ললিতা বিশাখানচিংবী ২।৩ শুবা মাগদবা নত্তে। মরম অসিনা মীওইবনা সাধনভগী পাঙ্গলনা নিত্যলীলাদা লৈরিবী মশীং লাকঙমদ্রবী সখীশিংগী মরক্তগী কনাগুম্বী সখী অমগী ভাবতা অদুম তিনশিনগদবা ওই।

মান্না চান্নরবা শুপথা থানদবা উচেক অনি উপাল অমত্তদা তোংমিন্নে। উচেক অমনা উ অদুগী উহৈ চারি, অমা অদুনা সাক্ষী ওইনা য়েংতুনা লৈরি। উগী মশক ওইরবা দেহদা উচেকী মশক ওইরবা "পরমাত্মা" অমস্তুং জীবাত্মা" তোংমিন্নে, অনি অসি চান্নবদা করি হায়রুনি, শুপথা থানদে, অমনা পাইগ্রবদি অমস্তু হেক্তা পাইখি। জীবাত্মানা দেহনা তৌবা কর্ম্মগী ফল চাবদু পরমাত্মানা য়েংতুনা সাক্ষী ওইদুনতা মরৈ। প্রেম হায়বা অসি প্রকৃতিগী মতৌনি; মরম অসিনা জীবনা ঈশ্বরবু খঙবা অমস্তুং খনবা হেল্লগা পরমাত্মাগী চান্নবা মরূপ ওই; প্রেম্না অস্তুম অস্তুম হেনগৎলক্লগা সখী ওই। জীবাত্মানা লৈবা মফমদা শোয়দনা পরমাত্মাস্তু লৈ, অদুম্না প্রেম লৈবা মফমদা মুংঙাইবস্তু লৈ। প্রেমময়ী রাধানা লৈবা মফমদা আনন্দময় ওইবা শ্রীকৃষ্ণ লৈ। জীবনা ধর্ম্মোয়গী মশক ওইনা পুন্নমকপু খঙবা পরমাত্মাগী থানদবা মরূপ ( সখা ) নি। অদুম্বা চৈতন্যগী মশক ওইরিবা জীব অদুমক্না

প্রেমগী স্বভাবতা, নুংঙাইবগী রসনা কুংশিন্নকুনা মূর্ত্তি পান্নবা পরমাত্মাগী থানজ্রবী সধীনি। হকচাং খেন্নবনা জীবস্থ মশীং লাকঙমদে, অদুনদি পরমাত্মাস্থ মশীং লাকঙমদে অমত্তা ঙাম্নবা ভগবান্না লেঙদ্রবা থম্মোয় পুদুনা ব্রহ্মাণ্ডগী মশক ওইনা মশীং য়াম্না থোক্তুনা, মশামক্তা মশাগী "রস" বু মতম পুম্বদা চাদুনা মতম পুম্নমক নুংঙাইনতা লেল্লিবা মওং অদু "রস" কৌই।

শুকদেবনা হায়রি—লাই খিবিক্তা লৈগী দোলাই তোংদুনা আকাশতগী ভগবানগী রাসলীলা য়েংলি। মসিগী নুংগী অর্থ— ঐখোয়না স্বর্গদা লাই লৈ হায়বসি থাজনরি; মসিদা করিস্থ ঙকনিঙাই লৈতে। মসি নত্তনা অধ্যাত্মলীলা (আত্মাগী ময়ুম ওইরিব। হকচাং মনুঙগী লীলা) দা অমুক্তং খম্থসি—শাস্ত্রগী মতুং ইন্না মীওইবগী হকচাংগী ইন্দ্রি খুদিংমকপু পুবা লাই (অধিষ্ঠাত্রী দেবতা) অমমম লৈরি। ইন্দ্রি পুরিবা লাইশিং অদুনা তাবা, উবনচিংবা খঙননবা জ্ঞান মঙাগী মপান্না মপানগী বিষয় মঙা (রূপ, রস, শব্দ, গন্ধ, স্পর্শ) অসিবু ফংদুনা মতম ঙাইহাক্তা মরৈবা নুংঙাইবা চাদুনা লৈরি; অদুগা খুৎনচিংবা থবক তৌনবা ইন্দ্রি মঙানা মতেং পীদুনা মপানগী থবক পুন্নমক তৌরি। অদুবু যোগীশিংনা (জীবাত্মাগা পরমাত্মাগা পুনহনবা ঙম্নবা লাইনীংবশিংনা) সমাধিদ্রা লৈরবদা (লাইনিং পরৈ চেৎথ্র-বদা) ইন্দ্রি পুবা লাইশিংনা মপানগী থবক অমত্তা তৌখিদ্রে, পুন্নমক থনুংদা তুম্মিন তুমিন লৈনদ্রে। মাসি করিগীনো? রাসলীলা অদুগীদমক্তনি। সমাধিগী ফিভমদা যোগীগী জীবাত্মা

অদো মাগী নিত্যসখা ওইবা পরমাত্মাগা কোয়দুনা য়াম্না নুংঙাইনা অথোইবা রস অদু চাদুনা লৈখিবননি। হায়বদি যোগীগী থম্মোয় বৃন্দাবন্দা আধ্যাত্মিক রাসলীলা শায়রিয়ে। মরম অদুনা ইন্দ্রি পুবা লাই পুম্বা পানগী করিস্নু লৈত্রবা নুংঙাইবদু থাদোকুনা জীবগা লোয়ননা থোইদোক হোন্দোক্লা নুংঙাইবা ফংবনা পেন্দুনা লৈখিবননে।

বলয়ানাং নূপুরাণাং কিঙ্কিনীনাঞ্চ যোষিতাম্
সপ্রিয়াণামভূচ্ছব্দ স্তুমুলো রাসমণ্ডলে ॥৫॥
তত্রাতিশুশুভে তাভির্ভগবান্ দেবকী সুতঃ
মধ্যে মণীনাং হৈমানাং মহামরকতো যথা ॥৬॥

অর্থ :— রাস মণ্ডলদা শকয়াম পুবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগা শায়রিবী ব্রজবালাশিংগী খুজি নাচি, নূপুরনচিংবা পুম্বগী খোম্থোক অপুনবনা অকিবগী মশক ফংনা নিয়ে ॥৫॥

অদুগুম্বা রাস মণ্ডল অদুদা সনানা শাবা মূর্ত্তিগুম্বী গোপী শিংগী মরক মরক্তা ফুইনা হোয়কপ্লা নোংগী মচুগুম্বা ভগবান্না ঙাম্থোইবদি সনা মণি পরেং মরক্তা নীলকান্ত মণিনা থাম্বগুম নীংথিজপ্রে।

নুংগী রস :— বৃন্দাবন্দা শায়রিবা রাসলীলা অদু কনানস্নু উরুবা, তারুবা লৈতে ; মহর্ষি শুকদেবনা যোগগী রাখস্তুনা উবনি, তাবনি। গোপীশিংনা শেৎলিবা, লৈতেংলিবা পুম্বগী ফজবা মওং করি রাহৈনা ফোঙদোকনি, ফজধ্রে হায়বা অসিনা লোইরে। ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী কুচু শংমুনবা অদুগা ভোরবী ইবেম্মশিংগী মঙানগা

য়েশিল্লবা অদুদি কয়া নীংথিজৈ হায়বা প্রমাণ পীনিংঙাই লৈতে। অরংবা সনাগা অরংবা মণিগা থম্মিন্নবদা অমগী মশেক অমদা চঙনদুনা মিৎ থকপা মথৈ ফজবা অদুগুম্বনি। মসি ভক্তি লৈবা বৈষ্ণবশিংতনা রাখলগী মিৎয়েংনা উবিগদবা মঙাই। প্রেমগী থম প্রেংবদা মুংঙাইবনা ওই, মু-ঙাইবা হায়বদু প্রেম য়াওদনা ওইবা য়াদে। অদুনদি প্রেমগা মুংঙাইবগা অনি অসি অমনা অমগী মতেং ওইনৈ। প্রেমগী মূর্ত্তি গোপীশিংগা, আনন্দগী মূর্ত্তি শ্রীকৃষ্ণগা পুন্না শান্নমিন্নবদা অরাৎপা করি লৈখিগনি। হে মীওইবা! ইশা ইশাগী মপুঙদা (হৃদি বৃন্দাবন্দা) নিত্যরাস অসি মতম চুপ্পা শান্নরি হায়না খল্লবিদুন', ফজবা পুন্সি ওইনা লেনবিয়ু।

পাদন্যাসৈর্ভুজ বিধূতিভিঃ সস্মিতৈভ্রূবিলাসৈ
র্ভজ্যন্মধ্যৈশ্চল কুচপটৈঃ কুণ্ডলৈর্গণ্ডলোলৈঃ।
স্বিদ্যন্মুখ্যঃ কবররসনা গ্রন্থয়ঃ কৃষ্ণবধ্বো
গায়ন্ত্যস্তং তড়িত ইব তা মেঘচক্রে বিরেজুঃ।৭।

অর্থ:—শ্রীকৃষ্ণনা চানবিরবী ব্রজবালাশিংগী কোকী শম অমম্লুং খাংজেৎ অদু কয়া পুনশিল্লগা, খোঙথাং হাপ্তুনা খূৎকী জগোয় শাথেক্কা লোয়নননা মোমোন মোমোন নোক্তুনা পীশুমগী ইঙ্গিত য়াওনা কৃষ্ণগী গুণ খাগত্তুনা ঈশৈ শকপা হৌরক্লে। অম্লুম্বা জগোয় শাবদা থবাকী থাখুম কোমথোরক্লে, নাদা য়ানবা লৈতেং কুণ্ডলনা খজাইদা লিকেৎ-লিকেৎ মখি ভানা হাইরক্লে অমম্লুং মায়থোং থম্বালদা হুমাং মরীক কায়ক্লে। অম্লুম ওইবা

ফিভমদা মখোয়না শ্রীকৃষ্ণগী নাক নাক্তা লৈতুনা কুইনা মংলবা নোংগী মরক্তা নোংথাং কৃষ্ণগুম নীংথিকখরে।

নুংগী রস :— মথক্কী শ্লোক্তা গোপী মরক্তা লৈবা কৃষ্ণগী কক্কবা হায়খ্রে। অমগা অমগা মতেং পাংনদুনা কক্কবগ্ অমত্তগী কক্কবা হায়রুবনা পেন্দ্রদুনা শ্লোক অসিদা গোপীগী কক্কবসু হায়রি। মনাগী মণি পরেংনক্তা মরকতা মণি থাম্বগা প্রমাণ তৌরি; অসিদগ নোংগী মরক্তা নোংথাং কৃষ্ণগী প্রমাণ তৌরি। শ্রীকৃষ্ণনা গোপীশিংগা লোয়ননা মহোশাগী অসুম ওইরবা রাসলীলাগী মতৌ লৌদুনা লীলা শাম্নরি। মসি নুংঙাইনবগীদমক্তা পাগদবা নত্তে, ভক্ত বৈষ্ণবশিংগী রস চুপ্পনবা রাকমনি। ভাব চোইগনবা ভক্তশিংনসু প্রেমানন্দগী কূপত্রবা লীলা অসি "ধ্যান" তোবা ইরাইলায়বা নত্তে; অসিগুম্বা ভক্তশিংগীসু ভাব চোইদনবা মহৌশিনা য়াম্না লুরবা রাঙাও অসিবু হায়বিরম্লে।

উচ্চৈর্জ্জগুনৃত্যমানা রক্তকণ্ঠ্যো রতি প্রিয়াঃ
কৃষ্ণাভিমর্ষ মুদিতা যদ্‌গীতেনেদমাবৃতম্ ॥৮॥
কাচিৎ সমং মুকুন্দেন স্বরজাতারামিশ্রিতাঃ
উন্নিন্যে পূজিতা তেন প্রীয়তা সাধু সাধ্বিতি ॥৯॥
তদেব ধ্রুবমুন্নিন্যে তস্যৈ মানঞ্চ বহ্বদাৎ ॥১০॥

অর্থ :— গোপীশিং অসি মহোশানা ররাঙ-ভরাম্বা পাম্মী, মতুংগা খোঙ্গেলসু য়াম্না কৈ। মখোয়না মুক্ত পীনবিবা ভরা শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীঅঙ্গ শোকচবদা য়াম্না নুংঙাইদুনা জগোয় শাক্নলীনা য়াম্না রাংনা নুংশিরবা ঈশৈসু শাক্লি। মখোয়গী ঈশৈ অদুনা অহিংপান অসিদা ঈরাইনবরক্লি ॥৮॥

সঙ্গিত শাস্ত্রদা খোঙ্গোক্কী খোইদোকপা মিংবু "জাতি" কৌই। "ষাড়জ্যার্ষভীচ গান্ধারী মধ্যমা পঞ্চমী তথা। ধৈবতী চাথ নৈষাদী শুদ্ধা এতাস্তু জাতয়ঃ।" ষাড়জী, আর্ষভী, গান্ধারী, মধ্যমা, পঞ্চমী, ধৈবতী অমসুং নৈষাদী হায়বা জ তি মথল তরেৎ অসিনি। রাস মণ্ডলগী মনুঙদা য়াওরিবী গোপী কনা-কনাগুম্বীনা মুক্তি পীনবিবা ঙম্লিবা শ্রীকৃষ্ণগা লোয়নবা য়াম্না নুংশিবা খোঙ্গেলনা স্বরজাতিশিং অসিগী খোঙ্গোক্তা ঈশৈ শক্লক্লি। শক্লিবা ঈশৈ অসি য়াম্নদে হায়বদি তশেং-তশেংবা জাতিগী খোঙ্গোক্লি। ভগবান কৃষ্ণনা স্বরালাপ (খোঙ্গেলগা লোয়নবা ঈশৈ মরোল) অসি তাবদা য়াম্না পেনবিক্লে অমসুং শক্লি শক্লিবী গোপী অদুবু হয় হয়া থাগৎপীখি ॥৯॥

সঙ্গীত শাস্ত্রদা খোইদোকপা তাল অমবু "ধ্রুব" হায়না খঙনৈ। মথক্তা হায়রিবী গোপী অসিনা য়াম্নদবা স্বরজাতিনা ধ্রুব তালগা লোয়নবা শক্লকপদা শ্রীকৃষ্ণনা অমুক হেন্না পেন-বিক্লে অমসুং ঈশৈ শক্লিবী গোপী অদুবু ইকায়-খুম্নবগা লোয়নবা থাগৎপিরে ॥১০॥

নুংগী রস:— গোপী কৃষ্ণগী হরাউনা শান্নবগী বা নত্তনা শ্লোকশিং অসিগী নুংগী বা খোইনা হায়নিঙাই লৈতে। প্রেম অমসুং আনন্দ হায়বসি গোপী কৃষ্ণগী মশক্লি। মরম অসিনা ভক্ত অমসুং ভগবানগী মূল তত্ত্বনি। মীওইবা খুদিংগী থম্মোয়দা জীবাত্মা অমসুং পরমাত্মা লৈ, মরম অসিনা ভক্ত ভগবান লৈ হায়বদি প্রেম আনন্দ অনিমক লৈ। কনাগুম্বা প্রেমিক ভক্ত অমনা হরিনাম সঙ্কীর্ত্তন তৌবদা নত্রগা তাবদা ময়াই কাখিঙনা

মখোঙ মখুং, মকোক মরু য়াওনা মশা পুম্বা জগোয় শাই। মুম্বা খজিল্লুবদা খঙবা ঙম্মি—মাগী হকচাং মপুংগী প্রেম অমস্তুং আনন্দগী মশক ওইবা জীবাত্মা অমস্তুং পরমাত্মা অনি অদু হাই চুম্না লেঙ-লকপগী মতুং ইন্না হকচাং অদুস্তু জগোয় শারিবনি। মসি প্রেমগা আনন্দগা তিন্নবনি। মসিদা হকচাংনা করিগী জগোয় শারোই-রবগে? সংসারগী থোইদোকপা হরাও তয়াম্বনস্তু থম্মোয়স্তুঙদা অমস্তুং মপান্দা জগোয় শারি। ঐখোয়না য়াম্না মুংশিননা চ'ম্নবা মীহুনা মতম কুইনা উনরুদ্রবা নত্রগা লংফৈ চংলুরব: মতুংদা হেক থেংনবগী অহানবা উনবদা চাম্নবা মাবু মুংঙাইহুনা কোম্নবদা ঐখোয়গী জীবাত্মা অসি মুংঙাইবগা তিন্নাখবা অদুবু হকচাংগী জগোয় মখল অমা ওইরোইদ্রা?

ঐনা ফমদুনা নৈশিরিঙৈদা চহি য়াম্লবা খঙনবা অহল অমা লাক্পদা অহল অদু উবগী পুক্রিংদা ইগৌ অমা লাক্লুনা তরাম তরাম ওকপা ঐনা হৌগত্নুনা ঈকায় খুম্নবা উৎপা, মুংঙাইবগী রারী রাতাই হংনহুনা পুক্রিংগী ইরাং অমা পোকই; পোক্রিবা ইরাং অসিমক্লা হকচাং অদুবু হৌগৎহল্লি। মরম অসিদগী খঙিঙ—অহানবদা মুংঙাইবা অমা পুক্রিংদা হেক ফাওরকপদা জীবাত্মানা লেংঙঙ, অদুদগী থরায়গী ইরাং অমা লাকই, অদুদগী হকচাং অসি হৌগৎপনিমনা।

মরম অসিনা করবা সংসারগী হরাওবতদা থম্মোয়পুংগী আত্মা লেঙলিবনি। হায়বদি জগোয় শারিবানি অদুগা জগোয় অদুগী চৈথেংনা হকচাংস্তু জগোয় শারিবনি। অহু ওৎরবদি মুংশিকর থোক্লবা পরমানন্দ অদুগা উনবদা জীবাত্মানা মাপ্পা

হয়াওনা জগোয় শাগনি অমসুং জগোয় অদুগা লোয়ননা হকচাংসু জগোয় শাগনি হায়বা অসিদা ঙকনিঙাই লৈতে। ঈথৎ ঈপোম হৌদুনভা লৈবা ঈপাকথক্তা ভাষ্টরিবা রাকমৈ হিরেম্না জগোয় শাদুনভা লৈবা, ঈপোম্না য়ৈবদা জগোয় শাবগুম, আনন্দ সাগরদা জগোয় শারিবা হকচাংনা প্রেমগী ঈপোম্না য়ৈবদা মত্তোমত্তমক অদুম জগোয় শাজবনি। তথায় থনবা ঈশিং পুল হায়বদি থাংতপ্তা ঙায়বা ঈশিং চক্ষু, মপুঙগী ঈশিংনা হায়বদা চক্ষু অদু হায়বগুম, হকচাং মনুঙগী জীবাত্মা পরমাত্মাগী জগোয় শাবতদা হকচাংসু শারিবনি। হরিনাম সঙ্কীর্ত্তণ তৌবদা নত্রগা তাবদা ভক্তশিংনা শারিবা জগোয় অদু মরম অসিননি। ঐনা হায়জরিবা অসি ঐগুম্বা ভক্ত শাবগী বা নচ্চদে, শ্রীচৈতন্যগুম্বা ভক্তাবতারগী বানি। হরিনামনা করিসু লৈতবা ঐগী থম্মোয় আত্মাদি জগোয় শাদে ; ঐনা নমদুনা জগোয় শাহনবনি।

হোৎক্তি প্রেমগা আনন্দগা পুল্লগা জগোয় শাই হায়বসি মশানা তারে। অনি অসি শুপথা থানদবনি, অমনা লেঙবা হৌরবদি অমসু হেক্তা লোঙঙ। সুংঙাইবা উবদা প্রেম্না জগোয় শারবা, প্রেম উবদা সুংঙাইবনা জগোয় শারবা, করমনা হা-বগে থঙদে ; চপ মান্নরা ঈহৌরকপগুম তৌই। প্রেম্না জগোয় শারিবা মথৈ আনন্দসু শাই, আনন্দনা শারিবা মথৈ প্রেমসু শাই। রাস লীলাদা প্রেমানন্দ—গোপীকৃষ্ণনা তৌরিবসু অসিনি। রসিক ভাবুক প্রেমিক, রাখল লৈবা অফবা মীশিংতনা মসিবু ডাবদুনা সুংঙাইবীগদবা ওই।

মিৎনা উবা ফংব্রবা, রাধালনসু লাখা ফংব্রবা মফম অদুদা নীংশিংবা থোক্লরোইদবা মতমদগী হৌনা অরেম্না লৈতবা প্রেমানন্দগী রাস অসি শান্নদুনতা লৈ। অদুগুম্না থম্মোয় মসুতদসু জীবাত্মা পরমাত্মাগী জগোয় শান্নরি। ভাইবংবানগী থৌরম কয়ানা চাক্লবা জীবশিংবু মদু থডহনবগীদমক্তা অমসুং থোইদোক্লা সুংডাইনবগী মশক ওইরবা নিত্যরাস অদুদা পুননবগীদমক লীলা অনি অসিগী চাংদমগী মশক ওইনা শ্রীবৃন্দাবনদা প্রেমগী মশক ওইবী গোপীগা আনন্দগী মশক ওইবা কৃষ্ণগা শান্নরিবা জগোয় অদুবু শীংথারুরিবনি। ইশানা জগোয় অদুবু শারুব্রবদি অতোপ্পা কনাদা জগোয় তপীবা য়াগদগে। তত্ব থডলবা রাধল লৈরবা সাধকশিংতনা থাঙ্গৈশেংবা থডবীগনি— অসুম্বা মিৎনা উরিবা মপান নাইব্রবা সংসার অসিদা মশামক্তা জগোয় শাদুনা মতম পুম্নমক্তা মশীং নাইব্রবা জীববু জগোয় শাহল্লি। রাধল থেনবা মীনা ইবুঙো মাগী তাল মতুং ইন্না জগোয় শাবা হৈতদুনা, তমদংনা লৈনরি। জগৎ অসিদা হৌজিক চৎনরিবা সুংশি-সুংওলগীনি হায়মু, পুকচেল থোৎপা থোজালগীনি হায়মু, অকল-অথৌ তৌৎপগীনি হায়মু, তৌবতপা চাওথোকপগীনি হায়মু – পুম্নমক অসি জগোয় মথল-মথলনি। প্রেমানন্দগী ঊহোনা ভক্ত অমসুং ভগবানগী জগোয় অদুগা ফংদবা পোৎপু ফংনীংবগী ঊথিম্না সংসারগী মীওইবগী জগোয়, অসিনি। মীওইবনা পোকপদগীনা শিবা কাওবা, অয়ুক অমদগী অয়ুক অমা কাওবা, অতৎপা লৈতনা পান্দ-সুংবা ততনা জগোয় শাদুনা কোয়রি, চৎলি; জগোয় অসি

কদায়দা ভোরি, জগোয় অসিগী হৌরকফম করিনো? হায়না পামখিবা পোৎপ্ কংননবা থম্মোয়দা মৈ চুরগা, মতুদা সুংঙাইবা মৈশা খ'জক লাংলকপদা প্রাণবায়ু অহু সেঙলক্লে; প্রাণবায়ুনা থেংলবদগী হকচাং অসি তু'মন্না লৈবা ঙম্লক্লে. মায়কৈ থুংনা কোয়চেন চেল্লে. অসুন্না জগোয় শারে; অহুম ওস্লোকপনি; ভগবাননা উংশীবা ভাগগী মতুং ইন্নদি থোঙ থাংবা থোক্লে।

কাচিদ্রাস পরিশ্রান্তা পার্শ্বস্থস্য গদাভৃতঃ
জগ্রাহ বাহুনা স্কন্ধং শ্লথদ্‌বলয় মল্লিকা ॥১১॥
তত্রৈকাংসগতং বাহুং কৃষ্ণস্যোৎপল সৌরভম্
চন্দনালিপ্তমাঘ্রায় হৃষ্টরোমা চুচুম্বহ ॥১২॥
কস্যাশ্চন্নাট্যবিক্ষিপ্ত-কুণ্ডলত্বিষমণ্ডিতম্
গণ্ডং গণ্ডে সংদধত্যাঃ প্রাদাত্তাম্বুলচর্বিতম্ ॥১৩॥
নৃত্যতী গায়তী কাচিৎ কূজন্নূপুরমেখলা
পার্শ্বস্থ চ্যুতহস্তাব্জং শ্রান্তাধাৎ স্তনয়োঃ শিবম্ ॥১৪॥

অর্থঃ – কনাগুম্বী গোপীগী থুনাংগী লৈতেং ওক্না শিব মল্লিকা পরেং জগোয় শাবগী মতুং ইন্না হাই হুম্মি; বাহুকুবদা মপান্থোন্না মনাক্তা লৈরিবা মবুঙোগী লেংবান্দা শোজার॥১১॥

কনাগুম্বা গোপীনা মরেংবান্দা থম্নিবা থম্বাল মনম নম্বা চন্দোন লৈতেংলবা শ্রীকৃষ্ণগী পাম্বোম্বু মনম নম্নুনা পুক্নিং তুম্মুংবা পোক্লা চুপচরি॥১২॥

কনাগুম্বী গোপীনা জগোয় শাবদুদা মনাগী লৈতেং কুণ্ডলনা হাইরকপগী মঙালনা মথক্তাই অহু ইরংলংনা নীংথিবে; মহাক্না

মবুঙোগী খজাইদা মশাগী খজাইনা শোকচবদা, শ্রীকৃষ্ণনা শান্নবা পানবু মহাক্কী মন্নাদা ইনবীরি॥১৩॥

কনাগুম্বী গোপীনা খোঙগী নূপুর, খাঙগী মেখলা মখোনগা লোয়ননা জগোয় শাবা অমসুং ঈশৈ শকপা হোৎন হোৎননা বান্নদুনা মনাক্তা সৈবা মবুঙোগী লৈরাং খম্বাল পান্নবগুম, নীংখিরবা শ্রীহস্তবু মশাগী মথবাক্তা থমজে॥১৪॥

গোপ্য লব্ধাচ্যুতং কান্তংশ্রিয় একান্তবল্লভম্
গৃহীত কণ্ঠ্যস্তদ্দোর্ভ্যাং গায়ন্ত্যস্তং বিজহ্রিরে॥১৫॥

অর্থ:— কনাগুম্বী গোপীনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু মপুরোইবা ওইনা ফংজদুনা অমসুং মবুঙোগী পাংশোম্না ভকশমদা কোনবিদুনা, ইবুঙো মাগী গুণ গান তৌন-তৌনা শান্নরি।

শৃংগী রস:— শ্লোক ১১—১৫ ফাওবা অসি শৃংগী খোইদোকপা রস হায়নিঙাই লৈতে। শ্রীকৃষ্ণগী রাসলীলাদা শৃঙ্গার রস মওংদা মপুং ফানবা অপ্রাকৃত ওইবা রস উৎপত্তনি।

কর্ণোৎপলালকবিটঙ্ক কপোলঘর্ম্ম
বক্ত্রশ্রিয়ো বলয়নুপুর ঘোষবাদ্যৈঃ।
গোপ্যঃসমং ভগবতা ননৃতুঃ স্বকেশ
স্রস্তস্রজো ভ্রমরগায় করাসগোষ্ঠ্যাম॥১৬॥

অর্থ:—গোপীশিংনা ভগবানগা লোয়ননা জগোয় শাবা অদুদা মখোয়গী মায়থুমগা ভাইননা লৈন্নিবা লৈরাং পরেং অদু মরেং-মরেং হাইরক্লে অমসুং মখোয়গী নাদা য়াম্লিবা খম্বাল অঙাংবগী মমিদা ( মশেক্তা ) তৌনা ফজরবা খজাইদা য়েবা অমসুং

হমাং মরিক-মরিক কাবা অদুনা মখোয় শক অদো অঙকপা কং-বমথৈ ফজত্রে। মতম অদুদা খোইমুশিংনা শৈশকপা, খুজি, খোংজি, নুপুরনা পুং য়ৈবা ওইত্রে।

নুংগী রস :— শ্লোক অসিদা মরু ওইবা থম্বনিঙাই য়াওদে, অদুমদি ওইরবদা খোইনুনা ঈশৈ শকপা ওইথি হায়রবা অসিদা ঐখোয়গী থম্মোয়দা করিনো অমদি থনদবা উমদে। লাগুনা নৈবা পুথ্রি অমদা শাৎজিবা থম্বালগী নৈহি পাম্বনা লাঙতক্লববা খোইমুশিংনা গুণ গুণ হায়বা স্বরনা ঙংবা তাবিররিনি। মতম ঙাইশাক্তুং সংসার অসি কাউথোক্লুনা অচিকপা মফমদা ভগবানবু ধ্যান তৌদুনা থম্মোয় লকাপুংদা "ওঁ" হায়বা প্রণব অসিনা সাধন তৌবিরগা রাসলীলাগী ভ্রমরগান অসি তাবিগদবা মঙাই। পুরিং অনি লোঙদনা ভগবানগী ধ্যানদা লুপ্লুনা প্রণব সাধন তৌরগা, লাগুনা নৈবা খোইমু মপৈগী শেংফাক্তবা সুংশিরবা পিক্লা ঈংলবা খোম্থোকী মতৌগুম্বা, খোইদোমগী থম্মোয় ফাওবগী মমুঙদা খম্বৌ মশিংগুম্বা কুপ্পবা শিংলিদা পিক্লবা খোঞ্জেল অদু তাবা ফংগনি। ভগবান্দদা লুপ্পবতদা হৃদি পদ্মাসন্দা নৈবা ভগবানগা জীবগা তিল্লবনি। মসিবু আধ্যাত্মিক রাসলীলা কৌই। অসিগুম্বা রাস-লীলা অসিদা খোক্লক্লিবা প্রণব (নাম লৌবগী খোম্থোক) অদু খোইমুগী খোঞ্জেলনি হায়না লৌবিয়ু। মসি ধ্যান যোগীশিংনা তশেংনা থঙগনি।

মায়া লাম্থোক্লবা জীবাত্মা পরমাত্মাবু থঙলবা বৈষ্ণবকী থম্মোয়দা অমদি অপ্রাকৃত ওইবা নিত্যরাসলীলাদস্থ অসুবা খোইমুগী তজ্জা

ঙংদুনা ঊশৈ শক্তি। থম্মুবা মীশিংতনা থল্লগা মসিবু উবি-
ডাবিগনি। খোঙ্গোকা অর্থগা অনি অসি থক থানদে। খোঙ্গোক
লৈবা মকমদা অর্থ, অর্থ লৈবা মকমদা খোঙ্গোক ডঙাইকদনা
অদুম লৈরবনি। অদুনদি খোঙ্গোক ওইবা ব্রহ্ম অমসুং পর-
মাত্মা অনি অসি থাদোক্লদে। খোঙ্গোক ওইবা প্রণ ভোরবদি
অর্থগী মশক ওইবা ব্রহ্মসু অদুম লৈরে অমসুং ব্রহ্ম লৈবা মকম
অদুদা প্রণবসু অদুম লৈরে। মরম অসিনা শ্রুতি শাস্ত্রদা প্রণবকা
পরব্রহ্মগা ভোঙান-ভোঙানবা নত্তে হায়রি। ভক্তি শাস্ত্রদসু মিংগা
মিং ওইরিবা অদুগা অমত্তুনি হায়না য়ারি। মরম অসিনা অপ্রাকৃত
রসদা ভ্রমরধ্বনি (খোইমু খোঞ্জেল) ঙংলি। মকম অদুদা প্রেম
আনন্দ অনিনা লেঙবদা অঙকপগী মশক ওইবা নাদধ্বনি ভত্তনা
থোক্লি। প্রেমময়ী সখীশিংগা আনন্দ ওইবা শ্রীকৃষ্ণগা মতম
পুম্নমক্তা অগোয় শানবদা সুংশিরবা খোঙ্গোক্তা খোইমুগী ঊশৈ
মতম চুপ্পা ঙংলি। অচিকপদা পুক্লিং শুম্না ভারবদি অসিদগীসু
অদুম ভাবা ফংগনি। ঐখোয়দি না পঙবনি; বৃন্দাবনগী ঊশৈ
ভাবা ফংদে, ইশাগী থম্মোয়গী ঊশৈ ভাবা ফংদে —অদুনদি মায়াগী
বাংমদা লৈবা লমগী ঊশৈদি করম্না ভাগদোরিবা!

লাইরিক লেংলিবা মীগী অপাম্বত্ত করিনো হায়বা কোঙ-
দোকপা অসি অয়ারবা নত্তে। খোইদোকপদি থবিনা লেংলিবা
ভক্তি অমসুং জ্ঞানগী মরম ওইবা ধর্ম্ম শাস্ত্রগী মরু ওইবা রা মচং
পুখোকপা অসিদি অচম্বা মীওইবনা ভবগী বাংমদা লৈরে।
অসিগীসু মথক্তা শৃঙ্গার রসনা কুম্ববা অথোইবা ভব অসি,

অসিনি হায়না খঙগদবা ওন্থোক্লা লুপ্রে। ভগবানগী মশক অদুনা করম তৌই হায়বা খঙননবগী পাম্বৈ লৈত্রবস্থ ভক্তশিংনা মশা মশাগী খন্মোয়না শাগৎপা শ্রীরূপ অদুদা অদুম মুংঙাইবিবা ওয়গুম, মহাক্কী লীলাগী বাফমদস্থ নীংবী নীংবীবিরা অর্থ অদুনা অদুম পুবিদুনা লেনবীগদবা মঙায়রে। ভক্ত নত্রবমকস্থ পুক্তিং ভয়াং ভয়াংবা মী অমা ওইনা নীংজবা ভাব মপু অমদা খোইমুনা ভংবগী শৈশকপু ইথোক্ল্রে, চুমগনি চুম্মোই খঙজদে। শুকদেবগী অপান্বা অনীংবা অদুদি মশাক্তনা খঙবীরমগনি।

এবং পরিষঙ্গ করাভিমর্ষ
স্নিগ্ধেক্ষণোদ্দাম-বিলাস হাসৈঃ
রেমে রমেশো ব্রজসুন্দরীভি
র্যথার্ভকঃ স্বপ্রতিবিম্ববিভ্রমঃ।১৭।

অর্থ :— অঙাংনা মশাগী মীরূমগা শান্নবগুম, ভগবান্না কোনবিবা, মুংশিবা মিৎয়েংনা য়েংবিবা, খুৎ শায়বীবা অমস্থং নোকমিন্নদুনা ব্রজগোপীশিংগা শান্নে।

নুংগী রস :– মী পুম্নমক্কী য়াইফনবতা খনবীরবা, ভাগবতপু হায়রিবা, শুকদেবগী অঙকপা লৌশিংবু করি হায়রিগে! হৈ-শিংলবা পাবীরিবশিংনা অদুম উবীগদবা মঙায়রে। মহাক্লা হৈরবা য়াইবা অমগী মভৌগুম তাবদা মুংঙাইহল্লবা কাব্যরসনা পামহল্মুনা, তত্ব খঙজত্রিবা, খন্মোয়দি থোৎলবা মীশিংবু খঙবদা নুংয়্গ পরমার্থ তত্ত্ব তপ্ন-তপ্না খঙহনবীরি। মিৎনা অশেংনা হেক্তা উরবা অগোয় শাবা, অগোয়া শাবীগী মভৌগুম, গোপী

কৃষ্ণগী ফগোয় অমসুং ঈশৈনচিংববু রাম্না নীংথিজরবা লোনদা অমসুং ভাবতা কোঙদোক্লুনা, তুংদা মীওইবনা প্রাকৃত রসতা পুনথিগত্রা হায়না চিংনদুনা, খুদমতগী থোরাংনা গোপী কৃষ্ণগী স্বরূপ তত্ব নীংশিংহনবীরি। অতোংনা মথিগা শান্নবগুম, ভগবান মাধবনা গোপীশিংগা শান্নরি হায়না মহাক্না হায়রি। মরম অসিনা শুকদেবগী রাভাঙ অসিদগী খঙবা ঙম্বদি—ভগবান্না অতোপ্পা কনাগুম্বা মুপীগা লোয়ননা শান্নদে মশাগী মথিগা শান্নমিন্নবনি। ঐখোয়না গোপীকৃষ্ণগী জগোয়গী মরমদা হায়গ্রিবা অসি আনন্দ কংবদা প্রেম্না ময়ায় কাবা অদুগ, প্রেম শোক্লবদা আনন্দসু ময়ায় কায়; হায়বদি অনিমক অমগা অমগা ভান্নবা ওইনা জগোয় শাই। অতোংনা জগোয় শারগা মথিসু মহাক্না তৌরিবা অদুগী মখা লোন্দুনা জগোয় শাই; মীরুম অদুনা জগোয় শাবা উরগা অতোংসু পুক্নিং থৌগৎপগা লোয়ননা জগোয় শাই। শুকদেবনা রাম্না কজবা প্রমাণ পীদুনা প্রেমানন্দগী হায়বদি গোপী কৃষ্ণগী শান্নবা মশান্নবু খঙহন্নি। ভগবান্না মুপীগা মরী লৈবা হায়বদি পরনারী সঙ্গ তৌবগী চিংনবা অদু মসিদা কোক্লে।

অতোং অমসুং মহাকী মথিগী খুদমদা গোপী কৃষ্ণগী মশক উৎপদা থক্তিক য়েৎনিঙাই লৈ। আনন্দ অমসুং প্রেম, ভগবান অমসুং জীব অসিবু মশা অমসুং মথিগী মশক ওইনা লৌরবদি, মসিগী মিথাং অমা অমুক লৈরি; মিথাংগী মরমদা তাঙলকপদা করি ওইগদৌরি। মসিদা লৌরিবা বৈষ্ণব-সিদ্ধান্তশিংগী শাউ-নিঙাই রতাং অমা লৈ। মিথাং অসিদি লেঙদবা অমসুং মিনদবা

পোৎনি ; জীববু ঈশ্বরগী মিথাংনি হায়রবদি জীবস্থু লেঙদবা অমস্তুং মিনম্বা পোৎ তারে। মরম অসিনা চৈতন্যস্বরূপ ওইবা অচুম্বা পোৎ ওইরিবা জীব অসিদি ঈশ্বরগী মশানি হায়বদি ঈশ্বরগী শরুক অমনি কোয়োহনবা অমস্তুং কোয়োহনংগী মঙাল-ংম নুংগ মৈজাও অমস্তুং মৈরিকুম্বনি, মিথাং নত্তে। অস্তুম্বা মচাংনা অসিদা বৈষ্ণবশিংনা অস্তুম্বা লেপ্লে। মিসিদা হায়বদি জীববু ঈশ্বরগী মিথাংনি হায়বদস্তু থোইনা কায়দে হায়নীংঙি। মরমদি—মরু ওইবা পোৎকী মমিংবু বিম্ব ( মশা ) কৌই অদুগা মশা অদুগী মরুম অদুবু প্রতিবিম্ব ( মমি ) কৌই। বিম্বনা ওইরি-ওইরিবদু প্রতিবিম্বনস্তু অদুম মওই। সূর্য্যমণ্ডল অসি লেঙ-দবনি অমস্তুং মায়ানা শেণ্বা মীনম্বনি ; মরম অসিদা ঈশিংদা উবা সূর্য্যপ্রতিবিম্বস্তু লেঙদবনি অমস্তুং অচুম্বনিদি থনবা মনম্বনি। মরম অসিনা জীববু মিথাংনি হায়রুরবস্তু থোইনা অকায়বা লৈতে হায়নিঙিও।

থুদম চাংদম হায়বসি মশা পূম্নমক্তা চপ চানা চুনদে হায়বা অসি পূম্নমক্তা থঙনরিবা অসি মঙায়। গোপীশিং অসি ভগবান্দগী য়াম্না লাপ্পনা মরী লৈনদবা নত্তে। মসি উৎনবগীদমক অঙাংগা মমিগা লৌচুনা পান্দম পীরুবগনি। অঙাংগী মমিনা মত্তোমক্তা জগোয় শাবা ঙমদে। অহানবদা মাপী থম্মোয়মুংগী শায়নিংবা আম্মানা জগোয় শারকপদা দেহ-পুত্তলি ( লাইকদিবীগুম্বা হকচাং ) না জগোয় শারে, পুত্তলি অসিগী খুথেক শাথেক তুং ইমা মমিনস্থু জংগোয় অদুখ শারে। অদুবু জীবব্রহ্ম অমদি গোপী কৃষ্ণগী

শাম্নবা মশাম্নদি মস্তুম ভোদে। মরমদি অনিময়ক মশাগী মনীং তম্বা ঙাক্তি; অদুনা মশা-মশাগী তোঙান-তোঙানবা মওংদা শাম্নবগী রাখল লৈ। অনিময়কী অপাম্বা অদু অমগা অমগা মওং মাম্নত্রবস্তু পুক্লিংগী ঈহৌ অমদি অদুম মাম্নবনি। জীব ব্রহ্ম অমদি গোপী কৃষ্ণগী মতম অমত্তদা অমত্তা ওইবা অমস্তুং তোঙান তোঙানবা ওইবা মওং উৎপনা শুকদেব মুনিগী অয়েবী রাখল ওইবা ভাই।

তদঙ্গ সঙ্গ প্রমুদাকুলেন্দ্রিয়াঃ
কেশান্ দুকূলং কুচপট্টিকাং বা।
নাঞ্জঃ প্রতিব্যোঢ়ুমলং ব্রজস্ত্রিয়ো
বিস্রস্ত মাল্যাভরণাঃ কুরূদ্বহ ॥১৮॥

অর্থ:— হে মহারাজ পরীক্ষিৎ! ব্রজরমনী খিবিক্তো ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী হকচাং শোক্রবদা অস্নপকী মতিক পুন্নিং লাংপ্রে— মখোয়গী কোকথকী লৈরাং পরেং, মশাদা পকপা লৈতেং হিকথরক্লে, মশম মনা চোইরক্লে, শেৎলিবা ফি কোমথোরকপা অমস্তুং থাথুম কাওবা হিকথরকপবু, মকম চানা চানা শেমজিনবা ঙমখিত্রে।

মুংগী রস :— কৃষ্ণ সঙ্গদা মশাবু কাউজবা মখৈ গোপীশিংন মুংঅইবগী থুদম উৎপতনি।

কৃষ্ণ বিক্রীড়িতং বীক্ষ্য ব্যামুহ্যন্ খেচরস্ত্রিয়ঃ।
কামার্দ্দিতাঃ শশাঙ্কশ্চ সগণো বিস্মিতোঽভবৎ ॥১৯॥

**অর্থ**:— লাইগী নুপীশিংনা আকাশদা বিমানদগী ব্রজগোপী-শিংগা শ্রীকৃষ্ণগা শান্নরিবা অদু উবদা, মাদু কংনিংবনা (য়াও-নিংবনা) শুকাৎখ্রে অমসুং থা (চন্দ্রদেব) কাওবসু মাদু উরুবদা গ্রহনক্ষত্রশিংগা লোয়ননা ঙকখ্রে।

নুংগী রস :— প্রেমগী মশক ওইবী গোপীশিংগা মদন-মোহন্না য়াম্না নুংঙাইনা শান্নরিবা রাস লীলা উরগা বেদ বিধাতা ওইবা ব্রহ্মাসু পুক্নিং শুকাৎলিবনি অদুগা কন্দর্পবু মৈ থাদোকপা জ্ঞানগী মশক ওইবা মহাদেবসু শুকাৎলিবনি, স্বর্গদা লৈবী দেবী-শিংনা মপুক্নিং শুকাৎখ্রে হায়বা অসিদা করি ঙক্লীংঙাই লৈগদগে? প্রাকৃত জগৎ অসিদদি মকম পুন্নমক্তা শৃঙ্গার রসনা শান্নবদা কামগা লোয়নদুনতা শান্নরিবনি; অদুবু ভগবানগী রাস লীলা অসিদা প্রাকৃত শৃঙ্গার রসকী মতৌগুম পুন্নমক্তা লৈ, অদুমদি ওইরবদা কামদি লৈতে। কামগী বাখলগী খুদম মচেৎ অমফাও য়াওদে মসিনিসে লাই নুপা নুপীশিংনা ঙক্লরিবা। বিধাতানা মশামকী মচানুপী উবদা কামনা খুদুম চল্লিবনি। মহাদেবনা কন্দর্পবু মৈ থাদোক্নুনা মাগী মথক্তগী লাম্থোকপা ঙমখিবনি, অদুগা মুক্তি পানবী মহামায়াগা লোয়ননা, পুক্নিংদি নুপুনা সংসারদা লৈবা ঙমখিবনি। অদুবু ভগবান শ্রীকৃষ্ণদি কন্দর্পবু হাত্তনা হিংনা হিংনা শুকাৎতুনা কনাগসু মরী থাংনদবা ব্রজগী নীংথিরবীশিংগা শান্ন-মিন্নরী। মসিবু উবদা কনাগী পুক্নিংবু শুকাত্তনা লৈবা ঙমগদগে? চোপ্পা ঙাওনরিবা থাজসু থবানমিচাক উরগা মশামকপু কাউরি-বনি, অদুনা মশামক কামগী মপাঙ্গল মুন্না থওলিবনি। অদুনা

ভগবানগী রাসলীলাদা মদনবু শুম্বাৎপা উদুনা, মশামক অণ্ডকপা কংগ্রে। রাসলীলা উবদা ওকথ্রদুনা থানা মশাগী খোঙচৎ কাউগ্রে; মতুং ইন্নিবা থরানমিচাকশিংসু অরৈবা মকমদা অদুম লৈগ্রে। অসুম্না অহিং য়াম্না শাংবা অদুদা ভগবান্না গোপীশিংগা মনিং তম্না শান্নখি। বস্ত্রহরনগী মতমদা ভগবাননা গোপীশিংদা হায়খি—"যাতাবলা ব্রজং সিদ্ধা ময়েমা রংস্যথ ক্ষপাং।" হে অবলাশিং! নখোয় সিদ্ধা ওইরবী ওাক্লি, হৌজিক্তি ব্রজদা হল্লো, লাকদৌরিবা অহিং পুম্নমক অসিদা ঐগা শান্নমিন্নসি। মসিদা "ক্ষপাঃ" বহু-বচন ওইবনা অহিং ময়াম হায়রিবনি। অদুগা শুকদেবনসু হায়রি "এবং শশাকাংশুবিরাজিতা নিশাঃ, স সত্যকামো অনুরতাবলা-গনঃ।" (ভগবাননা গোপীশিংগা লোয়ননা থাবল ফরবা অহিং পুম্নমক অদুদা শান্নৈ।) অসিদসু নিশা শব্দ অসি বহুবচন (ময়াম খঙনবা) ওইরে। মরম অসিদগী শ্রীধর স্বামীনা অহিং ময়াম হায়রম্লে। মসি প্রভূ 'সনাতন' নদি য়ারমদে। মহাক্না হায়বদি—"গতিস্থগিতত্ব সুৎপ্রেক্ষামাত্রম্" - থাগী খোঙচৎ লেপখি হায়না স্বামীপাদনা হায়রিবা অসি শুদ্ধরংগী ভাবনি। থনবদা য়োৎবা ওম্মরোইদবা পাঙ্গল লৈবা; অরেপ্পা অচুম্বতা চৎপা ভগবান মশামক্না নীংলবদা ওইথোক্তবা করি লৈগনি। মতাং অসিদা স্বামীপাদনা চেৎলবা ভক্তি অমসুং অরেপ্পা থাজবগা লোয়ননা ইরম্লিবা,রাকম অসি ঐখোয়না লৌফম খোকই।

স্বামীপাদগী মত ইন্দুনা লৌরেদি হায়ববু শন্দোক্লা ওাংবা হৈরবা নীলকান্ত শর্ম্মা টীকাকারগী হায়নীংবা থরদি মতাং অসিদা

থম্মোইংই — ভগবানগী রাসলীলা উবদা দেবীশিংমা ওকখি - করিগী ওকখ— মুপাগা লোয়নবা শায়মিন্নবদা মুপী শায়বসিগী কামগী মখল হেক্তা পোক্লকই ; অদুবু পরম পুরুষ ওইবা শ্রীকৃষ্ণগা শায়বদি গোপীশিংগী কামদগী পোকপা ইন্দ্রিগী তথক্লবা ভাব অদু শুপনৈ লৈতে, মরম অসিনা মহোশা কামতনা পূক্লিং লাওবগী মথৌ ওইরবী দেবীশিং অদু থবক্লে হায়বদি কাম্বু লাক্লীবী লীলা স্নদু উবদা. মখোয়গী থম্মোয়দুওগী কাম অদু মাঙক্লে। কামিনীগা শায়বগী বাদি লাপ্না থমক্লো, কামিনী উবতদা কাম পোক্লিবনি। মসি চন্দ্রদেবনা মুন্না খঙ্গিও। মহাক্তি মহৌশানা ভোনানবনি। অদুবু থীনা ওাঙনিঙাই লৈত্রবী গোপমারী খিবিকী ওকশমদা কোন্দুনা শায়রবা কাওবদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণদি মদনমোহন ওইদুনতা অদুম মরৈ। মদম্না শুঙ্খংপা ওমদে। মসিনি মহৌশানা ভোনান-রগী লমচৎ ওইরিবা থা (চন্দ্রদেব)না ওক্লিবা। রাস উবদা থাগী থম্মোয়ন্দা লৈরবা কাম অদু মাঙক্লে। শুকদেবনা রাসলীলাগী অরোইবা শ্লোক্তা হায়রি—কনাগুম্বা মীনা থাজবগা লোয়ননা রাসলীলাবু তাজরবা নঙগা শোত্রকর্ণদি মহাক অদো থুনমক কামগী মশক ওইবা থম্মোয়গী লাইনা কোকনি। রাসলীলা উবদা দেবীশিং অমসুং চন্দ্রদেবগী কাম পোকই হায়না কনাগুম্বমী ব্যাখ্যা তৌরবদি, মাদু লৌবা বাবনি য়াদবনি হায়বা বাখল লৈরবা পুকচেল হাক্লবা মীশিংনা খনবিগদবা মঙাই।

হৌজিক্তি অশাংবা অহিং নক্লগা অহিং মথাং হায়বা অসিগী অররুদা, থরদং নৈনুকম থোকই। শ্রীধর স্বামীনা — রাসলীলা

উবদা থানা ঙকপ্রদুনা মখৌ লেপ্তুনা লৈরে, মতুং ইনবা গ্রহশিংস্থু চৎখিদ্রে ; মরম অসিনা অহিং অদো য়াম্না শাংল্লে। বস্ত্রহরণগী মতমদা গোপীশিংদা হায়খিবা—"যাতাবলা ব্রজং সিদ্ধা ময়েমা রংস্যথ ক্ষপ্যঃ পারাস লীলাগী অহানবা শ্লোক্তা—ভগবানপি তা রাত্রীঃ শারদোৎ ফুল্লমল্লিকাঃ। বীক্ষরন্তুবং মনশ্চক্রে যোগমায়ামুপাশ্রিতঃ।" অসিগী মতুংদা -"শশাকাংশুবিরাজিতা নিশাঃ।" শ্লোক অহুম অসিগী ক্ষপাঃ, রাত্রীঃ অমসুং নিশাঃ অহুমসিমক বহুবচন ওাক্তনি ; অর্থস্থ অমত্তনি ; মসি য়েংদুনা স্বামীনা ব্যাখ্যা তৌরম্বা তাই। অদুবু রাক্ষম অসি ওইথোক্তে। মরমদি জ্যোতিষচক্রনা সুংবংননা লেপ্তুনা লৈথোকপ্রবদি, সূর্যাস্থ অদুম লৈবা তারি অদু ওইরবদি পৃথিবী নাকপাক অমদা অশাংবা অহিং নাকপাক অমরোমদা অশাংবা অযুক সুংথিল লৈবা তারি। পৃথিবীগী রাদা নত্তে, সৌরজগত্তা লৈরিবা গ্রহ থবাম্মিচাক পুম্মকস্থ ন ল এমদা শাংলবা অহিং নাকল অমদা শাংলবা সুংথিল লৈবা তারি। মাস শুপওই ওইথোক্লবনি অদুবু তাইবংবানগী ি হ্রা অদুপকী মতিক ওইথোক্লবা ওইনা উসমু, পাঙথোকপা ঙম্মরোইদবা থবকপু পাঙথোকপা ঙবা, অচুম্বতনা মাগী ওবা ভগবানগী অপাম্বা অনীংবগী মফমদা ওইথোক্লবা কৰিস্থ লৈতে। অসিদা হায়নিংঙাই অমত্তং - মরম লৈতনা ভগবাননা অস্থপ্বা ওইথোক্লবা ইচ্ছা অামবু তৌখিরিবনো ? বসুদেবনা পোকপদা চায়রিবা ভগবানবু পমদুনা মথুরাদগী গোকুলদা থৈবা চৎপা মতমদা, নোংদু থাগী অশিং চাওরবা যমুনা লানবদা থুংকই

কাওবদা মচোৎলি, মসি ওইথোক্কবনি; অদুবু কান্নবা অমা লৈদ্রুনা ভোঁবনি যমুনাগী ঈশিং ময়েং ভাহল্লমত্রবদি বসুদেবনা লানব' ভম্মোইদবনি। অসুম্না ভগবানগী অপাম্বা অদুনা ওই-থোক্কবা পুম্নমক ওইথোকহল্লি। মতৌ অসুম্না শ্রীকৃষ্ণ লীলাদা ওইথোক্কবা লৈরিবা পুম্নমক কান্নগদবা মতুং ইন্না ওইথোকহল্লি। রাসলীলাগী মুমিৎ অদুদা জ্যোতিষচক্রবু মুঙ্গীগুম লেপ্তহনখিদনা অহিংবু য়াম্না শাংহনখিবগী কান্নবা নত্রগা মরম করিসু লৈতে। অদু ওইরবদি ভগবান অমত্তনা গোপী খুদিংমক্কা তোঙান-তোঙানবা মতমদা তোঙান-তোঙাননা শান্নরবদি, গোপীদি লিশিং লিশিংনি, শান্নবগীদমক শাংলবা অহিংগী কান্নবা লৈরম্মী অদুবু ভগবান্না অদুম ভোঁখিবা নত্তে। মহাক্না লৈরিবা গোপী মশীং অদুপকী চানবা (মান্নবা) মশক (রূপ) অদু পুথোকপিদুনা মতম অমত্তদা গোপী পুম্নমক্কী নীংজবা থুংহনবিবনি। মরম অসিনা অশাংবা অহিংগী কান্নবা লৈরমদে। মরম অসিনা মথক্তা হায়ব্রবা ক্ষপাঃ, রাত্রি নিশা হায়বা বহুবচন ওইবা রাহৈ অহুম অসি ইবুঙো কৃষ্ণগী ভোঁবা ভম্বা গুণ কোৎদোক্লবগীদমক্তা শীজিন্নবা রাহৈনি। তাঙ্খ্রবা ময়াথংবু কায়দনবা জ্যোতিষচক্রবু লেপহন্দুনা অশাংবা অহিং ওইহনখিবা নত্তে, কায়নিডিঙ।

মহাপুরাণ ১৮ গী মপুঙদা শ্রীমদ্ভাগবতনা অথোইবনি; শ্রীমদ্ভা-গবতকী মপুঙদা তরাগুবা স্কন্ধনা (পন্দুপনা) খ্বাইদগী অথোই-বনি। অদুগা ভগবানগী লীলা পুম্নমক্কী মপুঙদা শ্রী শ্রীরাসলীলানা অমুক পুমহেন হেনবনি। সংসার অসিদগী লানবিনবগী মশক

ওইবী; য়াম্তম পুরদা মুংঙাইমতা লীনবিমী, জগৎকী অরা-অনা কোকহনবীবগী মশাক ওইবী; রাসলীলা শাম্নবা মুমিৎ অদো, জীব পুম্নমকী খুরুমজনবা অমস্তুং ইবুংঙো মহাকী তৌবা ওস্বা মগুণবু থাগৎলিঙাই ওইবা মুমিৎনি। মরম অসিনা ভক্ত খিবিকী কোকথক্কী লৈতেংগ ওইবা মহর্ষি বেদব্যাসনা অদুস্বা শেংলবা অহিং অদুবু মগুন হাপকৎনবগীদমক্তা অহিং খঙনবা রাহৈশিং অদুদা বহুবচন শীজিন্নরম্বনি হায়না ঐখোয়গী ইচম চম্বা বাখল্লা হায়ত্নিংঙি।

খঙজদ্রেদা! জ্ঞানসু লৈত্রবা, ভক্তিসু য়াওদ্রবা, মীনসু শীং-থানবিরদ্রোইদবা মী অমনা পুকচেল চাউরবা, ভক্ত টীকাকার-শিংগী মতকী মরমদা খরদং ঙাঙলুবা অসিগীদমক রাগৌবিগসু; মখোয়গী ব্যাখ্যাবু য়াওরিবনি, মখোয়গী ব্যাখ্যাদা য়েচ্চবা নত্তে। রাসলীলাগী মর্মদা অসুম-অসুম খন্থরুবদা মুংঙাইবা অমস্তুং পাক্-জবা পোক্তুনা মতম খরদং রাঙাও অমরোমদা পুদুনা, পাপ পুক্-মকপু কোকহনবা ওয়্লগদবা অদুস্বা অহিং অদুগী মরীদা খরসুং নৈনরুবত্তনি।

কৃত্বা ভাবন্তমাত্মানং যাবতীর্গোপ যোষিতঃ
ররাম ভগবাংস্তাভিরাত্মারামোহপি লীলয়া ॥২০॥

অর্থ :— ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা আত্মারাম ওইদুনসু, অদুপ য়াম্বা গোপী মচাংগা চানবা অদুপ য়াম্বা রূপ পুথোক্তুনা মনাং তম্বা শামখি।

নুংগী রস :— যদি ভক্ত অমসুং ভাবুকী শংশংনা উরদুনা খঙলবা অমসুং রাস মণ্ডলগী মরমদা নৈনবনি। থাক্লেংবমক্তি ভগবান্দি য়ামদবনি— অমত্তনি, ভক্ত ময়ামগী প্রেম অমসুং ভাবনা মহাকপু য়াম্না লৌবতনি। নিত্যধামগী নিত্যরসদসু মহাক্তি মশীং লাকওমদবা ভাব মুর্ত্তিগা লোয়ননা মশীং নাইদবা মশক ওইনা মুমিং থুদিংগী শান্নবিরী। থোইদোকপদি গোপীশিংনা কাত্যায়নী পুজা মতমদা পুম্নমক মকম অমত্তদা, মতম অমত্তদা চপ মান্নবা মন্ত্র লোন্দুনা হায়জখি – "কাত্যায়নী মহামায়ে মহাযোগীন্যধিশ্বরী নন্দগোপ সুতং দেবি পতিং মে কুরু তে নমঃ"। (হে ইবেম্মা মহামায়া মহাযোগীনিগী মশক ওইবী দেবী কাত্যায়নী। শ্রীনন্দগী মচাবু ঐহাক্কী ইপুরোইবা ওইনা ফংহনবিয়ু।) মরম অসি লৈব-দগী ভক্তগী মথা পোনবা ভগবান্না মকম অমত্তদা, মতম অমত্তদা, ভাব অমত্তদা গোপী পুম্নগা তোঙান-তোঙান্না মপুরোইবা ওইনা শান্নবতনি। ভগবান্দি মনাই ভক্তনা পামজবা অদু অরেম্বদা তাহন্দে, তাহনবসু ঙমদে। মহাক্তি থনবদা লাম্না ফংদ্রবা তৌবঙম্বা মগুণনা গুণ অহুমগা য়ানশিন্নদুনা মশীং লাকওমদ্রবা ব্রহ্মাণ্ডগী মশক এম্মোকপা ঙম্মি; মশীং লাকওমদ্রবা ভক্তগী পামজবা তুংইন্না মশীং নাইদ্রবা সচ্চিদানন্দগী মশক ওনবসু ঙম্মি হায়বা অসিদা করি ঙকনিঙাই লৈতে ব্রহ্মগী হায়বদি ভগবানগী মরমদা তর্ক (য়েংননিঙাই) লৈতে। তর্ক নত্রগা বিচার তৌদুনা ভগবত্তকী লীলা খঙনবা হোৎনবগী ফল করিসু লৈতে। বাহৈনা ক্লোক্কু-দোরিঙাই লৈতবা, বাখলনা উবা ফংদবা মাবু, করি হায়না

কোঙদোক্লসিগে! অদুগা করম্বস্থ খল্লসিগে? বেদ পুরাণচিংবা মক্ত ওইবা লাইরিকশিংদা বিচার লৈতে, ইবুঙো মাগী শকওংতমর্ক ইরম্লে, ইরম্নিবা অদুস্থ ব্রহ্ম নত্ত্রগা ভগবানগী মরমদা মপুং ফাবা নত্তে মসি উদুনা থাক্কবগা লোয়ননা পুজা নত্ত্রগা নীংজরিবা মথোম্ন অদুতনা অশিংবা ওইগনি বেদ পুরাণচিংবা শাস্ত্রদা ইবস্থ লৈত্রিতে টীকাস্থ লৈত্রিতে, মরৈ য়েৎনিঙাইস্থ লৈত্রিতেদা তশেংবা উপাসনা (হায়জবা নীংজবা, পূজা তৌজবা) অসিতমক লৈরম্মী। হৌজিক্তি করি অমুক হায়রুনি— মথং মথং লাইরিক পংলেং লেঙনরকুনা অর্থ মওং মওং, অয়েৎপগী মওং মওং অস্থম শন্দোরকুনা, উপাসনাগী মহুত্তা রায়াম ঙ'ঙননবা মরম ওইশিল্লক্লে।

তাসাং রতি বিহারেণ শ্রান্তানাং বদনানি সঃ
প্রামৃজৎ করুণঃ প্রেম্না শন্তমেনাঙ্গ পাণিনা ॥২১॥

**অর্থ:** কুইনা জগোয় শারকপা, ঊশৈ শরুকপা অদুদা গোপীশিংদো চোকথরকপা ভুরবদা থৌজাল হৈরবা শ্রীকৃষ্ণনা খোৎলবা সনা খুৎমরা মথোয়গী মমায় অত্রু তৈথোকপীরে, নানবিরে।

**নুংগী রস:—** গোপীশিংগী মকমদা ভগবানগী থৌজাল য়াম্না পীবিবগী রা য়োক অসিদা হায়রি। মসিদগী হেন্দোকপা কুপা করি অস্থক লৈখিগদগে? মপান নাইত্রবা ব্রহ্মাণ্ডগী মবুঙোমকী মখুৎনা মনাই ভক্তগী সেবা তৌবীর। মসিদা মবুঙো মাগী করি মরেং ভাবগে, করি চোপনিঙাই লৈবগে; করিস্থ লৈতে, অহোইনদুম মরম অসিননি মহাকপু "ভক্তগী মথা

পোনবা” ভক্তব্যৎসল ঋসিনচিংবা হায়নরিবা। মসি হায়রুবদা ইরুবদা তুজ্জুংই—অপরাধ ওইগবরা হায়নস্থ চিংনৈ। চিংনৈদি হায়রবু পুংশিবা হায়বতুগী মথায়না শঙ্কেননাহাশিংগী লুখাক হায়দো, শঙ্কেননাহাশিংবু লেংবাম্বা কাহল্লিদো, মসি পুন্নমক ওক্লিঙাইনি।

গোপ্যঃ স্ফুরৎপুরট কুণ্ডল কুন্তলত্বিড়
গণ্ডশ্রিয়া সুধিতহাস নিরীক্ষণেন।
মানংদধত্য ঋষভস্য জগুঃ কৃতানি
পুণ্যানি তৎ কররুহ স্পর্শ-প্রমোদাঃ ॥২২॥

অর্থ: শ্রীকৃষ্ণগী সনা হকচাংনা শোকপিবদা থোইদোক্না মুংঙাইজরবী গোপীশিং সনাগী কুণ্ডলনা হাইবদা চায়রুংদা হেন-গৎনা ফজবা, মূরবা থোৎলবা শম্নাংগী ফজবা হেনগৎলকপগা লোয়নননা পুংশিরবা রাধৈ পুংশিবগী মিৎয়েংনা ভগবানগী মুঙাই মথোই কাওন্দুনা ইবুঙো মাগী শেংলবা লমচৎকী ঈশৈ শক্লে।

নুংগী রসঃ—মসিদা পুংগী রস থোইদোকপা হায়নিঙাই লৈতে। আনন্দময় ওইবা ভগবানগী মুংঙাইবা হেনগৎনবগী রাঙনি।

তাভির্যুতঃ শ্রমমপোহিতুমঙ্গ সঙ্গ
ঘৃষ্টস্রজঃ স কুচকুঙ্কুমরঞ্জিতায়াঃ।
গন্ধর্বপালিভিরনুদ্রুত আবিশদ্বাঃ
শ্রান্তো গজীভিরিভরাড়িব ভিন্নসেতুঃ ॥২৩॥

অর্থ :— শামু লাবনা নুংগী পনবু থিরাইবদা বারকনা শামু অমোমশিংগা লোয়ননা ঈশিংদা লুপ্পগুম, শ্রীকৃষ্ণনা বারুবা অহু কোরুনবগী নমক গোপীশিংগা লোয়ননা যমুনাগী ঈপাক্তা কুম্থখরে। মতম অদুদা ব্রজবালাশিংদা আলিঙ্গন পীরুবদুদগী পক্তকপা কুমকুমনা লেত্তেংবা কৃষ্ণগী চকশমদা থোঙ্গিবা লৈরাং পরেংগী মনম্না চিংশিল্লকুনা মুখক্তা হায়গ্রবা ঈশৈ শকপা খোইমুশিংনা ইবুঙো মাগী তুংইন্নবা তাগ্রক্রে।

সোহম্ভস্যলং যুবতীভিঃ পরিষিচ্যমানঃ
প্রেম্ণেক্ষিতঃ প্রহসতীভিরিত স্ততোহঙ্গ।
বৈমানিকৈঃ কুসুমবর্ষিভিরীড্যমানো
রেমে স্বয়ঃ স্বরাতিরত্র গজেন্দ্রলীলঃ।২৪।

অর্থ :— আত্মারাম ওইবা ভগবানা শামুনাবগী মতৌগুম যমুনাগী ঈশাক্তা শান্নবা মতমদা ব্রজবালা খিবিন্না মোমোন মোমোন নোক্নুনা মারকৈ মরিদগী ইবুঙোগী হকচাংদা ঈশিং চাইশিন্নরক্রে। মুংশিবগী লোক্কনশা ইবুঙোবু চোংহন্নবা অদুদা নোংথক্তা য়েংলিবা লাইশংনা লৈগী নোং চুহন্নকপগা লোয়ননা ইবুঙোদা স্তুতি কৎখি (লৈশি লৈথোন য়াওবা রাহৈনা থুক্নমজখি)।

নুংগী রস :— মপান নাইত্রবা ব্রহ্মাণ্ড থুংনা ঈশিংদা, কংকান্দা অভিন্না অহাঙবদা প্রেম অমসুং আনন্দগী শান্নবা অসি মতম পুম্নদা অতুম ওইরি। মুম্না থগৎলিবা ভক্ত বৈষ্ণবশিংনা রাস খণ্ডবিগনি। মসিভবু উৎনবগী নমক মকক পুম্নদা শিজুংনা লৈরিবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা কংকান্দা শান্নবগী মতুংদা প্রেমময়ী গোপীশিংবু পুন্না ঈশিংদা শান্নবীরি। বাহলীলাদগী মাস রস পোন্নবা লীলানি।

ততশ্চ কৃষ্ণোপবনে জলস্থল
প্রসূনগন্ধানিলজুষ্টদিক্‌তটে।
চচার ভৃঙ্গপ্রমদাগণাবৃতো
যথা মদচ্যুদ্দ্বিরদঃ করেণুভিঃ ॥২৫॥

**অর্থঃ** — যমুনা ভোর্বান্দা লৈবা উপবনগী মায়কৈ মরি-মক্তা ঈংলবা মালংবনা ঈশিংগী লৈ, কংফালগী লৈগী দুংশিরবা মনম পুদুনা লিরি লিরি হুয়ক্লে। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা ঈশিংদা শান্নবা মতুংদা দুংঙাইরবা উপবন্দা, শামু অমোম মপৈ পুদুনা চৎপা শামুলাবশুম ভুংইন্নরিবা খোইমু অমসুং গোপীশিংগা লোয়ননা অসুম অসুম লেঙশিল্লক্লি।

নুংগী রস :—পোৎ পুন্নমকী মায়কৈ মরিদা অহাঙবা অদুম মরৈ। অদুবু শ্লোক অসিদা উপবনগী মায়কৈ মরীদা শান্নবগী রা হায়বা অসিনদি শ্রীকৃষ্ণনা কংফান্দা ঈশিংদতা শান্নবা নত্তে, অহাঙবদসু শান্নে হায়বা ফোঙদোক্লি।

শাস্ত্রদা হায়বা পাউতাক মতুংইন্না মথক্তসু হায়গ্রে—ব্রহ্মাণ্ড অসি শিনবা থুংনা থম্মোয়সুংদা প্রকৃতি পুরুষ অনিগী মরম য়াওদবা নিত্যবিহার অসি মতম পুম্বদা ভোরি। মসি পুন্নবু হায়রবসু, মচেৎ ওইনবু হায়রবসু থম্মোয়গী ভগবত লীলানি। সত্ত, রজ, তম হায়বা গুণ অহুম অসি পুন্নগা ব্রহ্মাণ্ডগী মথুঙদা অরাবা নুংঙাইবা হায়বা অসি থঙনরি; অদুবু পুন্নমক আনন্দ-ময় ভগবানগী লৈবাক্লি, অসিদা সুখ-দুঃখ (অরা-নুংঙাই) লৈত্তে; ব্রহ্মাণ্ড অসিদি হরাওদুনতা লৈ — ব্রহ্মদি হরাওদুনতা লৈ। শ্রুতিনা

মতুংইদ্রা ব্রহ্মাণ্ড অসিদি ব্রহ্ম ভাক্তনি মরম অসিনা পানগী মিৎয়েং খাদোক্তনা মুংগী মিৎয়েংনা য়েংলগা উগনি, —ঈশিংদসু কংফান্দসু অহাঙবদসু প্রেম অমসুং আনন্দ অনিনা শাম্নরি। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা ঈশিং কংফাল, অহাঙবা পুন্নমক্তা শান্নবা অদুতবু উৎপীরি।

এবং শশাঙ্কাংশু বিরাজিতা নিশাঃ
স সত্যকামোঽনুরতাবলাগণঃ।
সিষেব আত্মন্যবরুদ্ধ সৌরতঃ
সর্ব্বাঃ শরৎকাব্যকথারসাশ্রয়াঃ ॥২৬॥

অর্থ :— মতৌ অসুম্না অচুম্বা হায়বদুদা ওইরবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মশাগী শুক্রবু ফাজিন্দুনা কবিনা শিংথানরিবা শরৎ ঋতুগী পুক্নিং ঈরাং হৌনরবা থাবলনা পুমঙাস ভান্নবা শাংলবা অহিং অদবু অবলাশিংগা লোয়ননা শান্নমিন্নদুনা অদুম লেনখি।

নুংগী রস :— শ্লোক অসিদা রাসলীলাগী মপান খোপচিল-লক্লে। শ্রীকৃষ্ণনা গোপীশিংগা লোয়ননা শৃঙ্গার রসকী লীলা শান্নরবসু. কামবু জয় তৌই হায়বা উৎলি। মসিগী মরমদা খজিক নৈননিঙাই নৈ। কামগী পোক্লকফমদি পুক্নিংনি অমসুং ফোঙ-দোরকপনা ইন্দ্রিয়দনি। জীবনা করিগুম্বা বিষয় অমবু ফংনীংলুবা, চানীংলুবদগী অপাম্বা (কাম) অদু লৈরবদি, অদুম্বা বিষয়বু লৌরিবা—লৌগদৌবা ইন্দ্রি অদু ময়ায় হেক্তা কায়; অদুগা বিষয় অদু ফংবা লোইরগা কারম্নিবা ময়াই অদু কোকই। মসি জ্ঞানেন্দ্রিয় অমসুং কর্ম্মেন্দ্রিয় পুম্নমকী চপ মান্নবা রাফম্নি। করিগুম্বা বিষয় অমা ফংবগী মমাংদা জীবগী পুক্নিংদা অরাৎপা অমা লৈবগুম

খল্লি, রাৎলিবা অদু থুংননবা খনবদুবু কাম কৌই। শ্রীশুকদেবনা শ্রীকৃষ্ণবু আত্মারাম, পূর্ণকাম, আত্মরতি অসিনচিংবা লৈতেং রাহৈ কয়ানা মাগী মপুং ফাবগী থুদম পীরে। মহাক্না মশামক পূর্ণ ( মপুং ফাবা ) ওইরবদি মহাক্কী অরাৎপা করিস্থ লৈতে ; মরম অসিনা বিষয় ভোগকী অপাম্বা নত্রগা কাম হায়বদু ওইত্রে ; কামবু ওইত্রবদি ইন্দ্রিগী ময়াই কাবস্থ ওইথোক্তে ; ময়াই কাবা অদু লৈত্রবদি ইন্দ্রিগী থবকস্থ লৈত্রে। ইন্দ্রিগী থবকপু লৈত্রবদি শুক্রস্থ মাঙত্রে। শুক্র মাঙননবগী মরমদি কামতননি। শুক্র মাঙত্রবদি কামস্থ পোক্তে। শুক্র মাঙখিগদবা অদু থিংবতনা কামজয় তৌই হায়বা উৎপনি।

রাসলীলাগী মফম মফম থুদিংদা শ্রীকৃষ্ণনা শামবগী মরমদা শুকদেবনা শ্রীকৃষ্ণবু "ভগবান, আত্মারাম, পূর্ণকাম, আত্মরতি" হায়বনচিংবা রাহৈ লৈতেং কয়ানা মহাক্কী মপুং ফাবা অমস্থং নিষ্কাম ওইবগী থুদম পীরি। অহানবা শ্লোক্তা— "ভগবানপি তা রাত্রীঃ – যোগমায়ামুপাশ্রিতঃ।" শ্রীকৃষ্ণনা ঐশ্বর্য্যদা, বীর্য্যদা মিংচল্লা, মরন-মথুমদা, জ্ঞানদা বৈরাগ্যদা মপুং ফাবা ওইদুনস্থ যোগমায়াদা তোংদুনা গোপীশিংগা লোয়ননা শামনিংলে।) মসিগী মুংগী অর্থদি— ইবুঙো মাগী ইচ্ছা অমত্তা লৈতবনি, অদুবু যোগ-মায়াদা চঙদুনা শামবা পাম্বগী মতৌগুম উৎলি। অহানবা অধ্যায়গী ৩৯ শুবা শ্লোক—"ইতি বিক্রবিতং তাসা শ্রুত্বা যোগেশ্বরশ্বরঃ প্রহস্য সদয়ং গোপীরাত্মারামোঽপ্যরী ,রমৎ"—শ্রীকৃষ্ণদি আত্মারামনি অমদি পূর্ণস্বরূপনি, অদু ওইতনস্থ গোপীশিংবু শামহল্লে। মসিদহ শ্রীকৃষ্ণগী

শায়নিংবা লৈতে হায়বা উৎলি। অনিগুবা অধ্যায়গী ৩০ শুবা শ্লোক – "রেমে তয়া স্বাত্মরত আত্মারামোহপ্যখণ্ডিতঃ। কামিনাং দর্শয়ণ দৈন্যং স্ত্রীনাঞ্চৈব দুরাত্মতাম্।" শ্রীকৃষ্ণ হায়বসে মশামক্না অদুম পেঙবা, করিগুম্বা অমগা মরী থাংনবা লৈতবা অমস্তুং মশান ইস্নুংতা সুংঙাইদুনা লৈথোকপা ওইরবস্তু, কামুক ওইবা মুপা অমগী মতৌগুম অতোনবা উৎপা অমস্তুং কামিনীগী মবুক লাওবা উৎননবগীদমক রাধিকাগা লোয়ননা শায়বা হৌব্রে। মহাকী মশাগী শায়নীংবা আশাদি লৈতে, মরম অসিনা কৃষ্ণদি পূর্ণনি (মতোমতনা মপুং ফাবনি।) অদুগা ৫ শুবা অধ্যায়গী ২০ শুবা শ্লোক্তা –"কৃত্বা তাবন্তমাত্মানং লীলয়া"—(শ্রীকৃষ্ণ হায়বসে মতম পূম্বদা আনন্দপুর্ণ ওইদুনস্তু, লৈরিবী গোপী অদুপকী রূপ মশীং অদু পুথোক্নুনা শায়খি। মসিদগী খঙলে ভগবান্না শায়বদি হায়রি হায়রিবা মফম খুদিংমক্তা শুকদেবনা পারিবা অমস্তুং তারিরা বৈষ্ণবশিংবু কামদগী পোক্নকপা তশেংবা শায়বগী রাখল অদু তুংদা পোক্নবগীদমক্তা চেকশিনহল্লি।

কুনতরুক শুবা শ্লোক অসিদা –"আত্মন্যবরুদ্ধ সৌরতঃ" হায়রিবা অসিনা শায়বগী (রমনগী) রা অদু অমুকস্তু হায়রি। "সুরত" হায়বা বাহৈ অসিগী অর্থদি—থাইদগী ইহেন হেনবা রতি ক্রিয়াবু হায়বনি। "সাত্মরত", আত্মন্যবরুদ্ধ "সৌরতঃ" অনি অসি বুঙংস্তু মাহৈ, অর্থস্তু অমত্তনি। অস্তুম্বা পুমহেন হেনবা রতি ক্রিয়াদগী পোকপা সুংঙাইবা অদুবু মতম পুম্নমক্তা খিংদুনা লৈ হায়বগীদমক ইবুঙো মাবু "আত্মন্যবরুদ্ধ সৌরতঃ" হায়বনি। মরম

অসিনা শ্লোক অসিদগী খণ্ডলে—শ্রীকৃষ্ণনা মশামক্না আনন্দস্বরূপ ওইদুনা গোপীশিংগা লোয়ননা শৃঙ্গার রসকী মতৌগুম শান্নরি।

ঐখোয়না ভগবানগী মশান্ন অসি "কামজয়" হায়বগী মহুত্তা "কামলয় হায়নিঙিঙ। মরমদি য়েক্লবনা লান্দায়কপদতা জয়-পরাজয় ( মাইথি-মাইপাক ) গী য়া লাকপনি; লান্দায়কপগী য়াকম য়াওদবা অসিদা জয়পরাজয়গী য়া লৈতে। সচ্চিদানন্দ ওইবা ভগবানগী মদনমোহন রূপ্তি, মদন মশানা অদুম গুক্ষচ্চবনি; অদুগা ভগবান্না কামু জয় তৌই হায়বদা "শিরবমক্তদ' অমুকস্ু কাওই" হায়বা তাগনি। মীওইবগী মসুগা কনাগুম্বা যোগগী পাঙ্গলনা ইন্দ্রিদমন তৌবা ঙমদুনা কামজয় তৌরব অদুবুদি "মহাক্কি কামজয় তৌরে" হায়বা য়াই। মরমদি কান্না মঙোন্দা লান্দায়ম্মী অদুবু যোগগী পান্থৈনা মহাকপু ( কামু ) জয় তৌব্রে। মতম চুপ্পা মুংঙাইদুনতা লৈবা মদনমোহনগী মকমদা কাম্না চঙবককা ঙমদে, অদু ওইরবদি মাবু অমুক জয় তৌবগী করি হায়নীংঙাই লৈখিগদগে। মরম অসিনা শ্রীকৃষ্ণনা শান্নরিবা লীলা অসি, যোগমায়াগী মতেংতনা সংসারগী শান্নবা মতৌ ভক্বনি। মসিদা পাবীক্ষিবা অমম্বং তাবিরিবা মী পুম্নমকী চিংনীংঙাই করিস্ু য়াওরোই।

শ্রীপরীক্ষিদুবাচ।

সংস্থাপনায় ধর্ম্মস্য প্রশমায়েতরস্যচ।
অবতীর্ণো হি ভগবানংশেন জগদীশ্বরঃ।
স কথং ধর্ম্মসেতুনাং বক্তা কর্ত্তাভিরক্ষিতা
প্রতীপমাচরদ্ ব্রহ্মণ্ পরদারাভিমর্ষণম্ ॥২৭॥

অর্থ :— হে ব্রহ্মণ ! জগৎ পুম্ববু থৌশিন্ন পীবিরিবা ইবুঙো মশানা শোয়দনমক ধর্ম্ম কন্ননবগীদমক, অধর্ম্ম মাঙহন্নবগীদমক শরুক থরা ওইনা শাইওনবিরকপনি। মহাক্নদি ধর্ম্মগী বা ভাঙবা (বক্তা) মপু (কর্ত্তা) অমসুং কনবিবা ওইরগা ধর্ম্মবিরুদ্ধ ওইবা পরস্ত্রীগা শান্নবা মরম করিগীনো ?

নুংগী রস :—শ্লোক অসিগী মমুঙদা শ্রীকৃষ্ণনা অংশাবতার ওইনা হায়রিবা অসি নৈননিঙাই থরা নৈ। শ্রীবিষ্ণুনা স্বর্গ, মর্ত্ত, পাতাল, মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, অহাউ-হাউত, অক-কস্ত পুম্নমক্কী মপুনি। শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীবিষ্ণুগী ওইবা নুংঙাইবগী শরুক অদুগী শাইয়োন্নি। মরম অসিনা অংশ (মচেৎ) হায়বনি। জগত্তা লৈরিবা জীব অপুম্বা নুংঙাইবতবু তানবনি। মীগী বা থমখিসি শা-ঙা, চীল-কাঙ, উচেক-রায়া পুম্নমক্না চৎলি.বা, থোংলি.বা, চারিবা পুম্বা মশাগী নুংঙাইনবা ঙাক্নি। অদুনা নুংঙাইবগী মবুঙো ওইবা শ্রীকৃষ্ণবু নীংনম্নিবনি। মথক্তসু হায়ব্রে—মমি লৈরবদি মশা লৈ; মমি ওইবা কৃষ্ণ লৈরবনিনা মশা বিষ্ণু অদুসু লৈবা তাই। মরম অসিনা শ্রীকৃষ্ণমক্না করিগুম্বা মতমদা মশা অমত্তা ওইরবসু "জয়বিষ্ণু" হায়না শোন্নি। শ্রীরামচন্দ্রনসু রাবণগ লান পাবা মতমদা "জয়বিষ্ণু" হায়না তেন কাপখি হায়বা লাইরিক্তা য়াওরি। অদুনদি অংশ হায়রিবা অসি পুর্ণ হায়রবসু থোইনা কায়দে। ঐথোয়দি শ্রীকৃষ্ণবু পুর্ণব্রহ্মনি হায়না লৌই। মচেৎ মক্নগা মচি থরবু পায়বা কংলবদি মপুমসু পায়বা কঙেঙ। রাবনা সীতাদেবীবু কাখিবা অসি মনাও ইবুঙো লক্ষ্মননা চিংলবা

লৈম্বিদগী খজিক্কং হেন্দোক্লা ভিকাগী পোৎ ইশ্বোক্রবা খুৎশাগী শমনা মকৈ অমত্তদা পায়হনা চিংখিবদা মশা পুম্বা চিংখিবনি। অম্সুম্না শ্রীকৃষ্ণবু অংশাবতারনি হায়না লৌরবস্ব অংশ অহনা মপুম ওন্দুনা জগৎ অপুম্বগা শাম্নবনি। "কৃষ" (চিংশিনবা) + ঋ প্রত্যয় হাপচিন্নগা "কৃষ্ণ" থোক্লে—জগৎ জীব মুংডাইবা পাম্বা পুম্বু চিংশিন্নে।

খল্লুবদা লাম্বা ফংলম্লোইদবা ভগবান্দা ওইথোক্কবা পুন্নমক ওইদবা লৈতে। মীওইবগী মিত্তা ইবুঙো মাবু অংশনি হায়না উরবস্তু, মসু চদদি মপুম্নি। অচুম্নদি ওইরবদা মপুন্নি হায়বহুগী কনানস্সু খঙহৌরবদি ঙম্লোই; অহনা মপুম্নি হায়বসি খঙগে হায়রবদি থাজবা নত্তনা উপায় লৈতে। মরম অসিনা মাসিনা নৈনরুবদা মতম মাঙননবতনি। পূর্ণনি হায়রুবনা ঐংখোয়গী থোইনা কায়বা লৈতে; করম তৌরগা ইশা অসি পূর্ণ ওইগদগে হায়বা অসিনা ঐখোয়গী কাম্নবনি। অদুগুম্বা পূর্ণ (মপুং ফাবা) অহুগী বিন্দু অমত্তুং ফংলগদি ঐখোয়স্সু পূর্ণ ওইবা য়াগনি। শ্রীমনিসিংগী শেম্না হেনত্রা, কুলবিধুগী শেম্না হেনত্রা হায়না নৈনরুবগী কাম্নবা লৈতে। লাইরবা ঐংখায়গী ইশাগী কামনবা শেল তানশিন্নগা অমদি তানশিনবতনা ইথোনি। নঙনা ঈশিং থোম্নাংলগা কনাগী পুথ্রিদগীনা চঙহনা নংুক পেম্না থকলু, থোম্নাংবা কোককনি। পুথ্রি অহু কম্না শাংই, কম্না পায়কই, কম্না লুই হায়না কুপশিল্লুবগী কাম্নবা লৈরোই। অহুম্না অসুম তৌরগা কৃকতকি ফংগনি হায়বা অদুডা য়াম্না থাজনা হোৎনরগা লোইরে।

ধর্ম্ম শাস্ত্রগী মতুং ইমা পুম্নমক অসি পূর্ণনি। পূর্ণগী মচেৎ (অংশ) লৈতে। মচেৎকীদি মচেৎ কয়া লৈবা, য়াই মসি খঙ্গিল্লুবগা মশানা অদুম তাতে। পরব্রহ্ম ভগবানগী অয়েপ্পা মফম, অয়েপ্পা মতম, অয়েপ্পা মমিং অয়েপ্পা মশক, অয়েপ্পা ভাব অমসুং অয়েপ্পা শক্তিগী য়া খল্লুবা অমসুং হায়রুরবদি অংশনি হায়না লৌবা তাই। মরমদি পুম্নমক্তা লৈ, তারিখ কয়াদা পোকই, কৈদৌঙৈ মাঙখিনি খণ্ডদে, জাতি কয়ানা তোঙান-তোঙানবা মিং থোক্লি। মশাদি অমগুনি, মী মী অদুনা ওইহল্লিংবা শকলোন অদুম ওই কনাবু য়াহল্লি, কন্নাবু মুংঙাইহল্লি, অয়েপ্পা ভাব লৈতে অমসুং আকাশতা পাইননবা য়াথল শক্তি, ঈশিং মনুঙদা চৎননবা য়াথলগী শক্তি অসিনচিংবা ইবুঙো মাতনা পীনবিবনি। মরম অসিনা শ্রীকৃষ্ণবু পূর্ণনি হায়নতা থম্মোয় কাওনা য়াম্না থাজবা তাই; মসিদা চিংনদুনা "অংশ" হায়বা য়াহৈ অসিবু "পূর্ণ" গী অর্থ থোক্নবা হোৎনরুবগী থোইনা কাম্ননিঙাই লৈতে।

আপ্তকামো যদুপতিঃ কৃতবান্ বৈ জুগুপ্সিতম্
কিমভিপ্রায় এতন্নঃ সংশয়ং ছিন্ধি সুব্রত ॥২৮॥

অর্থ:— কামনা (অপাম্বা) য়াওদ্রবা যদুপতি শ্রীকৃষ্ণনা করি খন্নুনা অসিগুম্বা মীওইবনা থীনা ঙাঙনানঙাই ওইবা থবক অসি তৌরিবনো? হে ব্রহ্মন! ঐগী চিংনবা অসি কোকহনবীয়ু।

মুংগী রস:—পরীক্ষিৎ মহারাজনা, মথকী শ্লোক হংখিবগুম্বনি। খঙ্গিজিং মসিদা থেম্নবদি, মথকী শ্লোক্তা পরীক্ষিৎনা ভগবানবু চুমদবা মচৎ চৎপরা হায়বগী য়াথল লৈ; শ্লোক অসিদনা কৃষ্ণনা

শায়ম্বিবা অসিদা করিগুম্বা অফবা ভাব অমসুং লৈবরা, শোয়নবা লৈ হায়বা অমা কোঙদোকই। অফবা ভাব অদুদি করিনো, মদু খঙ-নীংলি। মরম অসিনা অরেম্বদা হংবা অনিরক থোকপা য়াহং নত্তে।

শ্রীশুকদেবনা খুমখি।

ধর্ম্ম ব্যতিক্রমো দৃষ্ট ঈশ্বরাণাঞ্চ সাহসম্।
তেজীয়সাং ন দোষায় বহ্নেঃ সর্ব্বভূজো যথা ॥২৯॥

অর্থ :— শুকদেবনা খুম্লি – মহারাজ ! মগুণ লৈবা মীশিংনা ধর্ম্মগী য়াংমা লাম্থোকপা অমসুং ফত্তবদা থৌনা লৈবা উই। অদুবু মৈ হায়বা অসিনা পুম্নমক চাদুনসু তেজ ( মগুণ ) য়াওদবা নত্রগা অমাঙবদি ওইদে; অদুগুম্না মগুণ লৈবা মুপানা ধর্ম্ম কায়বা থোক্লবসু দোষনি হায়না লৌনদে।

নুংগী রস :— য়েক্লবনা লান্দারক্লবদি, য়েংথিনবনা ফুগে হোৎনরক্লবদি ইশা কন্নবা অহানবদা খংলাউ-লাউবা তাই। লাউবা অদুদা য়েক্লবনা হন্দ্রবদি গুলি গোলাগী দরকার লৈত্তে। য়াঙাঙশিংবা শুকদেবনা পরীক্ষিৎকী য়াহং অরুবা অদুদগী কন্নবা অহানবদা অর্থ য়াওদবা খোল্লাউ অমা পীদুনা য়েংলি। ইবুঙো মাদি মীনা ঙাঙনিঙাই ওইবা লমচৎ চৎলুবসু দোষ লৈত্তে ( দোষ পক্তে ) হায়না খুদম কয়া পীদুনা কৃষ্ণগী দোষ কোক্লবা হোৎনরি। ঈশ্বরগীদি ধর্ম্ম কায়বা মচত্তসু দোষ পক্তে, মরমদি – মগুণ লৈবনা য়াফম অসি ওম্থোক্লা অরুবনি; ঈশ্বর নত্রগা মগুণ লৈবা হায়-রগা ঐথোয়না করি খঙগদৌরিবনো ? ব্রহ্মা, ইন্দ্র, চন্দ্র অমসুং

বিশ্বামিত্রনচিংবা মগুন নৈবশিংগী ধর্ম্ম কারবদা পাপ চঙখিদে। বর্ম্মগী মখা পোনবা নত্তবশিংদা অধর্ম্মগী দোষ চঙদে। রাকম অসি শ্রীধরস্বামীতা নত্তনা সনাতন গোস্বামী, জীবগোস্বামী অমসুং বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তিনচিংবনস্থ হায়রয়ে।

টীকাকার পূম্নমক্তী মত মাম্নৈদি হায়ববু, অচুম্বা (সত্য) হায়বা অদুগী য়েংশিল্লকপদা ঐখোয়গী অপঙবা অমসুং অমোৎপা রাখলদদি "মগুন নৈবনা চৎপা অধর্ম্মদি দোষ পক্তে" হায়বা অসিদা পেঙ্গবা ঙমদে শাস্ত্রদা (গীতামক্তদা) উক্তবদা, অপাম্বা য়াওদনা, থবক অমসুং ফলগা মরী থাংনদনা ইথোমক্সি খন্দুনা থবক তৌর-বদি পাপস্থ চঙদে পুন্যস্থ ফংদে হায়রি। মরম অসিনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুন্দা থবক্তা মরী থাংনদনা ক্ষত্রিগী মথৌ ওইবা মী হাৎপগী থবক তৌ হায়না য়াথং পীরি। ব্রহ্মা, ইন্দ্র, চন্দ্রনচিংবগী রাদা নক্তে, বেদব্যাসমকস্থ মমাগী য়াথং ঙাক্তনা মনাও মুপী-শিংগা শান্নখি, মসিদা অধর্ম্ম ওইখিদে। অদুনদি মশাগী নাপল য়াওদবা, ইন্দ্রিগী মখা পোন্দুনা সকাম ওইনা করিগুম্বা থবক অমত্তা তৌদবা মখোয় অদু ঈশ্বরনি, মগুণ নৈবনি, মখোয়গীদি মীনা থীনা ঙাঙনদিঙাই ওইবা থবক তৌরবস্থ দোষ পক্তে 'ঈশ' গী অর্থ মপু ওইবা। মরম অসিনা ইন্দ্রিগী মখা পোন্দবা মপু ওইববু ঈশ্বর অমদি মগুণ নৈবা কৌই, মখোয়গী পাপ পুন্য নৈতে। অদুগা "ঐ" হায়বা খোম্লোক শিজিন্নদুনা নাপল তৌদবশিংগীস্থ পাপ পুন্য নৈতে, তৌরু-তৌরুবা থবক্তা ফল ওই-বত্তনি। অসি ফাওবা গোপী কৃষ্ণ শান্নবা ঐখোয়না য়েংলে।

খঙবদা রাবা হিরম অমদা অভোপ্পা অমবু খঙহনগে হায়রবদি শাস্ত্র অমসুং নাতৈ চাবা রাহৈনা খঙহনবা ভাই; অদুগী তুংদা খুদম্মচিংবা উৎলগদি ভারিবা, পারিবা মীশিংনা সুংঙাইনা কোম্না খঙলগনি। মথংগী শ্লোক্তা টীকাকারনা খুদম উৎকনি; হায়প্রিবা রাঙাঙশিং অসিনদি ঐখোয় পেন্দে; অদুবু ঐখোয়না পঙবননি। খস্তবা হৈরবা টীকাকারশিংগী লুরবা খম্মোয়সুংদা ঐখোয়না চঙবা ঙমদবননি। মীচঙ-মীখাই নাইদবা পাবিরিবশিংনদি শুকশোই শোয়দনা পরীক্ষিৎ মহারাজগী রাখলদা অদুম ভোংগনি।

নৈতৎ সমাচরেজ্জাতু মনসাপি হ্যনীশ্বরঃ।
বিনশ্যত্যাচরণ্ মৌঢ্যাদ্ যথাহরুদ্রোহব্ধিজং বিষম্॥৩০॥

অর্থ :— ঐ হায়বা নাপল য়াওবা, ইন্দ্রি খুদুম চন্দবা সুপানা অসিগুম্বা লমচৎ চৎকে হায়না খল্লোইদবনি। সমুদ্র নৈবদা ফংবা হু অদুবু মহাদেব নত্তবা অমনা থক্রম্লবদি শোয়দনা শিগদবনি। অসিগুম্নদুনা নাপল য়াওবা, ইন্দ্রি খুদুম চন্দবা সুপা অমনা পঙবদগী অসিগুম্বা লমচৎ চৎলবদি শোয়দনা মাঙগনি অমসুং পাপ পুগনি।

নুংগী রস :— শাস্ত্রদা হায়বদি “মহাপুরুষশিংনা চৎলম্বা লমচৎ অদুগী মতুং ইন্না তোগদবা তোরোইদবা থবক অদু তমগনি” অসিনি। মরম অসিনা ইন্দ্রি খুদুম চল্লবা মীনা পরনারীগা শান্নে হায়দুনা, কনাগুম্বা অচম্বা মীনা মতৌ তম্লুরবদি ধর্ম্ম পুমকায় কায়রে। মসিগী চিংনদুনা শুকদেবনা হায়রি—“মাদু নত্তে।” জ্ঞান লৈরবা মহাদেবনা হু থকই হায়দুনা কনা অমনসু থক্রুরবদি শোয়দনা শিগনি। অদুগুম্না ইন্দ্রিগী মখা পোনবা কনাগুম্বনা

মহাজনশিংগী করুবা লমচৎকী মতৌ ভমলুয়বদি শোয়দনা লৈখা ভাগনি। মুম্না খম্বুরগদি খঙংনি—মহাদেবনা খল্লিবা হূগা পর-নারীগা প্রমাণ তৌরি। মহাদেবগী লাইবক মমায়দা লৈবা জ্ঞানগী মিৎ অদুগী ঙাল্লবা মশেক অদুনা জগৎপু জয় তৌরিবা কামবু উৎ ওইনা মাঙহল্লি অমসুং সংসারগী ঈপাক্তা খোয়রুবা বিষয়-বিষ ( সংসারগী হূ ) থক্কুনা তুক্কল্লি হায়বদি পান্দম্লিঙাই লৈতনা মগুণ লৈরবী নীংথিরবী মহামায়াগা পুম্না লৈদুনসু মপুম ফানা থোশাদবা ( উদাসীন ওইবা ) ঙম্মি। মহাদেবগী মতৌশুম কামবু হাপ্তোক্কুনা মরী থাংনবা লৈতনা নগুবা লমচৎ চৎলবসু পাপ চঙলোই, নত্রবদি লৈখা ভাবা, শিবা শোয়রোই। ঐখোয়না শংশংনা ছজিক উংরিবা অসিনি—মরু কোক্রবা, কৌপীণ শেৎলবা বৈরাগী ( লম্বোইবা ), অদুগা গেরুবা শঙবা ফিজেৎ শেৎলবা সন্ন্যাসী কয়ানা মহাপুরুষশিংগী মতৌ ভমলুদুনা লৈখা ভানরি অমসুং পুকচেল থোৎলবা মুপা-মুপী কয়াবুসু নরক ভাহল্লি। মরম অসিনা হে লমচৎ চুম্নিবা সংসারগী মুপী-মুপা পুম্বা; নু কোকপা অমসুং শিখা শাংবা ঙাকপু কিদবা তৌগনু—য়াম্না হেঞ্জিন্না চন্দন থিনবা, মালা পায়ববু কিদবা তৌগনু; কৌপীন বহির্ব্বাসপু কিয়ু, য়াম্না চাউবা হরিনামগী ঝুলিবু কিয়ু অমসুং গেরুয়া, শমদা জটা ভাবা, হকচাংদা উৎ তেববু কিয়ু। পৃথিবী অসিদা অসিগুম্বা পুন্নমক মাঙননবগী মশক ওইবা অশাবা বৈষ্ণব অমসুং অশাবা সন্ন্যাসী খোয়জনবগীদমক শ্লোক অসিদা পান্দম পীরি।

তাইবংবান অসিদা তোঙান-তোঙানবা ধর্ম্মগী কাংলুপ কয়া মরূম লৈ ; তোঙান-তোঙানবা ধর্ম্মগী মায়দবা খুদম কয়ামরূম লৈ হায়রবা অসিদি অরেপ্পনি। অদুবু বুদ্ধি লৈবা মীশিংনদি খনকম থোকই —ইন্দ্রি ঙাক্লবা থজিক ফাওবা হোৎনদনা বিষয় পাম্বগী অরৈবা মীনাই ওইদুনা লু কোক্লগা, উকৃস নগ্রগা উৎ তৈশিল্লগা, কৌপীন শেৎলগা, লিকচাউ শিরগা, থম্মোয় ফাওনা উবিরিবা সুংঙাই-বগীতা মশক ওইবা ভগবানবু হেক ফংগনি নীংবা অসি ওই-থোক্লবনি। ভগবান হায়রবা অসিদি অদুপ য়াম্না হোঙনা ফংবা পোস্তি নত্তে। মীবু নমথাক তৌননবগীদমক্তা বৈরাগ্য, বৈষ্ণব শাক্তিয়রিবশিং অদু ঐথোয়না খুরুম্বদি য়াই অদুবু শাস্ত্রনা তাকপা নিয়মগী মতুংইন্না খন্নরুরবদি অচুম্বগীদমক মথোয়গা রারী রাতাই শাবদি মতিক চাদে মসি ঐথোয়গী চীম্মোক্লা হেক্তা হায়রবা নত্তে, অমত্তা ঙ'য়েরবা ভগবৎ প্রেমবু উৎপিরম্লবা শ্রীমচ্চৈতন্য মহা-প্রভুনা অসিগুম্বা পানগী বৈরাগ্যবু য়োংগী বৈরাগ্য (য়োংতাৎ হায়-রম্মী। অসিগুম্বা বৈরাগ্যশিংগা উ-বফাও পামদবগী রাথল ফোঙ-দোকপিরম্মী। কৃষ্ণদাস কবিরাজনা লেংবা চৈতন্যচরিতামৃত কৌবা ভক্তিগ্রন্থ পাবিরবা মীশিংনা মসিবু খঙদবা লৈরোই। ঐথোয়না লাইরক অসিগী মচং খরদংবু পঙ্গরুবনি ; রা মচং খঙবিরবা, সাধক ওইবদা সুংঙাইবা ফাওরিবা পাবিরিবা মীশিংন হায়জগ্রিবা রাকম অসিদা সুংঙাইতবা রারৌবা তৌবিরোই হায়না আশা তৌজে।

তাস্তগী অচুম্বা অওইবা তারকপস্থ য়াওই। ওইগে হায়না হোৎনরুবা থবক্তা চুশিন্দ্রিঙৈগী মতমদা মীনা ঙাঙনকম লৈরম্বান;

থবক্তা চুশিনপ্রবদি, পরিং চুম্বরু চৎপ্রবদি, করি অমুক হায়রুগনি— ভক্ত বৈষ্ণব ওইববু খৌরাংনরিবা ঙাকি।

**ঈশ্বরাণাং বচঃ সত্যং তথৈবাচরিতং ক্বচিৎ।**
**তেষাং যৎ স্ববচোযুক্তং বুদ্ধিমাংস্তত্তাদাচরেৎ॥৩১॥**

**অর্থ :—** মহা পুরুষশিংগী বাদি অরেপ্পনি হায়রবদি মখোয়না অসি তৌ হায়রম্বা অদু তৌগদবনি অমসুং করি করিগুম্বা মকমদা মখোয়না চৎলম্বা লিচৎ অদু লৌগদবনি। মখোয়না তৌরম্বা থবক অদু, মখোয়না তাব্রম্বা পাউতাকী মতুং ইনবনি; লৌশিং লৈবা মীনা মদুসু তৌগদবনি।

**নুংগী রস :—** শাস্ত্রদা "যদ্‌যদাচরতি শ্রেষ্ঠস্তত্তদেবেতরোজনঃ" হায়বদি অথোইবা মীশিংনা চৎলম চৎলম্বা লম্বী অদু অচম্বা মীশিংনা মতৌ তম্মগদবনি। ইন্দ্রি খুদুম চন্দবা মীশিংনা, কনা অমত্তগা মরী থাংনদ্রবা বৈরাগ্যশিংনা চৎলম্বা—থৌনদি ঙাওন-নীঙাই ওইবা লমচৎ অদুগী মতৌ তুংদা তম্বরক্তনবা শ্লোক অসি হায়রম্রবনি।

**কুশলাচরিতৈরেষা মিহো চার্থো ন বিদ্যতে।**
**বিপর্য্যয়েন বানর্থো নিরহঙ্কারিনাং প্রভো॥৩২॥**
**কিমুতাখিল-সত্বানাং তির্য্যঙ্‌ মর্ত্ত্যদিবৌকসাম্‌**
**ঈশিতুশ্চেশিতব্যানাং কুশলা কুশলান্বয়ঃ॥৩৩॥**

**অর্থ :—** হে মহারাজ! নাপল য়াওদ্রবা মীশিংগী দি অমবা লমচৎ চৎপগী পুন্য লৈত্তে অমসুং মতবা লমচৎ চৎপগীসু পাপ লৈত্তে॥৩২॥

পরমেশ্বরদি পুন্নমকী নিয়ম শেম্বীবনি, শ, উচেক মী অমসুং লাইনচিংবা জীব পুন্নমক মহাকী নিয়মগী মথা পোনবনি। মরম অসিনা পুন্নমক অসিবু নিয়ম পীনবিরিবা ইবুঙো মাগী পাপ পুণ্যগী ৱাদা করি অমুক হায়রুগনি।

নুংগী ৱসঃ—শুকদেবনা তশেং তশেংনা হায়রি—নাপল য়াওদ্রবা মীদদি পাপ পুণ্য লৈরোই মরম অসিনা মগুণ লৈব-শিংনা ধর্ম্মগী ৱাংমদা চংলবসু দোষ লৈতে; হায়রিবা মগুণ লৈবা হায়বসিগী অর্থদি নাপল য়াওদ্রবা হায়বনি। ঐ হায়বা ৱাখল তৌদ্রবা অমসুং ঐনা থৌবুনি খনবগী নাপল অদু লৈত্রবা মী অদুদি পাপ পুণ্য চঙ্দ্রে। হকচাংদা অমসুং আত্মাদা মাঙ-ননবা ওইবা অদু পাপ কৌই অমসুং লোক সমাজদা (মীনা) থীনা ঙাঙননিঙাই ওইবা অদুবু পাপ কৌই। মীওইবা মপোকী তত্ব (মক্কওইবা মরম) খঙলবা শাস্ত্র ইরখশিংনা চাং য়েংলদুনা পাপ পুণ্যগী শকক খসি তোঙান তোঙানা থায়দোক্লয়ে। মরম অসিনা হকচাংগা মরী থাংদ্রবা, সমাজগা মরী থাংত্রবা মথোয় অদুগী অকবা ফত্তবা লৈত্রে, অদুনা পাপসু লৈত্রে।

ফত্তবা থবক তৌরিবা মী অদুনা ঐ ফত্তবা তৌরে হায়বসি মতৌমতা খঙিঙ। হুৱানবা, নমথাক তৌবা, মীনম্বনচিংবা ফত্তবা লমচং চংপা মীশিংনা মথা মথাগী দোষ অদু অদুম খঙিওবনি, অদুবু মথাগী ফত্তবা কর্ম্ম অদু লোৎননবা হোৎনৈ; মরম অদুনা মতম পুন্নমক্তা মপুক্কিংনা ইচিংতা চিংনদুনা লৈ। লিখোকপা য়াদদুনা ওইরবসু, য়ান-য়ানা ওইরবসু মীগী মথবায় হাৎলুরবা

মখোয় অদুনসু অয়ানবা তৌরুরে হায়বা অদুম খঙিঙ। শা অমা হাৎপা মতমদা চানীংবনা ওইরবসু, মুংঙাইবনা ওইরবসু শুক্লাৎখিদুনা খঙবা ঙমদবা অদু, মশাদা হিংসা তৌরকপা কান্দা হায়বদি অতোপ্পা কনাগুম্বনা মঙোন্দা নক্লগা মচা মশূদা, মাগী ওইবা মীগী মশাদা থাঙনা নক্লগা চৈতুপ্পা থাবা মতমদা পাপকী থবক তৌরে - মাঙনমবা তৌরে হায়বা অসি শোয়দনা হায়গনি। অদুগুম্বা মী অমনা মীগী মুপীদা ইরাই লায়না ওৎলুরে, মহাকসু মাগী মুপীদা মী অমনা লমচৎ কায়রকপদা খাঙবা ঙমগদ্রা—অদুম য়েংদুন লৈবা ঙমগদ্রা ? মতম অদুদা খঙলকনি – পরদারদা রাখল লৈরুবা অসি পাপনি, করিসু লৈত্রবা তোনপ্রবা স্বার্থ ( ইশাগী ওইজবা ) অমদা মিৎতাঙবা ( রাখল লৈতবা ) ওইরুদুনা পাপনি হায়বসি কাউরুরবোইরে হায়বসি। হূরানবা অমনা মীগী মরল ইরায়-লায়না হূরক্লে, অদুবু মাগী মরল অদু অতোপ্পা অমনা হূখিবা মতমদদি হূরিবা মী অদুবু হূরানবা হায়রি। হূরানবা হায়বা অসি ফত্তবা পাপকী থবক্লি হায়বসি মাসু খঙিঙ, অদুবু মশাগী ওইজবা পাম্বনা পাপনি হায়বদু কাউরুদুনা হূরাললি। অসুম্না মতম পুম্বদা ঐখোয়না উনরি-তানরি মীনস্বা মী অমনা অতোপ্পা ওইদবতা ঙাঙবা মী অমদা "মীনস্বা" হায়না চৈবদা চিংনদে অমসু, মীচুবু থীনা ঙাঙলি।

মথক্তা হায়প্রিবা মী মখল পুম্নমক অসি, কনাগীসু শাস্তি লৈজে; মখোয়গী থম্মোয়মুংদা মতম চুপ্পা অকিবা, ঐকায়বগী অবাবা অদু ফংদুনতা লৈ। মসিমক পাপ অমসুং পাপকী মহৈনি।

কংবা মতিক চাত্রি হায়বসি উদুনা হায়খিবা অদুগী তুংদা বংশী খোংদুনা মখোয়বু চিংশিনবদস্ মশাগী নাপল উবদা অমুকস্ম উহনখিদে। মরম অসিনা মসিদা ইবুঙো মশাগী অনৗংবা অপাম্বা করিস্ম লৈতে হায়বসি তশেংনা উৎলে। অদু ওইরবদি শাস্ত্রগী মতুংইন্না শ্রীকৃষ্ণনা অতোপ্পা মুপীগীদমক পাপনা শোকপা ঙমহন্দ্রে।

অমুক্তা রা অমত্তং—পুন্নমক্তী নিয়ম পীবিরিবা ঈশ্বর মহাক্তী লেঙদ্রবা চংনরোম্না মশীং লাকঙমদ্রবা জীবদা পাপ পুন্যগী ফল ফংহল্লি। নাপল য়াওনা "ঐনা খোবুনি", 'ঐনা ভোরিদনা" হায়বা মীশিং অদুতনা পাপ পুন্য ফংলিবনি, ফংগদবনি ; মসিনিসে ইবুঙো মাগী নিয়ম নত্রগা মায়াশক্তি হায়রিবদো। মরম অসিনা ইবুঙো মাগী নিয়ম অমসুং মায়াশক্তিগী পাঙ্গলনা জীববু পাপ পুন্যদা পুনবনি, মহাক্তি পাপ পুন্যগা মরী লৈতে হায়বসিদা হায়মনবা খক খোক্লোই।

যৎ পাদপঙ্কজ-পরাগ নিষেব তৃপ্তা
যোগ প্রভাববিধুতাখিল কর্ম্মবন্ধাঃ
স্বৈরং চরন্তি মুনয়োহপি ন নহ্যমানা
স্তস্যেচ্ছয়াত্তবপুষঃ কুত এব বন্ধঃ ॥৩৪ঃ

অর্থ:— মুনিশিংসু মহাক্তী খুয়া উফুল (পদরজঃ) ফংজবদা পেঙদুনা যোগগী পাম্বৈনা অপুনবা (বন্ধন) পুন্নমক কক্তুনা মনীং তম্বা লমচৎ চৎপদা অপুনবা ওইদ্রবদা, মনীং তম্বা লীলাগী শকলোন ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণদা অপুনবগী খাকম-ককা কদায়দগী লাকদগে।

নুংগী রস :— নহালমুক্কী মপোক্তা মানা মানা তৌরকপা কর্ম্মগী ফল মতুংইন্না হন্দকী মপোক্তা জীবশিংনা পোক্লে। মানা মানা তৌরকপা কর্ম্মগী তুংইন্না অদুগুম্বা শকওং, অদুগুম্বা স্বভাব অদুম ফংলবনি ; মরম অসিনা জীব হায়বসি কর্ম্মনা পুনবনি। ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী মপোক্তি অদু নত্তে। শ্রীকৃষ্ণদি মশানা পাম্বা মতুংইন্না পোকপনি অমসুং মনীং ভম্না অপাম্বা মতুং ইন্না থবক তৌবনি। অপাম্বা হায়বসি মখল অনি শুরি— মশাগী অরাৎপা অদু ফুমনবগীদমক নীংলিবা অদুগী মখা পোন্দুনা পাম্বা অমা, অরাৎপা লৈত্রবসু মরম য়াওদনা মনীং ভম্না পাম্বা অমা। জীবনা পাম্বদি কামগী (ফংদবা পোৎপু ফংনীংলুবদগী) মখা পোম্না পাম্বা অদুভনা পুল্লিবনি ; মরমদি অদুগুম্বা মীদুদি অভোপ্পগী মখা পোম্না থবক তৌবা ভাই অমসুং কামগী থোৌরবা ওৎপগী পাঙ্গল অদুনা পীবা অরাবা অদুদা পুক্নিং ভপথনা লৈবা ঙমদবা ভাই। মসিনা খঙহল্লিবদি অসুম্বা মীওই শিং অসিনা কর্ম্মফল চারি হায়বসিনি।

মাইবা শাগে হায়রবদি য়াম্না হৈরবা মাইবা অমদা চঙজবা ভাই, ললোনবা ওইগে হায়রবদি হৈ শিংলবা ললোনবা অমদা হাম্না ভমখিবা ভাই অদুগা সাধু অমা ওইগে হায়রবদি মবুক শেংবা সাধু অমা হাম্ন খনবা ভাই ; অসিগুম্বদুনা কর্ম্মনা পুনবদগী লাঙ্থোক্লবা হায়বদু ওইগে হায়রবদি মনীং ভম্না শাম্লরিবা, মতম পুম্বদা মুক্ত (অপুনবা লৈত্রবা) ওইরিবা কনাগুম্বদা চঙজবা নত্তুনা উপায় লৈতে। ভগবান শ্রীকৃষ্ণদি নিত্য মুক্তনি, পুমশেং শেংবনি অমসুং মতম পুম্বদা পুম্নমকপু খঙবনি; মহাক্তি কর্ম্মগী

মথা পোম্না পোকপা নত্তে অমুনুং, রুদ্রগী অমা পোম্না থবক অমত্তা তৌদে। মহাক্না পোক্কপগী বাপ্তি, অমুনুং, গোপীশিংগা পোয়ন্না শান্নবগী বারী নৈনরগা মপ্রি মুম্না থত্তগনি। মরম অসিনা থমোয় অশেংবা অদুনা শ্রীকৃষ্ণদা চৎলকপা, কান্নবা অমদা মরী থাংনদনা নীংজবা মতুং ইন্না মনোং অম্না থবক তৌবা ঙমশিং অদুদা কর্ম্মবন্ধন লৈত্তে। ইবুঙো মঙোন্দা চৎলকপবদি বল্লজীবগী কর্ম্মবন্ধন লৈরোই। ইবুঙো মাগী মশাগী কর্ম্মবন্ধন কদায়দগী লৈগদগে। মরম অসিনা গোপীশিংবু ভগবান্না শান্নদাক্লনি হায়না যাম্নবসু, থাজৈশেংবদি মদুদা করিগুম্বা দোষ অমগী চিংনবা লৈত্তে। পরব্রহ্মদগী ব্রহ্মাণ্ড অসি শেমশিন্নি; ব্রহ্মাণ্ড অসিদা অফবসু ফত্তবসু লৈবা উই, অদুগুম্বা অফ-ফত্তগীদমক পরব্রহ্ম অসিবু বন্ধ (অপুনবা) ওইরবরা? য়াদে, অমত্তনা মসিদা হায়নগনি—নত্তে, মসিদা অপুনবা ওইরোই। পরব্রহ্ম অদুদনা মীগী মথক লৌদুনা লীলা শান্নবত্তনি। অদুনা ভগবান্না হায়—ন মাং কর্ম্মানি লিম্পন্তি, ন মে কর্ম্মফলে স্পৃহা। কর্ম্মফলনা ঐঙোন্দা পক্তেং কর্ম্মফলদা ঐনসু অপাম্বা লৈত্তে; মরম অসিনা ঐঙোন্দা কর্ম্মনা পুনবা করিমত্তা লৈত্তে।

বেদ, বেদান্ত অমসুং পুরাণশিংবদা ঈশ্বর তত্ত্ব অসি খঙবনবীদমক কয়া কনানা বাঙাঙ কয়াগী টীকা হন্নিরা, মশীং থাবা ওইত্তে নত্তে। মসিদা মত খেন্নরিবা কয়া, অদুক্তপনি, মসিগী মরু ওইবা, ঈশ্বরতত্ত্ব খঙনীংলবদি খ্বাইদগী হেন্না কায়রবা 'থাজবা'। মত্রবদি শঙ্করনা হায় থাসু, বায়াপুজনা হেন্না হায়রু

পরদার হায়বস্থু লৈতে। মপানগী মিৎয়েংতদা গোপীগা লোয়ননা কৃষ্ণনা শান্নবনি। মশানন ।অসিদি ব্রহ্মাণ্ড অসি থুংনা থম্মোয়গা থম্মোয়গা ইতত্তুনা থোক্লিবনি অমস্যুং ব্রহ্মাণ্ডগী মপান্দস্যু নীংশিংবা থোক্তুবা মতমদগী অস্থম চৎলক্লবনি। মুন্না থম্থবিরবা পাবিরিবশিংনা থণ্ডবিগনি—প্রেম অমস্যুং আনন্দনা শান্নবতগী জগৎ অসি পুন্দুনা লৈরিবনি। অদুগুম্না তরু-তরুবা মথেল্লাংবা রাওব্রবা প্রেমানন্দগী শান্নবা অদুদা গুণ অহুম ত্রিনাশনখিদুনা ময়েং তাবা, অরাবা. অমাঙবা মথল-মথল ওইখিবতনি। অস্যুম্না কল্লবা প্রেমানন্দগী ইতত্তুনা শান্নরিবা লীলা অসি থঙবা ওয়গতা জীবগী লান্নগদবনি। থঙলবা মতম অদুদা অনি শুদ্রবা সচ্চিদানন্দগী মশক ওইরবা শ্রীকৃষ্ণদা মরাল শীবগী রা লাপ্না থমপ্রো, মীওইবগী মথল মথলগী লমচৎ য়েদুনা দোষ গুণগী মরমদা নৈনবদা অশাওবা, অপেনবা, মিংচৎ থীহনবা, ফজহনবা ভোরোইদবনি অমস্যুং অমতা ঙায়বা মুংঙাইবগী মশক ওইবা ভগবানবু মফম থুদিংদা লৈ হায়বসি উদুনা শান্তি তানগদবনি। মরম অসিনা শ্রীধরস্বামীনা রাসলীলাগী অহানবদা হায়প্রে—শৃঙ্গারকথাপদেশেন বিশেষতো নিবৃত্তিপরেয়ং পঞ্চাধ্যায়ী"—(ভগবানগী রাসলীলাগী শৃঙ্গারগী রা পূম্না তৌশিন্নবা (ছল) ঙাক্তনি, অশেংবদি মসি মুক্তিগী থোঙজাওগী মশকনি। তুংদা শুকদেবনস্যু মসি হায়রকখিগনি।

অসিগুম্না পরকীয়া রসকীদমক্তা শ্রীবৃন্দাবন ধামগী মগুণ, মিংচৎ অসি মথুরা অমস্যুং দ্বারকাদগী হেল্লিবনি। অস্যুম্না থুপপ্রবা

অমস্তুং অমকপা লৈত্রবা পরকীয়া রস অসি শ্রীমতি রাধানচিংবী কৃষ্ণনা চানবীরিবশিংগী মথক্তা হাপচিনবত্তনা অমকপা লৈত্তবদা তম্বা থোক্লরোইদবা কৃষ্ণলীলাবু. চৎনবা অমস্তুং চানবা পরকীয়া রসগুম্বা মশক থীহনবা অমদি শেংহন্দবা ওইনা থোকহল্লে—
মসি নত্তে ( ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী বৃন্দাবন লীলা পুম্নমক পরকীয়া লীলা ওাক্তুনি। মহাক্তি মথুরা ধামদা পোক্প্লনি ; পোকক্ম লমদম থাদোক্তুনা শ্রীবৃন্দাবন্দা শান্নবগীদমক লেঙখি ; মরম অসিনা শ্রীবৃন্দাবন হায়বসি শ্রীকৃষ্ণগী পরকীয়া নিবাস ( লৈকম ) নি। মহাক্তি ক্ষত্রিয় জাৎকী বসুদেব দৈবকীগী মচা ওইরগা গোপজাৎকী নন্দ যশোদাবু মপা মমা ওইনা লৌখি : অদুনা নন্দ মহারাজ অসি পরকীয়া মপানি, যশোদানা পরকীয়া মমানি। মহাক্না বৃন্দাবন্দা লৈবা মতমদা মশামক গোপগী মচানি খল্লি; মরম অসিনা বৃন্দাবন্দা মহাকী জাতি অসিসু পরকীয়নি। মহাক্না ক্ষত্রিগী চৎনবী ফিজেৎ থাদোক্তুনা যজ্ঞেন্নহাগী ফিজেৎ ধরা চূড়ান-চিংবা হাপ্লী ; মরম অসিনা ফিজেৎ লৈতেংসু পরকীয়নি। ক্ষত্রিগী লমচৎ থাদোক্তুনা গোপগী মতৌগুম যণ শেল্লি ; মরম অসিনা মাগী শাজৎ পরকীয়নি। শ্রীবলদেব অশি দেবকীগী গর্ভদগী পোকপনি ; ক্ষম অসিনা শ্রীকৃষ্ণগী পোকমিন্নবা ময়াম্বনি, অদুবু শ্রীবৃন্দাবন্দা রাহিনীগী গর্ভদগী থোরকপনি হায়দুনা পরকীয় ময়াম্বা ওই। দ্ধব হায়বা অসি শ্রীকৃষ্ণগী শাগৈ অমত্তগী স্বকীয় সখানি, শ্রীবৃন্দাবন্দা শ্রীদামনচিংবা গোপ অঙাংশিং অসি মহাকী পরকীয় সখানি। বৃন্দাবনগী লীলা অসিমক্তবু পরকীয় রস ওইবনা পুম্নমক্তগী

সংসারগী মরীদা মচাগী মকমদা লৈবা মুংশিবা, মচিন্দ-মনাউগী মুংশিনবা অমসুং মপুরোইবগী মকমদা লৈবা প্রেম অসি মহৌশানা অদুম মরৈনরকই; অদুবু মরী লৈতবা মীগী মচাগী মকমদা থরাম্নগী হেন্না মুংশিবা ওয়গদি মুংশিবা মমুংশিদো অমসুং মুংশিববা মী অদো মিংচৎ অকবনি, তমজনীঙাইনি। মরী লৈন-দবা বিজাতিগা স্বার্থ য়াওদনা চান্নবা মরূপ ওইবা. মসিনা মরূপ চান্নবা ওইবগী কজবা, অদুগা অতোপ্পা মুপাগী মকমদা মরম লৈতনা, পান্দম য়াওদনা অমসুং ইচম চম্না, লাকভম কাওমত্রবা থম্মোয়গী অপাম্বা লৈবা মকম অদুদগী মপুং ফাবা প্রেম কোঙবনি। প্রাকৃত ভাব (মহৌশানা ওইগনবা রাথস) থাদোক্লনা ইন্দ্রিনা পাম্লিবা অদু থাদোক্লনা তশেং তশেংবা মচাগী মুংশিবা, অশেংবা মরূপ, থম্মোয়গী ফজবা উত্না চৎপা লমচৎ অদুতদা শ্রীবৃন্দাবনগী পরকীয় রসকী অমৃত চেনবা মহাও লোবা ঙমগনি। কৃষ্ণভক্তিতনা কৃষ্ণভক্তি নত্তে, জগৎ ভক্তিনসু কৃষ্ণভক্তিনি। অতোপ্পবু মাগী ওইবা ওম্বা মহাক অদুগী অতোপ্পা হায়ব কনাসু লৈরোই; অদু-ওম্বা মী অদো জগৎ থুংনা লৈবা বৃন্দাবন্দা পাম্নরবা ইবুঙো মাগী অশেংবা ভক্তনি মহাক্তনা ভগবান্বু ফংগনি। মসিনি পরকীয় রসকী য়াম্না থুপত্রবা তত্ত্ব। শ্রীমতি রাধিকাগী মকমদতা পরকীয় রস হাপ্পরবদি য়াম্না ফজ্রদবা ওইরমগনি।

পুন্নমক ওইবা পরমেশ্বরগী মকমদা অতোপ্পা (পর) কনাসু লৈতে। মরম অসিনা মহাকী পরদার হায়বসু লৈতে। মহাক্না জীবগী মশক ওইবা প্রকৃতিগা লোয়নদনা নত্রগা মথানা মশাগী

শান্নজবনি। চিংনরিবা পরীক্ষিৎ মহারাজদা শুকদেবনা রা অসি খঙহল্লে, ঐখোয়গী খঙলে। অদুমকপু হৌজিকসু খঙনিঙাই ওইবা খরা লৈরি। ভগবান্না মশাগী প্রকৃতিগা শান্নমিন্নে হায়-রবদি, গোপীশিংবু মানা লৌরবা মুপীগুম শান্নরম্লবদি ফৎলোইজ্রা; মখোয়বু অতোপ্পগী মুপী (পরপত্নী) ওইহন্দুনা মীওইবগী মিস্তা থীনা ভাঙনহল্লিবা করিগীনো?

অসুন্না হংলক্লবদা সাধন মার্গগী মতুং ইন্না অহানবগী পাউ-খুমদি—পুন্নমক থাদোক্লবদি কৃষ্ণ ফংবা ঙমদে, মসি মথক্তসু হায়গ্রে। গোপীশিংনা পুন্নমক থাদোকখিরম্মী, অমুক করি হায়-গনি মুপী ওইবা মপোক্তা থাদোকফম থোক্ত্রবা মপুরোইবফাও থাদোকপ্রবনি, অদুনা ভগবানবু ফংলিবনি। ভগবাননা গোপী-শিংবু মশাগী মুপীনি হায়না শান্নরম্লবদি, মীওইববু ভগবানগীদমক পুন্নমক থাদোকপা হায়বসি তশীনিঙাই লৈরম্মোইদবনি। মরমদি থাদোকফম থোক্ত্রবা মপুরোইববু থাদোকপা হায়বা শরুক অসি-মদি অদুম রাস্ত্রনা লৈরম্লগদবনি।

অনিশুবা তত্বগী রানা—ভশেংবমক ভগবাননা পরকীয় রস পাম্বম্মী। অমরোমদা মঙোন্দা পরকীয় লৈতে অদুবু অতোপ্পা (পর) হায়বা ভাব অসি লৌদুনা শান্নবদি তাই, মরম অসিনা মহাক মথন্তনা ময়াম থোক্নুনা মশানা মশাবু অতোপ্পা শাদুনা আত্মাগী মশক ওইবা জীবশিংবু খঙদবনা শুক্ষত্রনা অতোপ্পা ওই-হনবতনি। জীবনা খঙদবা অপঙবগী মিত্রংনা ইবুঙো মানা শেম্বা জগৎ সংসার অসিবু ভরগা মহাকপু কাউহল্লি। মশানা অসিগুম্বসি

থায়নদগী অস্থম শাম্নরক্লবনি। ঐখোয়স্থ মঙোন্দগী তোম্না নত্তে; ঐখোয় অসি মহাক্কী প্রকৃতিগী মচেৎ অমনি; খঙদবনা শুক্কৎখিদুনা মহাকপু অঙোম্ননি খন্দুনা সংসারদা মরী থাংজিনখিবনি। অদুবু শামবা পাম্বা ভগবান্দি কনাবুস্থ কাউবিদে। মহাক্লা মীওইবা পুম্ববু অতোম্না ওইহন্নবস্থ, বেদ পুরাণচিংবগী খোম্থোক্লা বংশীগী ঈশৈ ওইদুনা পুম্নমকপু কৌবীরি—"লাও, ইনাক্তা চঙলকউ, ঐতনা নখোয়গী অরেপ্পা মরূপনি, পুম্নমক হন্দোক্লম্লগা ঐঙোন্দা লাও।" মরাইবক ফবা কনাগুম্বনা অদুগুম্বা ঈশৈ কৌরিবা অদু তাবা ফংজরবা অমস্থং খঙজরবদি, মহাক্লা খঙদবদগী থুম হকচাংনচিংবগা লোয়ননা থম্মোয়গা লৈনবা মরী থাদোক্তুনা, থম্মোয়স্থংদা পরমাত্মাগী মশক ওইবা পরমানন্দগা শামবা ফংগনি। অদুগী তুংদা মতম চানা হকচাংনা মখোক লোয়ররক্লবদা নিত্যধামদা চত্তুনা নিত্যবন্ধুদা তিঙ্গবা ফংগনি। মায়ানা শুক্কৎপ্রবা মীওইবনা শাস্ত্র পাবদা অশেংবা পরকীয় রস অসিবু খঙবা ঙমত্রবদা থৌজাল হৈরবা ভগবাননা শাইওনবিদুনা পুকচেল শেংলবা স্বকীয় ওইবা জীবশিংবু পরকীয় ওইহন্দুনা পরকীয় রস লীলাবু মমিৎ থীৎনা উহনবী। সংসারদা মীওইবশিংনা শামবদস্থ শেংনা খঙবা ঙম্মী—মী অনি অমস্থং অনিদগী হেনবনা শামমিন্নরবদা মিচঙ নাইনত্রবদি, শামবগী মুংঙাইবা পোক্কে।

খঙদবা অপঙবসি, জ্ঞান পুম্বগী হৌরকফম ওইবা, জ্ঞান্দগী মুংঙাইবতা ওইবা ভগবানগী য়েক্লবনি। ঐখোয়না লীলা পাম্বা ভগবানগী—পরমাত্মাগী কুপ্পবা উম্মুল মরিক অমগী মশক

ওইরবস্তু. ইবুঙো মাগী ইচ্ছাগী মতুং ইন্না খঙদবগা মন্নী থাং-
বুবনা মহাকপু অতোপ্পনি খল্লে অমস্তুং মহাকী অতোপ্পা ওইরে।
কন্নিগুবা খল্লুহুনা পোকপা নত্তবা, লাইবক কবা অমদগী ইবুঙো
মাগী বাঁশীগী খৈশে ভাবথা কংলুবা থূদক অহুদা ব্রজগোপীগী
মতোগুম পুন্নমক হল্লোক্ল্না মহাকী মনাক্তা চত্ত্না মহাকী
কাওলুপ্তা ভিরবা কংগনি। অস্তুম্না ব্রহ্মাণ্ড অসি শিন্থ্ংনা মতম
পুন্নমক্তা ইবুঙো মানা শান্নবিন্নী ; অসি নত্তবা মহাকী থবক
অমত্তা লৈতে।

শ্রীভগবান্না জগৎ থুংনা পরকীয় রসকী লীলা অসি শান্নবি-
দহুনা নিগুণ (গুণ য়াওদবা), নিরাকার একমেবাদ্বিতীয়ম অমত্তনি
অনিত্তদবনি হায়না লৈখীরম্লবদি, মহাকী মপান নাইত্রবা মগুণ,
খনবদা লাম্বা কংলয়োইদবা মপাঙ্গলসি, অরাংপা পোৎ অমগুম
খজিক্কমক ওইরমগদবনি। মহাক্না শেন্বা গুণ অহুমগী পোৎখোক্না
পাক চাউরবা ব্রহ্মাণ্ডগী মশক ওইরবা কুণ্ড্ম ভোকমশঙ শাহুনা,
মশানা মশাবু অতোপ্পা শাহুনা, অহুগা মাগী ওইবশিংবুস্থ অতোপ্পা
শাহুনা অমস্তুং পরকীয়শিংবুনা স্বকীয় ( মাগী ) শাহুনা, পরকীয়
রসকী অখোঙবা লীলাবু মায়কৈ থুংনা শান্নবীরি। মসিনা মাগী
মগুণ অপূর্বা খঙনরি। মসিনি পরকীয় রস হায়বদো. মসিবুনি
পরম পুরুষ ভগবান্না পান্নিবা, অসিননি পরকীয় রসনা রস পুন্ন-
মক্তগী হেন্নিবা।

অস্তুপ ব্রজগ্রবা পরকীয় রস অসিবু কন্তবদা থনগনবা কনা.
গুবনা মশক খীংহল্লি ; অবাবন। পুন্নমক অসি ইচ্ছাময় ওইবা
ইবুঙো মাগী অপাম্বা অনীংবগী মতুং ইন্না শীন্নিবা থৌশিল ভাক্কি।

অনুগ্রহায় ভক্তনাং মানুষং দেহমাশ্রিতঃ।
ভজতে তাদৃশীঃ ক্রীড়া যাঃ শ্রুত্বা তৎপরো ভবেৎ ।৩৬।

অর্থ :— ভগবাননা ভক্তশিংবু থোজানবিগে হায়দুনা মীওইবগী দেহ লৌদুনা অমম্বা লীলা অসি শাগবী। মসি তাদুনা কনাগুম্বা বহির্মুখ ( কৃষ্ণবু য়াদবা ) ওইবশিংনা শ্রীকৃষ্ণদা মায় ওনশিনবা ওইসনু।

মুংগী রস :— "ভক্তানাং" হায়বসি ভক্ত পুম্নমকপু হায়না বহুবচন ওইরে অদুগা "যাঃ শ্রুত্বা তৎপর ভবেৎ" অসিদনা একবচন ওইরে। ভক্তানাং অসিগী মতুং ইন্নবদি "তৎপরা ভবেয়ু" হায়গ-দবনি। অদুনদি অর্থ অসি থরনিঙাই ওই। ভক্ত নত্তবা কনা-গুম্বসু কৃষ্ণদা মায় ওনশিনবা ওইসনু হায়না অর্থ তৌরবদি ভক্ত, অভক্ত অনিমক্তা থোজানবিবগী ভাব থোক্লে। মসি হৈরবা মী-শিংগীসু ভরিডাই ওইরে। মসি কোক্লনবগীদমক শ্রীধরস্বামীনা ভাবার্থ তে য়মদা শৃঙ্গারস পাম্বা অতোপ্পা বহির্মুখ ওইবশিংবু ইবুঙো মতোন্দা মায় ওনশিন্নবগীদমক অমম্বা লীলা শারখিবনি হায়রি।

সনাতন গোস্বামীনদি "যদ" শব্দগী দ্বিতীয়া বহুবচন "যাঃ শ্রুত্বা" অসিগী য়েংদুনা ভগবানগী অতোপ-অতোপ্পা লীলাসি তাদুনা ভক্ত নত্তবা অতৈস্ন কৃষ্ণলীলাদা মায় ওনশিন্নকসনু হায়না ইরক্লে। রাসলীলাগী বাদি করি অমুক হায়রুরগনি। "ভক্তানাং" অসিগী মহুত্তা 'জীবানাং' হায়রমলবদি অর্থ অনিমক অসি লৌবা য়াই। অদুনদি "ভক্ত" হায়বা বাহৈ অসিগী অর্থ (সাধারন জীব )

"মীচম" হায়না লোবা য়াগত্রা হায়বা অসিগী মরমদা থরা নৈনক্ষ থোক্লে।

ভজন তৌরিবা মী অদো ভক্তনি। মীওইবনা কনাগুম্বা লাই অমবু দি শোয়দনা ভজন তৌই হায়বসি অরেপ্পনি। কনানা ভগবানবু, কনানা ইন্দ্রবু, কনানা মহাদেব, কালীদূর্গা, লক্ষ্মী, সরস্বতীনচিংবী মথা-মথানা মতম-মতম অতুগী পামজবা তুংইন্না লাই নীংনৈ, লৌউ-শিংউবা লপোন ইত্থিকপা; মখুৎ-মথা কৈবা কাওবুনা মাগী থবক শূনরিবা খুৎলাইবু পূজা তৌনৈ। পুম্নমক অসি ভক্ত ওাক্তনি; লাই অমগীবু ভক্ত ওইরবদি ভগবানগী ভক্ত ওাক্তনি। ভগবান মথাংক্তা হায়রিবী—"যে অন্যদেবতা ভক্তা ভজন্তে শ্রদ্ধয়ান্বিতাঃ। তেহপি মামেব কৌন্তেয় যজন্ত্য বিধিপূর্ব্বকম।" হায়বদি অতোপ্প' লাইবু পূজা তৌরিবা মখোয়-শিং অতুম্ হৌনবীদি নত্তনা ঐবু নীংশিবা কৌই। মরম অসিন, অতোপ্পা লাইবু নীংবশিংবু ভগবানগী মায় ওক্তোকপা গৌণভক্তনি মরমদি ভগবান নত্তবা লাই নৈতে। লাইনি হায়রিবা খুদিংমক মপুমগী মশক ওইবা পরমেশ্বরগী পীক্ল পীক্লবা শরুক নত্রগা শক্তি ওাক্লি। অপীকপা মহৎ পামশিংনা ভগবানগী পীক্লবা শরুক মচেৎ অমবু নীংবক্তনি। মী পুম্নমক মথল অমা ওইনা ভগবানবু নী·দবা য়াওদে, মথাক মহাক্লা পামলিবা অদু মথল অমা ওইনা ভগবানবু পামলিবনি। মরমদি মানা পামলিবদো পুম্নমকী মরু-মদি সুংওাইবা পাবনি। ভগবান হায়বা অসিদি সুংওাইবগী শরুকনা পুমতা ভাবনি। অদুনা সুংওাইবা পাবা ভগবানবু পাবা

অমত্তনি। অদুবু মীওইবনা খঙখিদ্রদুনা সুংঙাইবগী মহত্ত্ব জগৎকী মাঙবা নাইবা পোত্তা সুংঙাইবা থিনৈ; মসিনা তৌরু-তৌরুবা থবক্কী অনীংবা ফল ওইদবনি। মরম অসিনা ভগবান্না মীগী মতৌগুম লীলা উৎপত্তনি। মরমদি অশেংবনি খন্দুনস্থ মাগী লীলাবু নৈনরগা জীবনা মথং মথং মাবু খঙবা ঙম্লকনি অমসুং সুংঙাইবা ফংলকনি। শ্রীকৃষ্ণচরিত্ত নৈনরগা ভগবান্না রস পূর্ণমক্কী লীলা তৌবি হায়বসি খঙগনি। মসিগী মরমদি অশেংবা রস অসিদা পাম্বা মীশিং অদুনা পাম্বিবা রস অদুমক্তু ভগবানগী রা তারগা ভুংদা ভগবান্দা পুক্নিং চিংশিল্লকনি। শৃঙ্গার রসতদা পাম্বলিবা মখোয়গীদমক্তা অশেংবা কুম্মোমনা য়োমশিনবা লীলানি।

মী পূর্ণমক সুংঙাইবা পাম্বা ঙাক্কনি। সুংঙাইবা খঙলবা মীশিংনা সুংঙাইবগী মশক ওইবা ভগবানবু নিঙিঙ। মখোয়না রাসলীলাবু তারগা শোক্লরগা ভগবানগী মশক সুংঙাইবা রস অদুবু চপ্চরি। অদুগা শৃঙ্গার রসতনা সুংঙাইবনি খল্লিবা মখোয়না শৃঙ্গার রস পাম্বদগী রাস লীলা তারগা অথোইবা রস অদু মথং মথং খঙলক্লুনা ভগবানবু নীংলকই। চুমদবা রাখল খন্দুনা ভগবৎ কথা তারগা নত্রগা শোল্লগস্থ সিদ্ধি ফঙিঙ। মসিগী প্রমাণ য়াম্না লৈ। অদুমদি ওইরবদা মীওইবগী অরানবা হায়বসি অনি থোকই —অরানবদা লাম্না অদুম থনবা অমা, অচুম্বদা ওইরিগত্রা হায়না চিংনা থনবা অরানবা অমা। থাউমৈ মঙানবু অরাম্বদগী ঊবদা মণিনি খন্দুনা তাম্নরুরবদি মণি ফংলোই; অদুগা অরাম্বদগী মণিগী মঙাল ঊদুনা মণি ওইরমগত্রা হায়না তাম্নরবদি মণি

কংগনি। মসিবু সংস্কৃত লোন্দা "বিসংবাদী" অমসুং "সংবাদী" ভ্রম কৌই। বিসংবাদীনা পোৎ কংদবনি. সংবাদীনা পোৎ কংবনি। অদুনমক চুমদবা রাখল খন্দুনা ভগবানগী রারী ভাবা শোনব-দগীদি অচুম্বা রাখলদা ভাবা শোনবনা লেম্না ককম থোকই।

জগৎকী মী পুম্নমক সুংঙাইবনা মরা ভাবা লায়বসি পাম্নরিবা ওঁরি; মসি মীপুম তিংনা য়ানরগদবা রাকম্নি। অদুবু মসি কনাগী লাক্কক্লসু থোকখিদ্রি, থোকপসু থোক্লোই। মসিগী মরম করিননো লায়ববু অমাম্বা মীনা "বিসংবাদী ভ্রম" (নত্তববু অওইবগুম খল্লুবা) দা তাদুনা করাওবগী ওাইহাক সুংঙাইবা থোম্মোক্লচিংবা থিদুনা অশেম্বা হিরমদা সুংঙাইবা থীনৈ; মরম অসিদগী তৌমমন মহয় কংনদে। তৌরু-তৌরুরিবা হিরম অদু-দগী হন্দোক্লরক্লুনা অতোপ্পা হিরম অমদা অমুক চঙশিল্লি। অসুম তৌদুনা মথোয়গী পুক্নি লেনখি। পরমানন্দবু পাদুনা সুংঙাইবগী অথোইবা ইবুঙো মাগী মীওংবনা চৎনবা লীলাগী সুংঙাইবা অদুবু থিরিবা মখোয়গীসু অকাউবা অরানবদি লৈ হায়ববু, মশিগী মঙান্দা মশি ওইগদ্রা হায়না চিংনবা "সংবাদী ভ্রম" অদুগুম্বনি। মরম অসিনা প্রকৃতিগী লীলাগম খন্নুনা কৃষ্ণলীলা নৈনদুনা গুরু কৃপাদগী মথং মথং পরম ভবদা য়োৎশিনক্লুনা প্রকৃতিগী রাংমদা লৈপ্রবা সুংঙাইবদো কংবা ঙমগনি। ভগবানগী—রাখল্লা লাম্বা কংলুবা মতিক মগুণদা অশেংনা থাজবা লৈমু-লৈগনু মতুদা ঐথোয়না করিসু হায়নীংদে; অদুবু বিজ্ঞানগী নাপলদা রা ভাঙ-লুমগা লোক্লনবগী রাকমনি, পুরাণ শাস্ত্রনচিংবদা হায়রিবা নাম

মাহাত্ম অদুবু য়াদবদি ঙমজদে। "জ্বরেণাপ্তঃ সন্নিপাত ভ্রষ্ট্যাঃ নারায়ণং বদন্। মৃত স্বর্গমবাপ্নোতি য সংবাদী ভ্রম মতঃ॥" (মীওইবনা অরেপ্পা লৈতনা থক থক নিক্নুনা লাইহৌ তৌবা মতমদা তেংথারকপদা নারায়নগী মিং পন্দুনা শিখিবদা স্বর্গ ফঙিঙ হায়নৈ; মরমদি মাগী তেংথারোপ অদু সংবাদী প্রলাপনি। তশেংনা হায়রবদি শিরমদাইদা শ্রীকৃষ্ণগী নাম শোনবা, নাম কাউদবা হায়বা অসিনি। হৌখিবদা ঐনা ঐনা তৌজরকপা পুণ্যকর্ম্মগী মহয়নি। ফত্তবা রাখল পুবা ভক্তশিংনা প্রাকৃত শৃঙ্গার রসনি খন্দুনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী রাস লীলাবু ভাবিবা মখোয় অদুসু সংবাদি ভ্রমনি; মতম অমদা মখোয়সু পরমানন্দগী মশক ওইবা ভগবানবু ফংজরকনি।

পরীক্ষিৎনা রাসলীলাগী মরমদা ভগবাম্না পায়ম্বা করিনো হায়বা অসিতা খঙনীংলম্মনি। অদুবু শুকদেবনা—"ভজতে তাদৃশীং ক্রীড়া সাঃ শ্রুত্বা তৎপরো ভবেৎ।" (ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মশাম্না পুম্বা শাম্নরম্মী, মশাম্না পুম্বা অদু তাদুনা মাতুদা পুক্নিং চঙগদবনি) হায়না খুমখি। শুকদেবনা "তাদৃশী ক্রীড়া" অমসুং "যদ্ শব্দনা বহুবচন ওইনা হায়রে। পরীক্ষিৎনদি লীলা অমত্তগী রা হংলগা শুকদেবনা লীলা পুম্নমক্কী পাউখুম ওইনা পীরিবা করিগীনো হায়বসিগী মরমদা সনাতন গোস্বামীনা তৌরম্বা টীকাদা – "লীলা অতৈ ভাবরম্ম পুক্নিং চিংশিনগনি, রাসলীলাগী রাদি করি অমুক হায়গনি" অসুম হায়রম্রে। ব্যাখা অসি য়াম্না ফজগ্রে। ভগবান্দা পুক্নিং থমগে হায়রবদি ভগবানগী অতোপ অতোপ্পা লীলা

অমস্তুং রাসলীলা তারগা, শোন্নগা ভক্তশিংনা ভগবান্দা চঙজবা ওয়গনি; মসি শাস্ত্র ইরম্বশিংগী অপাম্বনি।

ব্রহ্ম হায়বনা করিনো, পরমাত্মা হায়বনা করিনো, জীবাত্মা হায়বনা করিনো, ভগবান হায়বনা করিনো, মায়া হায়বনা করিনো, করম ভৌনা ব্রহ্মাণ্ড অসি শেমখিবা, লৈরিবা অমস্তুং তুমখিদবা, মুক্তি কদায়বু কৌবগে, অবতার কদায়বু কৌবগে, শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপ করিনো, অমস্তুং মহাক্লা করিগীদমক মর্ত্তলীলা ভৌরম্লিবা, পুম্নমক অসি গুরুদগী তাজরগা রাসলীলা শোনবা তাবনা ভক্তশিংনা ভগবান্দা চেংশিল্লকনি। ভগবানগী ভক্ত ওইবা অদুগা ভগবান্দা পুক্নিং চেংশিনবা হায়বা অসি তোঙান তোঙানবা রানি। ভগবানগী ভক্তদি চামা চামা ওইবা রাই, অদুবু ভক্ত লিশিং লিশিংগী মসুগুদা ভগবান্দা খম্নোর লূপ্পদি অমককা য়াওরমগন্না চিংননীঙাইনি। মপোক অসিদা ইরল লৈগে, ইচামুপা কংগে, অনাবা কোকে হায়দুনা কনাগী মতেঙ লৌরবা, মপোক অমদা মুংঙাই রাইকনবগীদমক লাই অমগুদম্ব চঙজরবা মী অদুনা, পোৎ পুম্নমক্তা ভগবান্দা লৈ হায়বসি খঙদুনা, অখোইবা মী কনাগী মগুণ ঙাঙজরবা নত্রগা মীদুগী মরাল খিত্রবা নত্রগা হায়দোক্তবা, ভগবান নত্তনা "ঐগী" হায়বা করিস্থ লৈজরে খনকা অদুম ওইবা মী অদুতনা ভগবান্দা খম্নোর তিনবনি। খাজবগা লোয়ননা হায়রিবা তত্ব পুম্বা অসিবু খঙদুনা, রাস লীলাগী মশক ওইনা উৎলিবা অরোয়বা অমস্তুং অখোইবা তত্ব অসিবু তাবগা পুক্নিং লূপ্পদি ওইদদুনা পুক্নিং চোইরবদি কত্তবা ওইরক্তনি। মরম অসিনা গুকদেবনা "ক্রীড়া" শব্দগী

বহুবচন ওইরগা অমসুং "অনুগ্রহায় ভক্তানাং" হায়দুনা "ভক্ত" শব্দদসু বহুবচন ওইরগা, "যাঃ শ্রুত্বা তৎপরো ভবেৎ" তৎপরোগী মখাদা একবচন পীরি। মসিগী মরু ওইবা মরমদি ভক্ত লিশিং লিশিংনা রাসলীলা তারগা মখোয়গী মথক্তা অমসুংদসু ভগবান্দা পুক্নিং লুপ্পা ওইরকসনু অসিনি।

ভক্ত হায়বা অসি মথক অনি শুরি বহির্মুখ অমসুং অন্তর্মুখ (থম্মোয় ওম্থোকপা অমসুং থম্মোয় লুপ্পা ভক্ত)। লীলাগী মূর্ত্তি লৌরিবা জগৎ থুংনা লৈবা বিষ্ণুবু মীগী মতৌগুম ঙমখৈ লৈবা হকচাং পানবনি খনবা অমসুং মদুগী মায়বা মূর্ত্তি শাদুনা পূজা তৌরিবা অদুগা জীব পুম্ববু কন্নক মীহোবনচিংবা মথল মখা অয়াম্বা রাখন্দা হিংসা তৌরিবশিং অদু বহির্মুখ ভক্তনি। অদুগা পোৎ পুম্নমক্তা ভগবাননা পরমাত্মাগী মশক ওইনা লৈবী হায়বসি খঙদুনা শান্তি কংলিবশিং অদু অন্তর্মুখ ভক্তনি। শ্রীধরস্বামীনা ইরম্বদা—"শৃঙ্গাররসকৃষ্ট চেতসো বহির্মুখানপি স্বপরান কর্ত্তুমিতি ভাবঃ।" (মহোশানা শৃঙ্গার রসতদা থম্মোয়চিংবা ওইবা বহি-র্মুখ ভক্তশিংদুবু মতোন্দা লৈশিন্নকুবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মীগী মশক লৌদুনা লীলা পুম্নমক অসি শায়বীরিবনি) অসুম হায়রি।

ভগবানগী লীলা ইবা লাইরিক পায়গা হেক্তা অচুম্বা রস খঙগদবা নত্তে। সদগুরুদা চঙজরগা অথুপ্পা অখোইবা রস অদু কংগদবনি। রাসলীলাগী রাদা নত্তে; ভগবানগী লীলা পুম্নমক উপাক্কা ফিনা য়োথদুনা থম্নিবা হীরা মচেৎকুম পাল্লদি নমথাক্কা কুপ্পনি। সদগুরুগী কৃপা নত্তনা নমথাকী কুয়োম অসিবু হাংদোকপদি কনানসু ঙমোই।

অহল লমন্দগী ঐখোয়না ভায়—হৌজিকস্থ ঙাঙনরি—মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ অচাপোৎ পুন্নমক অসি ঈশ্বরনা পীনবিবা ঙাক্তনি। কনাগুম্বনা কনানা পাম্বা পোৎ অমা পীবদা পীরিবা মী অদুবু পোৎ ফংলিবা মী অদুনা থোজাল হৈবনি হায়না ঈকায় খুম্নে। অদুনদি মীওইবনা শিজিন্নরিবা পোৎ পুন্নমকপু পীবিরিবা ঈশ্বর অদু থোজাল হৈবা ওইরোইদ্রা অমস্তুং ঐখোয় পুন্নমক্কী নুংশিকম ঈকায় খুম্নকম ওইরোইদ্রা। ইবুঙো মশানা সচ্চিদানন্দ ওইদুনস্থ জগৎ অসিদা মীগী মশক লৌদুনা মীনা চৎকদবা শাক্তকী লীলা পুথোক্তুনা মশাগী মশকপু লৌশিং তৌদুনা উৎপিবনা অরান-খুভম পাম্লিবা ভক্তশিংগী মফমদা থোজাল হৈবা হায়বদু ওইবীরি।

- রাখল অমরোমদা অমুক - ঈশ্বরনা ঐখোয়গীদমক চানবা, থক্লবা শেম্বীরকই; মসি মাগী থোজাল নত্তে, মশাগী কান্নবা তৌদবা য়াদ্রবা অমনি। .মহাক্না অঙাং পোক্তি্রূঙৈগী মমাঙদা মমা ওইবীশিংদা পোক্লকদৌরিবা মচাগী চাননবা হাম্না পীনবী; মসিস্থ মহাক্কী থোজাল নত্তে, মাগী কান্নবনি। পৃথিবীগী নিংথৌ-শিংনা মাগী মাগী লান্মীশিংবু অতোপ্পা লমদা থাদ্রিঙৈগী মমাঙদা মখোয়না লৈরুনবা, চারুনবা, নাব-য়েকপা থোক্লগা লায়য়েংনবা হাম্না থৌরাং তৌই, মসি নিংথৌ অদুগী কান্নবনি, লান্মীশিং অদুদা থোজানবীবা নত্তে; মরমদি লান্মী শিরগা মহাক্কী অমাঙবনি। কৈশুমশঙদা কাঙক লৈরিবশিং অসি মফি থোনবী, চাননবা পী. নাদনবা মতম চানা থবক শূহল্লি, পোথাহল্লি; অদুবু নুংঙাইবদি

নস্তে। লৈবাক ঙাকপা মপুনা থৌজানবীদুনা পীজ-পীথকপস্থ নস্তে, মাগী কান্নবনি। ফাতক লৈবা পামদদুনা ময়মচৎ কজরক্তগা লৈবাক শান্তি ওইগনি হায়বা বাখল অসিননি। শা, উচেক য়োক্তুনা শান্নবা পাম্বা কয়ানা, মনীং তম্না লোক-তাইদা, অপুংবা, বন্দা, পাম্বীদা শান্নক্তরিবা শা উচেকপু থৌজানবীদুনা লৈকম পীবা নস্তে, চিঞ্জাক পীবা নস্তে; মাগী নুংঙাইনবনি। বেদান্তদা হায়রি—"লোকবত্তু লীলা কৈবল্যম্।" পরমেশ্বরনা জীববু শেম্লিবা অমস্থং য়োকপিরিবা অসি মীওইবনা শান্নবগুম শান্নবিবতনি। ময়ম অসিনা শাস্ত্রগী মতুংইন্না উরে—ঈশ্বরনা মাগী শান্নবগীদমক জীববু য়োকপীরিবনি, থৌজানবীদুনা তৌবা নস্তে।

পৃথিবী নিংথৌ অমনা মাগী সিপাহী নত্রগা থবক তৌবা মী অমবু থাগী তলব পীদুনা থবক্তগী পোথাহনবদু থৌজাললি। অদুগা মতম কুইনা ফাতক তাদুনা লৈরগদবা মী অমবু ফাতক্তগী থাদোকপিবা অদুসু থৌজাল অমনি। কেথোক-মোথোক্তুনা লৈবা বাবু অমনা পোন্দা ফাদুনা থম্লিবা শা-উচেক অদুবু থাদোক্তুনা মনীং তম্না বন্দা শান্নহনখিবা অদু থৌজাললি। ভগবান্না মীওই-ববু সংসারগী বণ্ডিদগী কন্নবা, আত্মা খণ্ডনবা বেদ পুরাণচিংবা থাবিরক্তুনা থৌজালগী খুদম পীবিরি; খণ্ডবদা লুরবা বেদগী অর্থ খণ্ডহনবিনবগীদমক সদগুরুগী মশক ওইনা শাইওনবীরক্তুনা অমুকা হেন্না থৌজানবীরি। অদুগা পুন্নমক অসিগী মথক্তা প্রকৃতিগী বাংমদা লৈপ্রবা ইন্দ্রিনা লাম্বা ফংঙমদ্রবা সচ্চিদা-নন্দ মশক ওইরবসু মীগী মশক লৌদুনা মর্ত্যলোক অসিদা

লেওবিরক্‌্না, মীগী মতৌগুম লীলা শান্নবিদ্বনা, মতম মাওহন্দুনা, লৈরবা মীওইবগী মকমদা থোক্লালগী থম থেংবা মতৌ উৎপীরি। মরম অসিনা ধর্ম্মগী মচি ওইবা শরুকপু উরবা শুকদেবনা চান থরুবগী, বানগী মরম হায়দনা "অনুগ্রহায় ভক্তানাং মানুষদেহ-মাশ্রিতঃ। ভজতে তাদৃশীঃ ক্রীড়া যাঃ শ্রুত্বা তৎপরো ভবেৎ" হায়রয়ে। অমনা অমনা হায়নীংবা শায়সনু, ঐখোয়দি শুকদেবগী অরেপ্পা বাকয় অসিদা চিংনদনা হায়নিঙ্ঙি — ভগবানগী মপান নাইত্রবা থোক্লালগী খুদম কদায়দা কংবগে হায়রবাদ শ্রীকৃষ্ণগী লীলাদা অমসুং খ্বাইদগী পুমহেন হেনবদি শ্রীকৃষ্ণগী রাসলীলাদা কংভি হায়নিঙ্ঙি।

শ্রুতি শাস্ত্রদা হায়রি— ভগবানবু থওত্রবদি অয়ান-খুভম কংননবগী উপায় লৈতে। অদুবু মহাক্তি ইন্দ্র পুম্বনা অমসুং পুক্লিংনা উবা কংদবনি, করম্না জীবনা মহাকপু থওগদগে অমসুং করম তৌনা মুক্তি ফংগদগে? থোক্লাল হৈবা হবুঙৌ মানা ইন্দ্রিনা পাম্বা কংদবা ওইরবসু ইন্দ্রিবু উহনবী, থনবদা থওবা তমদবা ওইরবসু শাইওন অমা পুখোক্‌্না উহনবী, মচেৎ ফকপা য়াদবা ওইরবসু, মওং লাকপা ওম্বা শকলোন অমা হেক্তা মপুবী, মশা মতৌমতনা নুংঙাইজবা ওইদুনসু গোপীশিংগা শান্নদুনা মপান নাইত্রবা নুংঙাইবনা থল্লবা মতম পুম্বা ওইবা লীলানা হেক্তা উৎপী। মসি মাগী থোক্লাননি।

লিবি লিবি শিৎলিবা মালংবা, থোয়াংলবা মীদা কায়রিবা ইংজবা লাইজ, মতম মতমগী থোরক্লিবা অহাওবা উহৈ-মনা

মশীং পুম্নমক অসিবু ঈশ্বরগী থৌজালনি হায়রবদি, পুম্নমক অসিবু থাদোক্তনা সংসারগী অপুনবা অসিবু লাম্থোকপা অমুক তায়রিবা করিগীনো ? মসি খল্লুরবদি অঙকপা অমম্নং নোকনীংবা অমা পোকই। মসিদা ঐখোয়না য়াদবা য়াদবদি—তত্ব খঙত্রিবা খম্মোয় খোৎলিবা অশাংশিংদা ঈশ্বরদা মায় ওনশিন্নবগীদমক ঈশ্বর হায়বসি করিনো খঙত্রিবা, ঈশ্বর ভক্তিগী মরম খঙত্রিবশিংবা— থৈবোং, হৈনৌ, কিহোম, কমলা, লকোইনচিংবা মখোয়না পাম্না চানীংলিবা উহৈ পুম্নমক অসি ইবুঙো মানা পীনবিবনি হায়না ঈশ্বরদা ভক্তি লৈননবা তম্বিবা তাই।

নাসূয়ন্ খলু কৃষ্ণায় মোহিতাস্তস্য মায়য়া।
মন্যমানাঃ স্বপার্শ্বস্থান্ স্বান্ দারাৎ ব্রজৌকসঃ।৩৭।

**অর্থ:—** ব্রজবাসি পুম্নমক হায়বদি গোপীশিংগী মপুরোইবশিং অদো শ্রীকৃষ্ণগী মায়াদা শুঙংখিদুনা মাগী মাগী মুপীদো মনাক মনাক্তা লিপ্লি, তুপ্লি হায়না অদুম উবনা শ্রীভগবানবু মরান শীদে ( দোষ ভোদে )।

**নুংগী রস:—** শাস্ত্রবু য়াপে হায়রবদি শ্লোক অসিবুস্থ য়াবা তাই। য়াবা তারবদি লোইনা চুনরে। ভগবানগী থনবদা খঙবা ঙমত্রবা পাজল অদো মসিদা কোঙদোক্লে য়েৎপু-য়েৎকে হায়রবদি য়েৎনীঙাইগী অয়োইবা লৈতে। অদুগা খঙননবা হোৎনরগদি শ্রীকৃষ্ণদা দোষ হাপনিঙাই লৈতে। শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা রাস শায়রিবী গোপীশিংগী মপুরোইবশিংনা শ্রীকৃষ্ণদা মরান পীনবগী অহোবা ( ছিদ্র ) অমত্তা ফংদে ; দোষ ভোদে। মীওইবগী রাখলনা পঙখল খল্লুবা অসি ঋরাখনি।

পুন্নমক্তি চূনরে হায়ববু হান্নিঙাই রা অমদি লৈরি। গোপ-শিংনা মাগী মাগী নুপীবু মনাক্তা উখি ; অদু ওইরবদি রাস শান্নবা য়াওবা চৎকে তৌবদা থিঙিঙ—ফানৈ হায়বদি করিগীনো ? মসিগী মরমদি গোপীশিংগী থিংঙমদ্রবা কৃষ্ণগী অনুরাগ উৎননবগীদমক গোপশিংনা মখোয়গী নুপী নুপীবু থিংবনি ; থিংবা অদু গোপীশিংনা য়াদবনি। গোপশিংনা থিংবদি মায়া গোপীশিংতবু থিংবনি, মমৈ-থংদা মাগী মাগী মনাক্তা লৈবদু ফংলদুনা অদুম তোক্লে। অদু-নদি—গোপীশিংনা রাসতা চৎকে তৌবদু ফাগী ওইরে হায়না গোপশিংনা খনপ্রে। হৌজিক্তি রাসলীলাগী কুয়োমগী মনুংদা লৈবা ধর্ম্মগী অথুপ্পা অদু হাংদোক্লে। মথক্তস্ত্ হায়প্রে—গোপী হায়বসি মখল অনি শুই—মায়াগোপী অমসুং চিদগোপী। মায়া-গোপীশিংনা মাগী মাগী মপুরোইবগী মনাক্তা হিপলি, চিদ-গোপীশিংনা রাসমণ্ডলদা চিদানন্দগী মূর্ত্তিগা লোয়ননা শান্নরি। সংসারগী লমচক্তস্ত্ ঐখোয়না উরি—মণিপুরদা ইশাদি লৈরগা শ্রীবৃন্দাবন নক্তগা হারা ফবা লম অমদা চৎপগী রাখল তৌবা মতমদা শরূ-শয়াং পানবা হকচাং অসিতমক মণিপুরদা লৈ অমসুং ইমুং-মনুংগী মী পূন্নমক্না য়ুমদগী চথোক্তবা ওইনা অদুম মউই ; তৌইগুম্বসুং ঐগী আত্মা অমসুং "ঐ" হায়বদুদি শ্রীবৃন্দাবন্দা শ্রীগোবিন্দ দর্শন তৌরি নক্তগা য়েংবদা নীংথিজরবা হরাও তয়াম্বনা তিল্লবা. ঐনা চৎকে নীংশিবা মফমদা চান্নরবা মরূপ মপাংশিংগা শান্নমিন্নরি। নীংথিনা খঙলবা ভক্ত সাধুশিংদদি অসুম্না খোক্লিবনি মহাকী মায়াদেহ অদুদি ময়ুমদা মাগী মীশিংগা অদুম লৈমিন্নরবস্ত্

মহাক্কী (আত্মা) থবায় অদুদি নিত্যধামদা নিত্যসম্বন্ধী ওইবা মরূপ-শিংগা মতম পুম্বদা মরূপ ওইবিবা ভগবানগা নিত্যক্রীড়া ওই-ঠুনতা লৈ। ভগবান্না গোপীশিংবু মখল অনি থোক্লা খায়দোক্লনা মখল অমবু য়ুমদা মখল অমবুনা মনাক্তা থমদুনা ভক্ত সাধকশিংগী অয়েবী ফিভম অদু উৎপীরি। মসিগী মথংদা ভজন সাধনগী মরমদা হেনগৎপা অমা অমুক করি লৈখিগদগে। মসিদসু রাস-লীলাগী মশক থীহনখিগে হায়রবদি ঐখোয়গী লাইবক মাম্না থীরবা হায়বদুনি।

পাপকী বিচার হায়বা অসিদি—ওৎলিবা মীদুগী অমসুং মাবু ওৎপীরিবা মী মখোয় অনিগী রাখলগী মতুং ইনবনি। মীবু নুংঙাইতনবা তৌরিবা মী অদুনা ঐদি কনাদসু ওত্তে খল্লবা, অদুগা অওৎপা ফংলিবা মী অদুনসু কনানসু মাবু ওত্তে খল্লবদি পাপ অমত্তা লৈত্রে। অসুম্না শ্রীধরস্বামীনা শন্দোক্লা হায়রম্লে—গোপশিংগী মনাক্তা গোপীশিংনা কায়দনা লৈবনিনা কনাদা দোষ হাপ্নবগী রাখল খন্নিংঙাই লৈতে, অরানবা রাখল অমত্তা খন্দে। মীওইবনা ইচম চম্না শ্রীকৃষ্ণদি অতোপ্পা মীগী নুপীগা শান্নে খল্লি অদুবু নুপীশিং অদুগী মপুরোইবা ওইবশিংনদি মখোয়গী নুপীগা কৃষ্ণগা করিসু শান্নদে খল্লি, "ঐখোয়গী নুপীদি ঐখোয়গী ইনাক্তা লেঙদনা লৈ." অসিদা পাপকী চিংননীঙাই করি লৈখি-গদগে? মরম অসিনা কৃষ্ণ তত্বগী মচি খঙলবা শ্রীধরস্বামীনা হায়বিরম্লে—"অসিগুম্বা তৌবা ভম্বা মগুণ লৈতবশিংনা অসিগুম্বা লমচৎ চৎলবদি পাপী ওইগনি, জগৎপু শেম্বিরিবা শ্রীকৃষ্ণদদি পাপকী চিংননীঙাই লৈতে।"

ব্রহ্মরাত্র উপাবৃত্তে বাসুদেবানুমোদিতাঃ
অনিচ্ছন্ত্যো যযুর্গোপ্যঃ স্বগৃহান্-ভগবতপ্রিয়াঃ ॥৩৮॥

**অর্থ** :— ব্রহ্ম মূহুর্ত্ত চঙলবদা কৃষ্ণনা চাল্লবী গোপীশিংদো ইবুঙো মাগী য়াথং মতুং ইন্না পামদ পামদনা ময়ুম ময়ুমদা হন্নখি।

**নুংগী রস** :—শ্লোক অসিদা মরূওইবা ভাব থোইনা লৈতে। রাসলীলা লোইরে হায়বতনি। অপ্রাকৃত ওইবা (খূৎশেম নত্তবা) নিত্যরাসকী অহৌবা অরোইবা লৈতে। শ্রীবৃন্দাবনগী প্রকট (অফোঙবা) রাসতদা অহৌবা অরোইবা নাইবনি। পান্দদা উবা মীশিংগী মিৎয়েংদা গোপীশিং য়ুমদা হনখ্রে; নুংগী উবা ভক্তশিংদদি প্রাকৃত রাসলীলা মাঙখিদুনা ভক্তগী থম্মোয়নুংদা লৈখ্রে। প্রেমগী মশক ওইবী শেংলবী গোপীশিংনা নুংঙাইবগী মশক ওইরবা কৃষ্ণবু থাদোক্তনা কদায়দস্থ চত্তে, চৎপা ঙমদে। শ্লোক অসিদা বাসুদেব কৃষ্ণগী য়াথং অমসুং য়াথং অদুগী মতুংইন্না গোপীশিংনা য়ুমদা হনখ্রে হায়রিবসে পানগী বানি।

বিক্রীড়িতং ব্রজবধুভিরিদঞ্চ বিষ্ণোঃ
শ্রদ্ধান্বিতোহনু শৃনুয়াদথ বর্ণয়েদযঃ।
ভক্তিং পরাং ভগবতি প্রতিলভ্য কামং
হৃদ্রোগমাশ্ব পহিনোত্য চিরেণ ধীরঃ ॥৩৯॥

**অর্থ** :— য়াম্না থাজবগা লোয়ননা ব্রজগোপীশিংগা ভগবান বিষ্ণুগা শান্নরিবা লীলা অসিবু শকচ-শোঞ্জরিবা মী অদো থিন্দনমক ভগবানগী মফমদা খ্বাইদগী অহেনবা ভক্তি ফংদুনা থুনমক কাম কৌবা তমথিরবা থম্মোয়গী লায়না অদুবু থাদোকপা ঙমগনি অমসুং ঙম্বা ওইসনু।

নুংগী রস : - শ্লোক অসিদা শুকদেবনা রাসলীলা তাবা অমসুং শোনবগী মহয় করিনো হায়বদু হায়রি। ইন্দ্রি খুদুম চল্লবা মীনা থাজবগা লোয়ননা ভগবান বিষ্ণুগী রাসলীলাবু তাজরবা - শোঞ্জরবা মী অদো থীন্দনা ভগবানগী মফমদা পরা-ভক্তি ফংদুনা (থানদবা অথোইবা ভক্তি ফংদুনা) কাম কোবা শাথিরবা থম্মোয়গী লায়না অদুদগী কঙবা ঙমগনি। শুকমুনিনা তারিবা অমসুং ঙাঙলিবগী লৈহৌং ("ধীর") ইন্দ্রি খুদুম চল্লবা হায়না অদুগা তাজবা শোঞ্জবা অসিগীনা "থাজবগা লোয়ননা" হায়বা গুণ হাপলম্মী। রাসলীলা অসি অহানবদদি শৃঙ্গার রসকী কুয়েম্না কূপলম্মী। মরম অসিদগী তথক্লবা থম্মোয় পানবশিংনা তাবা শোনবদা অহানবদা মপানগী কুয়োম অদুতা মউই, অদুনা ফজদবনি খন্দুনা তাবা অমসুং পাবা তন্নে। মরম অসিনা হৌজিক অসিদা মী কয়ানা রাসলীলাবু থাজদে, থওইনদে। অহানবদা খনকম থোকপদি রাসলীলা লেঙলিবা মীনা কনানো? ঙাঙলিবা মীনা কনানো? তারিবা মীনা কনানো? লেঙলিবা, ঙাঙলিবা, তারিবশিংগী অপাম্বনা করিনো? মসি খনগদবনি। অদু ওই-রবতদা ঐখোয়না উগনি—বেদগী শরুক খায়দোক্লিবা, মহাভারত অমসুং পুরাণ তরানিপাল লেঙলিবা, অদুগা বেদান্ত সূত্র পুথোক-লিবা মহর্ষি কৃষ্ণদ্বৈপায়ন বেদব্যাসনা রাসলীলা লেংবনি অমসুং মহাক্তি পোকপদগী হৌনা বিরাগী ওইবা ব্রহ্মতদা মুংঙাইজবনি ; ভক্তযোগী ব্যাসকী মচা শুকদেবনা ঙাঙলিবনি অমসুং ব্রাহ্মনগী শাপ ফংলবা য়াম্না পুক্নিং থোইরাংলবা, মুক্তিতা পামজরবা মহারাজ

পরীক্ষিৎনা ভারিবনি। পুন্নমক অসি খল্লুরবদি, থাজবা হায়বদো মতোমন্তা লাকচগনি। মতম অদুদা খল্লকনি—মীওইবা মপোক অসিবু লানবিগে হায়দুনা নারায়ন্না শাইওন তৌদুনা কুমলক্লবা বেদব্যাসনা কদৌডৈদস্ন মীগী মাঙনবা, কজদবা হীরমদা ইরম্মোই অমসুং জীব পুন্নমকী ফননবতা খল্লবা শুকদেবনা মুক্তিগীদমক্তা কপ্ন-কপ্না চঙজরক্লবা পরীক্ষিৎপু নমথাক তৌদুনা কেথোক মোথোকপগী অদুগা মীওইবনা চৎনরিবা শৃঙ্গার রসকী রাঙাঙ তাহনকম থোক্তে। মরম অসিনা ভগবানগী রাসলীলাদা ভাবনা হেক্তা শাবা শৃঙ্গার রসকী মনুঙদা মীগী কান্নবা, মীওইবগী রাখলনা ফংবা রারগদবা তত্তগী মরম শোয়দনা লৈ রাইনা কুপ্পী হায়দুনা চেংবু হুন্দোক্লবদি হিংবা হৌনদ্রে। মপান্দা মকু পানবা উহৈগী মনুংদা অমৃত লৈবনি। অথৎপা মীতনা রাস-লীলাগী কুম্মোমতা হৌরকপা মতমদা উবনি; তপথবা ইন্দ্রি কাবা ঙম্বা অমসুং মুনিনা হায়রম্বা রাদা থাজরবা মীশিং অদুদি হন্না হন্না পার-তারগা অমসুং খন্থরগা রাসলীলাগী মনুঙদা ফুমলিবা মমল নাইদ্রবা মণি অদু ফংগনি থাজবা পোক্লবগীদমক্তা ভাগ-বতকী অহানবা অধ্যায়গী অনিশুবা শ্লোক্তা "মহামুনিকৃতে" হায়না লাইরিক্কী বিশেষণ পীরিবা অসিনি। তপথনা থাজবগা লোয়ননা রাসলীলা তারবদি সংসার অসিদগী লাপ্থোকপা শোয়দনা ঙমগনি হায়বা অসি শুকদেবগী য়াম্না থাজরবা অনৌংবান

শারবা পুমিংকী মপান্দা লৈবা মৈশা অদুনা পৃথিবীদা লৈবা পোৎ পুন্নমকপু শাহল্লি, পোৎ পুম্বগী অশাবা অদু হেনগৎহল্লি,

ময়েং ভাই অমস্তুং মাঙখি। অদুবু নুমিত্তা লৈরিবা মৈশা অদুদি হেনগৎপা নাইদে, ময়েং ভাবা লৈতে, শাবা তোক্তে। অসিগুম্নচুনা ভগবানগী সৃষ্টি-স্থিতি-প্রলয় ( শেম্বা-লৈবা-মাঙবা ) গী থবক পূরিবী মপানগী শক্তি অদুনা জগৎকী থবক পূম্বা তৌরি। শক্তি অদুদা অতোপ্পা থবক অহোংবস্তু লৈ, শকলোন হোংবস্তু লৈ, রাখল হোংবস্তু লৈ, হেনগৎপা-ময়েংভাবা-মাঙবা পূম্বা লৈ ; অদুনা কন্দর্পগী ( অপাম্বা পোৎপু ফংননবা হোৎনবগী ) তথক্লবস্তু অদুম লৈ। তৌইগুম্বস্তুং আনন্দময় ওইবা ভগবানগী হ্লাদিণী কৌবী মশাদা অদুম পকচবা মশাগী মশক ওইবা পাঙ্গল ( স্বরূপ শক্তি ) অদুদি মহৌশাদগী হৌনা মশক অমত্তা মওই অমস্তুং মওং অমত্তা মওইনা ঈকায়-কায়দনা অদুম লৈ। মপাম্বোংগী শেম্বা, লৈবা, মাঙবা পূম্নমক্কা মাগা মরী থাংনদে। মদুদা ভগবানগী নুংঙাইবগী রস চুপচবা নত্তনা অতোপ্পা থবক অমা লৈতে—লেঙদনা থম্বা প্রেম নত্তনা থীনা ঙাঙননীঙাই ওইবা শকলোন লৈতে অমস্তুং থুগাইবা য়ারয়োইদবা থম্মোয় মকারাম্বা নত্তনা থম্নীংঙাই রাখল অমা লৈতে। মরম অসিনা ফত্তবদা নাপল্ল কাবা কন্দর্পগী লাকঙম ফাঙমদবা মতৌম্থ লৈতে। অতোপ্পগী নুংঙাইবদা পেনবীহৈবা ভগবানগী স্বরূপ শক্তিদা কন্দর্পনা ঙক্কুনা, শুম্মাত্তুনা নুংবংননা তোকশতনি। ইবুঙোগী স্বরূপ শক্তিগী মফমদা কামগী লাক্লিবা অথৎপা পূম্নমক থাদোক্কুনা প্রেমগী মশক্তা ওল্লিথনি কামনা মশানা ঈকায়জচুনা থল্লম্বা মিং, থল্লম্বা শকলোন পূম্নমক থাদোক্কুনা মশানা প্রেম ওইদুনা হ্লাদিণী শক্তিগা লোয়ননা ভগবানগী নুংঙাইবদা অদুম ভিজখি ; অতোপ্পা অমবু ওংননবগী রাখল, পাঙ্গল, মতম লৈতে।

কাম হায়না খঙনবা পুক্লিংগী মরু ওইবা করিগুম্বা অমত্তা লৈতে। পাল্লিবা পোৎপু ফংদ্রগা পুক্লিং লাঙিঙ হায়বসি থ্বাই পুন্নমকনা খঙনরিবা অসিমঙাই। কামস্তু মুংঙাইবগী মশক ওইবা ভগবানবু পাম্মী, ফংদতুনা পুক্লিং লাঙলিবতনি। কামনা পূর্ণানন্দ ওইবা ভগবানবু ফংজবা মুমিৎ অদুদা মাস্তু ভগবান্দা অদুম তিনগুগদবনি। জীবগী হকচাং নত্তনা কামগী তোঙানবা লৈফম লৈতে; মরম অসিনা কামদা পামশিনবতনা মীওইবগী কাম হায়বতুনি। অস্তুম্না মশক নাইরবা কামুক জীব অদুনা মানা পামজবা পরমানন্দ অদুবু ফংবা মুমিৎ অদুদা মাগী পীক্লবা সংসারগী দুংঙাইবা অদুবু হঙ্গোইরক্তুনা পরমানন্দদা অদুম তিঞ্জখিগনি, অদুদগী মপুন্সি চুপ্পা শান্তি ( চিরশান্তি ) ফংলগনি, অদুদগীদি মানা ফংনীংবা অমস্তুং ফংগদবা অতৈ লৈররোই। অদুম্বা পরমানন্দগী মুর্ত্তি অদুমক শ্রীকৃষ্ণনি। অদুনা শ্রীকৃষ্ণদা জীবনা তিঞ্জবা ফংলবতদা চিরশান্তি ফংগনি। মসিবু শ্রীকৃষ্ণগী রাসলীলা কৌই। মরম অসিনা শুকদেবনা শেংনা হায়রম্লে—ইন্দ্রি থুডুম চনবা ওম্বা মীনা থাজবগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণগী রাসলীলা তাক্সবা শোঞ্জবা অসিনা ভগবানগী পরা ভক্তি ফংদুনা থুনমক কামগী লায়নাদগী কঞ্জবা ঙমগনি হায়বদি ভববন্ধন ( বিষয়দা পুনবা ) দগী লাম্মোকপা ঙমগনি।

মুক্তি ( অরান-খুভম ) ফংবগী মরমদা মুনি কয়াগী তোঙান তোঙানবা মত লৈ। কনানা অনন্তব্রহ্মদা তিনববু, কনানা অরাবা মখল অহম কোকপবু, কনানা ব্রহ্মদা পুন্না লৈরবস্তু লৈত্রবস্তু

অকায়বা লৈতনা থম্মোয়না ব্রহ্মানন্দগী রস চুপ্পবু মুক্তিনি হায়নৈ। মসিদা হায়নিঙিঙ—জীবনা অপাম্বদু ফংলগা মুক্তি হেক্তা ওই। ঐসে মতম কুইনা পুন্সিগে ঐগী অরাবা পুম্বা কোকপিয়ু অমসুং ঐসে মুংঙাইনা পাঞ্জগে, জীবনা মহৌশানা নীংনরিবা পান্নরিবা তায়ববু অহুম অসিনি; মুক্তিগী ফিভম হায়বদু অসিনি। মুক্তিগী মথল-মথল লৈবা থোক্লবমু হায়রিবা মথল অহুম অসিনা অথোইবনি। সচ্চিদানন্দ ওইবা ভগবানগা কোম্নবদা জীবগী মুংঙাইবা অসিদি ফোঙদোকনিঙাই লৈতে (রাহৈনা পুথোকপা ঙম্বা নত্তে)। খোঞ্জেল, খোম্থোক্লচিংবা বিবয় চাবদা পোকপা মুংঙাইবগী কায়দনা ফোঙদোক্লবা রাহৈ ফাওবা লৈতে, ভগবানগা শম্নবগী রাদি করি অমুক হায়রুগনি। মসিদি ব্রহ্মদা মুংঙাইবগী মঙান ফাওবত্তনি; মঙাল অসিগী ফোঙদোক্লিঙাই রাহৈ লৈতবদা ব্রহ্মানন্দ খঙহন্নবগী রাহৈ কদায়দগী লৈগনি। চান্নথোইবী মুপীনা কোল্লকপদা মীওইবগী মনুঙ-মপানগী নীংশিংবা পুম্বা মাঙনরিবনি; গোপীশিংনা মুংঙাইবগী মশক পাল্লবা মুর্ত্তিবু আলিঙ্গন তৌবদা সংসার পুম্বা কাউখ্রে। মতৌ অসুমনা শ্রীকৃষ্ণ রাসলীলা অসিদি জীবব্রহ্ম অনিগী আলিঙ্গনগী লীলানি মিৎনা উরিবা সংসারবু কাউবা ঙম্বতদা কাম কোকখ্রে; জীবগী অফা অপুন অথোইবা মরম পুম্বা কোক্লে।

অরান-খুভম ফংনবগী পাম্বৈদি জ্ঞান (লৌশিং) নি; পরমাত্মা উননবগী পাম্বৈনা যোগনি অদুগা আনন্দগী মুর্ত্তিদা কোঞ্জবা ফংননবগী পাম্বৈনা প্রেমনি। প্রেম অসিগী অথোইবা মতৌদি

মুংশিবা মীবু ফংদ্রবদা য়াম্না থৌরাংনা থনবা ; চান্নববু কায়নরবী নুপীশিংতনা মসিগী খুদম্নি। মরম অসিনা গোপীশিংবু অতোপ্পগী নুপী ( পরনারী ) শাহন্দুনা ভগবানবু উনীংবদা ভক্তগী য়াম্না পামশিনবা অদু উৎলি। অসিগুম্বা উৎকণ্ঠা লৈরবতদা জীবনা ভগবানবু ফংগনি। মসিতনি শ্রীকৃষ্ণগী রাসলীলানা তশ্বীবা অম্মোবা পাউতাক। মসিবু পুক্লিং তপথনা তাজ-শোঞ্জরগা হন্ন-হন্না মচি ওইবা তত্ত্ব অসিবু খঞ্জরবদি অরান খুভম নত্রগা থোই-দোক্লা মুংঙাইবা ফংগনি হায়রবা অসিদা চিংননিঙাই লৈত্রে।

শুকদেবনা কৃষ্ণনা শান্নবা হায়দনা বিষ্ণুনা শান্নবা হায়রম্মী। বিষ্ণু হায়রবা রাহৈ অসিগী অর্থদি জগৎ শীস্থ্ংনা লৈবা ঈশ্বর হায়রবনি। মহাক্লা মপান নাইদ্রবা ব্রহ্মাণ্ডগী মপুঙ অমসুং মপান্দা মাগী স্বরূপ শক্তিগা শান্নমিন্নদুনতা লৈ। অদুম ওইবা বিষ্ণু অদুনা কৃষ্ণ ওইদুনা মশাবু ফংননবা মশানা লম্বী উৎপীরি। বিষ্ণুগী মুংঙাইবগী শরুক মথৈ অদু কৃষ্ণনি। অদুগুম্বা মুংঙাইবতনা ওইরবা কৃষ্ণ, কৃষ্ণদুগী মশক ওইরবা বিষ্ণুগী অথোইবা চরণ অদু ফংগে হায়রবদি অমসুং মঙোন্দা তিনগে হায়রবদি অপাম্বা পুম্নমক থাদোক্তুনা পুক্লিং লিচিং অমত্তা ওইনা নমথাক য়াওদবা প্রেমতনা ওইগদবনি। প্রেম অসিগী অথোইবা মওংদি ভগবানবু উজনীংবগী অম্মোবা উৎকণ্ঠানি। জীবনা খ্বাইদগী হেন্না মুং-শিজবা ভগবানবু উদবদা পুম্নমক থাদোকতুনা হা কৃষ্ণ ! কৃষ্ণ কদায়দনো ! হায়না কপলক্লবা মতম অদুদা ভাবগ্রাহী ( খঞ্জবা পুম্ববু উবিবা ) ভক্তবু চানবিবা ভগবান মশামক্লা মাগী ভক্তবু

মাগী শেংলবা, শান্তি ওইরবা মথবাক্তা, মতম্বাক্তা কোনশিনবী ; অদুদা মনাই ভক্তনা মতম কুইনা নুংঙাইবগী ঈপাক্তা ঈরোই-জবা ফংজগনি—নীংজমন থুংজগনি। মসিনি শ্রীকৃষ্ণ রাস লীলাগী মরুওইবা মচং পুম্বদো।

শ্রীমদ্ভাগবত, গীতানচিংবা ধর্ম্ম শাস্ত্র হায়বা অসিমক্তবু থঙ-বদা য়াম্না লুই। মরম অসিনা ব্রাফম অমবু হন্ন-হন্না শাস্ত্রদা ইরি; মরমদি হন্ন হন্না পারগা থম্মোয়দা খরদং চূশিল্লক্লবা। প্রেম অমসুং কামগী মরমদা মথক্তা হায়খ্রে, অদুবু হায়নীংবা খরসু মতাং অসিদা লাক্লি।

জগত্তা লৈবা জীবগী স্বভাব পুম্বা শাস্ত্রদা ইদুনা লৈ। নঙোন্দা, মহোন্দা, ঐঙোন্দা, জীব পুম্বদা অমসুং জগৎকী মনুঙদা অভৎপা লৈতনা নুংদা পান্দা থোক্লিবা পুম্নমক শাস্ত্রদা লৈবা ঙাক্লি; অদু নত্তবা অতৈ করিসু লৈতে। মরম অসিনা শাস্ত্রদা হায়রিবা অদুগী তুংইনগে হায়রবদি শাস্ত্রগী ব্রা অদু অভ্যাস (হন্ন-হন্না হোৎনবা) তৌরগা ঙাক কান্নবা নত্তে; শাস্ত্রনা হায়-রিবা অদু জগৎ পুম্নমক্কী ব্রানি; অদুনা ইশাগী ফিভমগা চূনবা য়েংদুনা হোৎনগদবনি। অমোৎ অকায় য়াওদবা অরংবা নুংশেল অমগী মনাক্তা লেপ্পগা ইমি তাবগুম, অশিংবা মীনা পুক্লিং চঙনা শাস্ত্র পারগা ইশাগা লোয়ননা জগৎ পুম্নমক শাস্ত্রদা লৈবোরে হায়বসি খঙগনি। জীবগী মহৌশানা ওইবা লমচত্তা নৈনরগসু তশেংনা খঙগনি—করিগুম্বা অমবু অপাম্বা লৈতনা কনানসু লৈবা ঙমদে। মীৎনা উবা, খুৎনা পায়বা য়াবা

পোৎ (প্রাকৃত পদার্থ) অমবু ঐখোয়না পাম্বা য়াই অদুবু অদু-গুম্বা পোৎ অমগী মফমদা সুংশিবদি লৈবা য়াদে—অদুনদি অপাম্ব অমসুং সুংশিবা হায়বসি তোঙান তোঙানবা মরম্নি। অপাম্বনা—মীৎনা উরিবা পোৎপু পাম্বনি, সুংশিবা হায়বা অসিনা পঙনা ফংবা উবা ঙমদ্রবা ভগবানবু নীংবনি। অপাম্ববু 'কাম' কৌবা য়াই, প্রেম কৌবদি য়াদে। অপাম্ববু প্রেম হায়রুরবদি প্রেমগী ময়েং তাবনি। অমরোমদা হায়রগা অপাম্বা, অনীংবা অমসুং সুংশিবা অহুম অসি তোঙান তোঙানবা পোৎস্ত নত্তে। ফাজিন্দুনা লৈরবা থম্মোয় অমসুং ফাজিন্দবা করিগুম্বা অমগী মথা পোন্দবা থম্মোয় অনি অসি জীবগী মরমদা অমত্তা ওইবগুম্বনি। লীলা পাম্বা ভগবান্না মরম য়াওদবা অনীংবা (ইচ্ছা) অমদগী শুদ্ধ-জীববু (করিগুম্বা অমগী মথা পোন্দবা—ফাজিন্দবা থম্মোয়বু) গুণ অহুমগা য়ানশিন্নখিদুনা মোৎহল্লবা মতমদা বদ্ধজীব (ফাজিন-থ্রবা থম্মোয়) হায়না মমিং ওনখিবগুম্বনি। অদুদগী অমুক ভগবানগী থৌজাল অমদগী গুণ অহুমগী মরী অদু থাংনদ্রবা মতমদা বদ্ধজীব অদুনা শুদ্ধজীব অমুক ওইরকপগুম্বনি।

শেংদবগী মফমদা অশেংবগী অপাম্বা লৈতে; লেঙদ-চত্তদগী মফমদা থম্মোয়গী অনুরাগ লৈবা হৌনদে; অরেপ্পা লৈতবা (অনিত্য) গী মফমদা নিত্যগী অনুরাগ লৈকম থোক্তে, মিনম্বগী মফমদা অচুম্বগী অনুরাগ লৈতে অমসুং অরাবগী মফমদা সুংঙাই-বগী অনুরাগ লৈবা হৌনদে। জীব (থবায়) হায়বসিদি শুদ্ধনি, অখণ্ডবনি, নিত্য (অরেপ্পনি) নি, অচুম্বনি অমসুং হরাও সুংঙাইবগী

মশক্তি। মরম অসিনা শুদ্ধ (অশেংবা), চৈতন্য (খঙননবগী রাখল), নিত্য (অশেপ্পা), সত্য (অচুম্বা), আনন্দ (হরাও নুং-ঙাইবা) অসিতদা জীবনা অনুরাগ থম্বনি অমসুং থক্কম ওইবসি মহৌশানি। মহৌশাগী অমত্তদা চপ মান্না নীংবা অনুরাগ অদুগী মমিং "প্রেম" কৌই। শুদ্ধজীব অদুনা লীলাপাম্বা ভগবানগী ইচ্ছাদগী গুণ অহুমগা য়ানশিন্নখিদুনা মরমচৎ কায়রক্লবা হায়রিদি মশক হোংলক্তুনা লাক্লি লাক্লবা রাখল অদুগী মতুং ইল্লকপদা—বদ্ধজীব ওইরকপা মতমদা, ভগবান্দা নীংজরম্বা মাগী মহৌশাগী প্রেম অদুস্তু মরোং মরোং লোঙলক্লে, শেংলক্লে, মদুদা "কাম" হায়না খঙনরে। প্রেম হায়বা অসিদি নুংঙাইবতা ওইবা ভগবান্দা হাপালবনি, মরম অসিনা নুংঙাইবতা ওই অমসুং সুশান্তিনি। কাম হায়বা অসিদি অরবনা থনবনি অমসুং অশান্তিনি (তপথবা অঙৈবা লৈতবনি।) "অশান্ততঃ মধুর পরিণাম বিরস" (অহানবদা নুংঙাইবগুম খল্লম্বা অকোনবদা মহাও য়াওদবা নি। বদ্ধজীবনা ভগবানগী থৌজালদগী মশাগী মহৌশানা ওইদবা লাক্লি লাক্লিব রাখল থাদোক্তুনা মশাগী স্বভাব (মহৌশাগী অফবা লমচৎ) অদুদা হল্লিল্লকপা মতমদা পঙনীংতা নীংলুবা অরাবনা থল্লবা, অশান্ত ওইবা, পেনবা লৈত্রবা কামস্তু লাক্লি-লাক্লিবা রাখন্দু থাদোক্তুনা আনন্দস্বরূপ ওইবা ভগবান্দা চঙলকপা মতম অদুদা নুংঙাইগনি, সুশান্ত ওইগনি, পূমপেন পেনগনি, মশাগী অফবা মিভমদা তারক্কনি হায়বদি কামগী রাখল থাদোক্তুনা প্রেমদা ওনখিগনি।

আনন্দ মুর্ত্তি ওইবা শ্রীকৃষ্ণবু থম্মোয়দা চেক্কেৎ কোনশিন্দনা হায়বদি থোইদোক্না সুংঙাইনিঙাই ওইবা রাসলীলাগী মহাও ফং- দনা হায়বদি পরমাত্মাদা তিনশিন্দনা কাম থাদোকপা য়ারোই হায়বসি অরেপ্পা রাকমনি। বিষ্ণুলীলাবু থাজবগা লোয়নননা তাজ- শোঞ্জরবা মী অদুগীদি থম্মোয়গী অনাবগী মশক ওইরবা কাম হায়বদু থাদোকপা ঙমগনি। থাজবগা লোয়নননা তাজ্র শোঞ্জ- রগা রাস-রস চুপচবা ঙমগনি হায়না শ্রীশুকদেবনা হায়বিরম্মী। তাবা ( শ্রবণ ) হায়বা ভক্তি অসিনা আত্মা থঙননবগী অহানবা অমসুং অথোইবা সাধননি। মরম অসিনা কাম মাঙহনবা ঙম্বা রাসলীলাদা. তিম্নবগী অহানবা সাধনদি তাজ-শোঞ্জবা অসিনি হায়বদি ভগবানগী রাসলীলা তাজ-শোঞ্জবনা কাম মাঙগনি। রাস-রস চুপচবা ফংদ্রবদি নত্রগা হৈত্রবদি কাম মাঙলোই।

শুকদেবনা কাম্বু থম্মোয়গী য়াম্না শাথিরবা অনাবা মথল অমা ওইনা হায়রম্মী। লাইনা অসি কোরুনবা থাজবগা লোয়নননা রাসলীলা তাননবা অমসুং শোম্ননবা নিয়ম পীবিরম্মী। কাম- তনা মীওইবগী ভমথিরবা লাইনানি, কৃষ্ণ লীলা তাজবা শোঞ্জবনা লেম্না মাঙদ্রবা হিদাক্নি অমসুং থাজবনা হিদাক অসিগী চাং ( মাত্রা ) নি। হিদাক অসিবু ভাব তানা চারবা মী অদুদি শোয়দনা পুন্সি সুংঙাইনা লেনগনি।

রাসলীলাবু কনানা য়াম্না ফজদে, পাবগী মতিক চাদে হায়, কনানা তানীংদে হায়, কনানা নত্তবা হায়জিন্দুনা লীলা অসিবু পাওথোকপী; অদুগা কনা অমনা শ্রীমদ্ভাগবত্তা রাসলীলা অসি

হাপচিন্দুনা মুপা থোকপা মতৌবু উৎলি হায়নৈ। ভক্তযোগী তত্ত্বসার উরবা শুকদেবনদি থাজবগা লোয়ননা বিষ্ণুগী লীলা অসিবু তাজ-শোঞ্জরবদি ভগবান্দা অথোইবা ভক্তি পোকই অমস্থং কামগী মশক ওইরবা থম্মোয়গী লাইনা কোকই হায়রি। ঐথোয়স্থ পূন্নমক উরবা শুকদেবগী তুংইন্দুনা থৌনা ফনা হায়নীঙিঙ—শ্রীকৃষ্ণগী রাসলীলাবু থাজবগা লোয়ননা তাজবা অমস্থং শোঞ্জরবদি থরায় পানবগী চিরশান্তি অমস্থং লেঙদ্রবা অরান খুভম ফংগনি। শ্রীকৃষ্ণগী রাসলীলাদা অসিফাওবা নৈনরকপা অসিদা রাসলীলা অসি ভক্তশিংনী অয়োবী সাধন্নি অমসুং শ্রীভগবানগী থোইদোকপা খৌজালনা ফংজবনি হায়বসি খঙলে। বস্ত্রহরণগী মতমদা ভক্তিগী মশক ওইরবী গোপীশিংগী ঈশ্বর হায়বসি অনি শুদে হায়বগী চাংয়েং পরীক্ষা তৌখিবনি। পরীক্ষা অদু গোপীশিংনা লাম্থোকপা ঙমখিদে। মরম অদুনা পুন্নমক্তা থমুং-থিৎনা উবিবা শ্রীকৃষ্ণনা মতিক চাত্রি খন্দুনা গোপীশিংবু লৌখৎপিখিদে। মসিবু সাধন লম্বীগী রা নত্তবরা? অদুগী মতুংদা রাসপঞ্চধ্যায়গী অহানবা অধ্যায়দা উৎপ্রে—ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মুরুলী খোংদুনা গোপীশিংবু মনাক্তা চিংশিনবিরগা অমুকস্থ মখোয়বু লোকভয় (মীনা থীনা ঙাঙনখিগনি হায়বগী অকিবা) অমস্থং প্রানভয় (শা-কৈগী মরক্তা অহিংদা থরায় মাঙবা য়াই হায়বগী অকিবা) উৎপী। অদুদা গোপীশিংনা করিমতা হনবা লৈখিদে। মসিবু ভগবানগী মফমদা ভক্তগী অমত্তা ঙায়বা অরেপ্পা অনুরাগ ওইরোইদ্রা? কনাগুম্বনা হায়বা য়াই—অথৎ

অপাইবী নুপীশিংনা অতোপ্পা নুপাগী মফমদসু অদুগুম্বা অনুরাগ লৈবা য়াই; ফরে অদু য়াররসি। অদুবু নুপা অমত্তদা নুপী চা কয়ানা অনুরাগ লৈরদুনা মত অমত্তা ওইনা পুন্না কাংলুপ শাদুনা নীংলিবা নুপা অদুগী মনাক্তা মতম অমত্তদা চৎলে; মসিবু তাইবংপানগী নুপা নুপীগী অনুরাগদা মফম কদায়দা অংগম তৌনখিবা লৈবগে? মসিবু ওইবা য়াবা থবকলা? কদোইদসু মসি ওইবা য়ারোই। মরম অসিনা, মসিদি থমোয় মান্নবা পুক্নিং চপ লেপ্পবা ভক্ত খিবক্তা ভগবান্দা চঙজরকপা নত্তুনা করিমত্তা হায়নিঙাই লৈতে ই। অমুকসু য়েংসি গোপীশিংগা কৃষ্ণগা রাস শান্নরে; শান্নবা হেক হৌবা মতুংদা গোপীশিংনা মথাক মহাকপু চানবিরে হায়না নাপল ভৌকুবদগী ভগবান মাঙখ্রে। মসিবু মরম অনি থোক্না খল্লুবদগী ব্রহ্মাবু কাহবা ওইরোইদ্রা? মরম অসিনা রাখল খল্লবদি জীবনা অকিপা ফংবা শায়বদি য়ুম অমসুং হকচাংদা পূক্নিং চঙলুবনা পরব্রহ্ম খংদদুনা অরাবা ফংলবনে; গোপীশিংগা মদুমক ওইখি। অনিশুবা অধ্যায়দা—ময়াম পুন্না তিন্নদুনা অঙাওবীগী পান্দমগুম উরি-রারিশিংদা শ্রীকৃষ্ণগী পাঙবু হংদুনা খোঙ্গুল লৌজখি; অদুদগী অদুম পুক্নিং লোঙদনা শ্রীকৃষ্ণগী রাখলদা লৈখ্রে (লুপখ্রে)। মসিসু ভক্তশীংদা কাখৎলক্লবা ভগবানবু উনীংবগী ময়ায় কারকপা অমসুং ভগবানবু ধ্যাণ তৌবগী অয়োবী থাক নত্তনা অতৈ করি ওইগদগে? লমহেনবী নুপী চাম চামা তিন্নদুনা অতোপ্পগী নুপা অমবু থিমিন্নবা অসিবু কনানা কদায়দা উপ্রবগে, তাপ্রবগে? অহুম শুবা আধ্যায়দা অমুক

য়েংসি - গোপী পুম্নমক যমুনাগী তোর্ব্বান্দা কমদুনা ঈশ্বরবু খঙ-নবা বাহৈত্তনা কপ্প-কপ্পদুনা শ্রীকৃষ্ণবু কৌরি। মসিবু লমচৎ কায়রবী সুপীশিংনা মরূম্বী কায়নবগীদমক কপলি হায়না কনানা হায়বা ঙমগদৌরি? মরিশুবা অধ্যায়দা গোপীশিংগী অয়েৌবী অমতদা লেপলবা অরাবদু উবদা ভগবাননা মকম অদুমক্তদা ফোঙদোকপি রক্লে। মতম অদুদা কাওলুপ অনিমক্তা ভক্তি তত্বগী খঙননবা বানী রাতাই ঙাঙনখিবা অদু তারবা মীনা মী অদুম ওইখ্রে, মী-। লাই ওইখ্রে, মীনা ব্রহ্ম ওইখ্রে। মঙা শুবা অধ্যায়দ মী ওইবগী অমত্তা ঙাইরবা পান্দমফম, ভগবান্দা পুক্লিং লেপখিবা, অয়েৌবা ভক্তগী নীংজবা, মঙাকপু ফংলগতা জীবনা চিরশান্তি ফংদুনা লেঙদ্রবা সুংঙাইবগী রস চুপচফম ওইবা অদু-মক উজরে। প্রেমগী মশক ওইবী গোপীনা সংসারগী চাক্লবা জীববু অয়েৌবা শিক্ষা ( খুদম ওইবা পাউতাক ) পীবিদুনা পর-মানন্দগী মূর্ত্তিদা চপ মান্নবা তিজবা ফংবা, অসিনি শ্রীকৃষ্ণগী রাস-লীলা হায়বদো।

ভক্তদি জ্ঞানীশিংগুম্না নির্ব্বান মুক্তি ( অমুক হন্না পোক্তবা ) পামদে। মসি ভক্তদগী রা নত্তে, মুন্না খন্থবা রাখলনা ইশাগা চপ মান্নবা উদুনা জীবগী থম্মোয়গী মরমদা নৈনবগদি খঙবা ঙমগনি, কনানসু অরান-খুভম ( নির্ব্বান মুক্তি ) পাম্নদে অদুগা নির্ব্বান মুক্তিগী রাখল অসি মহোশানসু খম্নরক্তে। রাখল অম-রোমদা কনানসু শিনীংবা য়াওবা নত্তে; হকচাংগী - পুক্লিংগী অরাবা অনাবনা খাঙবা ঙম্লক্তবদা কনা কনাগুম্বনা হু থকপা,

থৌরী য়ানবনচিংবা তোংনা মতোমতা হাচৈ (আত্মাঘাট তৌজৈ)। অদুগুম্বা মীশি অদু কনানম্ভু মপোক্কী ওইবা নির্ব্বান- আকাঙ্ক্ষা (মশা মাঙলগে) নীংবা লৈতে। মনাম্ভু তাথীরবী, মমিৎমু শাম্লরবী য়াম্না হমুরবী অমনা অহিং সন্ধ্যা মতমদা, মশূ-মচাশিংনা থওইনা সেবা তৌবীদবা অমসুং করেম কথাইনবদা খাঙবা ঙমদবা মখৈ নিংদোন পোম্লক্কুনা পুত্রীদা শিজরুরগে হায়না চৈশূ অমা পাম্লদুনা মপান থোকপ্রে; পুত্রী তম্বা লাক্লে; শূমাঙ লাপ্লোক্কুনা নাপী মরক পুত্রী মপান য়োৱকপদা হায়রকই—"মানবশা! উচান মৈরা অমত্তা চমথোরক্লেম্ভু হায়দে, লিম্না চিক্কুনা শিরবদি করম তৌগনি।" মশূশিংদা অসি হায়না চৈরকই; শিনীংবা কনাম্ভু য়াওবা নত্তে। ঈশিংদা চোংথদুনা শিগে লাক্লবী হমুবী অদুনা লিম্না চিক্কুনা শিবগী অমুক কিরক্লি। সংসারগী অরাবা অসিদা খাঙবা ঙম্লকদুনা কনা কনাগুম্বতনা করিগুম্বদা নির্ব্বান ফংনবগী-দমক হোৎনবা অসি মীওইবগী চৎনবী পান্দম নত্তে। মতম কুইনা হিংদুনা লৈবা, মতম কুইনা পুংঙাইনা পানবা হায়বা অসি ককচেংদগীনা মী ফাওবগী মহৌশাগী ওইবা অপাম্বনি। মসি য়ানিঙঙোইদবা কনাম্ভ লৈরোই, মসিবু য়াত্রবদি অচুম্বা ঙাঙবগী অর্থ লৈতে। মীওইবনা মানা-মানা পাম্লিবা অদু ফংল-গত্তা পেল্লি। ভগবানগী শ্রীমুখমক্রা—"যে যথা মাং প্রপদ্যন্তে তাংস্তথৈব ভজাম্যহম্।" হায়বীরি। মরম অসিনা অয়োবা প্রেমগী মহৈনা, ভগবানগী থৌজালদগী মপান নাইদ্রবা লেঙদবা পুংঙাইবদো ফংলগা জীবগী ফংফম থোকপা ফংলবনি; রসকী

মশক ওইবা পরমানন্দ ভগবান্দা কোঞবা ফংলে, নীংজবা মহয় য়াল্লে। মসিনি শ্রীকৃষ্ণগী রাস লীলা হায়বদো।

তত্ত্ব পুম্বা উরবা শুকদেবনা শ্রীকৃষ্ণগী রাস লীলাবু বিষ্ণু লীলা হায়রম্লে। হৌজিক কালগী অনৌবা বৈষ্ণবশিংনা কৃষ্ণ মন্ত্রদা দীক্ষা তৌদুনসু অদুগা মখোয়বু বৈষ্ণবনি হায়বদি বিষ্ণু নীংবনি হায়বগী খুদম পীরবমক্তদসু শ্রীকৃষ্ণবু বিষ্ণুনি হায়নীংদে। অহোইনদুম শ্রীবিষ্ণুবু শ্রীকৃষ্ণদগী হন্থবনি হায়না থল্লি। মরম অসিনা কনাগুম্বগী মফমদা শ্রীকৃষ্ণ রাসলীলাবু মশক থীবা তাহল্লি। "ব্রহ্ম" হায়বা বাহৈ অসিগী কুপথরকপা অর্থদা "বিষ্ণু" হায়বগা অম্মানি। অদুম ওইবা অফবা রাখলদা মতম পুম্বদা নুংঙাই-দুনতা লৈবগী মশক ওইবা সচ্চিদানন্দ স্বরূপ বিষ্ণুগী লীলামক্তি হায়দুনা রাসলীলা অসি মীওইবগী লান্নফম্নি। বিষ্ণু নত্তবা অতোপ্পা অমগী লীলা ওইরম্লবদি ফজদে হায়না পাউথোকপসু য়াবনি। মরম অদুনা মহামুনি বেদব্যাসনা শ্রীমদ্ভাভগবতকী তরা-শুবা স্কন্ধগী অহানবমক্তদা পরীক্ষিৎকী মচিন্দগী হায়হনল্লে "তত্রাং-শেনাবতীর্ণস্য বিষ্ণোর্বীর্য্যাণি শংসা নঃ।" যদু বংশদা অংশ (শরুক মচেৎ) ওইনা অবতার তৌখিবা বিষ্ণুগী লীলা অদু ঐঙোন্দা তাক-পিয়ু। ভগবান্না পোকপা মতমদা দেবকীগী মচিন্দা হায়হনখি—"স ত্বং সাক্ষাদ্ বিষ্ণুরধ্যাত্মদীপঃ"—দেবকীনা শ্রুতিদা হায়রিবা অধ্যাত্মদীপ স্বরূপ (ধর্ম্মগী লেঙদ্রবা থাউমৈগী মশক) ওইবা বিষ্ণু অদুমক নহাক্তি হায়না হায়খি। শুকদেবনসু - "বিক্রীড়িতং ব্রজবধুভিরিদঞ্চ বিষ্ণোঃ" অসুম্না হায়রি। মীওইবনা ভগবান্না

শান্নবা নরলীলা অসিবু তাজরগা; মচুদা পুক্লিং লূপ্তুনা, ফজদবা অমোৎপা রাখল খল্লক্রুনবগীদমক মহর্ষি ব্যাসদেবনা হন্না হন্না নীংশিংহল্লি "বিষ্ণু অদুমক কৃষ্ণনি" হায়বা অসি। মরম অসিনা শুকদেবনা হায়রম্মী—ব্রজবধুশিংগা লোয়ননা বিষ্ণুনা শান্নৈ। ভগবান বিষ্ণুনা মশাগী মায়ানা মশাগী মশক ওইবা জীববু শুদ্ধাত্তুনা অতোপ্পা ওইহল্লি; মসি মহাক্কী জগৎ লীলানি। অদুগা শ্রীকৃষ্ণগী মশক ওইনা বেদগী হোরকফম ওইবা বংশীগী ঈশৈনা কৌরগা মশাবু পীথোকই, মসিনা শ্রীকৃষ্ণ রাস লীলানি।

"ইতিহাস পুরাণাভ্যাং বেদার্থমুপবৃংহয়েৎ" ইতিহাস অমসুং পুরাণগী মতেংনা বেদগী অর্থ শন্দোক্না খঙবা ঙম্মী। অদুনদি মশানা তারে—বেদগী অর্থ খঙবদি য়ান্না লুই। মসিদা ঐখোয়না খঙবা ঙম্বদি—বেদগী শন্দোকপা ব্যাখ্যাদি পুরান্নি। শ্রীমদ্ভাগবত্তা মহর্ষি বেদব্যাসনা সুতমুনিগী য়াথংদগী তাখি—"অখিল শ্রুতিসারং" ( ভাগবত অসি মপান নাইদ্রবা শ্রুতি শাস্ত্রগী মচিনি। অদুনদি পুরাণ বেদ মঙা অমসুং পুরাণ অপুম্বগী মনুঙদা শ্রীমদ্ভাগবতনা অথোইবা ওইবা তারে। ভাগবত অসিগী মনুঙদা শ্রীকৃষ্ণলীলা ঙাক্না ইরিবা তরাশুবা স্কন্ধ অসিনা অথোইবনি। তরা শুবা স্কন্ধ অসিগী মনুঙদা ভগবানগী শ্রীবৃন্দাবন লীলা অসিনা অথোইবনি। শ্রীবৃন্দাবন লীলা অসিগী মনুঙদা মতম পুম্বদা নুংঙাইবতা পীনবিবা শ্রীকৃষ্ণ রাসলীলা অসিতনা খ্বাইদগী হেন্নবা মচিনি।

মহর্ষি বেদব্যাসনা শ্রীকৃষ্ণ রাসলীলাবু লেংলবনা থাগৎনিঙাই ওইরি। শুকদেবনা লীলা অসিবু শোঙ্গবনা থাগৎনিঙাই

ওইরি; অদুগা পরীক্ষিৎ মহারাজনা লীলা অসিবু থাজনা তাজবনা থাগৎনিঙাই ওইরি। ঐ:খোয়স্থু মখোয়গী থোজালদগী ঙসি রাসলীলা অসি নৈনজবা ফংবগী ইরাইবক ফবদু ওইসি।

প্রেমগী মশক ওইবী ব্রজগোপীনা পরমানন্দ ওইবা খ্বাইদগী অথোইবা পুরুষকা পুনখ্রে। তুংদা হোরক্কদোরিবা সাধক অপুম্বগী য়াম্না রাংলবা রাসলীলাবু খঙবশিংনা রাসমণ্ডলদা কান-নবগী সং নানবা থাকস্থু ফংলে। হৌজিক্কি ঐখোয় পুম্নমক য়াম্না হরাওবগা লোয়নবা খুং থাগত্তুনা পুক্নিং হকচাং রাহৈগা লোয়ননা ঙমজবা মখৈ খোঞ্জেল রাংনা শোল্লসি—

প্রেম য়াওনা শোনসি— শ্রীশ্রীরাধাবল্লবকী জয়,
শ্রীশ্রীরাধারাণীকী জয়।

রসনা থল্লবা—শ্রীশ্রীরাস লীলাগী জয় জয়,
তারি-পারিবা পুম্বগী জয় জয়॥

শ্রীকৃষ্ণগী রাস লীলা লোইরে

## খুরুমজবা

হা কৃষ্ণ! থৌজালগী মপান নাইদ্রবা ঈপাক ওইবা!
অতোনবগী স্বরূপ জগৎকী মপু ওইবীরিবা!
গোপ-গোপী শিংগী নীংনফম রাধিকাগী চান্নথোইবা!
খুরুমজৈ মতম পূম্বদা ভক্তদা থৌজাল পীনহৈবা!
লৈয়েংনচিংবা ইন্দ্রি পুম্বা লেঙহনবিবস্তু নহাক্নি।
নঙগী মিংলেন শোঞ্জবা ঙম্বস্ত নহাক্কী থৌইঞ্জিন্ননি॥
করি কৎনিঙাই লৈতে থম্মোয় লৈরাং তুলসী নঙনা
চিংশিন্বীয়ু অফবা লম্বীদা নঙগী চরণ নাক য়ৌনা॥
পুন্সি খোঙচঙা ইথৎ-ইরাইনবা লাল্লক্লে নথৌজান্না
হয়ূম মপুং ফারক্লে কেলহনবিয়ু নঙগী নাম থানদনা।
খঙদ্রিবৈদা ঐগী হায়রম্বদো নঙগী ভাক্তা ওইরম্লে।
মাদি কৎলি হায়রম্বদো নঙনা পীদুনা কৎপা ওইরম্লে॥
অচৎ-চত্র কনাবুস্তু কল্লক মীহৌনিঙাই লৈজদরে।
খুদুম শিন্দনা লাকচবদো খুরাং তিংনা হঞ্জবা ভারে।
হুন্নেমুক্ক থপোক্লা অপোক মপোক খুদিংমকীবু
নঙোন্দা ভক্তি স্ফূর্তি লৈবা পীনবিয়ু নাম কাউদববু॥

ভক্তগী মনাইগী মনাই তোল্লবা
শ্রীঅয়াম কমল সিংহ
৩।৩।৭৬ ইং